# অঙনবা সমাজ

অইবা

শ্রীখিয়াম ইন্দ্রকুমার সিংহ

সপ্ত পুস্তক—অকোংবগীনি

Publishers

১) থিয়াম উমেশ্বর সিংহ

২) ,, মহেস সিংহ

৩) ,, রাজেস সিংহ

৪) ,, নরেস সিংহ




উরিপোক হাওবম দেৱান লৈকাই
( ময়াই লৈকাই )

1st Edition 1995

Copies — 1000

মমল লুং ১৩০,

মখুম থিয়াম নিলকুমার

নম্ফম — কৌন্থু প্রিনটিং প্রেস
নাওরেমথোং নিয়ার ডি. আই. সি.
ইম্ফাল।

# DEDICATION

Dedicated to 36 million soldiers who laid down their lives in the Combat to wipe out Red-Colours from the map of the World & 43 million civilians who lost their lives during the Second World War.

# ৱাহৌদোক

অনীশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও মমাঙদা মনিপূরদা চাহোং ঙাহোংলম্মী, ফৌ শংবাইদা শিকিতমক পীরম্মী, পৈশাগী ঙাতোন ৩২ তৌরম্মী, একাগাড়ী কাউতুনা লমজাওদা থম্নম্বা নোংঙাল্লগা, খরসু থেংনা চৎলগা লৌশিল্লুবদা থম্নম্বা মকম অতুমক্তদা লেঙদনা লৈরম্বা, মতম অতুগী নীঙইশিংনা ধর্ম্ম কায়নদবা, অরেম্বা অমদি মীগী পান্নরুদবগী ৱারী লীরুবদা ইশুশিংনা থাজবীদ্রে। মসিদগী লান মমাঙ অমদি মতুং খরা চথরকপা কাওবগী ফিবমতু উত্তুনা উপন্যাস অমা ইনীংলকপগী ঈতুল অমা কন্না কাওরকখি।

শোক ১৯৮৭ তগী ১৯৮৯ কাওবদা চাওরাকপা অমা ইরগা অতুম থমজিঞ্জখি। মরকসিদা ঐগী মরুপ শ্রীঅয়েকপম চন্দ্রমনি সিংহ অমদি শ্রীলাইমযুম বীষ্ণুলাল শর্ম্ম ভদ্রলোগ অনীগমু ৱারী শানজখি। ভদ্রলোগ অনীনা উহৌবা, ঙাহৌবা, খঙহৌবা থৌদোক কয়া অমগমু চাশিন্নখি। শ্রীমোইরাংথেম নীলকমল সিংহনা পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী যুমগী লাইব্রেরিদগী থোমজিল্লকপা ফেক্টস এণ্ড ফিগরস কয়া অমসু হাপচিঞ্জরগা অহানবা ওইনা উপন্যাস অসি শোক ১৯৯১ দগী ১৯৯২ কাওবদা শেমদোক্লগা অতুম থনজি-ঞ্জখি। হকচাংগী য়েংনা খরা খরতমক তম্না তম্না শেমজখি।

ঐগী মরুপ চন্দ্রমনি বাবুনা লান মমাঙগী অমাং অশেংগী রাকম হাপহন্নীংখি। রাকম অসিমক অহানবগী চাওরাকপা অমা ইখিবতুদা অহানবা চেপ্টর অতুমদা কুম্না নৈনজখি। খরগা হেন্না কুম্না, মরীক চুম্না নৈননীংবদগী পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগা তান্নজখি। মরীক চুম্না ৱারী লীবীরকই অতুবু কনাগুম্বনা শীংনরক্লবদি

ঙাক্লবা উপায় লৈরোই তাকপীরকপা অমদি কলম থাদনবা হায়বীরকপদগী চেপ্টর অহুমন্থু লৌথোকচখি। মমিংতা ওইনা খরতমক পঙ্গরি।

শোক ১৯১২ দগী চহৈরেং লেনবী শৈরেং ইজখি। শোক ১৯১৩ দা ফোংজখি। চহী অসিমক্তদা উপন্যাস অসিম্থু অনীশুবা ওইনা শেমদোকচখি। তোপ তোপ্পা অথন্নবা উপন্যাস অমা ওইনা ফোংজনীংবদগী ঐগী ইনাও ডাক্তর শ্রীনোংমাইথেম তোম্বী সিংহগী মোতস্থু লৌজখি। ডাক্তরনা অসিগুম্বা উপন্যাস অমা পামজবা কুইরবনি হায়না পূক্নিং থৌগৎপীরকপগা লোয়ননা মতমঙ্গী দের টন গাড়ীনা ইম্ফালদগী ডিমাপুর ফাওবা চৎপা খোঙচৎ বাবুপারাগী মতম অতুগী চাউরাকপা ফিবম অমদি পীক্লা লৈরম্বা মতম অহুগী খ্বাইরম্বন্দ বাজারগী ফিবম, অপাবা মীগী মিত্তা শং শং উহনবীবা ঙম্লবদি হৌজিক্কী নহারোলশিংদা য়াম্না খঙনীংঙাই ওইবা অমদি মুঙাইজবা ওইগনি তাকপী। লাইরিক অসি থাগৎখিগদ্রা হায়না কিবদগী রাফমশিং অসি শম্পং শম্পংনা নৈনজরে।

উপন্যাস অসিনা ঙসি মুমিং থা উবা ফংজরিবা অসি ভদ্রলোগশিং অসিগী মতেংদগীনি। ভদ্রলোগশিং অসিগী মফমদা শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঙ্গরবনি।

শ্রীইন্দ্রকুমার থিয়াম।

---

# ৱা অময়ুং

শ্রীথিয়াম ইন্দ্রকুমার বাবুনা মতম য়াম্না চঙনা ইবা নোভেল অসি পাক্সরে। হৌঅবা চহী লুম্ফু ত্তরাগী মমাঙদগী হৌরক্লগা অনী-শুবা লাল্লাও (খৃঃ ১৯৩৯-১৯৪৮) গী মতুং ফাওবদা মনিপুর (কংলৈপাক) দা ওইরম্বা য়ুমৈ-কৈরৈ, শেল-থুমগী ফিবম, লাইরিক-লাইশু ৱানা ৱানা তমথংনরকপগী ফিবম, কাংলুপকী চংনবী কয়া, লাইরবশিংনা ইনা-কৈরাক থুনবা কয়াগা লোয়নবা পামছুনা মচা-মশু থাজনিংবগী অপাম্বা, শেলবু থোক্লবদি দিমাপুর লম্বীদা থোবা গাড়ীগী ড্রাইভর-শিংদা মচা-মশু থাজ—য়োনজনীংবা,—ফিবমদগী হৌরক্লগা অনীশুবা লাল্লাং লাকপা মতমদা মনিপুরদা থোকখিবা অরা-মুংঙাইবগী থৌ-দোক-ৱাথোকশিং শেল থুমগী ফিবম ফগৎলকপা, মহৈ মশিং তমথং-নরকপা, মহৈ-মশিং হৈরক্লবা নহারোলশিংগী মিংয়েং পাকথোরকপা, মীয়াম-মরক্তা লৈখা-তারবা অমদি অৱা-অনংগা মায়োক্লবশিংগী মতেং পাংননবগী ৱাখল পোক্লকপা অমদি থবক কয়া পায়থংলকপা, মী-য়ামগী ফত্রবা চংনবী কয়া চুমথোক্লবা থবক পায়খংলকপা অমদি মশা মশাবু লৈবাক্কী নত্রগা মীয়ামগী থবক্তা কথোক্লকপা পুম্নমক অসি উংপদা উপন্যাস অসী লোয়শিল্লি। মীতৈলোন্দা ইবা উপন্যাসশিংগী মরক্তা মীতৈ-য়ুম্বালগী চংনবী ফজনা উংপা, লাইরবা ইমুংগী ফিবম, সমাজগী চংনবী. অমসুং অনীশুবা লাল্লাওগী মরমদা অসুক কুপ্না থাবা উপন্যাসতি অসিখক্তনি হায়বা ফাওবা হায়জনিংই। অনী-শুবা লাল্লাওগী মমাংদা অচৌবা ৱাথোক ওইখিবা নিংথৌগী ব্রহ্ম-সভানা মীচম মীয়ামদা পীখিবা অমাংবা ওইবগী অৱাবা অমসুং শেংদোক্লবা শেল থিবগী অৱাবা, অমদি মমৈথংদা অমাংবা নত্রগা ইম্থোক্লবা কাংবুনা পূন্না লৈছুনা ব্রহ্মসভা ( নিংথৌ ) গী মায়োক্তা

হৌরকখিবগী রাফম অহুমতং মতুনা অতৈদি চিথদ্রে হায়বা য়ারে। ঈহৌ অসিগী মহয়না উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা লোল্লা ইমানি, ঈয়েক্না ঈপানি' হায়বা ঈহৌ অসি থোক্লকখিবনি।

মপানগী থৌদোক-রাথোকপুনা মপূং ওইনা নৈনবা মওংদা ইবা হান্নদগী চংনরকপা মওং (ট্রেদিসনেল মত্রগা এদবাৰ্দিয়ান মেথদ) নি। মেরেদিথনা হায়বগুম্না উপন্যাস অসি ঐথোয়গী মহুং অমস্থুং মপান য়াওবা পুন্সিগী অশেংবা রারীনি হায়বহু পাবিরিবশিংনা উবিগনি।

অয়েকপম চন্দ্রমনি

তেরা কৈথেন,

ইম্ফাল।

তাং ২৭। ১১। ৯৪ ইং

# অফোংবগী ৱারোল

ঐখোয়বু পোকপিরম্বা থিয়াম্ ইন্দ্রকুমার সিংহনা খম্নুং শরা তান্ত্রিডৈ "অঙনবা সমাজ" হায়বা উপন্যাস অসি ইবিরমই। পূন্সিগী অরোইবা তাঙ্কক্ য়োৌরক্লবা, অয়ো নাহে চল্লবফাও, অৱাব কয়া কাওথোক্তুনা উপন্যাস অসিতবু মঙ্ফাওননবা কন্না হোৎনজরমই। লোইশিনহৌদবা শরুক্ খরতু সাহিত্যগী লমদা খোঙ্দাজদ্রিবা মচা ঐখোয়না মপুং ফাননবা হোৎনজখি।

লাইরিক অসিবু অথুবা মতম্দ পুথোক্লবা হোৎনবদ অৱাব শরুক কয়া য়াবিখিবা, ড্রাফ তৌবিখিবা, প্রুভনচিংবস্তু পাবিখিবা পাওনম নরান সিংহ অমস্তুং মোইরাংথেম নীলকমল সিংহ, ইরিডৈদ তাথোক্ তাশিন তৌবিখিবা অয়েকপম চন্দ্রমনি সিংহ, হৌবদগী লোইবফাও-বদ, চিল্লবা মতম কয়া কায়থোকপিতুনা ঐখোয়গী লমজিং লমতাক্ ওইবিখিবা ডাঃ সলাম নোংথোন সিংহ, লাইরিকসিবু নম্বিনব হায়জ-রুবদ হরাও হরাও য়াবিরকপা অমদি অহিং মিংশেল্ থাংতুনা অথুবা মতমদা য়াম্না ফজনা নম্বীরকখিবা কৌন্নু প্রিনটিং প্রেস অমদি ঐখোয়নদি খওজহৌদ্রবা, লাইরিকশিবু মপুং ফাননবা হোৎনবদ হকথেংনন নত্রগা নাকোইননা তেংবাংবিখিবা পুম্নমক্কী মফমদা শিংবা ওম্নরোইদবা লমন্ তানশিঞ্জরবনি।

মচাশিং

# অওনবা সমাজ

১

মরুপ অনীমক্ রা-লাং অমত্তা ভাংনদে, তুমিন্-তুমিন্ চৎলি। ওহাক্ মফমদু পুম্চীক্ চীক্লি। অচীকপদু থুগায়রদুনা মণিবাবুনা—বীঃ এঃ তমহনখো হায়রীয়ে, অদু ওইরদি ......, সিনি। ইন্দক্ য়াউশঙ্দা থাবল চোংবা ওহাক্ লেঙ্ঙ্সে। রাম্সু ভাংনরকসে।

অত্তোপ্পা পাখংদু খংপ্রেক্ খংভি, পাক্ খুম্লক্তে। ওহাক লৈরগা য়েংথোরকই অদুগা তপা—পাজি দামুই মতাসিদা অদুদুম্ কত্রা খঙ্গ-রিবা।

লৈমা হুদৌনি বাবু। থাবাসে, শরেংসু খোংলে, য়াইংংসু থাক্লবা।

ফাগী ওইরম্লিদা বাবু, ঐগী মতৌসিদা-নাচুংলুদনা খুম্দোরকই।

অশেংবা খঙ্দোক্সে, ঐ হংজগে।

শিংজমৈ ফাও খোঙ্না চৎপা, লাপ্পি। ঐখোয় গাড়ীসু পুনীং-দে।

ঐগীসিদা লেঙ্সে, ঐবু পুবীয়ো। ঐগী পায়জমাগা পুম্য়াৎ-কদুসু ভৌরি, ইস্ত্রি ফজনা তক্লগা পুজরক্তে।

পাক্ খুম্লক্তে, রাখল অমা সুম খল্লি। ওহাক্ লৈরগা তপা—পরীক্ষা মমুং ওইদৌরি বাবু, অমনা খোত্তুঙ্প।

চৎপগা কিগী রাকমগা সোলভ তৌরে। অত্তৌবা কি খোঙ্-ঙুপ্ তোংসে, ঐদি কৈজোম্ শেৎলগা চোংজদৌরিনি।

করিনোনে বাবু, মতমদো?

—য়ানি য়ানি। মেকানীজনা ইকোন্ কোন্না থোকই। মুমিৎ মরীনি হাংলি অহুদনি, শীন্নজরম্মীসি।

মণিবাবুদা হাইফেং য়েংলম্লগা—পরীক্ষা লোইবা মতাং থোক্লম্মদি কয়াদা মুঙাইগবা।

য়াউশংহুসে বাবু, পরীক্ষা মনুংদতা তাবনি।

মরুপ্ অনী অসি প্রাইভেৎ তম্মিনরুবনি। শাংলবা লৈরক্ অমদা মথোয় অনী সুম্ থোক্মিন্নরকই। লম্বী অহু মী ইচৎ চত্ত্রে, তরক্ তরক্ই। হৈক্রেং অচৌবা পাম্বী অমা হৌবা, অপোকপগী খুবম্ অমা লৈ। মসিগা, লাই খুরেম্বীগী খুবম্গা অনী অসিদা নোংমাইজিং খুদিংগী ইবুধৌনা লাই খুরুম্বা লাকই হায়নৈ।

মণিবাবুনা অহন্বা একাগাড়ী, রেল্লী অশংবা অমা ইল্লক্লি।

ফাইরেন্ লোইগ্রে লমতা পান্‌থলক্লে। পূর্ণিমাদদি য়াউশংহুনি। উপাল-রাপাল পূম্বা য়েন্নীং হুল্লি। চুম্বৈগী ডাংলৈনবা মপাল, নবাবকী ভৌরুনবা মপাল, মতম ফনা শাংলি। মপাদা চৎপদা মুংশিরবা মনম্না ভহাক-ভহাক্ ফারি। মনা য়াঙদবা অমুবা মশানতা চয়োম্নরবা হৈখা পাম্বীদা অঙৌবা মপান্না মশা খুদিংগী চয়োম্ চয়োম্ শাংলি। য়েংলুবদা মিংফম্ ভহাক্ হোংহন্দ্রি। লৈরক মচা অসিগী নাক্-য়েৎকী ইংখোলদা হৌরিবা, শাংলিবা পুন্নমক অসি য়েংনা য়েংনা ছাত্র অনী অসি নাকলদা লাইরিক্ খরা য়েপ্পরহুনা থোরক্লি।

নোংপোক্‌থংবা লৈপলশিংদা রানা কুক্ কুক্ ইন্নমা হৌরি। অরিবা রানানা রাউথাংনরি। মুংশিং অমুক্-অমুক্ শিংলকপদা মপৈ মপৈ কেল্লি। খোংবান্ ময়ারোম্‌দা চোম্বরপ্, অনৌবা উশোই চোংলি, পয়া রানৌস্‌হ হৌরি। লুক্রাক্না মতোন্ কাঙবা য়োল্লি।

মমায় মখা ওন্না থোরকপা ছাত্রনি। নাক্-য়েৎকী ইংখোল-শিংহু চাউই। ময়ায়-ময়ায়দা য়ুম্ অমা অমীতমক্ তরক্-তরক্

শাই। হৈপাল-লৈপাল মরাঙ্ কায়না হৌই। ইংখোল নীংথিনা কোইনৈ। সরকারগী অচৌবা লম্বী শান্নৌরক্লে। শোরোক্ অচৌবা অসিগী রাংমদা লাইরেম্বীগী খুবম্ লৈ। অচৌ-অচৌবা উ-পাম্বীশিংনা রাংনা হৌরি। অশুক্পা উমং অদোমদগী হুম্নকপা মুংশিংনা মশাদা য়ৈরি। অশাগী অনৌবা ঈনোং অমা হাপলকই।

শোরোক্ তারহুনা মণিবাবুনা--শোয়নমুসিকো বাবু, ঐ য়ৌজরে।

ফনি, বাবু।

মণিবাবু মাগী গাড়ীডু তোংলগা মনাঙ্লোলদা হাইগংখ্রে। গম্ভীরসু সুমতী মচীন মনাও উনবা য়াই থন্না থন্না, নোংচুপ পাংলক্লে।

লমতাগী মুংশিং অঙাংবনি। অমুক অমুক, কম্না-কম্না শিংলকই। উনা-রানা কয়া মপৈ-মপৈ কেল্লকই। রাখোঙ্দা লুক্রাক্ কয়াসু তারি। শিংলকপা মুংশিংকী অহৌবা মখোলনা, নাকোং পংশিল্লি। রাংোনশিংনা কোম্হ-কোম্হ খাঙ্লি। মুপামচাশিংনা লাখা-অথাবগী মখোয়না শাজবা হোরায়না রা লেল্লি। অঙাং থরনা লৈরক মচীন্দা চাইনা-চাইনা করি তৌদা শানা, মপু থোরকপ্রা য়েংলি। থরনা লুক্রাক খোম্জিনবা লাক্লরি। থরা থেংথরক্লগা মৈজাও-তীক্লবা শেম শারি।

য়াম্না ঈংলম্বদগী রাউথোরকপা মতমনি। য়াম্না ঈংবসু নত্তে, য়াম্না শাবসু নত্তে। অচাউ কাংদোং ফারকপা পুন্সিগী অহানবা খুদাদা শক্-খঙ্ মায়থঙনবা হৌরক্লিবা, ইনথংলক্লিবা পাখং-লৈশাবীশিংগীদি লুম্ খোয়থুম্নরবা মালংনি।

মমাঙ্ টৌটি মখোঙনি। মুমিদাং রাইরমগী মতমনি, মুনিংনা চীংয়া থাংলক্লে। তময়াদা কোরি চেল্লক্লে, নোংচুপ্ মালং অমদি লোয়া তম্লোন্ পুম্বসু ঙংঙানরি। নিঙোল ওইবীশিংনা অশংবা,

অঙাংবা, অরাংবা, উনা-মচু, নাপু মচুগী ফিজোল শেং চান্নহূনা অখে-ন্নে নাচোম্না নাপদা থন্, খুত্তা সনাবুল অম্মম্ পায়, য়ুংলিবা মমাঙ্গী টোটিদা, মায়কৈ মরীমক্তগী কাংবু কাংবু হৌনহূনা থোক্নরক্লি। টোটিগী অকোয়বদা খারীবা চেক্কী-পল্লি অকোয়বদা, মাগী মাগী পালি ঙাইনবা ওইনা ফম্নরি। থরনা কোল ফেংকম্দা কোল্ ফেংলি। নোংজাবীনা চামথোক্নবী মুজাশিংগী মায়থোঙ্নি, তঙাংলবী কুচুনি। নিঙোল ওইবীশিংনা শেংলি চারিবা ফিজোলগী, তোঙান্-তোঙানবা মচুদগী থক্তোরক্পা মঙালনা কুচুশিংহু অমুক্কা হেন্না থৌগংলি। মুর-বা শমলাংনা নীংহু য়েনা তা. স্নাবুলদা ফম্নহূনা ঙাইনবস্নু য়াঙরি।

পংকুই কুইদে। মনীং লোমদগী মুপা মচা কাঙ্বু অমগা, মমাঙ্লোমদগী কাঙ্বু অমগা নোং লাউহূনা চঙ্শিন্নরক্লি। পুনকক চাউরবা মুপামচা অমনা — — হোরি—হোরি বোল্লা,- - লাউরকই। ময়ান্না খুম্মী — হে হোরি। মখা তারকই—মুক্কা শান্নসিকো। — ময়ান্না — হোই—হোই। — মখা তারকই — কিগন্নুকো। — ময়ান্না —হোই হোই। — মখা — চেন্গন্নুকো। — ময়ান্না — হোই হোই। — মখা — নিংগোংনা। — ময়ান্না — শেং শেং। — মখা — লোংথ্রোনা। ময়ান্না — দম্ দম্। — মখা — কম্লাপ কোংপী। ময়ান্না —লুখম্ কায়। — মখা — শামলা। ময়ান্না — উরিরৈ। — মখা — গন্ধরাজা। — ময়ান্না — চিগোংলৈ। — মখা — ভুমি চম্পা। — ময়ান্না — লৈপাকলৈ। — খুম্মী।

টোটি মখোঙ্ অসিগী নোংচুপ্তা শোরোক্কা খোংবান্গা তাই-নবদা অশাংবা লম্পাক্ অমা লৈ। নোংপোক্ নোংচুপ্ ইশাং শাংনা লৈবনি। খোংবান্ ময়ামক্তদা মঙ্গে-পাম্বী, হৈনৌ-পাম্বী, লল্লপ্-লল্লপ্ থন্না-থননা পরেং-শানা হৌরি। নোং-লাউরগা চঙ্শিন্নরক্লিবা, মুপা মচা কাংবু অনীমক্ লম্পাক্তুদা ত্তিল্লরে। নোংপোক্কা নোংচুপকদা

নাক্পাক্ নাক্পাক্ ফম্লগ্রে। ভাবোক্না অমুক্না ইকোয় কোয়শিল্লি। মমাঙ্‌মথৈ ফম্মী, মনীংমথৈ লেপ্পী। লাম্বা-লাম্বা-শীন্নহ্নুনা মুক্না শান্নবা হৌগ্রে।

তা শ্যামকুমার লাক্লে, লংনসিকো—নোংচুপ্ ওন্না, মুক্না শান্নরিবত্নু য়েংনা লেপ্লম্বী লৈশাবী অমনা হায়রকই। —তা গম্ভীরস্নু লাকএ—অতোপ্পা নোংপোক্ ওন্না য়েংলম্বী লৈশাবী অমনস্নু হায়রকই। সুমতীদি ঈশিং য়ারি, মতুংদা মচে ফজবী লেপ্লি। থাপ্পা গম্ভীরনা লাক্পত্নু ফজবীস্নু ফল্লপ-ফল্লপ য়েংজরি। মত্নুগীদমক্ ঈশিং শোকপদা মনাও নুপীগী মতুং ইঙ্গরকপীনি।

তা বালুনা থারে, তা বালুনা থারে—নুপীমচা অমনা চোংলাচোংলগা খুবাক্ খুরহ্নুনা হায়রকই। নুপীমচা অসি মশা ইন্নাও ন্নাওই, ফুরিৎ লিন্ত্রে। ময়া তেক্ই। মনা হুৎখিবগী নাখুল অনীমক্তা ইকা য়াল্লি মরু কোক্ই, শমজি খাক্ই। টোটিদা চঙ্‌নবা লম্বী মচা অমা খাল্লিবা অত্নুদা লেপ্লম্মী। বালুগা মমান্নবত্নুগা অমুকস্নু ফি পায়নখ্রে।

লোংগ্রোনা থাবনি—শ্যামকুমারনা ইতপ্ তপ্পা চঙ্‌লক্লগা নুপীমচাত্নুদা হায়রে। মথা অমুক্ সুমতীদা য়েংলগা ভারকই—সুমতী, ঈশিং খজিক্তা থক্চগে য়াম্না তপ্পা মোং হাদনা ব্যবহার তৌনা হায়রকই।

শ্যামকুমার, মানা লিংলিবা চীনা শীঙ্ককী কমেজত্নুগী স্নাগী খুদাং-কুদামত্নু লৌথোক্লগা শিংকৎলি। সুমতীনা মমান্নবী অমদগী খুজাই অমা ন্নায়রগা মাগী য়ারিবা স্নাবুল অত্নুগী মথক্তা ঈশিং য়ারি অত্নুগা শ্যামকুমারদা ঈশিং পীথকপা থোক্খ্রে। মচেনা অমুক য়েংহৌরি।

শ্যামকুমার, চেক্কী ঈকোয় কোয়শিন্‌বা পল্লিময়াদা নোম্বরপ লেপ্লি। সুমতীনা ঈশিং হৈন্নকপত্নু, খুবাক অনীনা য়ারগা মখুং

হাম্‌দোক্লি। ঈশিং থকপদা মপুক্লিং ইচঙ্‌ চঙ্‌দনগুম্ তৌই। মুমতীগী মাবুল য়েংহৌরিবী মচেত্নদা ফলপ-ফলপ য়েংলকপগুম্ তৌই। মমা খুদোপ্‌ অহুম শিরি। ওইগী খুনীংথৌগা, খুনাওবীগদা অমুমম, য়েংকী খুন্নীংথৌদা অমা, মাগী ঘড়ীনি, মাগী মরীনি। থেংলিবা ব্রেক্‌বার্ড ক্যাউটেন্‌পেন্না, ফুরিংথাও জেপ্‌ অতুদে য়াম্বরক্লুনা হাপ্লিবা লুপা চংশী নোট চবুন্দু, ইণ্ডান-ঙাস্না উরি। চীনা শীঙ্কী কমেজ অমা লিংলি। খৌরিদগী হৌনা মাগী কুদামতু অনী হাইদোকখিত্নুনা, খৌরিদা শিরিবা মাগী লীক্‌ পরেং, মতোমতা নাম্বরক্লুনা য়াক্লি। পাখংগা শমদা তৈরকপা, নুংশিবা থাউগী মনম্, নুংশিংনা লিরি শিংলক্পদা টৌটি মখোঙ্ শিন্‌বা থুংনা রা রা য়েল্লি। ঙৌই, রাং চাউই, শগোল মায়তানি, য়েংবদা মুঙাই. ঙংঙ্‌ানবা নোংজাবীগী থক্তোরকপা মঙালনা য়ৈবদা হেন্না ফজরি, কুচুমু ইনৌ নৌথোক্লি।

হৈথরক্লিবা ঈশিংতু খুজোক্লা ইয়া য়াদে, মথুক্তমক্ হাম্‌দোক্লি। তাক্লিবা ঈশিংতুনা য়ুংলিবা টৌটি মখেংঙ্‌দগী চেক্লা হুইথনা চক্লক্লিবা পাকাতুগী, মতুগী অকোয়বদা চক্লিবা চেক্কী পল্লিগী মরক্তা ইকোয়-কোয়না ফুটখায়মুক্ পাক্লা লৈরিবা নালাদা তাক্লি। অরাংলোম্‌দা অমুক্ চেম্বখিত্নুনা, চেক্কী পল্লিগী অহোবা অমদা চঙক্লি। অতুনা অমুক্ অরাংগী লৈপল্ ময়াগী খোংবান্দা তাক্লি।

অয়ুক্‌মু-তা-বান্দুনা থারে, তা-বান্দুনা-থারে ঙসাইগী নুপীনচা মরু কোক্‌গীত্নুনা খুরাক্ খুবক্‌ই। ময়ামমু য়েংনৈ।

মীয়ায় চল্লবা অহল অমা নোংচুপলোমদগী লাকুই। অঙাং অহল্লা মুক্লা শামক্নমদগী হৌগংলকই। মথুং অনীনা লৈবাক্ শোক্লগা অহলতুদা খুরুম্নরিবাতুমু উই। শ্যাম্‌কুমার, খুজোক্ অনীদং ঈশিং মথক্‌ই-ওক চরে-হায়রকই।

লৈশাবী অমনা-হন্দক্‌ য়াওনঙ্‌শী, বান্ধাইপাংবীয়ো, তাদা।

পাংজগে কৈদৌগে। পুংদা লুপা অমা, তরা চোংস্নিকো, মুং-থিল পুং ১ দগী মুমিদাং পুং ১০ ফাওবা। কয়ানি চন্‌বদা?

নীনি চন্‌বদা, তাদা! ইচে তমুবীখোয়গী মুমাঙ্‌দা।

অনীরক্‌ পাংজগে। ময়াম্না থিবীগম্রা, ঐবু থিজরকউ, হায়ব্রা?

মুমিতুদা রাইবীরকউ, পুম্নু পুদীবকও তাদা।

ফনি, ফনি, —হায়রগা, গুমাই মথৈ অঙৌবা রুমাল অমনা তৈথোক্লম্বা মখুৎ লোইরহুনা ফুরিৎ খাউদা হাপচিনব্রে। মুম্নতী খোয়দা কল্লপ কল্লপ য়েংঙ্কে মুমতীদি নোংপোক্লোমদা গম্ভীরনা লাক্লিবহু মুম্‌ য়েংলি।

শ্যামকুমার নোংপোক্‌লোমদা মমায় হেক্‌ ওন্‌থি। লৈশাবী অমনা-ফনা ফজরিবা, মঙ্গল ওইবীয়ু তাদা।

নোক্‌ফেৎ তৌনা য়েংলম্নগা অহুম্‌ হাইগৎব্রে। শেন্‌গুপ্তগী পারবা কিশু তানা শুরবা ঙৌরবা কৈজোম্নি, খুম্নিং থুম্না জোন্-জোন্‌ শেংলি কুপ্পানা য়েংকী ফুরিৎখাউদা য়েপ্‌শিল্লি। কাপ-লংনা থারবা শউনগী অহন্‌বা খুনীংফাবী খোংউপনি। চৎপদা মখোল গে-গে লাউরি। মহুগা তান্-চানা মখোঙ্‌ তপ্পা-তপ্পা থাংলহুনা, ঈপোম্‌ নাইনা হাইগৎখ্রি!

মুম্নতীনা খুজাইহু ফেংলগা চঙ্লকপদা মচে ফজবীনা মাবুল অনীমক্‌ ঈশিং য়ারহুনা জোথোক্লম্রে। খুজাই চাম্‌থোকুনা মপুদা পীরম্নগা মচীন্‌ মনাওনা থোরকপদা, গম্ভীর লাক্‌পগা মপা চান্নরুই। তুংথং, মাঙ্‌থং অহুম্‌ চৎমিম্নরি।

মুংশিনরিবা পাখং-লৈশাবী অনীমক্‌ ওসিদি মঙ্‌ফাওনব্রে।

রাশি লৈরমথ্রবা গম্ভীরনি, হৌজিক্তি মমায় চাম্‌লেদো, লোই-রেদো-মৌনহা অমনা মমাম্নবী অমদা শোন্‌বোই লাক্‌পোই, মনা-কোং ময়াদা হায়রকই।

লাইরিক্ ফৈ, বৃত্তিদা ফংঙি, ফৈনা-মমান্নবী অহূনা ওরককই।

মমাঙ্থানা লাক্পা গম্ভীরনা অহল অহূ থেংনবদা—ওজাবু-হায়-রগা মখুৎ লৈবাক্ শোক্না খুরুম্মী।

ইবুঙো, ইবুঙো—নোম্ব্রগা ওজাহূস্ু ওক্ই। মখা অমুক্ তারকই—ইবুঙোবু, হন্দক্ মেত্রিক্ থাদৌ নত্রা? কদাই চৎলুরিবা?

থাজনি ওজা, প্রাইভেং তম্জরুবনি—ওহাক্ লেপ্পগা, ব্রারী শানরি।

পোজিসন্দি কম্দৌরি, অনীশুবহূ অহুম্ ওইরিদনা?

অহোই, ওজা।

ফৈ-ফৈ, কন্না হোংনৌ।

অহল অসি উচ্চ প্রাইমারি স্কুল অমগী ওজানি। গম্ভীরবু তশ্বীরকপনি। ক্লাস ফোরগী পরীক্ষাদা অনীশুবা পোজীসন্দা লাক্খি। বৃত্তি ফংঙি। ওজা মমাঙ্লোম্দা হাইগৎখ্রে। গম্ভীরবু ঙাইনা-ঙাইনা চৎলম্বী মচীন্ মনাওগা থেংনৈ। শুমতীনা—"তায়ায়, কম্দৌরি? নুঙাইরিনিনকো?" —অঙাং ময়াম ইলাং লাংঙি।

গম্ভীর ফজবীদা ফল্লপ য়েংলকই। মিৎচানরুরবী ফজবীস্ু মমিৎ হেক্ তুথৈ।

মুক্রা শান্নরিবা মপাহূ য়ৌরকই। লাওমন্দুনা গম্ভীর ভাব তাহৌদে। ওহাক্ য়েংবোই লাক্পোই লকক্ ভৌনৈ। মীনা মরোল-মরোল কোইশিন্খিবনা উদে। হেন্দোক্লুনা লাক্লে। কুইদে অরাং পাংনা চংখিবা লৈরক্ মপা য়ৌরক্পদা নুপামচা মরীনা ব্রাশাং অমা মনা—ও, মশা—ও, য়াওবহূ পুরগা চেল্লকই, 'মপু তান্নরক্লে, মপু তান্নরক্লে'—নুপা মচা অমনা লাউরকই।

শোরোক্তা উফুল ব্রা-ব্রা হৌনা চিংহূনা নোংচুপ, পাংনা অহূম্ চেন্খ্রে।

লৈরক্তু ইচীক্ চীকই, মী অমত্তা চত্রে। সুমতীনা ময়ায় থং-লগা মখোয় অহুম্ চঙ্মিন্নরক্লে।

তাঙ্গা অতুগী খুদোংচাবা লৌরহুনা তুং-মাংদু য়েংলল্লগা সুমতীনা—

'তায়ায়, ইচে তমুবী খোয়দা থাবল চোংমিন্নসি। তৌবতদি য়াম্না চেকশিন্না।'

'সুমতী, অহুনি ঐনা খনফম্ খঙ্দ্রিসি। খল্লু-খল্লু খুদিং হেন্না-হেন্না লংলা লংজিন্ পুন্শিল্লকই, চময়্‌রক্ই। ঐ অসে পাল্লবা ঈশিং ঈয়ায় অমদা নাইতোম্ হীদোম্ তারবা হী অমা, সুংশিংনা হুম্বদা কণ্ডাওননা তাউথখিবতুগা পাংখক্ ওইরবনি।'

'কুইনা উনমনখিদ্রে অতুননি তায়ায়'—ফজবীনা ওক্লকই।

'ফজবী, ঐনা লৈরক্ অসিদা চংলিবা অতুক্, নহাক্কী বদনাম্ অমদি পাউথোক্পা হেল্লকই। অতুনি য়াম্না রারিসি।'

'অতুনা কৈদৌবা, বদনাম্ লৈসনু পাউথোক্সনু। ঐনা ইকাই-বীদ্রগা লোইরে।'

য়ারোই ফজবী, 'নোংহেক্ ভানবগা হেন্না-হেন্না রাথোক্ চাউবা হেল্লক্কনি। পাজি দামুনা ঐখোয়দা লাতুনা ঐবু খ্বাইদৈ থীবা রাহৈ কয়ানা চৈরনি। ইমাগা পাজীগনা পাংশিল্লক্কনি, কোক হেন্না শারক-কনি। হেন্না লাইরিক্ পাবা য়ারোই। হেন্না লৈকাই হরাউরোইদ্রেনে?

'ঐনা নতুংদা লেপ্লিবা মক্তদা'—ফজবীনা পাংশিল্লকই।

'উম্, অতুমক্তদা। লংলা লংজিন্ অগা হায়গে মুন্না তাও। পরিক্ষা থাবা হেক্ লোইবগা, গাড়ী থৌবা তমগনি। ইনাক্খুনবা ড্রাইভর অমা ওইনবা হোংনগনি। করিগুম্বা মখা তমথবা তারগা, চহী মরী চঙ্নি। তলব চাবা থবক্ অমা তৌনি। মতম অতুদা পাজী দামু মায়োক্লগে। নঙনা লেঙদনা লৈগদবনিনা, ঐ কিদে।'

পাউখুম পীফম খঙদ্রবী ফজবী মখোয়গী কোম্হোঙ ময়ামক্তদা তূমিন লেপ্তুনা লৈখ্রে। সুমতীসু তূমিন লেপ্তুনা মচেদা অমুক তয়ায়দা অমুক য়েংহুনা লৈরি।

তূমিন লৈবহু হৈনরক্রুমাল্লে, ফজবী, খোঙবীনা মথন্নতা লৈমায়দা ময়ি ময়ি য়েকপা হৌরক্লে।

পাউখুমতা ঙাঙ্গৈরম্বা গম্ভীরসু স্মর খজিক শাংনা হোন্দোক্লগা—ফরে ফজবী, চঙহৌরোকো? ফজবী হেন্না নুংবংনখরে।

গম্ভীর লংজম্‌গী হিগোক্কী হাফ-পেন্ট অমা উপ্লকই. ইত্‌ৎ-তৎলে, লং খজিক খজিক্ মকম্ খর-খরদা য়াম্থরি। ফুরিৎ অঙৌবা অমা লিৎলি, মতুসু য়েংথংবা নঙ্গন্দা শেগায়রহুনা, য়েতুম্মা কূপা কুঙ্‌না ফোংপহুসু মুন্না য়েংশিল্লগদি উবা ফংলি। মখোঙ্‌দা ফিগী খোংঙ্‌প্ অমগা হিগোক্কী মোজা অমগা উপ্লি। নীংথিনা শু-চাম্বগী হৌনবা পাখং অসিগী ফিজোল অসি য়েংবদা অতুম্ ময়ারি।

শেগাদা-শাইরুক অম্‌মম্ য়েপ্লগা কৈথেল কারকপী হনুবী অনীগা থেংনৈ, লৈশাবী অনীদা মুন্না য়েংলগা—পুপ-পুপ লাউরদনা কয়াদা ফজরিগেসে, লৈশাবীনি-মৌনি খঙ্‌ত্রেদকো।

অঙাং অনীখক লৈরক অতুদগী পরপ্ পরপ্ চেল্লকই—লৈশাবী নত্তে মৌনহানি, মৌনহা নত্তে লৈশাবীনি,— লাউরম্নগা মুক্না-শান্নফম্‌লোম্‌দা চেনশিন্‌খ্রে।

হৌখিবা চহিদা গম্ভীরনা ক্লাস নাইন্দা তম্লিঙৈ, মখোয় ছাত্র তরুকখক্ মণিবাবুনা লুচাংলগা বড় সাহেবকীদা—'সরস্বতী'—পূজাগী শেল খায়বা চৎলুই, লুপা ১০ খক্ পীরকই। মথংদা স্না-কোন্নুংদা মহারাজগী স্না-আফিস্তা চৎলুই, লুপা ৫০ খক্ পীরকই। সরস্বতী পূজা-শীন্‌বা ওজাদা লুপা নিফু পীশিল্লন্নগা মখোয় তরুক্না অরেম্বহু য়েন্নখি। অম্‌মন্‌দা লুপা ৫ থুংনখি। শেন্‌ফম্‌হুদগী লুপা ২॥০ পীবা

ফিগী খোঙ্উপ অমগা হিগোক্কী মোজা অমগা লৈখি। চেক্শিন্না শিজিন্নবদগী ওসি ফাওবা ইক-ফনা শিজিন্নরি। য়ুম্দা লৈবা মতমদা করিমত্তা তোংদে। লমজাও ফাওবা থোরকপা মতমদা মাগী পৈশা ১ ( অনী ) পীত্নুনা লৈবা উগী খুরুমছু তোংঙি। স্কুল কারকপতদা ফিগী খোংউপ্তু উপ্ই।

অঙাং ওইরিবৈ কুচুদং থজিক্ মুদং তৌরগনু, মায়থোঙ্ মথৈদি নুংশিবা গম্ভীরনি। মরায়বক্ থিবদগী ক্লাস সেভেন্দ তম্লিবৈ লাইজাও খোকখি। লাইজাউ নত্রগা ভুগতিনা নাক্লবা মীনা হিংবা তারবদি, চেং লৈবননি। অরুম ভুগতি, লাইজাউনা নাবদগী হিংলক্পা মীওই-শিংদা, লাইথৈ অমমম্দি শোয়দনা মপীরে। গম্ভীরগী মমায় থিনা চামগে।

অঙাং ওইরিবৈদগী মচীন্-মনাউগা লোন্দিন্নরকপা গম্ভীর, হৌজিক্ ফাওবা অতুম লোন্দিন্নরি।

গভীরনা নাদ্রিবৈ, নোংমা শজিবু চেরাওবা সুমিত্তা লম্বীদা য়াম্না কনবা নোংলৈ নুংশিং অমা থেংনখি। অঙাওবা নোংলৈ নুংশিংলক্না নুংশিনরিবা পাখং লৈশাবী অনীনা, কোন্শিন্মিন্নরগা—চৌনসি-চৈনসি রাশক্লখি।

—:( ০ ):—

২

নুপীতগী ওইবা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলনি। নোংমগী চারা তান্বা লাক্চবী নুপী খুদিংমক্পু কৈথেল্ লাইরেম্বীনা থৌজানবী। ইমা-ইবেলশিংনসু কারকপদসু কুমখিবদসু লাইরেম্বীবু চেংনা থাগোইজে। ঙমজবা হৈকৎ-লৈকৎ, কবোক্-হৈবোক্ লাইরেম্বীগী খুবম্দা হেক্-হেক্ তমজে। মসিদা নত্রি, কৈথেলসিদা লৈরিবা মবুদ্ধি চোইরবা-চোইরবীশিং ফাওবা লাইরেম্বীনা য়োক্পীরি।

লাইরেম্বীগী খুবম্ অসি উরিপোক্কী মহারাণী-থোং হেক্ লান-থোক্পগা ওইরোম্দা হৌরিবা, খোংনাং অচৌবা পাম্বীতুগী মখোঙ্দা হীদাক্পু, হীদাক্পু-মখোঙ্ খুরুম-বলুর, খুরুম, খুং য়োল্লিবা মফম-তুদগী অরাংতুকান্ লোম্দা চৎথ্রিবা শোরোক্কগী মরক্তা নালা অচৌবা (খোংবান্) মপান্দা পরেং শানা ফম্লিবা পোছারী পরেংতুগী অরাংদা, নালা রাংমদা লৈ। হীদাকপু য়োন্ফম্ মনাক্কী অমদি পোছারী পরেংসিগী ময়ায়দা ঙায়োনকল্লোমদা চঙ্খিবা উকু-লম্বী. অনীগী মরক্তা বোরোই পাম্বী অচৌবা অনী হৌরি। বোরোই পাম্বী অনী-সিগী কারক্তা লাইরেম্বা-লাইরেম্বীগী খুবম্ লৈ। নুংগী মুত্তি ঙাক্লি। থাকল্ খল্লি, কুম্-খুদিংগী ফিরোই ফিঙাম্ হোংঙি। লাইরেম্বীনা করিগুম্বা অহিং অথেংবদা কপ্লক্পা তারবদি লৈবাক্ অসিদা অরা-অনা নংঙি হায়নৈ।

গম্ভীর মমা কোয়েৎ মচা য়োল্লম্লগা ঙন্না কৈথেল কুমথ্রে। কারক-পদা অমদি কুম্লমদাইদা লাইরেম্বীবু থাগোইজে। হংচিৎ অমুক্ কো-য়েৎ-মচা-অহুম য়োনগনি, মতুগী তোম্বীগা মমা-মচা মৈচাং অমদা কন্না-থবক নোম্নি, ফি শান্নি।

থুমিং অসিগী থুমিদাং অথেংবনি, পুং ১০ রোম্ তারে, গোকুল মহাক্কী একাগাড়ী অমন্‌বদুদা, লং উপু অনী য়ান্‌শিল্লগা, ওইনা লা-লাকোন্ অমা পায়রদুনা তুকান্দগী কুম্লকই। মাঙ্গোলদা মচাম্নুপী তোম্বীনা ইয়োংদা ফি শারি, মমানা মথাদা লংচাক্ চাক্লি। গোকুলনা গাড়ীদু দারীদা ঙাশিল্লগা, লা মকোলদু মাঙ্গোলদা থম্মী। মদু উৰদা তোম্বীনা—

কয়াগীনো পাজি, খাবক্‌-মঙাসিদি ?

পৈশা অনীগীনি, লৈখ্রো হায়মন্‌থ্রদুনা লৈরকপনি।

ওইজে, ইমানা লৈরকপদু অনী মতেক্কীনি। তোম্বীনা মথা তারকই।

কুম্মম্‌দাই ওইবননি — মমানা ওক্লকই।

গোকুলনা লং উপু অনীদু থাংথরকপদা তোম্বী মমানা—অশংবা খন্‌বীরা মখোয় পাজি ?

উম্, খুল্লগা, লং অমুবা হারৈ খরা রুমালনা য়োম্লগা পুরকপদুম্নু থম্মী — ফি কক্কদৌরিব্রা ? গোকুলনা হংলকই।

উম্, — অদুগী তামচানা চাক্ থোংঙি। তোম্বীনা খুম্মকই। মথা খংতা তারকই —

কোয়েং-মচা অরাংবনিনে ? তরা-তরেৎ হানবী উপু অনী, ফি ১৭ কী। ফি অমা চোংথোক্কনি ফরেদা।

মহাবীর বাবুনা ঙাংনবীবনি, চাতুরি বাবুদু অদুম য়াহৌরে। কয়াদি তোংনি ? হারৈদা শিকি অনা পারকপনি ?

হারৈ অনীগী শিকি অহুম, হারৈ অনী চঙ্‌কাক্তে, ফি তরাতরেৎ— তোম্বীনা ঙাংবা লোইহ্রিডৈ মমানা—

শুবা-চাম্বা, চনাং-থাবা, কোনয়ায়-তক্‌পা, ফি অমদা শিকি অহুম, প্‌ল্লা লুপা কুনগা শিকি। মমানা পাংশিল্লকই।

ঙরাংদি কয়া তোংঙি?

শিকি অহুম অনা। কৈথেল লাইরেম্বীবু চেংনা থাগোঞ্জবগী মতীক অহুম কান্নহন্‌বী।

অনা অমা, (পৈশা মরী চৎপী অমি) হেঙ্গৎলিদনা?

গম্ভীরবু পোক্‌পা অহল গোকুল, মহাবীর জৈন্‌গী তুকান্দা ফি য়োন্‌বা য়াওরি। থাদা লুপা ১০, ফংঙি। লুপা ৫, দগী হৌগৎলক্‌-পনি, চহি তরা (১০) হেল্লে, হৌজিক্‌ তরা-তরা পীরি। লৈবা লাক্‌পা মীনা য়েংনীংবা ফি মখৈ লৌথহুনা, তিংথোক্লুনা য়েংহন্‌বা, মমল তীক্লবা, গজ্‌ শন্দুনা য়োন্‌বা, ককপা, পীবা, শেল্‌ লৌশিল্লগা মহাজন্দা পীবা অসিনা মহাক্কী মখোনি। নুমিদাংবাইরম্‌, পুং ৪ রোম্‌ তারক্লে, মীনা ক্লক্‌-ক্লক্‌ ইন্ননা ফি লৈরিবৈ, গম্ভীর মহাক্কী মরুপ্‌ মণিবাবুগা লোয়ননা, অপোক্‌পা মপাগা উনবা লাক্‌ই। গম্ভীর লাক্‌পা উবদা মহাবীর জৈন্না—

ইবুঙো গম্ভীর সোন্‌দা লাউ, ইপাগা রা ঙাঙ্‌নসি।

গম্ভীরগা মণিবাবুগা চঙ্‌শিল্লকই, অতুগা গাড়িগী মচিদা ফম্‌থনৈ ছাত্র অনীনক্‌ টেস্ট পরিক্ষা হায়দোক্‌পগী অন্সর পেপর পায়নরকুই। মহাবীর জৈন্না—

করিগীনো, কবি হায়গদবা লৈ হায়য়ু।

মতমসিদা গোকুলনা শেল পীশিল্লকই।

শিকি অমা হন্‌গদবা। —হায়রকই।

ওজা অমুক্তা— হায়রম্মগা শেল লৌশিল্লী।

মশিং থিরি/বাক্সিদা হাপ্‌চিল্লি, অচোইবা হনখি।

মনাক্তা ফম্লিবা ওজা দাসনা— ঐঙোন্দা হায়য়ু, ইবুংঙো।

লাইরিক লৈবগী শেল লৌজগে লাক্‌পনি, ওজা— গম্ভীরনা থুম্মী।

পরিক্ষাগী চেহ্ য়েংগে পীরকউ—মহাবীর জৈন্না চেহ্ লৌশিল্লগা ফংলিবা নম্বরশিংহ্ য়েংঙি অতুগা ওজাদা— য়েংবীয়ু ওজা— পীশিল্লকই। মথা তারকৃই। পীদা য়াদবনি ওজা, কয়া পীদগে য়েংবীয়ু।

গোকুলনা অমুক্সু শেল পীশিল্লকুনা মহাবীরনা অচোইবা হান্দোকখ্রি।

ফংলিবা নম্বর য়েংবতা নত্তে, মনুংদসু ফাক্কোক্লগা য়েংলগা ওজানা করি লাইরিক্কো লৈদৌরিদি।

টেস্ত পেপরসিগী মমলনা মণিবাবুদা পীখিদৌনি,

চে দিস্তা ৫ দগা লৈজগে ওজা। অঙ্ক ময়ামসি হোৎনবা।

ফাস্ট মার্কনি ওজা ঐখোয় ক্লাসতা। হিস্তিরী, জিওগ্রাফীসু ...দি—মনিবাবুনা পাংশিল্লকই। প্রতিভাগী কাকানি হায়বা খঙ্ডি।

পীদা য়াদবনি ওজা, মখোয় ক্লাসতা মথংনি—মহাবীরসু পাংশিল্লকই।

লাইরিক য়াওদনা তম্লিবা?

ঐগী রায়বনি ওজা. সুরেসনসু রাইরকই। মনাওনি — মনিবাবুনা হায়রকই।

রাংলিবা লাইরিক মখৈ লৈশিল্লো, চে দিস্তা অনীগা হেল্হল্লু, বেনর্জিগী নোটতুগা লৈশিল্লু। ঐগা ইংরেজি হোৎনসি। ইবুংওগী পরিক্ষা ...ক্ লোইবগা, ঐখোয় প্রতিভাগা অঙ্ক হোৎনিন্নদৌবা য়ানিনা?

য়ানি ওজা।

দাদা লুপা ১১ পীবীখো।

মুমিদাংনি, গোকুলগী যুম্মি। ফমাংদা থারিবা ফক্কা মোন্ অমা খাড়্লগা মখ্বাং য়াইহিরি। ম্বাংমদা মাগী মুপীনা চাওখোং পান্বীগা, শম্বী অকংখগা শিং য়াঙ্‌হুনা, খোংহাম্বুলদা, ঈশিং লুম্মি। হিদাক হাল্লগা

শম্বিগী মৈতাল্ অচাকপা ঙাম্বক্তা হাপচিল্লে, চেগপা অমুক্ নম্‌শিল্লি, অহুগা হিদাক্‌পুদা পান্‌শিল্লি।

মমানা—মাই পাজি, ঙাম্বক্ পাল্লে।

উম্— হায়রম্নগা তোংজৈ প্রোক্-প্রোক্ চিংলকই। অহুগা রাখল-গী ঈপাক্তা সুম্ তাওহুনা লৈরি।

গন্ধারগী পাউসিবু ইফং-ফংবা ঙম্‌দ্রেবকো, পাজি ?

মোরে চংপদা পাউ চেন্‌খ্রি, লাক্তি।

কবোদা মী লৈবা য়াদ্রে. লোইনা তান্থোক্লে হায়নৈনে কৈথেলদা ঙসি।

গম্ভীরনা লৌখ্রিসি, লুপা ১৭ শিকি অহুমনি ফিরোলগা য়াওনা—রাফৈ অমরোমদা ফৈনা খুম্লম্মকই।

করিগী অহুক্ য়াম্বদি ?

অরাৎপা লাইরিক্ মখে লোইনা লৈনবনি।

পাখং অহুম্‌গী ফিরোলসু।

পাজিগী তলব্‌তগী কক্কদবা ?

কক্লরোই। অহলগা ওইশিল্লকপনে, পাখং অহুম্‌গী মতৌসিদা নুঙাইত্রমাল্লে। গম্ভীরসে বাবুনসু ওজা দাসনসু ইনুং-হেক মুংশি।

মহু থওঈনা তারুদ্রে, মমানা মখা তারকই—

মহৌশাদি গন্ধারহু শেল খর খর থারক্লম্মী, হৌজিক্তি মরা মপাঙ ফাওবা তাখিদ্রে।

বর্ম্মাসি খরা লাংঙ, অহুননি।

লৈরম্মবদি ফৈদকো, নত্রবদি মাঙ্‌ঙেদকো, মায় পাজি।

নুংশা থিরুনু, করি তৌরম্মোই।

মচানুপী তোম্বীনা মুম্ কোইরি, সুরেসনা থাওনম্ পাম্বী, চাওখোং পাম্বী, শম্বি লম্ফেলদগী কোক্‌থোং-থোক্‌থোং খুল্লুই। অয়ুক্ য়েন্দা




অহান্ বদা চীংদা চত্তুনা শীং চল্লুই, রাত্তুনবা শীল্লি। গম্ভীরনা পরীক্ষা খজিক্তা ঙাইশিল্লক্লকুনা মখোয় অনীগীনি হয়িদুনা অরাংলোমদা তপথ-রিবা লাইরিক্‌শঙ্ অহুদা লাইরিক্ পারি। লাইরিক্তা পুনশ্কুনা লৈরবতুদা পাবদং নংহৈনবা হোৎনরি। মচান্নুপা অহল গন্ধারশিংনা চহি ২৩ শু-রক্‌পদা বর্মাদা লৈত্তা-লাইরা থিবা চৎখিবনি। মরা মপাউ তাখিদবা কুইরক্লে। মহাক্না চৎলমদাই মমা মপা, মচীন্ মনাও পুন্নমক কপ্‌নখি।

মৈতৈ মচা কয়া লৈত-লায়রা থিবা. তান্‌বা লংফৈদা চৎনৈ। চৎলমদাইদা ইমুংগী মী পূন্নমক্ কপ্পরগা কায়নবা ঙাক্লি। তোংজৈ মরীলদা খোঙ্‌না চৎখিবা কাংবুনা আসামী নিঙোল অমদি, চীংগী নিঙোল লৌহুনা, খুন্দা লৈত্তাহুনা লৈনখিবা ঙাক্লি। মরমদি চথোক্-চশিন্দা, থেংনবা থুদোংখিবা ময়ামহু কিনবদগীনি। লৌদ্রাঙবী, কৈ অমদি শামু কোল্লুপ্-কোল্লুপ্ চৎপা থেংনবা তোয়না থোকুই। গন্ধা-রমক্ অমনি। বৃন্দাবন্ চৎপা থা ৩ চঙ্‌ডি। চেং-লৈহুনা হল্লকপা নীঙইশিং মশাক্ মচু পূমঙন্ ওল্লকপা ঙাক্লি।

হলঙ্কার মতুং থাবল চোংবা, লাইমা-মকস্থু খংনিদা হনুবীশিংনা মুরুম-মুরুম শোনৈ। অয়ুক ঙন্তা মল্লি-মল্লিবদা, খুত্তা লৈগী য়েন্দাই মচা অমা য়াল্লগা, গোবিন্দগী মঙ্গলার্তি, নংনবা চেল্লিবা লৈকাইগী হনুবী অমনদি—লৈবাক্কী মীকোন্ থাগোন্‌বা লোইখ্রে, হৌজিক থাবল চোংবসিননি, শিফম-নাফম্ খংলোইদৌরি — মথৌমক্ ওইনা চৈরি, মথৌমক ওইনা শাউরি।

হলঙ্কার মতুং নিনী কোন্‌বনি, তমুবীখোয়দা ঙসি থাবল চোংলি। মেত্রিক্ পরীক্ষাগা লোইখিবগা ছাত্রশিং মথুম মরাং হৌনরি।

ঋমিদাং ওইরক্লে। ঋুংথিলদগী চোংখৎলক্লবা থাবলনি। মফম অসিমক্তদনি চোংলিবস্থু। স্থমাঙ্‌দা নত্তে, লৈরক্ ফাওবা মীনা ক্লক্-ক্লক্ ইনৈ। তমুবীখোয়গী য়ুম্‌দগী য়ুম্লোন্ অহুমদং চৎলগা, দামু খোয়গী য়ুম্ লৈ। কুল্লগা হৌনরগা গম্ভীরস্থু থাবল চোংবা য়েংবা লাকই। মরূপ

অনী অসি শোরোক্লোম্দগী চঙওকই। মুপীমচা শিংদা নত্তে, মৌশিংসু কাঙবু-কাঙবু হৌনা হৌনহুনা লাক্ই। টোর্চলাইট কাপ্-কাপ্তুনা চৎনবসু য়াওরি। মুপামচা খরনা ময়ামতু থৈদোক্ থৈদোক্তুনা হেঙ্গৎলগা চেন্বোই লাক্পোই চৎখি। হেঙ্গৎলগা চৎখিবতা নত্তে, লাউসু লাউরম্মী—মৌ বেত্রি পায়গন্বী, লৈশাবী টোকিজ য়েংগন্বী, খ্বাইর-ম্বন্দ থোংখোঙ্ মীরেপ্পা, কুরাও মপাল্ (অঙাংবা) লাক্ই খ্বাই।

মী য়াম্মনখিবনা চোংবা য়াদ্রে, খুজেং পায়নরিবা পাখং-লৈশাবী-শিংতু তপ্পা-তপ্পা সুম্ সুমাঙ্ অকোয়বতুদা চৎলি। করি-করি ৱারীনো পংশাদ-দা-শান্বগুম্ তৌই। গম্ভীর অমদি কুল্লা পাখং অনীসু কো-ম্থোঙদগী চঙ্লক্ফম্ লঙ্গী ময়াদা লেপ্পগা চোংবা য়াওরিবা মীয়ামতু সুম্ য়েংলি। কুল্লাগী মনাকোং-ময়াদা লোন্না—মা য়াওরে, শ্যাম্কুমারনা পায়রি বাবু—গম্ভীরনা হায়রকই।'

উদ্রিনে বাবু, কদায়নো?

মখুৎ খিল্লগা কুল্লাদা তাক্লি। মরুপ্ অনীমক্ মখোয়গী মপা য়োরকপা ফাওবা লেপ্তুনা য়েংলি। শ্যাম্কুমারনা য়াম্না থৱাই য়াওনা পায়রতুনা মখোয় অনী তুং-থং মাঙ-থং লাক্লে। মপা হেক্ য়োরকপদা গম্ভীরনা চৎলসি বাবু! লেংঙসি—অসি হায়রম্লগা মরুপ্ অনী অসি তুং-থং মাঙ্ থং, অতুম্ থোকগ্রে। মেত্রিকী পরীক্ষা লোইশ্রবা গম্ভীর, ঙসি থাবল চোংবা য়েংবা লাক্লি। অতুবু পরিক্ষা লোইখিবগী মুঙাইবতুদি মপুং ফাখিদ্রে।

কুল্লা ইয়োর হায়স্কুলদা তম্বনি। হন্দক্ গম্ভীরগা মেত্রিক্ পরীক্ষা থামিন্নগদবদা, টেস্টতা ফেল ওইতুনা লৈহৌরে।

মুমিদাংনি। সুরেস, মচন্ মুপীগা মখোয়গী চাখুম্ মাঙ্দা থৎনরি। ঙাতোন্-শেম্না শেম্না ফুক্ হৌগৎলগা সুরেসনা কৌটাদগী চেং খরা মচন্ মুপীনা চাম্লিবতুদা হৈজিল্লি।

মহুদা মচন্ নুপীনা—

য়াম্মনখ্রে, লেম্মনিদো—।

লেম্মোই, চাক্ লাম্মে, য়াম্না চাদৌরিনি। —ঙা অমুক্ শেমথখ্রে। ঙহাক্ লৈরগা—ঙা থোংবনে, ময়ামস্সু য়াম্না চাননি।

মচন-নুপীস্সু চেং-চাম্বা লোইরবুনা চেং শুজিন্খ্রে, অদুগা—

ঙা য়াম্মী, ২৫ দং শেম্বীয়ু তামচা--হায়রম্লগা উচান্ থারিবা থাউমৈ মখোঙ্দা উচান্ অখায়বা মচা অনী হাপ্চিল্লি।

য়াম্মোই, য়াম্মোই, তান্ চাদনা লীক্অদনা?

মতম অসিদা গম্ভীর হঙ্গিল্লকই। ফৈজোম্ ফুরিৎ থম্লগা খুদৈ মঙ্গ্নবদু হোংদোক্লি, অয়ুক্ নুংদাং লিৎনবা ফুরিৎ শেগায়বদু লিৎশিল্লি। মচন্-নুপীনা—তায়ায়, তামচানা ঙা লোইনা শেমদৌরে—লাওরকই।

সুরেস, মচন্ নুপীদা খানা য়েংঙি। গম্ভীরনা চঙ্শিল্লরুগা—করি ঙানো, কয়াগীনো?

ঙাতোন্, পৈশা অমগী ৩২—সুরেসনা খুমলকই কয়া শেম্মে, ২৫দং শেম্মু।

২৬—সুরেসনা খুম্মকই।

তোম্বী, ৬ তু য়াইশিল্লু, মোনশাওবীগা থোংনবা হয়েং। মাগী ৬ হাপ্লিয়ু।

অশেম্বস্সু শেমদবস্সু তোম্বীনা পুল্লপ্ চিংশিন্খ্রে। গম্ভীরনা নখা তারকই—ইমাদগী পৈশা কয়া লৌরক্ইবা, করি-করি লৈগ্রবা?

পৈশা ৭। মরি মতেক্কী চেং-মেরুক্ অনী চখেৎপী রাল্লকই, থাও উতোংসিনা মতেক্কী, মরোই-মরাং পাই অমা।

পাই অমদি?

ঐগী শেমফুদা—সুরেসনা খুম্মী। অদুগা থাল্লিবা উচান্গী

থাউমৈ মখোঙদা, উচান্ মচেৎ অনিখক্ অমুক্ হাপ্‌চিল্লি।

লোইনা চাথোক্‌পা য়াব্রাও? মাঠাদি ইয়াও য়াঙদ্রহুনা, চখোম্ অমা-অনী ৱাৎপনা শিরোই, খাক্‌চিন্ তূংশিল্লবদি, নোংমা ফাদোক্ চাননিনা—গম্ভীর চৎখ্রে। চৎনা চৎনা।

ফি শুরিনি হায়য়ে, ইমোৎ হেক্ মোৎলদনা।

অহুনরা তায়ায়, ওন্না হল্লকইবসে, শম্হি তাললগা অমুক্ শুরগে।

ফি শুবদি হৈতনা— শাউনা হায়রম্লগা — গম্ভীর অহুম্ থোক্‌খ্রে।

শ্যামকুমারনা ফজবী শেম্বীবগীদমক্ মচে, মৌহল্লহুনা লৈবী তমুবীগী য়ুম্‌দা য়াম্না তোয়দা লাক্‌ই। লিকোল্ শান্নবদা মীনা য়েং-বদা নুঙাইনবা য়ুম্ শেম্‌জিন্‌বী থাবল চোংবদা নুঙাইনবা সুমাঙ্ শেম্‌জিন্‌বী।

সুমৎ্রী মচেনা ময়ুম্‌দা মথরাই ইদ্রুং নুঙাইতনা লৈবগী মরম্ মমা খঙ্‌খি। ৱাফম অসি কুইনা নম্‌শিন্দুনা' থম্বা য়াবক্রে, মপাগী নাকোং য়ৌরক্লে। ৱারী ৱাখোঙ্, পুম্বসি তাবদা শাওরবা দামু অমুক ঙম্ভা কুল্লখোয়দা লাক্‌ই, লৈরক্ মচা অমতনা খললগা লৈবনি নক্লে।

দামুনা — কুল্লা হায়বা য়োংশক্কু লৈব্রা? —হংলৈ।

পাজি, শীং চন্‌বা চৎখি লৈতে — সুমাঙদা ফৌরা মরী থারগা মৈতৈ মনা ময়াং মনা, খোংজাই মনা শন্দোক্না ফৌরিবী মচেহুনা খুম্নকই।

করিনো, নখোয় ইমুংনা তৌব্রিসে? লৈকাই লৈশাবী অমত্তা হৌরকপা য়ারোইদৌরি, নখোয়না শেম্-শেমহুনা থাজদৌরেনে।

কৈদৌরগেনে, পাজি?

মমা হায়রা পেরুক-য়েল্লাং য়োন্‌বী, মপা হায়রা-মীগী তুকা

য়াওবা, শক্তাথি, মায়জাম্বা মঙোন্দবু, ঐগী ইচা থাজগদ্রাও। ইচা চিত্রাবোংনে। করিগীনো মানা পাও পুরিবো ?

অতুদি খঙজদে পাজি, ঐখোয় হায়জগে, থিংজগে।

ড্রাইভরদা থাজখ্রে খঙলমক্তদা, করিনো নখোয়না ,তীরিসে ফৈ, মা লাক্‌খিসন্নু, ফুখিনি।

দামুস্নু ময়ুম্‌দা পরপ্‌-পরপ্‌ হনখ্রে। মফি মরোল হোংদোক্লগা, মাগী রেলী সাইকল্‌থু ভোংথুনা থুকান্‌ কাখ্রে।

ওসি দামু' ভুই অঙাওবগুম্‌ নুমিদাংবাইরম্‌ কোয়েৎ মচা য়োম্নরিবা মফম্‌দা চঙথুনা, গম্ভীর মমাবুস্নু চৈরুই। মমান্নবীশিংগী মমাঙ্‌দা বোন্‌ শোন্না ইকাইজনা লৈহৌই। অপোক্‌পা মপা গোকুলগদি, খর নিং-ঙাই শাংদানরকই। মহাবীর জেন্না মখোয় অনীবু খাম্‌জিল্লগা হায়-রকই।

গম্ভীরদি এমঃ এঃ ফাও তম্‌হনখিনি, নুপী খিবগী ভাপ লৈত্রি। থাজবীরুনু, বাবু।

বাবুনা তম্‌হন্‌বীদোরিবা ?

বাবু অনীমক্‌ ঐগীদি মরুপ্‌ ওাক্লি, খংনদনবা কলিকতাদা মশেল - গীমনাক্তা থম্‌থ্রগে।

মথং নুনিংকী অয়ূক্লি। দামুগী নুপী কুল্লাখোয়দা লাক্‌ই। কুল্লদি মথক্লাই ইনুং নুংঙাইতনা লৈরম্মী। দামুগী নুপীগা মখোয় অনী রারী শারী। দামু নুপীনা— নখোয়দদা লেক্তুনা চাথুনতা লৈরম্মীনি মহাক্‌। নখোয় খরা খাস্মু। নত্রবদি রা য়াম্না থোক্লা ভারে।

ইন্দোন্‌, জোনষ্টোন্‌ স্কুলগী মকোক্‌ মথং ওইবা ছাত্রসে, ছাত্রীশিংনা য়াম্না তাম্নবনি। মমান্নবীশিংগী মমাঙ্‌দা মখোয়গী মমায় ওইজে অতুগীনি। মকোক ওইরিবা বেনিবাবুগা সোমো হায়বী অমগা নুংশিনজে।

সোমোসি থাবল চোংবা, লিকোল্ শান্নবা করিমত্তা য়াওদে, বেনী বাবুনা য়াদবা।

ফজরম্মি, ইনাক্ খুনবা মচা-মশু ওইরম্মি। ফরে, নড়গী ব্রাকোইহু কান্নদে .

পরিক্ষা মনুংদগী ঐখোয়দা লাক্‌খিদ্রে। ময়ুমদম্ হৌজিক্তি হল্ল-ক্তে, গাড়ী চংপা য়াওরি, তুকান্দা লেকহল্লি হায়নে, ইনম্মা। উনরদি খামজগে— মমানা মরক্ থংলকই।

লাইথি শান্নরিঙৈ ব্রানিদা, ইন্দোন্। গম্ভীর বাবুনা আইঃ এঃ তম্বা চংলবা, ঐনা তারি ব্রাসি চুম্মি ইন্দোন্।

মথাক্ থন্না ভাংভিদা কুল্লা, শেংনা তম্মনে।

লৈমকোন্‌গী লৈশাবী অমগা মুংশিনরি, য়ান্না ফজৈ। অহুনা বীঃ এঃ তমদোরিনি হায়নিমা ইন্দোন্।

লৈশাবীনা তুকা থিবা হৌনদে, মমা-মপানা শীল্লমগনি— মচেনা পাংশিল্লকই।

কাংজন্ তা কহ্নাইগী মচানুপাহ্নু, খাবম্ লাক্‌পনা লাইরিক্ তম্বা থারিসিদি সিলেট্টা। শীল্লমগনি ইনম্মা,— মমানস্ পাংশিল্লকই।

মখোয় ইংখোলসিবু কয়া শিংকদগেনে, য়াম্মি মঙাই— করেম্ননা খুম্মকই।

কলিকতাদা বাবা মহাবীরখোয়গী তুকান্ লৈ, মহুদা থম্নগা তম-দো ওইরমাল্লে, ইন্দোন্— কুম্ননা হায়রকই। মখা অমুক্ খংতা তা-রকই। বীঃ এঃ ওইরবদি দরবার মেম্বর ওইবা য়ারে।

মাল্লি ইনম্মা, কোম্নুংগা শয়রদি ইয়া হেক য়ারে। লাইরিক্কা ফবনিনা।

ঐখোয়দি ইবেম্মা, ড্রাইভরনা পামজৈ। অহুনা থাজঞ্রবা।

কুল্লা থাঙেনবমনি, মমাগী মমিং লৈরীক কৌই। "থাঙেনবম লৈরীকী হীদাক অশুবা" ইম্ফাল সহরদা পাক্লা শন্না মমিং চৎখ্রে। ইম্ফাল সহরদা নংত্তে মৈতৈ লৈবাক্কী য়ুমথোঙ খুদিং অশুবা হীদাক থক্লবা ঙাক্লি। কনাগুম্বগী দেব-কর্ম্ম থোকপদা সের অনী অহুমদি পুন্না পুন্না লৈনবা ঙাক্লি। লৈকায়নম্মু মতেঙ্কী পাইগী পৈশাগী তোয়না লাক্তুনা লৈরে। কোঙৌ খুদেং অহুম মরী পীক-পীক থনবা হীদাক্তি কৈথেল্দা পুখৎলগা কোন্না য়োল্লি।

লৈকায়তুদা মচিঙ্গাক চাবা ইমুং অমনি।

---

৩

অয়ুক ঙম্বা বাবা মহাবীরনা, দলান্‌গী মথক্ থংবা মথোন্‌গী মাঙ্গোল্‌দা, তুম্লিবা গম্ভীর হৌদোরকৃই। বাবানা—

ইবুংঙো গম্ভীর, গাড়ী চৎপা য়াওনি হায়দাই, পুং মরী তারে হৌগৎলো— হায়রকই। মথা অমুক তারকই— রাবৈ লাক্লনি।

গম্ভীর মথরাই য়াওনা, মখোঙ্‌-মখুং হানদোক্লু্রে, মমিৎ মমায় তাথোক্লুরে, মফি মরোল শে'চিল্লগা ফি ময়োম্ অমা পুক্লুনা, মখাদা কুমথরকই। চাকশঙ্গদা গম্ভীর লাক্‌পা ঙাইরম্বা মহাবীরনা— সিদা লাউ, পরঠা চাখিসি।

ফাল মচা অম্‌মম্‌দা ফমিন্নরগা মখোয় অনী পরঠা অহুম্‌-অহুম্ চামিন্নরি। মথংদা শঙ্গোম্ গ্লাস অচৌবা অমমম্‌গা থক্‌মিন্নরি। থকৃপা হেক্ লোইবগা বাবানা— পেসেঞ্জর খরা লৈরবনি, ড্রাইভর লাক্লনি, তোংখৎপীরো হায়য়ূ।

গম্ভীর থোক্‌খ্রে। দুকান্‌গী মমাঙ্‌মক্তদা থারিবা গাড়ীনি।

গম্ভীরনা— লেড়্‌খৎপীরো, ড্রাইভর হেক্ লাক্‌পগা, চৎচরনি।

ফনি, ইবুংঙো হায়রগা মহৈ-মহৈ তোংখৎনখ্রে। চা থকৃপা চৎলুই হায়বা মী অহুম্‌গা থানা পেসেঞ্জর নিপাল শুরে।

কুদে রাবৈ মাগী হম্বর অহনবা একাগাড়ীতু তোংলগা লাক্‌ই। দুকান্ মনুংদা থাংজিল্লগা ইন্‌শিল্লম্মী, শো লোন্‌শিল্লম্মী।

রাবৈদা বাবা মহাবীরনা চাঁদি ময়েক্ ওইনা শেল খরা পিখি। হেক্ থোরকপগা, রাবৈ গাড়ী থোরগা ধর্ম্মশালাগী বীঃ ওঃ সিঃ দা লাক্লে। পেট্রোল গেলন্ ১২ টেঙ্কীদা হাপচিল্লি। চার্ গেলন্ জকীন্দা গেলন্ মরীনা, তোঙান্না হাপ্লি। গম্ভীরনা জকীন্দু, মাগী হেক্‌-হেক্

থক্ষম্ কাচিন্দা মথুম্ চেৎনা খুম্জিল্লগা থম্খ্রে।

রাবৈনা খীঃ ওঃ সীঃ গী কেরাণীহুদা চাঁদি ওইনা পীখি। নিপাল থক্ থিখি। রাবৈনা হায়বা মতুং-ইন্না গম্ভীরনা অমুক্— গাড়ী থাদৌরে, তোংবীদো মথৈ তোংবীরো।

মুপা অমস্তু পরপ্-পরপ্ কাখৎলকৃই। গাড়ী মন্নুংদা তার্পোলীন্ থাব্রি। মতুদা ফম্নরি। গাড়ি থোখ্রে, মিন্নুথোঃ তাখিবগা ডিমাপুর লম্বীদগী ক্রোস খরা হেন্দোরপ্ অমুক্ থাই। রাবৈনা— মেল ঙাই-খিসি নত্রগদি চৎপা য়ারোই। চুরুপ, বেরী থকপিখো পোথাবা ওইনা হায়খি। মী অহুম অমস্তু অনৌবা তোংখৎলক্ই।

বেরা ভৌবা য়াদবা মেল গাড়ীনি। বেরা তৌরবদি মতেং পাংবা ত্যবনি। পোষ্ট-মাষ্টরনা মহাবীরদা থওইনা শিন্নবা রাকমনি।

মেল লাক্রে, গাড়ী অহুম্ অমগস্তু ইন্নরকই। চেং পুরকপনি, মথক্তা চেং বোরা, মথক্তা মী মরী মঙা, মরী মঙা তোংলকপস্তু য়াওই। মেলগী হেক্ মতুংদা, রাবৈগী গাড়ী থোরে। চীংমৈরোং কারক্তা ঙাই-হাক্ খাম্মী, মী অমা তোংখৎলকই। মন্ত্রিখোংনাংদা ঙাইহাক্ খাম্মী, মেল গাড়ীদা চিঠী থাউস্তু হাপকৎলকই। মীওই অহুম্ তোংখৎলকই। মেলগী মতুং পরপ্-পরপ্ ইন্নরকই। খোংহাম্পাৎ য়ৌরক্পদা থান্নগা, অমা তোংখৎলকই। রাবৈনা— কুম্রাতনি মহাজন্দা পীদৌবা হায়দোক্নুকো। কেপাসীটি তরামঙাতনি— মনাক্তা ফন্নিবা গম্ভীরদা তুমিন্না হায়।

ফনি ওজা— গম্ভীরনা খুম্মী। ওইরোমদা চীংয়াদা য়েংলুই, মতম্ ফনা থম্বাল ঙাক্তা শাংপা পাং অমা, য়েংবদা নুংঙাই, য়েংনা-য়ংনা—

করি পাংনো ওজা— গম্ভীরনা হংডি।

লাইপাং কৌই। শাংগ্রবা রারী অমা লৈ, কোন্না লিগে। লুরাং-নিংথৌনা মফম অসিদা উ নিংথৌগী হী অমা শাখি। খুাইদগী ইহান্ হানবা হীনি। শাবা লোইবগা মাগী তোপ-তোপ্পা ময়েক্

অমা থোরকই। মতু হীজা ময়েক্ কৌই।

মফমসিদা মেল গাড়ী ঙাইহাক থাই, চিঠি হাপ্পা বোরা খাউ মেলদা হাপখি।

মুপীশিংনা শেংনরি ফনেক্‌সিরা, ওজা?

লুরাংনিংঙোলশিং, মৌশিংনতা শেংনৈ।

গম্ভীর হরাওই। মহাক্ লুরাং শলাইনি, মমাগা মচনগা অম্‌মম্ শেংহন্‌গে খল্লি।

ফৈদিংগা য়োৌরকই। চীংয়া অমদি ফৈদিংগা চীং উবদা পুক্লিং নৌ-হৌনরকই। নুংলক্পা তুরেলগী ঈশিংনা চেল্লিবতুস্‌ য়েংবা নুংঙাই। মপুক্লিংদা খল্লকই— অফাওবমক নত্রবস্‌, শেল পায়বা ড্রাইভর অমদি ওইনবা হোৎনগে।

শেক্‌মাই য়োৌরকই, মেল ঙহাক্ থাম্মী। চিঠিগী খাউ অচৌবা ঙাইরম্বা মীতুদা পীরম্মী। মানস্‌ বোরা খাউ অমা পীরকই। সোহি ভৌনৈ। মেল থোৗক্রে। রাবৈগী গাড়ীস্‌ অতুম্ তুংইনখ্রে।

মোরবুং, কংলাতোম্বী মফম কয়ামরুমদা মেল হেক্-হেক্ লেপ্পী।

কৌক্রু নৈখা য়োৌরক্লে গাড়ী থাম্লে। মহৈ-মহৈ কুমথনতুনা অঙম-অঙম্বা মত্রেক পাই, পৈশা কংনৈ। রাবৈ লুপা অমা কৎলম্মী। মপুক্লিং-চংনা থুরুম্মী। গম্ভীরদা হায়রকই— মরক-মরক্তা শাগু থোকই, কৈশু থোকই।

হন্দক্তি রাবৈ গাড়ী লেপত্রে, কাংপোকপী তান্না থোৗরক্লে। ময়া-ম্মক্ চী থক্‌পা পোথানৈ। নত্তমসিদা রাবৈনা পুলিস ষ্টেসন্দা চঙ্লগা চে-চাং য়েংনৈ। থৎন-থৎন্না, ঙাংন-ঙাংন্না রাবৈ গাড়ী গেট হাংদোক-হল্লগা লাম্থোকখ্রে। অতুবু মেল লাক্‌পদি ঙাইরি।

মেল হেক্ থুংলবগা, চিঠি খাউগী বোরা থমমগদবা থম্লম্মী, হাপলক্কদবা হাপ্‌কৎলি। পুলিসনা চেক্ তৌদে গেট লাম্থোক্লগা অতুম

থৌপ্রে। রাবৈগী গাড়ীস্থু অত্থম্ ইনুপ্রে। থোং অমা লানবগা অওম্বা চাং কাবা হৌরে। লমদম তাম্না লৈহৌরবী ফজবীগী খল্লুবদা, অফবা ড্রাইভর অমা ওইনিংবগী ঈহৌ হেন্না থম্মোই থুম্না হৌরকই।

মরাম য়ৌরকপদদি লম্বী মপান্দা শীং কীলা-কীলা পৈত্থনা থম্বা উই। রাবৈনা য়োন্নবনি। হল্লক্পদা লুপা অমা অনীগী, য়ামথ্রে, লৈরগা য়ুমদা পুরক্লিনি।

অশোঙবা জঙ্গল অমদা থিল্লগা ওজানা— মরাম্ লাইরৌনি। লৌ-ড্রাওবী লৈ। শন্-গাড়ীনা চৎলিঙৈ, খোংহাম খুংহাম্বা থোরকপা মী-ওই ফাখিনি।

তাজে ওজা, অতৈদি?

পীপীমাদস্থু, ঘাসপানিদস্থুনি, লৌড্রাওবী য়াম্না লৈরিসি। তাক্কে লম্বীদা থেংননি।

তাত্থবীদস্থু শীং কীলা-কীলা লম্বী ময়াদা পৈ-পৈত্থনা থম্মী। খর খৌরগা, কৈথেল ফম্বা, আলু য়াম্ন-য়াম্না য়োন্বা, ইঙ্খাং নাগী য়োন্বা জগা অমা য়ৌরকই।

ওজানা— মাও য়ৌবে, পুংমুক্ হেন্না পোত্থাদৌরিনি।

খঙ্জে ওজা। অরাকপা গাড়ীগা চঙখিগদবা গাড়ীগা শিন্নফম্নি হায়।

গাড়ী থাম্মে। তোংলক্লিবা মীয়াম্থু মহৈ-মহৈ হোটেলদা চাক্ চাবা চৎখে। মেল গাড়ীস্থু, রাবৈগী গাড়ীস্থু পুলিস ষ্টৈসন্দা চঙ্-ত্থনা, চে-চাং সহি তৌহল্লুরে। কন্সটেবল অমা থোরক্লুনা রাবৈগী গাড়ী চেক্ তৌরৈ। ভাহাক্ লৈরগা, গেট হাংদোক্লগা লাম্থোকহল্লে। হোটেল অমগী মপাদা থাম্মুরে। রাবৈগা গম্ভীরগম্থু হোটেল অমদা চঙ্ত্থনা চাক্ চারি। ডিমাপুরদগী চঙলকপা কাংবুনা য়োংচাক্, ইরোম্বা, হরাই-চার চগেম্রা হংঙি, পাম্না চানৈ। মণিপুরদগী থোরকপা কাংবুস্থু ইঙ্খাং কথেল অনীসি হংঙি, হাওনা চানৈ।

তরা তাফাত্রিগৈদা মাওদা থুংলবনি। নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুঙ্খায়-মুক্ তারক্লে। ডিমাপুরদগী চঙ্লকপা গাড়ী পূম্নমকস্ মেল্না মাঙ্ থারগা লাক্ই। মেলগা থানা গাড়ী মরীতনি। গাড়ী অতৈহু লল্লোন্ পোৎ-চৈ পুরকই। মথক্তা মীওই মরী-মঙাস্ তোংলকই।

নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুঙ্খায় হেক্ ভাবদা গাড়ী থারে। মেলগা রাবৈগী গাড়ীগা মাঙ্ থানা থোখ্রে। মাওদস্ শীং কিলা কিলা শোরোক্ মপান্দা য়ায়া লৈরম্মী।

কোহিমা য়ৌরে। মেলদি কোহিমা মঙ্গুং চঙ্খ্রে। চিঠি থাদ-রম্বগী হাপকংলকপগী মতম্ চঙ্ভি। গাড়ী অহুম্ অতুস্ থুংলরে। পুলিসনা চে চাং সহি তৌরবা মতুংদা রাবৈগী গাড়ী গেট লাম্হোক্লে।

অতৈ অহুমতুদি কুপ্পা চেক্ তৌরি, লাম্হোক্হল্লি।

মেল লাক্পা ঙাইরিগৈ গম্ভীরনা— চেং পুবগা, মী পুবগা কনানা কান্নগে, ওজা?

চেংদি মন্দা শিকি অনাতনি। মন্ ১৫ হাপ্পী। মীদি মহৌশা শিকি অহুম্ পীরম্মী, অতুদগী লুপা য়ৌরকই। হৌজিক্তা লুপা অনী।

ঐখোয়সি থোবা য়াদ্রিব্রা, ওজা?

য়াদ্রি। ছাট মাইলদদি মহৈ-মহৈ মতেং পাংনদ য়াদে। পুন্না চংমিন্নদৌনি।

তাজৈ ওজা, রাম্না ঙম্নী, খ্বাইদৈ থুদোংথিবা মফম্নি হায়রৈ। শেমবাং পাইবী হায়বতুদি, ওজা?

ঐনা তাক্কনি ঙম্না কাখৎলেদনা, ঙম্না অমুক কুম্থবা মফমতুনি।

মেল গাড়ী, থোরকপগা অহুম্ থোখে। মতুং রাবৈনা ইল্লি গাড়ী অহুমতুস্ মথং-মথং থোরক্লে। ঙাহক্ থোরগা ছাট মাইল য়ৌরক্লে চপ্-য়ুংনা ঙম্বা চীংনি, গাড়ীনা রানা ঙেং-ঙেং ঙংতুনা কারি। অতুং মেলস্, রাবৈগী গাড়ীস্ মতোন্ য়ৌরে। মেলদি অমুক্ অহুম্ থোখ্রে

রাবৈগী গাড়ীদি অহুম্‌গী জগা খাক্লগা, খর থৌখরগা থম্মী। গম্ভীরনা—

থৌখিরোইদ্রা, ওজা?

য়াদ্রি, অহুম্‌ অসিগী মতেং পাংখিদৌনি। অওম্বা চীং লম্বীহুদা, থিল্লগা— সিনি শেম্বাং পাইবী হায়হু। শ্রেক্‌ য়াদ্রবা অহুম্‌ পাইথপ্রে।

অহুদি কম্‌দৌই, ওজা?

গাড়ীগী পার্টতি অমত্তা লৌবা য়াদ্রে। মীদি বারি সম্বন্ধ লাক্লগা শ্রাদ্ধ শোন্নবা থৌখৎনৈ। ঐমক্লা হেক্‌ খঙ্‌বদা মঙা শুপ্রে। এক্সিডেন্ট মচা মচাসু পংথোক্‌ মথোকই, গাড়ীদমক্‌ মশোকই, মীদি থোইনা নিখিবা য়াওদে।

গাড়ী অহুম্‌হু রানা কাখৎলকই। হেন্দলমেম্মা বোকা হেক্‌-হেক্‌ পাই। নয়াম্‌ চংহুনসু, ইনখৎলকপা য়াওরি। রাবৈ অমদি গম্ভীরসু মতেং পাংলি। গাড়ী অহুম্মক কাখৎলক্লে। রাবৈগী গাড়ী অমুক থৌখ্রে। শেম্বাং পাইবী জগা লোইবগা, গাড়ী অহুম্‌গী জগা থম্লগা অমুক্‌ খায়্রে। মেলদি অহুন্‌ থৌখে।

গাড়ী অহুম্‌হু তপ্না-তপ্না উ মতুপ্না বৌকা থা থাহুনা রানা-রানা কুম্‌থরক্লি। অহুম্মক্‌ খর-খরা মল্লবা ঙাক্তনি। গৌহাটি নম্রগা ডিমাপুরদা পার্ট হোংদবা য়াদ্রবনি। গাড়ী অহুম্মক্‌ কুমথ্‌বা লোইবগা রাবৈগী গাড়ী অমুক্‌ থৌখে।

ফনা য়াম্না থৌরক্লবা মতুংদা, মেল গাড়ী থেংনরে। খাম্‌হুনা লৈরম্মী। শোরোক্কী নাক্‌-য়েং অনীমক্‌ অশোংবা জঙ্গল ঙাক্তনি। অরাংবা উ য়াম্না হৌই। ইশুক্‌-শুক্‌ই রাবৈ গাড়ীসু খাম্মে, তুংগী অহুম্‌হু লাক্‌পা ঙাইরি। ওহাক্‌ পোখানরগা, গাড়ী মঙামক্‌, মেলনা মাঙ্‌ থারগা চংমিল্লরে। খর-খর মম্‌শিল্লক্লে। লম্বীদা কৈ অমা কুন্দুনা লৈরি। নয়াম ঙাংনরকই। গাড়ী পুম্নমক্‌ মৈ ঙাম্না থাংগৎনৈ। তপ্না-তপ্না থৌনৈ। গম্ভীরনা— করিগীনো ওজা, সিদা কুল্লম্মীসে?

ময়ুমনি। গাড়ীসিনা ১০/২০ শুরগদি থরাই থরস্থ চাউদোশি। লুরিদি শামুনি। মখোয়গীস্থ ময়ুম্নি। কৈদু ইরেন্ হৌগৎলগা চৎখ্রে।

খর চৎলগা গাড়ী ময়ামদু অমুক্ খাম্মী। রাবৈনে, গম্ভীরনে, ড্রাইভর খরনা নুংশা থিরপ্ মাঙ্লোম্দা চৎলি। শোরোক্তুদা লুক্থা লুক্থতুনা লৈবাক্তা মুন্না-মুন্না য়েংলি। মেল থৌবা ড্রাইভর অদুনা—

লাইবক ফরেদা, লান্খে, লান্খে হায়রকই।

ড্রাইভর ময়াম্ হরাওনৈ। চাউনা-চাউনা তারিবা খোঙ্গুল ময়ামদু য়েংনৈ। ওজানা গম্ভীরদা— শামু খোঙ্গুলনি। জগাসি শামু লানফগ্নি। লুরিদি মখোয়দি শল্লুপ্-শল্লুপ্ চৎলি।

মহৈ-মহৈ তোংখৎনদুনা গাড়ী অমুক্ থৌনরে। খোঙ্জেল খরা হেন্না কন্না থৌনৈ। গম্ভীরনা—

শামু থেংনরদি কম্দোই, ওজা?

মৈ থাবা তাই, নত্রগা গাড়ী মমায় লৈদুনা হন্না অমুক্ চৎপা তাবা।

য়াম্না রাবা জাৎনিনা ওজা। থৌরক্লিবা লম্বীসিস্থ লম্বী নত্তশুর্ম্মী কত্তবনি। হোরেল ডিপুরগী শোরোক য়েংঙু।

রেলরে ষ্টেসন্ লান্থোক্লগা খঙ্নি ডিমাপুরগী লম্বীগা অনীসি থীনা থেন্নৈ। মৈতৈ মচা ওইগী, লীংজেলগা থৌনাগনতা থৌরিনি। পূন্নমকসে শেলগীনিনে।

অদু ফাওবদা গম্ভীর কজবীগীদনক্ ড্রাইভর ওইথিনি। অদুক্ খল্লি। নীংহন্নদ্রি।

গম্ভীরনা অমুক্—ছাট মাইলদা শনগাড়ীশিংদি করম্না চৎলি ওজা?

শামিন্ শত্তোক্লগা মপুনা বম্ অনী কারক্তা খোঙ্না চৎলা শ অনীদু নক্তা চিংশিল্লগা থৌরিনি। মী অহুম মরীনা চাক্তা তারিনি

খোক্কা থা-থাত্নুনা। গাড়ীগী মনীংদনা থগায়মুক্ শাংবা উতুপ য়াম্লিনি, লোংথোক্‌খিদনবা।

ময়াম চংভুনা অম্মম্ লাম্থোক্‌পগী রানিনে ওজা।

উম্। শা, কৈ, শামু লৌম্রাওবী লৈবা মফম্‌দা — লেক্লিনি-নংহৌম্রগা, মৈ চাউনা হৌরিনি। বোন্ ফাইয়ার। অতু ওইরদি শাফৈ।

ছাট মাইলসি হঙ্গৎ হুন্দা ১০ লক্ ২০ লক চৎলিনিনে ওজা?

করি উপাইদি লৈ?

শনগাড়ীশিংতু অমুক্ হন্‌খিবদসু রারগনি ওজা?

নাগা-বাড়ীদা য়োম্থোক্লরম্বনা অয়াম্বনি। মরমদি লুপা ৫০ অমা ৬০ অমা ভৌবোংগী শেল্লাও মচা পেটীগুম্বা অশাংবতুদা চাঁদিসি ক্রক্-ক্রক্ ইন্ননা হাপ্পিল্লগা থ্বাংদা লাক্‌শিল্লগা পুনরিনি।

শেনগং ওইনা অতুম্ পুরবা, ওজা?

নত্তে, সুপারী পুই, মনা পুই, শম্পোং-শম্পোং তোংজৈ মরীন্দা। কারবারনিনে, মতুদগী হৌনখিবা ইনাক্ খুন্নখিবা কয়ানি, ভারি নম্বদা, ক্বা নম্বদা। রানা তান্থ্রবা শেল্‌নিদা ইবুঙো, গম্ভীর।

মেট্রিক্কী পরীক্ষা লোইথ্রবা গম্ভীর, অকাওবা ড্রাইভর ওই-নীংবদগী, রাবৈগা লোয়ননা ডিমাপুরদা গাড়ী চৎলি। করিগুম্বদা গৌহাটি য়ৌবসু ময়াওই। থোঙচৎ শুদিংগী মডোন্দা রাবৈনা শেল থরা-থরা থাইবী। ডিমাপুর য়ৌরগা গাড়ী চাম্‌থোক্ই, শেংদোক্ই থাউ কাপ্পী। অথেংবদা ডিমাপুরগী অঙ্কবা লম্বীতুদা, অহিং চুপ্পা গাড়ী থৌবা ভম্মী। অহল-লমন্ মথৈনা মুম্‌দা নত্রগা ইস্ফালদা ওহাক্তা লৈত্তনবা রাবৈগা তান্নতুনা শীন্নবনি। ইম্ফালদা লাক্‌পা খুদিংগীনা ওজা দাসকা তান্নতুনা মচানুপীশিং থোক্‌পা, প্রতিভাগা অঙ্ক হোৎশিন্নহল্লি, সাইন্সসু নৈনহল্লি। তুম্বনা মহাবীরগী দলান্‌গী

মথক থংবা মথোন্‌গী মাঙ্গোলদা ভূমহল্লি। করিগুম্বদনা রাবৈগীদা মাগী ছাত্রশিংগা লোয়ননা লেক্‌পস্থ য়াওই।

ওজা রাবৈগী য়ুমদা গাড়ী থৌবা তম্বা ছাত্র কয়া অমা লেক্তুনা চাতুনা লৈ। ওজাগী থবক ইন্‌খাং শুবী, ইংখোল কোই, শম্বল খায়, সুমাঙ্‌-থেলোং শেংদোক্‌ই। ওজাগা লোয়ননা গাড়ী চৎমিন্নবা ব্রানোন্নৈ। মতুগীদমক্‌ কোম্‌লা থিল্লি, হঙ্গাম্‌ পাম্বী আচৌবা, বাঁধা কোবি, ফুল-কোবী থিল্লি। ষ্টারীংতং পায়হন্‌বীনবা, শিন্নবীনবা ফুরিৎ-ফৈজোম্‌ কতুনা থুরুন্নৈ।

গম্ভীরতংদি ইরায় লায়না ষ্টারীং পায়হল্লি, থৌবা তমহল্লি। নোংমতং কাইথোক্লুনা তম্বীবদা থরদং লৈরগা পুরানা অতুম্‌ থৌবস্থ হৈখি। ইঞ্জিন্‌ থাংথবা অমুক্তং য়াওবদগী পুরানা শেম্বস্থ অতুম্‌ হৈখিবগুম্‌, খঙ্খিবগুম্‌ তৌখি। রাবৈস্থ ইওক্‌ ওক্‌ই। অতুবু হৈনীংবা, খঙনীংবা, য়েংশিন্‌বা, থরাই য়াওবদি অতৈ ছাত্রশিংতুদগী গম্ভীরনা হেল্লি। গাড়ী ষ্টার্ট তৌবা, বেটরীদগী চার্জ লৌবা, ইঞ্জিন্‌ চলাইরকপা ইলেক্ট্রিক সারক্কিটকী মতাং অসিদি গম্ভীরনা হেন্না খঙ্‌-জিন্‌বা ময়ামদগী হেল্লক্‌ই।

ওসি গাড়ী লেপ্পী, হয়েং অয়ুক ওক্তা চৎকনি। ছাত্রশিংনা গাড়ী চাম্বা, ফিগংনা তক্‌পা-তৈথোক্‌পা, থাও-কাপ্পা পূন্নমক্তু য়াওরম্লগা য়াম্না কেনা নান্না, শমস্থ নীংথিনা হাত্তোক্লগা, গম্ভীর কৈথেন্দা মাগী মরূপ, মণিবাবুগা উনবা লাক্‌ই। পায়জমা অঙৌবা, পুময়াং-অঙৌবা শেৎলি, লিংলি। শর্ডন্‌ অমুবগী খুনীং ফাবা খোঙুপ, শ্যামকুমারনা হেক্‌-হেক্‌ উপকন্‌বদু উপ্‌ই। মুংথিল পুং অনীরোম্‌ তারক্কে, মণিবাবুখোয়গী তুকান্দা চঙ্লক্‌ই। মনিবাবু উনরম্লগা অমুক্‌ পুং ও তারকপগী অতু-রাইদা প্রতিভা খোয়দা চৎকদবনি। মসিগী মমাঙদা, মমাঙ টোটি মথোঙদা অমুক্তং চৎনীংবনি, দামু কিবদগী বাজাররোমদা লাকপনি।

মণিবাবুবু অপোক্‌পা অহল চাক্‌ চাবা চৎখিবদগী হল্লক্রি

মণিবাবুনা দুকান্ শঙ্লম্মী। মণিবাবুখোয়গী দুকান্ জোনষ্টোন্ স্কুলগী থোঙ্গালদগী, নালা মপান্দা পরেং-শানা, ডাক্তর-খানাগী চঙফম্ ফাওবা লৈরিবা দুকান্ পরেংদুগী নোংচুপ্তুগী অদুম্ শুবদুনি।

গম্ভীর ঙসিদি তরু-তরু তনান-তনান লাকই। ফিনাং থনম্লগা গম্ভীর দুকান মন্নুংদা কানশিল্লকই অদুগা মণিগী মনাক্তা ফমথে। মণিনা—ছাত্রশিংনা শীংথানবগী মন্নুংদা ফজবী, প্রতিভা, লৈমকোনগী লৈশাবী মরক্তা থাবা মচীন মনাওনি। মখোয় অদুম অসিমক বাবুদদি ইরায় হেক লায়না থোক্লি।

করিগী প্রতিভাদি! ঈশিং অচৌবা থকপীনি, অদুই মথক্তা ওজা দাসকী মচাশিংনি। থাবাগীসি থাজবা রাংলি। হুংশিবা নত্তে, দীঃ এঃ বু পাম্বনি।

শেংদোক্লসি বাবু, ঐ শীঞ্জরক্কে।

অর্থ য়াওদে, কান্নদে। ঐখোয় ইমুংসি অচৌবা অহোংবা অমা থংপু পুরকপা, মদুনি মরুদি।

চহী ৫/৬ চঙনি বাবু।

য়াম্লদা চহী মরী হায়রম্লগা, য়োল্লনবা এনভেলপ হাপ্পা শন্থিচে উপুদুদগী এনভেলপশিংদু অমমম পায়থং পায়থক্তুনা য়েংলি।

মণিনা মথা তারকই— হুরদি লৈমা হুসি বাবু। ঙাই শেল ওইবদসু লেম্মী, গুণসু হেনগংনি। তাঙাং, তাইবুঙো, ইবুঙো ঙাং কৌদৌরিনি।

দলাললিনে শাবীরিদো ভাবকী।

থাবানা য়ারক্লিসে, বাবুনা কলিকতাদা লাইরিক তম্বা চত্তৌরি-সগীনিদো।

য়াম্না তান চাথ্রে বাবু, কুল্লা বাবুদদি হায়জখ্রবনি।

করিনো তাকপীয়ুদনা।

থাবাগা য়াম্না লোন্দিন্নজবনি সিমত্তং ফজবীখোয়গী মমাগা পাজি দামুগদা অমুক্তা হায়বীয়ু।

হায়জগে। বীঃ এঃ পাস হেক তৌবগা মখোখাদা হঙ্গৎচরগা চৈরাপ মেম্বর ওইহন্দৌরিনি, শোয়দ্রবনি হায়জগে।

অদু ওইরদি পূমচম চম্মে। খিত্তংদি লৈথবীয়ু।

য়াদে য়াদে, থাজবোইদৌবা।

মরুপ অনীমক নোকমিন্নৈ। "গো বার্ড এণ্ড টেল হার টু ফোর্গেট মি নোট" হায়না ময়েক ফজনা রবর স্তাম্প নম্বা এন-ভেলপ অমা পায়খৎলগা মুন্না য়েংলবা মতুংদা মদু খল্লে। "জাও পক্ষি বলে তারে, সে যেন ভুলে না মোরে" থাবা "পাইখ্রো চেক্লা ওম্বীরু মঙোন্দা ঐবু কাউবীগনু" হায়না থাবসু য়াওরি। কলিকতাদা রবর স্তাম্প ওইনা থওইনা শীংদুনা শাহনবনি। পাখং লৈশাবীশিংনা য়াম্না লৈনৈ, য়াম্না শিংলি।

মদু উবদা মণিবাবুনা— চিঠি থাবীদৌরিবা?

অমত্তং থাজরমগে বাবু।

ঐখোয় বেটচন্দ্রা অহুম অমা গৌহাটিদা ওন্নি।

টেক্নীকেল লাইন চংপসু খরা য়াওরবা য়াই।

গম্ভীর ফুরিৎখাউ জেপ্তুগী তনান তনান ইবা চিঠি অমা পুথো-রকই। চিঠিদু খাউদা হাপচিনগে হেক তৌবদা

অমুক্তা পাজহৌ য়াদ্রা বাবু?

য়াই, পাবীয়ু— হায়রগা পীরকই।

ফাকুনা সুম য়েংলগা— ফজবীদনিনে।

মণিবাবুনা হায়রকই। অদুগা ফাকুনা চিঠিদু পাব্রি।

চিঠিহ্ অম্নুম্না ইরম্মী।

"খোয়ুম লাইগী খুন্দাকম, খল্লাংবগীদি মশাইকোন্ লম্লেন উরি-পোক্তা শাৎপী শীঙেল-ও। হৈ-শিংলবা মালিনা, কোইরেল থাংজো খুত্তা পায়, মালেম লৈকন্ ঈথিন্ তোয়, লাইজা খিকফেন্ তোয়না চাই, লৈরাং লৈখোঙ্ শোম্লকপদি, কুমগী মকুম্থা য়েৌরকপদা, শীঙেল মউ চাউরক্লে, লৈরাং লৈশাৎ তম্লক্লে। মতমগী মালংনা লিরি হুম্বদা, লৈরাং লৈনম্ হুত্থবোই, মনম্না লৈকাই পল্লান্লে শীঙেল্ লৈনম্ ফংবদা, খোইমুশিংগী পূক্লিং শোয়রাংলে।

লৈনম্ চাউবী শীঙেল ও! কুচু হেন্বী লৈরাংও। নউ তাবু য়েংলগা য়াইরী মক্তা মান্বা লৈ। 'লৈনা তাবু য়েংলগা, তাওবা মরৈ মান্বা লৈ। লৈরাং মানা পোম্লিংও, পলেম্গী তরেৎ শেঙ্গাওগী, শোয়দো শারিক মান্বা লৈ। শিঙেল লৈশাৎ তম্লগা নগুন্-গায়ত্রি মান্বা লৈ। লৈচুতাবু হায়রগা সনা অহিংবা মান্বা লৈ। শক্তম্ তাবু শীংথারা, শন্রীক লীক্লু মান্বা লৈ।

পামেল উখোঙ্দা থারগা, উতোল্লোম্না শাৎপালৈ। ৱাগী ৱা-খোংদা থারগা, ৱাতোন্ লোয়্না-শাৎপা লৈ। লৈরাং ওইবী নহাক্তা চাংলবা গুলতিঙা মকোয়দা ৱাংনা তাম্না লৈশাৎ তম্, য়াইবী মরাং কায়না শাৎপদো, ঙকশম তোংদম লোংনা য়েংলগতা তোক্কদোরমাল্লে। মপোক থিবা পাখংগী মপোক ওইবনা, নোংদম্বা বিধিনা তায়োন্ননা ওথীরম্লে। হন্দক মপোকসিদদি ......... । ইতি?

ওহাক ৱাখল মুন্না খল্লগা—

ঙাংবগা ইবগা খজিক খেন্নগুম তৌইদা— মণিনা হায়রকই।

শোয়দনা কায়নরগদবনি, শোয়দনা লুহোংখ্রগদবনি— গম্ভীরনা খুম্মী। মখা তারকই—পাজি দামুনা হেক্তা খঙডি। মারা সুমতীরা অশোয়বা অমা য়াওরি।

দামুগী মীফু অমদি মীচৈ নাম্ঘোক্লনবা গম্ভীরনা মীপুম খুদিংদা মহাক কলিকতাদা লাইরিক তম্বা চৎলনি হায়বা সিমদি শন্দোক্লখ্রে। অহল-লমন মথৈনসু দামুগা চীন্দা পাউদা ঙাংনদৌ শরুক, অমদি ফজবীগা উনহন্দনবা গম্ভীরবু কলিকতাদা থানবা শীল্লি। মথং মপোক্কী-দমক মচান্নুপা পোকচদবা মহাবীর গম্ভীরবু শেম্নীংলি। মতু ভাব তাবা ওজা দাসসু শেম্বদা থোক্কদবা গম্ভীরবু শেমহন্নীংলি। ওজাগী মমিত্তা মানা ফংখিবা মার্কশিং হেক্তা উরকই।

থম্মোই নুংদদি গম্ভীর অফাওবা ড্রাইভর অমা ওইনীংলি। করি থোক্লগবা?

চয়োলমুক হৌখ্রে। ওসিমু গাড়ী লেপ্পা নুমিংনি। গম্ভীর মণি-বাবুগা লোয়ননা মখোয় অনী লাইরিক য়োনকম দুকান অমদা মচন-নুপীগী (মণিবাবুগী) রেপীড রীডিং অমা লৈরি। শোরোক্তা য়েং-থোক্লুবদা মহাক্না মশক মুন্না খঙবা মীশক অমা য়াম্না কেনা লাকপা উই। থোঙজিন ময়া ফাওবা থোরক্তুনা য়েংঙি। য়াম্না কেনা শেং চারদুনা ফজনীগা তমুনীগনা সুমতীগী মতুং ইল্লি। উহন্নীংদদুনা চঙ-শিল্লক্রে। লাইরিক লৈবা লোইরদুনা থোরকপা মণিবাবুগা মপান থোরক্তুনা ভেরেণ্ডাদা ওহাক লেপ্পগা য়েংমিন্নরি। মখোয় অহুম্মক মায়োক্লবদা লৈরিবা সীনেমা হোলগী মাঙ্গোলদা কাখৎখ্রে। অদুবু সুমতীদি হান্নসু উথ্রবনি অমুকসু তুং হন্না গম্ভীর অমদি মণিবাবুদা য়েংলকই। মতমসিদা কদোমদগীনো শ্যামকুমারসু মখুত্তা টিকেট থরা পায়রগা থোরকই। মহাক্না মমাঙ থারদুনা বেলকোনীদা কাখৎখিবদু উই।

মকা লাম্নম্না গম্ভীরগী মায়থোঙ খংমক মকশিনখি। মরুপ অনীমক দুকানগী নাকনগী লম্বীদা থোরকই। মপান কাংজৈবুং তম্মকই। মণিবাবুনা—নহানগী চিঠিদুনরা খল্লি ওহাক লকক তৌরগা—য়াম' তান চারে, তোকথোকপীরো বাবু। থাবানা দিগুণ হেম্না ফৈকো বাবু।

মরু লুকথদুনা চৎলিবা গম্ভীর খুন্নক্তে। মমায় ফাওবা লৈথোরক্তে। নুংবংনবা রাখল অমদা তাউদুনা চৎলি।

থাবাগী দায়ি পুন্নমক ঐনা পুন্নৌ লৌজরে, বাবুগীদমক্তা।

গম্ভীর খুন্নক্তে, নুবংননা লুকথদুনা অদুম চৎলি। ঙহাক লৈরগা মমায় থক হাইগৎলগা খংহাই হায়রকই—নুপী অমত্তা মরী লৈনরোই, লাইরিক তম্বা লোইদ্রিফাও। বাবানা হায়বা ইন্নি, বাবানা হায়বতা তৌনি—য়াম্না শাউনা হায়দোরকপদুদা মণিবাবু য়া ঙাংদ্রে ভূমিন লৈরে।

হোল অসিদা 'বন্ধন' ফিল্ম চলাইরকপা থা ৬ হেল্লক্নে। মণিপুর তম্না য়েংনবনি। অরাপ্পা খুঙ্গংদগী ফাও' য়েংলৈ। টিকেট ফংনদে। সো খুদিংগী মীনা রুক-রুক ইন্নে, ব্লেক্তা মাঙজোননা টিকেট লৈনৈ।

গোকুল মচীন মনাউ অদুমগী অহন্নি। ইতোন তোনবা মনাউনা মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈ মপা লৈখিদে। গোকুলনা নুপী থিরবা মতুং থরা লৈরগা মমাসু লৈখিদ্রে। মনাউ নুপা অনী য়োকপা, লাইরিক তমহনবগী ভার পুন্নমক মহাক্কী মথক্তা তাখি। ক্লাস সীক্সফাওবা তমহৌরবা মনাউ য়ায়মদি, লৌরুংশঙদা আমিন ওইখ্রে। মনাউ নুপা অতোম্বনা টিঃ বীঃ না নারি। নুপী হেক থিবগা আমিনসু, নুপী ময়ুমগী দোরিদগী তোঙান্না চাখি।

গম্ভীরসা ক্লাস সেভেন তম্লিঙৈ, মহাবীর জৈনগীদা কিয়োনবা য়াওরিবা অপোকপা মপা গোকুল, অমাং-অশেংগী অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ নংখি। লৈকাইদুদা মাবুতং মাংলে হায়না ইস্তোকখি। সমাজদগী তোঙান্না, তোপ-তোপ ভানা লৈখি।

লম্বী চৎপদা, নুংশিনা লুনা তিন্নরম্বা মরুপ মপাংশিংনা উশিন্নদনা নাথৈদুনা চৎনখি। কৌব্রুরগসু তাদবা শানা খুম্বীরমদে, থওইবীরমদে। নুপী নহাশিংনা মাবু উবদা মুগুক ঙাংনৈ, মাগী মরীদা, মশামক

তানবা, চিবোন চিবোন ৱারী শান্নৈ। অঙাংশিংনা অঙকপা জীবা অমা চৎপগুম, কোইয়েং য়েংবী, মতুং ইন্নবী লৈকাইনা চঙবীদে, দেব-কর্ম্মগী বার্ত্তন ককপীখ্রে। মনাউ নুপা য়ায়মমক শক উনদনবা, ফক্লোংনা শম্বল ৱাংনা সুমাঙ তুবৎ খাখি।

লুপা ৮০ পৈশ্রা ৩ পাই ২ দং পীদুনা শ্রীগোবিন্দগী লাইমাঙদা শান্তি হাইদোক্তুনা শেংদোকহনবা ঙমদবদগী, পীনীংঙাই লৈতবদগী, নোংলৈ নুংশিৎ অসিগী মনুংদা উরু উরু লৈদুনা লৈবা তাখি। মতমদুদা মহাক লুপা ৫ তমক থাদা ফংলি। অৱাবদি মথং মথং হৌনদুনা লাকপোই, টিং বীং না নারিবা মনাউ নুপা অতোম্বা নীংথিনা লায়েংবীবা ঙমদবদগী লৈখিদ্রে। মাইবা অমদি দাক্তর ফাওবা চঙবীখিদে। লৈকাইদি লায়রদুনা মনাউ নুপা য়ায়মনা ফাওবা মিৎচিনা য়েংলখিদে। মৈ থাদুনা পোৎলোইবা থিংখিবদগী, লৈকাইগী মী অমত্তা চঙবীরক্তবদগী, লৈকাইগী পোৎলোইফমদসু চঙবা থিংখিবদগী গোকুলনা মচানুপাশিংগা লোয়ননা মাগী ইংখোলগী মতোন্দা মৈরমদা, মনাউ নুপা অতোম্বগী অশিবা হকচাং অদু ফুমখি। থিংখিবদগী হৌনবী অমত্তা পাংথোকখিদে, শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম শোনখিদে।

স্বর লৈতানা হোম্বা ঙমখিদ্রবা গোকুল, মথৱাই অমদি মপুক্নিং পীশক পীশিল্লক্লে, নশা শোকথরক্লে, ময়াং কংশিল্লক্লে। নীঙায়বা লৈতনা, গোকুল বৃদ্ধি চোইবা হৌরক্লে। গোকুলগী অৱাবা মসিতনা লোইদ্রিবোই, গম্ভীর মশামক লাইজাও থোক্তুনা কন্না নারক্লে। মনাউ নুপা অতোম্বসু মাইবা-ডাক্তর চঙবীরক্তবদগী অনাবা হেক্তিল্লক্তুনা লৈখিদবনি। গম্ভীর, কনানা লায়েংবীগদৌরি?

লৈকাইদুদা ইমুং অহুম অমসু মাংলে হায়দুনা ইস্তোরকখি। মসিতা নত্তে, খুঞ্জাও অমা, লৈকাই অমা পুন্না মাংলে হায়না ইস্তোরকপদগী প্রজানা থওইবীরক্লে, নোক্না নোক্না শীংনবা হৌরক্লে। নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী ঐক্সাশিংনা চৈরাপ মেম্বর অমগসু য়াওনা

অমাংবা ময়াম শেংদোরকপা, ফুমখিবা অশিবা মশা লৈনুংদগী হন্দো-কুনা যজ্ঞ তৌরকপা, মৈ থারকপা, মহাসভা অসিগী মীওইশিংমক্তা, ঈশৈ শকুনা পুং য়েহুনা, মোইবুং খোংহুনা, ঐজ্ঞাশিংনা শোনবীহুনা শ্রাদ্ধ কর্ম্মা পাংথোরকপদা গোকুলগী মনাউ মুপা তোম্বগীসু শরু মখৈ থেংনহুনা, যজ্ঞ তৌখি, মৈ থাখি, শ্রাদ্ধ কর্ম্মা পাংথোকখি।

খুৎ থোক্লবা তারবদি দামুনা গোকুলবু লাকচগদবগী রাফম লৈতে। অঙাং ওইরিঙৈ থাং তমিন্নরকপদা গোকুলতনা ফুহুনা লাক্লি-সনি। অহুবু লায়রবদগী খাওঙমদা অরা অনা কয়া নংখিবদগী থরাই, হকচাং, পূক্লিং পীশক পীকশিনগ্রবা গোকুলবু, দামুনা হৌজিক উশিং-পীদ্রি।

মহাবীর জৈনগী অমত্তা ভাইবী মচানুপী রীতানা চহী ৩ তা ভাইরিঙৈ মহৈ চাউই হায়হুনা লুহোংখি। হৌজিক চহী ১৩ শুরক্লবদা জয়পুরদা লুপা ময়ুমদা থিল্লুগদৌরি। মতুংগীদমক কলিকতাদগী মশেল লুপাগা মথুরা অমগা লাক্কদৌরি। মথুরাসি ইস্ফালগী ছুকান শঙ-হোগনি। থিনবদা মনাসু য়াওগনি মহাবীরনা গন্তীরবুসু পুখিগদৌরি।

নুমিদাং অমা গোকুল মনাউনুপা য়ায়মগীদা চৎলগা রারী শারুই। লেন্টর্ন অমা থাল্লগা মাঙ্গোলদা শানবা রারীনি। গোকুলনা—কমদৌরে নখোয় খন্নরব্রা? লুপা ৩০ (কুন্ত্রা) তনি ঐনা পাম্মীসি। মিংচনবগা লাইরিক লৈবগগীনি।

য়াম্মৈহু লৌবীরো।

য়ামল্লি, য়ামল্লি কুন্ত্রাতনি।

ইংখোল তঙ্খায় অমা লৈবা য়োনবা ইনরসি। অহু ওইরদি য়াই। রেজিষ্ট্ররসু তৌনগদবা।

অহুদি খন্নব্রিদনা। খুল্লক্কী চংনবী শেন্দোইদা চহী অনীদমক থমগে। চেক্সমদা ইনসি, অহুই রানি কিব্রনে?

অতোপ্পা থিবীরুরো। য়োনবা তারগদি ঐ লৈহৌগে। অতোপপদস্থ য়োনবা য়ারোই আইন্নি।

থাজদবগী য়ারনে?

নত্তে, নিয়মগী য়ানি। আইনগী থোঙদা য়াদবননি।

গোকুল মপুক্লিং মুংশিরকই। লৈথায় তানখিদ্রে, অদুম মুঙাইতা মুঙাইতা হল্লক্লে। মপুক্লিংদা খনখি "ক্লাস সিক্স ফাওবা ঐনা তমহল্লকপনিকো।"

গোকুলগী মনাউ য়ায়মা য়ুম্বান নীংথিনা পাল্লি। মহাক্কী ময়ুম বাঙ্গলা য়ুমশাদা মিংশেন মথুম চনবা য়ুমশানি। ড্রাফট য়াল ফাওবা চেক্লা শাবনি। মচানুপা অমগা মুপী অমগদমক মপোকই। তিনশিনবদা হৈমনবদগী হৌজিক হৌজিক লৌ পরি মঙাস্থ চারি। খোপচিনবা, শেল তানবা য়াম্না হৈ।

বাবুপারা, সরকারগী থবক তৌবা বাঙ্গালী অমদি অসামি ওফিসারশিং, ওজাশিং অমদি কেরানিশিংগী লৈরম্মি। ফম চাউবা লৌকপগী মতুংইন্না ক্বার্টরগী অফ ফত্তা খায়দোকই। পিঃ এমঃ এসঃ ডিঃ বাঙ্গলাগা মায়োক্নবা লম্বীগী নোংপোক্তা সরকারগী অচৌবা শরক্কী মখারোমদা শঙ্গ্রেংথোং ময়াদা সেন্ট্রেল পিঃ ডবলিউঃ ডিঃ গী কম্পাউণ্ড লৈ। ওফিস অসিদা থবক তৌবা ওফিসারশিংগী ক্বাটর খরসু লৈ। মসিদা হেক থংনবা খারোমদা জোন্সটোন স্কুলগী হেড মাষ্টরগী ক্বার্টর লৈ। মহুগী নোংপোক্তা তুরেল মপান্দা ধোবী লৈ। বাবুপারাদা লৈবা বাবু ভায়াশিংগী ফিরোল শুই। পিঃ এমঃ এসঃ ডিঃ বাঙ্গলাগী কম্পাউণ্ডগা সেন্ট্রেল পিঃ ডবলিউঃ ডিঃ গী কম্পাউণ্ডগা অনীগী মরক্তা চংলিবা লম্বী অসিনা মখারোমদা খম থেংবা বাঙ্গলা অহু ট্রেজরী ওফিসরগীনি। লম্বী অসিগী নাকল অনীমক্তা একাউণ্টেণ্ট, ট্রেজরর অমদি কেরানিশিংগী ক্বার্টর লৈ।

থানা মমাঙদগী লম্বী মচা অমা বাবুপারা ফাওনা চংখিহুনা তুরেল মপান তাখ্রি। লেডী আর্লস গার্ল্স স্কুলগা বেঙ্গলি বোইজ স্কুলগা অনীগী মরক্তা চংলিবা লম্বী অসিসু তুরেল মপাল তাখ্রি। হায়রিবা লম্বী অনী অসিগী কারক্তা তুরেললোম থংবা অফবা ক্বাটর অনী থংনমা লৈ। অমনা খড় বক্সরাগী ক্বার্টরনি অতোপ্পা অমনা ছট বক্সরাগীনি। বৃটিশ রিজার্বকী মনুংদা থোকপা থৌদোক রাথোক অমদি গাড়ীগী মরীদা থোকপা থৌদোক্কী কেস মথৈ ওফিসর অনী অসিনা তৌই। মখোয়গী ওফিসতি ট্রেজরী ওফিসকী অরাংদনি। ক্বার্টরদসু ওফিসকী থবক অহুম তৌই। অহিং হুংথিল নাইদনা ওফিসকী থবক তৌই।

থানা মমাঙদগী চঙখিবা লম্বী মচাগা সেণ্ট্রেল পিঃ ডবলিউঃ ডিঃ গী ময়াদা চৎখিবা লম্বীগা অনীগী করুক্কম চার্লা অসিগী অরাংদা য়ুম্লোন অহুম চৎলগা, রিভিনিউ ওফিসকীনা নোংপোক্তা ওজা দাসকী ক্বার্টর লৈ। লম্বী ময়াদনি। ছাত্রীশিংনা মরক মরক্তা লম্বীসি ফাওদুনা প্রতিভা হেক-হেক য়েংলৈ।

বেঙ্গুলী স্কুলগা মায়োক্না লম্বীগীনা নোংপোক্তা লৈরিবা বাবুপারাগী ড্রামাহোল অসি চহী কুমজা কয়াদগী লৈরক্লবনি। মনিপুরদা খ্বাইদগী অহানবা হোলনি। চহী খুদিংগী হোল অসিদা দুর্গা পূজা চাওনা তৌই। ড্রামাসু হেক-হেক শান্নৈ। ঐতিহাসীক অমদি লাইগী ওইবা প্লে ভাক্কি। খুদম ওইনা—সাবীত্রি সত্যবান, জয়দেব কবি, হরিশ্চন্দ্র, সাহাজাহান, আভিমন্যু তুবা। সোসিয়ল প্লেদা—এরাও মানুষ অসিনচিংবনি।

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না অনীশুবা হোলনি। লান মমাঙদা ইয়োর হায়স্কুল (ভোম্বীসনা স্কুল) না হাও কৈথেলদা লৈরিউ, হায়রিবা স্কুল শঙ অসিদা 'অরেপ্পা মরুপ' শান্নখি। জননেতা ইরাবতনা চন্দ্রসিংগী শক্তমদা ড্রামা কুমখি। য়াম্না পানখি, নুঙাইখি।

নুংথিল অমা গম্ভীরনা রাবুপারাদা ওজা দাস খোয়দা প্রতিভাগা উনবা লাকই। মরক্কী থাগী পরিক্ষা লোইশ্রবী প্রতিভাসু ময়ুমদ ওন্থা হল্লক্তুনা রুমাল অমা কন্না লোনবা লাকরম্মী। অতৌব রুমালনি। লৈরোং মচা অমগা, বেঙ্গুলি ময়েক খরগদা লোনশিনবতনি। ড্রোইংরুমগী থোঙদা গম্ভীরনা তাক তাক থাই প্রতিভানা মনুংদগী—

তামোরো, লেঙশিনবীরকও—হায়রকই।

গম্ভীরসু ইরেন চঙশিল্লগা চৌকী অনদা ফম্মী। অহুগা—অ কমদোখি?

নুঙাইখি তামো— হায়রগা কেসন্দু বোহী অমগা লানশিল্লি। অহুগা প্রতিভা ইমুং চঙথ্রে।

ওফিস কানখিবা নুংথিল তাল্লক্তি মফমসি তরক তরকই।

গম্ভীরস্ু কেসনশিংহু স্ুম য়েংথৈ। মচীন্নস্ু হোৎলি ফলস্ু অহুম খংঙি। প্রতিভানা ইরকপহুগা মান্নব্রা য়েংঙি। মান্নৈ, অহুবু ৮ শুবহুদি মান্নদে।

ঙহাক লৈরগা প্রতিভা থোরকই। খরা চাউবা এনভেলপ অমা পীরৈ। মহাক উবদা গম্ভীরনা মচীন্না হেক্তা। ইকেসন পান্দৌনি এঃ স্কার মাইনস বীঃ স্কার তানি। সিক্সটিন মাইনস নাইন্দি সেভেন্নি। লাল্লে।

হৌজিকপুদি খঙলে। হোলদদি খঙদ্রবনি লাল্লিবনি তামো। করি, হৈ মহী পুথোকচরকখিগে।

প্রতিভা অমুক চংথ্রে। গম্ভীরস্ু এনভেলপহু ফাক্তোক্লগা য়েংলি। মনা লোল্লস্বা রুমালহু য়াওরম্মী। ওইগী মথক্কী লৈরোং ময়াদা "স্মৃতি সঙ্গম" থারি, য়েংকী মথাগী মচীদনা "প্রতিভা" হায়না থারি। কুইনা য়েংদে থুপচিল্লগা অহুম হাপচিনথ্রে।

হৈ-মহী গ্লাস অমী পুথোরক্লগা চৌকী অমমমদা ফমিন্নৈ অহুগা থক্লা থক্লা ৱারী শারি। প্রতিভানা—হেক হল্লকপগা ড্রাইভরনা শরেং অচৌবা অমমম লৈরক্লিসি করিগীনো তামো?

ৱাথ্রপোৎনি, লম্বীস্ু ফত্তে। মরম মরক্তা কৈ, শামু থেংনৈ। য়ুমদৈ হেক চংখিবদৈ ঙহাক্তা শংদে। মাল থাদরুই, থিরুই। খুত্তা তরা অমা কুন অমদি শোয়দনা মপায়রে। মথায় অনা, লুপা পীবা শরেং অমা লৈবু কৈদৌই হায়গে।

তামোস্ু খরা খরা ফংব্রা?

উম খরা খরা থাইবী। ঐস্ু অহুম পীক্তকপা অমা লৈবা য়াওথ্রে।

য়ুম্না থকই হায়নৈ, তামোদি ?

থক্রুস্না য়াবা জাৎনি। তৌবদবু, অহাওবা চানীংঙি, মুঙাইথোক-নীংঙি, পোথানীংঙি। ইমাখোয় বাবাখোয় নীংশিংঙি, মখোয়গা চামিন্ননীংঙি।

অতৈদি করি করি থনবী ?

গতি লৈজদবা পৈশানিবকা থেংনরবা পৈশা অমা অনীকা পী। মরমদি পীনিংঙকই।

রাখল জাৎ অমনিদনা ?

মচুনকা চৎনপোৎ নত্তে প্রতিভা। হায়ঙমদবা, উঙমদ্রিবা অচৌবা থবক অমনা ঐবু ঙাইরিনে, মচুগীনি ঐনা খোয়রাংলিসি। তৌফম লাকফম খঙদ্রিসে।

ঙহাক তুমিন লৈরুরগা গম্ভীরনা—ওজাদি ?

"বার্থডে" অমা য়াওবা চৎকনি হায়রম্মী।

ঐ কলিকতা চৎলনি, বেনী বাবুস্না য়াংদৌরি। মহাক প্রেসি-ডেন্সি কলেজদা তম্মি।

তামোদি করিদা ?

ডাক্তর তমগে রাশক থোকত্রে।

কৈদৌবদা তামো ?

খুড়াতোন অমা টিঃবীঃ নাচুনা শিখি। য়াম্না নীঙমহৌখিদ্রে।

ঐস্না তম্নীংঙি।

য়াই, মীওইবা জীবগী সেবানি—মখা অমুক তারকই—নঙগী রুমালসে পাম্মী, ফজে। ঐনা ওম্মা কান্দা, নঙগীস্না অওম্বা অমা তম্বকনি।

তম্বীরক্কস্না, ঐ লৌজরোইকো তামো।

য়্যারোই য়্যারোই, ঐগীস্থ লৌগদবনি।

গম্ভীর হয়েংদগী কলিকতা চৎথ্রনি। ঙসি মুমিদাংতং লম্ফেল মপালগী মখোয়গী য়ুমদা চাক পীজরি। অপোকপা মপা গোকুলনা লুচিংলগা মচা মুপা অহুম্মক মথং মথং ফমহল্লগা চানিন্নরি। মচন মুপী তোম্বী কোরি-যন্ত্র অমা লংগুং অমুবদা লেংশিল্লগা শিরি। খুজি নাচি শিদে, নায়ানবী য়ান্দে। ফনেক খজিক য়েংবা য়াবা অমা ফিদোন চিংখত্তুনা শেংলি, ফুরিৎ লিত্তে। ময়ামগী অৱাং অপা য়েংলি, হাপ্লি।

পুখম লৈতে, ৱারুকাক অচৌবা অমমম কাটিনা কোয়না য়াৎলগা অতুদা চাক খরা খরা হাপথরগা চারি। উনানগী উতোং মকক অনমমদা থক্লবা ঈশিং হাপ্লি। চাক খোখবা খুদিংগী তোম্বীনা কেগাম অচৌবা অমদা হৈদোক্তুনা থল্লিবা ঙা থোংবত্নদগী উত্তং ৱাগী কাঙ্গলনা মগী কল্লগা হেক হেক হৈবীরি। চাক ৱাৎলকপদা লাতোন্দা থিদোক্লবা চাক্তুদগী লৌরগা হাপ্লিরি। মরক মরক্তা থাউমৈ মখোঙদা পীক্লা পীক্লা থায়দোক্লবা উচান অমমম অনী 'নী থাজিন্দুনা মৈ ঙালহল্লি।

চাক চানা চানা মুরেসনা— তাচৌগা তায়ায়গগী। ইংখোল মরুক খুরা য়ায়নদা য়োম্থোকখ্রে। লৈরিসি গুনসিংগা ঐগীতনি। য়ারেকো, য়াদবা য়াদেকো।

তৌরক্লব্রা, লাইমা ফত্তেদকো নঙসে—মমানা খুম্মকই। চাখুম মঙ্গদবগী মুঁগা ফনেক অমনবা অফোৎপত্নু হোংদোক্লি।

নঙগী তয়ায়না তলব হেক চাবগা হন্দোকহন্নি। ইপানা শীল্লি— গোকুলনা পাংশিল্লকই।

ইমাগী হেস্তাক কাংশোইগা, ঙারোই অতেকপগা মোরোক অতেকপা তঙ্খায়গা য়েন্দেম হুইদেমগা থোংবা চাররোইদো—গুনসিংনা মা থাজদনা তাযবকই।

মমাম্থ ফুরিৎ লিক্লে। শগাইদগী উনীং লৌথরগা হেন্তাক খুবী· মুক চাউবা অমা লৌথোর্রকই। চাক থিরিবা লাদগী মচেৎ অম শেগায়হনা য়োমশিল্লে। শন্থি মৈতাল অচাকপদা চেগপনা চপ্লগা লৌশিনখ্রে অহুগা— নঙনা চৎলমদাইসিদা য়ায়মা, ইমা ব্রা য়াম্না ঙাং· নীংদে। দামুগী মচান্নুপী শুকপু পুশিল্লকপা য়াদেকো ইমুংসিদা।

তোম্বী ঙহাক্তা শংদে, ময়ামগী চাক হাপ্লি, ইঞ্চাং হাপ্লি, ঈশিং হৈরি। মমানা ব্রাচেংকী চেগপনা চাক চফু মঙক চপশিল্লগা চফুদগী চাক পূন্নমক থিদোক্লি। মমানা মথা তারকই— হেক পুশিল্লকপদা নঙলা ঐরা অমা ইমুংসিদগী চৎখিবা তাবা।

খঙদে দামুসি ঙাঙরমাল্লে, মচান্নুপীনা কপ্পগীম্থ, ব্রা ঙাংদবগীম্থ ঐখোয়দা হেক্তা তাশিনবা। ঙসিদি হুকান্দা ব্রা খরা শেংদোক্লগ্রবনি

থুমগা মোরোক্কা হান্ননা তীংহুনা থম্লম্লবা হুংদেংকোত্তা হেন্তাব মেৎনা মেৎনা মমানা কৌথেন্দা ঐঙোন্দা চঙলক্লগা। কয়া থিন চৈরম্মে, মায়সে পুবা ঙমদবনি—

য়ায়মনা লাইরিক তমখিঙৈ, থুনা থাজথোকহৌরো হায়গ্রবনি ময়াম চঙহুনা— মপানা খুম্মকই।

য়ায়মা নঙ শুকথোক থোক্লক্কনু। তোম্বী ঐখোয়নি কন্না শেন তান্নি, নঙগী—মমানা হায়রকই।

হেন্তাক কাংশোইগীদমক মমানা হেন্তাক ব্রাত্তনবা শীল্লি। ইপান থাদা লম্ফেলদগী ঙাতেক ঙানৌ, ঙাকুপ, ঙাখা ফারগা কংহন্দুনা থম্মী। ব্রাৎলকপগা হোংঙ্গা তোয়না শুহনা ব্রাৎহন্দে।

———

অয়ুক য়েন্দা অহান্দৈ, মুরা ওইবী কয়ানা
পম্থো মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং, মাঙ্গোল মতা ফবদা
চরৈ নমখাং শাজরি, চারি ইয়োং ফমতুনা।
ওইনা কাং য়েৎনা হুন, য়েৎনা কাং ওইনা হুন
ভোগী লংচাক নামিবা, লংচাক মানা য়ায়দা চন
শমজেৎ শুনা কারল কাং, লংগী লংলা মরক্তা
চীরি চীরি খোঞ্জেলগা, পাঙদেম নোংথাং শাজরি
ইয়োং কোক-কাক খোঞ্জেলনা, লৈকাই পূমনীল নীন্নরি।

অঙাংবা খনবী কুন হানবীনা, হারৈদা মথায় অমা পী। ফি অমদা শিকি মঙা চঙডি। লুপা অনী শিৎলি শিকি অহুম তোংডি।

মুমিৎ কয়ানি চঙডি ?

শুবা চাম্বা শক্তি লাকপা, ঙৌনবা শুবা, চনাং থাবদা মুমিৎ হুন্নি চঙডি। নোংমদা ফি অমমম ককই।

নোংমদা শিকিতনি মখোয়না তাল্লিসে। অরাংবনা ফৈ মতুতা শাবা য়াদ্রা ?

মীনদি নেক্লক্লে।

নিংথম্ থানি, অয়ুক্ ওন্তানি। লৈচীলনা ইমম্মম্নি, তোম্বীনা লংচাক্ চাক্লি, মুরেসনা মৈফু থাগংলি। মমানা কোল্লিক্ রাইরম্ শেংলি, মপাদি তুকান্ কাথ্রে। মৈফু থাগৎপা হেক লোইবগা মচন্ মুপীদা পীশিন্থ্রে। মচন্ মুপীত্থু হোৌগতুনা মৈফুত্থু, ইয়োংদা তিংলিবা লংগী মখাদা থম্তুনা মৈনীল ফংহল্লি। খুনম্মা নানতুনা য়েংলি নপ্‌শিন্নরম্বত্থু খজিক্ ফয়ক্লে।

কোল্লিক-ৱাইরম্ শেংবা লোইরদুনা থোরকপা মমানা—তোম্বী, ফি শাবা য়ারব্রা ?

য়ারনি, মতু খরা খরা লাংলক্লে।

নঙ্ ইয়োং কাখৎলু, ঐ লংচাক্ চাক্লকে। সুরেস নঙ্না চাক্ থোংঙ্ রো, ঈশিং শাহৌরবনি। ঈশিং অমুক্ হৈজিল্লু, শম্বিস্থ খরা য়াংশিল্লু।

ঐদি ইংখোল কোইদৌরি, তেংপাক য়াল্লি।

তোকও, ঙসি ফি অহুম্ য়োন্দৌরিবনি, চনাং থাদৌরিবা মুংশা খজিক্ হাইদোরক্পদা—মমানা কল্লপ্ হায়রকই।

তায়ায়গী শেল্ থাদৌরিনে, হয়েংগী চেংস্থ লৈতবনি।

তোম্বীনা মতেং পাংশিল্লকই।

করি ইঙ্গাং, ঙা লৈব্রা ?

পুখ্রিদা—তোম্বীনা নোক্লা খুম্লকই।

করিনো, নঙ্না খুম্লিদো ? ফাগী নত্তে, ইনা হায়রিসে।

শাউনো, তামচা, ঙসি ফি য়োন্নিয়ে, মুংদাংদা পেন্না পীজগে।

অঙাং অনীনা ঙাংনরিবা ৱাতু তারগা মমানা—ঙাখা অয়াইবগা, হেন্তাক্ কাংশোই চাসি ; মতুস্থ ঙানি। উ কোবী মনা খরগা খামেন্-গস্থ হেক্লকউ, কাংঙৌ ঙৌ।

মরোই নাকুপ্পীদো পান্দোং অমগস্থ লেন্‌বীরকও তামচা, মো-রোক্ অতেক্পা খুবাকমুক্কা।

হোই-হোই। ইমানা থোংলদি, ঙারোই অতেকক্পা মান্দৌবা।

থোংলম্‌দাইদা হায়রকউ, তাক্লে।

মুংশা খরা হাইদোরক্লে। লং তৎখ্রদুনা তোম্বী ইয়োংদগী কুম-থরক্লগা শম্লি। মমানা লংচাক্ চাক্লি। সুরেনসা তেংপাক্ য়াল্লি

মতমসিদা বৈষ্ণবী অমা কোম্ভোঙলোমদগী চঙলকই। য়াইঙং মচুগী ফিজোল ঙাক্তা শেৎ-চায়। লম্বোই তুগী উপ্ ই, লেংবান্দা খাউ অমা য়াল্লি। ওইনা মালা খাউ মন্নুংদা মালা চৎলি। য়েৎনা য়েম্পাক্কী মখোক্কা কমণ্ডলুগা পুন্না পায়রি। তুলশিবোংদা লেপ্লগা বৈষ্ণবীনা—

হরে কৃষ্ণ, ইবেম্মা মধুকুরী লাকইয়ে।

বৈষ্ণবীহু বৃন্দাদেবী মখোঙ্দা কমণ্ডলু থম্মী, অহুগা—রাধে-শ্যাম্ গৌরনিত্যাই—মখা তারম্লগা মচীন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লতুনা মালা চৎলি।

তোম্বী, নঙ্ চেং মুট অহুমদং হাপ্পুরো। অহানবা লাক্পদি মহাপ্রভুনি, বর নিঙ্গৌকো।

লং শম্বা লোইরবী তোম্বী চৎখ্রে। কুইদে মেরুক্ অমা পায়রগা থোরকুই, অহুগা চেং হাপ্পা চৎখ্রে। মমানা—ইমা বৈষ্ণবী, বর পীবীরম্মু, ইমুংসি য়ামনুখ্রে।

কমণ্ডলুদা চেং হেক্ হৈজিন্বগা তোম্বী খুরুম্মী। বৈষ্ণবীনা—শক্না ফজরিবা ইশুদি, নুপা অফবা অমা ফংজরো।

নত্তে বৈষ্ণবী, ইমুংগীমু খরা পীবীরম্মো—মমানা হায়রকই।

নুঙাইরো, য়াইফরো, মথং-মথং চাউখৎপা ওইরো—মখুৎ য়েৎ থাঙ্গত্তুনা হায়রম্লগা বৈষ্ণবীহু চৎখ্রে।

মতমসিদা মনাওনুপা গুনসিং কোম্ভোঙলোমদগী চঙলকই। সুরেস হরাওই। মনাও নুপাদা—"ঈশিং শারে হায়বনি, নঙ্ চাক্ থোংদোক্লুরো, স্কুল কাবা নংনবা।"

"ইন্শাংদি, তামচা?"

"ঐ পুরক্কে, মৈ থাগৎলম্মো।"

"হেস্তাক শোক চাদবা কুইরে—গুনসিংনা মখা তারকই।

"ফি য়োন্দৌরি, নুংদাং ঙা চানি। ঐ লাক্লনি আলু মখোঙ্ খোৎচিল্লমখিগে।"

গুনশিং চৎখ্রে। ময়াম্বগী শেল থাবা ঙম্নবা নুপী মখৈনা ফি কন্না শারি। নুপা মখৈনা চাক্ থোংলি। অতুগা লোয়না-লোয়ননা স্কুলস্থ তম্লিবনি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংনি। মচীন-মনাও অনীদি ঙশাইনা স্কুল্ কাখ্রে। গোকুল তুকান্দগী কুম্নকই, মফি-মরোল পরপ্-পরপ্ হোংদোক্লগা, মনীংগী শঙ্গোলদগী, মানা অয়ুক ঙস্তা পৈশিন্দুনা, থম্লম্বা শম্থিতু খুদেং অহুম্ হোল্লুরগা অরাং থংবা লৈপল ময়াদা পরপ-পরপ শারি। খরনা ৱাশা অকংবদা তোপশিল্লগা লৈপল্দা ঙা-ঙাদুনা ফৌরি। তোম্বীগা মমা-মচানা কোয়েৎ মচা অহুমথক্ শেম্লি। থাপ্লনা য়ুংবা উখোঙ্ অনীদা অশাংবা নাচৈদা লেংশিল্লগা পাং-তিংনা ফৌরি। মহৌশা গম্ভীরনা য়ংলম্বা উখোঙ্নি। ফি শাংবা তেন্বগী মতুংইন্না, পাং তিংনা ফৌবা য়ানবা, থৌরি অনীগী কারক্তা, নাচৈ, অশাংবা অমা লেংশিল্লগা উরু-উরু লৈনিন্দুনা শাংদোকপা তেল্হনবা য়ানবা শেয়ম্বনি। ঙহাক লৈরগা চাক্ তোল্লবা মতুংদা গোকুল অমুক তুকান্ কাখ্রে। নুপী অনীদি মখুত্তা শায় তিংখং অমমম পায়রগা অচাবনা খেৎচিল্লি, অকুঙবনা খেত্তোক্লি। ফি অহুম্মক পূমকং কংতুনা থুপচিল্লগা চাইথশেলদা শম্থি মৈতাল অচাকপা হাপ্তুনা তকথোক্লগা কৈথেলদা পুবা য়ানবা শেমদ্রি ফাওবা চাক চাখিরোই।

নুংথিলনি। গুনসিং মচীন মনাও স্কুল কুম্লক্লে। মনাওনা চরা হেক ৱানবগা ঈশৈ তম্বা অমুক চৎখ্রে। মমাস্থ কৈথেল কাখ্রি। মচন নুপী তোম্বী শঙবা, ঙসিদি সুরেসকী পালি তারি।

সুরেস ইংখোল কন্না কোইবা লাক্লরি। আলু ফৈদোম অচৌবা ৭ থক থারি। ফৈদোম অমদা মোন অনী হেন্না থোক্কনি। আলু

হেক তানবগা য়োনগদৌরি অহুগা মহাক্কী মফি মরোল শউনগী ফিনাৎ লৈগদৌরি। লৈকায় কোয়বা পাম্বা স্নুরেন্নুনি, মফি মরোল জগোৎ চাদবদগী কোয়থোক্লি।

নুমিৎনা চীংদোন পক্লক্লে। মনীংলোমদা শন কারক্লহুনা তোম্বী ফি শারম্বদগী হৌগৎলগা চৎথি। স্নুরেসস্নু মনা মশীং থারিবশিংহু ঈশিং চাইরি, মখোঙ সোম্লি। শন ফাজিল্লুরগা তোম্বীস্নু ইমুংদা চঙথি।

পাখং অহুমখক্ য়াম্না কেনা ফৈজোম্ অম্মম ফুরিৎ অম্মম্, শউনগী ফিনাৎ অম্মম্ তোংলহুনা কোম্বোঙলোম্দগী চঙ্লকই। শাল্ অম্মম্স্নু ইল্লকই। পাখং অমদি মখুদাংদা ঘড়ী অমস্নু শিরি। স্নুরেস তালু মখোঙ্ শোম্না শোম্না ফম্লগা ইংখোলদগী স্নুম্ য়েংলকই। খুদাংদা ঘড়ী শিরিবা নুপাহুনা শেৎলক-চারক্লিবা ফৈজোম্ ফুরিৎ য়েংবদা ফজৈ। মহুগুম্বা লৈগে হায়না স্নুরেস খল্লি। তোম্বীনা ইমুং-দগী থোরকপগা মপা চানরুহুনা জুরী ময়াদা লেপ্লিবা পাখং অহুম-তুগী মনুংদগী অমনা—"ঈশিং খজিক্কা থক্চগে।" হায়খিবা স্নুরেস তাহৌই। নিংথমথাগী নুমিদাংরাইরম্নি, ঈশিং খোৱাংবা হৌনদে, পাখংগী হৌনশা ওইবননি স্নুরেসনা খল্লি। তোম্বী ফক্ অমা থারম্লগা ইমুংদা চৎখ্রে। চাইশেলদা ঈশিং পুথোরক্লগা থম্লম্মী। মনীংথোঙ্-লোম্দা থোরক্লগা লা হেক্লি, অহুগা স্নুরেসপু মথুং ইৎলগা কৌরকই। স্নুরেসস্নু য়োৎপাক থাংজৌ পায়রগা ইমুংদা চঙ্লক্লে। তোম্বীনা তিকি য়াম্না থারগা হিদাক ভাম্বক অমা হাল্লগা পুথোরকই, লারৈ অহুমস্নু য়াম্মী অহুগা লাই থাউমৈ থান্নবা শেম্ শাখ্রে।

মবেল শিজখোয়নদি লৈশারিদৈ রানিদা
নুমিদাংৱাইগী মতম নুমিৎনা চীংয়া থাংবদা
পাখং ওইবশিংনদি ফৈজেম খোংদাই শেৎচরা
ফুরিৎ শাইজোল লিৎচরা মকে ফানা কেজরা;
ঙক্কা আগ্নী পরেংনি খুত্তা কবোক্লৈ চরোংনি

জেপ্পা শীঙেল লবঙ্গ নিঙোল ওইবীশিংগীদি
নানবা ইয়োং ফিশাশঙ মশীং য়ৈনা মকোয়জৈ।
নিঙোল ওইবীশিংনদি লাইজা থনবা চাইথ শেল
পাখং নাক্তা মখিঞ্জা চংবী লাগী লারৈগা
খুদোং ঙাম্নক হাঞ্জরা পাখং মাবু মওক চৈ।
মৈতাল মরু' মৈখাঙ ওই, 'শুবা হীদাক য়ায়দা চন
থানীল থাগুম থারবা, তিকী মানা থক্তা থোং
পুথোরকপা খুদোংদি খোয়দাদবা পাখংনি।
নীনি পানবা থাজগুম তিকী মচী খজিক থা
পুথোরকপা খুদোংদি নিঙোল খোয়দা পাখংনি।
লারৈ মাগী মচীলনা অনী অহুম ফাংলবা
পাখং মাগী মপূক্লিং ফাংঙি ফাংদে অরেপ্পা
লৈশা মানা খঙনীংবৈ লৈশা মাগী পাখোংনি।

মতমগী খোঙচৎ অঙকপনি। ময়াঙ্গনা কলিকতাদা লাইরিক তম্বা চংখ্রিবৈ নুমিদাং খুদিং সুরেসনা, স্কুলশিংগী ফোংলবা মেগা-জীনশিংদগী রারী মচাশিং অমদি ডাক্তর কমলগী মাধবী পাঠ তৌবা লৈকাইদা চংলকপা চহী অনীরোম ফারক্লে। রারী মচা অমদি উপ-ন্যাস পাবীবগী ঙাকসু নত্তে, মথুং ফজবগী অমদি প্রেমান পান্থে হৈবগী লৈকাই মচন মচেশিংনা নুংশি পত্র ইবীনবা নেকনৈ। নুপী মচাশিংতগা লোয়নৈ। মাগী হৈনবীনি। শঙ্গোম থকই, হৈরা চায়।

নুমিদাংগী পুং মাপল মথায়রোম তারক্লে। গোকুল দুকান্দগী কুম্লকই। গাড়ীদা লং উপু অনীগা মচীন ফেনবা চাঁদি (ক্নিনার) গম্বু পুরকই। লংতু লংচাক চাক্লিবা তোম্বীদা পীশিল্লি। য়েংলগা তোম্বীনা মনাদা—অঙাংবা খনবনি ইমা, শমজোৎ অকুঙবা।

"খাসিগী মঙ্গুংদা লোইবীয়ু হায়রকই ঙমগদ্রা?"— মপানা হংলকই। অচোইবা হারৈ খরা য়াওরক্লিবা অতুসু পীশিল্লি।

"ঙশ্নি, অশামন্ লুপা অম্মম্ তারেদো" — তোম্বীনা খুম্মী। মখা অমুক তারকই—"তত্তনা ফংগদ্রা পাজি ?"

"ঙাইখোদা, লান্সি ইরাং অমা তৌরক্লি, মহৈ-মহৈ চংনখি-রদোরেদা"—হায়রম্লগা শঙ্গোম্ হাপ্পবা পাত্রহ্ লান্শিল্লকই। মখা তারকই—

"চাক্ থোংলব্রা ? ঙাতোন্নি পৈশা অনীগী ৬৪।"

"ইমানা ঙারোই মতেক্ অমগী লৈরকই, নাকুপ্পী পাই অমগগী হাওই, মোরোক্তব্ খরা শাই।"

"ফরেদা, ঐস্থু মহু চানীংঙি। মোরোক্ অতেকপা তম্বায়গা, ঙারোইগা, মরোইগা থোংবা হায়নরিনি। ফরে, গম্ভীর থোরক্লনি, লুপা ২৫, থারকউ হায়রকই।"

"করিগী অহুক্ য়াম্না পাজি ?"—মমানা হংলকই।

"মনাও অনীগী লাইরিকস্থু লৈরকদৌরি মাল্লে। থাদবা য়াদবনি, ঐঙোন্দা ১৭ লৈ নিপাল ব্রাংলি।

"ঐঙোন্দা অহুম লৈ"—মমানা খুম্মকই।

"মঙা ব্রাংলি, মহাবীর বাবুনদি মহাক্ থাগ্রগে কোন্না হঙ্গিল্লকউ হায়বনি। য়ারিবা মখৈ ওত্তবনা ফবা। চেংদি কম্দৌরে।

"পৈশা তরাগী শাইরুক্তুমা ব্রাল্লক্লে"—মমানা খুম্মকই।

"ফরে তরুক্লি চংনরগনি। মঙা ব্রাংলিসি কম্দৌবা ?"

"পাজিনা চিঠি অমা ইবীরো। তাতোন্ থারসি মাম্য়ায়—মদগী লৌরসি, ফি হেক্ য়োনবগা শিংবা ঙশ্নি"— তোম্বীনা খুম্মকই।—

উম। ইকাইখ্রেদকো, হান্নগীস্থু খরা লৈরি নহৈ—মপানা খুল্লকই।

মতমসিদা গুনসিং কোম্বোঙ্লোম্দগী চঙ্লকই। মখুৎ ওইনা থাউ উতোং মৈনম্ অমা পায়রকই। য়েৎনা চৈতেক্ কোংপী শান্নবগী

খুত্নপমুক্ শাংবা রাশা অমা পায়। য়াম্না হরাও-হরাওনা চঙ্লকই। শুমাঙ্ হেক্ য়ৌরক্পদা মৈ মুখৎখ্রে। দাড়ী হেক্ কাখৎলকপগা তোম্বীনা—

কয়া খুল্লকই, তাতোন্?

শিকি অমা ইঙৌ-ঙৌনা তারম্বা অঙৌবা ময়া উৎলদুনা মোমোন্ নোক্লকই। মখা তারকই—অতৈদি পাইগা মতেকা ঙাক্তনি।

ঙরাংদি পৈশা মরীতা!

নোংমা-নোংমগীনিদনা।

মচীন্ মৌপ্যা ঙাংনরিবদু থৎলদুনা মপানা—ইচাশা নয়াম্বনা ডাক্তর তম্লিখৈ, খরা মখাড়ুখিসি। মহাক্না হেক্ লোইরকপগা, নখোয় অমুক শেমহন্দৌরিনি।

গুনসিং লৈকাইগী মমান্নবা অমগা কৈথেন্দা পৈশা খুন্‌বা—মুমিৎ খুদিংগী চৎলি। ওইনা মৈনম্, য়েৎনা চৈ মচা অমা পায়রগা ইমা ইবেলশিংনা কৈথেল কুম্নখিবগা পৈশা থিবা হৌই। পোৎফম মথক্ অমদি মখাদা তাবা থুনাম্ নাংঙৈ, ক্বা মকু, হৈ-রাগী মকু চেজেৎ, লা-মচেৎ তারম্বা চৈনা খৎ-খৎ খত্তোকই। উপ্পা তারম্বা উনা লোংথোক্লম্মী, লোংনা তারম্বনা উপশিল্লম্মী।

খুল্লকপা পুম্বা ইমুংগী রাগী উখোং অমা হুৎলগা মহুদা থাদনুনা—তুংশিল্লি। ডালপুরা অমা লৈগদৌরি।

———

হুমিদাংৱাইরম্লি। মপান কাংজৈবুংদা অহল লমন খরা লৈপুং ফম্লি। মায়কৈ মরীমক্তগী লাকপা অহল লমন ঙাক্লি। শগোল কাংজৈ, বর-সাহেবকা লোয়ননা শান্নবগী, পাঞ্জনফম অঙাংবা, মতোন্দা ফিরান্ অঙাংবা থেৎপা মখোঙ্ অনীথক্ হেক্-হেক্ ষুংফম্ অতুৱাইদনি। মায়কৈ মরীমক্তা থোক্পা থোদোক্, কৈথেল পাউদগীনা তোক্ঙা কাওবা, অতা-অতাবা, অখঙ্ অখঙ্‌বা মখৈ, পুথোক্-পুথোক্তুনা লৈপুঙ্‌ৱা ওইনা ঙাওনরি। মীয়ায় চন্নবা অহল-অমনা—

"কাংঙ্‌জম্‌গী তা কহ্নাইতু ঙসি নোংঙাল্লমদাইদা লৈখিদ্রে মুঙা-ইখিদ্রে।" মতু তাবদা অহল অমনা ওক্লকই—"অওইব্রনে, ঙরাং হুমিদাংৱাইরম্ সনা কোম্লুংলোমদা হাইগৎখিবা থেংনরম্মীদা। হংবদা গোবিন্দ দর্শন তৌরুগে হায়রম্মী। "হান্নগী অহল অতুনা অমুক খুম্নকই—"ঙরাংসি নোংথি নোংমংঙি, মতোমতা মম্লি মম্লিবদা হল্লকই হায়। নিত্যাইবাৎ চিথেক্নী হেক্ লৈশিল্লকপদা হৌরিবা খোংনাং অচৌবতুগী মখোঙদা, মোত্তাই শুদাইনবী হন্নুবী অমা ফি মচী অমদা—।" অহন্দ্‌না হায়বা লোইদ্রিঙৈ অতোপ্পা অহল অমনা "ইনশাং-নাপী থাতুনা য়োন্‌বা থেংনরুরৈনি। কৈথেল লাইরেম্বী থেংনরুরৈনি। কৈথেল লাইরেম্বী থেংনররেনা অতুদি।" হান্নগী অহল অতুনা অমুক ওক্লকই— "হন্না য়েংল্লবু লৈবাক্তা নেত্তে হায়, স্মাই মাঙ্‌থোকখ্রেম্নু হায়।" অহল অমনা অমুক—"লৱাই শাৎখ্রেনি। লৈবাকসি কায়রনি য়াররোই, অসিগুম্বা উপদ্রোপসি লৈবাক কায়রম্‌-দাইদা হেক্-হেক্ থোক্ইনে। অহিং অথেংবদা কৈথেল লাই-রেম্বীনা তেংথা নাওইনা কপ্পা তায়েম্নু হায়নরি।"

"লৈবাকসি কায়রনি, প্রজা রান্‌রনি। ইমিৎ মক্না হেক্ উরক্ল-

বনি, কুমজা অমুক কুইবসি হৗোই-চুরাগী হৈবী পাম্বী অসি অমুক্তা মপান্ শাংলক্তবনি। কুমসিদি মপান শারে, মহৈ য়াল্লেদনা—ৱাংখৈ রোমদগী অহল অমনা হায়রকই। মখা, অমুক তারকই—"পাম্বো-ইবী ইমানা কোন্বা লম্, উচেক্কোনগী উগী উশা খুদিংদা ঈশিংদা চাক্তাবা উচেক্ অমদি উরোক্না শরিক য়ানবগুম্ য়াল্লে। লৈরক্ খুল্লক্ সুমাঙ্, খুদিং উচেক্কী মতুংগা মথিগনা চৎপা লাক্পা য়াপোৎ নত্তে কোইচাই চাইরিবা। চৎলুরবনি মিৎসিমক্না উরক্লবনি।"

"ফুজ্র্ লোইশংলোম্দা অমুক্তা য়েংঙ্নে, কচ্চরীগী অৱাংবা উসে সেক্পীনা ইয়োম্ য়োমশিল্লিবা, চীক্লরিবা কোইপাই পাইরিবা অসে পল্টন্দা তৌরিবা উশিং অসিদসু। অহিংদা খুল্লক্তা চাক্তবা থোরকপনি। অমুক নুংথিল্দি, মোংবা-হন্বগী উমংদা উশাদা শরিক য়ান্গচম্ য়ান্দুনা লৈবনি।" অহল অমনা পাংশিল্লকই—"চুম্মী, উপ-দ্রোপনি অমক্তা থোকখিদ্রি।" মখা অমুক তারকই—"কংজাবীগী লাইরম্ অশাংবসিদা কবোকং মরক্তা লাইনিংথৌ পাখংবগী পাফল হেক্তা ময়েক শেংনা লানা তাউদুনা লৈরে।"—অহল অসি কংজা-বীরোমদগী লাকপনি।

অভাবা মীওই মখৈনা মায়কৈ মরীমক্তগী শঙ্গ্-শঙ্গ্ লাক্লদুনা থৌদোকশিং অসি য়েংবা কোইনা চৎনরি। মমিংনা হাকথেংননা উরু-রবা মীওইশিংনা মপুক্লিংদা কৱিগুম্বা অমা থোক্লবা তারে থাজনরি। অঙাং অমদি পাখং লৈশাবীশিংসু হৌনদুনা শঙ্গ্ শঙ্গ্ কুম্মৈগুম্ য়েংবা চৎনরি।

নুমিদাং নুমিদাং য়ুমথোঙ্ অয়াম্বা অঙাং ওইরিবা মচা মশুশিংনা ফুঙ্গাগী অকোয়বদা কোইফম্ ফম্লগা, মপু মবেলশিংনা চাকঙাই ৱারী ওইনা, থায়না মমাঙ্গৈগী লাঙ্গায়বগী ৱারী হেক্ হেক্ লীবীরি। প্রাজানা ৱানখিবা ময়াম্ অদুসু মরীক্ চুম্না শীংথাদুনা লীবীরি। অৱানা ঙমদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা ওৎ-নৈরবা, মথুবাক্ ময়ায়দা য়াইরীনা

পরেংশানা লেংলগা, শা-শন্ হোইত্নুনা পুবগী রারী লীবদা তারিবা অঙাংশিংবু ক্বিবনা চিং-চিং লাওনা ফাওন্নবগথে, থরাই য়াওনা তানরি। মসিদস্নু নত্তে, মৈতৈগী য়ুমথোঙ্শিংদা, থোঙনাও থোঙ্জাও লোইনা মপানগী য়োংশী থাজিন্দুনা য়ৈশিল্লগা লোন্শিন্দুনা, মোরোক্ শংবাই-শংবাই থাবা, ইমুংদা অঙাং-মুবী অমদি অতৈ মীওইশিংনা স্বর ফুঙ্গত্নুনা, হাকথি-খনমন্দুনা মীহাৎ-থিনা হাৎপা ময়াম্ অত্নু লীবীরি।

লাইরিক লাইশু হৈবা, মপানগী হিন্দী, বেঙ্গলী, ইংরেজিদা ফোংবা খবর-কাগজ পাবা মীওইশিংনা হায়নবনা, হন্দক্কী লাল্লোংদি এরোপ্লেন্না লান্দানি, বোম্ থাদত্নুনা য়ুম্নকৈ ফুরা-দলাল থুগায়নি, নোংমৈনা মেচৌন্গন্না কাপ্তুনা মী শঙ্গু-শঙ্গু হাৎকনি। মখাতানা অমুক ঙাংনরকই— "বৃটিশকা জাপান্গা থেংনদোবা লান্নি, অরাপ্পা খুঙ্গংদা, চীংয়া ভময়াদা লাঞ্জেন্বা প্রজাশিংদি করি তৌরোই।"

মতম থরা লৈরগা অহল লমন্শিংগী লৈপুং রা ওইনা অমুক্ ঙাংনরক্‌ই— "থোঙাক লাইরেম্বীগী অমুক্তা কাংলক্ত্রিবা কংসুকংহৈদবা খরুংগী ঈশিং তোয়না কংলে। অথেংবা অহিংগী মতমদা অঙাং নাহেবা মখোল তারে। লাইরেম্বীগী খুবম্সিদগী ফিঙৌ শেংপী মৌ-নহা ঙৌরোক ঙৌবী অমা হেক্-হেক্ থোরক্লগা নাইতোম্ ওক্লবা মীওইশিংদা, মখুৎ হাৎলত্নুনা কৌশিল্লি হায়নরি।" অতোপ্পা অমনা "নোংথি নোংমংবা অহিংদা নহামাঙ্গী লৈপুঙ্দগী লাইনা কৌবা তারে, নোংচুপ হারম্নোম্দগী লাইনা অমুক পাউথুম্নকই। পাউথুম্ন-কপা মায়গৈত্নু অশি অনা কনগনি।" অহল অমনা হায়বনা "অসি-গুম্বা উপদ্রোপসিদি অনাবা অচৌবা, থোঙ্হাম্বা অচৌবা, থোক্লম-দাইদা হেক্-হেক্ থোক্কল্লি।" অতোপ্পা রাকম্ অমনা লাইনিংথৌ খোইরি ফাবগী চীংথক অরাংবা লাইবুং মথক্তা শগোলনা শল্লুপ-শল্লুপ মপৈ-মপৈ লৈররে। তাংজা লিলস্নু শঙ্গু-শঙ্গু তোয়না থোক্লে।"

মপান্ কাংজেবুংদা লৈপুঙ্ ফম্লিবা অহল-লমন্শিং অসি হন্দক

মরক্তি থরাই য়াওনা নুমিৎনা পূমতা তাখিহনা পূম্মম্ মম্ত্রিবা ফাওবা ফম্নরি। ভৌবোং, ফিরাং অরোন্‌বা রুই অরোন্‌বা, শামতুগী কম্পোর ইন্নরকই। উতুবীগুম্ মকোক্ খুম্‌জিন্দুনা নাপীথক্তা হিপ্নবস্ু য়াওই।

"অরিবম্ লাইরেম্বীগী লাইমুংদা ঈরীক্-ঈখেং চাইরম্মে", কৈথেল পাও ওইনা শন্দোরকই। মায়কৈ মরী-শীন্‌বা থুংখি।

কুইদ্রে, ইম্ফাল সহরগী য়ুম্লক খুল্লক খুদিংদা, অরাপ্পা খুঙ্গংশিং-দস্নুনি, অঙাং নুপা মচাশিংনা লাই য়াওখ্রে। খোংবাল লুক্লাং, কোঙ্গুৎ, লৈপল মরুম, লৈপুং মরুমদা লুম্না লুম্নরগা পোকলাউবী লান তৌনরক্লে। মীচঙ কাংলুপ কাংলুপ নাইননা, অউ অউবা কাপ্পরক্লে, পোক্লাউবী লান শোক্লরক্লে। অপানশিংহনা লৈদা হাইথা। ভুনরি অশি শানা লৈনরি।

অহল লমনশিংনা হায়নরকই— মৈতৈ কংলৈ লৈবাকসিদা হল্লে হুনফম ওইগনি, লানগী পোলোইস্ু লৈবাকসিদা ওইগনি।



হন্ত্রে হুন্‌ফম্‌ কাংলৈপাক্নি, পোলোইস্নু মফমসিদনি অহল-লমন্না ভাংনরিঙৈ পংকুই কুইদ্রে, মিলিটরী গাড়ী পরেং-পরেং, মন্নি-মন্নি লাক্লুনা কংলৈপাক্তা থুংলরে। পংকুই কুইনা পল্লমদে, চীংন্নুং মান্ন্ংদা, লাংথবান্‌ চীঙ্গোন্দা কেম্প শা-শাতুনা লৈনখ্রি। মরকসিদা মোরে অমদি পলেল্লোমদগীস্নু বর্ম্মাদা মতম কুইনা থুন্দা লৈতাতুনা লৈরুরবা ভারত বাসি কয়া কয়াস্নু রিফিউজী ওইনা মপৈ-মপৈ, কাঙলুপ কাঙ-লুপ নাইনা লাক্লতুনা লৈবাকসিদা থুংলরে। হৈতুপ পোকপীদা থাং-খাং নাইনা লমদম্নবদগী ইম্ফাল তম্নকপা কাঙবুনি। সরকারনা মখোয়গী লৈফম্‌ মন্ত্রি খোংনাংদা শীল্লি। কেম্প শা-শাতুনা লৈহল্লি। চানবা চিঙ্গাক অমদি হীদাক্‌ লাংথক্কী মতেং পীরি। স্কুল-স্কুলশিংদা লিংবা ছাত্রগী স্কাউট কয়াস্নু কাঙবু কাঙবু লাক্লুনা মখোয়গী মতেং পাংবীররি। ফাষ্ট অইডকী মতেংস্নু পীরি।

ইনাকখুন্‌বা রিফিউজীশিংনা গাড়ীদা তোংতুনা ডিমাপুর রোমদা চংনখি, অমদবা কাঙবুনা তোংজৈ-মরীন্দা মখোঙ্‌না চংনখ্রি। মতুগা লোয়ননা মতম কুইনা মণিপুরগী বাংমদগী লাক্লুনা লৈবাকসিদা লল্লোন্‌ ইগীক্‌ তৌরম্বা কারবার রালাশিংস্নু মরৈবাক্তা ঙম্না-হন্নখ্রি।

লৈবাকসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী মরক্তস্নু মচিঙ্গাক চাবা-ইনাক কৈরক্‌ খুন্‌বা, সরকারগী থবক তৌবা মীওইশিংদি খরতনি, খুত্তা মশীং থিবা য়ারি, অতৈদি মীচম্‌ ঙাক্নি, মখুৎনা শুজা নোমজতুনা, লৌউতুনা চাবা মীওই ঙাক্নি।

মৈতৈগী ইমুং নুপীশিংতনা পুরি। কোয়েংমচা, মরাক পাকপী, ইনফি অমদি অতৈ শেংনা চানবা ফিরোল, নোং হেক্‌ ঙাল্লকপদগী

অথেংবা অহিং-ফাওবা মুপী মখৈতনা, চাকশিন্ননা-শাহুনা মহুদগী ফংলকপা শেল খরা খরাহুনা ইমুং পুনরি, অঙাংশিংগী মফি-মরোল থোল্লি, লাইরিক্ তমহল্লি। ফি লৈবীনবা লৈতবদগী খুৎ থানরে, ইয়োং অয়াম্বা থবক লেপ্পরে। অয়ুক্কী য়েন্দা অহাংবদগী অথেংবা অহিং ফাওরা ইয়োংগী কোক্-কাক্ লাওরম্বা খোঞ্জেল লৈরক খুল্লকতা তাবা ফংলক্লে। ইমা-ইবেলশিংগী থবক কক্লরে।

খরা লৈরগদি অঙৌবা সাহেব, গোরা, নেগ্রো কোত্তুম্বী সিফাই, মীওই মখল মখল লাকপা উনরক্লে। লান্গী ইরাং কনশিল্লক্লে। মমাঙদা থোকখিবা উপদ্রোপ অমদি অহল লমনশিংনা ঙাংনখিবা পুম্বা চুম্লক্লে, ময়েক্ লানা উনরক্লে। সরকারনা লম্বীগী নাক-য়েৎতা "ভী" মান্বা লান্গী কোম্ তৌবা হৌরক্লে। খুল্লক-লৈরক্তসু লান্-কোম্ তৌনবা পাউতাক্ পীরক্লে। মহুগী মতুংইন্না লান্কোম্ তৌবা লোইনরে, সাইরেন্ হেক্ খোংলকপগা, কোম্দা চংহুনা লোংপসু তম্নরে।

জাপান্না পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাও হৌবগী লাওথোকখিবা চহী অনীরোম্ ফারক্কদৌরে। বর্ম্মাদদি বৃটিশকা জাপানগা লান্-কন্না থেংনবা মতমনি।

বর্ম্মাদা লান্গী ইরাং কন্খৎলকপা অহুক্কী মথৈ মণিপুরদসু লান্গী ঈরাং হেঙ্গৎলক্লি। দের টন্না চেল্লম্বা পীক্লবা ডিমাপুর লম্বী পাকথোকহনগ্রে মিলিটরীগী খ্রি টন্নর চংলক্লে। "রান্ রে-ট্রেফীক্" ওইবনা ডিমাপুরদগী চংলকপা গাড়ীগা ইম্ফালদগী চৎখিবা গাড়ীগা মাওদা ঙাইনরগা থৈনহুনা চৎপহুদি তোক্লি। গাড়ী অনী থৈনবা চন্নবা লম্বী থোং পাকথোক্লা শেম্লক্লি।

চহি অনী মখায়রোম্ হেন্না হৌখ্রে, মেট্রিক্কী পরিক্ষা থাখিবা সুরেস পাস তৌরে। শেল তান্দবা য়াদে খনবদগী রাবৈনা গাড়ী চৎপদা য়াওরি। গুণসিং অমদি প্রতিভানা ক্লাস টেন্গী ইউনিভার্সিটিগী অরোইবা পরীক্ষা নকশিল্লক্লহুনা মহুগী কন্না হোৎনরি।

লান্গী ঈরাং কনশিল্লকপদগী মহাবীর জৈনগী মশেল মুপা মচে অমদি মাল চাং পুশিন্খিনবা ইম্ফালদা থোরকই। মত্তুদা গম্ভীরসু য়াওরক্লে। থুংলবগা কুইদে মণিবাবুনা চাক কৌহুনা খুরাইদা মখোয়গী ময়ুমদা নোংমা মুমিদাং অমা চাক চামিন্নখি।

লুহোংগদবগী শেম শাবদি নত্তে। মণিবাবুগী লাইরিকশঙ্ ফিভম অমা থংহোং হোংলম্লে। মুহু হাইরম্মী, রং তৌরম্মী। ময়ুংগা মফৈগা মফৈনা ওম্বা মিহুখোঙ্ অনী অমগা ফাংলম্লে। থোঙ্সু থোঙ্নাউসু অরাংবা পর্দা ওম্না য়াল্লম্মী। মওং তাবা অচৌবা আলমিরা, ড্রেসীং টেবল, আলনা খিল্লি। খোঙ্গ্রাওমক্তদা পটুগী মচু, কয়াগীনি, ফুরিংসু অহু মঙাই হেঙ্গরদা ওম্না য়াল্লি। মিলিটরীগী চোরফোন্ মচুগী পটুগী খোঙ্গ্রাও ফুরিংফাওবা য়াওরি। খোংউপ মক্তদা আলনাগী মখা থংবহুদা থন্না লৈরি। পুময়াৎ অনী, পয়জমা অনী শর্টন্গী ফিনাৎ অমা অসিতনি গম্ভীরগীদি। মণিবাবুগী লাইরিক শঙ্ অহু য়েংদশিন্না কুপ্না য়েংল্লুরগা অচৌবা অহোংবা অমা মখোয়গী ইমুংদা পুরক্তবা য়াদে খনখি। গম্ভীর শেল কন্না তানগে লেপ্খ্রে। মহাক্কী মরুপ্তা দরখাস্ত অমা পীখ্রে।

মণিবাবূ চীফ রোয়েল ইঞ্জিনিয়ারগী ইন্টর্প্রিটর ওইরি।

মেট্রিক্কী পরীক্ষা হৌখ্রে। গম্ভীরনা মনাওনুপা অমদি। প্রতিভাগী মতেং পাংবীরি। মুমিং তরানিরোম হৌখ্রে, সাইন্সকা মেকানীক্সকা লৌদবা গুনসিংগীদি লোইখ্রে। প্রতিভাগীদি রাংলি। গম্ভীরনা অয়ুক্কী মুমিদাংগী চহুনা মতেং পাংলি, তাকপীরি।

নোংমা সন্ধ্যাদা গম্ভীর ময়ুমদা লাকই। লাই থাউমৈ থান্বা লোইরহুনা তোম্বীনা চাক্ থোংলি। গুনসিংনা ঈশৈ ওংল ওংলহুনা মনীংদা শঙ্গোল কাংমৈ থুরি। লাইরিক শঙ্দা চঙ্শিল্লগা টেবল মথক্তা চিঠি অমা থম্মে। লাইরিক অমনা মচী খরা নন্শিল্লি। চিঠি অহু অসুম্না ইরি—"পাজি, ঐ পলেলদা, শেল তান্বা চৎচরে।"

থোরকপদা লৈরক্ মচীন্দা কুল্লা ঙাইরম্মী। মরূপ-অনীনক্ খুংলৈ থুনা ললাম্বুং মখোঙ্ তম্লকই। কুল্লানা—

ফজবীসি কম্দৌবা, বাবু?

শেল তান্থিগে। শেল পায়দ্রবদি, পাউথুম্ পীবা ঙমদ্রে, বাবু। ঐখোয় ইমুংসে, অচৌবা অহোংবা, খংপু পুরক্তুদি, পাজি দামুগা রা ঙাংনবা মুঙাইররোই।

থাজথিদৌরসিদি। অমনা বাবুবু মুংশিনা হায়বসে, ট্রু লভ নিকো।

চুম্মি। মতুদা, করি উপাইদি লৈরি?

হোয়দা, মুশিংনবা খুদিংমক্ করিসু থুংনদে। লৈপুল নত্রবা হায়-দুনি। তোকতসি ইমাখোয়সু হরাওরনি।

বাবু, ঐ খন্ফম্ খঙ্দে। অচৌবা অহোংবা অমা পাম্মী, মণিবাবুদৌনা। মতুনা অচৌবা য়োংচাবী অনগুম ঐগী হকচাং, রাখল, পুক্লিং, থরাই পুম্নমক চিংশিনখ্রে। মালেম অসে, ইহাং হাংবা পোং-শক অমা ওইনা উরক্লে।

সুম লাক্পনা নাগা তুরেল্ মপাল য়ৌরক্লে। কুল্লানা মখা পাংখ্রে। কষ্টুরি থোং লাল্লগা কৈথেল মনুং চঙ্খ্রে। মমাগী নাক্তা চৎখ্রে। গম্ভীরনা অরাং পাংলক্লে। কংজাবী লৈরক্ মপা হেন্দোক্তুনা থাংমৈবন্দ পাংলক্লি। খরা চৎলা খোংনাং অচৌবা অমা হৌরম্মী. মতুগী মপাদা তুরেললোম্দা কুমথখ্রে। উজাও অমা তুরি, মতুনা থোং ওইরগা রানা পাম্বৈ শাবা অমদা লাম্থোকখ্রে। লৈরাই কাখৎ-লগা শোরোক্ য়ৌরক্লে। মতমসিদা মখোয়গী দেরটন্গী গাড়ী চংখিবা উই, ঙহাক পাকথৈ। গাড়ী লাম্থোকখ্রে। অমুক্ কাখৎ-লকপদা শোরোক য়ৌরক্লে।

অরাং পাংনা পম্বক্তা লাকপনা টেলীনা শোরোকী কাগুপ্ অনীদ

পরেংশানা তাক্নিবা শোরোক্তুদা লাক্লে। থবক্ কন্না নোম্বা টেলিনি, থাক্তুনা থম্লবা, কল্লবা নোই-নোই লাওরবা শল্লাল্লাবনা মম্নিং খুমজিন-বীরগা লম্বী ময়াদা অচাথাও শুম্লিবত্থ য়েংলি মখোল তানা তানা সুম্ চথরি খরা চংলগা খুয়াথোং য়ৌরক্লে, অতুদগী মমাঙ্পাংনা খুরাই তান্না চংখ্রে।

মথং হুমিংকী অয়ুক পুং ৮ লোম তাবা মতম্নি, মহাবীরগী তুকান্দা মহাবীর, গোকুলগা লোয়ননা রারী শানরি। অয়ুক ঙন্থা ওইবগা লান্গী ঈরাংনগা কন্শিল্লকপগা নিংথি হুংঙাইনা ফি অমগা য়োম্রি কলিকতাদগী অনৌবা ফিরোলস্থু থাইল্লক্রে, উপুদা খরা য়োম্নবা শম্লিবত্থ নত্তনা গুদামদা ফি অমত্তা লৈত্রে। মহাবীরনা লান্ মন্থুংদা ফি য়োন্বদগীদি হল্লাই, চেংল্লাই য়োম্নবনা হেন্না কান্ননি, গোকুলদা ওত্তনা হায়। মহাবীর জৈন্না—

গম্ভীরসিংগা ডাক্তর তম্বা লোইহন্নীংঙি। হেক্ য়ারকপগা কলি-কতাদা থাবীরকউ তমহনসিকো।

ফনি বাবু।

মতম্ অসিদা ওজা দাস পরপ্-পরপ্ চংলকই। মত্থু উবদা মহাবীরনা—

"ট্রেন্গী টিকেট কম্দোরে ওজা?"

"য়ারনি দাদা শীঞ্জথ্রে, হুমিদাং পুং ৯ দা তোঙ্গনি, এখোয়বু ঙাইরম্মি। দাদা গোকুলস্থু লেংবা তারেদো?"

"আহোই, ওজা।"

মতম অসিদা দামু মথল্লাই ইন্নুং হুংঙাইনা লাক্ই। দামু উবদা মহাবীর জৈননা—" গম্ভীরগীরা বাবু, মাদি পলেলদা অমুক্ চেন্থ্রে। হুম্মি গুরে। চিঠি অমা ইতুনা থনম্মী।

"লুহোংবগী রা পন্বগা চরা হেক্তা হেন্বা, থন্ফম্ খড়ুন্দ্রে, বাবু, অত্থগীনি।"

"বেঙ্গলদদি মমা-মপানা য়াবা-য়াদবনা মরুনি। নহারোলগী মুংশিনবসিদি অর্থ য়াওদবনিদা দাদা"— ওজা দাসনা পাংশিল্লকই।

"সিদস্মু অদুনিদা, ওজা"— গোকুলনা ওন্নকই।

"মুম্ তৌবীরো, দামু বাবু, নম্‌তুনা হেক্তা থাজথোকপীগ্রে। আইঃ এঃ তম্লবা থাখিবনি, অদুগা ডাক্তর তম্মে হায়য়ে গম্ভীরদি"— মহাবীরনা হায়রকই।

"মথুরাতোন্ লৈখিদবতুদা মহাক্না রাশকখি মাল্লে"— গোকুলনা পাংশিল্লকই।

—ঐস্মু ওজা দাসকা হয়েং চৎচরনি। লাননগা লান্‌কন্‌শিল্লক-পনে, থুনা হোংদোকপীহৌরো, বাবু।

মুমিৎ অসিমক্কী অয়ুক ভন্তা গম্ভীরদি খুবাইদগী মহাক্কী মরুপ মনিবাবুগা লোয়ননা পুং ৫ রোম্ তাবগী অদুরাইদা মিলিটরীগী ট্রক্ মকক্ অমা তোংলগা রারী শাতুনা লাক্‌মিন্নে। মণিবাবুনা—

এপোইন্টমেন্ট থোক্‌পা চয়োলমুক্ ফারে, কল্লগে হায়রবনি, সাহেব।

হয়েংসি শোয়দনা জোইন্ তৌজরগে, ভসিদংগা য়ৈথোকপিখো, বাবু। অমুক্তা তাইনবীখো।

প্রতিভাগী পরীক্ষা লোইদ্রিব্রনে, অতৈদি লোইনগ্রে।

ভসি মেকানিক্স থোক্‌ই, অদুগা লোইরে, অমুক্তা উন্নরমগে তৌবনি। মখোয়স্মু হয়েং চৎগ্রনি, অদুই রানি।

হয়েংদি শোয়দনা জোইন্ তৌবীরোকো, সাহেব।

শোয়জরোই, বাবু। ভসি অহিংস্মু বাবুখোয়দা লাক্কনি ঐ—।

থাবাস্মু বৃন্দাবন্ চৎগ্রে, লাপ্তেন্নবা ওইনা তাবীরৈনি।

অদুগা চঙ্ড্রিদা বাবু, শেলনা মরুনি। ঐগী লাইনীং শেলনি। ঐ কোক্ য়াম্না শারি।

মহাৱলীগী মনীংদা ইম্ফাল তুরেল মপান্দা গম্ভীর ক্রুম্থহৌরে। চয়েং চৎনিন্নগদবা মরুপ্ অমগী মন্নুমদা চঙ্‌খ্রে।

নুমিৎ অসিগী নুংথিলনি, পূং ২ রোম্ তারক্লে, গম্ভীর প্রতিভা খোয়দা লাকৃই। খ্রোইং রুম্‌গী থোঙ লোল্লম্মী, খুদোঙ্গীনা কাক্-কাক্ কাপ্পদগী হাংদোরকৃই। গম্ভীরবু উবদা প্রতিভানা—

তামো, লাকৃপা—ফরেদা, লেঙ্‌শিন্‌বীরকও।

ঐস্‌ উননীংঙুনা—লাকৃপনি, পরীক্ষা কম্‌দৌখি?

লোইনা তৌরম্মী, হৈ মহী থকৃখিসি। মোন্‌খুম্‌সি তামোগীনি, লাইশিঙ্খিগেকো।।

গম্ভীর চঙ্‌শিল্লগা চৌকিদা ফম্‌থে। প্রতিভানা মখা তারকই—

কেসন্দু য়েংবীরম্মু। হায়রল্লগা ইমুং চংগে হেক্ তৌই। মখা ঙমুক্ তারকই— তামো, ঐগী শম্‌সি নুংশি হায়বদাই?

য়াম্মী, ফজে, নুংশি।

প্রতিভা চঙ্‌খ্রে। গম্ভীরনা কেসন্দু সুম্ য়েংলি। টেবলদা লৈরিবা ফাউন্টেন্‌পেন্না, লৈরম্বা বোহিতুদা সুম্ হোৎলি।

ঙহাক লৈরগা প্রতিভা প্লেট অমদা বীস্কুইট ৪ থক্ হাপ্লগা পুথোরকই। মতু টেবল মথক্তা হেক্ থম্বগা গম্ভীরনা নম্বর সেভেন্‌গী—নাইন—হন্ড্রেড ইরম্মিসে লাল্লে।

মুন্না হোৎপীখো, তামো।

গ্রেভীটিদি থর্টি-টু্নি। হাফ জিঃ টি স্ক্বারনি, ফোর্মুলানা।

ইশঃ, হাফ এফঃ টিঃ স্ক্বার, সিক্সটিন্দা লৌখে, তামো।

"ফরে, থল্লুরন্নু। ডেফিনিসন্দি চুমখিকো?"

"চুম্মী।"

"ঐস্‌, 'নাইনটি-সিক্স' ফংখি, নঙ্‌সু অঙ্কম্ হাইনা ফংনি।'

প্রতিভা হীক্-হীক্, হীক্ হীক্ কপ্লগা চৌকি অমদা ফমথৈ, টেবলদা মপাঙ্খোম্ অনী লোন্শিন্নরগা, মতুদা লুকথরগা মমায়—লোৎচরি।"

হান্নসু রুমাল অমা পীখ্রবনি, ঙসিনা মোন্থুম্ অমা পীরি। গম্ভীর, মখা তারকই— "কপ্কনু, প্রতিভা, হৌখ্রগা ব্রাবা হৌনদে। নঙ্গী লাইবকসে ঐগা মান্নরি। ওজাদি ?"

"টিকেট লৌবা, দুকান্সু য়ৌনি হায়রম্মী।"

"ঙরাংদৈ য়ুম্ থাদোক্লে, পলেন চৎলদৌনি—রুমাল লৌথোক্লগা মমায় তৈথোক্লি। মখা তারকই— 'ওজা উনবা য়াদবা, ফাহন্ব য়াদবা। লাক্লম্মী হায়রুনুকো।"

অতুবু ফত্রানে, তামো।"

'শেল তানবনি, প্রতিভা। চয়োল ফারবনি, রোড-মোহোং ওইনা খন্বা। থাদা লুপা ৬০।'

'য়াম্মী তামো, কাকাইদি ৩০ ওনি।'

"মিলিটরীগীনি। শিসনু চঙসনু, শেল পায়দবা য়াদে, তান্দবা য়াদে, নোমদবা য়াদে, মীমান্নদবা য়াদে ঐ।"

'অতুবুদি চুম্মে। শোয়বদি ফত্তবা, শোয়ৎনবা য়াদবা।'

'উম, কোক্ শীজিন্ননি। মীনা উশিত্তবা য়ারোই, ঐ নুপানি মখোয়গা মীমান্নগদবনি। মখোয়গা মান্নরগতা রা ঙাংননি। করিনে নং রা অমত্তদি হায়রু প্রতিভা।'

'ফরে, তামো লক্ষ্মী ইমা ইবেম্মনা চেৎনা-চান্না থাগোনবী ওইরসনু।'

'উম্। ঐ শেল পায়গেকো প্রতিভা'— হায়রম্লগা প্রতিভা খুবাক্ অনী পায়রগা মমায় লোৎচরি, শুরু-শুরু নৈজরি। মথং মহাকী ফুরিৎথাউ জেপ্তুগী মাগী ফোটো অমা লৌথোক্লগা পীরি

মখা তারকই—"নঙগী কেসন্ য়েংলমদনা নঙ্গা উনরমদনা চৎলবদি, পুন্সিগী নিংদোন পোম্লনি। তৌবস্তু ঙসি উন্নরিসিনা অরোইবনি, পুন্সিগী অরোইবা ওইবস্তু য়ারি।'

"ঙসিসে চাক্ অমুক্তং চামিন্নসি, তামো।"

'হুম, য়াদে। ওজানা ফাজিনখ্রদি ঐ শোয়রে।'

'হৈ মহী লৌথোকচরুখিগে তামো? ফোটোদু পায়রগা চঙখ্রে।

ভাইহাক্ লৈরগা হৈ-মহী গ্লাস অনী ট্রেদা হাপ্লগা পুথোরকই। য়েৎনা মোনখুমগা মাগী ফোটো অমগা পায়রকই। 'গ্লাস অমা মাগী তামোদা লান্শিলম্মে, অমনা তোপ্পা থম্মী। মোন্খুম্গা ফোটো-গতুস্তু থন্নম্লগা থুনা অমুক্ চঙখ্রে।

গম্ভীরস্তু য়েৎনা ফোটোদু পায়রগা শুন্ য়েংলি। মথরাই মুঙাই-রক্তুবগুম্বা, খাঙ্বা রারকপগুম্বা অমা তৌই। প্রতিভা থোরকপা ভাইফম থোকপনি। ওইনা হৈ মহীগী গ্লাসতু পায়রুই, থক্পা অদুন্ হৌখে। রাথল অনদা পুক্লিং চঙনা থম্বগুমস্তু তৌরি। উংদুনা লৈবগুমস্তু তৌই।

মথুং ওইনা মশম্ অককপা খুদাপ্ অমা পায়রগা য়েৎনা কাটি অমা পায়রগা প্রতিভা থোরকই। গম্ভীর উদে মচীন্দা শোল্লকই—'অমুক্ উন্-র রোই-দ-বা তপ্পা হায়রকই। মুংহীক্লরকই।

প্রতিভা কাটি থম্বগী মখোল তাথি। গম্ভীর হেক্ য়েংখৎ-লকই। শম্ খুদাপ্তু উবদা—"করিনো প্রতিভা, লৈশাবী ফাওবা নঙ্ অঙাংস্তু নত্তনা"—হায়রম্লগা মুম্না য়েংদুনা লৈরি। প্রতিভাস্তু মোমোন নোক্লা নোক্লা মোনখুমদু তিংথোক্লগা শমদু ইরেন য়োন-শিল্লগা কিশি কিশিনখে।

প্রতিভাদা য়েংনা য়েংনা গম্ভীরগী মিৎলু অনীদগী ঈরা হৌরকই। মদু উবদা প্রতিভানা—"করিগী পুক্লিং নুংশিরিবনো, তামো?"

খুমদে স্থুম্ শীন্থবা লেপ্তুরি। চঙশিল্লক্লগা প্রতিভানা মথুং নাম্মা নাম্মনা তৈথোকপীরি, অত্থগা তপা—

"করিগী ঈরা হৌরিবনো, তামো?"

"করিস্থু তৌদে।"

"মরম অমা লৈরমগনি, অমুক্তা হায়বীয়্ তামো।"

"করিস্থু লৈতেদা।"

মরম্ তাক্পীদ্রিমখে, লেঙ্খিবা য়াদে তামো, কাকা লাক্লস্থ?

অত্থদি হায়য়্ করিগীনো নঙনা শম্ কক্লগা পীরিবসে?

অমুক উনররোইদবা, তামোদা, ঐগী শমসি কক্লনা পীবব্ কারি মরমগী ওইগদগে?

প্রতিভা, লৈশাবী পুন্নমক্লা হঙ্গোইনরবা ঐনি। নঙগী মতৌসিদা ঐগী থম্মোইনা নঙ্গী থম্মোইদা, নাংথি শা— হায়রম্লগা মখা তাবা ঙম্খিদ্রে। মপি তাবা হেঞ্জিল্লক্লনা মথুং অনীনা প্রতিভানা নাম্মা তৈথোক্পা লাক্লরি। মাগী তামোগী মথুং লৌথোক্লগা মথুং অনীনা নাম্মা-নাম্মা তৈথোক্পীরি। অমুক্তা পায়খিদ্রিবা গম্ভীরগী মখজাইনি, ঙসিতা পায়রি, নান্বীরি হায়রকই—

মুপাগী গুন্দি মহৈনা লেপ্পনি, তামো, শক্লা চৎনদে। শক্পু চাবা য়াব্রনে?

ঙসিদি গম্ভীর প্রতিভাগী মফমদা অঙাংগুম্থ্রে। ঙহাক লৈরগা— পন্থবা য়াদ্রে প্রতিভা থেংজিল্লক্লে, চৎলগে— হায়রগা ফুক্ হৌগৎলকই। ফি ময়োম্ পায়খৎলগা লেপ্লি অত্থগা—নঙ্বু থাদোক্লনা খোঙ্সিনা থাংঙ্ য়াদ্রে। হৌখ্রবগী নঙ্ রাক্লরম্থ খল্লুরম্থ। ফাষ্ট-ডিভিজন্দা শোয়দনা পাস তৌরকনি। হায়রম্লগা মমায় লৈথোক্লনা খোরকই। খোঙ্জিন হেক্ কাম্থোকে তৌবদা প্রতিভানা— অমুক্তা ঙাইবীখো,

চামো— হীক্-হীক্ কপ্লগা মাগী তামোগী মনাক্তা চঙ্‌শিল্লকই। মাগী তামোগী মথুবাক্ অনীহু পায়থংলগা মহুদা মমায় লোংচরি! হীক্-হীক্ কপ্লি। ফরে প্রতিভা নঙ্ কপ্লনু। ঙজা লাক্লদি শোয়-দনা থিংলনি হায়রল্লগা প্রতিভাবু কোন্‌শিন্‌বী। মথা তারকই— চংলে প্রতিভা মঙ্গল ওইবা ওইসনু।

---

চয়োলমুক হৌখ্রে। মহাবীর বাবু থিনবা চংখিবা গোকুল হৌজিক ফাওবা হল্লক্রি। পলেলদা চংখিবা গম্ভীরদগীসু ঈ-পাউ অমত্তা ফংদ্রি? গম্ভীরবু পোকপী মমা, মচা নুপী ৩োম্বী, মচা নুপা অনীগা লোয়ননা মহাবীর বাবুগী তুকান্দা হোংলক্রে। মমা মচা মখৈনা তুকান অসি শগুলি। ফি য়োল্লি।

মতম কুইনগী মতুংদা মখোয়গী লক্ষেল মপালগী য়ুম্ অমদি ইংখোল থাদোক্লম্লগা চেক্লা শাবা, জীখ্না কুপ্পা তুকান্দা লৈরবগা লোয়ননা অনৌবা পুন্সি অমদা খোঙ্দবা হৌখি।

গোকুল খোয়গী ইমুং কদাইদা লাঞ্জেন্গদগে হায়বা তাংদাংবা লেপ্লখিদ্রি। অদুবু খন্নাম লৈরক্লা মুনান্গীদা পো-চৈ থৈবা হৌরি; মমাঙ্ শঙ্গোই তঙ্খায় অমা খাজিল্লগা মতুগা মখোয়গী খরগা মহাবীর বাবুগী তুকান্দা লৈরম্বা উপু কাংথোল কোল লীক্ খরগা থৈথবা হৌখ্রে। তুকান্গী ফিরোল্ খরসু থৈথখ্রে।

মুনান্, মখোয়গী তুকান্গা হেক্ থংনবা কোল লীক্ য়োল্লম্ব রমেশ-বাবুগী তুকান্ শংনবা থল্লম্বনি, তুকান্দুগী মপুদি লোইনা ছিল চরদা লান্ চেন্খ্রে। অয়ুক ওস্তানি, মুনাল, সুরেস খোয়গী তুকান্দ কোইথোরকই। ফিরোল লৈবা মীসু থোইনা লাক্রে। মমাগ সুরেসকা মখোয় অহুম ৱারী শানরি।—মুনাননা—

"মন্ত্রি খোংনাংগী বর্ম্মা রিফিউজিশিং লৈরিসি য়েংহৈদেদা অনা বগা-অয়েক্না।"

"কোলেরা, খোল পোক্স, টাইফোইডনা য়াম্না নানহৌবনি সুরেসনা পাংশিল্লকই।

"মমাহুনদি খোঙ্ হাম্‌ত্থুনা শিরবা, খঙ্দবনিনা মচা পীশত্থুনা খাম্ থক্‌ইনিদো"— মুনান্না মখা তারকই।

"অঙাংহুদি কমদৌখ্রে"— মমানা হংলকই।

"মুপী অমদা য়োকহন্‌খ্রে"— মুনান্না খুম্মকই। মখা অমুক্ তার-কই— "মমাগা মপাগা শিরবা লাক্‌মিন্নরিবা মচীন-মনাওশিংত্থুনা গুরক্লিবা কোকথোংশিংত্থু থ্‌মগায়নত্থুনা য়েস্থোক্লে। অতোপ্পা কাংবুগা, তাঙান্ তোঙান্ শমজি খায়নত্থুনা চংনখি। মচীন-মনাউশিংদো কাং-খাং চাইনখ্রে।

"মচিন মনাও অত্থুন্ কায়নরবা"— মমানা হংলকই।

"মানি ইমা, য়েংহৈদেদা"—মুনান্না খুম্মকই। মখা অমুক তারকই—

"হৈত্থুপ পোকপীদা লৈরিবা রিফিউজিশিংসিস্থু অত্থুনি। মনাক অত্থুরাষ্টদা লৈরিবা, খুঙ্গাশিংনা শিত্থুনা তাত্থুনা লৈরবা রিফিউজিশিংত্থু মথক-মখা খোক্-থোক্ ওস্থোকইনি, মশাদগী পোংচৈ পুম্বা লৌরিবা।"

"সনা-লুপা, মণি মুক্তানিনে, মখোয়না লৌরিদো, ঠিকাদারশিংনা মমল খজিক-খজিক পীরগা য়াম্না লৈন মাল্লে। চংনদবা বর্ম্মগী নোটপু পংখোম্‌দা খোম্‌জিন্নমাল্লে"— সুরেস পাংশিল্লকই।—

"খুঙ্গাশিংত্থুনা পোং পুবিনি হায়ত্থুনা থোঙ্গৎলগা পুবীরিনি। মশা শোন বনিনা তান্নবস্থু ঙমদব্বা, খাম্বস্থু য়াদবা, কৌবস্থু তাদবা অত্থুম পুত্থুনা চংত্রিনিদো"— মুনান্না মখা তারকই।—

"অত্থুমক্তি ধর্ম্ম থোক্কেদা" — মমানা পাংশিল্লকই।—

"জপানশিংসি লান্ য়াম্না হৈ মাল্লে, ওজা দাসনা লীরম্বনি। বৃটিশকী কেম্পশিংসি, নোংঙাল্লমদাইদা থোক-থোক কোয়শিল্লগা পংলৌদা লৌশিলমাল্লে।" — সুরেসনা হায়রকই।—

"চৎপসিস্থু থুই হায়দা" — মুনান্না পাংশিল্লকই।—

"উম, মাইল ১০/২০ গী লম্দি ঙহাক্তদা চৎমল্লে, পাইব্রা করিনো, বৃটিশকী কেম্প পংলৌদা লৌশিন্‌বা, লান্‌কাস্থ য়ামল্লে ফারিবা হায়রম্মী" — স্থরেন্সনা মখা তারকই।

মতমসিদা গুণশিং পরপ্‌-পরপ্‌ চংলকই অহুগা "তামচা, খোঙ্গ্‌ঙ-গা, ফুরিৎকা তুবা লোইরে, অত্‌মন্‌ পীরো"।

"কয়ানোনে?" — স্থরেসনা হংলকই।—

"খোঙ্গ্‌ও অমদা লুপা অমা মখাই তরুক্কী লুপা ৯্‌ ফুরিৎ অমদা শিকী অহুম্‌, তরুক্কী লুপা মরী মখায় পুন্না লুপা তরাহুমদোই মখায়"— গুণ্‌শিংনা খুল্লকই।—

"নঙ্‌গী তায়ায়গীনা কম্‌দৌরবা"— মমানা হংলকই।

"ঐগা চানৈ, ঐগী নাপ্তা তুরে"— স্থরেসনা খুল্লকই।

"শেঙ্গ পীগ্রো, থুনা পুরকউ নচন্‌বু শুদোক্‌হন্নবা" — মমানা হায়রকই।

স্থরেসনা সেল পীখ্রে, গুনসিং অমুক্‌ চৎখে। মুনান্না মখা তারকই— "মীদি তুকান্‌ মকম্‌ য়াম্না কন্নরি, ঐস্থ অনিথক্‌ কল্লি। ইমা খোয়গীনা কম্‌দৌবা?

"নখোয় পাজি লৈৎবসিদা হায়ফম্‌ থঙ্‌দেনে— মমানা খুম্মকই।

"জগাদি চাব্রা তাদা?"— স্থরেসন্না হংই।

"লৈরক হায়জিন্‌বগী, অচৌবা খোংনাংতুগী মখোঙ্‌দনি নোংচুপ্তা" মুনান্না খুম্মকই। মখা তারকই— "ঐখোয়গী থোঙ্গাল মক্তদনি।"

"অমা পীরো তাদা"— স্থরেসনা তক্‌শিল্লকই।

"নোংচুপকীহু লৌবা য়ানি। ঐখোয়গী লৈপল ময়াহু ফাওবা য়ুম্‌ শাবা ঙম্মবদি, লৈবস্থ য়ানি"— মুনান্না মখা তারকই।

"অহান্‌বহু পীরোদনা তাদা?"—

"য়াদে, মচীন্ হায়হু থোকই,"— মুনান্না খুন্নকই।

"নওগী পাজিগা, গম্ভীরত্তগা লৈরদি, অমনি-অমনি লৈখায় তারদোনিদকো"— মমানা হায়রকই।

"লৈতবা মীগী রাহু কান্নদে ইমা, ঐখোয় লৈরিসিনা শীন্বা তারে"— সুরেসনা হায়রকই।

"ঐ রা পীরগে করি করিনো খরা তৌরসিদনা ঐখোয় অহুম"— মুনান্না মখা তারকই।

য়াই তাদা তৌদবা য়াদবনি— সুরেসনা খুন্নকই। মখা অমুক তারকই— "ইমা ঐ খুরাই য়োরুদবা য়াদ্রে। তা কুল্লনা তায়ায়দা চিঠি অমা পী, তা মণিদা পীরুগে।

নুমিৎ তরানিমুক হোখ্রে। দামুগী মচানুপী ফজবী লুহোংবগী নুমিৎ লেপখ্রে। দামু হুকান্দা ইচৎ চৎখিদ্রে, মচা নুপানা মহুৎ শিনখ্রে। লুহোংবসিংং শোয়দনা থুনা পাংথোকখিনবা হোৎনরি।

বার্ত্তোন হৌখ্রে। লৈকাইগী নুপা মচাশিংনা অরাংফম্না, য়েন্দাইদা লুকমায়দা থেনগৎপীরবা পানা তাঙ্গা কা পুরহুনা মুমথোও য়েনা তৌখ্রে। কুল্লগা মমান্নবা অমগনা লা তাঙ্গা মখৈ খুদৈদা য়োম, কা মশুং মখৈনা মোনখুমদা য়োম একাগাড়ী অমমম তোংলগা বার্ত্তন তৌবা চৎলি। পুন্না বার্ত্তন চাতরুক্লোম তৌখে।

ময়াম্না মাণ্ডপ খল্লিডৈ সাইরেন খপ্পা খপ্পা খোংলকই। মপানা হেক্-হেক কোনবা উপু মচাহু সুমতীনা কোন্দুনা পুথোরক্লগা পাজি উপু-উপু লাউরকই।

খোংসম্নু বোমস্নু থাদরোইদোসিদা। নচীন ননাও লোৎকে হায়রগা লোৎলুচো।

মচেনা মমানা হেক-হেক কোনবা চেংপাক অমদি চিনি ময়োমহু কোল্লগা মনীংলোমদা চেম্থোকখে। মনীংগী রাখোঙদা 'ভি' মওংগী

লানকোমতুদা লোৎখে । থারিবা চরুদা ফম্লগা চেংপাক্কা চিনিগা
চীক চীকুনা চারি। অতুবু বোমদি থাদখিদে। মীয়াম্না শাউনৈ।
অসুমনা লাওনবা কয়ারক থোকখ্রবনি।

কালেনগী পূর্ণিমা নোংমাইজিং মুমিৎনি। চাকওন চাবশিংনা অয়ুক্কী চারেন চানখ্রে, অতৈ মীওইশিংদি চানদ্রিবা মতমনি মুমিৎ য়ুংগদবসু খরা ৱাৎলিউে, খওহৌদনা সাইরেন খোংলকই। অমুক ৱাং: অমুক নেম খপ্পা খপ্পা খোংবা, সাইরেন্নি। হন্দক মরক তোয়না খোংমন্‌বা, করিসু থোইদোকপা থোক্তবতুদা অয়াম্বা মীওইনা থৌশানদে, তৌগদবা থবক্ অতুম তৌনরি। সরকারগী থবক্-থানা তৌবা ঈ-পাও, তত্তনা লৌবা, ৱাখল খরা খম্বা মীওইশিংগী ইমুংনা, লান্-কোমদা লোৎনরি। ওহাক লৈরগা, মৈরম্লোমদগী এরোপ্লেন অমা পাইরকই, মখোল য়াম্না লুম্মী। হন্দক্তি মওং অমনি, হন্দক্তি মওং অমনি ওাংনৈ। পংকুই কুইদে, ইম্ফাল সহরগী ময়ায় য়ৌরকপদা অমতুনা শন্দোরতুনা ৭ শুররে। এনটি-ইয়ার ক্রাফট গন্ কাপলক্পদগী মখোলসু হৌনা হৌনা তারকই। এরোপ্লেন্‌শিংতু য়ুংনা য়ুংনা হাইথরকই, অতুগা লোয়মনা বোম্ থাদবা হৌরক্লে। খ্বাইদগী কনবা অখাক্ অরাও তাবদগী শরুক কয়া হেনবা মখোলনি, অকন্‌বা য়ুহারা হাবগী মতৌনি, লৈবাক্ অসি কম্না-কম্না থক্ থক্ নীক্লকই। থম্মোই কায়গদৌই অঙাং মুবীশিং পুম্নমক "ইমা ইমা" হায়না খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পরক্লি। ওহাক লৈরগা এরোপ্লেনগী মখোল শামথরক্লে?

পুখ্রায়মুক লৈরগা অশাঙ্‌বা সাইরেন খোংলক্লে। লান্‌কোম্‌দা লোৎলম্বা মীওই পুম্বা, মপান্দা থোক্লরক্লে। কৈথেল কারম্বা মীওই-শিংনা কোক্থক্তা পুরম্বা, খুৎনা পায়রম্বা পোৎচৈ কদাইদা থম্লম্বনো খড়দনা মথৱাইতা হিংনবা ময়ুম মায়কৈ তম্লক্লে। খরনা-পাখৎখিবদগী মায়কৈ লান্না চেন্নখ্রি৮ মমা মচা কৈথেল কামিন্নরকপদা, কায়নখিতুনা কপ্পা-লাওনরি, মহৈ-মহৈ কোইথি থিনরি হৌথিবা মুমিৎ খরদি

সাইরেন খোংলবস্থু বোম্ থাদখিদে। মতুগীদমক্ মীয়াম্না শাউনখি ওসিদি থাঙ্গৈশেংনা বোম্ থাদরক্লে।

আসাম্ রাইফলসকী ক্বার্টরগার্ড মনাক্, ডাক-বাঙ্গলা মমাঙ্ বীঃ ওঃ সিঃ মনাক্, খুয়াথোং, কংজাবী, মন্ত্রী-পুখ্রি মশাংদা বোম্ তাখি। অচৌ অচৌব খোংনাং পাম্বী, কৌবিল্যা পাম্বী কয়া অমা বোম্না কক্লনা, তেক্লনা তুহ্নুনা তারি। অশিবা মীওই কয়া অমস্থু লম্বীদা, লমখাংদা মশাদগী ঈ পুমঙাং ঙাংনা হাথহনা তাহনা লৈরি। মীওই খরগীনা মশক মশা খঙ্দনা, তোংশা মচেৎ মচেৎ চৈথায়না তাহনা লৈরি। শাশন্ কয়া অমস্থু, মশাদগী ঈ হাথহনা তৈহনা শিহনা তারি।

খ্বাইরম্বন্দগী দুকান্ পুম্বা থোঙ্ হাং-হাংহনা লৈরি। দুকান্ গাড়ি মথক্তা শেল হাপ্পা উপু বাক্সিদা শোজৈ থিংজিন্দুনা লৈরম্বস্থু য়াওরি। হোটেল অমদি অচা অথক্ য়োন্বা মফম্শিংদা চান থক্পবা পোংচৈ কয়া থেন্ থেন্দুনা লৈরি। একোগাড়ী য়োনফম দুকানশিংদা অহন্বা একোগাড়ী খিন্ খিন্দুনা লৈরি। কি য়োন্বা দুকান্ হার্ড য়ারগী জিন্স, য়োংপী, শো, রং, য়োল্লিবা দুকান্শিংস্থু অহু মঙাই ইহাং হাংদোক্লনা লৈরি। মপু অমত্তা লৈতে, কনামতা শংদে, ইহাং-হংলি।

কুইদে মায়কৈ মরিদগী ছুরান্-চিন্থী তৌবা মীওইশিংনা খোইশেন্ মশা পানবগুম্ পাইশিন্নরক্লনা, দুকান্ দুকান্শিংদা চঙ্ চঙ্হনা মনঙ্গন্দা কোক্থোংদা, লেংজুম্দা হাপ্লুনা মানা মানা পাম্বা পোংচৈ লৌনরি, হান্থরি। খরনা উপু বাক্সি পুরগা চেল্লি। খরনা অহন্বা একো- গাড়ীদা পোৎয়োম্ অচোবা হাপ্লহনা ইল্লি। খরনা হরাই চেংরাই হান্থরি, খরনা কোল-লীক্ পুথরী।

উপু অমদি ফিরোল, ময়োন্ ময়োম্ হাপচিল্লবা মান্ গাড়ী মমা বীঃ ওঃ সীঃ দা থাও হাল্লি, ড্রম খরদস্থু হাল্লি। মতু হেক্ লাইবদা ত্রিপুরা বেঙ্কগী মনাক্তা থৌজিল্লিকই। ওাইহনা লৈরম্লবা

মীওই অহুম্না বোরা খাও অচৌবা অহুম্খক্ মথং-মথং গাড়ী মথক্তা হুঙ্গংখি। মখোয় মরিমক বেঙ্ক মন্নুংদা চঙ্শিনখ্রগা খুংলৈ থুনা খাওময়োম্ ময়োম পুখোরক্নুনা মহুস্থু গাড়ী মথক্তা লংখংলি। ড্রাইভর অহুস্থু খাও ময়োম্ অমা লেংজুমদা হাপ্লগা পুখোরকই অস্থুম্না মরীরক মণ্ডারক হুনগংলবা ড্রাইভরনা ভেরেন্দা য়ৌরকপদা অম্বাং অমদি মখারোমগী মীয়াম্ চেন্শিন্নরকপা উই। গাড়ী মথক্তা কাখংলকপদা, নোংপোক অমদি মৈরম্লোমদগী চাওরাং-লাংবা খোঙ্গাও মতং উপ্পা, চাওরাং অহুমক্তী ফুরিং লিংপা মকোই মরাং চোম্বা ফাদোপ ময়াম্ বেঙ্ক তম্না চেনশিন্নরকপহুস্থু উরি। খুলৈ থুনা গাড়ী মন্নুং চঙ্শিনখ্রে গাড়ী ষ্টার্ট তন্তৌ ওৌরগা মখা পাংনা অহুম্ থোখ্রে।

নুমিদাংরাইরম ওইরক্লে, হুরান্বা কাংবুনা পোংচৈ হোম্বা অপাল-অরং কোইথি থিহুনা পুনবা লেপত্রি। হেন্না হেন্না মীশিং য়াম্বা হেঙ্গংলক্লি, হেন্না হেন্না থোম্জিন্নরক্লি। ওম্লোকপা দৃশ্য অমনা, অপাল অরং পুরকপা, মিং চাওবা পোং পুরকপা মীওই অয়াম্বা, চেক্পল ময়াদা, ফকলাং মরুম্দা, থোং ময়াদা লুমহুনা লৈরম্বা মীওইশিংনা থাংনা, তানা, লোঙ্না থিন্দুনা হাংলি। পুরক্লিবা মাল চাংশিংবু অমুক মুনহুনা চেন্নখ্রি। মুন্হুনা চেন্লক্লিবা মীওইশিং অহুবুস্থু অমুক লুমহুনা লৈরম্বা মীওইশিংনা হাংলগা খুখাং অমা অমুক মুন্হুনা চেন্নখ্রি। মীগী মিং চাওবা মাল চাংশিংদি করিগুম্বদা খুখা ৫/৬ তা অকোন্বা মরাইবক ফবা মীওইশিং অহুনা ময়ুম য়ৌ ঙমজরি। নুমিদাং রাইরমদগীদি মিলিটরীনা ঙাকপা হৌখ্রে। অহু মক্তদা হুরান্বা কাংবুনা পোংচৈ, মাল-চাং হুরানবা, হোম্বনবা লেপত্রি। মখোয়গী মন্নুংদা কয়া অমদি মিলিটরীশিংনা নোংমৈ কাপ্পদা পানহুনা শিনরি।

বেঙ্ক মন্নুং অমদি মাঙ্গোন্দা লারুবা য়ুবী লাকৃপী, খংনা চৈন ফুনবতা নত্তে, থাংনা তানা, লোঙ্না থিননহুনা অওম-অওম্বা হাংনবনি

অঙম্ অঙম্বা মুন্নরি শায়েন ঙায়েন্নবনি। ঙসিদি খ্বাইরমবন্দ বাজার ঙাগী লৈবাক ওইখ্রে। শেন্দাং ঙন্না তাহৌবা, হৈহৌবা কাংবুনা মচং চানরি, হৈথোই শিংথোই হৌদবা কাংবুনা শাইরোং মক্ন চানরি।

চিঠি খেলাগী মতৌনি, মরাইবক ফবগী য়াকমম্নি। তা-তাহুনা লৈরবা পোৎচৈ মাল-চাং ঙাক্নি, অমনা নত্রগা অমনা শোয়দনা পুহুনা চৎথ্রগদবা ঙাক্নি। নোংমৈ গুলী, থাং তেন্ কিদবা, পুন্সি-চেংজেন লৈরিবা, মরাইবক ফবা মীওই কয়াদি ঙসি হায়বা মুমিৎ অসিদা পুংজা খরতগী মন্নুংদা, মিৎশিং নাশিংজহৌবনা, শেঙ্গাও পায়বা ইনাক-খুনবা লাখপতি ওইনহৌরি। মরাইবক থিবা পুন্সি চেংজেন লোইরবা মীওইশিং অতুনা, মশাগী ঈগা য়াওন্নহুনা, মালেম্থক্তা ঈংনা তুমখুন তান্নরি।

———

## ৯

"জাপানগী বোম্ তন্হন্ হল্লকখিনি"— লাঙ্জেল্লিবশিংগী মরক্তা ঙাংনরকই। অমুক মথং-মথং তোক্ঙা ঙইনা শন্দোকখ্রি! ময়াম্না ঙাংনৈ"— বোম্ থাদরবা মফম্ মপা শোয়নরি, থাদগদবা মরুঙইবা মফম্ রাংলি, থাদরখিগনি।" অসুম্না ঙাংন-ঙাংনদুনা, ইম্ফালগী সী-মানা থুনা লাম্থোকহৌনবা চৎপোই চেন্বোই ময়ামশিংদু লাঙ্জেম্নরি।

নুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌদ্রিঙৈ, চাক্ চান্হৌবা কাওবুনা চানহৌরে, চানহৌদবা মখৈদি চানদ্রি। চালুক ময়াদা ফম্লরগসু, চানীং থক্লীংবা পোক্লখিদ্রে, খোয়াজেং লীংজেংনখ্রে. ডুক্লসু করিমত্তা চাশিল্ল য়াখিদ্রে। পামুবদগী, অথোংবা চাক্ ইঙ্গাং অঙাংশিংদা পীজনবা, মানগাড়ীদা নত্রগা কোকথোংনাপুনরি। ইম্ফালগী লম্বী, অরাপ্পা খুঙ্গংগী লম্বী, লাঙ্জেনবশিংনা, নম্বোগা থাম্বোগা খুরক-হাংদনা চংনরি। নম্বোশিং অদু কোক্থক্তা, লেংবান্দা খরনা খুত্তা য়ান্দুনা পুনরি। শন্গাড়ীগা শন্গাড়ীগা, একাগাড়ী লৈনবা কাওবুসু নম্বোশিংদু চরোং-চরোং শানা য়ানদুনা খোড়্না ইনদুনা পুনরি। খোঙ্না চৎপা ঙম্ব অঙাং-মখৈ খোঙনা চৎহল্লি। পীক্তা পীক্লিবা অঙাংশিংনা নঙ্গন্দ পোদুনা, শেগাদা পন্দুনা পুনরি। অশোন্বা অহল-লমন মখৈ শন্গাড়ীদা, একাগাড়ীদা লৈত্তবশিংনা নঙ্গন্দা পোদুনা চংনরি। নুমিৎনা ময়ুম চঙ্দ্রিঙৈ, লাঙ্জেনকম তান্না তম্নরক্লি। মাইল তরেৎ-নিপাল দগীনা, তরা-তরামঙা লাপ্পা লাঙ্জেনফম ফাওবা অরা-অনা খঙনদনা নুমিৎনা ময়ুম চঙদ্রিঙৈ ঙন্না থুংলুনবা চংনরি।

নোংমাইজিং নুমিৎ অসিমক্তদা, য়ুম থাদোক্লবনা অয়াম্বনি নুমিৎনা নোংচুপ মায়কৈ পাংলকপদগীদি "বাজার নৈ থাহৌরে বে

থুমগায়নহৌরে, ফাদোপ ময়াম্ থাদোকখ্রে। তুকানশিংদগী উপু উপু-বাক্সি, মাল-চাং অঙম্ অঙম্বা হোম্বনহৌরে, শায়েন্ ঙায়েন্নবদা অঙম্-অঙম্ মুম্নবনা. মহৈ-মহৈ হাংনহৌরে"—লম্বীদা চৎলিবা লাঞ্জেনব-শিংগী মরক্তা ঙাংনরকই। নুমিৎ ময়ুম চঙখ্রে, নুমিদাংগী মতম ওইশিল্লক্রে। মতম অসিদনা অমুবা,—"হুরানবা দাকু কল্লে, লম্বীদা থৎ থত্তুনা পোৎচৈ মাল চাং মুল্লে"—ঙাংনরকই। লাঞ্জেল্লিবা কাঙবু-শিংতু মহৈ মহৈ মথুব্বা খুংলায় অফবা পায়নতুনা, কাঙবু-কাঙবু কাঙ-লপ খুৎ লিংতুনা চৎনরি। ফাদোপ থাদোকখ্রে হায়বগী পাউ তানবদা লাঞ্জেল্লিবশিংগী মরক্তা মীপাইনবা হেল্লক্লি। ফাদোপ অপাইবা ফাদোপ শকউদবনচিংবা য়াওরি।

অহুমক্পু অথেংবা অহিং ফাওবা পোৎচৈ হোম্বনবদি লেপ্প্রি। থুপী অঙাংশিংদি য়াওনরক্রে। অথেংবা অহিংনি নোংয়াই মতুং পুং অনীরোম্ হেল্লক্রে, শনগাড়ী অহুমথক্ পরেং শানা ইরোইশেম্বগী চীংজীল তম্লক্লি। মাড়ুদা হাইফেং লাপ্পা শনগাড়ী খরা চংপা উই, মতু ফংনবা খোঙচৎ থুনা তান্নরক্লি। শনগাড়ী অহুম অসি নুপা ৮ না মথুক্তা থাঙ, তা, তেন্ লোঙ্, শিংজং, থাংজৌ পায়নতুনা ইকোয় কোয়না ঙাক্তুনা চৎলি। ইরোইশেম্বগী চীংজীল "শারান্ফম" মতু-গীদমক খন্নতুনা তুইশিয়ার তৌনা নাক্য়েৎ তুংথা-মাঙ্থা য়েংলা য়েংলতুনা য়াম্না চেকশিন্না চৎনরি। কাঙবু অসিনা ইরোইশেম্বা চীংজীল লান-থোক্লুনা খজিক্ চৎপদা মঙাইরি। গাড়ীশন্শিংতু মমিৎ ইথক্ থক্লরকই, চৎলু হায়বা য়ারক্রে,—"কে নৈবা তারে"—ময়ামতু খন্নে। অস্থুম্না হীঙক্ লাইঙক্ ওহাক চাতুনা নৈরিডৈ, ইখঙ্-খঙ্হৌদনা চীংথকতগী, তুরেল খোঙনুংদগী হৌরিবা অচৌবা খোংনাং পাম্বীগী নরুমদগী ফিমু শেৎপা য়াম্খৈ হুম্ফ্রোম্ থোরক্লুনা কোয়শিল্লরে। মশক্ মশা অমত্তা থঙ্দে, মমায় ফাওবা ফিমুনা খুম্লি।

থাঙ্ তা, লোঙ্না মশা মগাদা নমতুনা, নুপা ৮ তু কোইশিনখ্রে।

অতোপ্পা ফিমু শেৎপা খরনা সুপা ৮ ছুদগী খুৎলায় ওয়া মুনুম্রে অমখক্তংদি মানা পায়রিবা থাংশাংপীয়ু হায়বা য়াদবদগী খুৎ খোক্ রকই। ফৎ চোংথোক্লগা মমাঙ্দা লেপ্পা সুপা অমগা থাঙনা য়াম্নরকই খঙ্হৌদনা তুংলোমদগী লীচৈ মরুনা মকোক্তা অহুম্নক খোম্লকপদ সুপাহু শোরোক্ মথক্তা হাইথখি, মখুত্তগী থাঙ নাম্থোকখি।

দাকুশিং অহুনা গাড়ী অহুমহুদগী, লৌনীংবা মাল চাং থাংথহৌরি। বোরা কয়ানি, টিন্ কয়ানি, পুখম্ তেস্কোৎ, কোর্কাম লৌথহৌরি। লোথবগা পুখিবগা, পুখিবনা হাল্লি। ওহাক লৈরগদি দাকুশিংহু ম্বাই মাঙ্নগ্রে, অমত্তা মশক উখিদ্রে। করিমত্তা থোকখিদবা মানখ্রে।

মীনা কি তুক্চনা তিন্নবা দামুনি, থাঙ হৈবা মী ফুনগনবা গুন্দানি বোম্ তাদ্রি-হৈদগী হৌনা পোৎচৈ মাল চাং কয়া লম্বালদা থৈদোকখ্রবনি। ওসি মুংথিলসু, অপোকপা অহল অমদি সুপী অঙাং পোৎচৈগা লোয়ননা থৈদোক্লরবনি। অনীশুবা খোঙ্চৎ অসিদা দাকুশিংগী খুবাক্তা তাখি। দামুগী পুন্সিদা ওসিদগী শনিনা য়েংবা হৌদোরিমাল্লে।

মুমিৎ ছুম্নি হৌখ্রে। মুমিদাংবাইরমগী পুং মঙামথায়রোম তারে। সুমতী মচীন মনাও কোম্থোঙ্ রাংবগী পুখি নপান্দা কোল ফেংলি। সুমতীনা— "ইচে, তায়ায়গা খৎনরব্রা? ভুহোংবসু কায়রে?"

মথরায় ইন্দুং মুঙাইতনা লৈজরিবী মচে খুম্নক্তে। তুমিন্ লুকথহুনা কোল ফেংহুনা লৈরি। সুমতীনা মথা তারকই—

মুঙাইতে, অঙাং ওইরিবৈদগী হৌমিন্নরকপনি, তিন্নরকপনি, মুংশি।"

হন্দকসু খুম্নক্তে। সুমতীসু মথা তাদ্রে, কোল ফেংহুনা লৈরে ওহাক লৈরগা সুমতীনা,— "ড্রাইভরনি তা শ্যামকুমারদি, মরৌ হৈংখোদ

সম্পত্তি চাউনা লৈ, ইনাকখুনবনি। মথা শঙ্গোই, অরাং শঙ্গোই, জিত্থগী য়ুমজাও—।"

ঙাংবা লোইকাত্রিউ মচেনা মুন্না য়েংলকই, রাদি ঙাংলক্তে। অমুক কোল ফেংখ্রে। মথা অমুক তারকই—"নুপী অহুমগী মরক্তা মথন্তনি সম্পত্তি পুন্বা মাগী"—করি খুন্নকপগে ঙহাক য়েংলি। খুমস্থু খুন্নক্তে, য়েংস্থু য়েংলক্তে, মথা খংতা তাথরকই—

"মহুনহুম ফরে, পাজিগা ইমাগস্থু হরাওজরনি।"

"নহু চামখৎলুরে', অতৈসি ঐ ফেংলক্লগে" হন্দক্তি মচে রা ঙাংলকই।

রারোইপোৎ, হৈজিংপোং পুথ্রবনি তাং ১৩ য়ুমশকৈশ নুপিক্তা লুহোংলগদবনি। বোম্ তারকপনা মরম ওইহুনা কায়খ্রে।

অনৌবা পুন্সি অমদা হৌবগুম সুমতীদি ইনুংদা নুঙাইনা মতম লেপ্পরি। অয়ুক্কী য়েন্খোং অহানবদা হৌগৎলা ওন্না ইরুমাইশেংজরগা অয়ুক্কী চাক্লেন থোংদোক্লি। অয়ুক্কী পুং ৯ তাগ্রিউ, ইমুংগী মীওই পুম্বা, অয়ুক্কী চাক্লেন পীজথোক্লি। নুংথিলগী মতমদনা, লৌবুক্তা চত্তুনা কেওোই, য়েলাং, পেরুক, কৌথা, কাওথুম, থবী খুলগী অঙাংশিংগা চৎমিন্নহুনা হেক্লুরি। চুচুরাংনৈতা হৌবা লৌফম খরস্থু থেংনৈ। কিগাও থন্না হেক্লকই। নুপা মচাশিংগা ঈশিত্তুনা ঙা ফাই। পুখ্রি খোংবান লুক্রাংদগী থাংজিংস্থু হেক্লকই। লৌরক ঙাক্রোগা য়েন্দেমগা চুচ্রাংমৈগা ঈরোম্বা চাবা হৈনবা সুমতীনি। মহুতা ভোয়না চারি। নুপীগী হৈনজবীনি, মরম মরক্তা পেরুক কাংস্থুস্থু চাদবা নত্তে।

লৌবুক্তগী হেক্ হল্লকপগা নুমিদাংগী চাক্লেন থোংদোক্লি, নুমিংনা ময়ুম্ চঙক্রিউ, ইমুংগী মীওইপুম্বা নুমিদাংগী চাক্লেন পীজথোক্লি। নুমিদাংগী পুং ৭ তাগ্রিউ ওন্না ফমুং চঙনরি। চাবগা তুম্বগতনা মশিনসাং ওইরি। মৈ তিংদনবা নুমিং লৈরিউ চাক্ চাথোক্লৈ। ওন্না ওন্না তুম্নরি।

মথংগী নুমিৎনি চাকওন চারগা দামু মাগী একাগাড়ী তোংলদুনা থাওরোইজম্দা চৎলুই। ড্রাইভর শ্যামকুমারখোয়গী লাঞ্জেনফম্মি। হৌখিবা থাংজ নুমিত্তা থোরক্কনি হায়বা শ্যামকুমার থোরক্লমদে। রিফিউজি থিনবা চৎখিবনি থোরকপদা মাল পুথোরক্কনি হায়রম্মী, হায়রি। শ্যামকুমার থোরকলগা পুহোংবগী নুমিৎ অমুক নৌনা লেপ্পবা তাপ্রে।

শোরোক কৈথেলদা থোরল্লগা হোটেল অমা দামু মরুপ অমগা চা থক্লি। শোরোক ময়াগী লম্পাক মতুদগী হেন্দোকখিদুনা পঞ্চায়েট লোয়শঙগী অকোয়বা ফাওবা মহৈ-মহৈ শঙ পংশাদা শানরি দুকান ফম্নরি। দামুসু ফম্নীংবদগী মরুপ অতুগা মফম অমা ভাংনরি, পীক্তকপা মফম্ অমা ফংবা য়ানা লৈরি। মতম অসিদা কুল্লগা মাগী মাম্মগা ইম্ফাল্লোমদগী শনগাড়ী অমগী মতুংইল্লগা লাকুই। পোংচৈ হোন্থরকপনি। খাউ খরা য়ানশিল্লগা কুল্লগী মাম্মা মাগী একাগাড়ী ইল্লকই।

শোরোক ময়াদা গাড়ী থারগা মখোয় অহুম্মক হোটেলদুদা চঙলকই অতুগা খেচি অমমম্ পীয়ু হায়রে। কুল্লগী মাম্মদা দামুনা—

“কমদোহৌরি ইবুঙো, ইম্ফালবো?

“লৈরক খুল্লক্তি অতুম্ চঙবা য়ারি, তাদা বাজারদি চঙবা য়াদ্রে। মিলিটরীনা ভাকপ্রে।”

পোং হোনবা লোইদ্রিব্রনে?

লোইজরে। হোন্নীংঙাই থোইনা লৈজদে, খোঙচৎ অনীদা পুম্নোই লোইজরে। তাদা কেরোসীনসী টিন অমত্তগা থায়বীবা য়াররোইদ্রে।

ইরোইশেম চীংজীনগী লুট্টা য়াওগ্রে, উপাই লৈতে ইবুঙো মাগীদি হান্নবা খরা হোস্থহৌরবনি।

রাফমতু তাবদা চা থক্লিবা নুপা অমনা-সুম তৌবীয়ু ইতাও, স্বাই দদি রারনি। হয়েং ঙস্তা কোংবদা লেঙরুবী ফংনি।

মতম খরা মাওনা, কোইহুম হুন্নদি খন্নাম বাজারদস্থু ফংবা য়াই— অতোপ্পা নুপা অমনা পাংশিল্লকই।

'নুপা অমত্তা পীরম্বনি হৌজিক ৩৫/৪০ য়ৌখ্রে। য়াখ্যৈ য়ৌরনি পোং লৈতবনি ইত্তাও'— হান্নগী মুপাদুনা হায়রকই।

থাদোরকদ্রনে, মমহৌদৌরিনিদো— দামুনা হায়রকই।

থাদোক্কনি তাদা, চেংনি মরুদি।

খ্বাইরম্বন্দগী হোস্থরকপা ময়ামদুনি চাইখায়রিসি, মসি লোইথ্রগা কমদৌবা— হোটেল ফম্নিবা ঐজ্ঞাদুনা পাংশিল্লকই।

অদুনি ঐজ্ঞা লুরিসি। কুমসিদি লৌস্থু উনদ্রে, নোংমৈ ওস্থোক্লা বাদৌরি পোংনি - দামুনা হায়রকই।

শেলবু লৈরদি লোইনা ফংনি। শেলনি মরুদি তাদা— অতোপ্পা নুপা অমনা পাংশিল্লকই।

কুল্লগী মাম্মনা কুল্লদা— 'চাক্সু চাথোক্লো অদুগা তপ্পা তপ্পা থুম য়োরম্মো। লুম্মল্লগনা নডুগী মাম্‌তোন্‌গীদা খরা হেক্ থম্মম্। চাক্ অনীদংগা ঐজ্ঞা। ঐ কোংবা য়োরুগেকো?

একাগাড়ী ভোংবা নুপা অমা পরপ্-পরপ্ লাক্লগা 'এ; ইত্তাও উনবা ফরেদা। খুংশুমন্ লৈহৌরিনি? হয়েংনি শেন্ য়েন্‌গদবা, ঙন্তা চংথ্রনি ঐ। ফংদৌদুদি, থুনা পায়বা ফৈ।

'চুম্মী ইবুঙো। হৌজিক ঐখোয়সে থম্না-থক্কী ঈশিংগুম্বনি. হিং-লিঙৈ খরসিদি চাদবা য়াদবনি'— অহল অমনা পাংশিল্লকই।

মাইবনা খুথারবনি মণিপুরগী অনাবনি, চানীংবা চাহৌরো পীজনীংবা পীজহৌরো, ইবুঙো খোয়।

কুল্লগী মাম্মনা —'চুম্মে, থুরা মথা অমুক তারকই—

পোরোম্না করিনো অমত্তগা য়েংলক্কা মাল্লে'— শোস্থাংনরকই।

করি-করিনো ইবুঙোখোয়না লৈরুদৌরিনা কোংবদা অহল অমনা হংলকই।

'ঐগীদি খুড়া—'চেং মণ ২ ভরাং কোংবদৈ য়াঞ্জরুরে, ঙসিনা ঙারি সের অমা, থুম্ সের অনী, মোরোক্ সের ৩, হয়ায় মোনথায় অমা থাও সের মঙাগা লৈজরুগে।

'কয়াম্ কুইনা চত্তৌরিবা মী কয়াম চারিবা?'

'থা ৩/খুরা। ঐগা ৬ নি, অতুনা ৫ তারে খুড়া।'

'য়ারে, য়ারে, অদুবু লৈরদি হিংঙনি।'

'ইবুঙো, ঐগী য়ুমদি য়াইথু অচৌবনা লোম্লম্মী করি তৌরম্মো-ইনা'—দামুনা হায়রকই।

'ফক্লম্মনি তাদা, হুরান্বনা তৌরিসে থোড় মিহুখোঙ্ ফাওবা ফক্‌ই'—ঐজ্ঞাদা ওন্‌শিল্লগা—'ঐজ্ঞাসে পৈশা চাক্কা থেচ্লিগগী? পৈশা পিরম্লগা চৎখ্রে।

মরুপ্ অনীমক্ ঠিকাগী থবক্ তৌবা য়াওরি। শিন্‌ফম্না কাং-কক্কা, চীপ্‌কা থুগায়বনি। খ্বাইদগী হেন্না শেন্ ফংবা শিনফম্মি।

ওল্লকপা নোংমাইজিং মুমিং তাং ১৭ তা, হান্নগী মতম্ অদু-য়াইদা, জাপান্না অমুক্কা ইম্ফালদা বোম্ থাদখি। খুরাইগী চিঙ্গাংবন্ মান্দবতা উসব চানরিঙৈ বোম্ থাদরক্লুনা, অশোক্ অপন্, অশিবা কয়া য়াওনখি।

হন্দক্তি কৈশামপাৎ মশাং, নাগা-মপান্, উরিপোক মচীল্, কংজাবী মন্ত্রিখোংনাং মশাংদসু থাদখি। ইম্ফাল সহরগী খুল্লক্কা লৈনহুনা লৈরম্বা মীওই পুম্বসু শিবা কিনবদগী লোইনা চেনখ্রে। ইম্ফাল সহর খুন্তাক লান্‌শিবগুম্ তৌখ্রে।

খরা লৈরগা এডমিন-কমাণ্ডেন্ট লৈরম্মী হায়বা মফম্ মথৈসু থন-খন্দুনা বোম্ থাদখি। লংথবালগী মিলিটরী কেমপ্ অচৌবা

লৈবা মক্‌মদস্তু থোম্ থাদথি। কুইদ্রে, আসাম রাইফলস্ হান্নগী মক্‌ম থাদোক্লমত্না উরিপোক্তা হোংলকখি। মতুগা লোয়না-লোয়ননা ইম্ফাল সহরগী লৈরক-খুল্লক্তা চঙ্‌শিন্-চঙ্‌শিন্দুনা মিলিটরী লৈবা হৌরক্লে। উরিপোক্কী লম্ফেল মপান্‌গা তাইনবা ইংখোলশিংদা শগোল অমদি খচ্চর থম্ফম ওইররে।

খঙ্লাম লৈরক্তা মুনান্‌গী মমাঙ্ শঙ্গোইদনি, তুমিদাং চাক্ চাবদা গুনসিং, মমা অমদি মচন্‌নুপী মখোয় অহুম রারী শান্নরী। অপোক-পী মমানা—"নহুগী—তায়ায়গীবুদি থরা লায়রি, নওগী পাজিগা তাম-চাগা, করম তৌরমদগে খণ্ডেদো। চারে চানিন্না, হেল্লে-হেনমিন্না পুন্না লৈরদি অমুক রাগদ্রদো?"

"করিস্তু তৌরোইদে ইমা থল্লুরন্নুনে। পাজিগা তামচাগনা লল্লোন পোংচৈ পুথোরক্কনি. তায়ায়না শেল য়ান্না পুরক্কনি। হৌজিক হৌজিক ঐখোয় অহুম লৈরিসে হিংদবা য়াদে, ঐ নোম্বা তাবনি।"

"করিনো নহুনা হায়রিসিবো, তুম্ফম চাফম্ খণ্ড্রিসি নুঙাইব্রাও? ঐখোয় তরুক্তা লৈবদা মরু ওইবা নুপা অহুম চথোকখগা খন্দবা য়াব্রাও?"

লাক্কনি লাক্কনি শোয়দনা লাক্কনি, নুংশা থিরুনু। থরা লৈরদি ইমাগী ফিহুস্তু শিংলক্লনি। মৈতৈ মচা ময়াম হাজিরা শুনরবনি, তলক চানরবনি মিলিটরী মরক্তা।

ঙাইখিবা তারবা তামচা—মচন নুপীনা ওক্লকই।

চয়োলমুক য়েংখিনি। কনামত্তা লাক্কুবা, ঐস্তু থবক তৌগ্রনি।

সিফাই মরক্কবো তৌরুম্মু তৌরুম্মু। নখোয় পুম্নমক্কা সিফাই মরক্তা, তোপ্পী ঐখোয় অনীনা কমদোদোরিবা—মমানা শাউরকই।

তুম্বা চাবা হল্লক্কদবনে ইমা। কোম্নহুনা পুন্না শিবা য়াদেনে ইমা ইংগদবনিনে—গুনসিংনা খুম্লকই।

খম্নাম বাজারদা গুনসিংখোয়গী ফিয়োনবগী দুকান ফম্লি। ফি অমত্তা শিন্ত্রি। মখোয়গীনি হায়দুনা চেং লাইতংমুক লাক্লেমবদা পূরকই, লোইথোকপ্রে। চাদবা য়াদবনিনা গুনসিংনা মমান্নবা খরগা লৈরক খুল্লক্তগী শাঙাইপ্রোদগী ঙান্নু মরুম য়েরুম খোম্লুই। লুপাগী ২০/৩০ ভৌদুনা খোম্বনি। মিলিটরী মরক্তা চঙদুনা চানা থরুবা পোৎচৈগা শিন্নরুই। করিগুম্বা শঙ্গোম খুজাই অমকা পুদুনসু শিন্নরুই।

অহানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী বোম তাখিবগা মমাগা, মচনগা গুনসিংগা খম্নাম লৈরক্তা মুনানগীদা লান চেল্লকখি। মুনানগা সুরেসকনা অতৈ দুকান্দগী পোৎচৈ অঙম্বা মথৈ মখোয় মখোয়গী দুকান্দা হৌজিলহৌই। মুনানগী পোৎচৈনা রমেশ বাবুগী দুকান্দা থম্লি। নুমিৎ অসিগী নুমিদাংদা রাবৈগা সুরেসকা দের টনগী গাড়ী অম্-মম্ পুদুনা মপান্দগী লাকপা মীওই অমদি, শেল থুম খরা পায়বা রিফিউজি থিন্‌বা চংখি, অহিংদুদা, কাংপোকপীদা পোথাখি। চৎ-লমদাইদা সুরেসনা মনীংদা লেট্রিন্‌গী রাংমদা, থুনাম্-নাঙৈ অমদি অমাংবা হুন্দোকফম্ লৈরিবা মফম অদু তৌথোক্লগা বিস্কুট-টিন খরা ফুল্লম্মী, মরাইবক য়েংলি। রাবৈ অমদি সুরেস গৌহাটি য়ৌরবা মতুংদা পাক্ হল্লকপা য়াদবগী নাগুগোং অমদি গৌহাটিগী মরক্তা লল্লোন পোৎচৈ হঙ্গৎ হন্দা হোন্দুনা লৈখি।

গুনসিংগী মমান্নবা মখোয়গী স্কুলদা ক্লাস নাইন্দা তম্বা পাখং অমখক্, মিলিটরীদা, শঙ্গোম য়েরুম তমিন্নরম্বদগী ময়াই কোইবীদা লৈবা রেজিমেণ্ট অমদা থবক ভৌখ্রে। ইণ্টর্প্রিটর ওইনা থাদা লুপা ৬০ তলব ফংলি। মহাকসু ইরোইশেম্বদা ওইনবা হায়নবনি, মেজর সাহেব অমগা, অমুক্তংগা উনবা দরকার ওইখি। থবক অমা চথোক-থিবা মেজর সাহেব অদু হল্লকপা ঙাইমদনা চেং-চাক পুরগা ময়ুমদা থুনা হল্লকপদগী খুদোং চাবদু নাম্থোকখি। মমান্নবা অতৈনা নোঙান্‌বগা য়েরুম শঙ্গোম্ পুদুনা চৎলি, অয়ুক্কী চাকসু, নুমিদাংগী চাকসু ( মিলিটরীগী

াক উল্লি. অয়ুকস্মু ওন্না চাই, মুমিদাংগী নুমিৎ তাত্রিষ্টে চাথোকই)
মিলিটরীগী লঙ্গরদগী চাথোক্লগা অহৌবা তল্, হন্নাই থোংবা, সবজী, অমদি চেং-চাক্ সামর, অতৈ চান থক্লবা পোৎ-চৈ (বিস্কুট, মিল্কপ্লাইড া-চিনি) নচিংবা ময়োম-ময়োম্ পুরগা, মযুমদা হল্লক্লে। গুনসিংদি খরা থেংলপ চৎলি। চেং-চাক্কা ওন্নবা হেক লোইবগা, মতম মাঙ-চন্দে মযুমদা হেক্কা হল্লকই। মহাক্কী হৈনজবী লাইরিক ইবগা পাবগা কায়দনবা কন্না শীঞ্জন্নি।

অপোক্পা মপা গোকুলনা মহাবীর থিন্বা চৎখিবগী হল্লক্লি। ডিমাপুর য়োৎরক্লন্নবনি, গাড়ী ফংদবদগী মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎপা, কলেজ ছাত্র খরা শিলচররোম্দা চৎমিন্নখি। মফম্ অতুদগী তোংজৈ মরীলদা খোঙ্না লাক্পা য়াই হায়না পাউ ফংঙি।

পলেল্ লোম্দনা গম্ভীর, সিঃ আরঃ ইঃ দা থবক্ তৌবা মীওই অনা ওইনা মক্ষাক্ ইবুংঙা শেলুংবগী ঠিকাগী থবক্ য়েংশিন্নম্মী। মতুংগা ঈরোয়ননা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী মখৈস্মু থৌবা তমখি।

মক্ষাক্ ইবুঙো শেলুংবা মনিপুরগী মমিং লৈবা অচৌবা ঠিকাদার অমনি। লান্ মমাঙ্দা খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা লৈবা মাগী হোল অমদা শীনেমাস্মু চলাইরম্মী।

পংকুই কুইদে গম্ভীর ইঞ্জিন্ পানবা গাড়ী মখৈ থৌবা হৈখি। কুইরমদে গোরিজন্ ইঞ্জিনিয়ার অমগী মখাদা পালেল চীং কক্পগী থবক্ তৌখি। থবক শুবা মীওই, অহান্বগী ওইনা চামা য়াঙ্খেথক্ পীহন্খি। চয়োল অমা ফারকপদা অহান্বা রনীং বীল্ পীবগা লোয়-ননা থবক্ শুবা মীওই চামগস্মু হেন্না পীহন্খি।

এলাইন্টকী মতুংইন্না তেংনৌপল্দগী পলেল্ ফাওবা শেম্-গদৌন্নিবা চীংলম্বী ডিটোনেটর অমদি ডাইনেমাইটনা পরেং শানা হন্না-হন্না কাপ্খায়রি। থবক্ শুবা থাজিন্দুনা হোন্দোক্হল্লি, তেম্-খায়হল্লি, শেমহল্লি। মশাঙ্ অসিদা চীংনুংদা পরেংশানা মাইল ৪/৫

রোম্ লাপ্পনা কেম্প মঙা থক্লৈ। কেম্প অম্মম্দা থবক্ শুবা মীওই ৩০/৪০ লৈ। মপাবুং শেলুংবনা পীবা তাফাদার অহুম্না মতেং পাংলি তম্ফাজাওনা তাফাদার মকোক্নি।

থবক্ শুরিবা মীওইশিং অসি গম্ভীরগী খুৎফা ঙাক্লি, হান্নন খঙনখ্রবা ঙাক্লি। কক্চিং, রাংজিং, হৈরোক্ খাঙবোক্ অকোয়বদ লৈরিবা লম্শিং অসিদগী মীওই ঙাক্লি। সিঃ আরঃ ইঃ গীদা থবক্ তৌরিঙৈ, মাগী মখাদা থবক্ তৌরম্বা মীওই অমবু থবক্ শুরিব মীওইশিং অসিগী চেং চাক্ মনা মশিং তম্ হনলি। কুইদে অকোয়বদা লৈবা মিলিটারীশিংগী সপ্লাইয়ারসু ওইখি।

কেপ্টেন্ অমগা ইরোয়দা লোয়নননা, গম্ভীর থবক্ তৌমিন্নরি। কেপ্টেন্নদি য়ানীংদে অতুবু মরক্ মরক্তা, মুমিদাংরাইরম্ গম্ভীরন নমতুনা বুলজেজর হেক্-হেক্ থৌই। মুঙাইবা ওইনা লম্বী শেম্বদ মতেং পাংঙি।

বেজ কেম্পতা জিঃ ইঃ গী কম্পাউণ্ডদা বুল ডোজর ৬, রোল্লর ৫, গ্রেডর ৩ লৈ। বুল ডোজর অনীখক্তমক লম্বী শেম্বদা শিজিন্নরি। কোয়লাস থাগৎলক্লিবা মফম অতুদনা রোল্লর অমক্তমক শিজিন্নরি। মাঙলোমদা লৈখ্রিবা কেম্প অমমমদা অমমম শিজিন্নরবদি থবক থুজিনগনি। রাৎলপা অরাৎগা ভানবদি অরায়বনি। রাফম অসিন গম্ভীরগী কোক্তা নৈশিন্দুনা লৈরি।

নোংমা গেরিজন ইঞ্জিনিয়ারদা মেসেজ অমা থারকই—"ইনফেনট্রি বাটালিয়ন অমা থুনা বর্মাদা থাজিনগনি। মোনসুন লাক্ত্রিঙৈ মমাঙদা পলেল টু মোরে লম্বী শেম্বা লোইশিল্লু।" অকনবা হুকুম্নি। গম্ভীর-দসু অকনবা পাওতাক্ পীরি। মীওই ট্রক অনী অমগসু থোমজিল্লি।

হান্নদগী অহোংবা হায়ববু মাইল অনী খুদিংগী কেম্প অমমম থল্লে। কেম্প খুংদিগী কাঙবু অনী থোক্লগা থবক শুহল্লি। মাঙলোমদা

ুগংখিবা অমা তুংলোমদা শেমথরকপা অমা। মাঙলোমদা শুরিবা াঙবুগীদি হন্না-হন্না ৪/৫ রক থুগায়গ্রবা চীংমায়দগী, লৈবাক অমদি ং লোক লোম থংবা মায়কৈদা লম্বী ময়াদা পৈশিনবনি। অকনবা অমদি হোনবা য়াদবা মথৈনা শ্রেনী, তুংথং অমদি গয়ন্তিনা গায়বনি, লৈতেম মান্নহনবনি। মাঙলোমদা শেমগ্রিবা লম্বীদা গাড়ী নী থৈনবতা নত্তুনা মমায় নীংথিনা ওনবা য়াবা মফম থেল ফাওবা রি। ঈশিং চেম্বরকপা মফমস্থু থেংনৈ।

পলেলদগী মাইল মঙা চঙশিল্লগা মিলিটরীগী জীপ অমা াকখাদা ওন্থতুনা লৈ। জিঃ ইঃ গী অয়াবা লৌরগা, থবক শুবা ওইশিংগী মতেংনা লৌখতুনা শেমজিল্লে। জীপ অতু মশানা থৌতুনা ক য়েংবদা শিজিন্নরি। ময়ামগী চেং চাক, ইঙ্গাং নাপীস্থু হোন্নরি।

নোংমা অয়ুক ঙন্থা, নহা ওইরিবা তাকাদার অমগা থবকশুবা ওই কুনথক্লা মমাঙলোমদা থবক শুরিবশিংগী চেং-চাক ইঙ্গাং নাপী বা কাঙলগা লোয়ননা চঙশিনখি। চীংমায় রোমদা চীংখোঙদা ফুং না হেন্না পাকপা ফুংখায়নুক লুবা নালা অমা পরেং শানা শেল্লি। মাঙলোমদা শুরিবা মীওইশিংনস্থু নীংথিনা মতেং পাংলি। শেমগ্রিবা লতেম মান্নগ্রিবা মফমা অয়াম্বনি। ফুং ৭ মুক পাক্লা কাবক কাবক শমজিল্লি। শেমথখিনবস্থু হায়রম্মী।

মথংগী নুমিংনি। অয়ুক্তা মীওই অনীগা লোয়ননা মাগী জীপ্তা চং চাক পীক পীক থন্না হাপচিল্লগা চীংদগী ঈশিং চেম্বরকপা থেল অতু াওবা থৌখি? মাইল নিপালনি পুংমুক চঙনা ওপ্না তপ্না থৌরকপনি। শম্বা লেপ্তুনবস্থু অতুম পাউতাক পীরম্মী।

নুমিং মরীনিরোম হৌখ্রে। ঙরাং অহিং অথেংবদা জিঃ ইঃ াহেবতগী মেসেজ অমা গম্ভীরনা ফংঙি। মরোলদি সাহেব ঙন্থা াকনি মহাক্লা (গম্ভীর) থবক য়েংবা চৎমিন্নসি হায়রকই। অয়ুক ন্থা জিঃ ইঃ সাহেব থুংলৈ। সিফাই অমগা লোয়ননা মখোয় অহুম

গম্ভীরগী জীপ্তা গম্ভীরবু থৌহল্লগা মাঙলোমগী থবক য়েংবা চৎমিন্নৈ: থবক শুবশিংগী চেং চাকস্থু অতুম পুই।

চীংচেপ্তা শেম্বা লম্বীনি পীকই। অরাঙবা চীংদোম্নি, ওই-রোমদা য়েংথখিবদা চপ য়ুংনা ঙম্মী, তু খ্যাও খ্যাও চুংঙি। লৈতেম মাননদবা অপীকপা লম্বীনা নম্মী। লৈচীলনা পূমমম মমশিনবা লম্বী উদবা জগা থেংনৈ। ফোগ লাইটকী মতেংতনা গম্ভীরনা থৌরি মঙদা চৎপগুম য়াম্না শাংনা কুইনা চৎলি। কেপ্টেন কিবীদে, জীপ থৌবা হৈবনি, জীপকী য়াদবা পার্ট অমদি করম্না চৎলি হায়ব মশাদা তক তক পানবা সাহেনি। সাহেবনা পানবগুম গম্ভীরস্থু খঙবা ঙম্মী অতুমক্কা থৌবনি। পূমমম মমনা থারম্বা লৈচীলনা খরা খরা পাথরকপা, নুংশা মঙাল ফংলকপা মতনদদি ঈশিং চেম্থরিব থেল য়োৌরে।

জিঃ ইঃ সাহেবকা গম্ভীরগা থবক শুরিবা মফমদু য়েংমিন্নৈ: সাহেবতি তোঙান তোঙনবা এঙ্গলদগী লাগী কেমেরা লোথোক্তুনা ফোটো নম্লি। ঙসাই মথৈ জিঃ ইঃ সাহেব গম্ভীরগা রা অমত্তা ঙাংনদে. শাউরিব্রা শাউদব্রা হায়বস্থু খঙবা ঙমদে। হৌজিক্তদা নে তানা উরি: উগী উখা অমদা ফমিন্নরগা সাহেবনা পুরকপা ব্রেক ফাষ্ট লোয়নরকপা সিফাইদগী লৌশিল্লগা চামিন্নরি। হায়রকই—

নঙগী লৌশিং ঐ খঙঙি, করম্না থৌবা ঐ খঙডি। বুল ডোজর অমগস্থু হয়েং পুশিনখো নঙ ঙম্লি।

ঙম্লি সার— গম্ভীরস্থু খুম্মি।

তেংনৌপল য়োৌবে। লম্বীসি ফাওহনখো অতুগা নুমিৎ হুম্লি ছুটি পীনি নয়ুমদা চৎলু।

বুল ডোজর ড্রাইভরনা স্থকয়া য়াজদনা গম্ভীরনা নমতুনা পুশিনখি গালি চাদনবা ড্রাইভর অতুনা রিপোর্ট তৌখি।

———

নিংশা-স্বর ফুন্দূনা শিঘা য়াই হায়বগী রাখল তুংওইনরগা, থৌনা ফনা, অঙৈন্ কন্না, নীংহননদনা সমুদ্রগী ঈরোনম্বুংদা, মাইল কয়া কয়া লুনা ঈরুপ্তুনা, মতম চঙনা থিরবা মতুংদা, য়াম্না তাংনা অমকাদং মমলনা মপাল নাইদ্রবা, হীরা, মনি-মুক্তা সমুদ্রগী ঈরোনন্নুংদগী ফংঙি। মপূকচেল্ চোইগন্বা কীগন্বা, পূক্চেল লেপ্তুবা মীওইদদি থেংনবগী খুদোংচাবা লল্লৈমা লাইরেম্বী মানা পীদে। কিগন্দবা অথিবা খুদিংমক্তা ফংবগী খুদোং চাবা পীবস্থু নত্তে। ফংজৌ তম্লক্পা তোপ-তোপ্পা, মরায়বক ফবা মী, মহাক্ অতুত্তনা থেংনবনি, মমলনা মপাল নাইদ্রবী লাইরেম্বী মহাক্না চেৎনা চান্না লাঙ্গোন্বীবনি।

ফজবী, পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী ফজরী, নুংশিবী পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী নুংশিবী, মীপূম্ খুদিংগী থম্মোই শুম্বৎলিবী লাইরেম্বীনি। হাক্থেংননা থেংনত্নুনা, ফাজত্নুনা মহাক্কী মপু ওইজবমক্ ঙম্নদ্রবস্থু মহাক্কী মশেক্ খজিক্তুং, থৌজাল্গী মরীক্ খজিক্তুং ফংজনবা মীপূম্ খুদিংনা কোইথি থিরিবী মহাক্নি। অত্নুবু ওইনা চাওগন্গী, লম্কেৎ লম্মাইগন্বী, মহাক্তি খজিক্তুং লুনা, চেক্শিন্না, নুংশিনা তৌহৌদবদা নান্থোক্তুনা, চেন্খিগদবগী, খুজিন্ খুনান্থোক্তা, তাল্লুম্বনি, চেন্খিবীনি।

কিগন্বা মীশিংবু লাইরেম্বী মানা মিৎচিনা ফাওবা য়েংলুদে, মপূকচেল্ লেপ্তুনা কাঙ্বুবুস্থু মহাক্না নুংশিরুদে। মখোয়শিং অত্নুদগী থাপ্না তাম্না চেম্থোক্তুনা, নাথৈরগা লোত্তুনা লৈবীনি। মখোয়শিং অসিনা ফনা-কন্না ফংনবা তান্নজত্নুনস্থু মহাক্কী থম্মোইবু ফাজিন্বদি ঙম্দে।

মপৃক্লীং চেৎপা, থম্মোই কন্‌বা, অঈন্‌-কন্‌বা, শক্তি লৈবা তোম্‌থিন্‌ তোপ্‌-তোপ্‌ মরায়বক্‌ ফবা মহাক্তনা থেংনরুরগা লাইরেম্বী মাবু খুতুম্‌ চেৎনা পায়জতুনা থাগোনজৈ। লাইরেম্বী মহাক্না খোয়-দাজরুবা তম্বা মহাক্‌ অতুদা, মপৃক্লীং, থম্মোই, হকচাং মহাক্কী লৈজবা অপৃম্বা অথাকপা লৈতনা কথোকই। অরাং অপা লৈত্তবী লাইরেম্বী মহাক্কী নুংশি থৌজাল মরীক অমত্তং ফংজরুবদা নুংঙাইবা, য়াইফবা মায়পাকপা, মথং মথং চাওখৎপা থৌজান লনকুবীরকই। তম্বা মাগী পৃংলোন মতুংইন, লৈনা জগোই মশাজৈ।

মৈতৈ ঈনাৎকী রাফম্নি। তম্বা মহাক অতুনা খুজিন কারন হোৎনা, য়াহৌননা শানরবা, মালেম লৈময়োনবু খোঞ্জেল থোক্না শমু খুৎনা য়ৈনা, য়ারা পাউদম তোয়রবা মশাগী মরুখাকপু অনুক হজিন চারবা, শীঙেল লৈমন চল্লবনু য়াচংবদা মিয়েং নাউশুম্নরবা, মোমন্ হৈরাং তংদ্রিববু হৈরাং শংনা তংজুরবা, খাম্বী মৈরা মুৎনা স্নুমিদাং চাকরাই তম্লবা, অহিং চরৈ ফি শেত্তনা মিংয়েং নাউশুম্নরবা, অতুগুম্বা তম্বা মাবু রাচুম শুবী লল্লৈমা ঐনা, মিংচিনকাও য়েংলমদে।

থংলেন থৌগল হৈত্নবী, মোমন্ শল্লাং ওইরোন হুনবী, লৈকাই খুনকোই হৈবী, য়াথং পাউরো হৈবী, য়ুন্নুম খুদিং পাউতম্বী, লেয়্যৈ ঙা চাম-ঈ, হৈচেং চাম ঈবু স্নুমাঙ নোংলান পান্দা লাইজা খিকফেন চাইনা হৈদোরবী চরৈ লেমহাংবী, হৈরাং পান্দা মুনবী, চরৈ ফি-রোম্নংতুদা চেংলৌ মিংথোঙ লোনবী, মথংলেননা ঙমং য়াইথোঙ কুমখিবা লোইদাম থাবুম ওন্দনা তাউজিং হৈরায়নরবী, মোমন্ নুজা অসিগুম্বীবু লল্লৈমা ঐনা হুল্লাল্লম্মে। ......।

গম্ভীরগী মঙ্লান্নি, ওরাং অহিংগী, মঙ্তুদা মহাক্না অরাংবা চীংগী মতোন মথক্তা মথম্লতা, চীং-লৈবাক্কী ফজবা য়েংতুনা তপা তপা চৎলি। লম্লকী অমদি য়ুম্লকী, লৈরাং মথল-মথেল কয়ানা মতম্‌ ফনা মকা ফন্না শাৎলি। চীংথ্রাও পাম্বীগী মনা য়াওদ্রবা উশাশিংদা, মপান্তনা

পুম্‌য়োম্‌ য়োম্না শাংলি। মনা পান্দ্রবা হৈথাগী উশাশিংদস্থু অভৌবা ৱপান্তনা পুম্‌য়োম্‌ য়োম্না শাংলি। শাংলি পেক্রুক্লৈ, কংফাল ইকাই-থিবী হন্নুরৈ, চীংগোংলৈ, নাগেশ্বর, কেতুকী, মুক্তারৈ, লৈরাং-নোংবাল্ কাংয়াংলৈ।

অয়ুক্কী মালংদা হুমিংকী মেঙলবা মঙালনা য়ৈবদা লিক্লাদগী কারকপা মনীলনা, মৈখুগুম্‌ মম্লম্বা হৌজিক্তি তাক্লে। মঙালতনা চীং লৈবাক্কী কাচীন্‌ কোয়া য়োনা য়ৈরক্লে। চীং লৈবাক্কী ফজবস্থু হেন্না ময়েক্‌ লারক্লে। য়েংখিবা মায়কৈদা মিংফম্‌ হোংনীংঙবা যজ-বাশিংসি য়েংনা-য়েংনা গম্ভীর মাঙ্গলোম্‌দা তপা-তপা চংশিল্লকই। ইনক্‌ মক্কা মাঙ্গদা উরকই। অচৌবা য়োংচাক্‌ পাম্বী অমা, মনা পান্দে। মীংখিনা মক্ক চংলবা য়োংচাক্‌ চরোং-চরোংতনা মহৈ চুন্না শাংনা-শাংনা য়াম্থনা পাল্লি। য়োংচাক্‌ মহৈংগী পাম্বীনি। থগায়মুক শাংবা চৈ অমনা লান্থরবদি, চরোং ফনা য়াম্না হেক্লিংঙাই য়াওরি। মমা অমদি মচনম্পীগীদমক্‌ চরোং খরদি হেক্লীংলি। উশা অমা থেক্লে। মহু পায়রগা গম্ভীর মাঙ্গলোমদা চঙ্শিল্লকই।

থঙ্‌হৌদনা থেংনৈ, অরংবা লীল অমা। লীলহু অমুক্‌ পুমঙৌ ঙৌরকই। কিহুনা গম্ভীর খজিক্‌ লৈথোকই। মকোক্‌ থাঙ্গৎলগা লীলহুনা হায়রকই —

"কিগহু। ঐগী-তুং ইল্লকউ।'

লীলহুগী মতুংইন্না গম্ভীরস্থু চংশিল্লি। চীং লৈবাক্কী অরাংবা চীংদোন্‌ অহুদা পুখ্রি মচা অমা থেংনৈ। ঈশিং অহু তরু-তরুই। মনুংদা উই অঙৌবা ঙা ময়াম্‌। কোয়চং চংনা চাহুনা লৈরি। পেংবা খাবক, থরাক্‌ য়াওরি। শরেং খরস্থু মরক্তুদা চারি। ঙাশিংহু ফা-নীংবদগী গম্ভীর, ঈশিংদা কুমথরগা ঙাহু ফারি। ইতে-তে, ফাবা য়াই, পায়বা য়াই। শরেংস্থু পম্থৎলগা কোন্‌বা য়ারি। ঙা পুম্নমক্‌ মহাক্কী ওইরে।

পুখ্রিসিগী কৌক্র কাচীন্দা অচৌবা অরংবা মতুম্ অমা লেঙ্বোই নোম্বোই লৈবা উই। তত্তনা থোরকপা ইফুৎমচা অমনা অরংবা মতুম্ অসি লেঙ্হল্লি। মঙাল য়াওবা মতম্নি, গম্ভীরস্নু পায়ত্নুনা, নোম্থ-রগা মথুৎ অনী চঙ্না লৌখৎলি। য়ুবী অখোক্পামুক্ চাউবা মতুম্লি, ঈশিংদা কাওই তরুম-তরুম্মী।

কংকালদা পুখৎলগা ওম্বাক্তা থমত্নুনা মুন্না য়েংলি। মখাতু পাকৃতক্ তৌই। খুদোল মরিরোম্ নাপু হাইফেৎ চঙ্ডি। অঙৌবা ময়ি মচা মচানা ইকোয় ইকোয় কোয়শিন্না য়েৎলি। মথক্তা খুদোল অনীরোম অপাকপা অপাবা মিংশেল মপাক্তা ফৈজেননা, লোনখত্নুনা থম্বগুম উই। মচেক খুদিংমক ইরং লংখৎলি। মতোন্দ্ ওরু ওরুই ইরং লংই। মশা পুম্বদগী মঙাল অমা থোরকই। মনি মতুম্লি খল্লুবমক্তা হায়রকই "মালেমসিদা খ্বাইদৈ চাউবা, খ্বাইদৈ মমল য়াম্বা মণিনি ঐ। য়ুগ য়ুগ খুদিং নিংথৌরোল কয়া কয়ানা মাগী মাগী মনাক্তা থম্নীংলক্লি, মতমপুম্বগী ওইনা মাগী মাগী ওইনীংলক্লি। অদুব মহৈ মহৈ অদুম চংনখি। নঙস্নু ঐবু পাম্মী, নঙগী ওইনীংলি। অদুবু নঙস্নু চংখিগনি। লৈহৌগদবদি ইথক্তনি। মালেমসিগা লৈমিন্নরক্লি, নৌখিগনি। করিগীনো নঙনা পাম্লিবা?

মঙনসিদা লল্লৈমা লাইরেম্বীনি হায়বা ফিঙৌ শেৎপী লাইরেম্বী অমা থোরকই অদুগা—

ঙসি কৌবা নোংজাসে, ওল্লরুদা' কুমজাদৈ
লাং হৈ অমা নৌরিবা, তম্বা নঙগী পুন্সিনি।
মতম মদি মরারনা, কনাবুস্নু তাক্লমদে
ঙসি চেৎনা থাগোল্লু, হৌথ্রে' ঙরাং মঙ্লাখি
লাক্কদ' হয়েং আশানি, ঙসি শাউৈ শেমজহৌ।

"সাহেব, সাহেব লেঙখৎলো। ড্রাইভর লাক্লে, মেসেজ অমা থাবরক্লিয়ে।" খংপ্রোক্ খংঙি, নঙ ফাওনরকই।

বোরাজাও তফাদারনা হন্না হন্না কৌরকই, হন্না হন্না হৌদোরকই।

মিকপ থোরক্লবা গম্ভীরনা মেসেজ অদু পারি—

'এলাউড টু গো ষ্টে এট ইম্ফাল ফোর থ্রি ডেজ। কলেক্ট ডাই নেমাইট এণ্ড ডিটোনেটর ফ্রোম সিঃ আরঃ ইঃ হেড কার্টর হোয়েন্ ইয়ু কম্। ষ্টোর কীপর ব্রাইটিং ফোর ইয়ু রিথ ইণ্ডেন্ট এট বেজ কেম্প। প্রোসীড ইমেডিয়েটলি।

পলেনগী বেজ কেম্পতগী জিঃ ইঃ সাহেবনা থারকপা মেসেজনি।

থুংলৈ থুনা মশা শেংদোক্লে, মফি মরোল শেৎচিল্লে। চৎননবা লেম শারে। মহাক্কী মিলিটরীগী ষ্টিলগী ট্রঙ্ক অচৌবদু মী অহুম চঙহুনা থাঙ্গৎলগা মিলিটরীগী ট্রক্ মকক্ অমা তোংলহুনা গম্ভীর, বেজ কেম্পতা লাক্লে। ষ্টোর কীপরদু মমাঙ্গী গাড়ী অমদা চৎথ্রে হায়রকই।

গম্ভীর মতোমতা ট্রক মকক্ অদুদা ড্রাইভরগা লোয়ননা ইম্ফাল কারকই। ঙরাং অহিংগী মঙ্গী মতামক্লে, ঙসি অয়ুক্কী ময়েক লানা ফজরবা মালেমগী ফজবনে, মমা অমদি তোম্বী উনরুরগনি হায়বগী হরাওজবনে, মথুম মরাং হৌরবা গম্ভীর, ব্রাখলগী ঈপাক্তা তাউহুনা লাক্লি। এরোড্রুমদগী মখোড়্না থোরকপা মন্ধাক্ ইবুঙোগা কক্চাং লমথায়দা থেংনৈ। গাড়ী খাম্হুনা তোংখৎহল্লগা মমাওগী সীট্রা ফমিহনা ব্রারী শারি।

মন্ধাক ইবুঙোদি মথৱাই ইনুং হুডাইতনা উই। ব্রা লান্ ইঙাং ঙাংদে, অদুবু গম্ভীরনা—

'পাবুং লৌসিবু কয়া কয়াকা পীনরিগে?'

'য়াম্খে, হুস্ফু, থরা ফবনা হুস্ফুতরা মরীফু। মীনা মাল কায়রগা ময়েক ওইনা পায়নরি, করিগীনো, ইবুঙোনা লেপশিন্দোরিদি?'

'অঙ্গানি পাবুং লেপ্ শিন্নবনা কৈ। মীনা হুবাওম্মোই।'

'লেপ্কে হায়রগদি মতম চপ্ চারি। হৌজিকসিনি লেপ্ শিন্ন-হৌদোবা।'

'ফংনিনা, পাবুং?'

'ফংনি। ঐখোয়না উদৌ নত্তবনিনা য়াম্মি হুম্ফু পীবত্থু লৈসি। মতাই বস্তিদা ঐগী মঙা লৈ, মসিছুম্ লৌশিল্লো। অনী অমম্তু লৌশিন্বা য়ানি। ঐ শীল্লকে।'

'পাবুংগীদিনা?'

'অউন লৌ কুন্নমঙাসিফাও, হোংনবা ঙমদেদা। মতাই বস্তীগী খাজনা থিবা ঙমদত্থুনা কখোকপা খরা, খরনা শরেংগা শিন্নহৌবনি। অনৌবা নিন্বসু য়াওরি।'

'কয়াদা থাবীগদবা পাবুং?'

'মরী অমদি অফবা লৌনি, য়াম্মিদা তেম্বা য়ানি। ইবুংঙো পান্বীগদবনিনে?'

'পাজিগী মিংদা পাবুং'— খুল্লম্লগা ঙহাক্ লকক্ তৌরি। মপাগী মিংদা হৌজিক কাওবদা লৌ অমত্তা লৈতে। শেন্ফম্, খুল পারগা শোন্বোই লাকপোই—'চনী য়াম্মি মখা খংতা তারকই—

'ঙসি থিদোকচরগে। পাবুংখোয়দা ঙহাক্ চংখিবা তারে।'

'ইচীন-ইনাওনা কয়া, ইবুঙোগীবো?'

'মরিনি। অমনা বর্ম্মাদা লৈখ্রি পাবুং।'

'অহুদি সুম্ তৌসি, ফংসু ফংনি। মচীন্ মনাওসিদিনে মমুম্ হেক পান্নরকপদা লৈকাইনি, শাগৈনি চুম্লবনি ঐঙোন্দা চুম্লবনি।'

'মখোয়গীসু লৈবীবা য়াইদা, পাবুং। মসিমদি পাজিদা......

'ইনাওশিংদো নরাংহন্গনু। শুহল্লু, নোমহল্লু, মছুম্ চাওনব

তালহল্লু। মন্ত্রনিকো ইবুঙো। ঐদিনে ইতোমতা শেমজরকপনি, তাকপী তাম্বীনবা কনামত্তা লৈরক্কবা।'

য়েৎকী খুবাক্না মমায় পায়শিল্লগা লুকথরি অদুগা 'অর্থ লৈরম্বা য়াই' খল্লি। অদুবু য়ানীংদ্রি পাজিস্নু, ইমাস্নু, ইনাওশিংস্নু অমত্তনি, চারে চামিন্নৈ, হেল্লে হেন্‌মিন্নৈ।

'সিনি, ঐনা পাম্লিসি। লৌশিংসে ইবুঙোগী মিংদা পাল্লু ঐ নীংথিনা শেমজিন্‌গে। ঈথৈ চাবনি, ঈশিং ত্বাৎত্রে। ইবুঙোদা কান্নরদি, ইবুঙোনা ঐবু পুন্সি চুপ্পা নীংশিংনি, অদুতগীনি।' নত্রগদি অতৈ গিসি ফংনি।

'ফনি পাবুং, ঐঙোন্দা পানবীরো। ঙসিমক্ পামদ্রে। ত্বারৌ-বীনু. মতম লৈজদবগীনি।'

'মখোয়গীনি হায়বা লৌ লৈরে হায়বদুগী মথৱাই লুমজবা মপূ-ক্লিং নুঙাইজবদু ফংনীংবদগী তকশিঞ্জবনি। য়ুমদি মতম্ ফরবা মতমদা শাবা য়াই খঞ্জরি। অঙইবমক্ গম্ভীর মথর.ই নুঙাইজরি।'

'ইবুঙোখোয়না কদায়দা চেল্লিবা?'

'খঙ্‌জদে পাবুং, থিজরুখিদৌরিনি। থা তরেৎ-নিপান্ শুরে, য়ুম্ হন্দবা, চীংনুংদা স্নুম্ লৈবা।'

'অদুননিদনা অম্মানি হায়রিদি। ঐনা লৈরিসি ইচীল-ইনাও, বাড়ী-সম্বন্ধ ময়াম্ খোম্‌জিল্লগা লৈমিন্নবনি। ঐনা লোইনা য়েংশিল্লিনি।'

করিগীনিনা পাবুং।'

'লুট চঙ্‌দনবনি। ইবুঙো খোয়গী অহলনা করি তৌরিবা?'

'দুকান্ ফম্বনি। থম্মাম্ লৈরক্কগা চেল্লম্বা য়াই।

'অচৌবা বাজারদি কোংবনি, কোংবাদহুম ফম্‌হল্লোদনা?'

'ফংগদরা পাবুং?'

'মতুম্স্থু ঐগীনিনে, ইচাশিং অমা ফমহনুগে তৌবনি। ফন্নদি মরমদি, মহাক্ ঠিকা পান্মী। তুকান্ হৈনদে।'

'ঠিকাতু ফংনবা শীঞ্জরমগে, পাবুং ভারাকাদি?'

'কদাইদৈ ভারানো, চীং ককপগী ঠিকা অমত্তং ফংলদি য়ারে।'

'ফংহঞ্জগে, পাবুং।' ঙহাক্ তুমিন্ লৈনরি। ঙহাক লৈরগ মপাবুংনা'—

'ইবুঙোগী য়ুম্ শানবা সনা লেপ্পিসিদি ফৈ। চোকশিন্না থন্ব ঙম্লগদি তুনা হেন্না তোংনি।'

'চোকশিন্বা হায়দি পাবুং?'

'মিলিটরী মরক্তা লৈবগীদি কায়দে। খুল্লক্তদি লুট য়া চৌনরবনি ইবুঙো বর্মাগী নোটতু করিতৌদৌরিনোনে?

'তৌরিহুনি পাবুং। কপ্প কপ্পনে, খুবু-খুরুম্বনে। য়েংবস্থু ঙমদেদ পাবুং।'

'তৌবগীদি চাদিগী ময়েক্ পীবীখিবতুনা চাজরিনি, ডিমাপু য়োনা চংখ্রিনি। দান্ হায়বসিনক্তবু নিংথৌতনা তৌনৈ। ইবুঙোগী দান্ হায়বতুনিনে।'

'মীনা তকশিল্লক্রবদি খাত্তুনা ঙমদে পাবুং। অঙাং-ও, নুবী-ঙ ঙমদেদা পাবুং।'

ঐখোয়গী এসোসিয়েন্ য়াও, ইবুঙো। মিলিটরীগী গাড়ী য়াদব শিংসি শেম্জিল্লগা শিজিন্নদৌরিনি। হায়নরে য়ারে।'

'ডিমাপুরদগী ললোন্ পোংচৈ পুশিল্লক্লিসিনিনে, পাবুং।'

'মানি ইবুঙো, ঐ শীল্লক্কে। গাড়ী অমদা চহুম্-চামরীদগী চামঙাকা চংঙিনি শেমজিন্বদা, কয়া য়াগেগে?'

'মঙা-তরুক, য়ানিনা পাবুং।'

'য়াম্মনগ্রবনিনে। অমা অনী হায়রকদৌ মাল্লুরে।'

'শেল লৈবগী মত্তে পাবুং, ময়ামগী কম্মনবনি।'

'লিশিং অনীরোম্ চংনি, ঐ শীল্লমগে। রসীদ পীনি, ঐনা প্রেসিডেন্টনি।

'য়াম্মা মুঙাইজরে। পাবুংবু থরাই ইনুংমুঙাইতনা উই। করি-গীনো পাবুং, কায়দ্রগদি ............।'

'ইচা নুপী অহল অমা কন্না নারিনে, অহুগীনি, ইবুঙো। ওসিসে খোয়দা অমুক্তা. লেংসিল্লুসি।'

'চঙ্গদৌরিনি, পাবুং। করি লায়নানিনা?'

'মতম ভাইবতনি য়াররোই। কুইরে নাবা য়াম্মা শোকচিনগ্রবনি। তিং বাং নিনে ইবুঙো চহী মঙারোম্ ফারম্মনি।

'ইথুরাতোন্ অমম্মু মনিনা শিথি। অতুনা ঐহাক ডাক্তর তম্জবনি, পাবুং। মুঙাইফম্দি থোক্কে অহুবু, উপাই লৈরোই পাবুং।'

'অমাইবা হঙ্গনা চুক্ শাবগী রাফম্ অমা হায়হৌরি। চহী ১৫/১৬ শুরবী ইচানি। লুহোংবা কন্যাদান্ তৌবগী লমন্ তোল্লবনি অহুগী মহুৎতা শ্রাদ্ধ ওইনা শোনগদৌরি।

'অমাইবা হঙ্গবনা করি হায়রিবা, পাবুং?'

'মশা না না, না-না, করম্না কন্যাদান্ তৌরুনি। মী কনানা য়ানীংনি?'

'গম্ভীর পাক্ খুম্লক্কে, তুমিন্ রাখল অমা থল্লি। মম্মাক্ ইবু-ঙোস্থু, তারকপা মপিচু আনোক্ লৌথোক্লপা তৈথোক্লি। গম্ভীরনা হপ্না,

'কন্যাদান্ তৌরগনা করি কাম্নরিবা পাবুং?'

'মপুরোইবনা পিণ্ডদান্ পীরবদি স্বর্গ কাবা ঙম্মনি, চুক শাররোই। ঐগীস্থু কর্ম্ম অমা কোক্লে ইবুঙো।'

'ঐনা পীবা য়াগদ্রা? পাবুংগী কর্ম অমা কোক্সবা।'

'লাইবক্ ফবনিনে ইবুঙো। ঐখোয়দা লেঙ্শল্ল্দবা য়াদ্রে।' ঙহাক তুমিন্ লৈরুরগা মথা অমুক্ তারকই—

'ইবুঙোগী বদ্নাম্ লৈখিনি, পাউথোকখিনি। উৎনা ব্লাইনা খুম্না-থন্নি, কনা চোক্-মোক্ লাউহঞ্জরোই।'

'পাবুংগী অরাবা কোকহঞ্জবা ঙম্লবদি, ঐগী লাইবক, ফবনি। পোকপগী মহৈ য়াল্লে পাবুং, ঐ করিমত্তা চিংনজদে।'

ককচিংগী এরোড্রোম শেম্লিন্ডেদগী তিন্নররবা মপাবুংনি, চানস্রু চান্নৈ। য়াম্না তোয়না ব্লাংজিং অমদি হৈরোক্লোমদা ফাওহুনা, হৈতুপ পোকপীদা চৎমিন্নৈ। মফম অতুগী কেম্পতা লৈরিবা বর্মাগী রিফিউজিশিংদগী, সনা হেক্-হেক্ লেপ্লুই। মমল অয়াম্বা, হুংফাওবা পুরকই। মরু-ওইনা চান্দি, নত্রনা নোট ফাওবা চৎনদবা মতমদা মখোয়গী মহৈ য়েংবা ঙম্দবদগী রিফিউজিশিংদা লুপা তরা/কুন্, নিফু/য়াঙ্খৈ করিগুম্বদা চাম্/চনী ফাওবা পীবা য়াওগ্রে। অবাকপা মীপুম্ খুদিংমক্না পীরম্বদি নত্তে, থম্মোইগী রাফম্নি। রিফিউজিশিং অতুনা বর্মাগী নোট, চবুন্ চবুন্ থনম্মী থমমগনু হায়রস্রু য়াদে।

কোংবা রোমদা লাক্লে। খোংমন্ য়ৌরকপদা মপাবুংনা, লাঙ্গে-ল্লিবা য়ুমগী থোঙ্গালদা ঙহাক খাম্মী। মপাবুংস্রু কুমথরগা ঙহাক চংলুই, ব্লাফম্ খরা শিন্নরম্মী। খুংলৈ থুনা থোরক্নুনা, কোংবা কৈথেল য়ৌরক্লে। তুকান্ য়েংমিননরি। থোঙ্ ফাওবা হাংদোক্নুনা মনুং চংহুনা য়েংডি। কা অহুমগী য়ুম্নি। খোংমন্দা অমুক্ হল্লক্লে। মপাবুংনা তোঙান্না উপাক্লা কাংথক্ হাহুনা উপাক্লা ফকলাং খাহুনা শাবা-কা মচা অমদা "চঙঙ্" হায়রম্মী। খোঙ্প থম্মগা গম্ভীরস্রু চঙকই। হিদান্ অমগী ফমাঙ্দা ফক্ অমদা ফল্লগা, মুপী অমা কুঙো পরেং লেংহুনা লৈরম্মী। অমদি লেংবা লোইরহুনা, পুখম্দা কোয়না চাউনা

য়াংপা লা তাঙ্গদা থম্লি। অমা কম্না লেংবা লাক্করম্মী। য়েত্নুম্ পুমজাও অমদা কুন্দো লৈহ্নু মঙা-তরুক্, মঙা-তরুক্কুম্বা লেংশিল্লগা থুনা-থুনা লংদা শীথৈ। ঋপীহ্নু উবদা গম্ভীর চঙক্লখি, মুম্না য়েংজরি। ঋপীহ্নুস্নু ওহাক্তং য়েংলম্মী, অদুগা অদুম্ য়েংলকখিদ্রে।

কুইদে মমা ইবেম্মা, খুত্তা হিদাকপু অমা পায়রগা লেঙ্শিল্লকই অদুগা—'ইবুঙো, মোরা সোমদা লেঙ্শিন্বীয়ু।'—ফল্লাং ময়াদা লৈরিবা মোরা অনীহ্নুগী মন্নুংদা অমা লৌরগা থারি।

'ফনি, ইমা ইবেম্মা'- লৌশিল্লগা ফম্লি। গম্ভীরনা মমাইবেম্মাবু হাম্লনা খঙ্ভি।

'ঐনা শঙলম্বনি, ওহাক্তং হিদাক্ হান্বা চঙ্লুরে।' হায়রম্লগা অতোপ্পা মোরা অমদা ফম্থৈ, অদুগা মখা তানা খুত্তুম্না হিদাকপু মটীন্দা থম্লগা প্রোক্-প্রোক্ চিংলি। গম্ভীরনা—

'চহী অনীরোনগী মমাঙ্দা থাবল চোংখি। মহ্নদা নারব্রা, ইমা ইবেম্মা?'

'নারবনি ইবুঙো. ঐখোয়না খঙ্হোদ্রে। কোন্নুংগী ডাক্তরনা য়েংলি।'

'লান্ মমাঙ্দা পাবুংবু অমুক্তা উবা ফংখিদে।'

'বৃন্দাবন্দা রাধাকুণ্ডদা ঐখোয়গী আথরা লৈ। ধর্ম্ম-শালা শাৰা কুইনা চংলুই। ইবুঙোবু সিফাই থল্লব্রা?'

'খঙ্লদে, ইমা-ইবেম্মা, মখোয়গী মরক্তা লৈবসি, ফিজোলসিনা মুঙাই অদুননি।'

'হুম্! চাসি, জীনী পুরক্লরোই, থাউ কন্না ঙোহোরি। ইমা লৌরুগে ইবুঙো ফম্বীরম্মুকো।' মমা ইবেম্মা হৌগৎলগা লেঙ্থোক্ত্রে, হিদাকপুস্নু পায়রগা চংখি।

লৈ-লেংবা লোইন্নবী লৈশাবীহ্নুনা, কিশি-কিশিলগা পুথম্ মথক্তা

থম্লিবা, লা ভুগী মথক্তা থনয়ে। মমায় লৈথোক্লগা, হিদান মথক্তা কানবা হোৎনরি। মথুংনা ফক্তা শোরগা হৌগংকে তৌবদা তুথরকই। গম্ভীরনা হোৎচিল্লগা শৌগংপীগে তৌই। মথুং থাঙ্গৎলগা খাম্মকই। ইকাইথবা গম্ভীর মমায় লৈথোকত্তুনা, লুকথখি। লৈশাবীনা, সাইড-টেবল মথক্তা লৈরিবা মৈখেৎ উপুদা থিন্‌বহু গম্ভীর উহৌদে। লৈ-শাবীদা য়েংবা ঙমদ্রবা গম্ভীর ৱারৌ পুক্লৌবনা হেঞ্জিল্লক্তুনা মপান্‌ থোক্নীংবগুম্না তৌরি। থোঙ্‌লোমদা য়েংথোরকই।

লৈশাবীদি হৌগংপা ঙমদহুনা ফক্তা নিংগোংনা শুজিল্লি। ঙহাক্‌ ফম্লগা ফমশিং শিংনা চংখ্রে অহুগা য়াম্না ৱানা হিদান্দু কাখংলি গম্ভীরদা য়েংদশিন্না য়েংলকপদা মমায় লুকথরপ থোঙ্‌লোমদা য়েংথো-ক্লম্বহু উই। শদৌ থোংলবা লৈশাবীসু মমিং উইশিল্লগা ফমুদ হিপথখ্রে। মতমসিদা মপান্দগী অহলগী খোঞ্জেল অমনা—"কদাই ইর ঙোগা-মজাইবেম্মগা ঈরু শাশেংবা লোইরব্রা? মিনিট ২০ লোমদ ঙাইরে, কাল-বেলা চঙ্‌লক্লগনি।

"ইবুঙো লেংঙথোকপীরক্লো, ঈরু-শাশেংবীররো"- মমাইবেম্মা ভকিংভকিং চঙক্‌লক্লগা কৌরৈ।

ইকাইবা নংখ্রবা গম্ভীর, মপুক্রিং নুংশিনা লৈরি। অহুবু মপা বুংগী মমায়দং ঙাক্লম্লগে, মপুক্রিংদা খল্লি। কন্যাদানগী থবক থোরা পাংথোক্লম্লগা গম্ভীব অহুম্‌ লাক্লে। চাক্‌ চখোম্‌ অমত্তং চামিন্নন্‌ পাম্বা ফাওবা য়াখিদ্রে। ইকাই-নুংশি য়াম্নন৷ লাকপনা খ্বাইরব য়োৎরক্লে।

মপান কাংজৈবুং য়োৎরকপদদি, মহাক্কী ভুকান্‌ মপোপ্‌ কায়দ লৈবা উরে। মথৱাই হরাওই। কৈথেল মমুং চঙ্‌লক্লে। অরা লোমদা ভুকান্‌ তেক্লিবা মৈনা চাক্‌খিবগী মৈথু কারিবহু উই। চ লমদে, উরিপোক্‌ লম্বীদা হাইথরক্লে। মিলিটরী গাড়ী খৱ হঙ্গৎ-হ চংপা উই। দামুখোয়গী লৈরক-মশাংদা মী অমত্তা লৈরনদ্রে। য়ুমথো

খুদিংমক্ থোঙ্ হাংদোক্লগা লৈরম্মী। ইহাং-হাংঙি। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা অমুক্ হল্লক্নে

খ্বাইরম্বন্দসু মী অমত্তা ইচৎ-চৎলম্দে।

ওইরোম্দা লৈরিবা পোছারী পরেংতু ফক্লাং ইহো হোই, কায়রে চোজৎ, উপাক্ মচেৎ, শম্বিচে উপু শেগায়বা, থুনাম্ নাঙৈ ঙাক্তা ইচাই চাইনা তারি। জোন্‌ষ্টোন্ স্কুলগী মমাঙ্দা নালা ময়াদা লৈরিবা পোছারী পরেংতুসু, মতুগী মমাঙ্দা লৈরিবা, মণিবাবুখোয়গী পরেংতুসু অতু মঙাই। কৈথেল লাইরেম্বী খঙ্নীং নীংশিংলক্ই। কুন্দো লাই-রেম্ববু মপূক্লিংদা থাজবা অমগা লোয়ননা চেৎনা থাগোঞ্জবা গম্ভীরনি। গাড়ী খাম্লে, কুমথরগা পরপ্-পরপ্ চঙ্খ্রে। ইচীক্-চীক্লা তরক্-তরক্ নুংগী মূর্ত্তি অনীনা য়ুংতুনা লৈরিবতু উবদা নুংহীক্লরক্পোই মপি তাখিবা খঙ্হৌদ্রি! খুবমতুদা ইরেন্ চঙ্শিল্লে। ব্যবহার উৎলি, খোঙ্প লৌথোক্ই। মখুৎ লৈবাক্ শোক্লয়গা, মাগী খোঙ্গাংগী বেক্ পোকেট-তগী, মনী বেগ লৌথোক্লে। চাঁদি ময়েক্ অনীখক্ লৌথোক্লুনা অমমম কৎলগা, হেন্না নুহীক্লনা খুরুমজরি। চেৎনা-চান্না থাগেনবীনবা নিজরি। লাইরেম্বীগী হেক মায়োক্লন্দা ইন্দোন লৈরীক্কী হীদাক য়োনফম্লি, কুল্লাবাবু নীংশিংলকই। পরেং অসিদা ফম্বা পোৎকম ৭ না ইম্ফাল সহরগী য়ুমথোঙ খুদিংগী দরকার লৈবা হীদাক হুল্লম্মী।

অরাং তুকান্‌লোন্দা লাক্লে। লল্লোন্‌ফম্ ফম্বী অমদি ঙায়োন্-ফম্ ফম্বীশিংগী হাংলবা জীম্বনা কোম্ন-কোম্না কুপ্পা পোৎকম্ পরেং-পরেংতু উই। চফু য়োন্‌ফম্দা কায়দবা অমত্তাউদে, অকায়বা চফুদি তা-তাতুনা লৈবা উই। কৌক্লগী খোংনাং অচৌবা মখোঙ দমু চফু অকায়বা ময়াম্ কোইচাই চাইনা তারি। নোংপোক্কী জোনষ্টোন্ স্কুলগা চেক্পল মপোপ কায়রম্দে। মথক্তা য়ুংলিবা লীক্লি অকায়বশিংতুসু উই। লৈপল অসিগী ফক্লাংদা নপ্শিল্লগা লৈরিবা টোটি কোন্‌ফু অতুসু মপোপ কায়দ্রি মপান থংবনা কৈথেল কারকপশিংগী, কম্পালঙ

মনুংগী ছাত্রশিংগীনি। নোংচুপলোম্‌দনা ঙায়োন্‌ফম্‌ চঙ্‌খিবা লম্বীনি। দামুনা চেং-চাক্‌ হৱাই য়োল্লম্বা তুকান্‌ অমদি মতুগী পরেংতু থোঙ্‌-মিছুথোঙ্‌ ফক্‌খ্রে, ফক্লাং ইহো-হোরে। অৱাং তুকান্‌গী লম্বী কাপ্তপ অনীদা লৈরিবা তুকানগদি মপোপ্‌ কায়রমদে। অচৌবা ৱাইখু-শোনা লোন্দুনা থম্লিবতু মখোয়গী তুকান্নি।

গম্ভীরগী গাড়ী মাগী তুকান্‌ মমাঙ্‌দা থারে। কুমথরক্লগ অৱাং পাংনা হাইগৎলি, অতুগা ভগবান্‌খোয়গী তুকান্দা চঙ্‌তুনা য়েংলি। ভগবান্‌, মহাক্না ক্লাস অমত্তুদা তমিন্নরম্বা ছাত্রনি, মখোয়গী তুকান্ন গম্ভীরগী অহুমদং চৎলগা মমায় নোংচুপ ওন্না লৈ। থোঙ্‌ মীছুং-থোঙ লোইনা যক্তোক্‌খ্রে। লম্‌য়ায়দা থুনাম-নাওৈ, পোৎ চৈ অকায় অতোই ঙাক্তা তারি। ইমুং কাওবা হাইফেৎ চঙ্‌তুনা য়েংলম্লগা অমুক্‌ থোরক্লে। মপুক্লিংদা, হুংশিবা অমদি মুঙাইতবা অনীমক্‌ ইয়ান্‌ য়াম্নরি। থোঙ্‌জিন্‌ হেক্‌ কাম্হোক্‌ফম্‌ মরুমদা, চে মচেৎ অমদি থুনাম্‌ নাওৈ মরক্তা ইলং লংবা অমুবা মতুম্‌ তাবা পোৎ অমা তাহুনা লৈবা উই। লৌখত্তুনা য়েংবদা শিন্দুর অমদি যাচঙল্‌ তৈবস্তু উই। লৱাই লেম্ফুগা পুক্না ইহো-হোই। ইরেন্‌ ফুরিংখাওদা হাপচিল্লগা থোরক্লে।

অৱাংলোম্‌দা য়েংবদা তেক্লবা তুকান্‌ থরতু উই। জীঙ্খরি অমত্তা য়াওদে। খরনা চাকখ্রবা উতুপ ৱাতুপ তাহুনা লৈবা উই। মমাঙলোমদনা হৌজিক্‌ কাওবা মৈথু থরা কারিবতু উই।

গম্ভীরনা অমুক্‌ মহাক্নী তুকান্দা হল্লক্‌পা মতমদা গোরা অমনা থোঙ হাংদোকপা লাক্লরিবা মুনানবু মখুং পায়তুনা ফারগা পুথোরকপা উই। গম্ভীরনা পরপ পরপ চঙশিল্লগা—

’ৱাট’স দি মেটর — হংলকই।

হী ইজ এ থিফ — গোরা অহুনা থুম্লকই।

নো, হী ইজ চৌকিদার লুকিং আফটর দিজ টু বীল্ডীংস

'সী, হি স্টীলস দিজ থিংস'—মুনান্না পুরকপা লময়ায়দা তারিবা পাংচৈ অকায়বা মতেক্ তেক্লবশিংহুদা খিল্লগা হায়রকই।

'ব্রোকন্ গ্লাস' গ্লান্ট'সদি হারম্ টু কলেক্ট দেম্।'

'হ্বাট আর' য়ু?'

'মিলিটরী কন্ট্রেক্টর'— হায়রল্লগা ফুরিংখাওদগী মহাক্কী আই দেনটি-় কার্ড পুথোক্লুনা পাহল্লি। রোড মোহোরর অমদি ওভর্সিয়ার প্রামোসন্ ফংবগী চেচাংপুম্বসু উংলি।

'য়েংবা হেক্ লোইবগা কেপ্টেন্দুনা—'আই সি'—সোন্‌বোই াক্পোই হায়রকই। মথা-খংতা তারকই—

'ডিজ বিল্ডিংস আর রিডিন বোক্স এরিয়া 'য়ু আর টু ভেকেট ন্ ওর প্রোভ্যুস এ পার্মিট।

'গীভ মি এ রিক্স টাইম।'

' 'হ্বাই সো-মচ্?'

'আই সেল গেট রান্ থ্রু মাই মেজর-জেনেরেল।' কেপ্টেনহু ংগ্রে, মুনান্‌সু থনম্লে। গম্ভীরনা মুনানদা—

'তাদদা শো য়াওরিব্রা?'

'য়াওজরি সাহেব'— হায়রগা মাগী ফুরিং খাওদগী লোথোক্লগা া চবুন তমা পীখি। মথা তারকই—

'সুরেন্তি তারাবৈগা গাড়ী অমমম্ পুন্থনা অহানবা বোম্‌তাবগী াহিংদা ডিমাপুর চংখিবনি, হল্লক্ত্রি। পাজিসু বাবা মহাবীর থিন্‌বা ংখ্রি, লাক্ত্রি।'

এঃ 'ইমাথোয় হ্বারম্বনি, কদাইদা লৈ?'

'ঐখোয়দা সাহেব। ফি য়োল্লি।

গম্ভীর, তফিং-তফিংলম্বদু খজিক হম্মৈ। থোঙ্ হাংদোক্লগা মনু চংখ্রে। ড্রাইভরগা মুনানগা মখোয় অহুন্ চঙ্ হুনা মাগী পোংচৈ মথক্ থংবা মথোন্দা থাঙ্গৎমিন্নরি। দুকান্ মনুংদা লৈরিবা রং কৌটা লাই য়েক্লবা রং থানবা ক্রুস, য়োংপী, কপচা হোরাই, পাইজ, হাংলৈ খুদোং, ফি তক্লবা ইস্ত্রি, জীশু, উপাক্ মপৈ মপৈ মচুতসু নত্তন পোংচৈ কয়া অমসু পৈশিন্ পৈশিন্দুনা থম্লিবদু উবদা—

'কনাগীনো ময়ামসিদি?'

'সুরেসকীনি সাহেব।'

মখা তারক্তে, হোঞ্জিন্দুনা থম্লম্বা ওইরমগনি খন্বদা সুরেসপু মপূক্লিংদা লিন্দা তৌরি।

মহৌশাদি মুনান্না গম্ভীরদা 'ইবুঙো' কৌই। ওসিদগী—'সাহেব'-তায়না কৌজরি. কিনা লুনা খঙ্গরি। লাংথবাল জেলগী 'কোর্টমার্সেল' গী খল্লুবা খুদিং, মুনান্ কিবনা মতু হেক্-হেক্ চুংলি।

মফম্সিদা দগ্তি ফংলবা মীওইশিংদু মখাং কাওবা লৈবাক্তা থুম জিল্লি, কনাগুম্বনা লৈখোমদা কৈগল কাওবা কুমথ হল্লগা হঙ্গৎ হন্দ চংহল্লি। চংলু য়াদ্রগা লীচৈনা কুই। কনাগুম্বনা মকোক্তা অরুম্ব পোংলুম্ পুহল্লগা নুংশা মরক্তা নত্রগা নোং মরক্তা কোইচেল চেল হল্লি। লীচৈনা ফুবগী কপা লাওনবগী খোঞ্জেল তাবা হৈওম্নদরি মুনানগী মমাম্বা হুবানবা খরসু জেলসিদা থম্খিবদগী হৌজিক কাওর থাদোরক্রি।

---

## ১১

"ঐখোয় পোৎসি, সুকশিং শিত্তে কমদৌনি, ইমা ?

"ফিরোলসিদি চাবা য়াবা নত্তেদো। হয়াং-চেংরাইতনি শিংলিসি, ইবেম্মা।"

"অহুদি কম্‌দোদৌরিবা ?"

"শিংলকখিনি, খরা লৈরগা।"

"হৌজিকপু হায়বনে, ইমা। তাতোনসু লাক্তে, হুমিত্তি লৈখরক্লে।"

"লাকঅনি, লাকঅনি। ঈশিং গ্লাস অমত্তা পুরকউ, নঙ্‌সু অমা চেক থক্‌চিল্লু। কুইররোই, ঙহাক্তুং খাঙ্‌খো।"

মনানা ফুকান্দা ফিরোল য়োল্লি। তোম্বীনা রুমাল অমা লোম্না-লেম্না, ঙহাক লেপ্লগা মমাগা য়ারী শারি। ইমুংদা চঙ্‌খ্রে, পংকুই কইদে, ঈশিং গ্লাস অমা পায়রগা থোরকই অহুগা মমাদা শীরে। মমাসু ঈশিং গ্লাসতুমা থক্‌চিল্লগা—"ভস", তুরাল্লুবা নত্তেদনহৈ।

গ্লাসতু পায়রগা তোম্বী ইমুংদা চঙ্‌খে। মমানা মথুবাক অনীনা মখাজাই নাম্মা নাম্মা পায়শিল্লগা হুংগুক্‌ হুংজাননা ফম্লি। শোরোক্‌-লেমদা তরংদা য়েংলি। গাড়ী অমা লাকখিবগী মখোল তাখি। ঙহাক লৈরগা তোম্বী মমাগী ফুকান্‌ তম্না সিফাই অমা চঙ্‌শিল্লকই। হরাওজুমসু তৌই, কিগুমসু তৌই। "করি পামগে" হংনসু হৈত্রা, তিঙক তিঙক্‌ য়েংহুনা লৈ। হৌগংলগা ফিরোল থম্লিবা ময়ান অহু অমা অমুক অমা অমুক পংউত্তা উংলি— মমাগী মংগৌতুদা খাঙবা উন্নক্লবোই মিংলু অনীদগী পিনা মথন্নতা চেন্থরকই, হীক হীক, হীক হীক লাউরকই। টুপি হেক লৌথোক্লগা নিফাইহুনা খুরুম্মগা—

"ইমা ঐ গম্ভীরনি, চাক-চানরব্রা ?"

"য়াইমারনে?" মমাস্থু মপি তৈথোক্লি।

"মানিনে ইমা, ঐ গম্ভীরনি, গুনসিংগা তোম্বীগদি?

মমাস্থু মমিত্তা ঈরা নৌনা হৌরকই। ইমুংলোমদা ওন্‌শিল্লগা—

"তোম্বী নওগী তয়ায় লাকএহে, মৈ পুথোরকউ।"

গম্ভীর ওহাক লেপ্তুনা লৈ। চরু খুদাপ অমগা মৈখেংকা, পায়দুনা চেম্থোরকপা তোম্বীনা—

"তায়ায় হৌজিক লাকপ্রা?"

"উম্"

"ভাইখো, শুক্ লৌথোক্লুখিগে"—ইমুংদা অমুক খুনা চেনশিনখি কুইদে শুক অমা পায়রল্লিবা অদু কৈনা থম্মী। চরুদা মৈস্থু থারি। গম্ভীরনা শুক্কা মৈগা হেক কাম্থোকপগা মমানা—

"য়ারে, য়ারে, ইমুং চঙ্‌ঙু।"

তোম্বীনা মাও থারগা চঙ্খ্রে। গম্ভীরনা—

"চাক্ লৈত্রব্রা তোম্বী, ড্রাইভর অমস্থু য়াওরক্লি।

"পলেলদগী হৌজিক্তা থুংলরিবা?"

"নত্তেদা, ললাম্থুং মখোঙ্ য়োকুরে, কৈথেলদস্থু কুইনা লৈরুরে। ৱারী কোয়া শাসি চাক্ অমুক্তা খিদোরক্ খোনে, লৈরদি মী অনীগী।

তুংদা ইল্লকপী মমাদা তোম্বীনা তিঙক্ ঙিঙক্ য়েংদুনা লৈ। মমানা— "ননাগুনা চেং পুরক্লি, থোংদ্রি, অদুগীনি, য়াইমা" হায়রম্লগা মমা অমুক্ মপান্ থোকখে।

"কয়াম কুইরে চৎখিবা, তোম্বী?"

"অয়ুক্তগীনি লাকপা য়ারে।"

"করিনো স্বাইদা অস্থুক্ য়াম্না য়োক্লিসিবো।" একাগাড়ী ভাব উবদুদা, "একাগাড়ীস্থু পুদবা?"

"পুখিদে। সিফাইনা মুল্লগা হেক্তা তোংখি ছায়।"

"অয়ুক ওস্তা চা-কপ্ অমগা তল-মপাক অমগা চারকপনি। খাংমন্দস্থু চঙ্লুই, বিস্কুইট খরগা, চা-কপ্ অমগা, চারকই থক্রকই। অয়ুক্ পুং ৭ তা ঐখোয় চাক চাই। পুং অমা মখায় তাদৌরে, হৌজিক্তি।"

"ইরোইশেম্বদা চংখিবনি অতুননি?"

"করিগী অতুক লাপ্পা?"

"য়েরুমগা শিন্নবা চংখিবা, সিফাইগীদা।"

"হা! শুনসিংনা"- হাইরম্লগা ওইগী খুবাক মরায়বক পায়শিল্লগা চনগী ফমুংতুদা ফমথৈ। খোঙ্গাওগী বেক পোকেটকী কুদাম্ লৌ-থাক্রগা মনী বেগ লৌথোরকই অতুগা মচন হুপীদা পী। তোম্বীস্থু প লৌরগা হাংদেক্তুনা য়েংভি। মমাগী ফোটো থেংলি। কুইনা রুংলমদে নোট ময়ামতুদগী তরা চংপীতু মণ্ডাগা, অমা চংপী খরগা লৌথোক্লে অতুগা বেগ তু মরুক্তা য়েপশিনখ্রে।

পাজিগা স্থুরেসকস্থু হল্লক্ত্রিবরা?

করম্না খঙলিবা?

তা মুনন্দে।

"নখোয়বু চাক্ থেংনা-থেংনা চাত্রা?"

"তাতোম্না লাক্পা ওল্লগা ওল্লি, থেংলগা থেংভি।"

"ইস"— হায়রম্লগা মমিক্তা ঈরা হৌরকই। ওই থংবা মখুবাক্না মরাইবক পায়শিল্লি। মকোক্না য়েংলোম ওইরোমদা হাইতুনা মখুবাক ময়ায়দা স্থুরু-স্থুরু নৈরি। মখা তারকই—

চেংগীনিনে?"

"হরাইস্থু, সামোরস্থু। তল্গা ইঙ্গাংগস্থু পুরকই, করিগুম্বদা মতোমতা চাই। অতুগী থেঙ্বা ওইরম্লি।"

তোম্বী কমুংগী কুমথরকই। ইল্লিবা কি মতেক্তু শেমজিন্নি মচু উরদা গম্ভীরনা—

"ইমাদা পীরুগেরা ?"

"উম্। হান্নে শিংদোক্তুদি পীরক্লোই। খঙনরম্মি"

"থুনা চৎলা ইকাইদ্রা ?"

হৌজিকপো ! পোৎ কোকথোঙ্-কোকথোঙ্ পুদুনা চৎলিবনি। ঙা চাসি তায়ায়, লৈরক্কে"

মচন্না ঙাংথোরক্লিবা খুদিংগী মিৎলদা হৌরিবা ঈরাহু হেঙ্গংলক্লি। মচন-মুপীনা হরাও হরাও খুংলৈ থুনা চংখিবহু য়েংজরি। শোরোক হেক য়োবগা চেনবোই-লাকপোই নোংচুপ পাংনা চংখিবহুসু হায়েং উহৌই। মখা তানা খন্থরকই —

"চাক থানবা য়াদবা তোম্বী গুণসিং চয়াম্ চদংননা খাঙলেহোই, ইসঃ— ইমাসু ময়াং কংশিন্না উই,— — ঙা চাদ্রবা, অহাও অথুম চাদ্রবা, চফম পায়না পায়না খাঙনরবা ?— ইশঃ—" মকোক্ হাইরি, মখা অমুক্ খন্থরকই — "চেং য়ান্নীংঙাই লৈত্রবা, নিবা চংলবা, য়েরুমগা শিন্নরবা"— ঙাইহাক অমুক লকক্ তৌয়ি। মখা অমুক খন্থরকই

"মিলিটরী লঙ্গরদগী ভল নিদুনা চারবকো, গুণসিংনা"— অমুকসু ঙাইহাক লকক্ তৌরি অদুগা — "এনা খল্লম্মী, সুরেস লৈহৌরি। পাজিগা সুরেসকনা অয়াং অপা মেল্লমগনি। ইসঃ— — গুম্হোক্লা য়ানা খাঙলমলেদকো, গুম্হোক্লা য়ানা লেল্লনলেদকো।"

করি খল্লুরবনো কমুংদগী খংহৌ হৌগৎলকই। খোঙ্কাপ্ মও তরুক থাংদুনা ঙাহৌ ঙাহৌ ঙাইহাক চৎলবা মতুংদা খোংমন্দা লৈহৌব পাবুং শেলুংবগী অরং অয়াক, চা বিস্কুইট, উনিংথৌগী লংত্রিক লংত্রিক লংবা উপু কাংথোল, ইশু তানা শুরবা ফিরোল উরকই। খংলেপ লেপ্লগা সংসারসিবু মমিৎ লাওনা পাংথোক্লুনা য়েংলকই। থম্মোয়নুংদ শোল্লকই—

"শেল ! কয়াদা কনগ্রবা নঙগী শক্তি। মী অমগা মী অমগা কয়াদা থিনা খেন্নহনগ্রবা ? খরনা গাড়ী মথক্তা রুম্নগা মুংঙাইনা তাল্লি। খরনা নোংজু-হুংশা মরক্তা, তিনুফা কাকফৈ মরক্তা, থরো থরো ওন্না ংল্লি। নঙনা মায় ওন্শিনবা, ওনেশিনবীদবনা মী অমগা অমগা সমুদ্রগা লাংখোংগু খেন্নহল্লি। শেল ! থরাই খুবাক্ত হাপ্নুনা নঙবু তাঞ্জগেকো। ংপোকপী, ইমাবু অমুক্তা সেবা তৌজগে, নঙ্না ইতেং পাংবীয়ুকো, শেল্ !

মতমসিদা তোম্বী সোলা থাও মচা অমা য়ান্, শিং অকংবা মপুন্ মচা খরা শেগাদা য়েপ্ চংলকই। তোম্বীনা— "রুনাগী ফোটোনো অসিদি, তয়ায় ?"

"ওজা দাসকী মচাশিংনি। অতোনবা পীরম্নব্রা, কয়া তারম্মী ?"

"কুন্ত্রামরী মথায়, পৈশা মরী। ঐ চাক্ খোঙ্গংলগে, ইমানা ভা নৈরক্লনি।"

"ইরুজরব্রা ?"

"অয়ুক ঙন্না লুজরে।"

"গুণসিং লাক্লিভৈ লোইনবা খোঙ্। মহাক হেক লাকপগা, চামিন্নদৌরিবনি।"

"উম।"--- মনী লেগাহু মাগী তয়ায়দ পীখি। লৌশিল্লগা—

"ড্রাইভর চাক্ লান্নম্মনি, করি করি খরা পীজরুখিগে।"

হুংথিল পুং অনী মথায়রোম্ তারক্লে। গুণসিংগা মচীন মনাও চাক্ চামিন্নরি। মচল্ হুপীনা অরাং অপা য়েংলি। মচল্ হুপীনা—

"য়োংচাক মৈন্দ্রেনি, ঙাল্লগা লোনবনি, থুনবা।"

"ঐদি হাউহুম হাউই। কুইরে, নঙ্না লোন্বা চাদবা"— গম্ভীরনা চথোম্ অমা হুকচিল্লগা হায়রকই,— মথা তারকই—

"ইমাগা পাজিগা, কোংবদা তুকান্ ফম্ হন্নি। মতুদা নঙ্না হৌজিক্ তৌরিসি য়ারোই।"

"পোৎ পুবা য়াওদ্রেবদি, হুন্দোক্লমদ্রনে তায়ায়?"

"ঐখোয় মুপা অহুম্ লৈরিসে অতুগীনি। ঐগা খংনা-চান্নবা য়াম্না লৈ। উখ্রদি, ইশ— লোইরে, তোম্বী।"

"তুকান্ ফম্লনি হায়বতুদা হরাওরবা গুন্সিংনা—

"লুপা লিশিং মরী মঙা লৈত্রদি য়ারোই তায়ায়।"

"লুপা লিশিং কুন কুন্থ্রা ফাওবা নৌমন্নি। হৌদোকপগীদি ময়ানি।"

"সিদা ফম্বদি কৈদৌই তায়ায় তোম্বীনা হংলকই।

"হৈ। কোংবনা মপুংনি, অতৈদি কোংবদৈ লৌরগা ওন্বনি"— গুনসিংনা পাংশিল্লকই।

"হন্দক মঙাই, মৈতৈ মচানা মনিপুর কারবারগী চুক্নী পায়দৌবা। হৈজা শিংজরগা তুং কোইবম্নু ময়ায়।"

"তায়ায়গী শেলতুতনা ওক্কদ্রা?"— তোম্বী। হংলকই।

"মঙ্লাক্লররোই মীকপ থোক্লবনি তোম্বী। তাইবংদা খোঙ্দাহুন পুন্না শেল তাল্লদৌনি ঐখোয়।"

"তুকান্বু লৈরব্রনে তায়ায়"— গুণসিংনা হংলকই।

"লৈরে, অমা ঙাংনরম্মে। হয়েংসি মুমিৎ ফৈ হোংলসি, ইমা লাকখিসন্নু।"

"শেল তান্সি তয়ায়, য়ুমম্নু শাসি"— গুণসিংনা হায়রকই।

"উম। ইমাগা পাজিগা তুকান ফমহন্নি, য়ুম শানি চেক্কী, লৌ লৈনি। নঙ্না লাইরিক পাবা, খ্বাইরম্বন্দা তুকান শংবা তা মুনানগা।"

"তামচানা হোক্তিল্লম্বা ময়ামতু শঙ্নব্রা তায়ায়" গুণসিংনা হংলকই

"ঐরগী থম্মী। উপাক্লা কা অমগা খাখিনি, মথক্তা।"

"উপাক্ কোন্য়ায়, জীঙ্খ, য়োংপী, রং-কৌটা, শত্নু য়ামুখ্রে য়ামখে, হোঙ্গিল্লম্বা, য়ুম শাবা য়ারনি"— গুনসিংনা পাশিল্লকই।

"লাম্লক্তা য়ুম শাবা? য়াদে, য়াদে"— মুনানখোয়দা ইরুজরুবী মমানা হায়রকই। মহাক্লা পুরকপা ঈশিং বালটিন্দু চাখুমমাংদা হেক থম্মী।

"হয়েংসি কয়ানি পানবনো ইমা ক্তব্রা কত্তব্রা?"

"মীনি পাল্লি, কৈ করিগীনো?"

"কোংখদা হোংলদোবা তুকান্ ফম্লদোবা হয়েংমক্"— গুনসিংনা অচৌবা ময়া লোইনা, উত্তুনা, নোক্লা নোক্লা মমাদা হাররকই।

"অচুম্বনে য়ায়না, কদাইদগী পোং। হবাই চেংবাইতনি, হৌজিক কম্না শিংখলিদি।"

"নৈ ইমা ঐনা শীল্লম্নি।"

"নঙনা শীন্নি হায়রদি য়াই ফম্লসি। হন্দক্তি নঙ চংখ্নু, নংগী পাজিস্নু লৈতে, সুরেসস্নু লৈতে গুনসিংনা অঙাংনি।"

"মাম য়াইমস্নু উনরম্মে, কৈথেলদা লৈরম্মী। মখোয়গী অঙাং অননা মতেং পাংনি ইমাগী।"

"নঙ চংখিনু, য়াইমা। হিংলে পুল্লপ, শিরে পুলপ, ইমা ইচা পূন্না শিমিন্নবা।"

"মত্নু য়াদেনে ইমা, কৈথেনসে জাপানস্নু খঙ্ডি বোম্ থাদরোই। ঐনা লৈরিসে চীংলক্তনি সুকথা থাদররোইদবা।"

"শক্ উনখিরোই কৈ"— হায়রম্লগা য়াম্না থিনা মোৎলবা পাক্লা-পাক্লা ফোংলবা, শুবস্নু শুবীদ্রবা মুগা ফনেক্তু শেংচিল্লি।

"কয়াম কুইনা মিহুল চেঙ্গুম্ চেঙ্গাননা লৈয়ু হায়রিনো? চংকে হায়রস্নু মখোয় লাক্লগা চংলু।"

"লৌ লৈনি, চেক্কী য়ুম শানি, তুকান্ ফম্নি, কদাইদৈ পৈশানো. তায়ায়না তান্দ্রদি"— গুনসিংনা পাংশিল্লকই।

"নঙ অঙাংগী রা নত্তে, তুমিন্ লৈখো।"

"অঙাং নত্তেনে ইমা, ইমান্নবা ইন্টরপ্রিটর ওইখ্রে, শেল্ তান্নখ্রে; ইমানা য়াদ্রি নত্রা?"

"ঙাইখো গুনসিং। সিনি ইমা, মশেমসে শেল য়েন্‌বা নুমিং থোক্‌ই। ঐনা লৌথরগা য়েন্দৌরিনি। মী চাতরেং চানিপাল গুরিদো লোইনা চরা হেন্দৌরিনি, ঐ চত্রদি।"

পুখম্ অকায়বা তেঙ্কোং অকায়বহু মমাগী শরুক্ হেক-হেক ওইরি, মহুদা তোম্বীনা মমাগী চাক্ থিদোক্লি, ইঙ্গাং হাপ্লি। মহু উবদা গম্ভীরনা—

"ইমাগী মুঁগা ফনেকসে, তোম্বী, ওসিমক্ শুদোকউ, ঐনা লাৎলনি, পুগুনি। হয়েংমক্ মুঁগা ফনেক অনী লৈয়ু নঙগী অমগ শেল্ পীনি।"

"শেলবু লৈরদি করিগী হাথু-হাথু লৈদৌরিবা, অহোং-অচাং য়েংখিনি।"

"অহোং অচাংগীসু শেল পীনি। পুখম তেঙ্কোংসু লাক্লুনা থম্মে. ওসিমক তামুনানখেয়দগী লৈনি। থ মরিসিদি। অমনা, চীজময়েক্কী ফনেক অনী লাংশিল্লয়ু মথং লাকপদা নখেয়না শেংপা য়েংদৌরিনি।"

মতম কুইনগী মতুংদা ওসিতং ইমুং অসিগী মীওইশিংগী কংলুরব য়ারি, চীন্‌বান্ খজিক্ চোংচরকপগুম তৌরি। অহোং অচাংগী রারী শীংবুয়রি। অশাগী অনৌবা মঙাল অমা ফঙরকপগুমসু তৌরি।

মথংগী অয়ুক ওন্তানি, গম্ভীরনা পুরকপা মিলিটরীগী ট্রকমকক্ মোংমৈবুংদা সিঃ আরঃ ইঃ গীদা থম্লি। মুংদাংহুদা ফিরোল অমদি

অতৈ পোংচৈ থরা কোংবদা হোল্লম্মী। খ্বাইরম্বন্দগী তুকান্দগী জীপ্প, উপাক, য়েংপী অতৈ পোংচৈ শনগাড়ী অহুম নেক্তুনা কোংবদা চিং-থহল্লি। কোংবগী কা অহুমগী তুকান্দু শোরোক ময়া ফাওবা, কা অমগা, মনীংদা পাত্থবী ফাওবা কা অমগা তপথোক্লি। পাত্থবীরোম-গীতুদি কাংথক হারি। মথোয়গী মাম য়াইমনা উ-শুবা পুরক্তুনা থবক শুহল্লি। খ্বাইরম্বন্দগী তুকান্দনা মুনান্না উশুবা অনী পুরক্তুনা মথক্কী কা অমদা, ইঙ্কিউপাক্ অথাবনা থাজিলহল্লি। শুনসিংনা একা-গাড়ী অনা তোংশিল্লগা হঙ্গৎ হন্দা, হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা অমগীস্তু অমগীস্তু মরেং পাংশিল্লি।

খ্বাইরম্বন্দগী তুকান্দা মুনানগা উশুবা অনীগা মথক্তা থবক শুরি। মথাদা লোম্বীনা ময়ামগী চানবা চাক্ থোংি। গম্ভীরনা ঙা কৌটা অমা ককখাইরগা হাংদোকই অতুগা তেরোং অমদা হৈদোক্লি।

"তায়ায়, এদি চানীংদে, শন্ থোংবনি হায়রৈ।"

"য়েংঙু, য়েংঙু, ঙারা শন্লা? হেক উৎলি।"

"তায়ায়, এদি শিদা লৈবা কি বোম্ তাবা মতম ওইরক্লে।

"মী লৈনদ্রে খঙ্ডি থাদরক্লোই।"

মথংগী স্নুমিংনি। অয়ুক্কী পুং ৮-লোম তারকপা মতমনি। হরা অমা তুকান মনাড়দা থারৈ। মতুদগী মণি কুমথরকই, মাঙ্গোলদা কাথংলকই। গম্ভীরনা থোরকপদা থেংনরতুনা, ফরেদা বাবু উননীংতুনা লৈরম্মীনি। তুকানন্ অনীসে বোক্সা ওরিয়ানি, লৈবা য়াদে, থাদো-কউসিনি। নত্রগা পার্মিসন লৌ, উংলু সিনি।

"খন্নাম লৈরক্তা চেল্লি হায়দাইনে, মহুদা লৈবীরোদনা।"

"পোং য়াম্না থম্মীদা, পুথকম্ থক্ষম্ লৈপোং নাত্তে। ঙসি অমুক কোংবদা হোংলে" — হায়রম্লগা ইমুং চওখি, চৌকী অনীথক্ পায়তুনা পুথোরকই। মণিনা অমা লৌরে, থারগা অমুমম্ যমিন্নরি।"

"ঠিকাদার ফাবনি সাহেব, ঐনা লাক্চরিসি ইংরেজি নত্রগা হিন্দী, খরবু ওাংবা ওয়দি য়ারে"— মণিনা হায়রকই। মখা তারকই-- "পোত্তপ্পি। ওসিসি নুমিদাং রাইরম্ আলু মন্ ৭, বাঁধা কবী, ফুল কবী মন্ ৫/৫, লেডীজ ফিঙ্গর (ভেলণ্ড্রি) মন্ ৩, খামেন্, লাই পাত্রা (হঙ্গাম) ফাওবা মন্ ৩/৩ তমদবা য়াদবা।"

"ভেরী-গুড। হায়েংদগী কয়া কয়া"— রাংজিংগী ইঙ্গাং নাপী তম্বা ঠিকাদারছু নীংশিংলকই।

"মন্ তরা তরা।"

"ভেরী গুড। শুকশোয় শোয়হল্লোই।"

"গুনসিংবু তমহল্লগে। গাড়ী থাবীরকউ ঐগী মকক্ অমগা ডিমাপুর, থৌবাল, লমাংদাং থাদৌরিনি, ঐনা ময়াংলাংজিং চৎকনি।"

"পোত্তপ হান্না লোইজখিগে। চীংমৈরোংদা থবক শুবা মীওই ৫০, লীলাশিং খোংনাংখোংদা ১০০, হৈনৌ খোংনেম্বী, ময়াইকোইবী. নিংথেমচা কারেংদা চামা-চামা।"

"কৈদৌনবনো বাবু?"

চীংমৈরোংগীস চানা থক্ববা স্টোরগী পোংচে গাড়ীদগী লৌথদ গুদামদা হোপ্তিল্লগা লোখৎনহনা থম্বা। অতৈসিনা কৈরক পাক্থোক হনবা, য়ুম্কৈ শেম্বা, শেংবা, মন্নুংদা শুস্নু হাইবা, কোম্ তৌবা মিলিটরী ময়াম লৈনি, ওকিপ চল্লাইনি হায়রি।

"তা মুনান্দা নিয়গে। চীং কক্পগী থবক্লাদি?"

"মহুনা ঐখোয়গীনি। হৈঙাং, মন্ত্রিখোংনাং, খামরম চীং কক্কা লম্বী শেম্মি কয়লাস থানি য়ুম শানি।"

"মহুমা মী লৈরে। অতৈদি?"

"হাইরেজ পাকথোকহন্নি, কয়লাস থানি।"

"ডিমাপুর, পলেল্, টিড্ডিম্ রোড সিনিনে?"

"মাণি সাহেব। অমুক্তা লেঙমিন্নরুসে থিমিন্নরুসে।"

"ঐ চখোকপা য়াত্রি বাবু। চীং ককপা অছুমদো মী লৈরে। ঐনা পীরনি, অতৈত্থু থিবীরুখো। নুমিদাং ব্রাইরম্ নোংমৈবুংদা উনসি। হেড কার্টরদা।"

"কনা কনানোনে সাহেব? নোংমৈবুংদা মী চনী অমসু নুঙু লৈঙোই পেরুবা, হোন্নবা নুপীসু য়াওজনসু।"

"পাবুং শেলুংবা, খুরা চাওবখোয় ঠিকাদার মরীগীনি। তুকান অনীগী পার্মিসনসি হয়েং পীবীয়ূ বাবু। গাড়ী মরীতুনা থাবিরকও থুনা।"

য়ারে। থাজরক্কে।

নুমিৎ য়ুংবা মতুং পূং অমরোম্ তারক্রে, মণিবাবুনা গাড়ী থার-রতুনা মাওদা নরজিং. ব্রাংজিংদনা মখোয়গী মাময়ায়মনা চিঠি অমগা লোয়ননা থাখ্রে, লমাংদোংদনা নরজিংকী ময়াম্বা থাখ্রে। চংখ্রিবা মীওই খুদিংমক্তা থাজবা য়াবা এজেনট অমমম্ খল্লম্নবা, পোৎ লৌবনা খুদক্তা শেলগা খুৎশিন্ননবা শিন্নখি। গাড়ী হেক্ য়ৌখিবগা পুখ্রায়মুক্কী মন্নুংদা পোৎ হাপকৎলগা থাররুবসু হায়খি।

অমুক লোংখৎপা চাক্না গুনসিংগা মচীন্ মনাও চামিন্নরি। চাবা হেক লোইবগা গম্ভীরদি, ময়াং-লাংজিং য়ৌখিদৌরি। মহাক্কী থরাই য়াওজবতা নত্তনা লাই-য়েক্পসু হে চাক চানা চানা ময়াম্বনা— "নংগী সাইন বোউসি ওসি লোইবা ওম্লিনা নুমিদাং ব্রাইরম্ ফাওবদা?"

"কোটিং অমুক্তংগা হল্লদি ফজনি, কনবসু হেল্লি।"

"কন্বা ফজবা পামদে, এমঃ পিঃ ওহাক লৈতনা লাকপদা উনবনি। অমনা, ঐ লৈরিঙৈদা লোইশিন্‌গদবা।"

"তায়ায়গী মিং থারনি অতৈদি করি করি?"

"মিলিটরী কণ্ট্রেক্টর এণ্ড সপ্লাইয়ার, সেভেন সদরবাজার, ইম্ফাল। ঐ ইরগা পীরমগে। ইমা মতোমতা কম্‌দৌরম্মি।

"য়ানি, মমাঙগী কাহ্নু ঙসি লোইনি, পাখ্রবীরোমগীহ্নুনা হয়েং।" থবক্লা য়াদবননি, ঙন্না ঙন্নবা হোৎনবা তাবনি— চাখাম্ অমা হুক্লি অহুগা অমুক্— কন্না পাউ, হোৎনৌ, গুনসিং ঘড়ী অমা লৈবীরনি— গুনসিং মোমোন নোক্ই খুমদি খুন্নক্কে। মহ্নু উবদা তোঙ্বীনা— খুদোপকা, মরী মতৎ অমগদি তায়ায়?— য়াদ্রি। নঙ্গা ইমাগগীদি য়ারে। স্নাগা, অশামন্‌গা পীরম্মি। চাইরি ময়ামসে খোম্‌জিন্ পাশিন-খিসি। মরীমতৎ অমমম্ নাখুন নম্বী অমমম।

সুরেস পুং ২ বোম্ তারকপগী অহুরাইদা থুংলৈ— হেক্ হল্লকপগ মনীং-দা য়েংলুই। থুৎফম্ কায়রম্‌দে। নুমিদাং থুনা ওইহন্নীংলি। মাগী গাড়ী-গা মিলিটরীগী থ্রি টন্নর গাড়ী অমগদা য়োন্নবা চেং-চাক্, হরাই-চেংরাই, চা, চিনী, থুম্, থাও পুরকই। মহাক্লা থেংনা লাক্‌পগী মরম্ গম্ভীরদা মরীক্ চুম্না হম্‌খি। অপোক্‌পা মপা গোকুলনা, মপান্দা তম্বা কলেজ ছাত্র ৩/৪ গা লোয়ননা, তোংজৈ মরীল লোম্‌দা চৎখীবগী তারকপা পাউ অহুম্ন তম্মী। চহুগে হায়বা য়ামল্লক্কবদগী গাড়ীগা লোয়ন ডিমাপুরদা ফাইহুনা লৈবা ড্রাইভর মখেনা পুন্না চহুহুনা, লাল্ মনুং মৈতৈ লৈবাক্তা চাক্ তাংবা, চানিংঙাই থক্‌নিংঙাই ফংদবদগী মী কয় কয়া শিনবগী রাফম্ ময়ুম্ থাদোক্লুনা মপান্দা লৈবদা, মখোয়ন থেংনরিবা খুদোংথিব কয়া কয়া, পন্দুনা ডিমাপুরদা লৈরিবা মিলিটরীগ ঙাংনখি। ইম্ফালদগী পাউ লৌরবা মতুংদা মখোয়দা চঙবা য়াবগ অয়াবা পীবতা নত্তুনা অয়ুক্কী নুমিদাংগী দরকার লৈবা অমদি চেং-চাক ফাওবা, পুশিন্‌বা য়াহন্‌খি। ইম্ফালদা চহুলকপা মিলিটরী গাড়ী কয়াদম্নু, মাল খর খর হাপ্‌হল্লকখি।

মচীন-মখা ঙাংবা ফবা সুরেসনা মহুগী খুদোংচাবা লৌহুনা, শেং খরা তিংথোক্লগা থ্রি টন্নর অমদা পীক্ থন্না মাল পুরকখি।

মমা অমদি মচন মুপী তোম্বীগী ঘীনিগী খুজি-নাচি, লীক-কোল, ফি অমদি মচীন-মনাও অহুমগী, ফিরোল ঘড়ী লৈরকপশিংহু পুথোক্লুনা য়েন্নখি। মাগা গম্ভীরগগী ম্নাগী ঘড়ীনি কীপশেক ওাক্লি, লুপা ৪৫্ দা লৈরকপনি। গুনসিংগীনা অঙাংনি হায়হুনা সেকেণ্ডস ঘড়ী অমা লুপা ১৮্ পীহুনা লৈরকখি। ঘড়ী অহুম্মক চাণ্ডবসু মান্নৈ, হায়ফেংসু মান্নৈ, য়েংবদা ফজৈ, টেন হাফ সাইজ ওাক্লি। অরংবা নিকেলগী ঘড়ীনি, অঙৌবা অরংবা ইনামেলগী ঘড়ীগী "৬" থাবা মফমদা পীক্লবা সেকেণ্ড কাট্টানা তগুপ-তগুপ কোয়না তরেং তরেং চৎপা অহু গুনসিংনা মথরাইনা তানা য়েংজখি। পুক্লিংদা ওম্খৈ লৈতনা হরাওজখি।

ঠিকা তৌবগী মতাং ওাংনরকপদা সুরেস ঠিকা তৌ হায়বা য়ারে। শেন্গী মতাং ওাংনরকপদা, মানা পুশিল্লকপা লোন্ পোৎচৈ য়োন্নবনি, মমল হঙ্গিল্লকউ হায়রি। মথং মথংসুম ওাংনরকপদ গম্ভীরনা— "নঙ্না পুরক্লিবা মালসি লিশিং ২/৩ তগীনি। নোংমগী মী ৮৫০ গী খুৎশুমন প্পা ৮৫০্ নি চয়োলদা লিশিং ৬,০০০ ফুরিৎ ফিরোল ঘড়ী, নঙ্গীসু য়াওনা পুল্লপকী মমল লিশিং ৪ পীনি।"

"অহু ওইরদি য়ারনি"— সুরেসনা খুম্মী।

"নখোয় মী কয়া লাকমিন্নৈ?"

"মরী"— সুরেসনা খুম্মী।

"শেন্দোং ফজনা হাপ্পীনি, অহুমহু থিরুচো।"

"অনীদি য়ারক্লোই, অমদি য়ারকপা য়াই।"

"মখোয়না থাবা মসন্দুদা পীদৌরিনি, ইনাগী হৌদোকহনসি তৌবনি। চৎলু য়ানবা ওাংনরক্লউ, পুন্নমক পুরকউ।

"করি করি ঠিকানো তৌদৌরিবো?"

"চীং ককপা, লম্বী শেম্বা, এস্তিমেট্টা লাখ-তারগী মথক-মক্তনি।

"য়নীং বীল্ পীগদ্রা ?"

"চয়োল খুদিংগী পীনি। য়ামদ্রবদা নশাগী লিশিং তরা, অমা কুন অমদি লৈবা তাই, য়াগদ্রা ?"

"য়ানি,— সুরেসনা থুনা খুম্মকই। ময়াম্বনা ঙক্তক্ তৌনা সুরেস্তা য়েংতুনা লৈ। তোম্বীগা গুনসিংগস্তু ঙক্লি। সুরেসনা মখা তারকই—

"হাজিরা কয়া মী অমদা ?"

"শিকি মঙা, নোংমগী তুপা অম্মমম্ পীখিবা, নঙগী শেন্দোংনা শিকি। ঙম্নি ঙম্মোই শেংদোকউ, শোয়বা য়াদবা।

"থামুক য়েংগে তায়ায়। চীং ককপগা লম্বী শেম্বগনা কান্নদো মাল্লি।

ফরে অতুদি, তা মুনানগা মী থিরুরো। মীশিংতুদগী লৌরক্কদবা পোংশিংস্তু শেলগা খুৎশিন্ননি।

ঐনা কম্দোবা ভায়ায় — তোম্বীনা হংলকই।

সুরেস, নঙ্ঙনা অমুক্রা থিল্লম্মো।

গাড়ি অনীগী পোং চৈ ময়াম্‌তু তুকান্দদা হোঙ্জিন্দনা থম্লি। মাঙ্গোলদা থোরক্লগা লেপ্লিবা গম্ভীরনা মুনান্‌গা সুরেসকা থোরকপ-তুদা — মীসি ফংনিনা তা মুনান্ ?

ফংনি, সাহেব, ইবুংঙো সুরেসকা ঐগা খঙনখিবা য়াম্না লৈ। চাম্মা শকপী ঙাক্লি।

খ্বাইরম্বন্দগী তুকান্ ময়াম্ থুমগায়ঙৈদা খঙনখিবা মীওই ঙাক্লি। মী অমমম্না মায়কৈ অমমম্ পুরবা ঙাক্লি। মুনানগী লোন্দাদা মী অমনা চাম্মা শকপীনি হায়রি।

মহৈ-মহৈ কায়নরে। মাগী-মাগী থবক চংনখ্রে। পাড়ীদা তোংনা তোংনা গম্ভীরনা মজা ইবেম্মগী মরম্দা সুম্ থন্না-থন্না লাক্লি। মথরাইসু

ইন্নুং-নুংঙাইতে। গাড়ীহু উরিপোক্ লম্বী তারকই। নোংচুপ পাংনা সুম্ থৌথরি। দামুখোগী লৈরক মপা য়ৌরক্লে। মিংনা কনাগী থৌন্শিন্ য়াওদনা, অরাং পাংনা মথন্তা য়েংলুই। মী অমত্তা চাত্তে। ইচীক্ চীক্লি। লৈখোম্না খুকুউ য়োবা লম্বীনি, লৈকুৎ-লৈতোংমক্তা লৈরি। গাড়ীনা সুম তত্তনা থৌথরি। খল্লাংবগী মথানি, মনোংগী টোটি মখোংনি। মিলিটরিগী ঈশিং টেঙ্কী গাড়ী অমা নোংমৈ পায়বা সিফাই গার্ড তৌরগা ঈশিং শোক্লি। ইশু তানা শুরবা শেন্গুপ্তা ফৈজোম্ খুমিং থুম্না শেৎ—চারগা, খুনিং ফাবী শউন খোঙউপ অমুবা অহনবা অমা হেক্-হেক্ উপ, চীনা-শীলঙ্কী জোন্ জোন্ লাউবা, কমেজ ফুরিং অমা লিং, ফুরিং থাউ জেপ্তা, লুপা চৎপী অহন্বা নোট চবুন্ অমা হাপ্ কুঞ্জা কাওনা, নোম্হৌ-নোম্হৌ, গেৎ-গেং লৈরকসিদগী হেক্ হেক্ থোরকপা শ্যামকুমারবু উরকই।

খরা থৌথরগা নাওরেমথোংগী টোটিদসু মিলিটরীনা ঈশিং টেঙ্কী গাড়ীদা ঈশিং শোক্লম্মী। এমঃ পিঃ অমনা ঐখোয়গী গাড়ীসু খাম্মী। মিলিটরী কন্ট্রেক্টর ওইবগী, ভেজিটেবল সপ্লাই তৌবগী চে চাং উৎলি। মহাক্কী ব্রাহং অমদা — “ গোইং টু লনশাং বাজার টু কলেক্ট পো-টেতোজ — খুম্মী।

লেপ্লুরবা ষ্টার্ট মুৎথত্রিবা গাড়ীহু ফাষ্ট গ্যার পাল্লগা অমুক থৌ-থরক্লে। লাইশ্রম লৈরক্তা য়েংশল্লুই। কোম্ অমা লৈবত্নগী মফমসু উই। অঙাং ওইরিবৈগী থৌদোক অমা খংনীং নীংশিংলকই। মিশ্রা শং-শং উরকই — “ নিংঙোল ওইবী মানা, চাউখোংগী কোকথোং অমা কোকথক্তা থোং, ঐগী মাঙ্গদা তপী—তপী চৎলি। মতৌ অহুবু নুংশিরুই। সুরেসকা সুমতিগদি কোক্থোং মচা অমমম্ তয়াং-তয়াং পুরগা মাঙ্ থাগৎনা চৎগ্রে, সুরেসনা লমজিংখি। মতম অহু মহাক্না ক্লাস থ্রিদা, ঐনা ক্লাস ফাইভতা তম্লি। মনুং পুখ্রি মপান্গী অতোংবা শাবলহ্নগী চাওখোং চল্লুবনি।

করিবু য়েংলিবা করম্নবু য়েংলিবা, খঙহৌদনা হুপ মরক্তা চঙ্খে। পাখৎপোই লাকপোই, ঐগী কোকথোং থাদরগা পরপ–পরপ চঙ্শিন্দনু য়েংলুই। খ্বাংগী মথক্ য়৷না লৈখোম্দা পুথরম্লে। য়েং থংবা মখুৎনা কোকথোংদু পায়বা থারমদ্রি। ওইগী খুৎ লামখৎলকই, ওইগী মখোঙ্সু লৈরাইদা লাম্লগা নেংলি। য়েংকী খুৎনা মখুত্তু পায়রি, ওইগী খুৎনা খোঙ্গী খুজেঙ্দু পায়রি, অদুগা মোচুপ পাংনা তুখৈ। মহাকসু ঐ-ঙোন্দা তুথরকই। ঐসু লৈখোম ইতৈ তৈখি। উটিন্-নাচিন্ লৌখৎলে। 'পাম্বোম্ মরূদা, মপি তৈথোক্লগা হীক্‌হীক্ কপ্লি। কোকথোং অদু লৌখৎলে। লৈখোম্না য়োম্লবা ফনেক্তগী লৈখোমদু খুৎ অনী চঙ্না শিখা-শিখা লৌথোকপীরি। করিমত্তা হায়রক্তে, তুমিন্না সুম্ য়ারি, হীক্-হীক্, হীক্‌হীক্ সুম্ কপ্লি। ইথং খংহৌদনা লিল্লবোপ অমসু চেম্থোরকই।

অরেং–অরেং-পুথবা কোম্নি। ঐখোয়গী শলবী, খরা শোল্লবী অমা লাইশ্রম লৈরক্ মপাগী কোমসিনক্তদা তাখি। নোঙাল্লগা থিরুবদা লৈখোম্ মনুংদা ফুমজিন্দুনা শিনা থেংনখি। লিন্সু লৈবা কোম্নি।

শাম্শং মপা য়ৌরম্লে। অশংবা লম্ফেল পাৎনা মাদুদা শম্না তারি। নিংথেংগী তানখ্রবা লমদমদা তরুং লাইরেম্বী অমদি লাঙ্গোল নিংথৌ খুবমগী চীংশাংনা অরাংগী ঙমখৈ ওইখি। খোঙাক লাইরেম্বী খুবম উরকই। অশাংবা মনা মরক্তা কোম্বীরৈনা মতম ফনা শাৎলি। শজিবু চৈরাওবা নুমিৎ অমদা নিঙোল ওইবী মহাক্না লাই খুরুম্বা লাকমিন্নখি।

নিঙোল ওইবী মহাক্না হায়খি — "তায়ায় কোম্বীরৈ হেকপীয়ু।"

পাক্না শন্না হৌরিবা কোম্বীরৈ পাম্বীগী মরক্তা কোয়চৎ চত্তুনা থিখি উচিন নাচি অহুম থক্তমক মফংখি। মরমদি লৈ য়োনবী ইমা ইবেলশিংনা চৈরাওগদবা নুমিৎ ১০নিমুক হাংৎলিঙৈদগী হৌনা হেব হেক্তুনা য়োল্লক্রবনি। নিঙোল ওইবী মঙোন্দা পীবদা হরাও মোমোং লৌখি। ঙসিদি নশীং লাকঙমদনা হেকপীনবা কনা য়াওদনা শাৎল্লি।

মতম ফনা শাংলিবা কবোকং মপানগুম মপান্তনা য়োম্লি। ইশং শংনা পাক্লা তারিবা লক্ষেলনা, অমদি মপান খোপা লৈরিবা লাঙ্গোল চীংনা ঐগী পূক্লিং নৌহল্লি।

সুম থৌরকপনা ইরোইশেম্বা চীং মাঙৎইনৈ। চীং অসি হেক লাম্থোকপদগীদি ওন্থোকপা রাখল অমা কেঙ্খিল্লকই। শ্যামকুমারখোয়না লাঞ্জেল্লিবা য়ুমগী থোঙ্গালদা কুল্লগা লোয়ননা অমুক্তং চৎনিংলকই। হাই-ফেন্তং খল্লুবতনি থম্মোই থম্লা হৌরকই। কুল্লবাবুবু উনরবদি শোয়দনা চৎলুগে লেপ্লে। ইরোইশেম্বা থোং লাম্থোকপনা খুদৈবন্দ লমপাক নাওওইনৈ। মী লাংকপ লাংকপ মখোংনা চৎপা থেংনৈ। মাঙ পাংনা নুপা অনী হাইগৎলকই। ইনশাং নাপী পীক পীক থন্না হাপ্লবা শোলা খাউ অমমম্ য়ান্নৈ। মখারোমদা য়েংলা য়েলগা ফৈজোম মচিনা মনাতোন খুমজিল্লি।

কুইদে নাতোন্দা উং লাউরকই। রুমাল লৌথোকপা নংহৌদে, পান্দোমগী ফুরিৎন, খুমজিল্লি। দ্রাইভরনা রুমালনা মনাতোন খুমজিল্লগা— হুজুর, মরা হুরা খচ্চর, ঘোড়া ফেঙ্কনেকা জগা হৈ।

মখারোমদা য়েংথোক্লবু, লংজাগা ক্লাক্কনা মহৈ-মহৈ চীরুবা, অশিবা মশাদগী মকোক্ থিংজিন্-থিংজিন্দুনা শদোং চাবদু উই। শদোং চিংখৎলক্ খুদিংগী, নমথিবা মনম্সু ফুং-ফুং কাওরকই। নাতোন সুমাঙদা হন্না হন্না য়ৈরেরি।

শোরোক্ কৈথেল য়ৌরক্লে। অরাং পাংনা ঐখোয়গী গাড়ী অমুক্ থৌরক্লি। ময়াংলাজিং কৈথেল্ হেক্ য়ৌবগা খঙ্না চান্নবা কনা-কনা উবগে কোয়েং য়েংলি।

শোরোকী নোংচুপ্তা, লাইরেম্বীগী লম্পাক্কী মৈরম্ ওইরপ্ খোংনাং অচৌবা অমগী মখোঙ্ ফরোংনা পাক্খল্ খল্লগা হোটেল অমা ফম্লি। বোরা হৌরিবদু কুল্লাখোয়গী ইন্দোন্ য়াম্না মাল্লি, মচেনা চা

শেম্লি। গাড়ীদগী কুমথরগা টুপী খুত্তা পায়তুনা চঙ্ শিল্লি। য়েংলকই, থোইনা কিবগী খুদম্ উদে। মমাদি কিগুম্ লাকুম্ তৌখি।

—ইবুঙো গম্ভীর নত্রনে, সিফাই খল্লব্রনে ?— মন্দোম্না হংলকই।

—খন্দে ইন্দোন, মিলিটরী মরক্তা থবক্ তৌবগীনি। খুম্মী।

—লৈশাবী খোঙ্গুল লীরক্লিব্রনে ইকাইজৈকো, লীরুত্নু ইবুঙো লুহোংব্রবনি,— মীগী মৌ ওইব্রবা।

—পাউ ফংজরে ইন্দোন্, কুল্লাবাবুনা চিঠি থারকই।

তাবোই-তাদবোই—"পাখং লৈশাবীনা পংকোয় কোয়নবা, নুংশি-নববু, ব্রা ওইনা হেক্ লৌরদনা"—বোরা হৌরিবত্নু ঝরপনা কোং-খৎলগা গম্ভীরদা য়েংলকই—"পোংমন্ লাকুমন্খ্রে, চাউথোকমনগ্রে খিৎ, ক্বাক্বা ফম্‌দেকলকখিনি"— মথুৎও মশাও কল্লকপেন্না হায়রকই।

"করিগীনো ইমানা অত্নুক শাউরিবো"— চা শেম্লিবা কুল্লা মচেন হায়রকই। চাজম অঙাংবা গ্লাস অমীগা চিনি অঙাংবা মচেৎ অমীগা কুল্লা মচেনা গম্ভীরদা পীরৈ—

"কোতংনি, চিনিত্নু চীক্ল চীক্লগা থবউ হাউবনি। ড্রাইভরগীদি ?"

"য়াদৌ-মান্দে, ঐ পীগে য়েংগে ইচে ?"

"লৈশাবী ফজবা য়াম্না লৈ, ব্রাত্তে লৈবাক চাওই। ইনম্মগা ঐগা থিনি, মঙোন্দগী হেন্না ফজবী। শেল কন্না তাল্লু।"

"নত্তেদা ইন্দোন্, আলু খোমগে লাকপনি। কুল্লবাবুদি ?"

"লমসাংদা, মাগী মামত্তোন্‌গীদা। কয়া য়াম্নানোনে ইবুংঙো ?"

"অফংবা মখৈ। ঙসিগীনা মনা ২০ ইন্দোন, মিলিটরীদা তম্মবনি, খঙ্নবা লৈনিনা ?"

"লৈনি, লৈনি। ঙসিগীবু থোরকপা উদেদা।"

"ইপল তোমালবুরনে, ইমা ? থোংখোঙ্দা থোরক্লে।

" উম্। মানি, মানি, খোরক্লে ইবুংঙো। শ্বাইদস্থু মন্ ৪/৫ লেরম্নি। হয়েং শোরোক-কৈথেলগা, খন্নাম কৈথেলগা থানবা।"

ইন্দোনগীস্থু, ইচেগীস্থু অরামন্ চপ্-চানা তৌরম্নি। ইচেনা অমুক্তা খাম্বীরম্ম্ শ্বাইদগীদু।"

" তরামণ্ডারা কয়ানো হেক্ পীরম্মো "

" ইনশাং মনা-মশিংস্থুনি ইন্দোন্, হঙ্গাম য়াওবা "

গাড়ী মকক্তু পুরগা চিরাংগী খুল্লক্তা চঙ্খ্রে। পুং অমা মথায়-রোম চওড়ি। কুল্লা মমাগা অহন্দুগনা মতেং পাংবীদুনা আলু বোরা ১৫ খরা হেন্না খোম্লে। মন্দা লুপা অনী মথায়নি। চিরাংদগী খো-রক্লগা ময়াং লাংজিং কৈথেলদা কুইনা থারম্ব্রে, কুল্লা মমাগা লোয়ননা শোরোক কৈথেল তম্লক্লে। ময়াং লাংজিং, কৈথেলন্দগী মন্ অহুমগা হাপকৎলকই। লম্বীদা কুল্লা মমানা — " স্থুম তৌসি ইবুংঙো, আলুসি ঐ তম্লগে লুপা অহুমদা।"

" য়াইনে ইন্দোন, শোমদা হেক ফংবা ইন্শাং মনা মশিং মথৈগা তৌবদি, শোরোক-কৈথেলদগী লৌজগেকো ইন্দোল।"

" অহুনদি মখোয় মাম্তোন্গীদা লৈবা ভাবা। ফরে, অচিংমন শিকি অমমম্ হাপ্পা তাই মন্দা। শেল্লেপু লৈতে, শেলস্থু পীরম্ম্।"

" য়াই ইন্দোন য়াই। কুল্লা বাবুসে উচেকোন্দা লৈহঙ্গে। থবক খরা তৌমিন্নগে কান্নহন্নি।"

" নোংমা নীনিদং ঙাইখো, শোরোক-কৈথেন্দা ছোংখিগে। চা, চিনি, শঙ্গোমসি কম্দোবা? ঐখোয় হোটেলস্থু কম্গে "

" হয়েংসি খরা থারক্কে, ইন্দোন্। মতুংগীদি মখোয়দা হায়য়ো, শেল খরা-খরদদি পীবীখো ইন্দোন।

" উম্,শেল্লপনা কয়া পীরমদোরিবা? "

"চামঙা পীরম্গে। চা চিনিগীদো ৱাবীরুৱমু, কুল্লা বাবুনা শীল্লকপা য়ানি।"

পুং মঙা খরা হেল্লক্লে, শোরোক কৈথেল য়ৌরক্লে। কুল্লসু মখোয়গী মাম্ভোন্গী একাগাড়ীগী ফেম্, কারক্তা ফৌ বোৱা অমা হাপ্লগা ইম্বোক্লম্বতা ঙাইরম্মী। খাল্লগা গম্ভীরগা লৈমিন্নরি। মমানা ইনশাং নাপী অফংবা মথৈ খোম্লি। শোরোকী মচী অমদা লেপমিন্নরগা গম্ভীরনা—

"ঙসিদি থেঙ্ভ্রে, ইন্দোনমু য়াওরি তোক্লসি। হয়েংসে ঙন্না লাক্চগে, শ্যামকুমারখোয়গী লাঞ্জন্ফম অমুক্তা থিসি বাবু।"

"অহুবু ফত্রনে, ফজদেদা।"

"মখোয় থোঙ্গান্দা অমুক অনীরক চৎপ,, থংনবদা খঙ্নবকা লৈত্রা য়েংবা।" লৈরম্মদি ফনিদা... ...।



মুমিদাং সন্ধ্যা ওইরক্লে। লাই, থাউমৈ থান্‌বা লোইরবা জীনী চাখুম চংগ্রে। মমাইবেম্মা মজাইবেম্মগা (অনাবীগী কাদা) ৱারী শান্নরি। মমা-ইবেম্মনা অনাবগী চানা থরুবা শেম্লি, থম্লি। মজা ইবেম্মনা —

"তামো লেঙক্কনি হায়বদাই ইমা?"

"উম। পাবুংনা হায়বনি। করিগীনো?

"ৱা ঙাংনদৌ লৈবা।"

"হোয়, হোয়। ঙাংনদৌনি।"

"ইমুংদদা স্তুম লৈবসে ৱাখল পীকশিল্লকই। শোরি-পারি পংখন্দা খল্লকই।"

"উম্। তোয়না লাক্লবা হায়খো।"

মমা-ইবেম্মনা পোৎচৈ অমুক লোইশিল্লি। ডাক্তরনা ফম্লম্বা মোরা মচাহু ফক্লাং ময়াদা, অমা লৈরিবতুগা থমিন্নরি। মমা-ইবেম্মনা মখা তারকই —

"ঐনা হায়বতুনে অফবা ছাত্রনি শেম্বা থোক্কনি। হেক থোরক-পগা থবক তৌহন্‌সে, ইথৌ খাদা ঙাংনসে।"

"হোই, হোই, কোনুংদা তাহন্নবা শীনসি।"

ডাক্তরনা, নুংঙাই নুংঙাবা ৱারী শাবীয়ু, মপুক্লিং থৌগৎপীয়ু। অনা-বীনা নুংঙাইরোইদৌবা ৱা ঙাংবীগনু, থবক তৌবীগনু তত্তনা হায়রম্মী। মতুগী মতুংইন্না মপাবুংগা মমা-ইবেম্মগনা নুংঙাইনবদা শীনবী, অফ অফবা অহাওবা চিঙ্গাক্তা পীজৈ।

মমাছু শঙ্গোইগী মখা থংবা মচীদা, ড্রোইং রুম্ ওই করিওই

শেম্লিবা কা মচাতুদা, মপাবুং শেলুংবা ররবগী পিথ্রাই চীনচুপ তোঞ্চা তোংঞ্জে খাবুম পায়তুনা খুদোং ফান্দুনা লৈরি। মহ্মাক ইবুঙোগীদমক্ থওইনা ফম্নবা থারিবা সোফা অতুগী ময়াদা ফাল অমদা হীদাকফু খিল্লি। মখোঙতু পাকই চাউই, পীথ্রাইনা হৎলি। হীদাকফুমুস্তু মাখাক, মতোন্, ময়ায় পিথ্রাইনা য়োম্মী। হীদাকপু মখোক্কী ময়াই-ৱাইদা লুপানা শাবা কোন্খৎপা অমা য়াল্লি। হীদাক থকপা হেক লোইবগা হীদাকপুগী অকোয়বদা তোংজৈতু য়েৎশিল্লগা, মচীন্দুনা লুপাগী অকোনবতুদা হেক্-হেক্ য়াল্লি। ৱাখল অমা সুম্ খন্না-খন্না খুদোং ফান্দুনা লৈরিঙৈ, মমা-ইবেম্মসু হীদাকপু মচীন্দা খুত্তুম তানা থম্লগা চিং-চিংতুনা চঙলকই।

"মাই-পাবুং, ইবেম্মনা মাই তামো লেঙ্ঙক্কদ্রা হংজরিয়ে"- - খোঞ্জেল তপা কোথনা হায়রম্লগা মহ্মাক্-ইবুঙোগা হেক্ মায়োক্নবা সোফ. অমদা ফমথৈ।".

"লাক্কনি। ঐগী ঠীকাগী মরিদা ৱা অমা ঙাংনদোবা লৈ করিগীনিনা।"

"ৱা অমত্তং হংজদো লৈমাল্লে"— হায়রম্লগা হীদাকপুতু প্রোব প্রোক চিংলি। মহ্মাক ইবুংঙোস্মু হান্নগী ৱাখলদা অতুম্ তাউরি।' মমাইবেম্মনা মখা তারকই — "উম......। অপোকপা অহন্দুব্ ফি য়োন্বা য়াওরম্মী হায়দা, মরৱারি অমগী।"

"অতুবু থিরগা কৈদৌনদৌরিবা? ৱা-ৱা লাউথোক্লব্রঃহৈ?' খরা শাউরপ হায়রকই।

"লাউদেদা —। ঞানীগীদমক্ হুম্লিবনিসিনি।" হীদাকপু অমু চিংলি। মখা তারকই — "মায়তং চান্নমদ্রবদিকো..........।"

শরুা চাব্রাউ? ডাক্তরসু তম্বা, মাগুম্বা মুপাদি লৈরোই মণিপুরদা-ঙহাক লকক্ তোই। মখা অমুক তারকই — লৌ ইথোল বক্কো

থন্নগা মপান্দা লাইব্রিক তম্বা থারিশিংসে অফবা ছাত্রমক্তনি, শোয়-ররোইদবা।

মেট্রিকুং পাস তৌবদা থবক ফংলিসিনি?

ঐখোয় নখোয় মতমগী বানি। হৌজিক্কি বী:এ:, এম:এ: থিনরবনি। দারবার মেম্বরশিংসে অফবা ছাত্র থিনরিনি, মচাক্লুপী থাজদোগী, শেল ছন্দোগী?

জীণীগীছুদি ভাংনবীরত্রা, মাই পাবুং?

মতুম্নি ঐনা থল্লিসি—হীদাকপু প্রোক প্রোক চিংলি, মখা অমুক তারকই—মী অমা হেক লৈরমখোক, লৈনরিবা মরীসি তংখিদ্রা, মতুম্ থন্দায়াদবনি।

লান মনুং ওই'গী পংখন থন্নবনি নত্রদবু, সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা ফংলোইদ্রদো?

থৈবোংসে ত্তিংথং পাল্লি, মনুংদদি অমৃত য়াওবনি। ডাক্তর তম্মীছুনি অমৃত।

মতমসিদা গম্ভীর মনাও মুপা মুরেসকা লোয়ননা লাকই। মপাবুংগা মমা ইবেমগবু তোঙান তোঙান থুক্লমলি। অহন অনীশু ওক্রি। খোঙ্‌প উপ্লিছু লৌথোকপা লাক্লবছুদা মপাবুংনা- য়াওসনু ইবুঙো, সিদদি ফরিশু লৈতে, শিংজমৈগীনা অমনি।

ব্যবহারনিনে কৈনো মাই পাবুং—অহল অনীমক্তা য়াম্না নুংশিনা নুনা, চানা ওক্রি।

খোঙ্‌ঙ্‌প লৌথোক্লমগা মচীন-মনাও অনীমক কাথৎলক্লে। মী অনী ফমিন্নবা য়াবা অশাংবা সোফাছুদা মচীন-মনাও ফমিন্নরি।

"ইবুঙো লেঙ্‌ঙকপা ফরে। পাট্টাছু থিদোক্লবনি, পায়বীথিবা ররেনি।"

"নাম্জারীকা লোইশিন্বীখো পাবুং, লৌজখিরোই"—গম্ভীরনা খুম্মী।

"ইবুঙোসিনা কনানিনা"-- মমা ইবেম্মনা হংলকই।

"হেক্ থংনবা ইনাওনি, ইমা ইবেম্মা। হন্দক মেত্রিক পাস তৌরে।"

"ফরমগনি, ফাষ্ট ডিভিজন্নিনে"—মপাবুংনা হংলকই।

"সেকেণ্ড ডিভিজন্নি পাবুং।"

"চুঙ্ ফিরান চাবা, কুচু পান্বা, তোঙ্গানবা হায়দু থোকই। কয়া য়েংবা নুঙাইরিগেসে"—মমাইবেম্মনা মুন্না য়েংলগা হায়রকই।

সুরেস হরাওগুম্ তৌখি, ব্রাখল অমা খন্থখি।

"জীনী, রীনা নখোয় তামোখোয় লেঙকই চা"– মমা ইবেম্ম হৌগৎলকই। থোক্কে তৌরি।

"ইবুঙোনা করি তৌরিবা"– মপাবুংনা হংলকই।

"ঠিকা তৌরি পাবুং। পাবুংগীনা হৈঙাংগী চীঙ্গোল কক্পা লম্বী শেন্বা চীংমায়দা হঞ্জিল হঞ্জিল্লগা গাড়ী থম্ফম্ শেন্বা। য়ুম্ শাবয় য়াওরি লাখ ১৫ রোমগীনি। অমনা মন্ত্রি খোংনাংদা মতুস্ন চীং-কক্পা লম্বেল শেন্বা লাখ ৭ লোমগীনি।"

"য়ারে ইবুঙো, হৈঙাংগীদুনা ঐনা পায়রগে, মন্ত্রি খোংনাংগীদুনা ইচাশিংনা পায়রসনু।

"ইনাওসিনা সুরেস কৌই, পাবুং, খামরমগী চীঙ্গেল কক্তৌরি। নৌনা ঠিকা তৌবনি, পাবুংনা খরা তাকপী ভীক্পীদ্রদি।"

"ফম্খোকো ইবুঙো, চা থাজিল্লক্কে"—মমা ইমেম্মা অতুম থোকখ্রে

"অনীতরা, ইবুঙোখোয়গী ইচীল-ইনাওবো?"

"ইতোন্-তোন্বা অমগা লৈরি, মনা-মশীং তন্নি পাবুং।"

"মনা-মশীং তম্বদিনে ইবুঙো সুরেস, ত্নুনা অমা হাপকৎলগা বীল শাউ। খুদম ওইনা আলুসি মন্দা অনী-মখায়নি, মঙাদা তম্মু। অমা মখায়না ইবুঙোখোয়গী, অমনা খরচ ময়াম্ তৌনবা।"

"তম্বা হৌখ্রে পাবুং"— সুরেসনা খুম্মকই।

"য়াখিনি বীল শাজ্রি, চয়োলদা শাদৌনি"—গম্ভীরনা খুম্মকই।

"তানবীনবু হিসাব শুহনসি, ঐগীস্থু শুরি। ইন্কম্টেক্স থিবা চায়বা অমা লাকখিনি।"

"ফনি পাবুং। অমনা পাবুং, হাইরেজশিংসি পাকথোকহন্নি, কোয়লাস থানি, ঠিকাদার-মরী মঙাদংগা দরকার ওইরি।"

"কৈদৌঙৈগীনিনা ইবুঙো?"

"হয়েং অয়ুক্কীনি পাবুং।

"অথুবনিনা অত্নুদি"- ঙহাক ৱাখল খল্লি, হিদাকপু চিংলি, অত্নুগা —"লৈনি, ইতাও চাউবগা, চন্দ্রমনিগা উনরুসি ইবুঙো।"

মতম অসিদা, রীনা অমদি জীনী মচীন মনাও অনীমক চঞ্চলকই। রীনানা মাঙ থারকই। বিস্কুট প্লেট অনীখক্ পায়রকই, প্লেট অমদি মচানি। জীনীনা চা কপ্ ৫ খক্ ফজবা ট্রে অমদা হাপ্লগা মচেম্মগী তুংইন্দুনা ফনেক্ ইনফি, কেতুকী মনম্ ৱা-ৱা নম্মি। চেকশিন্না থুপ্তুনা থম্বগী ফিত্নুপ কায়ভ্রি। ঙৌরোক-ঙৌরত্নুনা লেম্না ফজৈ। মপুং ফারবী লৈশাবী ঙাক্লি। অম্নক কুইরবা অসি পাখং ঠিকাদার, চুং-ফিরান চানা ফজবা উরক্লি। ওসি পুম্না ১ খক্ ফমিন্নরম্বা অসিনা মখোয় অনীগী পুন্সিদা অহান্বনি।

"ফম্মু, ফম্মু"— পাবুংনা হায়রকই।

মচীন-মনাও অনীস্থু উগী সোফা অসাংবা অমদা পুল্লপ ফম্-থমিন্নরি। রীনানা চা কপ্ অম্মম্ লোইনা য়েল্লি। বিস্কুট প্লেট

অঙৌবত্না ময়ামগী থম্মি, মচাদুনা মপাবুংগী মমাঙদা থম্মি। মপাবুংন বিস্কুট অমা প্যায়খৎলগা—

"সে, সে ঙ্গিনা নখোয়'নীগী ওইরে।"— প্লেট মচাদু ইনশিল্লকই মখা তারকই— "মত্রি খোংনাংগী থবক পায়রিঙৈ ইবুঙোগী লো শেমহৌসি, ঐ শিনগে য়ানি।"

"ঐখোয়গী লো"— সুরেসনা হায়ফেং শোল্লকই। হাইফেং হরাওবোই ময়াম্বদা মুন্না য়েংলকই। ঙাংহন্নিংদবগী মওংদা ময়াম্বন হম্না য়েংলকই।

"মানি ইবুঙো পরি ৫ নি, ৭ খরা কল্লপ ওইনি। ঐন শীন্দোরিনি।"

ইনাক-খুনবা ইমুংগী ফজবী, স্না লুপা শিবী ফিরোল নিংথিন শেং চাবীগা ফমিন্নদুনা, চা অমুক্তা থক্লক্রিবা সুরেসনি, মশাদু শৌবী শৌবীং লাওবগুম তৌরি। ফম্বমক্তা মকারাম্না ফম্বা হৈজদ্রি। অদু মকপ্ মপুক্লিংদা মুঙাইজবা অমদি ফাওরি। নহা ওইনা শেল পায়বগী মীসি ইথা থানদ্রি।

রীনা মচীন মনাওদা ওনশিল্লগা মপাবুংনা— "নখোয় তামো গম্ভীরসি ডাক্তর তম্লিবনি। লান্ হেক লোইবগা তমথরুখিনি। ঐগী ঠিকা অনীথক্ পীরি, য়াম্না তান্ চাথ্রে।" ইবুঙোসিনা সুরেস কৌই— ঠিকাদারনি। অদুগা অমুক গম্ভীর অমসুং সুরেসলোমদা ওনশিল্লগা মখাতানা হায়রকই—

"নয়াসুংগা, ঐখোয়'নী মী উনরুগে। ঐখোয় লাক্রিফাও ঙাই-রম্খোকো ইবুঙো সুরেস।"

"য়াম্না ফনি পাবুং"— নীংথিবা খোম্থোক্লা থরাই য়াওনা খুন্নকই।

"নখোয় 'নীনা নঙ তামোগী অরাং অপা য়েংঙস্সু।"

"ফনি, পাবুং"— রীনানা খুম্মকই।

মতমসিদা মমা-ইবেম্মানা চঙলক্লগা— "ইবুঙো, গম্ভীর শোমদা অমুক্তা।"

"ফনি ইমাইবেম্মা। অতুক লাকচখিনি অথুবা অমত্তং"— হায়-রক্লগা মপাবুংগী মতুং ইন্দুনা চংখ্রে। থাবাগা উননীংদ্রে ইকাইখ্রে।

য়ুমজাও মাঙ্গোলদা মখোঙ ফল্লি, তাস কন্না শান্নরি। ঙহাক লৈরগা মরাঙ মরাঙ মরাঙনরকই। নুপা অমনা—

"লুপা তরা বোর্ডকী" হায়রকই। অতোপ্পা নুপা অমনা—

"ইমা-ইবেম্মাসু রীনাসু লৈতেদা"— হায়রকই। মতু তাবদা রীনা পরপ্-পরপ্ অহুম চংখ্রে।

রীনা মঙ্কাক ইবুঙোগা হেক থংনবা মনাও-নুপানা পোকপনি। মজা-ইবেম্মগা হৌমিন্-কামিন্নবী লৈশাবীনি, লেঙ্গানি।

গম্ভীরদি ইরাই লাইনা মিলিটারীগী ফিজোল শেৎ-চারগা লাক-পনি, পটুগী চোরফোন্ মানবা মচুগী খোঙ্গ্রাও, ফুরিৎ মচু অতুমক্কী তুপী-পুমহৈ অমা উপই। মিলিটারীগী শউনগী পেটি, ঙাংলৈনবা অমা খ্বাংদা ফাই, কোনা মচুগী শউনগী বুট অমা তোংঙি। খৌরি কুদাম্ পান্শিল্লি।

সুরেসনা অঙাংবনে, নাপুনে, অঙৌবনে, চাওরাং লাংবা ফ্লাইং-সার্ট অমা লিংলি, নেভী-ব্লুগী পতুগী খোঙ্গ্রাও অমা উপই, অমুবা শউনগী খোঙুপ অমগা, মোজা অঙৌবা অমগা উপই। মমা খুদোপ্ অহুম, খৌরিদা মরি মতৎ অমা, পাখং ঠিকাদার মাল্লি। ইন্দক্তা গৌহাটিদগী লৈরকপনি।

মশক-ও মতৌ-ও, রাঙাং-ও শাঙাং-ও শমক্রু-ও করি-ও, নুপীনা য়াবা সুরেসনি। লিকোল শান্নবা ফমিন্নবদা, মনুং কন্বী রা ঙাঙ্গন্দবী লৈশাবী, ইফা ফজনা নমতুনা, পুক্নী পায়হনবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা সুরেসনি। গৌহাটিগী মনিপুর বস্তিদা নাওগোংদা ফাইতুনা লৈরিঙৈ,

লৈশাবী ৱা ঙাংবা হৈবী, কয়াগা ফজনা পাখং লৈশাবীগী ৱাহৈগী তেন কাপ্পবদা মায় পাতুনতা লাক্লবা গাখংনি। হৌগৎপদা ফম্নিব ফালন ফাওবা নপলক্লবনি। কোন্নুংগা মরী মতা থোক্লবী, ইনাক্‌খুনবা ঠিকাদার অমগী মচানুপী লৈশাবী ফজওবী অমগা, কা অমত্তদা মখোয় অনীতা ফমিন্নরি। খুদোংচাবা মিকুপ অমনি লৌজরি। ৱা শুকঙাং ঙাংদনা ইকাইবা শাত্থনা লৈথোক্লগস্থ চথোক্‌খিবা য়ারি। মতুঙ্গ পাম্মুই। সুরেস ৱা ঙাংবা হৌরগে হায়না মঙল মঙল খল্লি। করিনা হৌগদগে ভাব তাদ্রি।

জীনী ফুক্ হৌগৎলকই। ঐফম খঙ্ড্রবা সুরেস তিঙক্ তিঙক্ য়েংহনা লৈ। সো কেস মথক্তা লৈরিবা মচেম্মা মোজা লোন্‌বগী মোজাহু লৌরুরগা লোল্লি. মহাক্কী হান্নগী ফম্ ফম্‌দা অমুক ফম্‌থরী। মতুতদা সুরেস নে হেক্ তাজে। ৱা ঙাংথোকপা পাক্ হেক ঙমদে অহুবু—

"মৈতৈরোনগী পাবদা নুঙাইবা ৱারীসি 'মাধবী'তনি। 'মাধবী' চিন্‌ফা পুবীরৈনি?"

জীনী খুম্মক্তে তিংক য়েংলকই। মোমোন্ নোক্লমস্থ তৌই। সুরেসতি নোক্তে, য়াম্না শক্‌ফম্ হঞ্জিন্না লেয়া তপা ঙাংলকপনি। মথ তারকই—

"বামোন্না য়ুমথোঙ্ খুদিংগী লাইরিক্ তৌবা চৎপদৌনা, য়ুমথো খুদিংগী মাধবী পাঠ চৎপহুদা চিন্‌ফা পুজবনি। লৈশাবী লৈবা য়ুম থোঙ্ অমত্তা চিথজদে।

জীনীহু হাইফেৎ য়েংঙক্লম্‌স্থ তৌই। থীক থীক্ নোকপগুম তৌই সুরেসতি হান্নগুম্ শক্‌ফম্ হঞ্জিন্না লৈরি।

মথা অমুক তারকই—"মাধবীবু পোকপা অহল-লমন্, লৈক লৈকাই খঙ্‌নীরম্বা য়াই।"

জীনী খুন্নক্তে। মোজা অমুক লোন্, অমুক হাইফেৎ য়েংলক, নোক্নি-নোক্নিস্নু তৌবগুম্ লাক্লুম্ লৈরি।

ৱারী মখা তানীংবগী লাংতক্লবা অমস্নু মমিৎ অমদি ময়াথোঙনা উৎলি।

স্নুরেসনা মখা তারকই—

"ঐখোয়গী মাধবীসি কাছাররোমদগী লাকপী মৌগীশিংদা চল্লবী নুরা অমনি। অপোক্পা অহল্ লমন্ খঙ্দে, লৈফম খঙ্দে। হৈবোক্-চীংগী চীঙ্গোন্দা হিয়াং অথোবা শাত্নুনা লৈবীনি হায়নৈ।"

হন্দক্তি জীনী মোজা শাবা তোক্থোক্লুনা মপূক্লিং চঙ্নুনা তারি। স্নুরেসনা মখা তারকই—

"ধীরেন্বু থম্মোইল্লুংদা লাংচবীনি, অহুবু য়ুম্বান্ পুন্সিদা খোঙ্-দাজদ্রিবা পাখং, তনৌ-তনৌ ইনখৎলল্লিবহুদা নমথাক্ তৌহুনা, পাপ্ লংশিন্দো শরুক্ হন্দক্ মপোক্লীদি, মতোমতা মৈচাক্ খাঙ্জখ্রগে। হয়েংমুক্লী মপোক্তা থুংহনবীনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজখিবীনি।"

জীনী খাঙ্বা ওম্লক্লুনাল্লে, থীক্-থীক্ নোকথোরকই। য়াম্না ইকাইনা—"শাজিন্দুনা ইবা ৱারীহুবো, তামো।"

স্নুরেসতি হান্নদোনা শক্ফম্ হজিন্না, করিমত্তগা নোক্নুনা লৈরম্মী। মখা তারকই—

'পুন্সি হায়বা অসি ভাবনি, ৱাখল মক্তনি।"

মতমসিদা রীনানা চা-গ্লাস অহুম অমগা পুরগা চঙ্লকই। "পুন্সি"—হায়বা ৱাহৈ অমা য়াম্না ময়েক শেংনা তাখি। চা-গ্লাস অম্মম্ য়েল্লগা,—

"শেল্ য়াম্না তানবা, ফিরোল স্নালুপা শেৎনীংখোই শেৎ, চানীংখোই চাবা অহুবুনি, পুন্সি হায়রিসি।"

মতুং-ইল্লকপী মমা ইবেম্মনস্নু—

"শিদৌ পুন্সিনি, মুঙাইনা লেন্দৌনি। শেল য়াম্না তান্‌শিন্দৌমি। ইকাইরুম্নু ইচাসিদি নচনশিংগা ৱারী শানহৌখোকো। শেল কন্না তাল্লু হায়রম্লগা মপান্ থোকখে। মাঙ্গোল অচৌবদা মখোঙ্ ফম্লিবা অহুদা চৎখ্রে।

মুমিৎ হুম্নি হৌখ্রে। কোংবা কৈথেলদনি। গম্ভীরখোয়গী দুকান্দা ঙসি থুংলবদা ঙাইরিবা, গোকুলগা মচান্নুপী অতোম্বীগা চাখুম্মাংদা ৱারী শান্নরি—

"মপুত্তু কৈদৌখ্রবা?"

"মপুদি পাবুং শেলুংবনি, মচাশিং অমা ফমহন্নবা শাবা। পাখঙ ওইরমাল্লে. তায়ায়না ঠিকা পীবদগী য়ানখ্রে।"

"মাল চাং ময়ামসিনা কনানা পুরকইবা?"

"ডিমাপুরদগী তামচানা, য়োন্নবনি হায়বদগী তায়ায়না লৈশিল্লে। ইমাবু য়োলহল্লিবা।"

"সি লোইখ্রগা কদাইদগী অমুক মাল?"

"তায়ায়না শীল্লম্মে, এসোসন্না তামচাদা শিন্নরম্মী।"

"সুরেসকী কাসিনা করিগীনো ৱাইখু শো অনী লোল্লিসে।"

"অরুবা পোৎ থম্মাল্লে. শেল মাল্লি। কনামন্তা চঙ্ হন্দে, কাও চঙ্ হন্দে।"

"খ্বাইরম্বন্দ দুকান্না কনানা শঙ্লিবা?"

"তাতোনগা তাকুল্লাগা। বাবা রামেশকীনা তামুনাম্না, অনীনা ঐখোয়না শিজিন্নরি।"

"চাবা-থক্পদি?"

"দুকান্দা তাকুল্লানা থোংলগা চামিন্নৈ। অয়ুকম্নু নুংদাংম্নু মগ্নি মম্নারিঙৈ ঙন্না-ঙন্না।"

মঙগী তাতোম্মা স্কুল কারবা?

উম, খাগেমপল্লিদা। হম্বরদো হন্দক্তা শেমখ্রে, লুপা ১০ চংনা।

"নংগী লীক-কোন্সিনা কনানা লৈরক্লিবা?"

"তামচানা। তায়ায়না মমল লোইনা পীখ্রে। মরী মতুংসি, ইমাগীস্থু, ঐগীস্থু তায়ায়না শারম্বনি।"

"উম. অনৌবা লুমিং থোরক্লে।"



# ১৩

গম্ভীরনা চৎথ্রবা মতুং খরা লৈরগা অপোকপা অহল ইম্ফালদা থুংলৈ। ক্বা-শুপারী শম্পোৎ অনীগা, মনা শম্পোৎ অহুম্‌গা গী নেত্তুনা পুরকখি। অরা-মৈখু লাংলিবা লৈবাক্লি, অশি-অনা য়াম্না থোক্লি, কর্ম্ম তোয়রি। গোকুলনা পুথোরকপা মাল থাদোকপদা কুইনা চণ্ডখিদে। শেন্‌কম খণ্ডনা খুন্‌খি। ক্বা অমদি মনা তোংজে মরীল্লোমদগী খরা খরা স্থম তোয়না পুরক্লবস্থ শীনখি।

গম্ভীরস্থ মহাক্কী থবক মফম য়োৎখিবগা থবক শুবা মীওইশিংদগী থোক্লকপা খোম্থোক্ অমা মায়োক্লখি। মখোয়না হায়রিবনা,—ময়াম্‌গী সাধারন পুন্সিগা, শনম্‌-মীনম্ তা-নদে, চীংনুংদা লাপ্পা তোপ-তোপ্পা লৈ। খুদোং চাবা কয়া অমা ফংদে অসিনি। পলেন্‌দগী তেংনৌপল ফাওবগী লম্বী ফাওনদ্রি, মরক্তা থেংখাঙ্ অনী ফাওনগদবা ৱাংলি। অহান্‌বা থেংখাঙ্‌না, পরামুক ৱাংলি, অনীশুবা থেংখাঙ্‌না মাইল মখায়মুক ৱাংলি কাংবু অমনা তেংনৌপলদগী অমুক শুথখ্রি। ময়ামগী চান-থক্লবদি জীপ্পা অমদি খোঙনা হঙ্গৎ-হন্দা হোন্দুনা হুল্লি ৱাংহন্দ্রি। নাকন্‌-নাকন্‌দগী কাঙবু অনী অনীনা, মনীং অমদি মমাঙ্‌লোন্দা চপ্‌শিন্দুনা লম্বী, কক্লি। মনীংলোমদা কাঙবু মরী অমস্থ, মনীং-মমাঙ্‌ চপ্পা কোয়লাস থাগংলক্লি। মৈচাং অমদা থবক্ চাক্‌শিন্না-শুবা অসিনি. কর্নেল সাহেবনা হরাওব্রিবা অসি। মীনুংশি খঙ্‌বা কর্নেল সাহেবনি, ময়াম্‌গী দাবীহু পীখি। গম্ভীরনা ইম্ফালদা চৎথ্রিডৈ চরক্ চহীংনরম্বহু হৌজিক্তি, মতম্ ফনা মপুং ফানা থবক অমুক শুনরক্লি।

তাফাদার বোরাজাওনা থিরকপনি হায়তুনা ইম্ফালগী এলাংবম্ লৈকাইদগী ড্রাইভর অমা লাত্তুনা গম্ভীরগী মতেং পাংলরে। অয়ুক্কী

পুং ১১ রোম্ তারক্লে, অয়ুক ঙন্থা, মনীংলোমদা কোয়লাস থারিবত্ন য়েংলুই। মহাক্কী কেম্পতা হল্লক্লগা, অয়ুক্কী চাক্লেন চারি। দ্রাইভরনা জীপ শেম্লি, থাউ কাপ্লি, শেংলি। মমাঙ্‌লোমদা খরা লাপ্তক্ লৈচীল থারিবত্ন উবদা, খরা পাথরকপস্থ ঙাইনীংলি। মপান্ থোরক্লে, চীং-দোং অমদা কাখৎলগা, মায়কৈ মরীগী ফজবা দৃশ্য অত্ন কোয়েং য়েংলি। লোক্লুঙ্ পূম্বা লশিং মফোন্ মান্‌বা ঙৌরুনবা লৈচীলনা পূমথল থল্লি। য়েংবদা লোক্তাক্কী দৃশ্যগা পাংখক্লি। অরাপ্পদা নুমিৎ-কী মঙাল ফংলবা চীংদোংশিংনা, মকোক্-থিঙ্গৎ-থিঙ্গত্তুনা লৈরি। থাঙ্গা অমদি করাং চীংদোন্না লোক্তাক্কী ঈয়ায়দা মকোক্ থিঙ্গৎ-থিঙ্গ-ত্তুনা, লৈবগুম্ য়েংবদা নীংথিরি। নুংশাগী মৈশাগী লুম্নু-লুম্নু শারি, পাখংগী থম্মোইদস্থ অপাম নুংশি ঈহৌরকই। মতম কুইনা নিংশিং-লুপ্রবা, অকাউ-লৈয়েল চন্‌থ্রবা থৌদোক্ অমা পূক্লিংগী পোমায়দগী হাংদোক্লুই।

চহী অহুম্লোমগী মমাঙ্‌গী থৌদোক্লি। মণিনে, মমান্নবা অমনে নখোয় অহুম, সরস্বতি পূজা মনুংদা, তম্ফাসনা স্কুলদা খেচি চাবা চৎলি। থোরকপদা কোম্নুংলোমদা চঙ্‌খিবা লম্বীগী ময়াদা হৌরিবা, হৈনৌ-পাম্বী অমগী মখোঙ্‌দা নিঙোল ওইবী মানা লেপ্লম্মী।

অতৈ মমান্নবীশিং অত্নগা মাঙ্‌দা, রারী শানা মচৎলি। পাখং ওইবা অহুম্না তুংদা তপ্পা ইল্লি, মাঙ্‌দা চংলিবীশিংত্নগী মচৎলাকচৎ, তিংদা-য়াংদা, থাদরিবা মুরবা-শমলাংগী মরীদা ফজে ফজদে, পক্‌চৈ-পক্‌চদে ঙাংনরি, শেংলি-চারি ইল্লিবা ফিগী মচু-মরাংগী নরীদস্থ মঙাংনৈ। গম্ভীরগী রাহং অমগী পাউথুম মনিবাবুনা পীরকই —

“স্না-কোম্নুংগী লৈমকোন্‌গী লৈশাবীনি লৈমনি, অরাম্বা এখোয়না মিতাক্লবা, থা-লাম্বগুম্ থোক্কনি।” নুমিৎ অত্নদগী লমহুইগুম্ অথাবা অঙ্গুর তুংওইনখি।

ঙসিদি, গম্ভীর খংশাও শাওরকই। মহাক্কী মায়থোঙ অমদি লায়রবদগী মীনা উশিত্তবনি লৌরি। লায়রবা ইমুংদা পোকৃলম্বগী-দমক্ নিন্দা তৌরি। মখোয়গী ইমুংগা মান্ননা লাইরবা কয়া অমবুম্ মথং-মথং মমিত্তা উরকই। শেলবু খংনুং নুংশিরকই, শেলবু পামুরকই। মমান্না মীরক্ তিন্‌বা ঙম্নবা কন্না শুগে, তানগে লেপখ্রে।

মহাক্কী ফুরিৎখাওদগী মণীবেগ পুথোরকই। হাংদোক্লগা মমাগী ফোটো মুন্না য়েংলি।

মপূক্লিংদা শোল্লকই,—"ইমা! ঙসি শেল য়েন্‌বা নুমিৎনি। শেল য়েন্‌বা নুমিৎনিকো ইমা!" মমাগী ফোটোদু মরায়বক্ কচ্চরে; খুন্‌-জিল্লগা ইরেন্ অমুক্ ফুরিৎখাউদা হাপচিন্‌খ্রে। মথংদা কুন্দো লাই-রেম্বীবু খম্মোইনুংদা থাগোঞ্জে।

লান্দা লাগ্নি, মকম্ অসিদা থবক শুনরিবা মীওইশিংসি। অয়ুক নুংথিল-নুমিদাং হায়বা থোইনা খায়দে, খরবু, উরিবা মখৈদি মৈচ্যাং কন্না থবক শুনৈ। থুগায়থ্রবা চীংমায়গী অকন্‌বা নুঙ্জাও গাড়ীনা হোল্লক্তুনা সোল্ডিং চল্লিবা কাংক্রিক্ থুগায়রিবা, চীপ থুগায়রিবা কাং-বুশিংগী মনাক্তা পৈরে। সোল্ডিং চনবগী রন্নীং ফুট ১০ খুদিংগী লুপা ৫্ নি, কাংক্রিকস্তু উপু অমা থুগায়বদা লুপা ৫্ নি, চীপ্‌না লুপা ৭্ নি। চুন্নগী হাজিরা শুবা কাওবুগীনা লুপা ৩্ নি। পুং ৮ হেক্ হেন্না শুরকপদা, তম্মায় অমা হাপকৎলি, লুপা মরী-মথায় ফংনরি।

বোরাজাওগা অতোপ্পা ঠিকাদার অমগনা মতেং পাংশিল্লক্তুনা মৈচ্যাং কন্না থবক শুরি।

রোলর হেক্ তকৃখিবগা কাংক্রিক ফুট অমা থানা থাজিল্লি। মতুগী মথক্তা রোলর হেক তকৃখিবগা চীপ থাজিল্লি। মথক্তা চীংলৈবাক চাই ঈশিং চাই অমুকস্থু রোলর তক্লগা মতুংদগীদি কংলকপগা কোয়লাস থাবা হৌরে। মৈচ্যাং অমদা মৈচাক্ কন্না শুনরকপনা, কাংক্রিক অমদি

চীপ্, উপু শন্‌বা নংহৌদবসু য়াওদবা নত্তে। মতুংগুম্বা মথৈনা তকা-দার অমদি, থবক শুম্বিবা কাংবুগী মাহোল ওইনরি।

চয়োল অমা হৌখ্রে, লম্মেল কাওরে। রেজিমেন্টসিগী কাঙবু তেংনৌপলদা হোংলক্রে। মখোয়না হান্না লৈরম্বা গলেল চীংখোঙ্-গীতুদনা অতোপ্পা রেজিমেন্ট অমা লাক্তুনা লৈররে।

গম্ভীরগী ঠীকাগী থবক্, সীড়্যাল টাইম্‌গী মমাঙদা লোইবা ঙমগনি হায়বা উনরে। মৈচ্যাং খজিক্কুংগা হেন্না কন্না শুথনরবদি হেন্না মাংজৌননা লোইবা ঙম্‌গনি, খল্লে।

মরকসিদা বোরাজাওববু মীওই (থবক্ শুবা) চাম্মগা লোয়নননা মোরে-রমদগী থবক্ শুগৎলক্কবা থাখি। মী ২৫/২৫ গী কাংবু মরী খায় দেল্লগা নীং-মাঙ্ চপ্পা-চপ্পা শুগৎলক্লি। বুল ডোজর অহুম্না মতেং পাংলি। মম্না ঙম্বা চীংগী অরাবা মফম নত্তবদুদা থবক য়াম্না লোইশিল্লক্লি। রাল্লর অমগা মীওই ২৫ অমগমু থাজিল্লক্তুনা কয়লাস থাবসু হৌগৎখ্রে।

থা মথায়মুক্ হৌখ্রে। মরক্তা থাংখাঙ্ মচা অমা লৈতুনসু জীপ, গাড়ী মচা, ষ্টাফ-কার, জোঙ্গা, ট্রক্ মকক্তি, হঙ্গৎ হন্দা চৎপা য়ারে। মোরেগী তুরেল মথক্তা গেরিজন্‌সিগী কাঙবুনা য়েংকী থোং অমা শাখিবদগী মখোয়গী কাংবু বর্মা তম্না চঙ্‌শিন্‌খ্রে।

চীং অসিগী মথা থংবা মায়কৈদা, টমুরোম্‌দগী থোরকপা গাড়ী মখৈ, পলেন্ তানা থোরকপা য়ানবা, চীং কতুনা লম্বী অমগা থুনা শেম্নবা হোৎনরক্লি। ডিটোনেটর অমদি ডাইনেমাইটনা অতং অথম্ লৈতনা হন্না থুগায়রি।

নোংমা অমুক অমা জীঃ ইঃ সাহেবনা গম্ভীরবু কৌরকই। মরম খঙ্‌হনা গম্ভীরসু বোরাজাওগা লোয়নননা চৎলুই। মোরে রোমদগী মাইল ২০ গী লম্বী শেম্মক্তবা গম্ভীরদা ঠীকা পীরকই। বোরাজাওনা য়ারহনা ঠীকাহু লৌখি। পংবা রারোইদৌবা মাইল মঙা অমগা

সব্-কণ্ট্রক্টর অমদা থবক শুবা মীওই চামনা কাংবু মরী থোক-থোক্লগা শুবা হৌগৎহনখ্রে। বুল ডোজর অনী অমনা মাতং পাংলি।

হন্দক মরক্ গম্ভীর মপুক্লিংদা ইচিং চিংনবা, নিংকোক-নিংকোক লাওবগুম্বা ৱাখল অমনা পোত্থাকম্ ইখঙ-খংহন্দবগুম্ তৌরি। মোরেগী কেম্পতা লৈনীংবনি অহুবু তেংনৌপলগী কেম্প থাদোকপা য়াদবদগী মফম অসিদা লৈনা-লৈনা, থবক্ য়েংলি, শীন্দোক-শীঙ্গিল তৌরি।

থা মখায়মুক হৌখ্রে। নোংমা অয়ূক অমা কেপ্টেন্ সাহেবকা গেরিজন্ ইঞ্জিনিয়ার অমগা লাক্লুনা গম্ভীরবু লৌরে। মনীংলোমদা পলেলগী চীংখোংদগী হৌনা, মখোয়না তৌরকপা থবক য়েংমিন্নখি করিগুম্বা লম্বী মচিদা তৌখায়ত্নুনা বোল্ডব থাবদগীনা কোয়লাস থাবগী ফাওবগী অথাবহু ফিটানা ওল্লি।

নোংমাইজিং নুমিৎনি। গম্ভীরস্থ থবক মফমদা চৎকদবগী শেন-শারি। ইথা-থাজদনা ৱাংজিংগী মনা-মশাং তম্বা ঠীকাদারহু গুনসিংগা লোয়ননা, য়েন্-পোলাং অনীগা, মনা মশাংগা ট্রক অমদা পুরগা লাকই। মহৌশা মখেদি, নুংথিলগী পূং ১, তাবগী অহুৱাইদা, হেক্-হেক্ লাকপনি। ঠীকাদারহুনা মনা-মশিং থাদখ্রিডৈ, গুনসিংনা গম্ভীরগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা চিঠি অমা পীরৈ। হায়রকই—

"তা মুনান্না পীরকপনি, ওসিমক তায়ায়গী পাওখুন অমা পীরকউ হায়রকই।"

"য়েংগে। জীপকী টায়ার অনী লৈরিসে পুখোরকউ পোংটৈ থরগা পুখিদো লৈ।"

গুনসিংনা গম্ভীরগী টেন্ট মনুংদা চঙ্খ্রিডৈ চিঠিহু ফাক্লোক্লগা পারি। পংশাং শাংনা ইরকপা চিঠি নত্তে। পাবা হেক লোইবগ ইরেন থুপচিন্দুনা ফুরিংথাও জেপ্তা হাপচিন্নখি, অহুগা কুদাম্ পান্ শিনখি। ইমুংদা মনাওগী মনাক্তা চঙ শিল্লগা--

"খঙ্ঙে য়ারনি, হায়য়ু।"

কুইদে ঠিকাদারদুস্তু গম্ভীরগী মনাক্তা চঙ্লকই অদুগা বীল পীরে। গম্ভীরনা— "ঐগী পোত্তি, তাদা?"

"য়াওজরক্লি"— হায়রম্লগা চে ময়োম্ লুম্লপ তৌবা অমা লান্শিল্লকই। গম্ভীরনা পোত্তু লৌশিল্লগা— "দর কম্দৌরি তাদা?"

"কুন্দা, অদুম লৈরি খাঙেন্ অচৌবা ৫ মচা তরাগনি, সাহেব। কাঙ্গোই, তরামাথোই অমগা অমগস্তু য়াওরিবনি।

"বীলদি হয়েং লৌবীরো, হয়েং শেন য়েন্বা হুমিংনি। য়ুম শানবনি লেপশিঞ্জরিসি।"

"ফনি",— হায়রম্লগা অতোপ্পা চে ময়োম্ হায়ফেং চাওবা অমগা পীশিল্লকই। মখা তারকই— "বর্ম্মা নোটনি, সাহেব।"

গম্ভীর ওহাক লকক্ তৌই। ব্রাখল খল্লি। মহু উবদা ঠিকাদারদুনা— "সাহেবকীনি হায়বা মখোয় খংডি, নমদুনা পীশিল্লকপনি। নীশিং মরীতনি সাহেব।"

"ফরে, তাদা, সিগী শেলস্তু হয়েং পুং ২ তাবদা।"

খরা লৈরগদি লম্বেল ফাওরে, অদুবু কোয়লাস থাগদবদি মাইল ২ রাংলি অথুক অমা মোরেদা লৈবা রেজিমেন্টকী কেম্পতগী হেভী ব্রেক্ ফাষ্ট চারগা গম্ভীর কুন্দোং লাইরেম্বীগী জগাদা লাকই। মোরেগী ওম্চাক্লবা হরা-হুংশিংকী মথক্তা, হুংশাগী মৈশা অমদি, কোয়লাস শীদোকহন্‌বগী মৈশানা হেন্না, মৈশাগী চাং হেঙ্গৎলকপতুদা গম্ভীর নহাক্কী জীপ লাইরেম্বীগী জগাদা, উজাও অমগী মখোংদা মোংশোং নরক্তা থম্মী। মনীং খরা ওইরপ মিলিটরী জীপ অমা, লোক্লুংদা ওন্থদুনা লৈরি। থবক শুবা মীওই অহুমগা লোয়নননা গম্ভীর, মহু য়েংবা চংখি। মশাংসিদা জীপ অনী অমগস্তু ওন্থদুনা লৈরি। পুং ১০ থজিক হেল্লকপগী মতম্লি সাইরেন খোংলকই। কুইদে, এরোপ্লেন

পাইরকপগী মখোল তারকই। নেম্মা পাইরকপগী মখোলনি, খোঙ্জেলডু নাকোং শেগায়দৌবগুম্ তারি, খুৎনা মেন্দুনা খাংনরি। অয়াঙ্গা অমদি তানকপদা বোম্ থাদবগী মখোল তারি, মেচীনগন্ খপথরকপগী অমদি মরুনা পান্‌বগী মখোলসু তারি। বোম্ হেক্ পোক্‌খায়বগা মৈ-হৌবা, মৈনা উ-ৱা পোংচৈ চাকপগী খোঙ্জেল ফাওবা তারি।

পুংখায়মুক্কী মতুংদা সাইরেন অমুক খোংলকই। মোরেগী কেম্প মৈ চাল্লম্মে। মতুগী পরেংদা মরক-মরক্তা শাবা টেন্ট মখৈসু মৈ চাকখ্রে। থবকশুবা মীওইগী মতুংদসু অশোক-অপন্ অশিবা য়াওরম্মী। কুইনা পম্থরমদ্রে গম্ভীর, তেংনৌপালদা মাগী পোংচৈ খরা লৈহৌবদু য়েংবা লাকই। তেংনৌপালদসু কেম্প অর.স্বা মৈনা চাল্লল্লে, মৈনা চাকখিবা পোংচৈ ময়ামতুগী মরক্তা, নোট চবুল-চবুল কয়াম্ব. চাকপা লোইদতুনা লৈরম্মী। চৈশাংনা কোখোত্তুনা য়েংনবদা অমতু লৌবা য়াদ্রে. লোয়না পুককা কারম্মে। অশোকপা সিফ ই খরা স্নাহল-লোকচাওদা পুগনি হায়দুনা গাড়ীদা হাপকংলম্মী। অশিবা মীদি অমত্তা থেংনদে। থবকশুবা মীওই অমনা গম্ভীরদা ঙম্বদি— “অশিবা মখৈ হান্নবা হোনখ্রে”— হায়রকই।

গম্ভীরগী ফিরোল কোল লীক্ লোইনা চাকখ্রে। জীপকী টায়র অনীগা, শডুন বেগ অচৌবা অমগা, মোরেগী চেং বোরা অনীগা গুনাসিং লাকপদা পীখি অতৈ শেনফম্ মখৈদি মশাগা কোল্লরি, জীপকী টুল বেক্তা য়াওরি। গম্ভীরনা হনখি— “গুনাসিং লাক্লম্বা তাং চাখ্রেদা।

গম্ভীরগী মপোংচৈ-মচৈ চাকখিবা অমদি মহাক্লা মথন্নাই ব্রাখিব ইন্নুং-নুঙাইতবা মিলিটরীগী কাঙবু খংখি। মী ৫০০ রোম্না থবক শুরম্বা মফম্নি। বোরাজাও অমদি মহাক্কী সব-কন্ট্রেক্টরদা খরা খায়দোকখ্রগা মী ১০৩ চপ-চানা থবক শুরি। নুমিদাংবাইরম চাবা থকপগী

ল্লাংশিল্লবা থিগৎলুবদদি থবক শুবা মীওই ৭১ দা মঙাইরক্নে। অশি-অনা য়াওবনরা নত্রগা লোন্না চেন্‌থিবনরা মহে-মহৈ খন্নখি।

মথংগী নুমিৎনি। গম্ভীর কোয়লাস থাগদবা-রাংলিবতুমখৈ মফম অনী থোক্না রোল্লর অনীগা লোয়ননা থবক শুরিবতু য়েংলি। ষ্টাফ কার অমা তোংলগা কর্নেল-সাহেব লাক্নই? কোয়লা সথাবা লোই-শিন্‌বা ঊমদ্রবদি, কয়লাস বোরা থাজিল্লব্রবা হায়রম্মী। মতুদা গম্ভীরনা "লোইশিনখিনি।"— খুমখি।

নুমিৎ মরীনিগী মতুংদনি। গম্ভীর কোয়লাস থাবা লোইশিল্লক্লবতু য়েংশিল্লি। ইখঙ্‌ খঙ্‌হৌদনা মহাক্না লুনা তিন্নবা কেপ্টেন সাহেবতু, ভুংলোমদগী জীপ অমা থোরগা লাকই। ততুনা কোফি থক্‌মিন্নবা, চাক্‌ চামিন্নবা লুনা তিন্নবা মরুপনি। মশাং অতুদা বোম্‌ থাদরম্বা নুমিত্তুদগী অমুক্তা উনরক্রি, বর্মারোমদা চঙ্‌লম্লগনি খল্লম্বনি। গম্ভীরগী মনাক্তা কেপ্টেন্দুনা— "ডিস'জ 'য়োর পার্মিট টু ইয়ুজ দি জীপ"— ফুরিৎ খাওদগী লৌথোক্লগা হেক পীরকই। মখা তারকই— "'য়ু কেন্‌ ইয়ুজ, সো লোঙ্‌ 'য়ু রেণ্ডর সার্ভিসেস টু বৃটিশ ফোর্স।"

"কাইণ্ড ওফ 'য়ু সার। থ্যেঙ্ক 'য়ু ভেরী মচ।"

মথোয় অনীমক্‌ জীপতা ফমিন্নরি, রারী মখা শানরি। কেপ্টেন সাহেবনা-- "য়ু কেন্‌ কোভর ডি রেস্ট, বীঠ টার্ড গন্নী বেগস।

"নো। আই সেল কম্প্লিট ইট সার।"

গম্ভীরগী জীপ উখাদা মোংশোং মরক্তা থম্লিবতু উই। মতুগী মনাক্‌ তান্না কেপ্টেন্না মাগী জীপ্তু থৌজিন্‌খ্রে। মাগী জীপ্তুগী নোট বোরা কায়দ্রিবা, অচৌবা ময়োমতুগা মিলিটরীগী ষ্টিল বোক্স অচৌবা অমগা মথোয় অনী চঙ্‌তুনা গম্ভীরগী জীপ্তা হাপ্‌মিন্নরি। মতু হেক্‌ লোইবগা, কেপ্টেন্‌ সাহেবনা বোরাতুদা থিল্লগা,— "ডিস 'জ বেলেন্স এমাউন্ট পেয়েবল টু 'য়ু। এষ্টিমেটেড কোষ্ট প্লস টেনটি ফাইভ

সের্ণ্ট, এরাউণ্ড, ফুড সপ্লাইড টু লেবররস এণ্ড কম্প্লিসন্ ওফ ৱার্ক বিফোর সেছ্যল টাইম্।"

গম্ভীর খুম্ফম থঙ্‌দে তিঙ্‌ক-তিঙ্‌ক য়েংহুনা লৈ। কেপ্টেনা ষ্টিল ট্রঙ্কতা থিল্লগা—"ইফ এলাইক, ডিস ট্রঙ্ক ৱিল বি কলেক্টেড ফ্রোম্ 'য়ু।"

"সেল কিপ ইট ফোর 'য়ু।"

"'এমঃ প্রোসিডিং টু টম্যু, ৱীস 'য়ু গুড লক্"—হায়রগা মরূপ অনী চেৎনা কোন্নরি। মতুংদা চীং কক্পগী লম্বী শেম্বগা. বীল অমা পুথোরকই, মহুদা গম্ভীরগী সহি লৌখি।

কেপ্টেন সাহেব জীপ অমুক তোংখৎখরে। মকোক খিন্দোরল্লগা মখুৎ হাইরা হাইরহুন—"বাই-বাই।"

"বাই-বাই"—গম্ভীরসু মখুৎ হাইরা হাইরহুনা খুম্মী।

থবক্তি লোইদ্রি, ফাইনেল-বীলদি পীরম্লে. মখোয়গী কাঙ্বু মকৈ মোরে থাদোক্লমহুনা বর্মাদা ঙন্না চৎখ্রে।

কেপ্টেন্ সাহেবকী জীপ মমাঙ্‌লোম্‌দা স্থম্ থোগৎখ্রি। গম্ভীরনা জীপ্পা স্থম্ থোখিবহু চক্ য়ূংবগুম্ য়ুংনা লেপ্লহুনা য়েংলি। করি খল্লুরবনো, মমিত্তা ঈরা খজিক্ হৌরক্‌ম্ তৌখি। মশেল্ মরাক লৈচীল্লক্তা, থোখিবগুম্ জীপ অহু লেপ্পা নাইদনা থোখ্রি। কেম্পকী মরুমদা হাইজিন্‌খিবদগীদি অহুম উখিদ্রে।

———

"ইবুঙো গম্ভীরসিবু শাউথ্রব্রনে মাই 'পাবুং''— মমাইবেম্মানা খুত্তুমদা হিদাকপু চিংবগা লোইননা মৈখু কামথোরকপদা হায়রকই।

"করিগী, মবুক য়াম্না ঈংবনি, ফবনি। মীনুংশি চাউবনি"— মপাবুং শেলুংবনা খুম্লকই অতুগা হিদাক অমুক্ থকৃথি।

"অমুক লাক্কনি হায়রম্লগা মরাক্তগা, চৎলমদাইদসু চঙ্লক্তবা অতুবু হৌনব্রনে, মাই 'পাবুং?"

"থবক শুবা মীওইশিংতু বেরা তৌনমাল্লে। মখোয় কেপ্টেন্ সাহেব মশামক্ লাক্লগা পুখিবনি অতুননি।"

"ইমুং-মনুংদা চৎকে ফাও তাক্লমদবসিবু হৌনব্রনে মাই 'পাবুং।"

"লাক্লনি কুইররোই, মোরেগী লম্বেল কাওরে হায়বনি। মখা থবক লৌথরম্‌দৌসু মাল্লি।"

মপান্দা নোং কম্না চুরি। নৈফু অমা তিক্লা-তিক্লা মপাবুগা মরী শারি। মপাবুংনা মখা তারকই—

"থবক্তা মায়পুনবা মীতনি, মীওইদৌবা। এখোয় ইবেম্মসিতগা তারনদ্রবদি নুঙাইরম্‌গদবনি।"

খ্বাইরন্দ চুকান্দনা গম্ভীর, মাগী ফমুংদা হিপ্লি। মিলিটরীগী তু অকুপ্পা পতুগী মরাক অচৌবা কম্বলতু ময়ায়দা থুপ্লগা মতুমা-থপ্লি। মিলিটরীগী অথাবা-কম্বল অনী অমনা থুপ্লগা মোম্পাক্ ওইনা লৈরি। মোরেগী লম্বেল কাওরে। মোরেদগী থোরক্লবা লম্বী, চীংগী খারোমদা শেল্লিবতু মোরেরোমদগী মাইল তরাগী ঠিকা অমগা অমুক্ লৌথরম্লে বোরাজাও তাকাদারদা শিন্নরম্লগা থোরকপনি। দরকার

লৈবা শেল গম্ভীরনা থাদরকপা, শেন্দোংনা তঙ্খাই-তঙ্খাই য়েন্নবা হায়না ঙাংনরম্মী। শেল ময়েক ওইনা লিশিং তরাস্থু বোরাজাউবদা শিন্নরম্মী।

ঙরাংতা থোকখিবা থৌদোক অমা নীশিংলকই। থোংজোমগী মনা মশিং তম্বা ঠিকাদারগী গাড়ী, মখা ইথা-থানা, জীপকী পার্টশিং টাইয়ার, টিউব পুথোরকই। টাইয়ারশিংত্থদা নোট নম্‌শিল্লকই। লিলোংদা এমঃ পিঃ না চোক তৌখিবা, মহাক্কী হুকান্ য়ৌরক্লগা ময়াম্ চঙ্‌ত্থনা গেরেজদা থাংজিনমিননখিবা মথং-মথং উরকই। এমঃ পিঃ না ফাখিদবা মরাইবক ফৈ খঞ্জরি। মহাক্কী লৈজরিবা শেনফম্ থরসি কলিকাত্তাদা থুনা থৌদোক্লীংলি। মতম অসি মিলিটরীগী পোৎ অমত্ত সিভিলিয়ানগী য়ুমদা থম্বা য়াদবা মতম্নি, এমঃ পিঃ না লাক্লগা হেক্তা ফাগৎলৈ। মহুগী ব্রাখল গম্ভীরগী মকোক্তুদি চঙ্‌বা ঙমদে। মহাক্কী সাহেবনা মহাকপু লুনা তৌবনা হেল্লি।

মথংদা ব্রাকম্ অমা স্থুম্ নীংশিংলুই। অঙাং ওইরিবৈগী ব্রানি। চৈরাওচীং কামিননবদা, পাই অমমম্ কংমিন্নখিবা শং শং উরকই। কুমথরক্তুনা চীংখাঙ্ য়ৌরকপদগীদি, নোংলৈ ন্থংশিৎ অকনবা শিংপা থেংনরে। স্থুরেসকা স্থুমতীগস্থু কদায় য়ৌব্রবগে হায়বা ঙম্‌দে।

চীংখা য়ৌরকপদদি. হেন্না কনখংলক্কে। উ-ব্রা তেক্রক্লে, ব্রান মতোন্ লৈবাক্ শোক্লা-শোক্লা, হাইথা-হাইথা খাঙ্‌লি। অখাক্ অরাং য়াওদবত্থতং মরায়বক্ ফবনি। তাঞ্জা য়েং-য়েংত্থনা লমজিংত্থনা পুরকপনা নোংলৈ-ন্থংশিৎ অমা কন্না হুম্‌লকখি। মখোয় অনী চোজেং কোন্‌-শিন্‌মিন্নত্থনা খাঙ্‌খি। মহাক্না হায়খি—"পুন্সিসিমগী কায়নন্থশিকে।" ঐনা খুম্‌খি "উম্" ।—

অকি তুজুং য়ানন্‌খিবা খোদোক অমগা নীংশিংলক্‌ই। মপুং হাইফেৎ ফারক্লবা মতম্নি। লাইরিক তাবা চৎখিবা মধৌ, কাংজৈবুংদা লৈপুং ফম্বা চৎকনি হায়ম্বত্থনা খঙ্‌হৌদনা হঙ্জিল্লকখিবা থৌদোক্নি। গম্ভীরগী খুরুম জুরী মখাদা থম্নম্মী, অত্থগা স্থুমতি মচিন্‌-মনাওগা

াগা মখোয় অহুম্ শিংজু চামিন্নখি। সুমতিনা শন্থল্লে মরক্তা, মধো ম্লকপা উখিবদগী খুৎলে থুনা জুরিদগী খুরুম্ মচিন্-মনাওগী কাংখদা লোৎখি। গম্ভীরস্মু মচীন-মনাওগী ফমুংদা লোৎখি। ইমুংদা মধোনা ংলকপগা—"সুপীমচা, হৌজিকপু কাংখল থারিবা?"—

"ফমুং মোত্তনবনি ইধৌ, ওহাকস্মু পোত্থারম্বা"—খুম্মী।

"ইধৌ হৈরুক্, পীয়ূ, হৈরুক্-হৈরুক্"—সুমতিনা পরপ্-পরপ, ংশিল্লক্লগা, মধোদু ইন্দুনা মধোগী ফমুং মনাক্ ফাও পুখি।

"শে-শে নচীন-ননাও চামিন্নৌ"—হৈরুক্ পীরকই।

ৌবোং অমা মাগী ফমুংদগী লৌরগা মধোদু থোরকই। খুরুমগী কো-ঙৌ মচীন্ হেন্দোরকপদুনা খুমিত্তা থোংখিদুনা ঈ থোকই। হেক্ লুক-বদা কাংখদা লৈরিবা খুরুমদু উই। মদু লৌরগা মচেক্লা থাজিন্দনা শম্মী—"কনাগী খুরুম্নৌ?"

"ভাদগীনি"—সুমতিনা খুম্মী। মধোনা থাজিন্বা হেক্ লোইব-গা সুমতিনা পুথোকখি, অদুগা মবুংগী কাংখদা থম্লুই।

"মাগীদি হল্লিবদাইনে।"

"হান্নগী অমনবনি"—সুমতিনা খুম্মী। মখা অমুক্ তারকই—"কম্ফোটি পুগদ্রা ইধৌ, নাকথদা য়াল্লে। থোকও ইধৌ।"

"নচে নখোয়' নী থবক্ ভৌরগে হায়বা? হোই হোই"—মধৌ থোকাখ্রে।

মতমসিদা গুণসিংনা কোফি কপ্ অমা লান্শিল্লকই, অদুগা "ভায়ায় কোকি। ঈংবসিদা মুংওাইনি"—গম্ভীর খংপ্রেক খংউি। অদুবু ইফিং ফিংনা ইকাউ কাউই গুণসিং, ঐখোয়গী দের টনগী গাড়ীদুদি?"

"মিলিটরীনা লৌখৎখ্রে। পুম্না ১৫ নি। মমলনা ভামচাদা লিশিং অনি পীরম্মী।" খ্বাইদগী য়াম্নবনি অতৈদি মহুদগী হম্থবমক্তনি।

"ও মানা লৌখ্রবা।"

নোংস্থ খরা পাথরই। মপান্দা গাড়ী অমা খামখিবগী মখোল তাখি। ওহাক নৈরুগা খোঞ্জেল অমনা —

"হো সাহেব, গম্ভীর সাহেব"— কৌরকই।

মনিবাবুগী খোঞ্জেলনি খঙলদুনা গম্ভীরস্থ মথক্কগী কুমথরকই। মরুপ অনী মখাদা চৌকী অমমম্দা ফমিন্নরগা ৱারী ওহাক শারি। মনিবাবুনা —

"সুরেসকী থবক মতৌসি মওং অমা চাদ্রে। হাজিরা শুবশিংদু শেল মতম চানা পীবীদ্রনাল্লে। কেপ্টেন সাহেবতা ৱাকংলরে।

"কৈ, মাময়ায়নবু তৌহল্লগে, শেলনা এনা থাদনি। অদুনা এ শেল কন্না তান্দবা য়াদবনি, মীনা ভুশিত্রে বাবু।"

"তানবগী পেনবা নাইদবা শেলনি, ঠিকা তৌবীয়ুনে। এস, ডিঃ ওঃ কান্নদে।"

"থবক মফমদা থরো-থরো ওনবদু ৱাই খরা পোথাখিগে বাবু। শেন্দোং তম্থায় য়েন্নবীদা খরা থাদজরি বাবু।"

"সাহেবপু উশিত্রিবা মীদু অমুক্তা থড়নিংখ্রেদা, সাহেব। ঠিকাদার পুম্নমক্, শেন্দাং অওনবা তাবনি, মচং খুনথ্রে। চপ মান্নবা হায়নরিসিদা।"

"অতৈ নত্তেদা, মহাক্না ওস্থোক্না উশিত্রে। থাবল চোংবদা পায়, লিকোলস্থ অদুম মশুই। ইয়াদা য়াখি। কন্যাদান্ তৌবা নুমিত্তা মহাক নৈ লেংভস্মী।"

"অদুগা কৈদৌরবা?"

"লেংবা হেক্ লোইবগা হিদান্দ কাখংকে তৌই। ওমদে তুই শৌগৎপীগে চেন্শিনবদা য়াদবা।"

"সাহেবতি মৈ ওকপীত্রা?

" ওক্তে। "

" অহুননি। থাদা পম্লিবা অঙাং পীশক, পোলাংখোক্তা ফোবা ফিনা মৈ ওক্তনা কোন্‌বা হৌনদে। লাইশংগী লাই ফাওবা বামোম্না, মৈ ওক্তনা, ফত্ত-হৌদি তাম্থোক্লিনি। "

" তাইরেল মশাকাস্থু থেৎনৈ থোঙ্‌জিন্দা, চুম্মী বাবু। "

" পলেলগী চীংদগী লাকপা, লম্চাং তুহাং কয়া লাল্লক্লব। সাহেবনা মিলিটরীগী ফিজোলদা, মঙ্‌ শেক্লা নারবা মীহু করম্না তাপ্‌ পায়গদৌরিবা। ফত্তবা লাই লোইনরক্লম্মদি খুদক্তা শিরোইদ্রা? শিবদি কনাস্থু পাম্‌দে। "

গম্ভীর তুমিন রাখল থম্থখি। নথা অমুক তারকই—

" লৈ-পরেং ফজনা থরাই য়াওনা হুকপরা, কোক্‌থক্তা হেক্তা থাদত্রা? "

" ফজনা তপ্না হুক্‌খি। "

অহুদি সাহেবনা লাল্লে। মহাক্‌দি সাহেবপু নুংশিজরি। য়াম্না নুংশিজখ্‌বা জাৎনি।

ঙহাক থম্লগা চুম্মী বাবু, ঐ লাল্লে। ওম্থোক-ওম্থোকপা রাখল চক্তা থম্লুরেদা। ঐ খঙডি মানা হুকখিব লৈ-পরেং। এদি থৌশাখিদবা, শাউনীংবদগী।

কৃষ্ণগী মরালদো সাহেবস্থু লংজরে। রাধাগী মখোঙ কোন্দুনা পি তানা হায়জরবতদা রাধানা ঙাকপাখি। থুজেংতদি পায়বী তারে, লাল্লে হায়বী তারে।

মোমোন নোক্লগা গম্ভীরনা — অহুদা তাইয়ে বাবু।

মহাক্কী মরাল খঙজরবা গম্ভীর য়েক্রবস্থম থম্লমবা মহাকপু থংনুং নুংশিরকই।

———

কুমসি চহীদি, ইঙা হেক্ চঙ্‌লকপদগী, নোং নিংথিনা চুরে। পুখ্রি, খোংবান-লুক্রাং, পাৎ, তুরেল লোইনা ঈশিংনা ইরং-লংনা, লৈনরে। খুঙ্গংগী লৌবুক খুদিংস্থ ঈশিংনা ইরং লংনা পাত্বনা লৈনরি। লৌমী-শিংগী থবক চিল্লবা মতম অসিদা, লাঙ্গোন্ য়ান্দূনা, খুঙ্গংগী চীংয়া-তময়া, লৌবুক্কী মালংদা খুলং-ঈশৈ অমদি অর-তিতিগী নুংশিরবা খো-ঞ্জেলদি তাবা ফংদ্রি। লৌবুক পূম্বা নাপী শিংবী, চোম্লাং, পেরুক্, কোম্পেক্, কাউথ্রুম, কৌথা পাম্বীশিংনা মতম ফনা হৌরি। অত্বু ইঙেল চঙলকপদদি, লাংকপ্ লাংকপ্, মকম্ খরা খরাদা লৌ উবস্থ ময়াগুনরক্লি। হৌথিবা চহীগা য়েংনরুরবদি উদবা-গুম্বনি। অতোংবা লৌবুক, অমদি শাবল্‌শিংদা নুপী নহাশিংনা থবীস্থ থানরি।

সরকারগী শোরোকশিংদদি নুঙ্ থারি, চৎপদা খোঙ্ নত্রগা খোঙউপ্তা লৈখোম্লা চবাক্-চবাক্ থোম্লগস্থ. চৎপা ময়ারি। লৈরক-খুল্লক্ অমদি খুঙ্গং অমগা-অমগা কাওবা লম্বীশিংদি ঈরম্ খোংলম অমদি ঈশৎ ফত্তবনা, অমদি শোরোক ময়াদা ঈশিং থুম্বনা লৈখোম্লা থুকউ য়ৌরি, চখোক্ চৎশিন্দা খুদোং চাদ্রি।

ইনাক্ কৈরাক খুনবা মীওই খরা নত্তনা, লাঞ্জেল্লকপদা পুনরকপা হরাই-চেংরাই, থুম-থাও, কেরোসিন্ লোইনরক্লে। খুঙ্গংশিংদা কোত্তা, খরা-খরা য়াওরম্বা কৌনা য়েন্নত্বনা চানরি। নোংমা-নোংমগী অরাৎপা হেঞ্জিল্লরক্লি, চারা অনী মপুং-ফানা চাবা ঙম্মরক্তবা। ব্রানরকপা য়াও-নরক্তবা নত্তে। থাউমৈ মঙালগী সমস্যা লৈরকপদগী অমুক্কী য়েন্দা অহানবদা হৌগৎনত্বনা, ঙম্মা চাক্ থোংত্বনা চানরি, মুমিদাংগীস্থনুমিং লৈরিঙৈ থোংত্বনা চানরি। শুফম, নোম্ফম, চখোকফম, কোইথোকফম, খুদোং চাদবদগী চাবগা, ফম্বগা, তুম্বগতনা লাঞ্জেল্লকপা মীওইশিংগী মথৌ

ওইবা য়াওনরি।

বর্ম্মাদগী চেল্লকপা রিফিউজীশিংগী মরক্তা নানরম্বা, খোঙহাম্বা, ইতোন্, স্মোল পোক্স, টাইফোইড, অরুম হৌবা মণিপুর শিন্-থুংনা শন্দো-রক্লে। অচৌবা খোঙ হাম্বগী লায়নানা মুমিৎ খুদিংগী খুল অমদা মী ৩/৪ দি শিনবা য়াওনরি। ইমুং অমদগী মুপ্পা শিবা, কু-ফাং চন্দুনা পুথোক্লবসু য়াওরি। অসুম্না রানরিডৈ মথক্ অসিদা মুরান্বা দাকু, লুট লাক্লমুনা পোৎ-চৈ মুন্থিমুনা চেংপোত্তা মাইরেল থোনবগী রাফম্ লাক্লি। অরাবগী মথক্তা হেন্না অরাবা, হাপকৎলক্লি। হেণ্ড-লেম্প ৪/৫ ঙান্না থাঙ্গৎমুনা শুণ্ডা ১০০/২০০ না মথুক্তা ফর-ফরবা খুলায় পায়নমুনা ইফোং-ফোংনা মচিঙ্গাক্ খরা-খরা চাবা ইমুং খুদিংদা লুট চঙলি।

হৌজিক-হৌজিক্কী শেলগী দরকারনা হেঞ্জিল্লকপদগী লৌউমুনা, মতম মাংহন্বগী মমুক্তা, লৌমী অয়াম্বা কাঙবু কাঙবু চত্তুনা ঠিকাগী থবক শুনবা য়াওনখ্রে।

ইঙা হৌখ্রে, ইঙেল চঙক্লে। খোঙ্ হাম্বগী অনাবা অচৌবনা খুল খুল খুদিং শিন্থুংনা শন্দোরক্লে। মমুগী মতেং টাইফোইড, স্মোল পোক্স, ডাইসেন্ট্রিনা পাংশিন্দুনা ইমুং মুপ্পা-মুপ্পা শিনরক্লে। মমুগা ইরোই-মনা লুৎ-পাৎ, তৌবসু হেঙ্গৎলক্লি। প্রজাদা হন্না-হন্না অরাবগী চৈথেং পীরি।

থা-মথায়মুক হৌখ্রে। অমুক্কি গোকুল অমদি গম্ভীর মণিগা লোইন লম্বালদা লাকই। লমশাংগী লম্থায় হাইজিন্ফদা শোরোক মচিদা জীপ্ থম্মগা মখোঙ্‌না চঙ্লকই। মণিনা পুরকপা পাখং অমনা জীপ্ শঙ্হৌরি। লম্বাল তারক্লিবা লম্বী অসি লৈখোম্না খুজেং য়োই। গম্ভীর অমদি মণি গাম্বুট থুকউ য়োবা অম্মম্ উপল্লকই। গোকুলদি মহাক্কী শউন্ খোউপ জীপ্তা থম্লম্মী। মণিনা লম্বী খঙবনিনা মাঙ্-থানা লম-

জিংলক্লি। করিগুম্বা মফমদা লম্বী ময়ায়দা ইশৎ পুবদনা লৈখোম্না খুকুউ য়ৌরি। অদুগুম্বা মফম্ শিংদু, মণিনা তাক-তাক্লুনা কাপ্ল-কাপ্লগা সুন্-সুম্ চঙ্ শিল্লক্লি। পরা অহুমলোম চঙ্ শিল্লবা মতুংদা উচিন-নাচিন্ দামুনা লান্চেন্ফম য়ৌরক্লে। লম্বী ময়াদা পুখি থোইনা চাওদবা অমা লৈরম্মী। মোইরাং লাইজিগী চিথেক্তা রা মরীথক্ থাই, মদু থোংগ্রানি। মদুনা মদুদা কুমথদুনা গোকুলনা মখোঙ মখুৎ হাম্দোক্লি। গোকুল হেক্ লোইবগা পাখং অনী অমুক্ কুমদুনা গম্বুট চাম্থোক্লি।

মণিদনি খুঙ্গংশিংদা খুল অমগা, খুল অমগা ফাওনবা লম্বী শোরোক্কী ফিবম খঙবা। মরনদি মখোয়গী লৌ, মকনসিদা লৈ।

মখোয় অহুম্মক্ মণিনা লমজিংদুনা পুখ্রিদুগা হেক্ মায়োক্নবা কোম্হোঙদা চঙলক্লে। কোম্হোঙ চঙ্লকপদগীদি রা মরি-মরি থারম্মী কোম্হোঙদগী য়ুমজাও তাপ্না চঙ্বা য়ুমজাওদগী মমাঙ্-শঙ্গোই তাং চৎপা, থারিবা রাদুদা ঙাক্তা চৎলি। অরাং শঙ্গোই অমসু লৈ, মদুদনা রা মকক্-মকক্ মরিখক্ থারি। মদুদা চঙ্লি।

অরাং শঙ্গোইদুদা লৈশাবী ময়াম্ ফৌ শুরম্মী, মদুদগী মকোক্তা য়েংলিবা ফি লৌগোক্লুনা ইন্শিল্লগা লৈশাবী অমনা —

" পাজীখোয় লেঙ্বীরক্লিব্রা " — হংলকই।

" গোকুল ইঙ্ক ঙকই, মুন্না য়েংলগা — " সুমতি নব্রনে ? "

" নাণি পাজী, মাঙ্গোললোম্দা লেঙ্শিনসি "—হায়রল্লগা লৈশাবী মানা মাঙ্ থাদুনা মাঙ্গোল্লোম্দা চৎখে। ফমেলদা থারিবা ফক্ অদুগী ময়ায়দা, ফি তাঙৌবা অমা নিংথিনা থুপ্লগা থারি, হিদাকপু অমসু ঙাম্বক পাল্লগা থম্লি, লা তাঙ্গ অমগী মথক্তা গ্লাস অমদা তারোন্গা চা হাপ্লগা থম্লি। মদুগী হেক্ মনাংদা ফক্লাং ময়াদা মমাঙ্ ওন্না ফক্ অমা থারি, মদুদা গোকুল ফম্হল্লে। অরাংফম ফম্লিবগী মনাক্তা নাকুথদা ইমুংদগী ফক্ অমা লৌথোকলুরগা থারি, মদুদনা পাখং অনী

ফম্হন্লম্মে।

"ঐখোয় পাজিদি অরাংদা বামোন্ মাগুবতা চৎখি, কৌহঙ্গ-রূগে, চাস্থ ফান্খিসি পাজি।"

"ঐ চৎলগা উনরুরগে।"—গোকুল ফুক্ হৌগৎলগা অহুম্ চৎখে।

সুমতি মমাঙ্ শঙ্গোইদা চা লোন্বা চৎখি।

অরাং শঙ্গোয়দা লৈশাবী ময়াম্না মতম ফনা ফৌ শুরি। খোংজাই শুম্বল মথুল লাওতক্ তৌবা অমদা লৈশাবী অহুম্ মথুত্তা শুক্ অম্-মম্ পায়রগা ফৌবী ফাংলি।

অনী অমনা পুন্না পুন্না শুরি, অমনা মতোমতা শুরি। লৈশাবী অনী অমনা মৈতৈ শুম্বল অমদা চেং চোইরি। খোংজাই শুম্বল অতোপ্পা অমনা, লৈশাবী অমনা মচং চোইরি। লৈশাবী অনী অমনা মথুত্তা হংকোক অমম্ পায়রগা হেক্ মুল্লকপগা, শোন্দোক্তুনা খপ্লি। রাই মখৈ অমা, চেংকুপ চগেম মখৈ অমা, মমাঙ্গী ফল্লাং ময়াদা থারিবা কৌরাদা তোঙান্-তোঙান্ খপ্লি।

খোংজাই শুম্বল্ অচৌবদা ফৌ লংনরিবী লৈশাবী অহুম্তুগী মইতোম্ শুরিবী লৈশাবীতুনা ফৌশু ঈশৈ শকলকই।

লৈশাবী — হয়াহে।
ময়ামস্থ — হয়াহে — খুম্মকই।
হয়াহে — হয়িউৈদা
কাংলৈ-নুংনাং — পান্দুদা
চাকচা-য়ুথক — তম্বদি,
কংলৈনা পোইরৈ — পুঙময়োন্গী
খুরাই অহোঙ্গে — লৌদগী
ফৌনা কৈকা — তম্লক্লে।

পাখৌ অহোংবা — মমোম্মা
মুরা খ্বাংজেৎ — মচি-লাং
তুংয়ান্ মমৈ — য়ান্দুনা
পুন্সি-লৈপুল্ — ফংনবা
পম্বৌ শুম্বল্ — মাঙ্দা থা
শুক্না কোম্থোঙ — খাদা চন্
মুরানা মোমোন্ — নোক্তুনা
শকচরক্লে — শৈহৌদো
নিঙোল লাইবক — চাওবীনা
ব্লাখলগী চৈশু — পায়তুনা
পামুগী মফম — খঙজগে
পায়মা রাখল — চাওজগে।
শুক্না মপান — শারগা
য়াংকোক্না মহৈ — য়াল্লগা
শুম্বলন্না মক্ক — ওইতুনা
পামু নফম — খঙজগে।
হাদা পম্বৌ — অপোকপা
পম্বৌগী শঙ্লেন — অসিদা
নিঙোল ওইবী — ঐহাক্কী
পুন্সি লেল্লু — তম্দেদো
শানৌ মরান্ -- য়োৌখ্রগে।
হাদা মাঙ্গা — পামুবা
পামু নফম্ — য়োৌজগে
মুংশি পম্থুং — তাঞ্জগে
মাঙ্গা নপাও — ঙাইজবা
চেঙৌ তান্না — চোইজবা

## পুক্নিংগী অয়েঙ্পা — খঙ্জগে
## পামু নপাও — শেংগুকও।

ফৌশু-ঈশৈ শক্তুনা, ফৌ লড়নরিবা অহু তাবমু মুংঙাই, কুম্মে-শুম্ য়েংবমু মুংঙাই।

গম্ভীরগী পুন্সিদা, শুম্বল অমত্তুদা লৈশাবী অহুম্না ফৌ লড়নবা অমুক্তা উরক্ত্রি, ঙসিনা অহানবনি। মচন্-মুপীগা মমাগা ফাওবা অমুক্তা ফৌ শুমিন্নদে, লড়নখিদে। ফৌমু লৈতে।

"অহুম্ লঙ্নবমু য়াবোইরে"— গম্ভীরনা তপ্না হায়রকই।

"য়াই, থুনা মুন্বা হেল্লি"— মণিনা খুম্মকই। মখা তারকই— উশোবকুম্বা ভৌবা তারবদি অসুম্না লৈকায়গী লৈশাবী ময়াম চঙ্তুনা ফৌ হেক্-হেক্ শুই।

"মান্নি ইবুঙো, হংচিংকি উশোবকীনি"— অরাংফম ফম্লিবা অহলতুনা খুম্নকই।

অরাংফম ফম্লিবা অহল অতুনা লা-তাঙ্গ মচা-মচা, লাখাং মচা-মচা য়াংলগা, ক্ষা খুনাওবী মতোনমুক্তা চাওনা শোইরগা, মনানা খুবী-মুক্তা চাওনা, কাত্তিনা য়াত্তুনা লুকমায়দা মথং-মথং থাঙ্গৎপদু উবদা মণিনা— "ক্ষাগা মনাগসি তাঙে, ইপল।"

মমলগী রা নত্তে, পোৎসি ফংদবনিনে ইবুংঙো"— অরাংফম ফম্লিবতুনা খুম্নকই।

অরাং থংবা ফক্লাং ময়াদা থুম্মোক্তা য়াওরিবা ঙাম্বক অহনবা ময়াম, শাইরুক মচা অমদা থনকোক হাপ্লিবা তিকী কাঙ্গোই মচা, লাদা হাপ্লিবা অশুবা হীদাক শের মখায়মুক্তু উরুরগা মণিনা—

ঙাম্বক্তা খুদোং হাল্লগা লান্দো শরুক, বেরীগা মৈখেৎকা লানবনা থৌ শম্মোইদ্রা খুরা?

সেবা তৌবদা তয়াং তয়াংঙি মন্থ। মসিনা লুখ্মী। ইপা-ইপু হাক্ত-ক্তগী চৎনরক্লবনি। চৎনখিনিবো ইবুংঙো।

মতমসিদা দামুগা গোকুলগস্থু চঙ্‌লকই। গম্ভীর উবদা দামুনা—"ইবুংঙো গম্ভীর নত্রনে, সিফাই খল্লব্রনে?"

"খন্দে পাজি, ফিজোলসি নত্রদি ঐনা জীপ অমা থৌজরিয়ে, হেক্ হেক্ থেঙ্‌নবগা মিলিটরী পুলিসনা পংখামদা খাম্মী অদুগীনি।"

মরুপ অনীমক মখোঙ হামদোক্লে, খুদৈনা তৈথোক্লগা ফক্ অমত্তদা মমায় অরাং ওল্লা ফমিন্নিরি। মতমসিদা সুমতী পুখম অমদা চা গ্লাস ৫ হাপ্লগা পুথোরকই, অদুগা অমমম্ য়েল্লি। গোকুলনা —"ইবেম্মা সুমতি, সিদা লৈবসিবু সুংঙাইব্রনে?"

"শিদোবোইদা নীংঙি, শোরোক্ কৈথেলদা হোঙ্গৎলসিস্থু পাজিনা য়াদে।"

"কোংবদদি অনা-অয়েক্ খরা শাকৈ ফার্ম।সিদা হীদাকস্থু অদুম ফঙ্‌ঙি, ইম্ফালগী শনম্-মীনম্‌স্থু অদুম্ লৈ"—গোকুলনা খুম্মকই।

"কোংবদা লৈরম্মদি ইমাস্থু, তাদস্থু শিরম্মোইদৌনি"—হীক হীক কপ্লকই, মমিত্তা মপি চেস্থরকই। কুফাংচল্লগা পুথোকপা ঐঙোন্দা থোকখ্রে ইতাও। হয়েং লেঙবীরকখিদ্রা পাজি— সুমতীনা মখা তারকই।

করিগীনিনা ইবেম্মা?

"পাজিখোয়গী তুং ইঙ্গগে তৌবা।"

"নঙ্‌গী পাজিনা য়ারক্লবদি, ঐখোয়দা হেক লৈমিন্নরগা লোইরে, ইচাসিদি।"

"অপংবীসিদি, সিনা খাইদগী ফরিনি লাঙ্গেনফমদি, সিফাইদি লাইরবুনা, মী ফাওবা চঙ্‌বা তন্‌বা মফমনি।"—দামুনা হায়রকই।

"মী অস্থুক য়াম্না শিরিসিদি পাজি, ঐখোয় ইমুং লোইনা মুৎল-নি।"

মুনগৌনা খুম্নকই। মখা তারকই — " তরুক্তা লৈবদা অহুম লৈখিদ্রে।"

" লান্ হেক্ লাকপদা কোংবনি, হান্না থুগায়দৌরিদি, মুত্তৌরিদি।"

সন্ধ্যা হেক্ ওইবগা কিনে, খাওেন্ফমসে। "

" লাইমু অচৌবা অমা চৎলি হায়নৈ, অহুবুনি ইবেম্মা কি হায়রি-সি " অরাংফম কন্থা অহন্দুনা পাংশিল্লকই।

" অঙাংনিনা কিহুনা হায়রিনি " — দামুনা খুম্মকই। গোকুলদা ওনশিল্লগা — " ইভাও রানা লেঙ্বীরক্লেদা, অমুক্ লাপ্না।

" নচা গম্ভীরগী গাড়ী লৈরিঙৈ, লাকচরবা, ইভাও।"

" গাড়ী অমা লৈরব্রনে ? "

" জীপ অমা লৈরে, সাহেবকী, মিলিটরীদগী "— মণিনা পাং-শিল্লকই। মখা তারকই— " ইঞ্জিন্কা য়াম্না ফরি, অহনবনি।"

" ইবুংঙো গম্ভীরবু ঠিকা তৌরিব্রনে ? "— দামুনা হংলকই।

" অচৌবা সাহেবনি, এসঃ ডিঃ ওঃ ওইরি পাজি, সুরেসনি ঠিকা তৌরিদি। সহেবনা ঠিকা অমা পীবদা মী হৌনরিবনি "—মণিনা অমুক-ম্ মখা তারকই।

" শেল য়াম্না ফংডি হায়নৈদা " — দামুনা হায়রকই।

ফংবা নত্তে পেরুবনি। অতৈদি পেক্সু পেক্ই, হুনসু হুন্দোকই। াহেবতনি চীক্লা পায়রিসি " -- মণিনা খুম্মকই।

লায়না তান্বা অহুননি " — গোকুলদা ওন্শিল্লগা — " খঙ্-দদা ইভাও, ঐগী পুন্সিসি হায়ফম্ খঙ্দে। কলেজাদা, মী ফুনগন্বদা, গুণ্ডা ওইবদা মীনা কি তুক্কচনরম্বনি। হন্দক্ ইরোইশেম চীংজিন্দা লুৎ ফাঙবুনা লুখমদা থোমখিববু প্রাণসি চাক্ই ইভাও। কোক্ কায়খিবগী নফম হৌজিক্ফাও লৈরি " — নাল্লগা হেক্ উৎলকই।

" অহুম্না তাখি। খ্বাইরম্বন্দসু অহুমক্লি ইভাও, পংমুন্দা মুন্নৈ,

পংলাক্না লাক্লে হায় — গোকুলনা খুম্লকই !

"ইস খ্বাইদি ব্লানরেদা ইতাও। কুমসিদি লৌগা উনহৌদ্রে, চন্না হেন্‌বা য়াম্না য়াওনরেদা। চেং-চাক্তি কদাইদগী ফংলি, ইতাওদি ?"

"ডিমাপুরনা মণিপুর পুম্বা থাক্লি, ইতাও। ইম্ফালদদি মিলিটরী-দগী হন্নাই-চেংন্নাই, আতা, মোইদা, সামর য়াম্না ফংখ্রে। কানটিন্দদি শুক্‌ন্নাৎপু ন্নাৎখিদ্রে।"

"ঐগীদি খন্না লৈজরি" — সুমতীদা ওন্‌শিল্লগা — "মুপীমচা, ইপানা ওরাং ইবা দরখাস্ত পুরকউ, শেল মখায় অমগা নঙগী পাজি-খোয়দা পীব্রগে।"

সুমতী চংখ্রে। গোকুলনা — "বার্ত্তন্না কয়া থাবীখিবা ইতাও"

"বার্ত্তন তৌনদ্রে, ইতাও। হেক্‌ তৌরুবদা খঙজরে, থম্বীরম্মন্ন সিনি" দামু খুম্লকই।

"তুলশিবোংদা বার্ত্তন হেক থম্ল্‌বদা, ইমুংতুগী মী অমা শিরনি শিনি, কিনরিসি" — অরাংফম ফম্বতুনা পাংশিল্লকই।

"চিঠ্ঠিদা মৈথু খুরিসিসুনি, লমজাও মপান্দা অমা থেংনবীরক্লিনি, হৌজিকসু অন্নাংলোমদা কন্না অমা লারুহৌরি" — দামুনা হায়রকই।

"থেংনজরকই, ইতাও।"

নোংমদা ৩/৪, ৩/৪ পোংলোইরিবা, খুল অকোইবসিদা। খোঙ্‌ হাম্বামক্তনি। মঙ্‌নি, ইতাও মঙ্‌নি।" ওহাক লকক্‌ তৌরুরগা দামুনা অমুক মখা তারকই —"থা অনীমুক শুরে, অহল লৈখিদবা, হন্দরুা মমা-মচা পুন্না চৎখ্রে, ইতাও।"

মতমসিদ সুমতী দরখাস্তকা, মখায় ময়েক অমগা, পুরগা, মপাদা পীরৈ। লৌশিল্লগা মপানা গোকুলদা — "উচেক্কোনগদি নক্লরেদনা, ইতাও ?"

"নক্লরে, মুমিৎ খুদিংগী গোবিন্দগী সন্ধ্যারার্ত্তী য়াওবা হেক চৎচৈ।"

-- গোকুলনা খুম্লকই ।

" নাপেং শেনখায়গী মথায়সিমত্তগা, দরখাস্তসিমত্তগা পায়বীখিদবা য়াদ্রে, চন্দন্ শেলখাইগী ব্রজবাসিশিংতুদি লাক্লরোইবো ইতাও ।

" থাজদ্রে, ইতাও " — গোকুলসু খুম্মকই ।

" তুকানবু চাওনা ফম্লিমাল্লেনে, ইতাওদি ? "

" হন্দক্তানি, মৈতৈ মচানা, মনিপুরগী কারবারগী চুপ্পী পায়জবা, ইতাও । "

মীনা পায়খিদো শরুক ইতাওনা পায়বনা ফৈ, কন্না তানবীয়্ ইতাও ।

" গুদাম্না কদায়দা ওইবীরিবা ? "

" মহাবীর বাবুগীগা, রমেশ বাবুগীগদা ওইজরি । কোংবদসু নচা অমগা লৈ । "

" শান্নবা য়ারনি, শান্নবীয়ু ইতাও । নোট চত্তবা মতাংতুদা কম্দোবিখিবগে, ইতাও ? "

" ঐগীদি রাখিদে, নচা গম্ভীরগা সুরেসকনা রাত্তনবা চাঁদিশি পংপূদা পুরকই । শিকি, শিকি তারগা, পেক্তুম পেক্শিঞ্জে, ফনতুম কান্নহৌই । — হায়রম্লগা ফুরিৎখাওদগী লুপা ১০, থক্ পুথোরক্লগা হেক পোৎয়েংঙি । গম্ভীরসু লুপা ১০, থক্ মপাগী নোট মথক্তা হেক্ থম্মী । "

" করিগীনো ইবুঙো, ইপা পৈশা পামদে । শিকি অমা, মথায় অমা, হৌজিক চৎনরিবা পোৎয়েংসি । লুপা অমা য়ৌরদি চাওরবনি, গম্ভীরগী তরাহু হেক্ হনগৎখি ।

" লান্থোরক্লকনিনা, লাইদা কৎপদা অতুম্ য়াওবীরো " — গোকুলনা গম্ভীরদগী লৌরগা অমুক থম্মী । হন্দক্তি দামুসু অতুম্ লৌশিনদ্রে । দামুনা — " ইতাওনা হায়রিসি চুম্মী লাইদা অতুম

কৎলগে। ইমুং মথুন ফুন্নবহুম হোংনৌনে ইবুঙোখোয়।

"ইমুং মথুন্ ফুন্‌বা হায়দি পাজি"— খণ্ডনীংবনরা মণিন হংজিল্লকই।

"ডুকান্ প্লোট অমা লৈবা, মণ্ড তানা য়ুম্ অমা লেপ্পা, কোত্রা ফৌবোং ১০০।২০০ হাপ্পা, শীং, হরাই চেংরাই, অমসুং মোরোক, ঙা অকংবা, রাবু হায়রিবা, চহী অমগী রাক্তনবা থম্বা তাইদনা।"

"সাহেবনা তাল্লিসু অদুনি পাজি, লৌ-পরি মণ্ডা লৈরে তরেং শুরনি, য়ুম্ শানবা শেল লৈরে, শাবা মতম নত্রি। অতৈদি অমত্র রাত্রে, গুদাম অহুম থন্না চেং চাক লৌ লৈরব্রনে ইতাও? লৈরে।" — মণিনা খুম্মকই। য়াম্খৈদা তেনহুনা লৌরে। মম্মাক ইবুঙো শেলুংবনা শীনবীরকপনি।

ঠিকাদারনি পাজি শাহেবনা ঠিকা রাক্তনবা মথং মথং পীথরি-মণিনা মতেং পাংশিল্লকই।

"অঙাংশিংগী রাসিসু অমুক্তদি মথন্থবীয়ু ইতাও। ইচাসুমতীগী থরাই অসি লংথীকমুক্তা চাউথ্রে।"

গোকুলনা ঙাংবা লোইফাত্রিঙৈ, দামুনা শাওনা মরক্ থৎলকই -" "অঙাংনা ঙাংববু, রা ওইনা লৌরিবা ইতাওবু ঙাওত্রাও। কুম্মৈ ফিয়োং অমা থোরকপদা, ফিরোই ফিঙাম হোংলক্লিনি, কত্ত-হৌদি থোক্লসু মখোয়গী গোত্রদা ভিনথ্রদৌনি। ইতাওনা পুশিল্লগা হেক্তা থম্মগেসিনিনে?

"রাখল অমা ওন্নরে ইতাও" — গোকুলসু মরক হেক থৎলকই।

"করি রাখল ওন্নবা ইতাও, দামু ঐগী শিংলিদা, দামুগী ঈ মরীক্ অমা চেল্লি মখৈ, ইচাবু মঙ্-অনী শুহন্‌বা ওইথোক্তবনি ইতাও।"

মতম অসিদা অরাংলোমদা মী পুথোরকপগী কপ্পা লাওনবা পুং, ঝাল্ য়ৈবগী মখোল তারমই। গোকুলনা "অদুদি য়ৌজরে, ইতাও।"

গোকুলখোয়গী কাওবু মরি-মরি অতুম থোরক্লে।

নিঙোল মাদি, মমাগা মবুংগা পুল্লপ লৈমিন্নখিদবদগী মথরাই লুংঙাইত্তবগা, মাগী লুহোংবগী মরীদা খোয়রাং খোয়শাওবগা মশা ডুমদহুনা, ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ।

মেগী তাং ১৩ দা লুহোংত্রে হায়বসি গোকুলস্তু, গম্ভীরস্তু চপ্ মান্ননা লৌরি। মতুমক্তা ওসি মখোয়না লাকপদা থেংনদবনিস্তু খল্লি। নামুগী য়াঙাং অসিনা গোকুলদা হেন্না চমল্লহল্লি। সুমতীগা গম্ভীরগা নরী লৈনব্রস্তু খল্লি। চিংনবা পোক্লি।



মতম কুইনা গম্ভীরখোয়গী ইমুংদা থারম্বা লাইরবা অমদি অরা অনাগী লৈচীল হাইদোকখিত্তুনা মুডাইবা মুমিংকী মঙাল ফংবা হৌরক্লে। মৈতৈ লৈবাক্তা অহানবা বোম তাবা মুমিক্তা, সুরেস শেঙ্গাও অমা খুদি থিখি। মিকুপ খরদংগী মন্নুংদা মরায়বক ফবা শেঙ্গাও পায়বশিংগী মন্নুংদা অমা ওইখি। মশক মতৌ ফজবা, রাশি লৈবা. রা ভাংথোরকপদা তানীংবা মুপীনা য়াবা সুরেস হৌজিক্তি শেল পায়বা মীগী মশীং খুং থেক্তুনা পানরকপদা অমা ওইরে।

বেঙ্ক থুমগায়বদা গুন্দা অনীগা মাগনা খুৎমাবা ওইরুই মখোয় অহুম্না কাঙবু অমা শেমখি। মখোয়না পুথোরকপা শেনফম পূম্বা মাগী গাড়ীদা হাপখি। গাড়ী মথক্তা পোংচৈ শেমজিল্লিডৈ মখা মায়গৈদা মপান কাংজৈবুং অমদি জেল্লিমেনগী লম্মাং অশোমদগী খোঙ্গুাং চাওরাং উপ্পা ফুরিৎ চাউরাং লিৎপা ফাদোপ ময়াম খুৎলায় অমমম পায়রগা বেঙ্কলোমদা ফুজিল্লকপা উই। ফিবম অতু খঙবা সুরেস মাগী গাড়ী পুরগা চেনখি। অথেংবদা অমুক হন্নক্তুনা য়েংলবদা মহাক্কী মরুপ অনীমক অঙম অঙম লাক্লবা শায়েন ভায়েন্নবদা য়াওখি। থাং অমদি তাগী ময়াদা হকচাংগা থরাইগা খায়নখি।

মুমিদাং রাইরম্লি। গম্ভীর মাগী তুকানগী মাঙ্গোলদা থারিবা চৌকি অমদা ফম্নগা নরজিৎনা মিলিটারীদা ইনশাং নাপী মণ মণ ওন্দুনা পীখিবা অমদি গাড়ীদা হাপলিবতু য়েংলি। য়েংনা য়েংনা সুরেসনা মথৌদা খোয়জংদবা অতুগী খল্লি। মাগী ঠিকাগী থবক সীত্থাল টাইমগী মমাঙদা লোইনবা শীনবনি। য়ারোইদৌরি।

ওহাক লৈরগা, জীনী মচিন-মনাওগা সুরেসকা, মপাবুংগী কার

তোংহনা, ইনশাং নাপী খোমিন্নরুই। মন্ধাক ইবুংঙো শেলুংবগী কারসি, স্পোক্ অদু স্পোকতারা অচৌবনা পাল্লি। মডগার্ডসু তোঙান্না চাওনা পাল্লি। বোনেট তুমতক তৌনা পাল্লি, হেড লাইটশু তুমপক তুমপক্ মডগার্ড মথক্তা খিল্লি। মখোয় অহুম কারদা, কোইমিন্নরুবগা লমশাংলোম্দগী হল্লকই। মহারানীথোং লাম্ম্বোত্তুনা, লম্লোং মরী ফাংবদগী, অরাংলোমদা হেক্ থৌগৎলকপদা, মখোয়গী হুকান্ মপাদগী মিলিটরীগী ট্রক মকক্ অমা অরাং পাংনা থৌখিবা উই। মখোয়গী তামোনা মাঙ্গোলদা ফম্বদু উবদা সুরেসনা

" জীনী নঙ্ চা - লোন্দোনিকো হাউনা, তামোনা হাউই, হায়হন্দোনি।"

" হান্নবা খুং তংলগে হায়রিবা তামো" — রীনানা মোমোন নোক্লা ওক্লকই।

" অদুদা তাইয়ে, তামো শাউহনবা য়াদবা" — সুরেসনা খুম্মকই।

জীনীনা ময়ায় থংলগা মখোয় অহুম্মক্ মমাঙ্ থংবা সীট্টা পুল্লপ ফমিন্নবনি। রীনা, জীনীগা থোঙ্ হাংদোক্লগা তুকাল্লোম্ থংবদা খোরকই। সুরেসনা শোরোক্লোম থংবদা খোক্লগা থোক হেক্ থিংজিন-লম্বগা, মুনান্‌গী তুকান্দা কাখৎথ্রে, অদুগা নরজিৎকী মতেং পাংবীরুই। মতমসিদা মখোয়গী কারগী মতুং ইল্লকপা মিলিটরী গাড়ীহুসু, মাঙ্গোল নক্লা তুংহন্না থৌজিল্লরুগা তুকান্ মমাঙ্দা থারে। তোংলক্লিবা সিফাই অহুম্না, গাড়ীহুদগী মনা মশীং বোরা বোরা হাপ্পল্লিবহু মাঙ্গোলদা থাংথে। রীনাগা,

জীনীগনা মাঙ্গোল হেক কাখৎলকপদা গম্ভীরনা —

" রীনা কদাই' চৎলুরিবা? কারসি লৈখোম্না লোইরে।"

" ইনশাং - নাপী খোম্নবনি, লমশাংদগীনি, তামো।"

" মিলিটরী মরক্তা, পংচত্তা চৎপহু ফত্তবনিমা।"

" মিলিটরীগা চৎমিন্নবনি, তামো। ঈশিং খৌরাংভি কোফি লোন্নকে, তামো।"

" উম, রেসন ফংলকপনি। ময়োম ময়োম্ থন্নবনি।"

রীনাগা, জীনীগা ইমুংদা চঙপ্রে।

মতম অসিদা সেকেণ্ড লিউটনেণ্ট বীঃ কেঃ সিং মিলিটরীগী গাড়ী মকক্ অমা তোংলগা লাকই। গাড়ীদগী কুম্থরক্লুনা মাঙোল হেক্ কাথৎলকপগা " মিস্টর সিং ঐ য়ুম্ চত্তবা য়াব্রে, মিস্টরগা চৎমিন্নহৌ তারে।"

" হায়বদি ?"

" কলিকতা চৎপা ঐস্লু য়াওজগে। ঐ য়াওব্রবদি শীন্দোক শীঞ্জিন্ হৈরোই সিতা হায়বিয়ু।" চৌকী অমদা ফমথৈ।

" চহী অনীরোম লৈরুরবনি মিস্টর।"

" প্লীজ মিস্টর প্লীজ" — হেক হৌগৎলগা গম্ভীরগী মথুং অনীমক মহাক্কী মথুং অনীনা পায়শিল্লি। মখা তারকই —

" য়ুমদা অমুক্তং চত্তবা য়াদবনি মিস্টর" — চৌকীদা অমুক্ ফমথৈ।

" বেদীংদা হাপচিল্লগা ? — মোমোন্ নোক্লা হংলকই ?

" অতু নক্তনা করি উপাই লৈ ?" — মোমোন্ নোক্লা খুল্লকই। মখা অমুক তারকই — "বেঙ্গল ফার্মাসিনা খ্বাইদগী চাওবনি।

" উম খঙ্জে, কম্দোবা ?"

" ডিপোজিং লিশিং মঙা থম্সি। প্রজাগীদমক্তনি, ঐ মত্ন কচ্চরগে। ঠীকাদার অমম্লু য়াওগনি।"

" করিগীনিনা ?"

" মিস্টরগী শেল লৈরম্মোই হায়রুরে, ঠীকাদার সিনা পুথোক হন্দৌরি।

" অমুক শিংদোরিবা ? মিস্তর ?

" উম্. শিংবীগদবা ।"

" হুম, ঐ শেল লৈতে, মিস্টর ।" শিংবা ওয়োাই ।

" মেজর সাহেবতা হায়জরল্লবনি, চৎমিন্নদা য়াদেকো মিস্টর ।"

" য়াম্না মুওাইজরে । শেলহুদি শিংবা ওয়োাইকো, মিস্টর ।"

" অহুবুদি ঐগী ঠীকাদারনি । চৎপা য়ানবহুদি শিনবীয়ু মিস্টর ।"

মভমসিদা সুরেস শোরোক্লোমদা থোরকই । মহাক উবদা হীরনা "শেল য়েনবদি সুরেস ?"

"পীজরম্মে, য়ারনি ।"

" কোফি কৈদৌরবগে অমুক্তা হংলকউ ।"

সুরেস ইমুংদা চড়খ্রে । রীন না পুথোক্কনবগী তৌরম্মী, বী কেঃ াবহুদা হঙ্গোইহুনা লৈরম্মী । সুরেসনা লৌরগা পীরম্লে । ইমুংদা মুক হেক চংলকপগা সুরেননা লৈশাবী অনীদা লোম্লপ্পা —

" ঐহু কলিকতা চংকনি, করি করি লৈরকউগে ?"

" গীনীগী খুঙ্জি লৈবীরকউ তামো ।"

" ফিরোলদি, সালকা ?"

" হায়ফেৎ গুলাপী মচুগী অমগা, অতিয়া মচুগীগা তামো ।"

" অঙৌবা অমগা, উনা মচু অমগসু, ঙৌবনিনা য়ানি" - সুরেস্না য়রকই ।

চীং ককপা, লম্বেল শেম্বা, য়ুম শাবগী ঠিকা লৌরিবা মক্কাক াঙো মিলিটরীশিংনা ভকশিল্লকপদগী মহাক্কী খ্বাইরম্বন্দগী হোলদা নেমাসু চলাইরি । মেচিন অমত্তনা চলাইবনি । রীল ওনবা দংগী ওহাক ওহাক অমুক অমুক লেপ্পী । হায়ওম তৌওমদবা াবোক্লা অমুক অমুক লাউরকপা হোল পোখায়দৌই । মিলিটরীনা ানবীরকপনি, কলিকতাগী ফিল্ম ডিষ্ট্রিব্যুটর বেনর্জী বাবুগা রায়ার াশভা পাউ চংনরি । লিশিং অনী অমগা থারকউ হায়রকপদগী

মতুসু থাখ্রে। অনৌবা মেচীন অমা পুথোরক্লবা গম্ভীরদা শিন্নগাদৌরি

স্বরেসকী মতৌনা হন্দক মরক গম্ভীর মকোক খরা শারে। থ শীন্দোক্লমদ্রবদি কলিকতা চৎপগী খোঙফম য়ারোইদৌরি। স্বরেসকী থবক শুবা মীওই পীবগী ঠিকা মখোয়গী মাময়ায়মদা তৌহল্ল দরকার লৈবা শেল গম্ভীরনা থাদরি শেন্দোং তঙ্খায় য়েন্নবীদনি খোঙহামপাত্তগী শেকমাই ফাওবগী কোয়লাস থারগী থবক্লা কুন্দ শিন্নরে। মতুসু শেল থাদরগা শেন্দোং তঙ্খায় য়েন্নবীনি। বোরাজং কৌখিবনি মহাক লাকপসু ঙাইখিবা তাব্লি। মতুসু শেন্দোং তঙ্খা য়েন্নবীনি। ঠীকাদারশিংদা অরৈবা বর্মাগী নোট মথৈ পুরক্লবা পাই চেনখিবতুসু ঙাইনরি।

মুমিদ্বাংনি, মেম সাহেবকা এসঃ ডিঃ ওঃ গা বারী শানরি। পাংথেং থেংদ্রি। এসঃ ডিঃ ওঃ সাহেবনা — করিদৈনো বীঃ এঃ য়ুম্ব য়াগে হায়রকইদি?

পাবুংনা বীঃ এঃ অমা কৌইথি থিবা।

বীঃ এঃ গা ফমতুগনিনে নঙনা মুংশিরিশে।

খঙদেদা, য়ারে কৈদৌরগে।

লুনা তিন্নবা মরুপ মণিবাবুগী মোত মতুং ইন্না শ্রীমতী রাধিকা মান্দা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা রাধিকাগী চরন চুরানা শোক্লা খুরুমখিবগু ঙসি গম্ভীরসু খুরুম্লি। হান্নদগী শরুক অনী হেন্না লোম্দিম্নখ্রে।

কোংবরোমদনা স্বরেসকা অপোকপা মপা গোকুলগা কোংবা তুকান্দা, মুমিদাংগী চাক্ চমিন্নরি। স্বরেসনা

"তামো, ঐখোয়'নী কলিকতাদা হীদাক্ লোৌথোকপা চৎলনি।

"করিগী হীদাক?"

"খোড় হায়রিবা, লাইজাও থোক্লিবা, অরুম হৌনরিবা ময়ামসিগী।"

"কনানা য়োন্দৌরিবা ঐখোয়দি হৈরোই।"

"খুড়া কোক্ঙাংনা, ঙাংনরমাল্লে। বাবা মহাবীরগী পীকম্ থাকপা শেম্ফম মথৈস্ পীরম্মনি হায়রি।

"ফিরোলস্ পীখোরম্মবনি, গাড়ীস্ নয়াম্বদা পীখোরম্মবনি, মহুদি াব তানরব্রা ?"

"তানরে, তামোনা অরেম্বা শেল অমত্তা পাম্দে হায়রি।"

মখোয় সিবু, থৌ লৈত্তনা থৌ থিরেদকো

করিগী ? লৈদ'না চদৌরিনি।

কোকঙাংনা করিগী থাজরিবা ? নঙগী বাবা মহাবীরগীদমক্তু হাথু থু কৈদৌনদৌরিবা। চৎলস্ নাথৈনবা য়াইনা।

অরেম্বা পামদে। ঙমদ্রিঙৈনা অমনি ঙম্মদি শিংদোকখিনি সিনি।

গোকুল খুম্মকে, তুমিন ঙহাক চাক চাহুনা লৈরি।

াক লৈরগা হুকানসে নয়াম্বগী শেল ঙাক্তনি, নঙনা থাদদ্রিনা রগীনো ?

অপূবা শেলনি ঐগীদি।

পুরগা থাদৌদনা।

শেন্দোই পুরিসিদ্ধি ?

পীখোদনা। ইমুংসিদা লৈরিসি নয়াম্বদরা, নঙদি লৈত্রব হায়রা ?

তোংখিসম্ম পাজী। নিংথমগী ফিরোল পুথোরকে পুম্না দাকপীয়ু।

# ১৭

মৈতৈ মচাশিংনা নোংমৈ গুলী মরক্তা শেল কম্না তাম্লি। তাম্নরিবা শেনফম অসিগী ঈখায় অমা কলিকতারোমদা লীখি। খরগীদি হুন্দোক-ফমসু গুইখ্রি।

রেলরে-ষ্টেসন্দা মৈতৈ মচাশিংনা থুংলবগা দলালি চাবা কাওবুশিংনা শঙ্ শঙ্ মৈতৈমচা ফানরি। হীপুফম, লৈফম, থুংফম মখোয়না শীনবীরি। লৈনীংলিবা পোৎকী য়েনফম কাওবা মখোয়না তাকপীরি।

গম্ভীরখোয়গী কাওবু কলিকতাদা থুংলরে। মোলদাহু ষ্টেসন্দগী টেক্সী অমা ফারগা মণিপুর লোডজদা লাকই। কলিকতা ওমচারে শাই। মখোয় খুদিংমক ঈরুজথোক্লে। ব্রেক ফাষ্ট চারবা মতুংদ মহাবীর জৈনগী মশেল স্টুপাগী দুকান তান্না লাকিমিন্নৈ। লম্বীদ প্রেস অমদা চঙলগা ফার্মাসীগী লেটর হেড নম্লম্মী, এনভেলপতং নম্লম্মী। দরকার লৈবা রবর ষ্টাম্পসু শারম্মী। লম্বীদগী ফিরো খরসু লৈরকই।

মহাবীর জৈনগী মশেল স্টুপাগী দুকান্নি। ওন্না থোঙ হাংলম্মী শেগাদা চেগী ময়োম অগৌবা অনী য়েপ্লোই পম্বোই গম্ভীর, ময়াম লোয়নন্না দুকানগী মাঙ্গোলদা কাখৎলকই।

ইবুঙো গম্ভীর নত্রনে গাড়ীদা ফম্লম্বা মহাবীরনা হায়রকই। ম তারকই— চঙকউ, করি করি ফিরোল লৈগে হায়রিবা, অমুক উনা নীংলুব্রে।

ময়ামত্থু গাড়ী মনাক্তা থারম্বা বেক বেঞ্চ অনীদুদা পরেং শা মথং মথং ফম্মৈ।

চওশিল্লগা গম্ভীর, মাগী বাবাদা খুরুম্মী। মতুং ইল্লকপা সুরেসনা— নিংথমগী ফিরোল থরা লৈজগে পতুগী, লপোন্নবনি।

বাবানা শীন্নি ইবুঙো সুরেস, ফম্মু অপাম পামদা য়েংঙ।

গম্ভীরনা অচৌবা ময়োম অনীচু মাগী বারাদা পীশিল্লগা— অনাবা অচৌবগী হীদাক লৌবা. লাকপনি বারা-হায়রম্নগা সাল অঙৌবা মপান লোন্নুবা অনী পুখোরকই অহুগা— বাবাগী অমা মামিগী অমা। শারিসিনা রীতাগী—

নওগী মামিদি লৈখিত্রেনে।

ইস। ওস্থোক্লা নুংশিপ্রবা মামিনি. ঐবু নুনা চৌবীপ্রবনিদকো— থুবাক অনীনা মমায় পায়শিল্লগা লুকথহুনা লৈখি।

ঈরা চেন্নরকপা মহাবীরগী মিংলু অনীচু ফেজোম মচিনা কৈখোল্লগা মী চৎকদৌ লৈ রীতাগীচু থাখিগে— ময়ামদা ওনশিল্লগা— চা ফানথিসি ওহাক ফর্বীরখো— গম্ভীরগা সুরেসকদা অমুক ওনশিল্লগা— নচীন ননাও রারী অমত্তা শাসি ইমুং চংশি। য়াবিনিকো?

য়ানি বাবা। ওফিস টাইমদদি থবক থরা লৈজে।

কুইদৌ নত্তেদা য়ানি।

মখোয় অহুম্মক ইমুং চওপ্রে। কা মচা অমদা চওলকই। টেবল মচা অমা থাই চৌকী মরীম্নু লৈরম্মী। চৌকীদা ফম্নগা মখোয় অহুম রারী শানরি। গম্ভীরনা মাগী শউনগী অচৌবা অমুবা বেগচুদগী তরাচংপী ময়োম অহুম পুখোরক্লগা মাগী বাবাদা পী— ফিগী লিশিং অমা, অনীসিনা গাড়ীগী। মিলিটরীনা লিশিং অনীদা লৈপ্রে বাবা।

করিগীনো নঙোন্দা পীথোক্লম্নহুবো।

খুম্নক্কে অতোপ্পা অচৌবা খাও অমা পীশিল্লগা গম্ভীরনা—হুকানগী চে চাংলি।

ষ্টকান্দুগীনি ষ্মারী শানদৌরিসি। নউবু লিশিং অমগা পীখো য়াগত্রা ?

হৌজিক্তি পোৎ য়েংম্বোক্কৈ, লেপশিন্নদে বাবা সুরেসনা হায়রকই।

ভাইনদে গম্ভীর মাগী শউনগী খাওহুদগী তন্না চৎপী ময়োম অমগা লৌথোক্লগা মাগী বাবাদা পী। মহাবীরসু লৌশিল্লগা— অহল ওইরকপদিদা ঐসু শেল ওইনা পায়নীংলে অত্থগীনি।

মিলিটারী ওফিসর অমা য়াওরক্লি, থবক অমত্তা চৎমিন্নরুখিগে বাবা—গম্ভীরনা হায়রকই।

হোই হোই। ইবুঙো সুরেস ঐখোয় 'নীদি থবক অমা ভৌমিন্ন-খিদো লৈ য়ানিন ?

য়ানি বাবা। নিংথমগী ফিরোল লৈগদবতনি ঐগীদি।

গম্ভীর মপাল থোকলে। ওজা দাস, অতৈ মীওই খরগা তুকান মন্নুংদা লৈরম্মী। গম্ভীর ওজাবু খুরুম্মী। ওক্লগা ওজানা।

পোৎচৈ লৈবা লাক্লিব্রা? কৈ কৈ, ঐখোয়না লাক্লিসি ডোনে-সনগীনি। ঙিশিং অমা দান ভৌরম্মু. মেড়িকেল স্কুলগী এক্সে অমা লৈনবনি।

ফনি ওজা গম্ভীরসু তন্না চৎপী নোট চবুন অমা পুথোরক্লগা ওজাদা পী।

ওজানা অতোপ্পা মীয়াম চল্লবা মীওই অমদা পীশিনখি অত্থগ গম্ভীরসিং ফ্রোম মনিপুর। রশিদ অমত্তা ককপীয়ু দাদা।

মীয়াম চল্লবা মীওইদুসু পরপ পরপ রশিদ কল্লগা পীরকই মচী অমদা ওজা পুথোক্লগা গম্ভীরনা প্রতিভা অমুক্তা উনবা পামদৈ থেংনগত্রা ওজা। বর্ম্মাগী নোট খরা ওন্দোবা, মশীংথিবা অমুত্ত মতেং পাংহন্নীংবনিমা।

ক্কয়াম য়ামগেনে, সুরেসতি ?

বাবাগা থবক অমা চংমিন্নদৌ লৈ, বাবুস্তু খঙহন্নীংদবা। খরা য়াম্মে ওজা।

ভাব তারে। কম্মর্সিয়েল বেঙ্কতা ওইরদি য়াই, মচেশিং অমস্তু থবক তৌরি।

মাগীস্তু ওজাগীস্তু পোৎ অমমমতগা তমজনীংবনিমা। করিনা খ্বাইদগী দরকার লৈগদগে মঙোন্দ ওজা।

ঙহাকস্তুম খল্লগা ওজানা লাপ্লসিদা থবক অমত্তা নংনদে একাগাডী অমা লৈবীয়ু।

য়াম্না নুঙাইজরে ওজা। বেঙ্কলোমদা অহুম ...।

হোই হোই, বেঙ্কতা থাররুগে।

অমনা, ওজাগস্তু অমুক্তগা উনজনীংঙি।

য়ানি সিদাস্তুম। নুংথিলসিদা লাক্কে।

গম্ভীরখোম্বগী কাংবু থোরক্লে। বেঙ্ককী মতম খরা য়াংপছন্দা বেঙ্গোল ফার্মাসীদা লাক্লে। বীঃ কেঃ সিংগা মখোয় অনী চঙতুনা ঙাংনবদা য়ানরে। লুপা লিশিং ৫ ডিপোজিৎ থম্লে। লিশিং ১০গী হীদাক্রা শেল পীরম্লগা গম্ভীরনা হনবদা লোয়নখিনি।

মথংদা ফিল্ম ডিষ্ট্রীবুটির বেনর্জি বাবুগীদা লাক্লে। মপাবুংগী মীহু শিন্নরম্লগা বীঃ কেঃ না বেঙ্কলোমদা লাক্লে। গম্ভীরনা মনিপুর লোডজদা শেল লৌবা চংখি।

গম্ভীরস্তু খুংলৈ থুনা বেঙ্কতা লাকই। মহাক্রা লাকপা মতমদা প্রতিভা অমদি বেঙ্কতা থবক তৌবী মমান্নবীহু ঙাইহুনা লৈরম্মী। মতম কুইনগী মতুংদা ঙসিতং অহানবা উনবা গম্ভীর অমদি প্রতিভা হরাওনৈ। মহৈ মহৈ মুন্না য়েংনৈ। মচেনি হায়বতুগা মখোয় অহুম

চঙতুনা গম্ভীরনা পুরকপা ট্রঙ্ক অচৌবা, শউনগী বেগ অচৌবা ঙৌবোং খাও অচৌবা শেল থিফমদা লোইনা থাংজিনমিন্নে। টেক্সী দ্রাইভরনসু মতেং পাংবীরম্মী।

গম্ভীরনা মেনেজরগী কাদা চঙলকপদা বীঃ কেঃ না হান্নবা ঙাংনতুনা লোইরম্লে। বীঃ কেঃ মহাক্না লোয়নরকপা ঠিকাদারতুগা মনিপুর লোডজরোমদা চংখ্রে। মহাক ময়ুনদা চংথ্রনি হয়েক্তি, ফাওবা কলিকতাদা ঙাইরন্নবা হায়রম্মী।

বেঙ্ককী মনুংদা শেল থিফম কাদা প্রতিভাগা মমান্নবী মচেনি হায়বতুগা অতোপ্পা বেঙ্ককী থবক তৌবা মীওই খবগা, চামা চামগী মপুন মপুন পুনশিল্লি। বর্মাগী নোট তরা চংপী মথৈদি গম্ভীরনা ইম্ফালদা লৈরিঙৈ তুমিদাং তুমিদাং চাম্মগী মপুন মপুন ফনা য়াম্না কিশিনখ্রবনি। মহাক্না চংলমদাইদা ঠিকাদার অতৈশিংনা পীরম্বশিংতুসু চাম্মগী মপুন মপুন পুল্লি। অতৈ মথৈদি কাবুল ঙাক্তমি। মমাঙদা মৈতৈ মচাশিংনা বেঙ্কসিদা বর্মাগী নোট ফনা য়াম্না ওনখ্রে গম্ভীরনা পুরক্লিবা অসুক য়ামদে। থাঙ্গে শেংনা বর্মা রিফিউজি ময়ামগী খুদোংচানবগীদমক মতেং পাংখিবা মাল্লি।

মরকসিদা গম্ভীরসু মপাবুংনা শিন্নরকপা শেনফম মপাবুংগী একাউন্টতা হাপচিল্লম্লে। স্টীলগী বাক্সি মচা অমদা সনা খরসু মাগী মিংদা গম্ভীর লোক্করদা থমজিল্লে। ভোঙানা ফীক্সড ডিপোজিং একাউন্ট অমগা, ঙাদাক থাদোক থাজিন্দা খুদোং চাননবা করেন্ট একাউন্ট অমগসু মাগী মমিংদা হাংদাক্লম্লে।

অয়ুক্কী পুং ১০ তাবদগী বেঙ্কসিদা লাকপনি। মহাক্কী থবক পুন্নমক লোইরতুনা প্রতিভাগা লোয়নননা থোরকপদা নুংথিলগী পুং ৩ তারম্লে। অহানবদা প্রতিভা শেল মকোং থীবদা পংথু থুরমদে। ময়েক চঙবা নত্তবনরা অকোনবদদি য়াম্না থুনা থীবা ঙমখি। বর্মাগী

নোটকা ভারতকী নোটকা ৫:৪ গী মচাংদা ওল্লবনি। ওন্নরবা শেলফম পুন্নমক ফিক্সড ডিপোজিত্তা ওম্না থনম্লে। অকোনবগীসিনা চহী ১২ গী অদুগা অহানবগীনা চহী ১০ গী থনম্মী। শেল মশীং থিবদা মতেং পাংবীথিবা বেঙ্ককী মীওই খুদিংমক্তা গম্ভীরনা লুপা ৫/৫ বংশীস পীরম্মী। মখোয়স্তু হরাও হরাও লৌহৌই।

গম্ভীর প্রতিভাগা লোয়ননা থোরক্লে। অয়ুক্কী চাক চাদ্রিবনি মশা শোন্থরক্রুবনি অদুবু হরাও হরাও মশা ইভেক তেক্লা উরি। টেক্সী অমা কারগা গ্রাণ্ড হোটেল লোমদা লাকমিন্নরে। লম্বীদা মগী পোৎচৈ মখে মহাবীরগী মশেল নুপাগী দুকান্দা থমজিল্লম্মী। লম্বীদা রেস্ট এণ্ড ৱাটচ ঘড়ী য়োনফম দুকান অমদা চঙলগা প্রতিভাগী ঘড়ী অমা য়েংলি। রোলগোল্ড পীয় হায়বদগী সনা মচুগী ঘড়ী কয়া অমা পুথোরক্লগা য়েংমিন্নরি। অকোনবদা কীপশেক রোল গোল্ড মরীস্তু এনামেলস্তু স্না মচুগী অমা খল্লে। দুকান মপু অদুনা চাপী থাবদগী অঙ্ক ৬ থাবগী মকমদা ইকোয় কোয়না সেকেণ্ড কাটানা তগুপ তগুপ লেঙ লেঙ চৎপা হৌরে। গম্ভীরনা শিরিবা ঘড়ী অদুস্তু রোল গোল্ডনি মরীস্তু স্নাগীনি। প্রতিভাগী খুদাংগা চাননবা মরী শেয়্লে অদুগা শিজিনথ্রে। মরীস্তু স্নাগীনি।

টেক্সীদুমক্তদা ভোংলগা এক্কাগাড়ী য়োনবা দুকান অমদা অমুক লাক্লে। রেল্লী অশংবা অমা খল্লে। কেরিয়ার অমা, পম্প অমা, লেম্প অমস্তু হাপচিল্লি। পুল্লপনা লুপা ৭১, তারে। এডভান্স পীশিল্লম্লগা গ্রাণ্ড হোটেল তান্না লাক্লে। মী অনীতগী ওইবা কা মচা অমদা মখোয় অনী চাক চানিন্নরি। গম্ভীরনা য়াম্না হরাওনা —

মেরাঠোন রেশ, লনশাঙ অমা য়াম্না ৱানা চেল্লকপা, পম্থ ভফনদা ঐনা ইহান হান্না য়োরবা, ফার্স্ট প্রাইজস্তু ফংলবা ওসিসি মুণ্ডাই প্রতিভা।

**করি আর্থনো তামো ?**

ময়ামদো ঐগীস্ বীঃ কেঃ গীস্, বেডীংদা ইরায় লায়না পূরকপনি। দাকু খরনা থাংদা পায়রগা ধপ তৌবদা ইরায় লায়না মুনথ্রদৌনি। লাইনা কনবনি প্রতিভা।

লাই লৈতে তামো। লাই লৈ হায়বীগম্ খরা শাউরপ হায়রকই।

মহৌশা অমুক্তা অসুম্না তৌখিদ্রি, মতৌ অসিদা গম্ভীর খজিক চঙক্লে, অদুবু মখা অমুক তারকই মীনা উশিক্তবসি মুঙাইতে। শিবা চঙবা খল্লু য়াদে। শেল পায়দবা য়াদে, তান্দবা য়াদে, নোমদবা য়াদে মীমাম্নদবা য়াদে।

ডাক্তরতংগা ওইরবা তামো, ভাব অমা মুঙাইরনি। অচৌবা অহোংবা অমসু ওইরনি। মোমোন নোক্নগা শেলতগীনি, শেলনা মরুনি। শেল তাল্লগা লোইরে, মখা তম্মরোই (মুপী থিরবনিনা হায়না খনখি অদুবু মতুনি হায়দোকখিদ্রে)।

খৌরী ফাওর্তম খনবা, লৈতাদবা রাখলনি। পাখং ওইরকখিনি শায়রিবা চাক্ হেক য়োংশিনখিবগা ঈশিং খজিক থক্লগা হায়রকই।

"নখোয় বাবাগীনে, নঙগীমা ফি অমমম তনখিনি।

"করিগী অদুক য়াম্না?"

"গুলী মরক্তা তাল্লিনি, নখোয়না আশীর্ব্বাদ পীরগা লাই থুরম্বীরগা ঐগী ফদোরিনি।

"তামোনা লাইতা হায়বীরিসি করিগীনো, মখা হায়বীরক্লমুকো।"

"হনখিবদা জেলরী দুকান চঙশি। নঙগী খুজি নাচি, লীক, খুদোপ য়েংলুসিকো।

"পামদে, পামদে, ঐ অমত্তা লৌরোই।

গম্ভীরনা কিজরম্বা অদুমক ব্রং ব্রং হায়থরকই। তৌফম খঙদ্রবনা প্রতিভাদা মুম্না য়েংলুই। প্রতিভাসু মুম্না য়েংলম্মী। চাবা থকপা

ওহাক তোকথোক্নুা মখোয় অনীমক মিং চাননা মুয়া য়েংহুনা লৈনরি। মিংকা মিংকা শকখঙনখিবগুম তৌই। ওহাক লৈরগা প্রতিভানা —
"উনা রানা পেকপগুম পংপেক্তা পেকই হায়নৈ। থাজরমদে, থাজরে।"

গম্ভীর খুল্লক্তে। রাখল অমদা তাউরি। ওহাক লৈরগা তপ্পা "শনাংদোংসি, করম্না থম্নৈ ?"

মরক মরক্তা চেংহী লুথোকপী, কংহল্লগা থাউ ঙৈবী। মোনখুন অমদা য়েোম্লগা থম্নৈ।

প্রতিভা চুম্নতা খুমখিবনি করিমত্তা খল্লুদে। হোটোল বোইনা খুড়িং অচৌবা থোংদা প্লেট অমমম পীরে। গম্ভীরসু খজিংহু খজিক লেংলগা চারি অতুগা ইস্ফালদা লৌরিঙৈ নত্ত য়েংবা নুংঙাই, তখিং চখিংডি, নোয় নোয় লাউই, মোমোনতা নোকই। হৌজিক্লা নুংস্নুক ঙংজানা উই, নশা মন্নেং চাই করিগীনো ?

প্রতিভা খুল্লক্তে তুমিন্না স্নুম চারি। গম্ভীরনা মখা তারকই— "নঙ কাষ্ঠ ভিভিতন্দা ওইরে করি তম্লি ?

"বাবাগা কাকাগনা লেপ্লিদ্রি।"

"অাই ? হৌঙিক ফাঙবো, চহী মাঙহল্লবা ?"

অতু ফাঙব্দা প্রতিভা খুল্লক্তে। লফৈ অমদা পুপোরক্লীংবনরা— "বর্ম্মাই নোট ময়ামতু কদাইদৈনো ঙনো ?

নোট চংনদবা মতাং য়াওগ্রে। চাদিগী শেলসি ? ময়েক ওইবা ২০/৩০/৪০/৫০ করিগুম্বদা ১০০/২০০ ফাঙদা পীবা য়াওগ্রে। রিফিউজিশিংদনিকো। মখোয়না চবুন চবুন পংথমদা থম্লম্মী, থম্মমনুসু য়াদে।

"ভারতকী নোট ফাও চংনদ্রলা, বর্ম্মাগী নোটতি কৈদৌনরুনি। অচৌবা মতেংনি।

"উম ঐসু পাস্নুহুনা পংথমদা থমজিল্লি। লাক্লনদাইদা ঠিকাদার ময়াম্না মখোয়গী অরৈ অরৈবসু পীরে। মখোয়না চরাদং হেনখিদবা, ভিমাপুর ফাও চংখ্রিসে চাঁদিহুননি ?

"উপকারনি তামো, মহৈ ফংলকপা ওইসম্মু।"

"হয়েং ফাওতনি ওম্মোকপা য়ারিবা, কয়া তান চাগ্রবা। লাইনা শীনবমক্তনি।"

"তান চারুদনা হায়বীয়ু। লাই লৈ হায়বীনুনে।"

চাবা থকপা লোইরে পড্ডীং পুবক্তুনা খৈরোইনা খরা খরা কোৎলগা চানরি। প্রতিভাসু মাগী ঘড়ী য়েংবা নুঙাইহুনা য়েংলুই। হায়রকই—"মরি তাদোরে তামো।"

"থেংগ্রে, ওজা ঙাইরম্মনি। ঐখোয় অমুক্কা উনবা ওইসনুকো?"

"উন। মাস প্রোমোসন পীগ্রবনি, তামো থার্ড ইয়ারদা হৎ য়ারনি।"

"হুন, হম্মরোই। লেল তাল্লুখিনি, অমুক খুদোংচাবা অমা লাক্লরোই। য়ামখ্রে ঐনা পাংথোক্লীংলিবা। ঐ নুঙাইথোক্কে হায়না তত্তে, প্রজাগী সেবা তৌগে হায়বনি।"

গম্ভীর অমদি প্রতিভা মহাবীরগী মমেল নুপাগী হুকান্দা লাকে ওজা ঙাইহুনা লৈরম্মী প্রতিভাগী একোগাড়ী মাঙ্গোলদা থাঙ্গৎলগা থম্লি। ওজানা—"ইবুঙো ফার্মসিসু ফমদোরিব্রনে?"

"অহোই ওজা, ইখুরা অমা লৈ ইন্দোনচা লৌবা। কম্পাউন্দরনি।"

"লিশিং ১০ গী হীদাকসু পুদোরিবা, দাদাসু য়াওনা পেকট তৌহৌরি। ডিপোজিংগা লিশিং ২।৩ মা য়াদো পোংনি।"

"মঙাহু করে ওজা থাজনবা। নাম্মা সাল খরা য়েংজগে অহনগীসু, লৈশাবীগীসু।"

"লৈশাবীগী সাল ঙাক্তা হান্ননা পুথোরকই। অঙৌবা মপান পীক্লা অঙৌবনা লোনবা অমসু য়াওই। মহু খল্লগা প্রতিভানা কাকাগীদি সিনা ফরনি তামো।"

তাপ লৌরগা লুপা ১০ চংপী নোট অমা হাপ্লগা ওজাদা কংলি। অদুগা "মাঙ্গোল ওইজগেকো ওজা,। গুলী মরক্কি ওজা খোয়না আশীর্ব্বাদ পীবীরগদা মঙ্গল ওইদৌরিনি।"

"মঙ্গল ওইয়ু গম্ভীর, অমুকসু উনখিসিকো" — ওজানা মকোক নানবীরগা হায়রকই — মখা অমুক তারকই — "দাদাগী ইম্ফালগী চকান্দো রেজিস্তর তৌনদৌরিনি ইবুঙোগী মিংদা। ঐ শাক্কি ওইকদৌরিনি চংসি থেংগ্ৰে।"

"ফনি ওজা।"

একাগাডীদু ইম্মুংদা ইনশিল্লম্মী। শো লোনশিল্লগা শোদু পশিভাদা পীরম্মী। গম্ভীরন "ফি খল্লনখে প্রতিভা, নখোয় বাবাগীসু মচেগীসু,, নওগীসু।"

মহাবীর জৈন্না গম্ভীরগী মতং নীংখিনা পাংবীরি। অদুবু চকানগী মমল হেজিন্না লৌরীরি। ডাংনা শানবদি লেম্না পীথোকপগুমলি।

ডনিদি প্রতিভা মওগী লৈবাক্তা লৈবগুমখে। হেলোইনা পুরবা মীওই অমগুম গম্ভীরনা হায়রিবমখৈ পাংন্দা ইঙ্গরি। লুদা চওলবা মীলহাগুম মহী মরায় ইচম চম্লি। পায়খিবা উখিবা পোৎ খুদিংমক মওদা উখিবগুম তৌরে।

ভুম্নি শুবগী ভুমিং যুংবগী অদুরাইদা বীঃ কেঃ লাকই। মহাক লাকপগা কাওবু অসি ইম্ফাল তম্লক্লে। মরীনিশুবগী ভুমিদাংদা ইম্ফালদা থুংলৈ। কুল্লাগা মুনানুগসু মচীন-মনাও হল্লকপা রানা ভাইদুনা লৈরম্মী। মতম্ কুইনা হুন্দোক্লবদুদা মচীন-মনাওসু হেক নোঙানবগা থবক মফমদা চংমিন্নখি। খামরগী কেম্পতা চাক্ থোংহল্লগা, মচীন্ মনাওমক চমিন্নখি। ভুমিং নিংগী শেনফম য়েনগদবা ব্রাংপদগী, শাওরম্লগা থবক শুবা মীওইশিংদু তাইশিন্নবা হোংনবদা গম্ভীরসু অতৈ

থবক য়েংবা ঙম্খিদ্রে। নোং চিফেং-চিফেং ভাই, হায়দুনা থবকস্তু ইপাং পাং-পাংশিল্লমদে। মতুগী গম্ভীর নুংনাংখি।

নুমিৎ অসিগী নুমিদাংনি, থবক মফমদগী হল্লক্লগা সুরেস ইরু মাইথঙথোক্লে। অনৌবা ফিরোল হোংদোক্লগা চেগী ময়োম অচৌব, অহুম কোল্লদুনা জীনীখোয়দা লাকই। য়ুমজাওগী মাঙ্গোলদা, ফক্না খাজিল্লিবা অহুদা মমা ইবেম্মগা, রীনাগা মখোঙ্ ফম্বা য়াওরম্মী। জীনী মতোমতা ইমুংদা চা লোন্দুনা লৈরম্মী। সুরেস হেক্ চদুলকপদা জীনীনা —

"করিগীনো তামো অদুক্ থেংলক্লিদি?"

"নীং কেং সিং ঙাইরকপননি। হেক থুংলগা চেল্লক্লিমিনি।"

প্রতিভাগী নরীদা রারী মতেক্ অমা ঙহাক সুরেসনা তম্মী মপূং মরৈ ফারে ফজারে, হায়নস্ তম্মী। রারী নীনা লীনা সুরেস, মানা পুরকপা চে নয়োমশিংদু থারম্বা ফক্ নথকুদা থম্মী। ফুরিং খাওদগী খুজী ময়োম্ অমদি খুদোপুস্ লৌথোক্লগা পীরি। নথ তারকই —

"নঙনা পীবা নাপু ঙাক্লি।"

জীনী খুজিস্তু, খুদোপস্তু অমত্তা শিরম্দে, ঈলিংগা সাদনগা লৌরুরগা শিজিনবা লাক্লরি। য়াদ্রদুনা সুরেসনা মখুজেং পায়দুনা, মতেং পাংবীরি, শীজিন্বীরি। খুদোপ ফাওবা সুরেসনা শীজিনবীরি। মথংদা ফিরোনশিংদু লৌথোক্লগা য়েংমিন্নরি,। জীনিনা অপাম্বা মথৈ খন্দোক্লগা চেগী খাও অমদা লোইনা হাপচিল্লে, অদুগা লোইনমক্ শুপকোন্ কোন্শিন্দুনা মাগী কা অদুদা পুশিনগ্রে।

চাখুমাঙদা অচৌবা শামুক অমগী মথক্তা নমা ইম্মেগী চাক্ শরুক খাক্লি, খরা অনেম্বা অমদনা মচেম্মগী খাক্লি। মহাক্কী শরুকি হায়বা অদুনা লৈবাক্তা থিল্লি।

সুরেসনা — "পাবুংদি?"

" থবক মফমদা, কেম্পতা লেল্লক্লনি হায়রম্মী।"

সুরেস নে হেক্ তাই, মমা ইবেম্মসু, রীনাসু পাক্ চঙলক্লোই, মাঙ্গোলদা মখোঙ্ ফম্বা য়াওরি।

জীনিনা মখোয়গী কাদগী হেক্ থোরকপগা —

" তামো, চাক্ চাখিসি,। ফাললোম্দা লেঙ্শিন্বীয়ু," —চাকচা লহু হেক্ থাই। মখা তারকই — " ঐ চা পীরুখিগে।"

" হুম, ঐ চাররোই, চাক্ লোইহৌরবনি য়ুম্দসু।"

" য়াদে, য়াদে চামিল্লখিনি," —হায়রম্লগা চা গ্লাস ৮ থক্ হৈরি। য়াদহুনা সুরেস, জীনীগীনি হায়না থম্লিবা চাক্ চালুক্ অতুদা থরগা চারি। জীনিনা মখা তারকই

" প্রতিভানা বেঙ্গলী স্কুলদা তম্লিবৈ, ঐখোয় ছাত্রী ৪।৫, পাড়ালোমদা ফাওজিল্লরুগা, হেক্ হেক্ য়েংবা চৎলি, ফজে।"

মতমসিদা মাঙ্গোলদগী মমা ইবেম্মনা — " জীনি চা" লাওরকই। হান্ননা হৈরবা চাশিংহু পুথম্ অচৌবা অমদা হাপ্লগা পুথোকখ্রে। সিদা সুরেসসু চাক্ তঙ্খাইমুক চারগা, তোক্লহুনা ফক্তা ফম্লম্মী। জীনিসু চাগী মমলনি হায়হুনা অমা চৎপী চবুল অমা য়েপশিল্লগা কি অমা ইনশিন্দুনা থোরকই —"থিন্দোকচরগে, তামো।"

মখোয় অনীমক তুং, মাঙ থানা থোকমিন্নরক্লে। ৱা মচেং অমত্তা দে। কোম্প্লোঙ লাম্প্লোপা ফাওবা থিন্দোরকই।

অহুংপা কোম্প্লোংনি, ৱাশিংহু অমুক অহোবদা থিংজিনহুনা লম্মী অতুগা জীনী অতুম লেপ্পুনা লৈরি। " মতম কুইনা উন্নরুদ্রবা অমুক্ চঙ্খিগদৌবহু থল্লুবদা মথৱাই নুঙাইত্রবা "সুরেসনা হায়রকই

চেল্লসিদো, জীনী।"

উম্ —।"

———

মন্মাক ইবুঙোগী লাঙ্গেন্‌ফমগী ইমুংদনি। য়াওশঙ্গী চাক্ চান্দবা ওইনা মোটোর এসোসিয়েসন্‌গী সাধারন্ মীফম্ পাংথোক্কদৌরি। অমুক্তী পুং ৮ খরা হেল্লক্লে, মনিবাবুগা কুল্লগা একোপাড়ী অশংবা অহনবা অম্‌মম্ তোংলহনা য়াওবা লাক্লি। শেল পায়নবা ঙাক্লি। থুনীং ফাবী শড়নখোঙ্‌প চীনা সীক্কী পুময়াৎ, সনাগী ঘড়ী, সনাগী খুদোপ, সনাগী লীক্ মতৎ, মতমগী চৎনবী অমত্তা ব্লাৎনদে। লৈকাইদগী লৈশাবীদা, নত্তনা অহল ওইরবা ঠীকাদারশিংগী মচান্নুপীশিংসু পুনরক্কদৌরি। অনৌবা থাবা কোয়লাশনি, মুরি। থৌরিবা মীগীসু মুঙাই, অউবা মীনমু মিৎফম হোংনদে।

"সাহেবকী লৌদা, হঙ্গাম ঙাক্তা থারিসিবু পাবুংনরা বাবু?" মণিবাবুনা হংলকই।

"মানি, বাবু। অনৌবা নীন্‌বগা তরেৎ খরা কল্লে হায় -" কুল্লনা খুম্মী।

'শন্‌গা লৈত্রে চাবীনবা, হেক্তা মুঙাইথ্রে য়েংবদা।'

'মাহন লোকচাওদা লোইনা হোনখ্রে। মচীন্দা থাজিনবদা মতোংনা অমা শরুনা অমা, তোঙান্ ভোঙান্ ভাই হায়নৈ।'

'অহুননি শন্ অমত্তা উদ্রে। পাবুংগুম্বা পোরম্ কুপ্পা, মুন্না, শাংনা উবা ওম্বা অহল অমা লৈবসি সাহেবকী ওক্সোক্লা মপ্লায়বক্ ফরবনি। অহুবু মুরেসকীদি শীন্‌বীদ মাল্লে।'

'মন্মাক্ শেম্বগী ব্লাফম নত্রি। শন্না নাপি চাবা লাকপদ কৈনা শব্দ তৌহনা চাহন্দবা, শাদানবনা কৈ কাপ্পা লাকপদা নাপিন লোৎপা ব্লাফম্ অমসু য়াওরি অহুননি।'

"বাবুস্থ ভাব তাবীরম্গনি। থাবা মশা ব্লাইশংখিদ্রে ফরে, অদুবু ম্লাররোইদবনি। জীনীস্থ, মচীন্ মনাউমক্ সাহেবতা থাজগে খল্লম্বা ওইরমাল্লদা বাবু।"

"চুম্মী, বাবু। পাবুংগী নীংবা কায়খি।'

'ইংখোলত্থুনা কম্দোরিগে লম্ফেল মপান্গীত্থুবো ?

'স্থুরেসনা শেমজিন্ শাজিনখ্রে। একরমুক ওইনি, হৈনৌ মখোঙফাও লৌশিনখ্রে। য়ুমস্থ কাবক্ কাবক্ খরা শাজিনখ্রে।"

'মশাগুত্থু খচ্চর থম্মাল্লে।"

'খচ্চর কম্পানীগী ওফিসার খরা লৈ ইংখোলত্থুদা।

'হৈঙাংসিবু নোট নম্মী হায়নৈ চুস্ত্রা, বাবু ?

'মিলিটরীশিংনা বর্মাদা লান্ চঙলমদাই শেল ফুমমম্মী ঙাংনরিসিনি। মরক মরক্তা শেলসি চবুন্ চবুন্ মাঙ্নরিনি। অচৌবা ওফিসারশিংনা থিগৎলক্লিনি, স্টোর খুদিং, কেম্প খুদিং চঙ্থুনা।'

'ফাবা ঙস্ত্রা বাবু'

'কদাইদেনো। লোন্না হেক্তা মেসেজ পীনখি, লোৎনখি,' থৈদোক্লখি।"

খোংমন য়োরে। মম্মাক্ ইবুঙোনা লান্ চেল্লিবা ইমুংত্থুগী নিঙোল অমা বার্ত্তন তৌখি। মনেম্বোকনা ছাটিন্ অমা খল্লগা মৌ নহা অত্থু পুরকই। ফুরিৎ লিত্তে লীক্থাং মথং মথং মথবাক্তা শিরি। মুপা মচা অমস্থ ইল্লকই। ফৈজোম্ মপান্ অত্থু খুবীমুক্ পাক্লা অঙাংবা চল্লি। মোজা ফুরিৎ অমা লিৎলকই। মরুপ অনীত্থুস্থ কুমথরগা খোঙনা মখোয় অনীবু ইল্লকই।

মখারোমদা চঙবা লৈরক অমদা হাইজিনখ্রে। অনীস্থুবা কোম্মোঙদা চংখ্রে। মনেম্বোক্লা ছাটিন খুমজিল্লগা শেগাদা য়েপ্লগা চংখি। মরুপ অনীনা অহান্বা কোম্মোংগী মপা য়োরকপদা,

অহুমশুবা কোম্বোংদগী, মুপামচা অহুম্‌থক্‌ মখুৎ শম্নরগা থাবল চোংহনা থোয়রকই। অহান্‌বা মুপা মচাহু বগুনপার্টিনি। মহাক্না তে-তে-রে-তে খোঙ্‌ঙি। মুপা অনীহনা খুম্মী শমান্দোং শমান্দোং। তে তে-রে-তে - শমান্দোং, তে-তে রে-তে শমান্দোং। য়াম্না থরাই য়াওনা চোংলি।

'ভালো ভালো। চেংহী অফুৎপা মনম্‌ নমদ্রা, শমান্দোংদগী। মনি বাবুনা হায়রকই।

'হোরেন্‌ চোংনি, য়েংগে' — মাঙ্‌ থংবা অঙাংহনা অতেকপা ময়া হিগৎলহনা হায়রকই। চোথরক্লিবা মনগু খুনম্না ফৎ তৈথোক্‌খি।

মপাবুংগী সুমাঙ্‌দা চঙ্‌শিল্লক্লে। ইনশাং-শেম্বী লৈশাবী ময়াম্‌ লৈরম্মী। লমতাগী অঙাওবা মুংশিংকী মতামক্লে, মুরবা শমলাং চোইজাইনহল্লি। শেংলি চারিবা ইল্লিবা ফিহুপ-ফিরাঙ্‌ পংহুম্‌ মহুম্মী। মরক্‌সিদা পাখংসু লৈশাবীসু পয়েংদা ময়েংনৈ। লৈশাবীশিংগী মিৎ চামা-চামানা য়েংশিল্লকপদা, পাখং অনী খোং-থাংবা থোক্লি, তুগে-তুগে তৌরি।

মিটিং হোরে। গম্ভীরনা এসোসিয়েসন্‌ অসিগী মেম্বর অমা ওইনা, সাধারণ মীকম্‌ য়াওবা ঙসিনা অহান্‌বনি। মেম্বরশিং অহু ঠিকাদারনা অয়াম্বনি। হান্নগী থবক্‌ পুবা মীওইশিংবু, লাক্কদৌরিবা চহীগীসু পুহন্‌খিবা হায়না ৱারেপ লৌখি। অহোংবা অমত্তংদি এসঃ ডিঃ ওঃ সাহেবপু ট্রেজরর ওইনা চপ্‌ মান্ননা থন্‌খি।

ট্রেজররগী ফমসু পায়রবা গম্ভীরবু ময়াম্না ৱা ঙাংহন্‌খি। অশাঙবা ভাষণ অমা পীখি। লোইশিকপা শরুক্তা তিল্লরিবা মেম্বর পুম্নমক্তা আপীল অমা তৌখি।

পন্‌বা ৱাবা মত্তাংদি—

'এসোসিয়েসন্‌ অসিগী চাওখৎপসি, মেম্বরশিংনা থরাই য়াওবা

ওদবদা লৈরে। মী অমা ওইনা হিংবদা চঙ্বা পোত্তা, চেং নত্তনা নিপুরদা করি লৈরি। থুম্, থাও, কেরোসিন্, হবাই, চা, চিনি, সিনচিংবা মপান্দগী পুশিল্লকপা মক্তনি। গোৎ চৈশিংসি মরাঙ্ য়না পুশিল্লক্রবভদা, প্রজাগী য়াইফবা ওইগদৌরিবনি। মসিগী দা আচৌবা থৌদাং লৌরিবা এসোসিয়েসন্ অসি চাওখৎহন্দবা বনি। হৌজিক্ ফাওবা মেম্বর ওইবীত্রিবা—ঠিকাদার পুম্নমক্ ওসি- মেম্বর ওইশিন্বীয়ু। গাড়ী মশীং য়াম্বা, শেম্বাং, শেল্লেপ চাউবা দরকারনি। শেম্বাং লুপা-লিশিং অমমম্দগী তাদনা লৈবীয়ু। দবদা গাড়ী অমমমগা পুথোকপীয়ু। গাড়ী থৌনীংবা অমদি বা মী য়াম্না লৈখ্রে। থৌহন্গদবনি, ট্রেনীং পীনবস্থু শীন্গদবনি। ম্ অসিগনি মরী লৈনদে, য়াস্থু মকা লাম্না ঙাংবা য়াদ্রি। মতম্ তোপ্পা মীফম্ অমা কৌজরকখিগনি। মমিং, মথা করিমত্তা াই। আফ্রিকাদা খোনী য়াম্না য়াম্না লৈ, মমল য়াম্বা খোনীগী কংডি। অঙৌবাশিংনা লাক্লগা আফ্রিকাগী মীওই শিজিন্নে। অহু মখোয়না লেপ্পীংবা অরাংবা মমলদা লেপ্পগা, রার্ড কার্কেক্টা । হাক্থেংননা কান্নরিসি কনানো? মনিপুরগী চাখোক্ করিনো? ইমা ইবেলশিংনা নুপী লাল হৌখ্রিবনো? লাঙ্গোল পাইরি, চৈরোং রিবাশিংনা, মখোয়গী চাখোক্, মখোয়না লেপ্পীংবা মমলদা, লেপ্ মপান্দা থাদোক্হন্গনি। লৌমীশিংগী হাক্থেংননা কান্নহন্নবা রয়ান্ সোসাইটি অমা লিংবা দরকার লৈ। পান্দম্ অসি তা- মতম অমদা। ময়াম্না ইতেং পাংবীরকনি নীংজে।'

গম্ভীরনা রা ঙাংবা হেক্ লোইখিবগা থুনরকপা খুবাক্না সুমাঙ্ মাঙ্গোল পুম্নীল নীন্খি। মাগী নুপী মেম্ সাহেব ফাওবা ন নোকচখি, ছরাওজখি।

থিলগী পুং অনীরোম্ তারক্লে। চাক্ তোক্লহুনা ময়াম অহু ফম্দা ফম্নরি নীংথিমা ফম্নরি। পাস—খেলা শান্নগদৌরিবা কাঙবুম্থ

চাক্ চাবা অসিদা য়াওরি। মখোয়স্ চাক্ তোল্লহুনা মফি মরোল শেংলি। ঠিকাদার ময়ামগী ফম্ফম্ মখাগী সুমাঙদা, মমায় অরাং ওন্না শেম্লি। মম্লায় ওইরপ্ মমাং মক্তদা গম্ভীর অমদি মনিবাবুগী ফম্ফম, মী অনী ফম্বা য়াবা সোফা অমা থারগা শেম্লি। তিল্লরিবা ঠিকাদার অয়াম্বা, গম্ভীরগী মখাদা ঠিকা তৌবা ভাক্তনি।

মম্লাক্ ইবুঙোগী ড্রোইংরুমগী মমায়গী শরুক অহু ভসিদি লৌথোকল্লে, মহুদা মজা ইবেম্মা অহন্না লুচিংলগা লৈশাবী ময়াম্ ফম্লি। ময়ামগী মমাঙ্দা ময়ায় ওইরপ্ মজা ইবেম্মগী ফম্ ফম্ শেম্লি। অরাংথংবা সুমাঙদস্ চৌকী ময়াম্ থারি। অহল লমন্ অমদি অঙাংশিংনা সুমাঙ্দা ফম্লি।

'করিনোনে, সাহেব, ট্রেজরর্ ওইবতা নত্তনা, এগ্রেরিয়ান্ সোসাইটি অমা লিংনিস্ হায়বীরুরিহুবো ?'

'ময়ামগী সেবা তৌরগে বাবু, মহুগা লোয়ননা ঐস্ শেল কন্না তাল্লগে।

'চহী অনীদা ভাইরে, ডাক্তর তল্লরোইদবা ?'

'তল্লরোই, কৈদৌরুনি লোইরে। নুপী থিরে, মশাস্ রাই শংথিদ্রে। করি রাংলি। শেলদি পায়দবা য়াদে। য়াম্না মরুনি। মীনা উশিত্তবসে নুঙাইতে। অহুগা ঐনা পাংথোক্লীংলিবা ময়ামশিস্ শেল।

ভাবোক তিন্বা লোইরে। শ্যামকুমারস্ মমাল্লবা অনীগা লাকমিন্নৈ। অরাংগী চৌকী ময়াম্ থারিবাহুদা, নোংচুপলোমদা হাংলমহুনা, মহুদা ফম্লি। মশা খরা হঙ্গৎলক্লবী মেম্সাহেব্ মশাগা রাই শংদবগা, কুহু-কুমেন্ থোক্লি। মশা অহু তঙাং-তঙাংলি। নোংমা মুনানুনাহায়খি—

'সাহেব, শ্যামকুমারহু শিলোংদা গাড়ী থৌরি, মচাম্নুপা অমস্ ফংলে।'

মতম অতুবা থওইনা খল্লুদে। ওসি শ্যামকুমারবু উবদা, মুনান্‌গী রাকম্‌ অতু মনাকোংদা ঙংলকই। মাগী থম্মোয় লাইষ্নমগী ফজবীবু নীংশীংলকই।

মজাইবেম্মনা রাহৈ শাংখিদবা থা ৭ হেল্লক্লে, ৮ হায়রক্লে। মজাইবেম্মসু য়েংদশিন্না, গম্ভীর অমদি মনিবাবুনা ফম্লিবা অদোমদা কল্লপ য়েংলম্লগা মচীন্‌ খজিক্‌, রুমান অঙৌবা অমা পায়রিবা ওইগী থুংনা, খোইরুম মোমোন্‌ মিনোক্না লোয়নননা মায়থোঙ হাইফেত্তং লুকথজখি। মীতিল্লগা রা ঙাংদবী, মরোল থোক্তবী নুরানি। মায়থোঙ চৈনা পুজবী, ফৈ-না য়ুংনা য়েংদবী নুরানি। মনেম্‌ মকুনা য়াজবী, থরাইনা ভাজবী মমৌনি।

কমিন্নরীবী রীনানা রা পংঙাংদা ঙাংডি, পাখং লাকপা খুদিং কোইয়েং য়েংলি। চিনা—সিল্ককী ফুরিং অপাবা অমা লিং, শেনগুপ্ত ফেজোম্না খুমিং থুন্না জোম্‌ জোন্‌ শেং, ফুরিংখাউ জেপ্তা নোট বুন্‌ অমা, জোন্‌ জোন্‌ হাপ, লৈশাবী ময়াম ফম্লিবা অদোমদা পংয়েংদা য়েংলকপা, শ্যামকুমারগী মতৌতু উবদা রীনানা—

'অঙাওব্রা অসিবু, ইবেম্মা কনানোনে?'—হংলকই। য়েংলুদনা পঙবা মজা ইবেম্মনা রুমালনা মচীন্‌ খজিক্‌ খুম্‌, লু-লুকথরপ রীনাদা কাওবা য়েংলুদনা মকোক্তনা খজিক্‌ লৈশিল্লগা—'কনানা খঙ্‌নোদা, থোং চাবা মী ওইরম্মোই। নুপাসিদি থরা লেমথোক্কদবনি। তৈবুঙো খোয়সে য়েংঙু।' মতুদা রীনানা মতৈবুঙোদা মুন্না য়ংশিল্লকই। গম্ভীর অমদি মনি চঙকরি।

পাস খেলা হৌরে। লাংনরম্বা পুন্নমক তুমিন্‌-তুমিন্‌ লৈনখি। মতুমক্‌পু মণিবাবুনা তুমিন্না গম্ভীরগী মনাকোংদা 'সাহেব, শেরান্নবা মথ লৌবীগনু। বাবুনীগী মায়থোংসে য়াম্না—"প্লীজিং" ওই মৈতৈ-রান্দা করি হায়দনো, নত্রনে সাহেব?'

'থম্মোই মুঙাইহল্লি, ঈংহল্লি, নৌহল্লি হায়বীয়ু বাবু।'

'নারমন্ত্রবদি ফরমৃগদবনি, সাহেব।'

'উম্,! লায়েংবা, মুঙাইনবা শীন্‌বা ঐগী পুন্সিগী থৌদাংনি, হৌজিক্তি।

গম্ভীর, তুকান্ থাদোক্পা য়াদহুনা মনাওনুপা গুণসিংগা হেক্-হেক্ শঙ্ভি। অত্নবু কুল্লখোয়দা শিন্নরম্নগা মপাবুংগীদা তোয়না লেকই। য়াম্না নক্লরবসু, লাপ্নবগী ৱাকম্ অমদি মরৈরি। ময়ুম্মক নত্তবগীনি।

লীলাগী মতুংইন্না বৃন্দানা ঈশৈ শকপগা লোয়ননা জগোই শার শারহুনা থোরকই—

'নীংথিরে ফজরে বৃন্দাবন্, পুক্লিং হুনা ফজরে,
নৌরবা উ-পাম্বীদা য়েৎলে, নৌরবা উরিশিংনা,
খোঙদগী তোন্ ফাও য়োম্লি, অনৌবা য়েন্নীং হুল্লে,
অনৌবা মপালনা শাংলে, হৈপাল লৈপাল্ পুম্বা ব্রজগী।
মুমিদাং লুক্ হাবা লোইরে, শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র শ্রীনন্দগী কোম্লুংদা,
ৱাহোংশিংনা তোয়না তোয়না খোংবদা, শ্রীকৃষ্ণ য়ুমদা লৈবা ঙমদরে।
মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা জগোই শারা শারহুনা থোরকই,
বৃন্দা উবদা হায়রকই
'হে বৃন্দা, ঐ য়ুমদা লৈবা ঙমদরে, ৱাধিকাগা লোয়ননা রাস লীলা শান্নগে,
ইবেম্মনা চেপ্নবা লৈগী শয্যা শেম্‌সি, থিরকউ লৈগী মখল শুনা বৃন্দে।'

বৃন্দানা লৈ হেক্পা য়েন্দাইদা হাপ্লা, লৈ লেংবা, লৈগী শায্যা শেম্বা, মথং মথং জগোইতনা উৎলি—

'হে ইবুঙে! রাধাগী থম্মোই হুবা ঙম্বা, লৈগী শয্যা শেমজরে।
মালিকা, মালতি, লবঙ্গ, কেতুকী, শিরিদা, কুওম, লৈহাউ নাগেস্বর।

লৈগী মখল শুনা য়াওরে, লৈ-তনা শেম্বা লৈগী শয্যা।'

কৃষ্ণনা মায়কৈ থুংনা কোইচেন্ চেন্না জগোই শারি, খুবাক্পা
মিংথক্তা খল্লা খল্লতুনা, অথাপ্পদা য়েংলি। হায়রকই —

'হে বৃন্দে! ইবেম্মদি লেংঙক্লে, অহল লমন্না থাম্নবা,
অহল লমন্ তুম্বা ঙাইরব্রা, লম্বীদা য়েংবদা মিৎলি নারে।
থম্মোই অসে ফুনগৎলক্লে ইবেম্মগী প্রেম্না, ঐ থাঙ্বা ঙমদ্রে
বৃন্দে।'

গোই শানা-শানা চেন্শিনগ্রে লৈগী শয্যাদা, কোইয়েং য়েংলগা
য্যাদু —

'লৈমন্ চল্লে অখুইবা য়াঙরে লৈসে। ইবেম্মগী হকচাংদি লৈদগী
নৌবীনি,
ননী মাখন্দগী হেন্না থোৎপীনি, অনৌবা লৈতা থিরকউ,
হে-বৃন্দে।'

কৃষ্ণচন্দ্রগা বৃন্দাগা জগোই শামিন্নরি, লৈ হেক্লি, শয্যা
মজিল্লি। মতমসিদা রীনাগী মনাওনুপীদু, গম্ভীরগী মনাক্তা লাক্লগা
'ইতৈবুঙো, ইচেম্মনা শেল পীয়ু পৈশা থাগে হায়রকই।'

লুপ্পবা তাংফম্নি, অরেম্বদা শেল থাদোক্লীংদবনি। থুনা রাখল
া খল্লগা, মাগী শঙন্গী ব্যেগ হাংদোক্লে। মঙা চৎপী নোট
ন্বা চবুন্ অমা পীথি। মদু উবদা মনিনা, তুংদা ফম্লিবা
াদার অমদা —

'তাদগীদি খরা থাবীয়ুদনা।'
'ফনি, সাহেব' — হায়রগা মঙা চৎপী নোট চবুন্ অমা মনি-
দা পীরকই। মনিবাবুনা মদু রীনাগী মনাও নুপীদা, অমুক্
ই।

রীনাগী মনাও নুপীনা পুরক্পগা, মনাওনুপীদুগা জীনীগা

চঙ্‌্তুনা, পরেং লেংলি। ওহাক্‌ লৈরগা পরেং অনী পূরক্কুনা, জীনীনা বৃন্দাদা অমগা কৃষ্ণশাবীদা অমগা হুক্‌চিন্‌বীরম্মী। মতু উবদা শ্যাম্‌কুমারস্তু থোরক্কুনা মঙা চৎপী নোট কুন্‌ কুন্‌ থক্‌ হেক্‌ য়েল্লি।

লীলাগী মথং মনাও চত্থরকপা মতুং ইন্না রাধা থোরক্কুনা কৃষ্ণগা জগোই শামিন্নখি। মতাং অতুদা অহল-লমন্‌ মথৈ থোরক্কুনা, ও খোংনা কপ্তুনা খুরুন্নখি। রীনাস্তু শেল অমুক্‌ থাখি শ্যাম্‌কুমারস্তু মতুংইনখি। অতৈ ঠিকাদারস্তু শেল থানখি। শেল থাবদা নত্তে, শ্যাম্‌কুমারদি লৈশাবী ময়াম্‌ ফল্লিবা জগা অদোম্‌দদা য়েংহুনতা লৈখি। মাগা লাক্‌মিন্নবা মমান্নবতুদা, লৈশাবীদা য়েংনা য়েংনা রা য়াম্না হংখি, রারী য়াম্না শানখি।

মথংদা এক্‌ গোপী, এক্‌ শ্যাম্‌ শান্নরবা মতুংদা কৃষ্ণ চঙথ্রে। গোপীশিংনা জগোই শানা শানা ঈশৈ শক্না শক্না কৃষ্ণবু থিরকই।

'গোপী অমনা হায়—

'হে ইবুঙো! বৃষ্ণি শাগৈগী অথোইবা! কালিয় লীন্‌গী মকোক্তা, নেৎতুনা জগোই শাবা, থোৎলবা নৌরবা নখোঙ্‌ থম্বাল অতুনা তিংখং তুম্বৌ, নাপী শিংলক্তা চৎপদা, থিঙ্গায়-রমগনি হায়না ঐখোয়গী থম্মোইদা অরাবা পীরি। নখোঙ্‌ থম্বাল অতু ঐখোয়গী থবাক্তা নেৎপীতুনা, রারবা খম্মোই অসি কন্‌বীয়ুনে?

চত্থরক্লিবা লীলাগী থোদোক্‌ মতুংইন্না রাধিকাগী মান্‌গী মতাং য়োৎরক্লে।

বৃন্দা শাবীনা হায়—

'তাবীয়ু, চান্নথোইবা! ব্রজগী লৈকোলদা শাৎপা-লৈরাং য়ৈনা থোইমুনা লৈহী চুপ্পগুম্‌ ইবুঙোনা গোপী পুম্নমকপু চপ্‌ মান্ননা মুং-শিনা চান্না শান্নবীবতুদা শ্রীমতি রাধিকানা রারৌথ্রে। মহৌশানা শাউ-

নবীনি হায়বা থঙ্‌বীরিবা নত্রা? লেঙ্‌বীরক্লো কুঞ্জদা ননাইনা লম্‌-জংজরগে।'

শ্রীমতি রাধিকাগী মনাক্তা পুশিল্লরুবা শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাগী মফ-দা—

'শাউবীগনু ভপ্‌থবীয়্‌ হে রাধে, রাখল অমুক্তগা তৌবীয়ু। ঙ্‌গী উনা অনৌববু ভমজনা থোংলবা নখোঙ্‌ থম্বাল অহুনা ঐগী কাক্তা হাপ্লিয়্‌। নঙ্‌গা কায়নবগী মৈচাক্লা চাক্লবা ঐগী থম্মোইসে মুক্তা ঈংহন্‌বীয়ুনে রাধে।'

মতাংসিদা মণিবাবুনা গম্ভীরদা য়েংলগা হাইফেৎ নোক্‌ই। গম্ভীর-য় নোক্তবা ভমদহুনা নোক্‌খি। মেম্‌-সাহেবতা য়েংলুববু, মোমোন্‌-নারুগা মণ্ডোন্দা য়েংলম্বহু উরুই। শেল্‌ হাত্তবীরীনা শেলগী মালা লন্তম্‌ বৃন্দা, শ্রীকৃষ্ণ অমদি রাধিকাদা চঙ্‌শিল্লগা হরুই। অহল্‌-মন্‌ ময়াম্‌ থুরুম্বা, চঙ্‌লক্লিহৈ, কপ্পরিহৈ, শ্যামকুমার মমাম্নবশিংদা শেল্‌ -ংখি। ফংদ্রমাল্লে তুগিন্‌ লুকথহুনা ফম্লি। কুইরমদ্রে, ফুক্‌ হৌগৎ-লগা, শ্যামকুমার অহুম্‌ চংথ্রে।

---

## ১৯

হুমিদাংনি। কোংবদা গোকুলগা পাখং অমগা চাক্শঙ্দা খো-ঙ্গেন য়াম্না নেম্না, লোল্লপ ৱারী শান্নরি। পাখং অত্নুনা—

'ইম্ফাল তুরেল খোঙ্নুংদা লাক্পনি খুরা ঐ। খ্বাংদা তুঙ্গোল অমা য়াল্লি, খুদৈ অমোৎপা শেগাইবা অমা শেৎলি। কোকশেৎ অমা শেৎলি। মতুদা চে-চাং খরা য়োম্মী। হুপা ঈল অমন্বা অমস্থু খুত্তা পায়। মতু হুল্লা হুল্লগা লাক্লিবনি।'

'সিফাই থেংনদ্রা?'

'থেংনৈ। কোক্শেৎত্তু লৌখিদ্রা পাখংলি। হিন্দী ইংরেজি থঙদবা শাশিন্নে। 'খোঙ-খুৎ হকচাং লৈখোম্ ইতৈ তৈরিপোংনিদা, খুরা। সিনি খুরা, রাস বিহারী বোসনা লুচীংহুনা, 'ইণ্ডিয়ান ইণ্ডি-পেন্ডেন্স লীগ' শেম্ব্রে। ঐখোয় বর্মাদা লৈবা কাঙবু মথৈস্থু পুল্লগা 'মনিপুর ইণ্ডিপেন্ডেন্স লীগ' অমা শেমজরে।'

'কনা-কনানিনা মৈতৈ মচাদি?'

'য়াম্মী, খুরা মণ্ডলে সখা মহাসভাগী কামিটি মেম্বর লোইনা য়াওই। বামোন্ নৈকাইগী ঐঙ্গা অহুম্মক্, ঙাংবম্গী পাবুং, লাই-খুরাম্ ইপু, মচং ওইবা মীওইমক্তনি।'

'গন্ধারনা করি ওইরিবা?'

'নম্বোল মথক্ লোক্পচীংসিদা ১৫ শুবা ডিভিজন্না লাঞ্জংলক্কনি। মতু গন্ধার বাবুনা লমজিংলক্কনি। টিডিম্, মোইরাং, পলেন্, উখ্রুল, কোহিমা মায়কৈ মরী ফাংনা অমুক্তদা চঙ্শিল্লকনি, মৈতৈ মচানা লোইনা লমজিংলক্কনি।

'কঙ্গ্রেসনা তাল্লিবদি ভারতকী নিংতম্বনি। ইবুঙোখোয়গী লীগনা তাল্লিবনা করি ?'

'এসিয়া মহাদেশকী মান্‌চিত্রদগী অঙাংবা মচু তৈথোকপা। বৃটিশকী সাসন মুৎথৎপা, মখোয়বু তাম্থোকপা।'

'খুৎলায়না কনানা পীদোরিবা ?'

'জাপান্না, খুরা, ?– হায়রম্লগা ফুরিৎ খাউদগী ছাপা নম্বা চেনা অমা পুথোয়রক্লগা উৎলি—'ময়ায়দগী অচৌবা ফোটোসে গান্ধীনি, পাঙল টুপী উপ্পিসিনা জীনানি, কঙ্গ্রেস তুপী উপ্পিসিনা নেহরুনি। ইংরেজিনা ইরিবা মতেকসিগী অর্থদি—'জাপান্না ভারতকী মতেং পাঙ্গনি, বাংকথ্রে।' হায়বনি। নাকল্‌ অমরোম্‌দা য়াওরিবা কোটোশিংসিগী আইঃ এনঃ এঃ গী লান্মীশিংনি, বাঙ্গালীদা—'ইংরেজদের তাড়াবার সময় যোগ' হায়বা থারি। ইংরেজিদা থারিবসিগী অর্থনা—'ফত্রবা বৃটিশ তাম্থোকখ্রো'—সিনি।'

'ইবুঙোনা লোন্না চেল্লরিবসিনা করিগীনো ?'

'আইঃ এনঃ এঃ না ইম্ফালদা লান্‌ হেক্‌ তারকপগা মতেং পাংগীয়্‌, হায়জবা লাকপনি। ঙরাং ফোইজিংদা মিটিং অমা তৌই। আইঃ এনঃ এঃ দা মতেং পাংবা য়ানখ্রে।'

'হোইনে, তাইনে। ওজাদো ফাখ্রে লংথবাল জেলদা থমখ্রে হায়রিনে।'

'চুম্মী, ও ফাখ্রে। ঐখোয় থরনা লোৎলিসিনি।'

'বৃটিসকী সিফাইদি য়াম্মী, খুৎলাইসু কৈ, নখোইগীনা কম্‌দোরবা ?'

'সিফাই লিশিং ৭০ হেল্লি, খুরা মেজর ফুজিরারানা, মোহনসিংবু জিঃ ওঃ সিঃ ওইনা আইঃ এঃ সি শেমহনখিবনি। খুৎলায় চপ্‌চানা পীরকনি।'

'নেতাজীনা, চিঠি অমা থারকই, হায়নৈ চুম্বা ?

' চুম্মী, খুরা। কবো ভেঙ্গীগা তায়নবদা লৈবা - কুকি মতৈ মনাওনা পুরককপনি। মী অমা থাহুনা চিঠিছু কাছারদা প্রেসিডেন্টতা পীরুরে। জেলদগী থাদোকপদা ঙাইবহুদা পোত্থাখিগে হায়রক্লে।'

'ইবুঙোবু গন্ধারগা উনরুগদ্রা ?'

'উনররোই, খুরা। ওসি অহিংসি ঐখোয় অহুম মোইরাং তমথ্রনি। গন্ধার বাবুদো মাদ্রাজি নিঙোল অমা লৌরবনি, মচানুপী অমস্থু ফংলবনি খুরা -।'

'জাৎ তারবা ! করিগীনো মৈতৈ নিঙোল লৌথ্রিদি ?'

'উমাবতী কৌই, নস'নি। গন্ধার বাবুনা নারিঙৈ মানা সেবা তৌখি।'

'অছুদা খঙনথ্রিবা ?'

'মছু থনবীরুরনু খুরা। গোবিন্দ খুরুম্বীয়ু। ঐখোয়না ইম্ফাল হেক্ পায়শিনবগা, মতেং পাংবীয়ু।'

'হোই, হোই মাঙ্গল ওইয়ু ইবুঙো।'

'নাকল সোমদা সুম্ থোকচথ্রগে। ঐসে ফাদৌগী কৌইতান তান্নরিবনি খুরা।'

ইম্ফালদা অহানবা বোম্ তাখিবা মতুং চহী অনিরোম্ ফারক্লে। নোংমা মুমিৎ তাথ্রবা মতুং মমি মম্নীবদা অমুবা হাইফেৎ চাওবা পোৎ অমা পাইরকই।

পাইরক্লিবা অমুবা পোৎ অছু লম্ফেলগী কুমাবম লম্পাক্তা তাখি। সিফাই খরা য়েংবা লাকখি, জাপান্নি হায়বা খঙলহুনা, খুৎলৈ খুনা তনহন হনথ্রগা, খুৎলায় পায়হুনা লাকপদদি, পোৎ অছু মৈ থাদোক্রম্লে। জপানস্থু অমত্তা লৈরমদ্রে হায়নখি।

রাক্কম অসি তোকৃঙা ওইনা শান্দারকই। মরু ওইনা কোংবা বাজার, খম্মাম বাজার, লমশাং বাজারদা কৈথেল কাবীশিংগী মরক্তা রারী শান্নরকই। ইম্ফাল মক্তদা জাপান্ লাক্লে হায়নরকই। অতোপ্পা য়া অমা অমুক্ ফেন্জিল্লকই। কংজাবীগী উমংদা জাপান্ ৪।৫ লৈরে।

মিলিটরী রেজিমেন্টশিংগী চথোক্ চৎশিন্, কোংদোক্ হোংজিন্ তেয়শিল্লকই। কাঙবু অমা হোংখি, চৎখি, অহাংবা জগা অচুদা, অতোপ্পা কাঙবু অমা, অমুক্ লাক্লুনা লৈরে। ইম্ফালগী মিলিটরী লৈবা লৈকাই অমদি, জগা পুম্নমক হোংদোক্ হোংজিল তোয়রি।

বীঃ কেঃ সিং খোয়গী কাঙবু পলেললোমদা হোংবগী হুকুম ফংলে। মহাক্কী টিডিম্ রোডকী চার্জ ওসি গম্ভীরদা শিন্নরমদৌরি। অয়ুক ওস্তা, ব্রেক ফাস্ট চারবা মতুংদা বীঃ কেঃ সিং জীপ অমা তোংলগা গম্ভীর হৌবা লাক্ই। মহাক্কী শউনগী স্যুটকেস অমস্যু, গম্ভীরগী য়োংকী উপু মনুংদা থম্লম্মী। মহাক্না পলেলদগী হল্লকপগা, লৌরনিস্যু হায়রি। মরুপ অনী অসি জীপ তোংহুনা, কোংবদা লাক্ই। স্যুরেসপু হুংবদা অপোকপা অহন্না, ঙরাং হল্লক্লে থুম্লকই।

খোংমন্দা মমা ইরেম্মাখোয়গীদা মখোঙ্ ফম্লম্বা য়াই খন্বদগী, নংদোম্দা অমুক্ লাকই। অচুম্বমক্ মখোঙ্ ফম্লম্মী। মাঙ্গোলদা মোরাদা থুদোং চেপফান কান্দুনা ফম্লম্বী মমা ইবেম্মনা —

‘ করিগীমো স্যুরেস হুংববো ইবুঙো ?’

হেক্ থুরুম্লগা গম্ভীরনা — ‘ কাংলাতোম্বীদা ঐগী থবক্ মফমদা লহুক্তা থাজগে, ইমাইবেম্মা।’

টিডিম্ রোডতনি, হুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অমা হেনগ্রে, অনীস্যু চাফাক্রি। লোকপচীংগী রাংমদা, য়াম্না লাপ্পা চীংথক্তা জাপান্না মন্শেল হাইনখি, হায়রুনা সিফাই পীক্ পীক্ থম্না তোংবা মিলিটরী

গাড়ী মথং মথং, মরী মরী থোজিন্নরক্লি। ফাইনেল বীল শীগদবগী থবক্ লোইরবা, মফম খরগী চোক্ তৌবা লোইরদুনা; গম্ভীর অমদি বীঃ কেঃ সিং নম্বোল লোমদগী, ইম্ফাল ভন্না তপ্না ভন্না মিলিটরী গাড়ী ময়ামদুগা থৈনা থৈনদুনা লাক্লি। মখোয়না চঙাঙ্গে মপা য়ৌরকপমক্তদা সাইরেন খোংলকই। শোরোক্ মচীদা জীপ্ থম্মগা, গম্ভীর অমদি বীঃ কেঃ সিং অহাংবা 'ভী' মওং মান্‌বা কোম্ অমদা মাগী মাগী শঊনগী বেগ পাইনরগা লোৎমিন্নরি। বীঃ কেঃ সিংনা মথবাক্তা বেগ কোল্লগা মকোক্না মোইরাং লাইজি ওন্দুনা উপ্রাক্লনা হিপ্তুনা লোৎলি। গম্ভীরসু বেগ কোল্লগা মকোক্না শোরোকলোমদা মৈরম্ ওল্লগা উপ্রাক্লনা লোৎলি।

ওহাক লৈরগা এরোপ্লেন পাইরকপা মখোল তারে, অরাপ্পদা অনক্পদা, এনটি-ইয়ার ক্রাফগন্ মথং-মথং কাপ্পগী মখোলসু তারি। পংকুই কুইদে লাংথবাল জেলদা বোম্ মথং মথং ৫ থক্ থাদরকখি। হৌনা নোং খাক্পগী মখোল গুম্মী, চঙাঙ্গে ফাওবা লৈবাক্তু থক্ থক্ নিক্লি। সিফাই ময়াম্, গাড়ী লম্বীদা খাল্লগা, অফং অঙ্কংবা কোম্‌দা চোংশিন্নরি।

নেম্না পাইরকপা এরোপ্লেন্ অমনা টিডিম্ রোড মশাংদুদা মেৎচীন্ গন্ থপ্পা-থপ্পা কাপথরম্নগা নোংপোক পাংনা পাইখ্রি।

মিনিট ২৫ রোম্ লৈরগদি সাইরেন্ অমুক খোংলক্ই। মতম্ অদুদা, কোম্‌দা লোৎনরম্বা সিফাই ময়াম্ থোক্লরক্লি। গম্ভীরনা লোৎলিবা কোম্‌দা সিফাই অনী শিরে। অমনা থিঙ্গৎতুনা থম্বা শঙ্গিন্দা চোংশিল্লকপদগী, লেংদুনা শিবনি। অমনা বীঃ কেঃ সিং নি, মকোক্ পুম্‌কাম্ন কায়রম্মী, ঈনা অতৎ-অথম্ লৈতনা হাথরম্মী। গম্ভীরনা লোৎলিবা কোম্ থড়হৌবা ঠিকাদারদু, গম্ভীরখোয়গী কোম্‌দা পরপ্ পরপ্ লাকই। গম্ভীরবু কোম্ মথক্তা চিংখৎলি। গম্ভীর মশা পুম্বা ঈ না পুকচোং-চোংলে, ওইথংবা মখোঙসু লেংবা য়াদ্রে, খুজেংদা- থরাক্

থরাক্ য়াম্দুনা লৈরি। গম্ভীরনা ঠিকাদারছুদা হ্বানা—

'বীঃ কেঃ সিংগী বেগ, ফুরিং থাওদগী শো, ঘড়ী লোইনা পীরকউ, তাদা।'

ঠিকাদারছু গম্ভীরনা হায়বা পুন্নমক্ ইল্লি, বীঃ কেঃ সিংদগী লৌথোরকপা, পোৎচৈ পুন্নমক্ গম্ভীরগী ফুরিং থাওদা হাপচিল্লি, বেগতুস্থু পীরি।

পংকুই কুইদে—'রেড ক্রোস' কী গাড়ী মথং-মথং মরী-মরী, লাক্লুনা, অশোকপা পুন্নমক্ 'ফার্স্ট আইড' কী মতেং পীরি। গম্ভীরগী পাল্লি থোক্লছুনা, অঙৌবা ডাক্তর অমগা, মেম্-নর্স অমগা লাক্লুনা য়েংখি। ডাক্তর অছুনা থরাক্ থরাক্ য়াল্লিবা মখোঙ্ অছু কিবম্ চানা থম্লি, মখুৎ অনী চংছুনা, মেৎ-মেত্তুনা য়েংলি; চপ্ চানা পায়শিন্‌ছুনা থম্লি। মেম্ নর্স অছুনা ব্যাচেপ্ থারগা বেণ্ডেজ নিংথীনা য়েত্তুনা কিবীরি। ষ্ট্রেচর অমদা হাপকৎলগা, রেড ক্রোসকী গাড়ীদা হাপকংখি। ঠিকাদার অছুনা, বেগ অনীছু পায়রগা মতুং ইন্নখি।

উপ্রাক্লা হিগ্নদা মখোঙ্ কারল চলহৌবা গম্ভীরগী, ওইথংবা খুজেংতমক্ তেক্‌খি। নোংমৈ গুলী অমদি অরুম্বা মেচিন্ গন্ পায়বা, সের ৩০ মুক্ লুম্বা পোৎ য়াওরিবা বুটকী খুয়াদা য়োৎ থাবা, সিকাইনা বীঃ কেঃ সিংগী মকোক্তা চোংশিল্লকপদা, অকন্বা লৈবাক্লা মোন্ খাংনরুবদগী খুদক্তা মকোক্ কায়ছুনা শিখিবনি।

সোরোক্ পরিং অছুদা শিছুনা তারিবা সিফাই মখৈনা ট্রকতা হাপকৎতুনা পুখি, অশোক্‌পা হিংলিবা মখৈনা সনাহল লোক্‌চাওদা, মিলিটরী হোস্পিটালদা লায়কল্লখি।

হুমিৎ হুম্নি লায়কন্নরবা মতুংদা গম্ভীর, মহাক্কী থবক্ পুন্নমক্ সুরেসতা শিন্নরল্লগা মিলিটরীনা পুছুনা কলিকতা পাংখি। কলিকতা

থওনা চান্নবা মরূপ মপাং য়াম্না লৈবা মঙ্গাক ইবুঙো শেঙ্গুংবদা গোকুলনা হায়জরবদগী, মঙ্গাক ইবুঙোনা মতুং ইন্নখি ।

---

'হৌজিক্কী ওইবা ইতিহাসতা অহান্‌বা ওইনা, ভারতকী মপান্দা লৈরিবা ঐখোয় ভারতমচা ময়াম্না রাজনিতীগী ইহৌদা চঙ্‌শিল্লকুনা, পুন্না সংস্থান্‌ অমা শেম্মিন্নরে। ইয়ুম লমদম্‌দা লৈহৌরিবা মীওইশিং অদুগা, রাখল অমদি লীচিং মান্নবতা নত্তুনা, ঐখোয়না নিংতম্বগী লম্বীদা খোঙ্‌থাঙ্‌ অমম্মু থাংজিল্লকবনি। য়াম্না মরু ওইরিবদি নোংপোক্‌ এসিয়াদা লৈরিবা ভারতমচা মিলিয়ন অনীরোম্না, অপুন্‌বা খোল্লাও অমগা, লোয়নননা, অকন্‌বা শক্তি অমা শেম্লিবসিনি। আজাদ হিন্দ ফৌজনা মচীন্দা—'দিল্লী চলো' হায়বা খোল্লাও অসি লাওরদুনা, ময়ামগী মাঙ্‌জিন থানা লুচিংদুনা চঙ্‌শিল্লি।

ভারত জাতি পুম্নমক্‌পু, অপুন্‌বা জাতি অমা ওইনবা শীন্‌বীরম্নবা হৌরবা মীরোলশিং অমদি ঐখোয়দা থৌনা ফবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা তম্বীরম্নবা লৈখিদ্রবা পাথৌশিংগী অমদি ঈস্বরগী মিংদা, ঐখোয়গী ফিরাল অসিগী অকোয়বদা ভারতমচা পুম্নমকপু পুন্‌শিন্‌বীরকবা কৌজরি। থৌনা ফবা, অঙৈন্‌ কন্‌বনা, মমৈদা শোয়দনা মায়পাক্কনি, হায়বসিদা পুক্নিং চপ্‌ যুংনা থাজবীবগা লোইননা ভারত্তা লৈরিবা বৃটিশ অমদি মহাক্কী মীচংশিংগী মায়োক্তা, য়েরুবাশিং অসিবু পুমত্তান্‌ তাম্থোকথিবা অদুগা ভারত জাতিবু অমুক্‌ হন্না নীংতম্বা জাতি অমা ওইহন্‌বা শুমদ্রিবা ফাওবা অরোইবা লান্‌ থেংননবা ঐখোয়না ভারত মচা পুম্নমকপু কৌজরি।'

ওক্টোবরগী তাং ২১ নুমিৎ অসিদা ভারতকী মচু অহুমগী ময়ায়দা চোংশিল্লকপা কৈ য়েকপা ফিরাল চিংখৎপগা লোয়ননা, (প্রোভিজনেল গোর্ভনমেন্ট ওফ আইঃ এনঃ এঃ) আজাদ হিন্দ ফৌজ

সরকার শেম্নে। ষ্টেট অমগী মকোক্ প্রাইম্-মিনিষ্টর ৱার-মিনিষ্টর ফোরেন্-এফিয়ার্স মিনিস্তর, ইন্ডিয়ান্ ন্যেসনেল আর্মিগী সুপ্রীম কমাণ্ডরসু ওইরিবা, শুভাসচন্দ্র বোসনা পীখিবা অশাংবা ভাষন্দগী লৌখৎপা ৱাহৈ খরতংনি।

তত্তনা শিস্থরকপা পীরাংনা, মম্‌শিলহল্লক্লবা আনোক্ মরক্ মরক্ত লৌথোক্লুনা শেংদোক্লি। করিগুম্বদা খোঞ্জেল তনীক্-তনীকূলকই হোলতুনা পীকথন্না তিল্লিবা মীওইশিংনা থম্মোইমুংদা থুক্ লাওবা কাও-ৱক্লবোই, হরাওবগী অমদি মুওাইবগী খোল্লাও মতীং থোক্লা অমুক্ লাওরকপদা, হোল অতু পোকখায়গদবগুম্ তৌরি, থক্-থক্ নীকপ-পগুমসু তৌরি।

মতম্ মাঙ্হন্দে, সুপ্রীম্ কমাণ্ডর অসিনা আজাদ-হিন্দ ফৌজ অমদি সরকারগী ফিবম্ চেৎশিন্নবা, থুনা-থুনা থবক্ পায়খৎলক্লি।

ওক্টোবর তাং ২৩ দা টৌকিওনা, আজাদ-হিন্দ সরকার শক্ খঙবগী চেরোল লাওথোকখ্রে। মথং-মথং জর্মনি, ইটালি, ক্রোআসিয়া, থাইলেণ্ড, বর্মা, ফিলিপাইন্স, মাঞ্চুকুও,, মান্‌সিংনসু শক-খংবগী চেরোল লাওথোকখি। আইরিস ফ্রি ষ্টেট, ইয়ালেণ্ড ভালেরাগী প্রেসিডেন্টনসু, নুঙাইবা ফোংদোকপগী চেরোল সুবাসচন্দ্র বোস মশা-মক্তা থারকখি।

সুপ্রীম্ কমাণ্ডরনা আজাদ হিন্দ-ফৌজগী লান্মীশিংদা—লাও-থোকখি।

'ভারতকী নিংতম্বা ফংননবগীদমক্, ঐখোয়না শিজিবা—খাঙবা লান্ শোক্লগনি। ভারতকী লানদা অহান্‌বা ত্তাবা ঈ মরীক্, আ-জাদ হিন্দ ফৌজগী লান্মীগী ঈ ওইহন্‌গদবনি।

লান্মীশিংদা আপিল তৌবা মতমদা সুপ্রীম্ কমাণ্ডরনা তঙ্গনা পাল্লি—'বন্দে-মাতরম্', 'চলো-দিল্লী' সিফাই মযামসু মখোয়না পায়-

রিবা রাইফলসতু, অতিয়াদা রাংমা থাঙ্গৎতুনা, খোল্লাও অমত্তা ওইনা থুমখি, হুরাওবা ফোংদোকখি।

নেতাজীনা গ্রেটর ইষ্ট এসিয়া কন্‌ফরেন্স য়াওবা ওইনা টোকিয়োদা চৎপদা, জেনেরেল টোজোগা উনতুনা রারী শাই। জেনেরেল টোজোনা —

'মিস্তর বোস, ঐখোয়গী মীচংগী পাঙ্গল কন্‌খৎহন্নবা, হেন্না মপুং ফাহন্নবা, করি মোত লৈবীবগে?'

'জেনেরেল সাহেব, রাল্ড ফেদরেসন্‌ শেমগৎনবগী অহান্‌বা খোঙ্জং ওইনা, পান্‌ এসিয়াতিক ফেদরেসন্‌ শেমগৎসি।'

'এঃ করিগী অতুক্‌ পাক্‌ চাওনা।'

'এসিয়া অপুম্বগী অপাম্বা, জাপান্‌গী ঈহৌসিগা মরি লৈনৈ। পৃথিবীগী মান্‌চিত্রদগী অঙাংবা মচু তৈথোকপনি।

নেতাজীগী রাঙাং অদুদা, জেনেরেল সাহেব রাখল মুন্না খল্লি। নেতাজীনা মথা তারকই—

'করিগুম্বা অমত্তগা, জেনেরেল সাহেব।'

'করিনো, হায়বীয়ু।'

'ইন্দক্‌ ভারতনা ফংলিবা নিংতম্বগী থুদোংচাবা অসি, চহী লিশিং য়াগী মতুংদা অমুক্‌ লাক্লরোই। হেন্না মপুং ফান্‌বা, আজাদ্‌ হিন্দ সরকারগী লম্‌ অমত্তং নিজনীংঙি। অন্দমান নিকোবর আইলেণ্ডশিং অসি ঐখোয়দা শিন্নবিরো, সাহেব।'

'য়ারোই, য়াম্না মরুওইবা লম্‌নি। লান্‌ হৌরকপা মক্তদা জপানিজ নেভিনা লৌশিন্‌বনি। খা বর্মাদগী মাইল ১০০, ভারতগী মাইল ৬০০ তনি লাপ্লিবা, য়াম্না থুদোংচাবা মফমনি।'

'আজাদ হিন্দ সরকার, পৃথিবীগী সরকার ৯ না শক্‌ খঙ্বীরে। মহাক্কীনি হায়বা তোঙান্‌বা লম্‌ অমা লৈত্রবদি, ইন্টর্নেসনেল লো-না

য়াদে, স্নাহেব।'

'এডমিরেলশিংনা য়ানিংলোইদবা রাকম্নি, মিস্তর বোস।'

'আইলেণ্ডশিং অসি ভারতকী লম্নি, পোলিতিকেল প্রিজনস কয়া বৃটিশনা থম্লম্বনি। ইন্টর্নেসনেল লো-না য়াবীনবা, সরকার অসি শেম্বগী অর্থ মপুং ফাহনবীয়ু, অমুক্তা খন্থবীয়ু, সাহেব।'

ওহাক মুন্না খন্থরগা জেনরেলনা

'চুম্মী, অর্থ লৈবা রাকম্নি, খন্থখিগে।'

ডিসেম্বর চহীগী। অরোইবা শরুক্তা, নেতাজী, পোর্ট ব্লেয়রদা থুংলরে। জেনেরেল টোজোনা য়ারম্বনা, দ্বীপশিং অসি আজাদ হিন্দ সরকারদা শিন্নরে। ভারতকী মচু অহুমগী ফিরালগী ময়ায়দা, চোংশিল্লকপা কৈ য়েকপা কিরাল বেগু খোংলকপগা লোয়ননা চিংখৎলি। দ্বীপশিং অসিগী মমিং 'সহিদ এণ্ড স্বরাজ আইলেণ্ডস' হায়না থোনখি। মতম কুইনা হোৎনরক্তবা মতুংদা, আজাদ হিন্দ সরকারগীনি হায়বা তোঙানবা লম অমা লৈখি। হান্নগী ভারত লান্মীগী ডাক্তর ওইরম্বা, লিউটনেন্ট কোলোলোপ লোঙ্গানা ধানবু দ্বীপ অসিগী চীফ কমিশনর ওইনা হাপখি।

কুইনা পম্থরমদ্রে, নেতাজী অমুক্ খুৎলৈ থুনা রেঙ্গুনদা হল্লক্লে। জানুয়ারী চহীগী তাং ২৫ দা রেঙ্গুনদা আইঃ এনঃ এঃ গী হেড ক্বাটরস হোংলক্লে। মফম অতুদা আইঃ এনঃ এঃ গী অচোবা ওফিসারশিংদা, লান চঙ্ননবগী মরিদা পাওতাক পীখি। মমিং মনা শিংবা থোনা ফবা মৈতৈ মচা য়াওখি। ম্যেপ অমম্ভু ফক্লাংদা য়াল্লি।

নেতাজীনা

'হৌজিক্তি আজাদ হিন্দ সরকার মরা চেৎলে, মহাক্কী তোঙানবা লম লৈজরে। নীংতম্বা ফংবা ঐখোয়গী খুত্তা লৈরবনি। ঐখোয়গী ফিরাল অসিগী মখাদা অরোইবা লান থেংনরনি। ঐখোয়না খঙগদবদি,

ভারতকী লুচিংবা পুন্নমক্ বন্দি ওইনা লৈরি, মীয়াম্শিংসু খুৎলায় অমগা পায়বা নত্তে। বৃটিশকী মথক্তা মখোয়না লালহৌবা শুকুওই ওইথোক্লোই। ভারত জাতীবু নীংতম্হনবা, নীংতম্বা সরকার অমা ভারতত্তা লিংনবা, অরোইবা নীংতম লান্ শোক্লবা, আজাদ হিন্দ ফৌজগী লেঙ্ফম্রবা তৌফম্রবা মথৌনি।'

মোপ্পা থিল্লগা 'ইম্ফাল অসি ভারতকী অরাং নোংপোক্তা খ্যাইদগী মরু ওইবা মফম অমনি। মসিদা জিঃ ওঃ সিঃ সাউর্থন আর্মিনা খুদোংচাবা হেক্ ফংবগা লান্ তাগদবনি, লৌশিন্গদবনি, খুৎলৈ থুনা ফিবম্ চেৎহন্নবা হোৎনগদবনি। ফিফটিন্থ আর্মি স্টাফনা ডিভিজন্ অনী থোক্লগা সিটাউং, পলেল, ইম্ফালদা পুন্না চঙ্শিনহ-ন্গদবনি। বৃটিশপু মায়থিবা হেক্ পীবগা পুন্না মরা চেৎশিনহন্নবসু হোৎনগদবনি।'

"ইম্ফালদগী লাকপা ইম্ফাল মচাশিংদা ঐনা হায়নিংবদি, ভারতকী মপান্ অমদি মনুংদা লৈরিবা ভারত মচা পুন্নমক্তা পুন্না তৌ-মিন্নগদবা ঈহৌনি। ইম্ফাল হেক্ লৌশিন্বগা, এনটি বৃটিশ ইহৌ অমা, ইম্ফালদা থুনা শেমগদবনি। লান্দাবশিদা মায় পাক্লবদি, ইম্ফা-লদা আজাদ হিন্দ সরকার শেম্গনি।"

'খুদক্তা মৈতৈমচা কয়া খোমজিন্গদবনি, চানা থক্লবা ঙাৎলকপা পীনবসু য়েংশিন্গদবনি।'

মখা অমুক তারকই

'মেজর জেনরেল সাহানাৱাজ খান্গী মখাদা ১৫ শুবা, ৩১ শুবা ৩৩ শুবা ডিভিজন থম্গনি—। ৩৩ শুবনা' মোপ্পা চৈ অমনা তাক্লগা 'ইম্ফালদগী অরাংদা মার্চ ৮ দা চঙ্শিন্গদবনি। ১৫ শুবা চিন্দ-ৱিন্দগী ইম্ফাল তন্না চঙ্শিন্গদবনি, অতুগা ৩৩ শুবনা কোহিমাদা। ৩৩ শুবদি টিডিমলোমদগী ইম্ফাল তন্নক্কদবনি। মেগী থাখায়দা,

ডিমাপুরগা, কোহিমাগা লৌশিনগদবনি, অচু হেক্ ওম্বদা ঐখোয়গী থবক্ মপুং ফারনি। বৃটিশকী লান্মী মনিপুর চঙ্লকপা শুকওম্ ওম্লরোই। ঈশ্বরনা মতেং পাংবিবা ওইসনু। জয়-হিন্দ।’

মমিত্তা মপি শীম্বরকই, আনোক্ লৌথোক্লগা রুমালনা হেক্-হেক্ তৈথোক্লি।

## ২১

কলিকত্তাদনি। অয়ুক ঙস্তানি। প্রতিভা মক্বি-মরোল শেংচিল্লগা মচে লাকপা ঙাইরি। মাগী একাগাড়ী রেল্লি অশংবত্থু মপান্দা স্টেন্দা লেপ্তুনা থম্লি। ড্রোইং রুমগী চৌকীগা ফক্লাংগগী অহাংবা জগাত্থুদা হঙ্গৎ-হন্দা চংলি। ওইগী খুবাক্তা চুবা মোনথাংনৈ, য়েংকী খুবাক্না ওইগী পাম্বোম্দা পায়রি। কাখৎপা ঙমদ্রবা রাখলগী ঈপাক্তা ঈরাক্লবগুম্ ত্তৌরি। পম্থুংফম্ খঙ্দনা রাখলনা স্থম্ তাউথখিরগুম্স্থ ত্তৌরি। ঙহাক্ চপ্ লেপ্লি। টেবলদা থম্লিবা খুৎপায়ফম্ য়াঙ্ঙবা সোলাখাউ মচাত্থু হাংদোক্লগা য়েংঙি। চেগী ময়োম্-ময়োম্ ঙাক্লি। তিলহৌ, মোরোক্, থুম্, হরাই, খামেন্-শিন্বা, ফুল কোবী, ঙাক্রা অচৌবা অমা য়াওরম্মী। অমুক্ লোইনা থম্জিল্লে। হান্নগুম্, অমুক্ হঙ্গৎ-হন্দা চংলি। চপ্ অমুক্ লেপ্লি, অত্থুগা সো-কেস মথক্তা য়েংলি। মহাক্কী তামোর্গা ফোটোনা, নোক্মি-নোক্মি মঙোন্দা য়েংলিবত্থু উই। গম্ভীরনা অহানবা কলিকাতাদা লাক্লম্বদা নম্খিবা ফোটোনি। মখোয় অনীগী তোঙান্-তোঙান্ অম্মম্স্থ নম্মী। পুন্না ফমিন্নরগম্থ নম্খি। ফোটোগ্রাফরনা নম্নমদাইদা মোমোন্ নোকপীয়ু হায়খিবত্থুস্থ নীশিংলকই।

ফোটোত্থু য়েংবনা মহাক্কী পুন্সিদা থারিবা চমন্নরবা লৈচীলত্থু হাইদোক্খিবা ঙমদ্রমাল্লে, হান্নগী শক্ফম অমুক্ হঙ্জিন্না পুরি। হেন্না মুংশুক্ মুংজানবগুম্ তৌই। ঙাহৌ ঙাহৌ অমুক্ চংলিঙৈ, মচে মপান্দগী চঙ্লকই। শঙ্গোম্ হাপ্পা পাত্রত্থু টেবল মথক্তা থম্লম্মী। শঙ্গোম হাপ্পা লীক্লিমচা অমগা চেগী ময়োম অনীগা ইমুংদা পুশিন্খি। মুন্না য়েংলগা প্রতিভানা—"করিনো ইচে, নখোয়না তৌরিসে?

"নঙদি ভাদা চারুরনি। অঙাংনে, ঐখোয় ময়ামদি?"

মচেগী মচানুপী অতোম্বী রীঙ্কুতু তপী তপী মতুং ইল্লকই। পমখৎলগা চেজেৎ কোন্‌শিল্লি। কন্না কোন্‌শিল্লি। কন্না কোন্‌শিল্লি অতুগা মশাতু নীক্লি। হন্দক্তি মমিত্তগী মপি চেন্থরকই। মচে অমুক্ থোরক্লগা ডবল্ রোটি অমা সোলা খাউদা হাপলে।

"মাখন্দি?"

"ইশে, কাউরম্লে। বাবা থিলহল্লক্লগে।"

"য়ানি, ঐ লৌথ্রগে"—হায়রম্লগা অঙাংতু থম্মে, মখাজাইদা কন্না চুপ্পীরি, অতুগা

"রীঙ্কু, রীঙ্কু, নঙ লৈহৌরোকো।"

মুঙাইতরা নুংশুক্ নুংজানবগী মচাক্কী রাখলদা মন্না থারিবা লৈচীল অতু, রীঙ্কুবু কন্না চেৎনা কোন্‌শিল্লগা, মখজাই মচাতুদা কন্না চুপ্লগা ঙহাক্ ঙহাক্ কোক্‌পগুম্ তৌরি।

কলিকত্তা হেক্ য়ৌরকপগা, খুজেং পূমংেক্ তেক্লবা গম্ভীর, মিলিটরী হোস্পিটালদা ঙহাক্ য়েংখি। ইম্ফালদগী কিরকপা বেণ্ডেজ লৌথোক্লগা শরু হুৎলগা ক্রুনা ফাজিনখি। নৌনা বেণ্ডেজ অমুক্ কিশ্নিন্‌খি। পুথোকখ্রো তক্‌মনবদগী মপাবুংনা ওজা দাস অমদি মহাবীরগা তান্নতুনা মিসন হোস্পিটালদা পূরক্লে। পেইং ৱার্ডতা মী অমত্ত লৈবা কা অমদা থম্লি। মফম অসিদা অমুক্ লায়েংলি। অনাবা মৈচাক্ খাঙবা ঙম্নবা মোফিন্ কাপ্তুনা হীপহল্লি, তুমহল্লি।

ঙসিমক্, হয়েংমক্ ফগদবা অনাবা নত্তে। ইম্ফালদনা জাপান্না লান্ তারকপগী ইরাং লাংনহৌরি। অরাপ্পা চীংদা তক্তনা নোংমৈ কাপ্পবগী মখোল তাহৌরি। অঙাং নুবী ময়াম্ লৈহৌরি। ওজা দাসতা লুপা লিশিং ৩ পীরম্লগা মপাবুং শেলুংবা ইম্ফাল থোকখ্রে। থাদা চনীগী হিসাবতা চাউরাক্ পারগা মতম হায়বা ঙমদবনা চহীমুক্কী পীরম্বনি। ওজা দাসনা দায়ি পুন্নমক্ লৌহৌরি। চৎলম্‌দাইদা মক্কাক্

ইবুঙো শেলুংবনা হায়রম্মী ।

"গম্ভীরগী থরাইতদি কল্লম্মু ইবুঙো, ঐ অমুক্ লাক্‌খিনি ।"

থামুক ফারক্লে, অহুমশুবা থাদদি কিরিবা বেঙেজত্থু লৌথোক্ল-গনি। গম্ভীরগী বেঙেজনা পুময়োম্ য়োম্না য়েংশিল্লিবা, মথক্তা প্লাস্টর ওফ পেরিসনস্থু য়োম্নবা ওইগী মখোঙ্ অত্থু কাংখল চৈথোক্কী ফৈরিবা য়োংকী মচৈদগী, বেঙেজ অশাংবা অমা য়াম্নরক্লুনা, খজিক্ ল্লাংলপ কিখত্তুনা য়ান্দুনা থল্লি। ফমুংদগী নোংঙাদা, মোন্ অমা য়ুংনা ঙাত্থুনা থল্লি। মত্থুদা মনঙ্গনগা মকোক্কা ঙাত্থুনা হীপ্লি। মিসন্ হোস্পিটাল দা লায়েংথৈগী প্রতিভাতনা, গম্ভীরগী সেবা তৌবীরক্লি। থোংত্থুনা থাকুনা পীজরি, চামিন্নরি। থোং থারুবা পোংচৈনা অয়ুক্ ঙস্তা মহাক্লা লাকপদা পুরক্লি। অয়ুক্ ঙন্না লাক্ই, নুমিদাংস্থু থেংনা অপোকপা অহন্না লৌবা লাক্লগতা হন্ মিন্নখি।

অনাবা ঙাক্তা লৈবা, নাহেবগী খোঞ্জেলতা মঙাইবা কংলবা মরু-ভুমিগুম্নবা হোসপিটালসিদা প্রতিভানতা গম্ভীরগী মরুদ্যান্ ওইরি।

নুংথিলনি। কলিকতাগী মিসন্ হোসপিটালদনি। গম্ভীর চাক্ তোক্লগা তুমথখিবদগী কন্না তুম্লি। প্রতিভাস্থু ফমাঙ্দা টুল অমদা ফম্লগা লাইরিক্ অমা স্থুম পারি। পুং ৪ খরা হেল্লক্লে, গম্ভীর মমিৎ পাংলকই। প্রতিভাস্থু লাইরিক্ থম্লগা টেবল মচা, চাক্ চাবদা হেক্ হেক্ শিজিন্নবত্থু থবাক্ মপাদা, হকচাং লান্না থারি। ঈশিং হাপ্না ঙরাং লৈরকপা অহন্‌বা প্যালা অত্থু পুররুগা মথক্তা থম্মী অত্থুগা

"তামো, মায় তাথোকপীরো।"

প্রতিভা অমুক্ চংশ্রে। গম্ভীরনা প্যালাদগী ঈশিং খুজোক্ খু-জোক্লা মমিত্তা জ্বাই জ্বাই য়ৈরি, মমায়স্থু তারি। প্রতিভা অমুকস্থু থোরকই। ঈশিং গ্লাস অমা পায়রকই, টাওয়েল অমস্থু লেংবান্দা য়াল্লি।

"চীন্ তেংথোকপীয়্, তামো।" ঈশিং গ্লাসতু পীশিল্লকই। অতো-ম্না প্যালা অমা পায়রগা ভাইরি।

মচীন্ তেংথোক্তুনা গ্লাসতু থম্বগা টাউয়েল পীশিল্লকই। গম্ভীরস্না লৌরগা তপ্পা মমায় তৈথোক্লি। টাউয়েলগা লোয়ননা খুবাক্ অনীনা মমায় পায়শিন্দুনা লৈরি।

লোইদ্রিব্রা তামো, পীরো।

গম্ভীরস্না তপ্পা পীথোরকই। মিৎলুদা পিরাং হৌরম্মী। মথুৎনা মমায়দা নান্‌বা শারহুনা হৈনা লোৎচরি।

তামোনা হেক্ ফত্রিকাওবা, ঐ হায়সিদি সেবা তৌহুনা লৈরনি। শেলভনা চৎনদে, মুপা হায়সিদি, মহৈস্না তমগদবনি, হৈগদবনি। মহুনি গুণ।

খুম্লক্তে। প্রতিভাদা মুন্না য়েংলম্লগা লুকথখি। প্যালাগা গ্লাসকা পুশিনখ্রে। ফি ফত্তবা অমা পায়রকই, মহুনা টেবল তৈথোক্লি। তৈথোকপা হেক্ লোইবগা, প্রতিভা অমুক্ চঙ্‌খ্রে। গম্ভীরস্না য়োন্দা ভাথহুনা হীপথখ্রে অহুগা ফক্লাংদা মুম্ য়েংহুনা লৈরি। ব্রাখল অমদা মুম্ আউরি।

মথং নুমিৎকী অয়ুক্লি। নর্স অমনা গম্ভীরগী চীন-য়া শেংবা মায় মিৎ ভাবগী থবক পুম্নমক তৌরম্লে। চাক চাবদা শিজিন্নবা টেবলতু মথবাক লান্না থম্মীরম্মী। ঠিকা তৌরিডৈ শিজিন্নখিবা মেজর মেন্ট বুক (এমঃ বীঃ) অমনবা করি করি খরা মুম ইরি। খোঙ-নাওদা য়েংথোকপদা উরি, হোস্পিটাল কম্পাউণ্ডা মতম ফনা শাং-লিবা, মখল মথেল মচু কয়াগী লৈগু। মালিনা নুমিৎ খুদিং মখোঙ শোম্বীরিবা, ঈশিং চাইবীরিবা। অনৌবা নুমিৎকী মঙালনা য়ৈরবা অশংবা মনা পূংবা উপাল, মথক্তা শংবান্নবা হাংলবা অতিয়া। মরক মরক্তা উচেক্না মশা ফন্না পাইরিবা। য়েংবা অমদি থম্বগী শরুক্না

হেল্লি, ইবনা খজিক খজিক্লনি। মতমসিদা প্রতিভা এরকাগাড়ীদা সোলা খাউ অমা য়ানশিল্লগা ইন্দুনা চঙলকই। মপা চানরুহনা প্রতিভাদা স্নুম মুন্না য়েংলি।

তঙৈং তঙৈং তরুম তরুম কোইরপ লেমজা মায়থোঙ্ মুয়বা শম্নাং, ত্তোরবা মায়থোঙ, নুংশিরবা মমিৎ ......।

তপ্না তপ্না খজিক খজিক স্নুম ইথরি। প্রতিভাস্ ভেরেঙাদা এরকাগাড়ী থম্লয়ে। শো লোনশিল্লম্নগা সোলাহ্ পায়দুনা চঙলক্লে। গম্ভীর, প্রতিভাদা স্নুম য়েংলি। থোঙ হেক কানশিল্লকপগা প্রতিভানা —

করি ইরিবা তামো?

শৈরেং।

ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলিবা করিগী?

গম্ভীর খুম্লক্লে। ফজবীগা মাম্নবা প্রতিভানি, য়েংলি। মাই পেন্দ্রি। মহাক্কী থম্মোইদা অকনবা ঈহৌ অমা হৌরিবগুমস্ তোরি।

প্রতিভা থোঙ হাংদোক্লগা চাকশঙগী কাদা চঙখ্রে। স্তোভ থাগৎলগা কোক্কি লোনখৎখ্রে। ইথবা লেপ্তুনা গম্ভীর প্রতিভাতদা য়েংলি। মপোপ কায়দনা নুংশিনা য়েংবা মিংয়েংনি। মপান থোরক্লগা প্রতিভানা—ঙসিদি পরাঠা লৈরকই তামো।

গম্ভীর খুম্লক্লে, চিংনা য়েংহুনা লৈরি।

ঐসে শৈরেং ঙইনা ইথোকইরা তামো—গম্ভীরগী মতৌহদা মোমোন নোক্না হৎলকই। ঙসিতনি মোমোন নোকচবা, অমুক্তা নোক্ত্রি।

শোমবোই লাকপোই তপ্না—ফানয়াই, পুম্নয়াই। মুপীগী লমচৎ ব্যবহার, শাজং খোঙথাঙ, মেঙলবা খোম্মোক, মায়থোঙ ...।

ঐবুরা তামো—হায়রম্নগা ফমুং মনাক্তা লৈরিবা টুলহদা ফমথে।

উম। হৌরদ্রবা, লাল্লবা, য়াদ্রবা, খল্লুবা—তপ্না তপ্না মথং মথং হায়থরক্কই, অত্তুপ্না ইথরি।

ঐসে তামোগী শৈরেং ওইরবা, য়েংনপোৎ ওইরবা। তামোগী পুন্সিদা খরদংবু কান্নরবদি, ঐগী নুংঙাইবনি।

রাহৈ খরসিতং ঙাংথোকখিবদা প্রতিভাগী পুক্লিং খংয়াং য়াংবগুম তৌই। খংহাও হরাওই। মোমোন নোকচৈ। মহাক্কী মবৃক্লিংদা থারম্বা নুংবংনবগী লৈচীল হাইদোকখিবগুমম্ব তৌই।

কুক হৌগৎলগা প্রতিভা চাকশঙলোমদা চঙখ্রে। পরাঠা অনী অনী হাপ্না, মথক্তা শাক খরা খরম্বু হাপ্না প্লেট অনীথক পুথোরকই। টেবল মথক্তা থম্লম্মী। অমুক চঙখ্রগা কোফি গ্লাস অনীথক পুথোরকই।

হোস্পিটালগী টুল অঙৌবদুদা হেক ফমথবগা পতিভানা করিগীনো তামোনা ডাক্তর. তম্মরোই হায়রিনা?

খুদোংচাবসি অমুক হন্না লাক্লরোই মাঙহনবা পাম্মুই। মাঙখিদ্রা চিংনবা শেনফম খরম্বু লৈবনিনা।

মাঙবা য়াবা শেনফম হায়দি তামো?

এসঃ ডিঃ ওঃ ওইবদৈ ঠিকা তৌবনা কান্নে। ঠিকাদার অহুমদা শেল পুরা থাদরম্মী, তঙ্খায় য়েন্নগদবা। য়াম্না খোয়রাংলিবনা পাংথোক্লীংবা থবক য়াম্না লৈহৌরি, শোয়খিদ্রা চিংনবনিমা?

করিনো পাংথোক্লীংবা হায়রিবো?

মুপী লাল থেংনহৌরিনি নঙ। এগ্রেরিয়ান সোসাইটি লিখৎলগা লৌমীনা লেপচবা মমলদা চেং থাদোক্কদৌরিনি। অমনা গাড়ী পীয়ু থোক্লগে তম্বীয়ু, গাড়ী থোবা তমজ্জগে, য়াম্না লৈহৌরি।

তামোনা কৈদৌদৌরিবা?

মিলটরী গাড়ী য়াদবা ময়ামসে পুখিরোই। চীংগ্নৈরোংদা চীংমুক ৱাংনা পৈহোরি। এশোসিয়েশন্না লিলাম ওক্লগা পানখৎনি ত্রেনীং-পীবা হৌনি, থোইন্নি। শেল ঙাক্লনি। অমনা পাবুংনা কলেজ অমা লিংদৌরি ফগু খায়বা দরকারনি।

তামোনা কৈদোদৌরিবা?

ঐনা বীল শাই, শেল য়েল্লি ডোনেসন ককহোদৌরিবা। চুম্না পীয়ু খায়রুবদগীদি, ককহৌরগা থুনি য়াম্লি ফগু লৈরবদি থবক পাং-থোকপা লায়।

করে। মুমিৎ থা হুইনা চারোই। ডাক্তর তম্বীয়ু, তুংগী পুন্সিদা য়াম্না কান্নবা হেনগনি তামো।

সরকারগী থবক তৌরোই, কোম্না তম্বা য়াই। নঙ হান্না তম্মু। চহী অনীদি তামোগী, নাখাঙদো কোল্লগা থম্ননি, অহুদগী থা-দোকচগে।

মসি থমখিসি। নঙগী পুক্লুংদা হায়দোক্লবা, ফোংদোক্লবা ৱাফম খরা ফুমহ্নুনা লৈ। নোংমা শোয়দনা পোথায়রকখিনি।

খনবীরুন্নু তামো করিস্নু লৈতে-হায়রগা পরাঠা মচেং অমা শাক খরা য়োমশিল্লগা মাগী তামোগী খদাং পায়হুনা মোমোন ইনবীরি।

"নত্তে, প্রতিভা, নশা য়াম্না শোক্লনি। ঐগী কোক্তা শিংথলিবা নোংলৈ মুংশিংকা, নঙগীগা কনানা কল্লমগনি?"

"পুন্সিবু, থরাইবু করিস্নু ওইদনা খনবা মতাংদি, তামো, থেংন-রমখিরোই।"

"নঙনা থেংনবিন্নবা করিগীনো?"

থেংনদেদা, ঐদি করিস্নু তৌদে" ওহাক্ মাগী তামোদা য়েংলগা গ্রাণ্ড হোটেলগী বীয়াররদো কুচু পাল্লি ফজদ্রা, মমিৎ তরাও তরাও।

কৈদৌনরুনি, চঙুম্ শেংবনি।"

"নঙু মুংঙুক মুংজাননা উই। ঐনা শেল তানবগী মরম্ খঙ্ভিনি ?"

"খঙ্ভি। ডাক্তর তমগদবনি। মতুনা শেন্দগী হেনবা অথোইবা শুন্নি। শেলদি পুন্সি চুপ্পা তানবা য়াই।

মকোই মরাং চোম্লবা শমজেৎ হাক্তবগী ইফা স্কারবা মশম্ চাম্লবা মমায় অমদি মুংশিরবা মমিৎ অতুদা প্রতিভানা মুন্না য়েংলুরগা তপ্না হায়রকই সমাজসে শীংনখিনি।

'উম্. ঐনা নত্তেং পাংগনি।

শান্নরিব রাফম্ অতু অমরোমদা পুথোক্লীংবদগী অমদি প্রতিভাগী মকোক্ অতু ইয়াং-য়াংনা লৈহন্নীংবদগী গম্ভীরনা 'ঐনি য়াম্না তল্লিদি প্রতিভা।'

'হায়বীয়ু তামো, করীগীনো ?'

'চৎপা খোংপদি লাইগ্রতুনা, ফম্বা, য়াওন্বা ফাওবা য়াদনা গতি লৈত্রবা অমগুম্ লৈদৌ শরুক, চীংচেপ্পা বুল ডোজর থৌজগে। থেম্খাং অমা লাম্হোকচগে, কন্না নোমজগে।'

'কনাসু শোয়নীংবা য়াওবা নত্তে, সুম্ থোক্উ হায়বতুননি।'

'ঐগুম্বা লাইরবা অমদা, লাইনা লাইবক্ থিহল্লক্লিসি করিগীনো ?'

'লাই লৈতে তামো, লাইনা তম্বা নত্তে, খুদোংথিবা হায়তুনি।"—থরা শাউরপ হায়রকই।

'খুম্ফম্ খঙ্দ্রবা গম্ভীর প্রতিভাদা মুন্না য়েংতুনা লৈরি। প্রতিভানা মখা তারকই—'লৈরদি ফৈনে, রা ফংনদৌ য়াম্না লৈ। অমগুসু খুম্বা ভক্লোই। খুমসু খুম্নক্লোই।'

'হন্দকসু খুম্লক্কে, প্রতিভাদা য়েংতুনা অতুম্ লৈরি।

'ঈশিং থাঙ্গৎলম্মী, কোফি অমুকসু লোল্লকে, তামো,' হায়রগা অতুম চঙ্খ্রে।

মাগী হান্নগী রাখলগী মথক্তা অতোপ্পা ঈনোং অমগা হাপচিল্ল-তুনা ঈরাক্করি, খল্লফম্ খঙ্গ্রি। হন্দক্তি গম্ভীর পুমহীপ হীপথরে, মীলীংদা য়েংলগা রাখল অমদা ভাউরি।

প্রতিভা কোফি কপ্ অনীখক্ পুশিল্লকই —'তামোনা বুল ডোজর থোম্বা, থেংখাং লাম্বোকপা, পাবুংনা লীরম্লে।" টেবলদা কোফিছু থম্মী। মখা অমুক্ তারকই —'ভামোগুম্বা লাইরিক হৈরবা হুপানা অপং থোনাছু করিগী ভৌররিবা। শোয়রবদি কমদৌমি, শিরেদো ?'

লাইনা তাইওন্নবীরবা, মোর্রী, পুন্সিনা তাইওন্নবীরবা, ঐখোয়গুম্ব-সিদি থরাইনা পোন্থা ওইরপ্পা, লাইবক চাংয়েং থরা ভৌবা তাবনি। মরমদি শেল দরকাররনি।'

মোমোন্ হাইকেং নোক্লপা প্রতিভানা "কৈদৌনদৌরিবা, শিরদি ?'

মৈনুংদা হেক্তা চোংশিনুগে, লোকখাদা হেক্তা চোংথগে হায়বা-মন্ত্রে। য়েংঙু, কর্নেল সাহেবনা চান্খি, থবক্ সীহ্নাল টাইমগী মমাংদা লোইখি, এরার্ড কংখি।'

'করিনো মহুদা কান্নরিবো ? শেলনিনে ?'

চয়োল খুদিংগী রনীং বীল পী, বোরা কায়ত্রিবা অহনবা নোট, থবক্‌শুবা মীয়ামস্থু পেলহল্লি। সিফাই অমা ওন্থখিবু মুভাইখিদ্রে, মাগী মতৌছু য়েংবা ঙমদে।'

'করম্না ?'

'চীং কাপখায়বা চৎপদনি। কেপ্টেন্ সাহেবনা, মখা য়েংথন্নু হায়বা মানা য়েংথরুবা। গ্রেভীটিগী ফোর্সসি সেকেণ্ডদা ফুট ৩২ নি।'

'উম্ মানি !'

'গয়স্তিছু মথুৎ অনীনা চেৎনা কন্না পায়শিল্লগা, চপ্ য়ুংনা হাইথখি।'

'মহুদা বুল ডোজর থোরিবা তামোমা ? মখংদি।'

'সিফাইতুগী নোংমৈছু মথক্ মখা ঙম্বোক্না য়ুংলগা, মাগী তুপীছু উপশিল্লি, অহুগা হৌনবী পাংথোকখি।'

'মতুং মনাওদি তৌবীরুস্থ, তামো।'

'থম্মোই শোন্‌বা মীগী থবক্‌ নত্তে;' —ব্রাখল অমা লাকপদগী গম্ভীর মোন্‌ মখাদগী শো লৌথোরকই

'স্টীল ট্রঙ্ক অমুক্তা হাংদোকরকউ, মানি বেগ পীরকউ, প্রতিভা, করি কুরি য়াওগে য়েংগে।'

প্রতিভা শো লৌরগা ট্রঙ্কতু হাংদোক্লে। লিফক্‌ মচা ময়াম্মা হেক্‌ হেক্‌ ফঙ্গবতুদা ফিরোল থম্লি। ইরাই লায়না চিঠি অমা থেংনৈ পাম্বনা য়েংলি, 'অরুবা নত্তে, চিঠী অমা লৈরে পারকে।'

তাম্নায়, তায়য়বু পুরকপা ঠিকাদারনা পীরম্বা

স্যুটকেস অনীতু আলমিরা মনুংদা থমজিল্লে। আলমিরাগী শো সিদা হাপচিল্লে। ট্রেঙ্কতা য়াওরম্বা পোৎচৈ ফিরোলগী মথক্তা, তায়য়ুগী ফিরোল অচন্‌বা মখৈগা হাপ্‌চিল্লে।

ইতিঃ—

শ্রীগুনসিং।

পাবা হেক্‌ লোইবগা গম্ভীরদা পীখ্রে। ফিরোল, খোঙ্গাও, কোট, মথং মথং লৌথোক্লি অতুগা য়েংলি। কোটতু লুম্‌-লুম্‌ লাউই। মতু উবদা গম্ভীরনা

'ফুরিংখাউদা অয়াওবা মখৈ লৌথোকরকউ।'

শেলস্থু য়াওরি, চে চাংস্থু য়াওরি, মতু উবদা

'ইমানা করিমত্তা য়েংবীব্রা, তামো?'

'ইমাখোয়না কোংবদা, ঐগা গুন্‌সিংগনা খ্বাইরম্বদা।'

'মুপাগী মুম্বান্‌, ফরংজাই মুম্বান্‌।'

ফিরোলশিংতু মথং মথং লৌথোক্লি। মিলিটরীগী ফিজোম্মা অয়াম্বা ওইনা তৌই। ফুরিংখাউ খুদিংগী শেল য়াওরম্বী, চে-চাংস্থু

য়াওরম্মী। রুমাল ফাওবা য়াওরম্মী। অন্দর ব্রায়ার, পায়জমা, পুময়াং, ইমোং মোংলে নমথিরে।

'সিদি কম্‌দৌবা, ধোবীদা পীগ্রসি।'

'উম্, পীগ্রসি। ফুরিৎখাউ লোইনা চেক্ তৌহৌ।'

প্রতিভানা ঘড়ী থেংনত্থনা পীরকই। য়েংলগা

'মরীসু স্নাগীনিনে, তামো, রেভ হায়দো?'

'উম্.'

সনাগী খুদোপ ৪, চোন অমা, সনাগী বার অচৌবা অমা, মচা অনী, কাঙ্গোই মঙা থেংনৈ, মথং মথং পূথোরকই। মত্থু উবদা গম্ভীরনা

'ঐদি শিজিন্নদে। মখোয়গা মান্নবা কান্নদবা।'

'মাল্লি, ইহন্ হন্না উই। বেঙ্কগী পাসবুক্, চোক্লা, থেংচিন্‌কম্‌দা, তামো। অত্থুদি কম্‌দৌবা?'

'মশীং থিদোক্লসি। শেলত্থনা বেঙ্কতা। ফিনা ধোবীদা সনানা নাবা ফরগা লোক্করদা। নচেগা অমুক্তা থমজিন্‌বা য়ানিনা?'

'য়ানি, তামো।'

'হয়েংত্থু পার্কর কীঙ্ক্ মুক্‌ফুত্থু অনগা, এক্সরসাইজ বুক্ অথাবা নম্বর ৮ অমগা লৈরকউ।'

'শেলসি কয়াম্ থাক্‌হৌসিগে, তামো?'

'বেগতা য়াওরিবসিনা য়ানি, লোইনা থমগ্রসি। ডাইরীগা, বেগকত্থু, ঐঙোন্দা পীরকউ।'

নুমিৎ নীনী হৌথ্রে। অবুক ঙস্তানি। প্রতিভানা মাগী তামোগী পীনবা 'ব্রেক ফাস্ট' থোংবা থাকপা লাক্লরি। চাক্ চাবগী টেবলত্থমা মৈশা-নান্না থারগা মমাঙ্‌দা বোহি অথাবত্থু ফাক্লুনা থম্লি, অত্থগা ইগ্রবা শৈরেং তপ্পা ময়েক ফজনা শিন্দোক্লি

জুঈং-তঈং তরুম্-তরুম্, কোইরপ্ লেমজ খায়খোঙ্
মোমোন মীনোক্, মুংশিরবা মথিং পুম্নমক্
ওঃ মীগী ওইপ্রবা!
উনীংবা খিংলবা,
থল্লুবা লাল্লবা!
মুংশিবদি ?
হৌনব্রবা, য়াব্রবা, লাল্লবা।
ওমিদি মহাক্ মীগী ওইপ্রবা, মীগী ওইখ্রবকো!
নীংশিংবা! থিংবা ঙমদে, নীংশিং ঈপাক্
লোইবা নাইদে, মপান্ নাইদে তাউথবগী।
অহিংসিমগুদি শকচখিগেকো, মা-ঐগী পুন্সি ইশৈ।
অঙাংনি। লং কি-চিংডি, লৌরুই থিল্লুই গাড়ীদা
লাইথি। চাক
থোংডি পীজৈ
তুম্হল্লি। হীপ্পী
কাক্ খোংলকই।
ঐবু য়াম্না মুংশিজবনি
উনদা ঙমদে নোংমত্তা। রাশকথি 'নহাক ঐগীনি।'
অদুবু ঙমখিদ্রে, ঐগী মুংশিবনা মহাকপু ইনাক্তা কাজিন্দুনা থম্বা।
শাংতকপী খুৎচাশিংবা, চুবাদা মোম্ খাঙ্নরদুনা
ওইপী খোঙ্দা থম্ হকচাংগী অরুম্বা পুম্বা
করিগী লেপ্পরি
করিবু য়েংনি
ঐগী মাঙ্দা
থওইদা লেপ্তুনা।
কাউঙমদ্রব্রনে ?

চৈরাওবা নুমিত্তো, কন্না শিংলকপা অঙাওবা নোংলৈ মুংশিংলক্লা কোন্‌শিন্‌মিন্নখিবদো ছুংশিনা চেংনা। মহাক্লা হায়খি পুন্সি শিমগী কায়নমুশিকো। ঐনা খুমখি—উম।

মিকুপসিমক্তা, লৈরম্মোই মহাক্তি নাইতোম মথন্নতা ঐগুম্।
থরান্‌মিচাক্কী ফিজং মথাসিদা নাইতোম্ শক্তি ইত্তোমতা
মা ঐগী ইশৈ।
পুক্লীংনা য়েংনীংলি
থম্মোইনা খিরি
অমত্তা ভাইবী মাবু
ছাংলা' পাম্বোমগী মপাং য়াওদা।
অসিগুম্বা অহিং কয়া কয়া লৈরাংগুম্ কেন্ কেন্দুনা
তাথ্রবনি মরোল-মরোল, চন্দ্রবনি লৈরোল লৈরোল।
ফৈগল নম্না নম্না, ফুক্লা থাংবা খোড্থাঙ্‌দো
তরাঙনরবী মিসা অনীদো, য়েংদশিন্নবদো
ছুংশিদবা! ওইথোকপ্রনে?
নাকোংনা খিরি
খোঙথাংগী নাশোল
ফনেক্কী শউম্।
লৈরি নাক্তা শং-শং
য়ৈররি নাতোন্দা মাগী হক্কী (হকচাংগী) পামজবা মনম্।
মীগী ওইথ্রবা! হাওলবা। নীওমদবৈ মৈচাক্তা মঙাইরম্লে ওসি
ঐগী নাকসিদা।

চিংলবা, ভসিদগী চৈথৈ!

(ডাঃ গম্ভীর। পোইম্নু ২৫ নি পানবা ১৯৪৫)

মতমসিদা প্রতিভানা ব্রেক ফাস্ট পুথোরকই গম্ভীরস্নু প্রতিভাদা ছুংশিনা মুন্না য়েংহুমা লৈরি। মহু উবদা প্রতিভানা—

মুপীগী মরীদা ইরিব্রা, তামো? ওইরম্নি, মুপাগী হৌনবী।

'উম্! সংসারদা অমত্তা মডাইবা, রাখলসিদা মাতবু মখন্‌বা, মিংসিনা মাতবু মউজবা, থম্মোইনুংদগী থোরকপা মিংলেন্দ্রবু চীন্-বাম্বোঙ্‌দা শোল্লগা পেঙ্গবা, ডাওবমথৈ মুংশিরব', ঐগী সংসারসু, পুন্সিসু মানা ওইরবা, ঐসে করি ওইফম্‌থোক্‌ই, প্রতিভা ঐসে করি ওইনি?'

পাক্ খুম্লক্কে, মাগী তামোদা মুন্না য়েংলি, রাখল অমসু থল্লি। ওহাক্ লৈরগা তপ্না—দামু হায়বতুগী মচানুপীদু কম্‌দৌগ্রে, তামো?

লুহোংগ্রে। মিকুপ্ অমত্তা থানদনা য়েংলগা, ঐগী পেন্‌বা ওইবা মুডাইজবা। মসি ওইবা তাই, ডাওবা হায়বদু—প্রতিভাদা মুন্না য়েংলি। তঈং-তঈং, তরুম্ তরুম্, কোইরপ লেমজ মাইথোংদুবু মমিং কুপ্তনা য়েংজরি। অনীমক্ মুংশিনা য়েংনরকই।

নুপীদা নুপীগুম্, প্রতিভাদু মরু লুকৃথগ্রে, অদুগা ব্রেক ফাষ্ট চানবা শেম্ শারি। ব্রেক্ ফাষ্ট চাবা—হেক্ লোইবগা, ফিনা টেবলদু, তৈ-থোক্লম্লগা চংখিবদা, ওজা মুখর্জিগা, ওজা দাসকা লাক্তুনা রারী শানরি। ওজা দাসনা ফোর্ম অমা পুথোরক্লগা—

ফোর্মসি সহি তৌশিল্লু ইবুঙো, থার্ড ইয়ারদা মিং চল্লসি।

থবক্ য়াম্না চাইহৌরিদা ওজা। কোন্না তপ্না তম্‌জগে, শেল্ হান্না তাপ্তক্লখিগে। য়ানীংদতুনা ফোর্ম লৌশিন্ত্রে।

মখুৎ হাম্‌দোক্লরগা ফিনা তৈথোক্লুনা থোরক্‌পী প্রতিভানা মাগী কাকাদগী ফোর্মদু লোরে। মাগী ফুরিরা থেংলিবা ফাউণ্টেনপেনদুসু লৌ-থোক্লে, মখুম্ হাংদোক্লগা গম্ভীরগী মখুৎ য়েং পায়খৎলগা পায়হল্লি অদুগা—

সহি তৌবীয়ু তামো, তৌদবা শুক্‌য়া য়ারোই। তামোনা তম্লবা ঐসু তম্নি।

গম্ভীর লকক্ তৌই অহুবু প্রতিভানা মথুৎ পায়হুনা নমহুনা তৌহল্লে।

ইবুঙো গম্ভীরগী পাউথুম্‌সি চুম্লবনিনে। ভারতনা নীং তম্‌গদবা খজিক্তা ঙাইরবনি। আজাদ হিন্দ ফৌজনা ইম্ফাল কেপচর তৌরবা, হেড কার্টর শেম্লবা, শোমদনা অন্দমান্‌সি, আজাদ-হিন্দ সরকারগী লৈবাক্ ওইরবা, কোম্নুং শেম্লবা লোইরে, ভারত পুম্বা লোইরে,—খর লোম্লপ্ তথা ওজা মুখর্জিনা হায়রকই।

বেঙ্গেজ লৌথোক্কদবা থা অনী ম্রাংলি। হেক্ লৌথোক্‌পগম্সু, একটিভ সার্ভিস য়ারোই, চৈশু পায়হুনা চৎপা তম্‌খিদৌরিনি।

মৈতৈ মচা পুম্নমক্ মোবীলাইজ তৌবা, মতেং পাংবা তাবা ক্বীট ইণ্ডিয়া মুভমেণ্ট ফেল ওইরে। ম্রারেপ্ লৌবগী নোং হেক্ ঙানবগা, লুচীংবা পুম্নমক্ ফাজিন্‌খ্রে, জেলদা থম্‌খ্রে। আইঃ এনঃ এঃ ফোর্স অসিদা ঙাইরবনি, ঐখোয়গী আসা।

তামোসে অকনবা সোসিয়েল ৱার্কর অমনি। পাংথোক্লীংবমখৈ অসুম্ পাংথোক্‌প্রগদবা।_ অমুক্ ডাক্তর তম্মরোইদবা। লৈরিঙৈসিদা চহি অনীদং ফাজিল্লগ তম্‌হন্দবা য়াদবনি; কাকা—চেৎনা থাজবা অমগা লোয়ননা প্রতিভানা পাংশিল্লকই।

ওজা, ঐ তম্‌জরখিনি।

মতম্ হেল্লবনি ইবুঙোগীসি। ঐখোয়না শীন্নবদগী অথন্নবা য়ারক্-পনি। খুদোংচাবসি মাঙ্হনবা চুম্দে। দাদা মহাবীরসু থুংলরে, হৌজিক্ অনাবা হংবা লাক্কনি।

ফরেদা, ঐসু অমুক্তা উনজনীংবনি গম্ভীরনা খুম্মকই।

ইম্ফালগা বেঙ্গলগা কেপ্‌চর হেক্ তৌধগা ওন্‌শিন্দুনা কাপ্পবা তয়ারিদা লৈরবনি। সিভিল ডিস ওবিডিয়েন্স মুভমেণ্টতা অঙাং মুপী য়াওনা ১০,০০০ কাপ্পুনা হাৎখ্রিনি। হিংচা য়াইতম্বনিনে দাস,

## ২২

গম্ভীরগী মখোঙ অশোকপা তাইশিনরে, মশাসু খরা হঙ্গৎলে। পাউ অসি ফংবদগী মপাবুংনা চিঠি অমা থারকই। নোংমা অহিং অথেংবদা ফিল্ম ডিস্ট্রিবিউটরনা মী অমা থারক্তুনা থিলহল্লকপনি। চিঠি অদুদা থাবা লৈখিদ্রে, মচা মুপা অমা থনম্মী। মমাগী অনাবদু মচাদুদা লৌনরক্তনবা ডাক্তর ঘোষকা তান্নদুনা হেক অয়াবা চেকশিন থৌরাং পূন্নমক লৌরি। চাউরক্তুনা চংপা ঙম্নকপগা ফোটো অমা থারক্কেসু পল্লকই। হান্ননা য়াররোই হায়বা খঙলবনি। রারুবগী থোইনা কান্নদে হায়নসু থেমজিল্লকই।

রাকম অসি কলিকতাদা কনাগুম্বা অমগী নফমদা হায়দোকখিদ্রে। মপুক্কুংদা লৈরোন চন্দুনা অদুম থমখে। অদুবু অহিং কয়া অমদি তাংলো লৈনা থেংলকপদা গম্ভীর, খাঙঙমদ্রবা পিরাংনা লেপ্তুনা মিৎলু অনীদা শীম্থখি। মনিং ককলা অমা উইশিনবা য়াদনা শুকুম তুমদনা লেনখি। মশা খংশোক শোকচিনখি।

থা অমা হোৎখে। বেঙ্ককী মতমদা ঙজা দাস অমদি প্রতিভা, কম্মর্সিয়েল বেঙ্কতা চংলুই। প্রতিভাগী বেঙ্ক একাউন্ট অমা হাংলুই। থোরকপদা ঙজা দাসনা

নঙনে, হৌজিক্তি নবুক্কিং চরাংনবা য়াদ্রে। নথল্লায় য়াওনা ডাক্তর তমথরদৌনিকো।

মপুক্কিং মুংশিজরবী প্রতিভানা ফনি কাকা। কাকাগী লমন শিংজরকখিনি।

এলঃ এমঃ এঃ কী পরীক্ষা খুদিংমক্তা পোজিসন লেপ্পা মুপীগী অধিকার মপুংফানা তানবা হোৎনজগে কাকা। অনৌবা মপোক অমা

পোকপীরে কাকানা।

তাও, নপুক্লিংদা লেপ্লিবদো হোংগনু, মহুনা লমন শিংবা ওইহ্নু। ব্রাখল খনবোই ওহাক লকক তৌরুবগা — ঈশ্বরগী কৃপানি।

ঈশ্বর থংহায় হায়রম্লগা প্রতিভা মরু থংলুক লুকথখি। মখা তারক্রে তুমিন লৈথোকখে।

করিনো হায়য়ুনে?

করিস্থু নত্তে কাকা লুকথনা অহুম থুম্লকই।

লাইবক্কী ব্রানি। অমাবস্যাতা ওইহুনা লৈবা য়াবা নত্তে, ফরক্লনি। চহী খরদি মাঙখে, অহুবু কৈদৌনি।

রাকম অমত্তং শেংদোক্লীংবগুম তৌই। অহুবু করিতৌরবনো প্রতিভা, মখা তারক্রে।

ওসিদি সংসার অসি মহৌশাদগী হেন্না ফজবগুম, ভানবগুম, ময়েক লারকপগুম উরি। অনৌবা পাঙ্গল হাপ্লিরক্লবা অহুদা মুপীগী থৌনা উৎকে খল্লক্লে। মমাঙদা থানবীরবা অশাগী থাউমৈ অহু মঙাল মশেক ফুদোরকই। মঙাল অহুনা য়েংবদা ওসিদি প্রতিভাগী মায়খোঙ মকা লামজরকই। মতম কুইনা কংলুরবা মচীনবান্দা ওসিতং খোইরুম মোমোন তম্লকই।

থাঙ্গে শেংবদি প্রতিভা ডাক্তর তমথবগী আশা শুকউ উরুদ্রবনি। মপুন্সিগী আশা পাংথোকপা ওন্নরোইদ্রা খনবদা সংসার অসি পুন্মম মমশিল্লুরবনি। কান্নদ্রবা পুন্সিনি মমখ সম্নু ফাওবা খল্লুরবনি।

পুময়াৎ, মোজাফুরিৎ, পায়জমা, অগুর ব্রীয়ার জুরা অমমম লৈবীরক্লবা গম্ভীরনা ওজা দাসত্তা শিন্নখি। মহুগী মথক্তা প্রতিভাগী হেন্না শোকচিনখিদনবা ডাক্তরনা হেক হেক হায়বদগী আনোক অমম্বু লৈবীনবা শিন্নখি। ওসি বেস্কতগী হল্লকপদা পোংচৈ পন্নমক অসি ওজানা লৈরকই।

ওজা দাস অমদি প্রতিভা মিসন হোস্পিটাল পাংলক্লে। গম্ভীর-গী কাদা চওলকপদা গম্ভীর পুক্লিং, হৃকচাং, থরাই লুপশিন্না লাই-রিক ইত্নুা লৈরম্মী। রাখল থন্না থন্না য়েংথোরকপদা প্রতিভানা মাঙ থানা চওলকপা উই। কল্পনাগী নায়িকাত্নক মখোঙনা থোংনা চওলকপন্থ উবদা মুন্না য়েংত্নুা লৈরি। প্রতিভাগী মরুমদগী ওজানা—ইবুঙোগী পোৎচৈশিংদো প্রতিভাদা, ঐ কলেজ য়োরুখিগে—হায়রম্নগা ওজা তন্নহন হনগ্রে।

শেগাদ্দা পোৎয়োম অমা য়েপ্লিবী প্রতিভা, স্নাগী ফ্রেমগী আনোক গ্লাস ভাংলৈনবা অমা উপ্লগা চওশিল্লকই। মহৌশাদগী হেন্না মায়-থোঙ মকা লামজরবী প্রতিভাস্থ মোমোন নোকচৈ। থোঙজিন হেক কানশিল্লকপগা—করিগীনো তামো ঐঙোন্দা অতুক মুন্না য়েংঙিদি।

য়াম্না পকচৈ, মমলয়াম্বী লৈশাবী মাল্লি। আনোক অসিনা নঙগী মায়থোঙগী মপান তাংজরি।

কলরড গ্লাসনি তামো, মুংশাদস্থ, উরুমদস্থ ইঙ্গংদা ঙ্গংঙি—ফা-ক্তোক্তুনা লৈরিবা গম্ভীরগী বোহিচু উবদা—

তামোনা ইরিসি ঐগী মরীদরা ?

মুন্না য়েংত্নুা লৈরিবা গম্ভীর, খুম্নক্তে। মোমোনতা মনোক্লকই। প্রতিভানা মথা তারকই—মথৌ লৈতবা মুপাশিংসি নোক্লিংঙি তামো।

করিগী ?

মুপীবু থম্মোইমুংদা লাইরেম্বীগুম লাৎলি, লৈরাংনিস্থ হায়বী।

চুম্লিবনি। থোৎচবী নৌজবী মখোয়গী মীনোক অমনা, স্বর্গ থুংনা লাম্বা ফাহল্লি। মিংয়েং অমনা পতালদা নমথবী।

মথুৎ হেক চনবগা, চাকশঙদা নমশিনবী মীনাইগুম। শাম্নপোৎ-কুম থম্বী।

অশৈবশিংনদি লাইরেম্বীমক্তি শীংথানরি। ঐস্থ অমা ওইবা

য়ারোইত্রা ?

হেক হেক্তুৎপীরুবদা লৈমন চল্লবনি। মালং খোঙ্গাওনবীরনি তামো। ফরে তামো ফিরোলশিংসে শুদোকচথিগেকো।

উম—গম্ভীরস্থু খুন্মী।

প্রতিভানা অমুক খোরকপদা গম্ভীরনা করিগীনো স্না লুপা লৈদেং অমত্তা নশাদা পক্লিদি ?

" দক্ষিনেশ্বরী কালিবারীগী আশ্রমদা লৈরিবী সুপীশিংসি মপূক্লীংদা করি খল্লা লৈ ? শকুন্তলানা মপামদা লৈবস্থু করি খল্লা লৈ ? রাহৈ খরসি হায়রল্লগা চাকশঙ চঙখিগে ত্তৌই।"

" অমত্তগা, শারি অঙৌবত্তা শেৎলিসিনা করিগীনো ? "

" পূক্লিংগী মচুনি। "

গম্ভীর, য়ানীংবগী মকোক নোম্লি অদুগা—"বিউটি নীডস নো ওর্না-মেন্ট। অদুবু সমাজগীদি চৎনবীনি।"

সমাজ করি সমাজ-মশা নীক্লা শাউনা হায়রকই। গম্ভীর খংদ্রেক খংখি, ইঙক ঙকই। মখা তারকই — সমাজসিনি এনা শীংনদৌরিসি, সমাজসিনি মথক মখা ওন্দৌরিসি খুতুম তাশিল্লবা মথুং অনী থাঙ্গৎ থাঙ্গত্তুনা মশা নীক্লা নীক্লা, ময়া, চীক্লা য়াম্না শাউনা হায়রকই। ত্তৌকম খঙদ্রবা গম্ভীর তিঙক তিকঙ য়েংদুনা লৈ। অদুবু তপ্না গম্ভীরনা কিথি কিরুম — সমাজসিদনি এখোয় পূন্নমক লৈরিসি।

"শেল পায়বা, ত্তৌবা ঙম্বা, মকোক য়াওদবা, থম্মোই পীশক পীকপা মুপাগী সমাজ।" রাহৈ খুদিংগী খুদোম্বী থিল্লা-থিল্লগা শাউনা হায়রকই।

গম্ভীরনা চিংনরম্বদু খরা খরা কাংথোরক্লি। গম্ভীরনা রাম্না তপ্না য়াম্না কিনা — করি শাউকম লৈবগে ?

মকোক য়াওদবা, থম্মোই লংহীকমুক চাউবা মুপা খরনা ফৈরেং তুরেংবা নিয়ম, কানন খরা শেম্মী। অন্ধ বিশ্বাসনা মমিৎ তাংলবা

কাংবুশিংনা নিয়ম্নি রুহীনি, চৎনবীনি হায়রুনা, ইপং পংনা ইল্লি। ইমুংগী মুপী নহাক্না কন্থি থোক্লা নৈবী হন্দক্তি মমিৎ ঙাংনা খুত্তুম চেৎনা পায়শিল্লগা — অতুই সমাজহুনি, ঐনা, নমথদৌরিসি, মথক মখা থোক ওস্থোকদৌরসি।

প্রতিভা চঙখিগে তৌরি। ভাব তাবা ঙমদ্রিবা গম্ভীরনা অমুকস্থু অমত্তগা — লৈরিবা ধর্ম্মশিংসিগী মরক্তা করম্বনা পাম্নীবগে?

'খৃস্ট্যান ধর্ম্মনা' — হায়রম্লগা চঙ্খ্রে। মন্নুংদগী মখা হায়রকই 'লাইরু-অনং, অমাং-অশেং খায়দে। মীপুম খুদিংবু তেম্বা ধর্ম্মনি, ঐনা পাম্লিবা।'

প্রতিভা স্টোভ থাগৎখ্রে। মহুগী মখোল তারি, কেটলীদা ঈশিং হৈরগা তেংথোকপা, অমুক হৈরগা স্টোভ মথক্তা থাঙ্গৎপা পুম্নমক অসিগী মখোল তারি। গম্ভীর, মহাক্কী বোহি থমজিন্ত্রে। ওস্থোক্লা পাক্লবা ঈপাক্ অমদা প্রতিভানা গম্ভীরবু ইন্থুরম্মে। পম্থুংফম্ খঙদ্রবা, রাখলগী ঈপাক্তা তাউহুনা লৈরি। লাই লৈ হায়বা প্রতিভা য়াদে। ধর্ম্ম লৈরিবশিংসিগী মরক্তা মী অমগা অমগা খেন্নদবা ধর্ম্ম পাম্লি।

মতম কুইনা ওম্থত্তুনা লৈরুরবা ভোলকেনোনা, পোখায়বা হৌরকপগুম্, অরাংবা থাক্কী সমাজ সংস্কারগুম্বগী রাখলনা ওম্থত্তুনা লৈরম্বদগী, ইথা থাজদনা প্রতিভাগী মচীন্দগী পোখায়বা হৌরকপা রাঙাংশিং অসিদা, গম্ভীরনা প্রতিভাবু অচঙবা মুপীনি হায়না লৌজরি। পৃথিবীদা মমল য়াম্বী অতাংবীনিস্থু খঙ্গরি। মহাকপু হেন্না হেন্না খঙ্নীংলি, মহাক্কী মরীদা হেন্না হেন্না খম্থরক্লি, সীলাংদা স্থুম্ য়েংনা য়েংনা রাখলগী ঈপাক্তা তাউরি।

প্রতিভা কোফি কপ, অনীথক্ পুথোরকই, সাইড টেবল মথক্তা থনম্লগা অমুক পরপ্ পরপ্ চঙখি। কুইদে, ব্রেড স্লাইস প্লেট অনীথক্ পুরগা থোরকই

'ওসিদ্দি, জেলী তৈজরে, হয়েংনা মাখন্।'

গম্ভীর খুম্লক্তে, ৱাখলগী ঈপাক্তা তাউরি য়েংবা লেপত্রি। প্রতিভা-না মখা তারকই 'টিফিন্ চাবা লোইবগা, চাক্ থোংলগে, তামো।

মতু ফাওবা গম্ভীর খুম্লক্তে। গম্ভীরগী মরেংজুম্ পায়রগা প্রতিভা-না 'ঐগী ৱাখল্লা, তামো।' মপূক্কিং ইয়াং-য়াংনা হায়দোরকই।

'অঙাওবা ৱাখলনি' হায়রম্লগা প্রতিভাদা তপ্পা য়েংলকই।

'ওইসম্নু হায়বীয়ু, তামো, তানিংঙি।

'ইকাই। কোন্না হায়গে' হায়রম্লগা স্লাইস অমা লৌরগা চাবা হৌগৎলি। প্রতিভাসু ফুক্ হৌগৎলগা, চাক্শঙ্ মনুঙদা অমুক্ চঙথ্রে। প্রতিভা অঙৌবা অচম্বা শারি অমা শেৎলি, ফুরিৎ অঙৌবা অমা লিংলি। স্না লুপাগী লৈতেং য়াওদে। নাতোন্দা নাসিকা হুৎপগী মখুল্ লৈ, নাসিকাদি য়াদ্রে। পুন্নমক্ অতু য়েংলুরগা গম্ভীরনা মবুক্কুংদা খঙ্গরি।

চাকথুং ফিথুংদ্রবা লাইরবা ভারত বাসিশিংগী খনবদা মহাত্মা গান্ধীনা, ফি মকক্ অমা শেৎ, ফিরাং অমা ইন্, সমাজগী ফিজোলগা শীংনখি।

হন্দক্তি প্রতিভা মচেৎ-মচেৎ লোইরবা হৈনৌ প্লেট অনীথক্ পুথোরকই। হৈনৌ প্লেট সাইড টেবল মথক্তা থম্লগা টুলদা হেক্ ফমথবগা গম্ভীরনা তপ্পা—'সমাজ হায়বসিদা ঐখোয় পুন্নমক্ য়াওরবনি, করি পেন্দবা লৈবগে?'

'মম্নুং মতম্ ওইররুগা য়ুম্পান্বা প্রকৃতিগী নিয়ম্নি। শা-উচেকশিংনা, মতু নিংথিনা ভাক্তি। মতুগী মায়োক্তা পীক্লিবী মুপীমচা চহী ফাও ফাদ্রিবী থা ৫/৬ তা ভাইরিবী, নমতুনা লুহোংথোক্পী। য়ুম্বান্ পুন্সিদা, নৌনা খোংদাদোরিবা মুপা মুপীগী য়ানীংবা য়ানীংদবগী মোত ফাওবা লৌবিদে। অপাম পামদা খলহল্লোইদবগী মরম করিনো?'

'কুইজ্রি, ৱীতাসু চহি ১৩ গুরকপদা হন্দক্তা মুপা মম্নুমদা থিনগ্রি।

চহী অমা শুরকপদা লুহোংবনিহায়।'

'মুপীসি করিনো শান্নপোৎলা, লল্লোন-পোৎলা?'

'চাইল্ড মেরিএজ রেজিষ্ট্রেন্ট এক্টকী মতুংইন্না মুপীনা চহি ১৪ মুপানা চহি ১৮।'

'মতু চংনদে, লাইরিক্কী ৱানি। অউন্‌পোৎকী কিবনা লাইরবা মমা-মপানা পোকপদা ঙাইরিবা মচানুপীহু, লোম্না গঙ্গাগী ঈরোম্নংদা চন্‌শিল্লি।'—হায়রম্লগা ফুক্ হৌগৎলকই। হন্দক্তি য়াম্না শাউনা—

'মীন্নুংশি খঙদ্রবা শয়তানগী থবক্, সমাজসিনা শীল্লিবা নত্রা, মুপানা শীল্লিবা নত্রা?'

হায়রম্লগা শোইরবা হৈনৌ প্লেট অমা মাগী তামোগী মমাঙদা টেবল মথক্তা থম্মী। অমনা মাগী মমাঙদা থম্লি।

প্রতিভাবুতা য়েংহনা লৈরিবা, মাগী ৱাঙাং খুদিংগী আর্থ মুন্না লৌশিন্নবা হোৎনরিবা, মবৃক্রংদা ফুম্লিশি করিনোম্মু খঙনীংলিবা, গম্ভীর করি খল্লুরবনো, প্রতিভাদা য়াম্না মুন্না নুংশিনা সুম য়েংলম্লগা প্রতিভাগী য়েং থংবা খুং তাপ কারগা মথুবাক্তা চুপ্পনরি, মমায় শুরু শুরু নৈহনা লোৎচরি। প্রতিভাসু মখুৎ থুনা শং শত্তোরক্লগা গম্ভীরগী ওইগী মখজাইদা খুবাক্লা শেং থাজিল্লকই। অহুগা—অহুরা সভ্য সমাজগী শাজং হায়দো?

অহুবু প্রতিভা হৌগৎলগা চংখিদে অহুম ফম্লি। গম্ভীর অমুকসু প্রতিভাগী মখুৎ পায়রগা মাগী মখজাইদা মথুবাক্তু থম্লি অহুগা—প্রতিভা ফু, পেন্নবা অমুক্তগা ফুখো মহুনা ঐগী অপেনবনি। নঙনা কন্না ফুবা ঐ খাঙগে, খাঙবহুনা পেনবসু ওইগে।

প্রতিভা ফুবসু ঙমদ্রে, মাগী তামোদা য়েংবসু ঙমদ্রে। গম্ভীরনা মখা তারকই—নহাক্লা খল্লিবা ৱাখল, নঙগী ৱাঙাং অহুবু, ব্যবহার তৌদবা ঙমদে। গম্ভীরগী মখজাইদা প্রতিভাগী খুবাক অহু মথুবাক্লা

নমশিন্দুনা থম্লি। প্রত্তিভা হৈনীংদবগুম, পায়রম্নীংদবগুম, শোকহম্নীং-দবগুম, শৌবিং শৌবিংবগুম তৌই। অদুবু হান্নগীগুম মখুং চিংথোক্তুনা, নাম্থোক্লবা হোৎনবগী পাঙ্গল অমদি মথৌনা অত্তুদি লৈখিদ্রে। মশা-তমক লৈথোক্লগা মমায় লুকথদুনা লৈরি। মমিত্তা ঈরা হৌরকপগুমস্নু তৌরি। গম্ভীরনা মখা তারকই—

নঙগী ৱাহৈ খুদিংমক্কী আর্থনা নঙবু হেন্না হেন্না নুংশিরকপগী ঈহৌ অমা হৌরকখি। হকচাং পূম্বা তনীক তনীক খাঙডমদনা থুম্নাৎ-লকখি নঙগী খুবাংদা লোৎচবনা খাঙনবা উপাই ওইখি।

ফারম্বা মখুং থাদোকখিবগা প্রতিভা চাকশঙলোমদা অমুক চঙখ্রে। গম্ভীর লৈরিবা হৈনৌদু চানি হায়বা খঙখিদ্রে ফুম্বংনন লৈরি। অমুক থোরক্লগা প্রতিভা টুলদা ফমথরগা হৈনৌ চারি অদুগা—তামো হৈনৌ চাবীয়ু।

প্রতিভানা হায়রিবদু তারুদে মঙোন্দা স্নুন য়েংলগা—

কস্তুরীগী গুণ চেল্লবী, নঙগুম্বী তাঙলবী নুপী মচা অমবু মম্লবা গুহা মনুংদা থম্লম্লিবা, ঈশ্বরগী খুজিনসিবু করিনো?

পায়রুরবা হৈনৌ খংথা থাদোক্লগা—ঈশ্বর! করি ঈশ্বর! খংশাউ শাউনা অমুকস্নু হায়রকই। মখা তারকই—ঈশ্বর লৈতে, লাই লৈতে। কয়ারক হায়খিনি তামোদা।

প্রতিভানা শাউনা ঙাংলিবা অদুনা গম্ভীরবু নাচুংহনবা ঙমখিদ্রে। হান্নগী স্বভাব কায়দনা গম্ভীরনা—সমুদ্রসি কয়া য়াম্না লুবা, ওনবা ওই-থোক্তে। মহাক্কী গর্ভদা করি লোত্তুনা লৈবা উবস্নু ওইথোক্তে - হায়র-ম্নগা লোংখ্রাক লোংনা হীপথরকই। মখা তারকই—'নঙগা থেংনজবা ঐগী লায়বক ফবনি। নহান অমুক মপোক্কী কর্ম্মগী ফল শোয়দনা ওইগনি। নঙনবু ইতুংদা লেম্মীরবদি পৃথিবী পুম্বা মায়োক্লবা ঙমগনি।

লাই হায়বা, কর্ম্ম ফল হায়বা লৈতে তামো। অমুক পনবীনু,

অমুক তাহনবীগু—শাউরপ প্রতিভানা হায়রকই।

কৈদৌরে ইবেম্মা প্রতিভা, অতুক শাউরিবো। নহান মপোক্কী কর্ম্ম ফলনি, হন্দক মপোক্কা চারিসে, ঐখোয়না।

প্রতিভা তারমদ্রে চাকশণ্ডদা চণ্ডশিনখ্রে। মহাবীরনা মখা তারকই—শাউনগদবা, খোয়শাণ্ডনগদবা নত্তে। হরাও হরাও, মুংশিনা, চান্ননা সেবা ভৌবীরতদা, থুনা অনাবা ফদৌনি।

নত্তেদা বাবা থা ৩/৪ তা ঙাইরিবী মুপী মচা লুহোংদোকপীবা চুমদে। অতুগী য়েৎনরম্বনিমা।

কুমারী ওইনা কন্যাদান তৌবদি মমা মপানা মহৈ চাউনা ফংঙি। কন্যাতুগীসু, সতীগী লম্বী অমা চাউনা স্বর্গ ফাওবা ফাত্তুনা লৈ। অফবমক্তনিনা। অহল লমনগীসু কন্যাগীসু।

মুপা মুপীগা অপাম পামদগী মোত লৌবীরবদি চুমগনি বাবা।

'মচাগী' ফনবতনি, মমা-মপানা তৌরিসি খল্লিসি। পোকপগা হেক্তা শিবা, পোকপগা হেক্তা শিবা, থা ২/৩ তবু হিংলদি, গোত্র খোক্ ওম্মোক্লগা হৌজিক্ ফাওবা হিংনরি। মচা মগু ফংদুনা নুঙাইনা পান্নরি। নহারোললগী রা নত্তেদা গম্ভীর।'

মহাক্না ব্যবহার তৌরিবা, অহলতুগা মায়োক্লনা তর্ক তৌনবা হল্লোইবদগী তুমিন্ লৈরি। মহাবীরনা মখা তারকই —'বেঙ্গল ফার্মাসিদা থম্বা, ইবুঙোপী সেক্যুরিটি লিশিং ৫্ তু অনীতা ঙাইরে। ইবুঙো মাঙবা তারে। ঐনা থিংলম্লবনি মখা হীদাক থাররোই।'

'চা-দা ১৫্ হাপ্লগা বীল থাহন্‌বীয়ু বাবা। বীলগী পেমেন্ট তৌদ্রিখোই, মখা হিদাক্ থাহন্‌বিরন্নু, বাবা।'

ইবুঙোগী ওইরবা, মহুমা য়াই। মী হায়বা জাৎসি অরেম্বা শেল কয়াদা পাম্মখ্রবা, ভাব তারব্রা ইবুঙো।'

'তাজরে, বাবা।'

'হোস্টেল সীট পাক্ ফংলোইদৌরি মনিপুর লোডজদা ক্য-মতা অমা রিজার্ব তৌরম্মে। মতম থরা থাড়্নবা তারে।'

'কনি, বাবা।'



## ২৩

মনিপুরদনা, শ্যামকুমার শিল্লোংদগী থোরক্লনি হায়ত্না অহুল মথৈনা লুহোংবগী মতম অমুক্ লেপ্লে, বার্ত্তন হৌখ্রে। দামুস্থ লুহোংননবগী-দমক্ শেম্ শারে, লৈকাইগী নহারোল নেক্তুনা, লমতু শেংবা হৌরে।

বার্ত্তন হৌখিবা মুমিত্তগী, মচা মুপী চাক্ চাবা হনখ্রে। চালুক মপান্ চঙ্হনা চখোম্ অমা অনী হুক্পগা, ঈশিং থক্চিল্লি, অত্নগা ওক্রে হায়ত্না হেক্তা তোক্খি। ব্রা লাং অমত্তা ঙাংদে, মপূক্লিংদা করি খল্লিবা, মনাও মুপী মক্তদফাওবা হায়দোক্তে। তৌববুদি নিঙোল ওই-বীশিংনা লুহোংলম্দাইদা মপুক্লিং খোইরাংবা, খোইজেং-লিংজেংবা হৌনশানি।

নোংমা মুমিৎ য়ুংবা মতুংদা কুল্লা মম', চে ময়োম্ অচৌবা অমা নাকলদা য়েপ্লগা লম্বালদা দামুখোয়দা লাকই। দামুস্থ কৈথেলদা চৎ-কদবগী মুমাঙ্দা একাগাড়ী ইন্থোক্তুনা শেংদোক্তুনা লৈরম্মী। কুল্লা মমা লাকপা উবদা ... ... 'কুল্লা মমা নখোয়স্থ ঠিকা তৌরি হায়য়ে, শেল খরদি পায়রেনে, নত্রা?'

"ইবুঙো গম্ভীরগী কৃপাদগী তাদা, চারা মক্তি হেন্দ্রে।

"করিনো নঙনা পুরক্লিবো"

"পোপাংনি, তাদা, ফিগে ফনেক্ অমগা, মুগা ইনফি অমগা।'

'নঙমক্লা অত্নক্ মমল্ য়াম্বা! মমলত্না হেল্লবনি।'

মখোয় অনী ঙহাক্ মুমাঙ্দা লেপ্লগা ব্লারী শারি।

দামুনা মখা তারকই — 'গম্ভীর মচীন্-মনাও ঠীকা তৌরি হায়য়ে, শেলবু কয়াম্ পায়জরবগেনে?'

'মণিপুর তঙ্খায় অমা লৈবা ঙম্মনি হায়নৈ।'

'করিনো মঙ্মা ছায়রিছুবো ?'

'অচুম্বনে। উমা য়ানা পেকপদৌনা পেক্‌পনি হায়। পুরকপগা উপুদা পাংনমদা নম্‌শিন্‌বা, মশিং থিবস্থ শংদবা কয়া ওইরিগেস্থ খঙদবা, ওইরমাল্লে, তাদা।'—কল্লক্‌ পেম্মা খুম্‌দোক্লিংবদগী খুম্‌দোকখি।

'রিফিউজিদগী স্না ফংযাল্লেনে ?'

''উম্‌, তাদা। মচীল মনাও অহুমগী খপ্পাংনা চেকী য়ুম্‌ অহুম্‌ মথোল অনীস্থ শানি হায়। মহাবীরবাবুগী ছুকান্দুস্থ মানা লৈরে। লৌস্থ লৈরে। পরি তরেং হৈনমাল্লে।'

'ঐস্থ তারে। য়াকমন্থ থমখো। তাংথোংগী পাউ অমা তাই। নখোয়স্থ তাব্রা, অচুম্বা ?'

'অহুম্মা তাই, তাদা, গিংনা হেক্‌ উরুবদি নত্তে।'

'নকস্থ নক্‌নৈ, চংলগা খঙ্‌দোক্‌পা য়াব্রাও ?'

'ছুকান ওহাক্তা থাদোক্‌পা ওমদেদা তাদা। আনুপা নম্বেদা তাদা, ইনশাং নাপী ফাওবা।'

'ঐ খঙ্‌দোক্লখিগে, নচাশিং লৈবনি চঙ্ঙু। নখোয়স্থ খঙ্‌-দোকউনে।'

দামু একাগাড়ী ইস্তোক্তুনা থোকখ্রে। মমাও শঙ্গোইদা খাহুনা লৈরিবা, ইমুংহুদা কুল্ল মমা চঙখ্রে। স্থমতীনা চা লোল্লি, মচেনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরি, মোরা মচা অমদা ফল্লিবা, কুল্ল মমাদা স্থমতীনা 'ইন্দোম্‌, তা গম্ভীরগা লাকমিন্নবী, লৈশাবী অনীহু কনা কনানো ? ইন্দোনখোয় হোটেলদা।'

য়াম্মা খঙ্‌নীংবা য়াহং অমা মমাওহুপীনা হংলকপহুদা মচে মনাকোং শিংলকই। কুল্ল মমানা—'মকোক্‌ খুম্বীহুনা, ইবুঙো স্থরেসকী ইবেম্মনি, ইবুঙো গম্ভীরগা ফমিন্নবহুনা মচেম্মনি।'

'তায়ায়, হোংব্রিঙৈদা ?'

'উম্ মচেম্মত্থনা, ফানবা কম্না হোৎমরি। ইবুঙো গম্ভীরম্না খাদ্রি।'

'ইন্দোন্‌খোয়দি ঈ-পাউ ইফাও হেক্ ফাওনরত্থনা মুঙাইরিনিদকো।'

'উম্! কৈথেন্দা লৈবনিনা পাউ ইফং হেক্ যফংঙি।'

'অউন্‌-পোৎতি ইন্দোন্ তামচাগী?'

'চেল্লগা হোংবনিদা। স্না মোহর ১০০ উন্দৌরি, লৌস্থ উল্লকনি হায়রি।'— বা খরা চাউনা চাউনা ঙাংলি।

'ইনাক্‌খুন্‌বা মাল্লি'—সুমতীনা পাংশিল্লকই।

'করিনোনে, মঙ্কাক্ ইবুঙো শেলুংবা হায়ত্থনা ফাওরিবনি, ঠিকাদার অচৌবনি, সিনেমাস্থ চলাইরি। ময়াম্নুংগী, মজা ইবেম্মা, লৌবনি, লৌয়াম্ চাবনি। পরী ২৫ খঙ্‌লেদনা।'

'য়াম্না লোন্দিন্ননা উই, তন্নায়না শোয়দনা লৌগ্রনি'—সুমতীনা অমুক্‌স্থ পাঙ্‌শিল্লকই।

'য়াম্না নুঙাইত্রিবু, ইবুঙো গম্ভীরত্থ খোং পূমতেক্ তেক্লুনা কলিকতাদা লায়েংবা চৎখিনে।'

'খোঙ্ তেক্লবা, ইন্দোন্ কৈদৌবদা?'—সুমাতীনা ফিংল্লপ্ হংলকই।

'হন্দক চঙাঙ্গৈ মশাংদা বোম্ তাখিবদো অত্থদা। কোমদা লোৎলে হায়য়ে, সিফাই অমা চোংথরকপদা তেক্লিবা।'

শিহৌদ্রবা নুঙাইগ্রেদা। ইচেদগী হেল্লা ফজবী ইনাকখুনবী অমা লৌগ্রনি।

হৌজিক্তি ড্রাইভর পায়দ্রে, ঠিকাদারত থিনরে, পায়রে। মমায় চামজরম্ন স্নানি, স্নামত্থম, ঐখোয়দি ওম্মোক্না নুংশিজগ্রে।

ঙহাক ব্বারী শানরম্নগা কুল্লা মমা অমুক হনগ্রে। মুনিং অসিগী

থুমিন্দাংনি। দামু শোয়েক কৈথেলদগী হন্নরগা, চাকস্থু চাদে, চিন্তা তৌহুনা কমুদো হীপন্থ্রে। মতৌহুদা সুমতীনা—

'চাক লোইয়ে পাজি, চারসে।"

"নচীন ননাও চারো, ঐ চাররোই। তমুবী হায়বী অথংপী, লমচৎ নাইদবী। মানা পাউ পুবী শারগা, শ্যামকুমারগী মচা থুপী অমা পোক্লে, মথোয়দা লৈররে।"

"পকই, তৌরম্মি"।—সুমতীনা পাংশিল্লকই। মথা অমুক তারকই— থুমকৈকা শেন্থীখিবনি, মফি মরোলকা য়াম্না থোনবীখিবনি। লুহোংদ্রে পাজি?

"করি! অতোম্বী কৈদৌনা ওইহল্লুনি। কোকহন লাইহনবো।"

"অহুদি কমদৌবা পাজি?"

'হায়দোক্লম্লে খিনস্থু খংনরম্লে। রাবৈ ড্রাইভরগস্থু থেংনৈ কৈথেন্দা, মানা রাতা অমগা হায়রম্মী।'

'করি হায়রিবা পাজি?'

'খাসি নিভোল অমদা, মচানুপা অনী লৈরেস্থু হায়রি। উশিংখিদ্রেদা মৈতৈ মচাশিংসে।'

পংকুই কুইদ্রে, হেণ্ড-লেম্প ৫/৬ ভাম্না থাল্লগা পুহুনা, ইম্ফালদগী লাপ্লেল্লকপা, ইনাক্-কৈরাক্ খুনবশিংগী ইমুংদা অথেংবদা লুট চণ্ডি হায়নরকই। হায়নবতা নত্তে। ময়াংলাংজিং, লমসাং, তাওথোং, হাওরংসাবল্লোমদা চংথ্রে হায়ব পাও তারে। অহানবা বোম্ তাবা থুমিত্তা জেলদগী থাদোকখিবা কাদোপশিংহুস্থু য়াওই, কাদোপ অপাইবা, কাদোপ শক্ উদবা, চৈফু অমুক্তা মী হাংপা ময়ামহুস্থু য়াওই হায়নৈ।

'মথোয়না লাকপদা লুপা লিশিং ৪ নত্রগা ৫ ইমুং ইমুংহুগী ফিবম্ মহুংইম্না পুথোক্লুনা পীরবদি, তুমিন্-ইরেন্ হন্থি, মুক্লুরবদি হাত্তোক্লম্মীস্থু হায়রি। মথোয়গী মথুক্তা ফর-ফরবা খুৎলায় থাং, তা, তেন্,

লোৎনদ্রিংবা শাগ্রহুনা চৎলি কনায়ম্ভা মায়োয়বা ভমগে শন্দোয়কই।

চৈরক্ অসিদা সুমতী মাইবগী মচানুপা ইতোন্-তোন্বাহুদা চেন্‌থ্রে, লাপ্‌না কাস্তো রোমদা থৈথ্রে হায়রি। শাওরবা দামুনা মচেদা ফুনীরি, চৈবীয়ি। সুম্বিং ৩ নি থিবা খঙ্‌থিদে, কাম্নদ্রে খল্লহুনা য়ুম্মুরেল ওইরিবা মাইবহুক্তা য়ানক্রুনা কন্যাদান্ কৎখি, শাওবদগী লুহোংখিদে।

কুইদ্রে, অহিং অমা দামুগী সুমাঙ্‌দসু ভাম্না খাল্লবা হেত্ত-লেপ্পা মঙ্ভা থুংলরে। গুণ্ডা ৩০০ লোম্নি, য়ুম্ ইংখোল লৈরক্ পুমকোয় কোয়শিল্লে। দামু অসি ভৌবা ঙম্বা গুণ্ডা অমনি হায়নৈ, অহুনসু মী য়াম্না লাকপনি। দামুবু কোয়থি থিনরকই, থাংশাং অমা তুংদা লোত্তুনা পায়রগা দামু খোরকই। মমাঙ্‌দা খেংনবা অমা থাংনা য়াম্নৈ, খঙ্-হৌদ্রে মতুংলোমদগী অমনা মথুত্তু থাংনা য়ানবনা হান্থি। অতোপ্পা অমনা লীচৈ মরুনা মকোক্তা, অনীরক্ থাখি। মাইবহুসু, মাইবগী মচা অতোম্বহুসু মথুত্তা, থাংজৌ, তখেলথাং অমমম্ পায়রগা য়াম্নবহুদা য়াওরি। লৈকাইগী মী অমত্তা চঙ্‌হন্দে।

সুমাঙ্‌দা থুং থোক্লহুনা য়াম্নরিভৈ, খরনা ইমুং চঙ্‌হুনা, অপাম্ অপাম্বা পোৎ পুথোক্লরকই। দামুগী ইমুংদা টিন্ য়াম্না লৈরম্মী, থাঙ্গৎপদা অরুম্বা টিন্ ৩০ খক্ পুথি। লৈরম্বা আলমিরা, পুম্বা, থোঙ্ ফকখায়হুনা মন্নুংদা য়াওরম্বা পোৎ মথৈ পুথি।

শাওখিবদগী মাইবগী মচানুপা অহুন্দুসু উখোক্তেন্দা থৌরিনা কিশিল্লি। ইমুং চঙ্‌হুনা মখোয়গী আলমিরাসু থুগায়হুনা য়াওরম্বা পোৎমথৈ চাইথাইরম্মী, পুনীংবা পোৎ পুম্বা পুথি।

দামু উতুপ্ তাবগুম সুমাঙ্‌দা তাহুনা লৈরি, মাইবহুনা মশাগা মকোক্তা তোঙান্ তোঙ্‌ান্ তাহুনা লৈরি, মচানুপা অতোম্বহুনা মথ-খাক্তা পাম্নবা তানা লেংহুনা লৈরম্মী।

হুর্রানবা মীহাৎপশিংবসি কাবা ভমদে, দম্ভিসু তৌদে, খাক্তৎফমসু

লৈত্তে, মীওই কনা কনানো হায়বস্থু মশক্ থঙ্দে। ঙাগী লৈবাক্তা তৌনবা থোদোক্নি।

'কনাগী মরালনো ?'

'লাম্নরা ?'

'ইমাক খুল্লুবমরা ?'

'দামু মশামক্তীরা ?'

লানম্থু হায়নীংঙাই লৈতনা কন্‌শিল্লক্‌নী। ব্রহ্মারোমদগী আজাদ হিন্দ ফৌজগী লাম্মীস্থু থোঙ্‌না ইম্ফাল তম্লক্লি।

## ২৪

অজাদ হিন্দ ফৌজগী মনুংদা নুপীতগী ওইবা ফৌজ অমা শেমখ্রে। মহুদা য়াওবা নুপী-লান্মি খুদিংমক্না মখাগী প্লেডজ অসি পাথোক্লখি অমদি সহি তৌনখি।

'ঐনা, খুদোংথিবা কয়াগী মায়োক্তা ঐখোয়গী উদেশ্য মপুং ফাহনগনি, ঐ ইশামক্, ঐগী হকচাং, থৱাই অমদি মালচাং পুম্বা, ঐগী য়াশক্ মপুং ফাহন্নবা কথোক্কনি। হিন্দুস্থান্ অমদি নেতাজীগী মায়দা কালি তৈগদবা থবক্ অমত্তা তৌরোই, হায়না ঐনা য়াশক্লি। ঐনা ঐগী ইথক্ থোংবা-শিংগী হুকুম-পুম্বা থৱাই হকচাং য়াওনা ইনগনি। —ঐনা নেতাজীনা পীবা খুৎলায় পুম্বা ফিবম্ ফনা থমগনি।'

রানী ঝান্সি রেজিমেণ্টকী নুপী লাম্মী পুম্নমক্না য়াশক্লখিবা অমদি সহি তৌনখিবা য়াশক চেনি। ডাক্তর লক্ষী স্বামীনাঠন্না রেজিমেণ্ট অসিগী লিউটনেণ্ট কোলোনেলনি। কুমারী অসি শিঙ্গাপুরগী সিভিলিয়ান্ ডাক্তরনি, এমঃ বীঃ বীঃ এস, নি, আজাদ হিন্দ সরকারগী সোসিয়েল রেলফিয়ার এণ্ড মেডিসিন্ মন্ত্রালয়গী মন্ত্রীসু ওইরি।

ডাক্তর লক্ষী, নুপী লাম্মী ময়ামগী মশা-মশাগী ঈনা সহি তৌন-রবা, দরখাস্ত অমা পূরগা সুপ্রিম কমাণ্ডরগা উনবা লাকই। মখোয় অনী সুপ্রীম্ কমাণ্ডরগী কাদা য়ারী শানরি। লিউটঃ কোলোনেলনা 'নুপী নুপাখেন্নদে, নুপীসু নীংতম্ লান্দা শরুক্ য়াগদবনি, সারনা তাক-পীখি। হৌজিক্ নুপী লাম্মী পুম্নমক্ লান্ চঙ্গনি, সার।'

'লোইনমক্ ত্রেনিং ফংলব্রা?'

'ফংলে সার। মিলিটরী ডিসিপ্লিন্ নীংথিনা ঙাকপদা নত্তনা খাঙ্বা কনবী, থৌনা ফবী মুপী ঙাক্লি, অমুক্তা মাইল নিফু লায়না চৎপা ঙম্মী।'

'মুপী-মুপা থোং মাম্নগদবনি, ইমা লৈবাক্কী স্বরাজগীদমক্ ঈ দান্ হৈথোক্কদবনি।'

'সারগী রাঙাংনা মুপী পুম্বদা থৌনা হাপ্পিরে, লান্ চঙনবা হুকুম্ পীবীরো সার।'

'য়াই, অহুবু কোন্না'—ঙহাক্ রাখল খল্লি। মখা অমুক্ তপ্না তারকই—'হুকুম্ পীরক্কনি, ঙাইয়ু।'

মুপী লান্মী পুম্নমক্ ড্রিল, রিপন্ ত্রেনীং, টেক্টীস্ ম্যেপ রিডিং, অমদি অতৈ বিষয়শিংদা নীংথিনা ত্রেনীং ফংলবা ঙাক্লি। রাইফলস, রিভোলভর, গ্রেনেডস, স্বোর্ড এণ্ড ডেগর্স শিজিন্নবসু হৈরবা ঙাক্লি। লিউটঃ কোলোমেলনা হায়খিবগুম্, লান্মীগী ইউনিফোর্ম শেত্তুনা, মিলিটরী ডিসিপ্লিন্ নিংথীনা তম্বীরবী, অমুক্ অমুক্ লাপ্না চথোকপ-দা, মাইল ৬ তগী ৪০ ফাওবা তোয়না চৎলবী ঙাক্লি। খাঙবা কল্লবী অমদি থৌনা ফরবী মুপী ঙাক্লি।

নোংমা এসিস্টেন্ট কমাণ্ডরনা ফেমিলি ক্বারটর্সতা লৈরিবা সুবদার গন্ধারসিং অমদি মিলিটরী নর্স ওইরিবী উমা অনীবু কৌরকই। মখোয় অনীসু খুদক্তা চত্তুনা ওফিসার অসিগা মহাক্কী ক্বারটর্সতা উনরুই। অতুগা মখোয় অহুম্ রারী শারি।

ওফিসার অহুনা

'মিস্টরসিং কৈদৌঙৈ লান্ চঙ্' তারবা?'

'হংচিৎ, মেদাম্। ফিফ্‌তিথ, থার্টিফাস্ট, থার্টিথার্ড ডিভিজন্ অহুমক্ মেদাম্।'

'নখোয় লায়বক্- কৈ, ঐখোয়দি হুকুম্ ঙাইবা তারি। ইম্ফালসি

য়াম্না মরুনি, ঐখোয়স্সু লাকখিনি।'

'ইম্ফাল হেক্ লৌশিন্‌বগা, আজাদ হিন্দ — সরকার লিংনি হায়রি, মেদাম্।'

'উম্, হেক্ য়োবগা, নখোয় মনিপুরী মচানা, মীয়াম্ খোম্‌জিল্লু লাল হৌহল্লু বৃটিশকী মথক্তা। চানা থরুবা ব্রাংলকপস্সু নখোয়না শিন্-গদবনি।'

'শেম্-শাবা লোইজরে, মেদাম্। ঐখোয়-থল্লজরে।'

'ইম্ফাল প্রোপরদগীরা মিস্তরশিং, নঙ্‌বো।'

'মানি, মেদাম্?'

'ভেরীগুড। শোয়দনা মায়-পাক্লনি।'

'উমাবু লাল, চঙ্‌হন্‌বীগদ্রা, মেদাম্।'

ব্রাক্সমত্থ তাবদা মোমোন্ হেক্ নোক্লগা—'মাগী গর্ভগী অঙাং থা ও শুরে চঙ্‌হল্লোই।'

'নখোয়' নীগী অঙাং শোয়দনা মরৈবাক্ নীংগনি, নীংবস্সু ওই-সন্নু।'

'কদাইদা থম্বীগদগে, মেদাম্?'

'নং হেক চংখিবগা, টাইপেহ অদমী হোস্পিটালদা থাগনি।'

'কৃপানি, মেদম্ থাগৎচরি।'—গন্ধার যুক্ হেক্ হৌগৎলগা সলাম তৌই।

'মমাগীস্সু, অঙাংগীস্সু, অশোয়-অঙাম্ থোক্তমবা, য়াই ফনবা শীন্‌গনি। ফরে, মায় পাকপা ওইরকউ।'

অমুকস্সু সলাম্ তৌরল্লগা মমায় লৈথোক্তুনা অহুম্ মপান্ থোক্-প্রে।

উমাবতি খা ভারতগীনি। গন্ধারনা কুচু পাল্লগস্সু, কুলৈ কুচুনি,

রাশি নৈষী, শাওং-শদা, শাবান ফজবীনি।

থা মখায়মুক্ হৌখরে। লান্ কন্শিল্লক্লে, মনিপুরগী সীমানা মায়কৈ মরীদগী জাপানিজ ফোর্সনা, তক্শিল্লক্লে। বৃটিশকী লান্মীনা ঙাকপা উল্লক্লে। চুড়াচান্দপুর, মোইরাং, বিষ্ণুপুর, লোকপচীং, মোরে উখ্রুল, কোহিমা রোমদগী তকশিল্লক্লি। খোঙ্গী লান্মী মশেল, থেংনতুনা কাপ্পরি। মমাঙ্লোমদনা লমলাই, পুখাও, শগোলমাঙ্ য়ৌরক্লে।

জাপানিজ ফোর্সকী লাল্লোং মওং অমনা, বৃটিশকী লান্মীনা চীংমায় অমা ফুক্কদবগুম্, নোংমৈ কাপশিল্লবসু. তুমিন্ লেপ্থোক্লুরগা, বৃটিশকী নোংমৈ কাপ্পা হেক্ লোইরকপগা, লেপখিবগা, ম্যেচীন্গন্ অমুক্ হেক্তা কাপ্পা হৌরকই। মরক্ অসিদা উতোন্-ব্রাতোন্মুক্তা ব্রাংনা, থেংনা থেংনা পাইরক্লগা চে চাইথবা হৌরক্লে। তুমিং খরগী মমাঙ্দা চাইথরকপা চেদগী, আজাদ-হিন্দ-ফৌজগী লান্মীনি লাওথোকখ্রে। মসি নোংমা-নোংমগী ময়েক্ লাবা হেঞ্জিল্লক্লি।

খরা লৈরগনি, কোইরেঙ্গৈ এরোড্রোম্দা, থল্লিবা এরোপ্লেন্ ময়াম্ ঙাক্লনবা থল্লিবা সিফাই অমদি নোংমৈ, নোংমৈ মরু পোখায়বা হৌরক্লে, নীনি তুম্নি ফাওবা পোক্খাইবা লোয়খিদে। খরা লৈরগদি, ফৈদিঙ্গাদগী হৌনা ডিমাপুর লম্বীদা, থোং মথং-মথং কারোং ফাওবা থুগায়তুনা, ডিমাপুরগা ইম্ফালগা শম্নহন্খিদ্রে, ঈ-পাও ফাওহন্খিদ্রে। অঙৌবা অমত্তা মশক্ উখিদ্রে, বৃটিশকী লান্মীদা ভারতকী সিফাই ঙাক্তা মঙাইহৌরে।

উখ্রুল লোমদগী তক্শিল্লকপা জাপানিজ ফোর্সকী লান্মীনা পুখাও য়ৌরক্লে। খুল অসিদা অমদি অকোইবদা লৈবা প্রজাশিংগা তিন্নতোংনতুনা লৈবগী পাও তারে। মখোয়না প্রজাশিংদা খোইনা ওং নৈবগী পাওদি তানদে। শিরগদবা অনাবদা নোংমা নোংমগী অনাবা সুম্-সুম্ হেঞ্জিল্লকপগুম্, জাপানিজ ফোর্সকী লান্মীনা নোংমা-নোংমগী

তকৃশিল্লকপগী পাও তানরক্লে। চীং অকোইবদা নোংমৈ কাপ্পবগী খোঞ্জেলস্থু নোংমা নোংমগী হেক্তিল্লক্লি। নম্বোলগী মখা খরা চত্থরগা লৈবা, লোকপচীংদা, মায়কৈ অনীগী লান্মীনা থেংনহ্নুনা কাপ্পবগী মখোল ঈম্ফালদা ফাওবা হৌনা তাবা ফংলক্লে। আজাদ হিন্দ ফৌজদি, ভারতগী বৃটিশ তাম্বোক্লবা হৌবা লাম্নি, খংবা মখৈনা জ্ঞান্ খজিক্ খজিক্ মাঙ্নদবগুম্ তৌই, খঙ্নদবা মখৈনা করি থোক্লগবা কিনরি।

১৫ শুবা ডিভিজন্ অসি ভারত মচা সেকেণ্ডলিউটনেন্ট অমগী মখাদা, মহাক্না লুচীংহ্নুনা ইম্ফাল তন্নক্লি। ডিভিজন অসিগী মনুংদা মৈতৈ মচামরীখক্ য়াওরি। মখোয়গী মনুংদা গন্ধারসিংনা, মমিং মনা-শিংবা, ইচং থৌবা, থৌনা ফবা হেল্লি। ইম্ফাল তম্না চঙ্লকপহ্নদা সেকেণ্ড লিউটনেন্ট অসিনা তত্তনা গন্ধারশিংগা রা তানরি, মনাক্তা কৌশিল্লগা চৎনা চৎনা রারী শারি।

'মনিপুর য়ৌরদি ভারতকী লমদা লেপ্চহ্নুনা, বৃটিশ লান্মীগা, মায়োক্লনা লান্ থেংনরনি; থরাইসি মুঙাই।

'মতম্ কুইরে পোক্লফম্ লমদম্ থাদোক্লম্বা। লান্মী পূম্ননকস্থু থরাই মুঙাইনরি, সার।'

'নখোয় মৈতৈ মচা মরীনা, হেক্ য়ৌবগা, ময়ামগী চান্-থক্লবা শীন্গদবনিকো। অমনা ঐখোয়দা পাংশিল্লক্লবা হোৎনবসিনি মরুদি।'

'হোৎনজগে, সার। চানা থক্লবগীদমক্তদি, চঙ্জরক্লবা মীদা থৌজান্বিবা, হায়জক্লবদা য়াবীগন্বা মৈতৈনি। মৈতৈরোম্না— নিজ-ক্লবদা শোয়দনা ঐখোয়গী দরকার লৈবা চিঞ্জাক্ পীবীরক্লনি।'

'মৈতৈসি য়াম্না পুকাচল চাউব্রা?'

'চাউই, সার। মীগী মুঙাইনবগীদমক্ মশাগী ওইজবা থাদোকপা মৈতৈনি।'

স্থুম্ স্থুম্ চঙ্শিল্লকপনা মনিপুর সীমানাগী চীং কাখৎলক্লে।

ঙহাক্ লেপ্লগা সেকেণ্ড লিউটনেন্ট অতুনা লাওরকই —‘ঐ, নখোইগা লোয়ননা আজাদ হিন্দ ফৌজগী খোল্লাও কয়া ( শ্লোগান্ ) লাওমিন্ন-খিনি। ঐখোয় ময়াম্ পুন্না দেল্লী চৎমিন্নগনি। ঐ, নখোয়বু কদৌঙৈদা থাদোক্লোই, মায় লৈহনা হল্লোই। ময়াম্ পুন্নমক্ ভারত য়ৌরক্লে, নখোয় পুন্নমক্কী শিংলিদা ভারত মাতাগী-ঈ-চেল্লিবনি। অনৌবা থৌনা হ্যপকৎলু’—হায়রম্নগা মমিত্তা পিরাং শীম্বরকই। অমুক্কা খোজেল থোক্কা লাওরকই—

‘ভারত মাতাকী জয়।’

ময়ামস্তু খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা খুম্লি। লাম্মী ময়ামহুস্তু মপুক্লিং নৌথরক্লবোই, মমিত্তা ঈরা হৌনরক্লি।

সেকেণ্ড লিউটনেন্ট অতুনা—‘বন্দে-মাতরম্।’
হায়রম্নগা লৈমাইথক্তা মখোঙ্ মখুৎ-শিং তিংথোক্তুনা ভারত মাতাবু খুরুমজরি। ময়াম্না লৈবাক্তা গুরু গুরু নৈরি, মচীম্না লৈবাক অত্থু হুংশিনা চুপচরি। তত্তনা মচীন্দা শোল্লি—‘বন্দে মাতরম্।’

লাম্মী অতৈশিং অহুস্তু—‘জন্ম-ভূমি, ভারত মাতাবু খুরুমজরি।’ মমিৎ-মমিং অতুদা অতৎ-অথম্-লৈতনা পি, শিম্বরক্লি, মরাইবক্তা হন্না লৈমায়থক্তা থেংজিঞ্জরি মচীম্না হন্না—হন্না চুপচরি। গন্ধারসিংস্তু মমিত্তা মপি শীম্বনা খুরুমজরগা মচীন্দা শোল্লকই —

‘ইমা! মনিপুর, নচাশিংদা মঙ্গল পীনবীয়ু।
মায়পাকপা জয় ওইবা পীন-বীয়ুকো, ইমা।’

হৌগৎলকপদা, চীং লৈবাক্তা মমায় মমিৎ পুমভাং ভাংনরি।

য়েরুবগী মথক্তা লান্দাবদা, য়েরুবগী কেম্প কোয়শিন্দুনা, লৌ-শিনবদা, মফম অমদগী মফম্ অমদা চৎপদা, খোঙ্লৈ থুবা, খুংলৈ থুবা জাপানগী লাম্মীনি। থুনা চীংলোন্ মথং-মথং শিল্লক্তুনা লোকপচীং য়ৌরক্লে। অরাবদি, অনৌবা নোংমৈ, অকবা খুৎলায়, নোংমৈ গুলী

পীশিল্লকপদি লায়গ্রতুনা, চিঙ্গাক্ ফাওবা য়োঁরক্লে। জঙ্গলদা ফংবা উহৈ ব্লাহৈ, মনা মশীং, কোইথি থিতুনা চাবা নত্তুনা অতৈ উপাই লৈরক্লে। চীংলৈবাক্তা থাপ্পা লাকপগী ব্লাবগী মথক্তা, অব্লাবা অমগা অমুক হাপকৎলক্লি। অহুমকপু, ট্রেঞ্চ তৌতুনা মহুদা লৈরগা, য়েক্লবগা লান্ থেংনগদবগী শেম্ শাতুনা লৈনরি।

বৃটিশকী লান্মীসু অরোন্বা পাও পীবা কাঙবুদগী পাও ফংবা, কোহিমা, মাও, উখ্রুল, পলেল, মোইরাং, চুড়াচান্দপুর, লোকপচীং হায়রিবা মরু-মরু ওইবা মফমশিং অসিদা লান্মী মথং-মথং থোমজিল্লক্লি। মেচীন্-গন্, লাইট মেচীন্গন্ মোরটর, হেণ্ড গ্রেনেট মরাং কায়না য়াওরক্লি। হান্নদগী হৌনা, লোকপচীং বৃটিশ লান্মীনা হুইশিয়ার তৌতুনা লৈরক্লবনি।

সেকেণ্ড লিউটনেণ্টনা, গন্ধারসিংদা—'নখোয় হৌজিক্, মপান্ থোকপা ঙমগদ্রা?

'ফিবমসিদদি লুরে, হেক্ উবগা কাপ্পনা হানগ্রনি।
অহুমকপু য়েংজগে, সার।'

অহিংদা মৈতৈ মচা মরীতা চতুনা, অন্কপা খুলদগী চেং-চাক্ খায়রুই। ফংলক্লিবা খরা অতুনদি, অতুক্ য়াম্বা লান্মীতুগী চাবা কোন্নবা নত্তে। অসুম্না অফং-অফং চাতুনা, নুমিৎ নিনি অমগা লেল্লক্লে।

গন্ধ্যারশিংনা সেকেণ্ড লিউটনেণ্টকী মনাক্তা চঙ্লক্লগা

'বৃটিশ লান্মীনা, ইকোই কোইশিনখ্রে, সিনদি ওইররোই কম্দৌনি সার?'

'মতুনি খল্লিবা। ঐখোয়গীদি রাইফলতনি পায়নরিবা, এনটি-টেঙ্ক্, মাইন্স খরগা, য়েক্লবগীনা হেল্লে খুৎলায় ফবা।

'মখোয়গীদি মেচীন্গন্, লাইট-মেচীন্গন্, মোরটার, হেন্দ গ্রেনেট অফবা খুৎলায় মক্তা য়াওরি। টেঙ্ক, আর্মর্ড কার, ট্রক্স

মর্ক্মচানা লৈরি। লাম্বা য়ারোইদৌরি।'

'সুম্ লৈরে শিবা, হল্লে শিবা। অহুই শারুক্ ঈ-গা স্বরাজগা শিন্নথোক্লসি, সার।'

'মহুনি তৌগদবা।'

মুমিৎ নীনি অমগা লোন্নবা খুলদগী, চেং চাক্ অফংবা খরা চাহুনা লেম্লক্লি। অরোন্বা পাউ পীবা মীনা খঙ্গ্রমাল্লে, হেক্ নোঙান্বগা য়েক্নবগী ফাইটিং প্লেন্ পাইরক্লে, বোম্ থাদরে, মেচীন্গন্ কাপশিল্লক্লি। অয়ুকী পুং ১১ তাবা ফাওবা, নোং তাবগুম্ হৈথরক্লি, শুকলেপ্ লেপ্ত্রি। ঙহাক্ লৈরগদি থাদনবা মচাক্ লৈত্রমাল্লে, প্লেনশিংহু হন্খ্রে। প্লেন হেক্ হনখিবগা য়েক্নবনা, মোরটার মেচীন্গন্ মনম্ মনম্,কাপশিন্বা হৌরক্লে। সেকেণ্ড লিউটনেণ্টনা ট্রেঞ্চতগী হৌগৎলগা

'নেতাজী কী'

ময়াম্;—'জয়'।

'ইন্কিউলব'

ময়াম্—'জীন্দাবাদ'।

'আজাদ— হিন্দুস্তান্কী'

ময়াম্ — 'জয়।'

'দেল্লি চলো।'

ময়াম্—'দেল্লি চলো ?

লাওরকই। ময়ামস্থু চপ্ মান্ননা, খোল্লাও অমত্তা ওইনা খুল্লমই। মেচীন্গন্মরুনা মরাইবক্তা পান্থ্রবোই, সেকেণ্ড লিউটনেণ্ট হাইথরকই, মরাইবক্ ঈনা পুমঙাং ঙাংখ্রে।

গন্ধ্যারসিংনা ট্রেঞ্চ মনুংদা ফমথহল্লগা খোঙ্জেল হৌনা ট্রেঞ্চতগী— 'চার্জ'—লাওরকই।

আজাদ হিন্দগী লাম্মী পুম্নমক্ ট্রেঞ্চতগী চোংথোকরক্লে। মায়োক্নবা

লাঙ্ফমনি, ইনক্ নক্না নোংমৈগা নোংমৈগা কাপ্নরি; খুৎকা-খুৎকা য়ান্নরি। টেঙ্ক অহুম্ খুণায়রে, আরমর্ড কার ৫ কাপখায়রে। মাঙজিন্ থারিবা বৃটিশকী লান্মী মমায় লৈরকই। মতুগী খুদোংচাবা লৌহ্না য়েক্নবগী লানমী, মপৈ মপৈ হাৎলক্লি। বৃটিশকী লৌনা খোম্জিন্নকপা লানমীনা হেণ্ড গ্রেনেট লংশিল্লক্লি, মোটর অমুক্ হন্না কাপশিল্লক্লি, মেচীন্‌গন্ কাপশিল্লক্লি। নোংমৈ মরুনা নোংচুবগুম চুথরক্লি। তুরবা বৃটিশ লানমীদগী, লাইট মেচীন্‌গন্ মুন্দুনা হন্না য়েক্নবদা কাপ্লি।

আজাদ হিন্দগী লানমী ৩০ মুক্তনি, য়েক্নবগী লামীমা লশীং হেন্-খিবনা, পুং ২ য়োম্ কাপ্নরবা মতুংদা উপাই লৈরক্রে, লোইনা লৈমাইদা তুহ্না লৈরে। নীংতম্বা ভারতকীদমক্, নীংতম্বগী হোৎনা লানদা, মশাগী ঈগী দান্ তৌখোক্নরে।

মতম্ কুইনা পোক্নফম্ লমদম্ থাদোক্তুনা, মীরৈবাক্তা লৈরুরবা গঙ্গ্যারসিং, রানা চীংলোন্ কয়া লান্না লাক্তুনা, পোক্নফম লমদম্দা খোংদারকলবা মতুংদা, ভারত স্বরাজগীদমক্, মশাগী-ঈ দান্ তৌখে।

---

মনিপুর লোডজ, খার্তিফোর বাই ব্যান্ কলেজ স্ট্রিট্র লৈ। ইম্ফালদগী লাকপা মৈতৈ মচা ঠিকাদার অমনা বিল্ডিং অসি ভারাদা রাইরগা লোডজ অসি চলাইবনি। লোডজ অসিগী তোপ তোপ্পা গুন্ হায়ববু হরাইচার চগেম্ অমদি য়োংচাক্ ইরোম্বা হুম্মিং খুদিংগী ফংভি। ইম্ফালদগী লাকপা মৈতৈ মচাশিংনা মসিতা লতারে, মসি-তদা থুংলে। মতম ফনা চাউখৎলি।

প্রোপ্রাইটর্ অসিবু পোকপা অহল অহুম্ লাঞ্জেল্লকুনা লোডজ অসিদা লৈরি।

পুর্নিমা, হুমিংনি অহল অসি, অয়ুক ওন্তা ঈরু শা-শেংলগা চন্দোল চরা লংনা থিল্লহুনা, মুনা লংলবা তাবু হাংদোক্লুনা মৈতৈগী অরিবা পুয়া পুরুম্ থৌনিজরি। মৈরী চাওনা থাউমৈ থাল্লি, ধুপসু রা-রা থারি। ইরু শাশেংলবা গম্ভীরসু, ফিশেং হোংদোক্লুনা, নাখাঙ্দা চগুন্ খজিক্ কোংশিল্লগা, অহল অহুগী মনাক্তা ফম্হুনা পুরুম থৌনিবহু য়াওজরি। অমুক্তা মপুন্সিদা উখিদ্রীবা তাবু অহু ইওক্ ওক্লা য়েংলি। মুনা লংভি. মিসিহায়বা উ অহুনা শাবা তাবুনি। মোংশাগী খুজিল পান্বা, মখোংনা উদা হক্লগা, মখোঙ্ মরীনি। খুহুপ মুক্ রাংভি. মখুম্ অহু কম্ পাল্লি। মথক্ অহুদা লৈয়োং হক্লি। মরাক্ ময়ুং নাইদে, চপ্ মারৈ। মমায়কাদোমদ-মো হায়বসু খঙবা ঙমদে। শিগ্রাইগী অরংবা শো মখুল হুৎপা অহুঙনা হাংদোক্কম্ মমায় ভাকলি।

হুমিং অসিদা, মৈতৈ ঈয়েক্-ঈপী, মপুন্সিগী অহানবা ওইনা উজবদা, মপুন্সিং থুক্ লাওখি। থম্মোই থুমনা, ঈয়েক্ ঈপী অহুবু হুংশিজবসী ঈহৌ অমা হৌরকখি। কুক্ হৌগৎলগা মরায়বক্লা অহল

অহুগী মখোঙ্ শোক্না থুরুমজৈ। মমিত্তা ঈয়া হৌই। মহাক্কী মতৌ অহুদা, অহল অহুস্নু মমিত্তা ঈয়া হৌখি। অহল অহনা—

হৌগৎলো ইশু-ইবুঙো, ইশুনা নীংজবা ইচ্ছা পুম্নমক্ মপু মানা খৌজাল লনকুবীবা ওইসমু।

'ইপু ঈয়েক্ ঈপীসি মশীং কয়া শুবগে?'

'তরানিপাম্নি, মথংদা মাগল অমা হাপচিল্লগা ২৭ শুখি। ইনিংখৌ পাম্হৈবা হাক্তক্তা মতমগী মতুংইন্না লোল থৈথরকপগা ঈয়োই-ননা, ৮ অমগা হাপচিন্দুনা ৩৫ শুখি।

'ঐস্নু ফংজবা য়ানিনা ইপু?'

'য়ানি ওসি লৌয়ো ইবুঙো। বহি মচা অমা পুরকউ।'

'পুয়াসিবু মশীং কয়া শুবগে, ইপু;

'লিশিংগী মথক ওইগনি।'

'ইপুগীসিনা, করি পুয়া ওইরবগে?'

'তরেৎনি। লৈথক্, লৈখারোল, শালাই শাকোক্, লৈশাম্লোন মোংলোন্, মতা-লাংবু মহৌ, মুংলোন লম্বুবা।'

'হায়বদি ওমজদ্রে, ঐনা ফংজহৌবা য়াগদ্রা ইপু?'

'মপু মাগী নোংদমখোম্নি। কনানা হায়বা ওসগনি?

য়ারী লীবনা অহল অসিগী শিন্‌ফম্নি। মহাভারত অমদি রামায়ণগী য়ারী নীংথিনা লিবতা নত্তনা মৈতৈগী পুয়াগী ওইবা য়ারীস্নু নীংথিনা খঙ্ডি। মহাভারতকী মতুংদা ফেঞ্জিল্লকপা য়ারী মচা মচাশিং অহুস্নু মরীক্ চুম্না নৈনৈ। রাশক্ চেৎপা ভীষ্মনা মপাগীদমক্, রাজ-সিংহসন্ থাদোকখি। মপুন্সিগী মুপী থিখিদে। নিংথৌ যযাতিগী মচা মুপানা মপাবুং মহারাজগী অহল ওইবগী বয়স, মহাক্না লৌরগা মহাক্কী ইনখৎলক্লিবা নহাগী বয়সতু মপাবুংদা শিন্নখি। মপুন্সিগী মুপী থিদ-না লেন্‌খি।

গম্ভীরনা মপুন্সিদা খঙ্গনীংবা কয়া অহল অসিদগী ফংখি। চুন্না ফংবতা নত্তে মমুৎ তামা নৈনখি। মহাক্না খ্বাইদগী হেন্না মুঙাইজবদি ঈয়েক্ ঈপীগা শকখঙ্ মায়খঙ্গনখিবা অসিনি।

গম্ভীর, মহাক্কী মরুপ শিলচরদগী লাক্পা সুরজিৎ সিন্হাগা লোয়ননা ডিস্ক রেকোর্ড অনীদং লৌনবা হোৎনমিন্নরি। সুরজিৎ সিনহা কাছারগী মৈতৈনি, মপানা শিলচরদা একাগাড়ী য়োন্বা ছুকান্ অমা ফম্লি, মহাক্না ছন্দকী 'মাস প্রোমোসন্'—গী মতাংদা বিঃ কম্ থার্ড ইয়ারদা মিং চনগ্রখনি। অপোকপা মপাগী কান্নবান্নদা নীংথিনা মতেং পাংবীরি। ঈশৈসু শকৃই। মখোল লুন্না, ঈংনা, মুংশি, ফজে বেঙ্গলীগী খোম্হেক্লি, বেঙ্গলগী অফাওবা কলাকার মুখেস চটর্টজিংদা সুর পাসহন্‌বনি, সুর-পুবা খোম্হোক্, খোলহেক্, ওজা চটর্টজিনা সুরজিৎসিনহাদা নীংথিনা তাকপী তৌকপিরি। ঈশৈ ময়েকী ভাব-অর্থ ওজা চটর্টজি মরুপ অনী চঙছুনা ব্যাখ্যা তৌনা তান্নবদগী ময়েকী অর্থগা খোম্হোক্, খোলহেক্, আলাপ লাওবনা চিংবগা চানবা ঈশৈনি। মতুগীদমক্ লোডজ অসিদা মরুপ অনী অসি য়োন্না উনরি। মতুগা লোয়ননা গম্ভীরনা হায়জবদগী ওজা দাসনা শীল্লক্লুনা, ছুমিদাং মুমিদাং খুদিংগী, ডাক্তর মুখর্জি, গম্ভীরখোয়গী ওজাদা এলঃ এমঃ এফঃ কী অনীশুবা চহীগী রাৎহৌবা, তম্হৌদবা শরুকশিংছু মেন্‌খৎলি।

গম্ভীরগা মাগী মমান্নবগা, মহাক্কী, কা শো লোম্শিন্‌লন্নগা থোরকই। অরাকপা ময়ামগী লমদনফম্ সেন্ত্রেন্ হোলদা ইন্ফালগী কলাকার, ঈশৈ শকপা যন্ত্র থোংবা তবলা য়ৈবা, নিপালথকু লৈরম্মী। মখোয় উবদা গম্ভীরনা।

'করিগীনো কলাক্কার ওাক্কা, তামো?'

'ঈশৈ খরা ডিস্ক রেকোর্ড লোগে লাকচবনি, ইবুঙো। তাদা তামচাসু মাওরক্লি। ছাম্নগীতুগী মখা অনৌবা খরা লোগে।'

'নুঙাইজরেদা, ফরা ফরবা মৈতৈ মচা য়াম্না কলিকতাসিদা লৈরম্মেদা ত্তেংবাংবীন্নবা' — মঙক্ ও, মনা-ও, মমিৎ-ও, মরেংজুম্ খজিক্ ইনখৎ শুপখৎ চুন্নতা অচুম্বহুতা তামচানা হায়রকপনি। মহু-দা ময়ামহু ৱা হেক নোক্‌খি, পুক্নী পায়হুনা খাঙ্‌নরি। মাগুব ময়ায়দা, ৱা-লাং-কা ইভাং ভাংদনা থোরকপদা পুক্নি পায়নরিবা তা-মচানি, মথা অমুক্ তারকই।

'ঐদি তরক্ তরক য়াম্না কিজ-কিজনা লাক্‌চবনি, ঐগী মী ভাক্তা য়াম্না লৈরম্মেদা' করিমত্তা নোক্‌না অমুকস্থ থৱাই য়াওনা ভাংলকপা ৱাফম্নি। অহুবু ময়ামহু অমুকস্থ খাম্বা ভম্নদে, ৱা লাওনা নোক্‌রি, অমুক্তা, হন্না পুক্নী পায়নরি। নোক্‌পা হেক্ লোইরকপগা, গম্ভীরনা

'ঐগীস্থ মরীদং লৌজগে, তামো।'—গম্ভীরগী কাদা চঙ্‌থ্রে।

স্থরজিৎ আলাপ লাওরগা মকোক্নী পরেংহু ভংলকই। মহু হেক্ লোইবগা গম্ভীরনা — 'থাবল ফবা অহিংদা চীংয়াগী পাং মপাল অনদা নত্রগা লম্মাং অমদা, হৈনৌ পাম্বীগী মখোঙ্‌দা থাপ্লা তপা য়েংহুনা, করিগুম্বদা অতিয়াদা য়েংহুনা শক্‌পা।

তশেংবদি ফজবীগা মাগা পুন্সিগী ওইনা কায়নখিবগী মরীদা ইবা ইশৈনি।

'থাম্বাংনা পাইমিন্নরকপন্না নোংইল অনীনা, লম্‌খায়ননা তোঙান্-তোঙাম্না পাইনখিবা —''ওজা মুখেসতা ঐখোয়না ব্যাথা ভৌজ-বনি, তামো। মহুগী মতুংইন্না পায়বা স্থরনি' — স্থরজিৎনা পাং-শিল্লকই।

ঙহাক মুন্না রাখল থম্বরগা মখোয়গী তামোনা—

'ইবুঙোগী খোম্থোক্ খোলহেক্তা, স্থরসিগা চান্নে।

ইশৈ ময়েকপু ফজরদি স্থরস্থ অস্থম্ ফজরদৌনি। অতোপ্পা ইশৈ ময়েক্ অমগা অমুক্ লোইনা পাথোরকই।

'পম্বৌ, পম্বৌ হীয়ায় পোকপা পম্বৌ।
কয়া কুইনা তুম্খিগদগে তাবুম্নুংদা পম্বৌ,

......................................................

......................................................

ঈশৈ ময়েক্ পাথরক্লিবত্থ তাবা হেক্ লোইবগা তামচানা।

'ঐবু ঐরনে ইমা — হা — হা — হা' — মমিত্তা মপি জোরো জোরো তাবমথৈ কপ্লকই। মথা তারকই।

'নপারিনা খোমলাং ভাইরিনে, ইমা।'
ঙহাক লৈরগা মপি তৈথোক্লা তামচানা —

'ঐখোয় পার্টিনা হেন্বা তাইয়ে, ইমা লৈবাকপু মুংশিবা, ঈয়েক্ ঈপীবু মুংশিবা।'

'অঙ্গানি তাদা ঐখোয়সু মুংশি' —মখোয়গী তামোনা খুম্লকই।
'হা পলেম্ ইমা অপোকপী, নঙ্দি উবীদ্রবোইদকো।
আঃ—আঃ - আঃ—আঃ —ইঃ ইঃ—ইঃ - ইঃ'—
হায়রম্লগা অমুকসু তামচানা কপ্থোরকই।

মপিদি তাদে, পংকপ্তা কপ্লি তৈসু তৈথোকই। ময়ামত্থ মা লাওনা নৌক্লে, পূক্লি পায়ত্থনা খাঙ্নরি।

অমদা অমুক্, অমদা অমুক্ তিঙক্-তিঙক্ য়েংত্থনা লৈম্লিবা, নোকসু-নোক্তবা সুরজিৎপু উবদা ময়ামত্থ অমুক্সু সুরজিত্তা য়েংলগা নোক্শিল্লকই।

ইম্ফালদগী লাকপা কালাকার পুম্নমক্ রেকোর্ড লৌবা লোইরত্থনা হন্নখ্রে। রেকোর্ড খুদিংগী লিশিং — অনী — অনী লৌখি। মখোয়গী তামোনা হায়বা মতুংইন্না গম্ভীরগীসু লিশিং অনী অনী লৌখি।

গম্ভীর নাবা পুম্ফা ফরে, তারবা মপাবুং শেলুংবনা মরকসিদা

গম্ভীরদা কালিকতাদা উংপা অফ-অফবা ফিল্ম, ডিষ্ট্রিবিউটরগা তান্ন-রগা থারক্লবা চিঠি অমা থারকই। ফিল্ম খনব্গী দায়িত্ব গম্ভীরদা শিন্নরকই। মহাক্না গীদমক্ থা খুদিংগী লুপা ৬০/৬০ স্থু থারকনি হায়রকই। অত্নগী খুদোংচাবা লৌহুনা ফিল্ম থাবদা রেকোর্ড ২০০/২০০ হাপ্পুনা, মপাবুংদা থাখি। সুরজিৎ সিনহানা মহাক্কী খোঙ্খোক্কা শকপা ঈশৈ ওাক্তা ওইবতুদা লিশিং অমা য়োন্খি। গৌহাটিগী মনিপুর বস্তি, লাওগোং, শিলচর, লক্ষিপুর, যোরহাত্তা থাখি।

থা অনী হৌত্রে, গম্ভীর খোড়জ অসিদা লৈত্লুনা অহল অত্নু-দগী ব্রারী কয়া অমা ফংখি। মত্তুগা লোয়ননা ঈয়েক্ ঈপাগী মপী লাইরিক্ অমদি অনীশুবদা তম্লবা লাইরিক্ অনীসু ইখি।

হৌজিক্তি হোস্টেলদা হোংলক্রে। মী অমত্তা লৈবা কা অমদা মতোমতা লৈরি। অত্নবু ঈশৈ ডিস্ক্ রেকোর্ডিং তৌবা অমদি কন্না হৌরক্লিবা ঈয়েক্ ঈপীগী ঈত্নুমদা ইরাক্লুত্নুনা লৈরি।

এলঃ, এমঃ, একঃ কী অহান্বা চহীগী ক্লাস নত্তনা অতৈ চহী-গী ক্লাসশিংদি তম্বা হৌনখ্রে। অহান্বা চহীগীদি খরা লাংলি। মুংথিলনি পুং ৩ খরা হেল্লক্লে, গম্ভীর হেড ক্লার্কী কাদা চঙলকই। পোস্ট ওফিস্তগী পুরকপা চিঠি থম্ফম্ উপুত্নুদা, মহাক্কী চিঠিকা লাকপ্রা য়েংলৈ। রীডর ডাইজেস্ট্ লৌবগী মাগী মিংদা থারকপা বীল অমা থেংনৈ। লৈরিবা চিঠি ময়ামত্নু খন্দোকলগা, মাগী অতৈ য়াওরিব্রা হায়না সুম্ য়েংলি। গম্ভীরবু উবদা হেড ক্লার্ক অত্নুনা।

'ইবুঙো গম্ভীর ব্রা অমত্তা ভাংননীংঙিদা সিদা অত্নুক্তা চঙলক-পা য়ানিনা?'

'য়্যানি, বাবা' — হায়রগা চঙশিল্লকই।

'চৌকিদা ঋবীয়ু, চা ঋানখিসি।'

চৌকীদা হেক্ ফম্থবগা—'করিনিনা বাবা, তাকপীসি।'

হেড ক্লার্ক অহন্নি, মমাঙবা থরকা বাবা কৌনৈ, অহুমা মহাকসু বাবা কৌরি। গম্ভীরনা চৌকীদা হেক্ ফম্থবগা, আঙমিরাগী নাকলদা, মরুম্ ওইরপ্, প্রতিভা লেপ্লমী। গম্ভীর ঋাই লাওই। হেড্ ক্লার্কনা মথা তারকই।

'সিন্নিমা ইবুঙো, ইবুঙোগীদি তম্বা লোইখ্রবনি। গ্রেজগী এনা-টোমিনে, হিউম্যেন্ ফিজোলোজিনে, হিউম্যেন্ স্কেলেটনগা অমুক্তা ঋাইবা য়ানিনা?'

'কনাগীনিনা, বাবা?'

'ইচামুপীগীনি, প্রতিভাগী।'

ঋাই লাউই। 'য়ান্নি বাবা,'—থুনা খুম্খি। গম্ভীর ইঙক ঙকই। ঐচঃ সিং দাস পাঠশালাগী ওজা ওইরম্মী! হৌজিক্ থবক্তগী পো-খারে, পেন্সিন ফংলে হায়বা মখৈ খঙ্ভি। ওজা দাসকী ময়াম্বনি, প্রতিভাবু পোকপা অহন্নি হায়বদি খঙ্দে।

প্রতিভা মথেক্ অহুম থেক্লা লেপ্লি। ওইগী শেম্বাদা ছাটিন মঙ্গ্নবা অমা য়েপ্লি, ওইগী খুবাক্লা য়েংকী খুনিং-শোগংলি। খুংচা অহুম্ কোন্শিল্লি, খুদোম্বীনা য়েংকী চুবাদা থম্লি। খুবীনা খদাংগী মোন্ খাংফম্ ওইরি। ওইগী খোঙ্দা হকচাংগী ভার পুম্বা পীজ্লনা লেপ্লি। কৌনীংবনি, অহুবু অপোক্পা অহনগী মমাঙ্দা, তরাম্-তরাম্ কৌবহু হঙ্গোইবদগী কৌদ্রে। মগুং অমা ওইনা থবক্ চিল্লুবগী অমদি অকাওশীংদা চল্লুবগী নিঙম্দবগী চৈনাখোল অমা খংফাও ফাও-রক্লি। খংমুং মুংশিরক্লি। মমিত্তা ফজবী উরকই। প্রতিভাগা য়াম্না মান্নৈ।

'মুঙাইজরে ইবুঙো।' অহননা হায়রকই। প্রতিভাদা ওন্শিল্লগা মথা তারকই—'নঙ্গী তামোগা চংমিন্নরো, লৌরুরো।'

'ফনি বাবা, চৎচরুখিগে,'—ফুক্ হৌগৎলগা গম্ভীরনা হায়রকই।

'ফনি ইবুঙো',— অহনস্থু খুম্মকই।

গম্ভীর খংহা হল্লাওই, পীনীংবা পোং খরা পীবা য়ারনি খল্লি। মালা মাঙ্ খারগা তুংদ মাঙ্দা, থোক্‌মিন্নরক্লে। কাদগী হেক্ থোরকপগা কৌনীংবনি, অত্থু প্রতিভানা ইশাও শাওগুম্, ইপোম্-পোম্-থোকপগুম্, ইগুক গুক্তোকপগুম্, খোয়রাং খোয়শাওবা, পেন্দবগী স্বর মিকুপ্ খুদিংগী হোন্দোক্ হোঞ্জিন্ তৌবা মতৌ অত্থদা কৌবা ঙমদ্রে। অত্থুমক্পু গম্ভীরনা—

'মুংগুক্-মুংজাননা উই, কৈদৌরগে?'

প্রতিভা খুম্লক্তে, তুমিন্না স্মুম্ মরু লুক্থরগা চংলি। গম্ভীরনা মথা তারকই—। 'পূক্লিং ফাজিন্‌বদা খোলস্থু, ফাজিনগ্রমাল্লে।'

প্রতিভা খুম্লক্তে, হেন্না শাউবগুম তৌই। কিজবা অমা য়াওরত্থনা মথা তাদ্রে।

হোষ্টেল য়ৌরক্লে। মহাক্কী কাদা চঙ্‌ত্থনা লাইব্রিক মথৈ লৌরুরে। মহাক্কী কাত্থ শো লোন্‌শিল্লমগা থোক্‌মিন্নরক্লে। লম্বীদা গম্ভীরনা 'একাগাড়ীদি, তোংলক্রুব্রা?'

তাবোই তাদবোই মরু লুকথরগা অত্থুম্ চংলি। ঙহাক্ চৎমিন্নরগা শোরোক অচৌবা তারক্লে। গম্ভীরনা অমুক্ তপ্পা—

'ঐবু শাউরব্রা, ঐগী ইরাল করিনো?' য়াম্না কিনা হংলকই।

খজিক্তং য়েংলকই, পাউখুমদি পীরক্তে। হেন্না নুঙাইত্রে। মথাইস্থু ৱারক্লে।

লাইব্রিক্ য়োন্‌ফম্ দুকান্ য়ৌরক্লে। চঙ্‌লগা প্রতিভানা পুথোরকপা লিষ্টতগী লাইব্রিক অমা লৌরে। মত্থগী মথক্তা ডোর্লেণ্ডসকী পোবোট মেডিকেল ডিক্সনারী অমগস্থু লৌরে। নাইনটিন্ ফোর্টিত্থ ইডিসন্নি। দুকান অসি মক্তদগী ব্লেক বার্ড ফাউন্টেন পেন্

অমা, মুকফু অমা কলর বোক্স অমা, অচৌবা ট্রেঙ্গলর স্কেল অমনে, স্টেথোস্কোপ্ অমনে, লৈরে। বোক্তি অচৌবা খরগসু লৈরকই। মেডিকেল জর্নেল, অমদি, রিডর ডাইজেষ্টসু অনৌবা ফোংবা লৈরমতুনা কোপী অমমম্ পায়রকই। লম্বীদা অসুম্ লাকপদা ছাটিন্ য়োন্বা হুকান্ অমদগী মুপীগী ছাটিন্ মচা অমুবা 'লাগুন-ম্যেক' অমগসু হুকান্ মমাঙ্দা শোরোক্তা লেপ্পদা টেক্সী অমা লাকই। মতু ফারগা পাখং লৈশাবী অনীমক্ তোংমিন্নরক্লে। অব্রাং পাংনা সুম্ থৌরম্বদগী, লম্-খাই অমদা হাইজিল্লগা নোংচুপ পাংলকই। গম্ভীরনা তপ্না— 'লাই য়াম্না য়েক্ই, কলর থাবসু দরকাররনি।'

টেক্সীগী মনীংথংবা সীট্টা, মখা মায়কৈগী কাচিন্দা লৈশাবী মানা ফম্লি। ময়ায়দা পোংচৈ থম্লি। কারগী খুনীং শৌফমদা, খুনীং শৌরগা ওইগী খুবাক্তা লৈশাবী মাদি চুবা মোন্খাংনরি। মমাঙ্লোমদা চুমদ্রিং য়েংলগা চংলি। পাখং মানা অরাং-থংবা কাচিন্দা মেডিকেল জর্নেল অতু ফাক্তোক্লগা সুম্ পারি। গম্ভীরনা তপ্না—

'ষ্ট্রেপ্টো মাইসিন্, লার্জ স্কেলদা পুথোক্লে। •টিঃ বীঃ ফহন্বা ওম্লনি।'

প্রতিভা খুম্লক্তে, য়েংফাও য়েংলক্তে। মপোপ্ কায়দা মমাঙ্দা চুমদ্রিং য়েংলি। ঙহাক্ লৈরগা গম্ভীরনা মখা অমুক তারকই—

'পেনীসীলীন্ পুথোকপগী ডাঃ ফ্লেমিং, ফ্লোরে, অমদি চাইন্, মীওই অহুম্না নোবেল প্রাইজ য়েন্নখ্রে। শোক্লবদা লৌনবা লায়না মখৈ ফহল্লনি। লায়েংবা হৌবতুম্ শেল ফংলনি।' মখা অমুক তারকই—

'কয়াম রাংলি?' হন্দক্তি খজিক্ য়েংথোরকই। য়েংঙুবু মো-মোন্সু নোক্লম্মী।

গম্ভীর খজিক্ হরাওই। প্রতিভাদা হম্না হম্না য়েংলকই।

প্রতিভাদি য়েংলক্তে। অমুক য়েংলুবু মিংয়েং মপোপ কারমগ্রে। টেক্সী কারহুগী বোনেটতা মমিল রা-রা কারকপহু উবদা গম্ভীরনা।

'ড্রাইভর, জল শুকেছে।'

'হাঃ বাবু' — হায়রগা ড্রাইভরনা কারহু খাম্মে। কুমথরগা বোনেট হাংদোক্লুই। ঈশিং রাংলে, থাওস্‌ রাংলে। ড্রাইভরনা অমুক্‌—'জল আর টেল শেষ হোইছে।'

কারগী মনিং হাংদোক্লগা টিপ্‌ অমা পুরগা চংখ্রে।

প্রতিভানা মখোয় অনীগী মরক্তা লৈরিবা লাইরিক্কী ময়োম্‌ অচৌবহু পায়রগা, কারগী থোঙ্‌ হাংদোক্লে, অহুগা কুমথগে তৌই। গম্ভীরনা—

'সিন্নুনি'—হায়রগা ছাটিন্দুগা লোয়ননা ইন্‌শিন্নকই। থওইরুদে লোৎচৈশিংহু গম্ভীরগী মনাক্তা ইন্‌শিন্‌খি। ময়োমহু পায়রগা মপান্‌ অহুম্‌ থোকখ্রে। নোংচুপ পাংনা চংখ্রে।

গম্ভীর ইকাইখি। মরু লুথহুনা খাঙ্গখি। প্রতিভাসু হেড লাইট মনাক্তগী, তুং হন্না হাইফেৎ য়েংলম্নগা, অহুম্‌ চংখ্রে। ওহাক্‌ লৈরগা য়েংলুবদা রেক্‌-সাটকী ওাথকমনা গ্লাসকগী মরক্তা হিঙ্গম্মোন স্কেল্টেন্‌ ময়োম থম্লিবহু চিংথরম্নে। লাইরিক অথাবা তরুক্কী ময়োম অচৌবহু লূম্না পুরি. ওহাক্‌ লৈতনা মফম্‌ হোংলি। ময়োমহুমগা পায়বা ওইথোক্লে। গম্ভীরসু ইকাইখিবদগী কৌরগা হায়দ্রে। খল্লি

'করিনো রায়োরব্রনে?' ঐনা করি লানখ্রে, করি কায়গ্ররগে।

প্রতিভানা চংখিবা চঙ্খিবা লোইনা উই। মহাক্না ময়োমহুম-গা চঙলকপদদি থোঙ্‌ লোনখ্রে। ড্রোইং রুমগী থোঙ্‌দা শুংকাপ্পী কাপ্লি। ওহাক্‌ লৈরগা থোঙ্‌ হাংদোরকই

গম্ভীর য়েংবা ঙমদ্রে, চাম্নবা মমায়হু উদলবা, মরু লুকথরগা ময়োমহু লানশিন্‌খি।

'থোক ইমু' —হায়রগা ময়োমন্থ লৌশিন্খি।

গম্ভীর মমায় লৈথোক্লগা থোরকই। প্রতিভানা—

'ভাইবিখো, তামো; চা-ফান্খিসি।'

মকোক্তুমক কৈনা কৈনা হাইরকই, খুন্নক্তে, অদুম্ থোকখে্।
পরপ্-পরপ্ চেম্থোরক্লগা প্রতিভানা মখুৎ তাপ্ কারে, অদুগা —
'কদাই য়াদগে, সি য়ৌরক্লগা।'

ড্রোইং রুম্দা চিংশিল্লক্লে। প্রতিভানা —'কগ্নীয়ু, য়ারী শাখিসি।
তামো, নক্না শাকমন্থ লৈজদে।'

প্রতিভা ইমুং চঙ্খ্রে। গম্ভীরন্থ চৌকী অমদা ইরেন কমথরে।
উগী অমন্বা টেবল অমা থারি। মপুগী কম্নবা মখোঙ্ খেৎপা
মওং তাবা চৌক্রি অমা অন্নাং ওন্না থারি। ইচম্ চম্বা চৌকী অনী
অমনা মথা ওন্না থারি। অমনবমক্তনি. চীঙ্খৈগী কাচিনদা থারিবা
সো কেস অত্থ ফাওবা অমন্বনি। ছুমিং খুদিংগী তক্পনরা লংখৎ-
পা অমদি য়াওরি। সো-কেস মনুংদা কপ্ প্লেট, চোংগাংনা শাবা
লৈ, রাধা কৃষ্ণগী মুত্তি থম্মি। মথক্তনা স্টীলগী ফ্রেম্ চনবা ফোটো
অমা খিল্লি। গম্ভীরনা জীপ মনাক্তা লেপ্লগা, মিলিটরীগী ফিজোল
শেৎ চারগা নম্বা ফোটো অত্থগী য়েংলোমদা তাজমহল মমাওদা
লেপ্লগা নম্বা প্রতিভাগী ফোটো অমা থেৎলি। গম্ভীর ফোটোছ্
স্থম্ লেপ্লগা য়েংলম্বদগী পেল্লক্রুমাল্লে, লৌথরগা চৌক্রিদা ফমক্লনা
য়েংলি।

'জালি উপুদা রসগুল্লা লৈবনি পিস্ত' — হায়রম্লগা প্রতিভা মপান
থোরকই। গম্ভীরদা য়েংলগা —'ফোটো য়েংবীরিব্রা, তামো?'

'উম্! কোপী লৈরদি অমত্তা পীম্নু।'

'ঐগী ফোটোসিদি নঙ্গী বদনাম্ ওইরোইদরা?'

'ওইরোই। ঐনা মেত্রিক্তা ফাষ্ট ডিভিজন্দা ওইরকপা তামো-সিগী মতেংননি। নুংশিত্না থেংলিনি। অহংবা হেক্ খুদিংমক্তা হায়।'

হান্নরমগা সো কেসকী মখা ইথং থংবদগী কেমিলি এলবম্ অচৌবত্ পুথোরকই। মত্থদা চোইনা থমস্বা ফোটো থরগী মরক্তগী অমা লৌথোরক্লগা গম্ভীরদা পী। গম্ভীরম্ লৌশিল্লগা জেপ্তা থুনা হাপচিন্খি।প্রতিভানা চৌকী অমা খজিক্ চিংথোক্লগা ফম্মী অত্থগা—

'বাবা মহাবীরনদি অঙাং ওইনা লুহোংবসি কন্যাত্থগী সতীগী লম্মী অমা, চাওনা ফাত্তুনা স্বর্গ ফাওবা লৈরবনি হায়। বরত্থ শি-রক্সি মরাল লৈজদবী কন্যাত্থ লুপ্রাবীশিংদা চল্লে।'

'পংথোক্ থোক্লম্মোই।'

'থোক্‌ই লিশিংদা থোক্‌ই। কিডৌ শেংহল্লি, চওন্ অমুবা খিলহল্লি, মমাল্লবগা তিম্নহন্দে, উনবদা অমঙ্গলনি হায়বী।'

'হুঙাইফম্ থোক্তে। অহল-লমন্না মত্থগী দোষ ফংকম্ থোকই।

'লুপ্রাবীবু অমস্বা কাচিন্দা নম্‌শিন্দুনা, থম্বী। মপুরোইবা পোং-লোইবগী ওরং-ওরং চাক্লিবা মৈরীলক্তা য়াংলৈ মহী নমত্থনা পীথ-ক্লগা লংশিল্লি। পাপ্রাদি অমুক্ য়ুম পাল্লি। মাগী সহধর্ম্মিনী শিব-দা হিংলৌ লৌদে; অঙকপা সমাজ, অঙকপা নিয়ম্, অঙকপা রুহি, নত্রা?'

'নুপীনা মং অনী শুদনবনি।'

করিগী শুহল্লোই নহা ওইরিবী লুপ্রাবীত্থবু, সমাজসিনা মীওই পোক্নী নুঙাইবা মশক্ থঙহল্লোই, ফংহল্লোই সিরা? নুপাগী পীক্-প্রবা য়াথল খল্লুবদা নুংবু নুংশি।'

'ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগ', রাজা রামমোহন্ রোয়গনা থিংলম্লব মক্তনি, আইন্ ওইনা লৈরবনি।'

'লাইব্রিক্তা লৈজবনি, খুঙ্গংদা চৎনরি। কনানা খিংবা ঙম্মি।'

'মেরারদা হৌজিক্ ফাওবা চাইল্ড-মেরিয়েজ চৎনরি।'

য়ুম পাল্লবী মুপীবু পর্দা মরুমদা অমম্বা কাচিন্দা নম্‌শিন্দুনা থম্বনা করি অর্থ?'

মতৈনা, মকুনা অতোপ্পা মুপানা হকচাংগী শরুক্ অমগুং উগ্র-বদি, পাপ্ লংশিল্লবনি। মহু থোক্তুনবনি।'

'সভ্য-সমাজগী থম্বন্ চাওবা মুপাশিংগী খুৎশেমগী নিয়ম্। শারি শেৎলি, ফুরিৎ-লিৎলি, ইন্নফি ইল্লি। মুপীসি মী ওইহল্লোই, রাখল খলহল্লোই, মনীং তম্‌হল্লোই। অহুদি শান্নপোৎলা?'

'মুপীনা চৎনীংবদা চৎ, কোইনীংবদা কোই, মনীং তম্মল্লদি ওক্লক্লোই সিনি, অহন-লমলগী রাখলদা।'

'নত্তবা লমচৎ চৎকে হায়বা নত্তে। মসিমু থম্‌থিসি। অউন্ পোৎ পীনিংঙাই লৈত্তবদগী লৈশাবী কয়া ময়ুম্ পান্দনা মপুন্সি কেম্নরি।

'অমনা, তামো।'

'করিনো হায়য়ু?'

তুমিন্ লৈ হায়রক্তে। রাখল অমা সুম্ খন্‌বগুম্ তৌই। মক্-শিল্লম্বা গম্ভীরগী মায়থোঙ্মকা লান্নক্লে। মখা তারকই।

'হায়য়ু, প্রতিভা। ফুম্বংননা থমগুবদি থম্মোই লাইমন্ ওইরনি, মহুনা হেন্না ফৎলরোই। নঙগী মুংনাংনবা রাখলসে কোক্‌হন্‌বা ঙম্ম-বদি, পোকপগী মহৈ য়াল্লনি, ঐ।'

'রীক্সা চিংবগী মচামুপীনি চহি ১১ তা মঙাইরি, লুপা ১০০্ দা য়োন্‌খ্রে।'

'করিগীনো?'

শ্রীমা চিংবম্নু, নোংমদা লুপা ২/৩ তা মক্কংতি, থাগী, মুমগী তারা ২৫, মুপী, মী ৯ চাবা কোয়দে। অঙনপোৎসু পীনীংঙাই লৈতে মিনি।'

'কনানা লৈখিবা ?'

'ম্যোনেজরনি হায়রে। নমতুনা ওক্লবী ওলহনখ্রে। ইশাঃ মুপীগী মরাইবকসি কয়াদা থিরবা'—ওহাক মমিৎ উইশিন্নগা মরু লুকথ-তুনা লৈ। সীন্নীংদা থংয়েং য়েংথৎলক্লগা 'লুপাদি অতোংবতদা মরেল্নী। লুপী শিখ্রবসু অমা থিবা য়াই।'

'লুপীগা লুপাগদি অহুম মথেন্নরনি।'

'লুপাসু মী, লুপীসু মী, করিগী খেন্নচন্দৌরিবা ?' পুম্নমকসি লুপাতনা শীন্বনি। থম্মোই পান্দবা লুপাতনা।

'লান্ মসুংদা মৌনহা কয়া হাজিরা শুখি, শেল তানখি'—মখা তাখিদ্রে, খংলেপ লেপথোকখ্রে।

'অতুগা কৈদৌরবা ?'

'মশাই ত্রোপ-ত্রোপ তারিবী নৌরিবী মৌনহা কয়াসু য়াওরি। মখা তাররোই। শেল তান্বগীনি।

'উম্, ভাব তারে।'

'পেনীসীজীন, লার্জ স্কেলদা পুথোরকপা ঙাইখিবা তাই।' লৈশাবীনা নোকপা হৌরকপদগী মথোয়নীমক নোকমিন্নখি।

মতমসিদা পিস্ত চা-গ্লাস অনীথক পুতুনা থোরকই। পাথং লৈ-শাবীগী অমমম্ পীরল্লগা অমুক্ চেন্ শিন্খ্রে।

তপ্না গম্ভীরনা—মী কয়া চারিবা ?

ইচেগা, মচানুপী অতোপ্পী রীক্ক্গা, পিস্তগা মঙা। পিস্তদি ইনেগী মচানি, য়ুম্ শঙ্নবা থবক্ নোম্বীনবা থম্বনি।

ইচেদি করিগী, য়ুম্ পাল্লবা নত্রা ?

করিগী ওইনি, অউন্ পোৎ শুদবগী। স্না মোহর ১০ গা শেল ময়েক্ ওইনা লিশিং ৫ গা রাংলি। মৈ থাহনা হাংকদো-রহনা চেল্লক্লিবা।

য়াম্না ওৎপীরম্‌গনি ?

ওৎলিনি। মী তরা চাবা ইমুংগী সেবা মতোমতা তৌহল্লিনি। পুং ৩ দা চাক্ খোংবা ৭ তা ময়াম্ চাক্ পীজবা। মাইল মখায় লাম্না তুরেলদগী ত্রম্ মরী থল্লবা ঈশিং হোল্‌হন্‌বা। শঙ্গোন্ শম্থি শেংবা থানা লোন্‌বা পীজবা, শঙ্গোম্ শুম্বা। ইংখোল্ কোই হন্‌বা ঈশিং চাইহন্‌বা। মনেম্ মকুনা পান্নরিনি। মুংথিল ওহাক্ পোত্থাবা নত্রগা রাবগী ওহাক্ পোত্থাবদা মনেম্‌না লাউ খোংহনা চৈবা। শন্ ইরোইগুম্ লারুবা।

ঐখোয়গীগদি থিনা খেন্নৈ।

ওহাক্ লৈরগা প্রতিভা, রস গুলা প্লেট অনীথক্ অমুক্ পুথো-রক্লুনা টেবলদা থম্মী, অহুগা ফম্থৈ। পাখং-লৈশাবী অনীম্থু ওহাক্ লু-লুকথহনা তুমিন্ তুমিন্ লৈনৈ। কাহু পুমচীক্ চীক্লি।

ওহাক লৈরগা অচীক্‌পহু থুগায়হনা প্রতিভানা —

তামো, চা ফান্‌বীয়ু। — গ্লাসতু নক্লা থাংজিল্লি। মথা অমুক্ তারকই —

ময়ুম পান্দনা লৈশাবী ওইনা শিরবা, চুক্‌সু অহুম শাবী।

অহুগীনি প্রতিভা, ঐনা শেল তান্নীংলম্বহু, শেল্‌না খ্বাইদগী মরুনি। বুদ্ধি থোক্‌ই, শক্ ফজে, মীনা সম্মান্ তৌই। চুক্ শাবা হায়য়ে, পীবীনম্বা হায়জরদোতনি।

মতমসিদা ড্রাইভর পরপ্-পরপ্ চংলকই অহুগা —

বাবু হয়ে গেছে—হায়রে।

অচ্ছা যাছি।—গম্ভীরনা থুম্মী।

'সভা মমাঙ্দা দ্রৌপদীগী শারি দুশাসন্না মুনবগুম্ নুপীবু খোঙ্গোইনরিবা অহুক্ সভাতাগী মণ্ডালম্ লংবা হেঙ্গৎলকনি, তামো।'

গম্ভীরনা হেক্ থোরকপদা অঙাং নুপীমচা অমগা লাকমিন্নবা মৌনহা অমা থেংনৈ। মৌনহা অহনা—

'তামো, চা কা ফাল্লব্রা?

পাক্ থুমদ্রে, ইঙক্ ঙল্লা য়েংহনা লৈরে। অহুঙৈ মানা লৈবী-খিবা উৎ মচুগী শালহু ইল্লকই। বেঙ্কতা প্রতিভাগা শেল থিগিন্ন-খিবা লৈশাবীহুদি নত্তে। মৌনহাহনা অমুক্—

'তামো ঐ, প্রতিভাগী মচেনে, হেক্ পোকমিন্নবনে।'

'ওঃ থক্চরে। ঐ অমুক্ য়ৌথ্রগে।

'ফনি, তামো।'

## ২৬

মনিপুরদনা শেলনা মশা পান্দুনা পাইরি। মফম মফম খুদিংদা অচাবা শেলনা ফাবীনবা ঙাইরি। মীপুম খুদিংনা ফুরিং, ফিরোল, অকে-অমৌগী পোৎচৈ লৈগদবগী কোইথি থিনরি। শউন খোঙ্‌প্তা ফ্লেক্স, একাগাড়ীদা অশংবা রেল্লী অমদি হম্বরতবু কোইতান তান্নরি। মরু ওইরিবা বাজার কোংবদা ফংদ্রগা. থন্নাম অমদি লমশাং বাজার তান্না থিনরক্লি। মমলগী রা লৈতে ফংবু ফংলবদি, অশোনবা মমলদু পীদুনা লৈনরি।

জুরার শান্নবা, য়ু থকপা অমদি নুপীদা শেল কয়া হুন্দোক্লরি। অহৈবা কাংবুনা লূ মচা, লূ অচৌবা থুমদুনা ফানরি।

লম্বাল খুন্দোান্দনি, ঙসি অয়ুক্কগী সুমতী খোয়গী ইমুং অঙাং উনবা য়াওগদবগী ইরাং লাংলি, মনেম্বোক্লা অচৌবা ফৌরা অনীদা চরু মপুল অহুম চাইথোক্লা ফৌরি। মহুদগী ভীল কাং ফত্তা হৌদি মুন্না মম্থোক্লি। অরাং থংবা পোলাং খোক্তা কাংথল শেগায়বনা তূবা পোম্ফী অমগা, ঙৌবোং মঞ্জ্‌নবা অমগস্থু ফৌরি। নহাস্তা লফু চনাং উংকী উত্তিনা শুদোকখিবতা ঙাইরি। ঈশিং মনম কোক্ত্রি।

ইমুংলোমদগী নুপীগী খোঞ্জেল অমনা — ফম্ ফম, ফমথাবা য়ারে লাউরকই।

ইম্ফাল নিঙোল ইনাক খুনবা অমা মমৌ ওইনা ফংজরবী মনেম্বোক অদু মীয়ায় চনশিল্লরবী অহল ওইদুনস্থু পংহাদা হরাউ-জরি। মশা খিং খিং লাউনা থবক নোম্লি, কোয়চেন চেল্লি। চরু-শিং অদু শুপকোন কোনশিল্লগা মথা থংবা শঙতপ্তা পূশিনখ্রি। অমুক খুৎলৈ থুনা থোরকই। মচা নুপী অভোম্বীগা পোম্ফ্রী অদু নাম্মা নাম্মা পায়রগা কম্থোক্লি।

কম্থোকপা হেক্ লোইবগা মরেংবান্দা হাপচিল্লে. মথংদা মঙ্গ্নবা ঙৌবোংহু অমুক কম্থোক্লি। হেক্ লোইবগা মখা থংবা শংতপ্তা চেন্-বোই-লাক্পোই পুশিন্থি।

ইমুংলোমদগী ঙসাইগী মুপীগী খোঞ্জেল অহুমক্তা অমুক্সু—

'চাক্ থোঙ্গৎপা য়ারে, নংহৌরোইকো ইনম্মা।'

চক্লগী মোম্পাক্ মঙ্গ্নবা ঙৌবোংহুনা য়োমশিল্লে, মহুগী মথক্তা পোম্খিহুনা অমুক্ য়োম্শিল্লে।

মাইবস্নু শাবা মতৈনা, মাঙ্গোল মচীদা শনৈবী ব্লাগী কনম্না, ব্লাক্থৌ অনীখক্ শেম্লি। মচীনহু পানা থোনা শঙ্গাইনা ইৎলি। থাংজৌ অমস্থু মনাক্তা ফল্লাংদা ঙারি।

'ইচে, ব্লাকথৌ পুরকপা য়ারব্রা ?''—হংখি।

'ঙহাক্ ব্লাংলি ইবুঙো'—ইমুংদগী খুম্নকই।

অহন্বা চফুদা মৈথৌ কন্না থাহুনা চাক্ থোংলিবী মনেম্থোক্না, চফু শৌগৎলক্লহুনা, উচান্গী থাবৈনা ঙৎলি।

য়াম্দে, মেরুক্ চখেৎপী অমত্তনি। মহু থাংথরগা, মনিল ঙহাক্ চৎহল্লি। অহন্বা চফু অমদা উচান্ মচি খর থাদরগা, থক্লবা ঈশিং অমুক্ লুম্লি। মখুৎ অহু ঙহাক্ পোত্থাদে, ঙম্না অহুমখক্ ফুঙ্গাহুদা ফুম্লো লোরি। চাক্ অমুক্ য়াইশিন্খে। ইমুং অচৌবগী ফুঙ্গাদনা মচান্নুপী অতোম্বীনা ঈশাইফু অমদা ঈশিং লুম্লি।

'ঐনা হাল্লমাল্লে. ইবেম্মা'—মনেম্থোকনা হায়রকই।

'কদাইদগীনো ইনম্মা,'—খুম্নকপদা ঙাইরি, অঙাংনা হংঙা-হংঙা কপ্লকপদগী খোঞ্জেল তারকই।

মোমোন্ হেক্ নোক্চরহুনা মনেম্থোক্লা, মৈতৈ ঙম্নু অচৌবা ফুম্লো অহুমহু য়োৎশবীদা ঙারা ঙারহুনা য়াইরি।

ঋাকৃথৌ অনীখক্ মচীন্ থৌনা শেম্লগা থোঙ্জিন্দা লেপ্লগা লান্ শিল্লকপা মতৈনা—

'ইচে, কোমসি, য়েৎলা ওইৱা তৌদৌবা ?'

'তৌহৈদ্রি ইবুঙো হায়বা য়াদ্রি।'

মতৈহ মাঙ্গোলদা মানা ফম্লগ্বা ফক্তা অমুক্ চঙ্হনা ফম্থখি। ঋাকৃথৌ অনীহ মায়োক্নবীনা লৌশিল্লগা মাইবীগী মনাক্তা থম্মী।

মাইবীনা খোয়রীগী মথক্তা লং অহিংবনা কিশিল্লে, অতুগা মখা ওইরপ্ ঋাকৃথৌনা খোয়রী লেন্বা লাক্লরি। মতম্সিদা মায়োক্নবীনা ফুঙ্গা মনুংদগী লৈবাক্ মৈনা ঙাংনা চাকপহ খুবীমুক্ চাওনা অমা থাংনা তৌথোক্লগা লাদা হাপ্লি। ফাল অমগী মথক্তা থম্লগা থাংহনা ক্নুপ্পা তক্থায়রি।

'য়ারে, য়ারে'—মাইবীনা হায়রকই। মখা তারকই—

'ইবুঙো, ওইগী লমদাংনি, অরাংলোমদা নিঙোলকাগী এনথাদা।'

'ফনি ইচে, খঙ্জরে'—মাঙ্গোলদগী খুম্লকই।

'থোয়দো থেনগনি, খরা লুহন্বিয়ু।'

'ভাব তাজরে, ইচে।'

মতৈহ অরাংথংবা এনথাদা থাংজৌ পুতুনা চৎখ্রে।

নিঙোল কাগী মপাদা নাওফম্ ফুম্লবা কোম্ তৌক্লরি।

মাইবীনা লাওরপ হায়রকই—'মীকোক্ অহুম্ মাইবী, মায়োক্নবী মমা। অঙাং মকোক্লা অরাং, মমায়না নোংচুপ। মতমনা অয়ুক ছুমিং দারী য়ৌবা, ইশিল্লু ইবুঙো, ইশিল্লু। থাংজ নুমিৎ ঋাকচীংগী নোংমা পান্বা।'

মায়োক্নবীনা অঙাংহ লৌরগা, ঈশিং অশাবনা ইক্লজথোকপীরি। হেক্ লোইরকপগা—

'থেকেন্মু থেকান্মু,
মিচিনা খোই খোইন্নান্নু,
তিং তিং চাওয়ো।'

অঙাংগী শেগ্রাক্তা পায়রগা য়েৎলোমদা অমুক্ ওইরোমদা অমুক্ পৈথা - পৈথা হায়রম্বদগী মখা অতুম তারকই —

'তিং-তিং চাওয়ো,
চাওরিঙৈদা চাওহোরো,
থবীনা কারিঙৈ কাহোরো,
মুমিৎনা রাংডিঙৈ রাংহোয়ো,
নপা মচুম তারো,
নপু মচুম তারো।'

অঙাংগী মশাদু খরা খরা নোম্বিরি। ফৈজোম্ মচেংকী নিংথা অমনা শেংনা তৈথোকপীরগা অতোপ্পা অমনা অমুক্ য়োম্শিন্বীরে। রাকথৌনা লেনগ্রবা অঙাংগী খোয়গী মতোন্দা ফুঙ্গাগী লৈবাক্, উফুল তানা তক্খায়রবা অদু খজিক্ লৌরগা থোম্জিল্লি। মদু হেক্ লোইবগা অঙাংদু খোমইন্বীদা পীগ্রে।

মাইবীনা চফু পুম্কক্ চাওবা অহন্বা অমদা নাওফম মরিদু ওই ওইননা কোল্লগা হাপচিল্লে। অহন্বা কম্বী অমনা খুল্লগা নাওফম্ ফুম্বা থোকখে।

'মুপীনিনা অহুক্ পংচিং চিংনদ্রিনি। কয়া ফজখ্রগেসে, মশম্না মশম ফরিবা, ভৌনা ভৌরিবা'—মায়োক্নবীতুনা হায়রকই।

লৈখিদ্রবা মকুবোক্না শোরাক্তা ফংলকপা মপ্পুন্বা খুদৈ অমনা মমাগী মখাংদা, চেজেৎ কিশিন্বীরি। মতৌনা অঙাংগী ওইথংবা

মাকোংদা, হরিনাম্ মতেক্ অমা কাম্বিখি। অঙাং পোকপগী থৌরম্ পাংথোকখে।

সুমিং ৫ নি হৌখে ৬ নি শুবা সুমিংনি। অয়ুক্তা ইপান্ থাবা লাই চউম্বগী থৌরম, মাইবী অমদি মায়োক্লবী অনী চংহনা পাংথোক্লি। হান্নগী ফমুং শারম্বা চরুহ্ শোরোক্ রাংমদা পুখি মপান্দা হুন্দোক্লরে। অহ্ৱাইদা লৈরম্বা শলশিংনা হাওনা চারি।

মাইবীনা হৈরম ৭, লৈরম্ ৭, ঙারি পরেং, ফৌদাঙ্ শংবাই অমা, ঙমু অহিংবা, ঙমু ফুম্লৌ, থুম্বাক্, মোরোক্ হাগুনা অনম্ অথৌ কোক-থোক্ চামথোকপা লোইরে, লৈরক্তা চত্নুনা হৈদোক্লরে

হঙ্গিল্লক্লগা মাইবীনা অঙাংহ্ য়াংকোক্তা হীপহল্লে। মৈ হৌগংলিবা ফুঙ্গা রাংমরোমদগী লেপ্লগা মাইবীনা অঙাং মমাদা—

'নচা লৌগেরা, য়াংকোক লৌগেরা'' হায়রকই।

'ইচা লৌজগে'—মমানা খুম্লকই। মৈথক্তা লান্নরগা অঙাংহ্ মমানা লৌশিন্খি।

মতম্মসিদা কুল্লা মমাগা খন্নাম্ লৈরক্তা লাঞ্জেল্লিবী, দামুগী মচন্ মুপীগা, অতোপ্পা পাখং অমগা মকোক্তা কোকথোং অচৌবা অম্মম থোঙ্গৎহনা পুরগা লাকই। পাখংহুদি কোক্থোংহ্ থন্নম্নগা অহুম্ চংথ্রে। ফক্ অমদা ফম্ থারগা হীপ্লম্বা দামুগী মনাক্তা চংশিল্লগা, মচন-মুপীনা—'পোৎচৈশিংসে ইনম্মনা অয়াম্বা লাংলক্লিনি''—মবুংগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা মনাকোং ময়াদা হায়রৈ।

''অহুনবু নখোয়দা পাও চেন্থ্রিনিদনা।''

''তাদগী হানবা ঙমু লৈরোগা, ঙাক্রা খরগম্ পুজরক্লি?'' কুল্লা মমানা নক্লা চংশিল্লক্লগা হায়খি, পোৎয়োম অমম্ দামুদা লান্শিল্লি।

''ফরে, ফরে। নখোয় ঐখোয় কায়নবা য়াবা নত্তে, শাওনবা

য়াম্বা নত্তে। কুল্লা মমা নঙ্বু আম্ভু সপ্লাইদা শেল পায়রে হায়য়ে।"

"হিংবা ওম্নবা, তাদা।"

মৈচ্যাংনি। লৈকাইগী মুপী থরগা বষ্টীগী শেম্ শারি মোম্পাক্ মচা, মোন্ মচাদা তেরা হাণ্জিল্লি, য়েনশাং-নাপী হৈ-রা, লুকমাই-লুক্‌মাইদা থেঙ্গৎলি। পংকুই কুইনা চঙ্‌দে, যষ্টিগী শেম্-শাবা লোইরে। মুমিদাং ওইরক্লে, অমুক্ হন্‌বা থেংগ্রতুনা, কুল্লা মমা অমদি দামুগী মচন্ মুপী লেক্‌খিবা তারি। মথং মুমিংকী অয়ুক্ ওন্তা হন্‌মিন্নখিবা য়ানরে। নিংথমথা ওইবগা অঙাংতু কুইনা কুইনা মশাদা মুংশিং অঙ্গংবা য়ৈখি। মতুনা মরম্ ওইতুনা, অঙাংতু স্বর ফুঙ্গংখি। মাইবস্তু ওইরিবা মপন্না লাক্লখি।

খাজিল্লিবা লাণ্ড্রেন্ফম্ মমাঙ্ শঙ্গোইনি। মহৌশা মীনা কুক-কুক ইন্ননা, ওরং-ওরং লৈরম্মী। পোংচৈ মাল-চাং, কাচিন্ কোয়াদা, কাঙ্খদা পৈতুনা, মথং মথং লোন্‌খত্তুনা থনম্মী মী থৈনবা য়ারম্মী। হৌজিক্তি তরক-তরক্লে। দামুগা মচামুপী অহন্‌গনা মঙাইহৌরে। অতুবু সুমতী নত্তনা মখোয় অনীমু অচৌবা অনাধা কয়া লাকখি-বদা শউম্ ফংখিদবা নত্তে। দামুদি হৌজিক কাওবা অরুম্ চাং-নাইনা হৌতুনা লৈরি। মখোড়দা লাইথৈ থৈখিবদগী চিংশিনখিতুনা চৈশু পায়তুনা চংলি। মাগী অনাবসি মাইবনা—'অরুম অপুম্বনি" হায়রম্মী। মশা-নোয়-নোয় লাওনা ফরম্বা দামুনি, মহাক্কী পুলৈ কুচু অতু মাড়থ্রে, মুশুক্ মুরে, ময়াং কংশিল্লে।

দামু মচন্না চাক্ থোংলি, ইনশাং শেল্লি। কুল্লা মমানা ফাল মচা অমদা ফম্লগা, লাগী লারৈদা হীদাক থক্লি। দামু মচন্না—

"গম্ভীরবু কম্‌দৌরি, ইনম্মা।"

"ইবুঙোম্‌ মহায়মুমা ইবেম্মশা, মনিপুর তখায় অমা লৈবা ওম্বা সাহেবনি। য়াত্তাবু হায়বা।"

"হোইনে, হোইনে। 'ঐখোয় সাহেব" হায়তুনা মুনান্না কিনা ঙুনা তৌজগ্রে।"

"তৌদদি, ইবুঙোনা শেম্বীবা মক্তনি।"

"মত্থদা নত্তমাল্লেদ', নোংমা মাসি, গোরা অমনা ফামাল্লে। লাংথবাল জেলদা থম্লমবা। য়াম্না শাথিমাল্লে, শিরগা মরনাই। ইবুঙো গম্ভীরনা থাদোক্‌হন্‌মাল্লে।'

"তৌরম্নি! মী কন্‌বা, মুংশিবা, শেম্বা, অসিনি, ইবুঙোনা তৌ-রিবা, ঐখোয় ইমুংস্থ শেম্বীবনি, কুল্লস্থ ঐস্থ।"

মথরাই য়াম্না রানা, থম্মোইদা কপ্পা শিরেদনা লৈরম্বদগী, থংহিং হিংলকপত্থদা, ইবুঙো গম্ভীরগী মখোঙ্‌ পায়তুনা, হেক্তা খুরম্মী হায়।" "থুরুমদদি ঐখোয়দি চুপ্প্‌ চুপ্নিংঙি। চাওপ্রবা মতেংনি, ইবুঙো, মানা পীবীরম্মীসি।"

"শেংনা হায়য়ু ইনম্মা, ঐখোয় মুপীমচাবু হংলাক্কেকো?"

"মহু তোকসি। শম্‌-থরা-থরা কোক্তা হৌন্‌রিবসে লোইনা ফোইগ্রমি, তাদনা। মাগী অমা লৈরে।"

"ময়াংনি হায়গুম্‌ তৌই, অহল-লমন্না য়াদমাল্লেদা।"

"দরবার মেম্বরগী মচা, ইন্সপেক্টরগী মচা, প্রাইভেট সেক্রেট-রীগী মচাগী হুম্লে হায়বানি। তাইবুঙো শেলুংবনা থিরিদা।"

"অঙাং মশেল য়ানজবনা কল্লিনে ইনম্মা।"

"তা গোকুলস্থ কনা নত্তে, ঐ য়াওনীংদে, ইবেম্মা অহনুথংদা চোপ্‌নিংদে। খিং তোক্লসে।"

"করিগুম্বদকা পল্লক্রা হায়বনি, ইনম্মা?"

"ঐনা হায়খি, লুহোংগ্রবনি, মপু অমা লৈগ্রবনি, মীগী মুপীবু কৈদৌনা হংদৌরিনো, নমায়হু ইকাইদ্রা? শেন্দা কন্না তানখো,

ফরেক্ ক্বিবুম্ অম্ম— তৎপ্পা মখৈ ফজবা নুপী অমা থিনি,, সিমক্নি ঐনা হায়খিবা।"

"ময়ুম পান্দ্রি সিতা অমুক্তা পাও চেন্‌বীখো, ইনম্মা।"

"মহু তোক্রসি, ইবেম্মা। ঐনা হায়রিসিনি তোকসি।"

"ঙ্গীনা কৈন্দৌনা লৌদ্রিবা, য়াম্না তোয়না কৈথেল খুঙ্গিংগী পু-পুহনা চৎলমদাই।"

"ইবুঙোনা য়ামীংদে অহুননি। ঙাইখো, ইবেম্মা, ঐ শুকয়াও য়াওনীংদে। নুপীনা থোকপা শীনসম্ম। ইবেম্মসে, ড্রাইভর অমদা থুনা থাজখো। মহুগীহুম্ কন্না শীল্লু।"

"করিনো নখোয়না ঙাংনরিবো"— মনা তাকাত্রবা দামুনা খোঞ্জেল ফাইনা হংলকই।

"ইবুঙো গম্ভীরগী নুপী থিবগী মরমদনে"—মচন্না লাওনা হায়রকই।

গম্ভীর শিরবা? শিনি।"

"লাইমা ফরেদকো মবুক অসে, শিদে, ডাক্তর তম্মীরে, ডাক্তর সাহেব অচৌবা ওইদৌরিবা।"—কুল্লা মমাম্ম লাওনা খুম্মকই।

"মখোয়দি ড্রাইভর তরেৎ থম্মী, গাড়ী তরেৎ লোইরিয়ে।" মচন নুপীনা লাওনা অমুকম্মু হায়রকই।

"কদাইদগী গাড়ী?"

"মিলিটরীগী গাড়ী শেম্‌জিল্লগা, ঠীকাদা শিজিন্নরিয়ে। ড্রাই-ভরগী তলব লুপা ৬০/৬০, থাদা"—কুল্লা মমানা পাংশিল্লকই।

"নুপীমচা থাজগ্রসে" — মচন্ নুপীনা নোংশিল্লকই।

"করি পেরুক্তা চউম্বা, মায়জাম্বা, শকথিবা জাৎ নাইদবা মঙোন্দ বো, নশম্ ফোইয়ুরা?"

"মীগী মচাদা অহুম্ ভাঙ্নো, নচাদা চুরুংঙে, ফজবীদা ফরবাসে" মচম্না খুম্লকই।

"অহুনি জাদা, দ্রাইভর অমদা থুনা থাজবীথো মনাক্তা চঙ্শিন্ন গা কল্লক্ পেম্না ভাংঙ্ই।

"উম্, দ্রাইভর অমদা থাজনি।"

মচন্ নুপীনা চঙ্শিল্লরুগা মনাকোং ময়াদা —"তাদনা লোংলিঙৈ, পুম্-তুম্ তূম্লে। সুমতীসু শিৰগুম্বনি, য়ুম হোংলকপদা য়াওররোই।'

মতমসিদা সুমতিগী মচাহু শিরে, হায়হুনা পুথোরকই লাইথো-ক্লুবগী ফজবীসু ফরকপদা ভাইরি, ফমুংদগী হেন্দোক্লি।

মতমসিমতুদা ইম্ফালদনা সুরেন, পাশথেলা য়াওবী, কন্যাতো-ম্বীগীদা লৈরি। কন্যাতোম্বী মপু লৈতবা, মিলিটরীসু লৈতবা, অহাংবা য়ুম অমদা মমা, মপা অমদি মবুং-মৌপাগা লৈমিন্নরি। উরিপোক্কী,, আসাম্ রাইফলস্ হোংলকুনা লৈরিবহুগী চীঙ্খে, ওই-রপনা লৈ। কন্যাতোম্বীগী কা অমা তোঙান্না শেম্মী। অঙৌবা অরোনবা মোম্পাক্ ফিদক্ নিংথিনা থারিবা হিদান্দুদা সুরেস ফম্লি। ঙৌরবা শেন্গুপ্তা ফৈজোন্না মখোঙ্ ফাওবা কুপশিল্লি, মাঙ্গ্রা মচু হাইফেংকী পহুগী পুময়াৎ অমা লিংলি। কলিকতাদগী মানা পাম-জনা লৈরকপা শাল অঙৌবা মপাল্ খুদোল অহুম্লোম পাক্লা লোন্-বহুনা মনঙল মথৈ কুপ্লি। ওক্তা সনাগী লীক্ পরেং অমা শিরি, ওক্শমদা লৈহাও পরেং অমসু জোন্-জোন্ লাওনা শিরি, সনাগী কুদামনি, সনাগী ঘড়ীনি, মরীনা ময়াম্বগীগা মাগীগী টূলা ৩।৩ চঙ্না, কৈশামপাংকী তোনু সনাশাবা থম্নাম লৈরক্লা লাঙ্জেনলিবহুদা শাহনবনি। ঘড়ীহু মরক থম্না থম্লগা কবোক্লে পরেংনা হুম্না-হন্না খজিক্ জোন্-জোম্সু লাওনা য়েংশিল্লি। য়েংকী খুচা, ওইগী খুচা সনা খুদোপ্ ৩/৩ না ইরুং লংনা লৈতেংলি। তোঙ্গানবা শাবান্নি,

ফুপীনা য়াবা শকফম্মি জেপ্তনা মত্তাচংপী নোট অহনবা চবুল অমা লুম্ লুম্ লাওনা হাপ্লি। ফমাংদা ফক্ অমা থারি, মতুগী মথক্তা হারমনিয়ম্ অমা লৈ। হিগোক-মচুগী ফিদানা কুপ্পা সাইড টেবল মচা অমস্থ ফক্ মথক্তা হিদান্ নক্না থারি। মতুগী মথক্তা হুইস্কি লীক্লী মচা স্থুরেসনা পুরকপা অমা থিল্লি। স্থুরেস হারমনিয়মতু লৌখৎলগা খোংতুদা শান্নরি।

চাখুমদা লৈরম্বী কন্যাতোম্বী মফি মরোল হোংদোক্লরগা পরপ্ পরপ্ থোরকই অতুগা—"চাক্ লোইজরে, তামো, লুক্ হারসি।'

"লাম্‌চ্ৰি করি করি খরা থক্ চাখিগে।"

"ফনি, তামো।'—হায়রম্লগা অমুক্ চংখ্রে। কুইদে, লীক্লী গ্লাস অমগা. ঈশিং খুজাই অমগা পুথোরক্লুনা, সাইড টেবল্ মথক্তা থম্লে। অমুক্ পরপ্-পরপ্ চঙখ্রগা পুখম্ মচা অমদা উকাবী অতা-উবা খুবাক্‌মুক্ পাক্‌পা থম্মাম বাজারদগী মমাবু লৈহল্লুবতু মঙাখক্ পুরক্লগা, সাইড টেবল মচি অমদা থম্লে। হিদান্‌গী মচি অমদা ফমথরগা, হৈশিংবী কন্যাতোম্বীনি, হুইস্কি লীক্লী মথুম্ থুৎলাই মচা অমনা হাংদোকই। লীক্লীগী গ্লাসতা খজিক্ হৈরগা, ঈশিং খজিক্ য়াল্লগা স্থুরেসস্তা লান্‌শিল্লকই। স্থুরেস হারমনিয়ম্ ইরেন্ থমখ্রে। উকাবীতু শেৎলা-শেৎলগা চারি। মতুগা লোয়ননা হুইস্কীতু খজিক্ খজিক্ থক্লি। অকোন্‌বদদি অমুক্তদা পুল্লপ থক্‌চিন্‌খ্রে, অতুগা "অমুক্তা হৈরকউ"—হায়রম্লগা উকাবী পায়খৎলগা চিক্-চিক্তুনা চারি।

কন্যাতোম্বী গ্লাসতু লৌশিল্লগা, অমুক্ হুইস্কি খজিক্-হৈরি,—

"তঙ্খায় হৈয়ু।"

কন্যাতোম্বী, হুইস্কীতু গ্লাস তঙ্খায় ফাও হৈরি। ঈশিং য়াল্লে, অতুম্ লানশিল্লকই। স্থুরেসস্থ য়াউম্ অমা থক্‌চিল্লগা—

"ঈশৈ শকউ। নহান্‌গীতু শকউ, ড্ৰমাগীতু—।"

কন্যাতোম্বী হারমনিয়ম্, পায়রগা ফক্তা ফমথগ্রে অতৃগা শরুকই—"

"লেঙ্‌বীরক্লো পামুবা, মিংকী লাইজনা শেংদোকচরে থম্মোই, চংখিনি নঙ্‌দি পামুবা, লৈহৌনি ঐদি কপ্তুনা—।"

হাইফেং মিংচিনা য়েংলকই। ..............................।

খোঙ্গেল ফাইরপ্‌— "চংলোই কন্যাতোম্বী, ঐ লৈখিনি।"

মখা শকথরকই— "হন্নামুক্তা য়েংহুনা কোকহনবীয়ু মৈচাক্
লেঙ্‌বীরক্লো পামুবা,—।"

খোঙ্গেল ফাইরপ সুরেসনা অমুক্‌সু— "শে নঙ্‌গী শরুক"— হায়রগা নোট চবুলহ্‌ কন্যাতোম্বীদা লংশিল্লমই।

মরৌ লৈবা মিংচিনা য়েংল য়েংলগা, নোকৃমি-নোকৃমি ঈশৈ মখা শকথরকই ঙহাক লেপ্লগা—

"তামো হৈজরাক্‌।"

"হুম্‌। য়ানি, শকথখো"—হায়রল্লগা মতোমতা হৈহুনা থকচরি।

হুমিং হুম্নিরোম্‌ হৌগ্রে। থামরম্‌ খুঙ্জিন্‌গী সুরেসকী ঠিকাগী কেম্পাতনি। অয়ুক মম্নি মম্নাবদগী সুরেসকা লৈমিন্নরিবা থবক শুবা মীওইশিং, চাক্‌ থোঙ্গংগ্রে, তু থরা থরা উরকপদদি, চাক্‌ চাথোক্‌-নরগা, তকাদারগা লোইননা চংমিন্নখ্রে। পুং ৭ লোম্‌ তারক্রে, মুংশিনা লাতোন্‌ মচা অমা লারে ওইনা কোন্‌শিল্লগা মখুং ওইনা পায়রগা সুরেসকী কাদা চঙ্‌লকই। সুরেস তুম্নি অতৈ কনা লৈতে, মুংশিনা—

"সাহেব, লৈ পুজরক্লে।"

সুরেস থুম্লক্তে। অমুক্তা মনাক চঙ্‌শিল্লরগা—

"লৈ থমজরম্মে, সাহেব।"

"কনানো, লৈমদি?"

"লম্বীদা থেংনরম্মী, সাহেব।"

"তোম্বদি ?"

"শজোম্ লৌবা চংখিমাল্লে।"

"চা লোল্লমখো, ঐ হৌগংলগে।"

"ইপাং চংথ্রে, সাহেব।"

"চংখিসস্থু, হাজিরা ডবল ঙসিগী।"

স্থুংশি খুমদ্রে। স্তোপ থাগংলি। চা লোন্নবা শেম-শারি

---

'কয়াম লৌথোকসি হায়রিবা হন্দক্ থাগী?'

'তরা হুম্‌দোই, কাকা?'

'করিগীনো তরুক হেল্লিনা মমাঙ্ থাদগী? য়াদবতদা খরচ তৌবা তাবা।'

শাড়ী অমগা, চাদর অমগস্থু লৈগে, কাকা। মমল অরাইবা য়াররোইদ্রা?'

'য়ানি য়ানি। তোয়না শুদোকউ, ইস্ত্রি তক্‌থোকউ। নশা নান্ গদবনি, লুগদবনি, নত্রবদি মীনা উশিংলোই।'

'ইতৈগীহু য়াদৌরব্রা কম্‌দৌরে কাকা? ঙহাক ফম্বীরদি ফদৌবা।'

'য়ারে। লিশিং, অনী পীবা তারি। অতুগীনি চত্তৌরিশি।' ফুরিংখাও জেপ্তগী চেক্যমনা অমা লৌথোক্লগা টেবলদা থম্মি। ওজানা মখা তারকই—

'সহি তৌরম্মো।'

'একাগাড়ীদো, কাকা।'

'উম্, হংলকে। গাড়ী য়াওদ্রদি য়াররনি, নঙ্।'

'বাবাগী লৈত্রদি কমদৌবা কাকা, ঐখোয়দৈ পীদৌরা? ইতৈগীদো?'

'পীরোই। পাই অমা চোইথোবা য়াদে, নঙ্গী ডাক্তর তম্বগী নত্তনা। দাদাদা হায়দোক্ল্‌রব্রা?'

'হায়দোক্কে।'

'কনাম' খঙ্হন্ য়াদে, হায়দোক্ য়াদে। নচেগী পুন্সিনা অমনি, নঙ্গীনা অমনি। মী-ওইদবা য়াদবনি নঙ্দি।"

'যোগ সাধন্ তৌব্রিবহু ওহাক্ লেপ্লগা, পদ্ম আসন্দা ফম্না-ফম্না মথুং ওইনা মরায়বক পায়ব্রি। লুক্থরগা রাথল খল্লি।'

'ঐ য়ৌরুখিগে হায়রম্লগা ওজা দাস চংখ্রে। নেম্না লেপ্পা রা ভাংলক্ষ্মী, ওহাক্ফাও ফমথরমদে।'

মুমিদাং রাইরম্মি। প্রতিভা দ্রোইং রুমদা ফক্ অমদা ফম্লগা যোগ সাধন্ তৌরি। ফুট ৮ লোম্ লাপ্পা চৌকি মথক্তা মমাগী ফোটো থিল্লি। মহুদা সুম্ পুক্লিং চঙ্না য়েংঙি। য়েংনা য়েংনা সুম্ তপ্পা তপ্পা উইশিনখি। উইশিন্দুনা সুম্ ওহাক্ অমুক্ লৈথোকই। থরা লৈরগা তপ্পা-তপ্পা মমিৎ পাংথোরকই অহুগা ফোটোহুদা অমুক য়েংহুনা লৈ। মহুতা হন্না হন্না শানরি। মতমসিদা গম্ভীর লাইরিক অমা পুরগা লাকই। থোঙ্দা মখুৎনা কাক-কাক্ থিল্লগা—

'অমুক্তা চঙ্লকপা য়াগদ্রা?'

প্রতিভা খঙপ্রেক খংঙি। তপ্পা য়েংথোরকই।

গম্ভীরনা —'করিগী খংঙিনো?'

'খংবা তাবনি। ফম্বীয়ু, তামো, কাকাসু লাকখিনি, হন্-মিন্নখি য়ানি।'

টেবলদা লৈরিবা চোক্ মনাহু মুন্না য়েংঙি। একাউন্ট নম্বর খঙ্দোক্লি অহুগা—

'কনাগীনো চোক মনাসিদি?

'ঐগীনি হন্দক্ থাগী শেল লৌথোক্তৌরিবা?"

শেল য়াম্না পায়রি পোৎনিনা।"

উম্' মী খঙহন য়াপোৎ নত্তে, তামো। মোমোন্ হেক্ নোক্কই

মথা অমুক্ তাৱকই—'থা খুদিংগী কাকান্না থৱা থৱা খুম হাপচিনবী মাল্লে।

প্রতিভা হৌগৎলক্রে। সালবার অভৌবা খুজেং ওপ্ নপ্পী অমা শেৎ, মোজা ফুৱিং ওকৃশম্ পান্বী অভৌবা অমা লিং, যোগ সাধনা তৌরম্মী। তপ্পা হৌগৎলল্লপা 'তামো, হৈ মহী ফানথিসি।'

সো কেস মনুংদা গ্লাস্তা চানা থৱা তিংলিবতু উবদা—'চানা নত্রা তিংলিসে।"

"মানি। হৱেং অয়ুক্কী তিংলিনি। সাধনা লোইবগা চানবা' হায়রম্নগা প্রতিভা চত্থে।

টেবল মথক্তা লৈরম্বা ফেমিলি এলবমতু ফাক্তোক্লগা সুম্ য়েংলি। মপূকনিংদা প্রতিভাগী একাউন্টতা চানা লৈবদা মতেং ওইনবা শেন্-ফম্ থৱা হাপচিন্নীংলি। কুইদে প্রতিভা হৈ মহী গ্লাস অনী পুরগা থোরকই। টাউয়েল অমা মরেংবান্দা ইন্বোই লাক্পোই কুপ্-শিল্লকই। হৈ মহী গ্লাসতু অম্নম্ থম্মী।

'ফান্সি, তামো।'

চ্যেক মনা লৌশিল্লি। মহাক্না পায়রকপা কলম্না সহি তৌ-শিল্লগা

'তামোগীদি থাদা কয়া চংঙি।

'হুন্দ্রু। মহোৌশাদি তরা-মঙানা শীন্বা ওক্লম্মী। স্কুল ফী মরী, ধোবীগী অনী, ঈশিং পীবগী অনী, অরেম্বনা মেসকী' ওহাক লকক তৌরগা মথা তারকই।

'যোগ সাধনদি কৱিগী?

'পূক্চেল ফাজিন্বা লাক্শিন্বা ওইনি। ইমাগী কোটোসি, মিং উইশিল্লগা উবা ওয়বনি, ঐগী সাধনসি।'

'মুনি ঋষিশিংনা লাইরক্লেনগী মুংঙাইবা ফংনবা তান্‌বা সাধনানি, মপান্‌ লৈবাক্না ভারতপু কল্লক চরিবনি মতুগী।'

প্রতিভানা মমিং শুক্লোক্লগা য়েংলকই। মতু উবদা গম্ভীরনা 'অফবা, ফজবা, অচুম্বা সংসার উনবনি।'

'লুনা শম্ববীরক্লু তামো। লাওথবা, শাখ্‌বা, সংসাররসিদা লৈবসে কোক্‌ শাই, রাই।'

'পুক্নিংগী পম্ব্‌ংফম্‌সি য়োগদবা লম্বীনি।'

'অঙৈংবা মফম্‌ থিবতনি, লাইগা মরী লৈনদে, তামো। হায়-শুম্নদনা রাখল চোইথোক্তনা আশাগী মঙাল অসি ফাওবতদি চং-নীংঙি।

'উম্‌ ওয়ি। শুজা লাক্লম্বা, কদাই চংখি?'

'কেরানীগী রামোল্লি ইতৈগী। রেলরেদনি, ফংলবদি ইচেম্ থিনথ্‌নি।'

ফরেদা, লৈকাইগী বদনাম্‌ কোক্লনি। শেল চংনি, ঐস্মু মতেং পাংগে।'

প্রতিভা খুল্লক্তে। য়ানীংদবগী মকোক্তমক্‌ ফৈনা হাইরকই। মতমসিদা মচে অঙাং পম্লগা পিন্তুগা লোয়ননা চংলকই অতুগা 'তামো, চা ফাল্লব্রা?'

'ফান্ত্রি, অমুক্না লোন্‌বীরকউ, ইচে। কাকাস্মু লাক্‌খিনি।'

'লেংশিন্‌বীখো, লাই থাউমৈ থান্দোকচখিগে, তামো।'—হায়-রম্লগা মরী মরী চঙ্‌খ্রে।

প্রতিভাগী মশম মনা ইফাফাবা মমিৎ য়ুংনা লৈবা কোতোক্তু থেংনরুই। হেক চঙশিল্লকপা ওখানা প্রতিভাগীনি লান মমুংদা মপামদগী হল্লকপী মচেগা য়ুমসিদা লৈমিন্নে। মতম অতুগী মহাক্কী শক্তম্নি।

প্রতিভা খোয়কই —'গাড়ীদি কাকা ?'

'য়াম্রেদা, পুমতেক তেক্রম্নে। কৈদৌনা পীরুরিনো ?'

'ইচেনা অ-ওপা শাখ্রিবা, শেন্‌ফম্‌ছুদি কাকা।'

'ঐনা হায়ছুনি, দাদাদা নমশিল্লক্লে। স্না টৌলাদা চামকুন্, তরাগী লিশিং অমা চনী পীদা য়ারোইদৌরি।'

'লিশিং অহুমদি, কাকা ?'

'য়াননি। খজিক্কী নত্তেহে অত্নুস্।'

লেণ্টন'গা ধুপকা পুরগা থোরকপা মচেনা—'কাকা! চা ফান-খিসি লোলম্মী।'

'লোন্‌বা, ভাইবা, থক্‌পা। টেক্সী ভাইবগী চার্জনা হেল্লনি, য়ুম-দা থক্‌চরুরগে। গাড়ীদো প্রতিভা অমা য়েংভক্কে, মমল লায়বা সেকেণ্ড হেণ্ড।'

'ইস্রিস্, কাকা।'

'হোই-হোই।'

মথং মুম্মিংনি। কলিকতা সহরমক্কদনি। মুম্মিদাং রাইরম্মি। গম্ভীর, হুম্বরগী মুপী সাইকল অহন্‌বা অমা ইল্লক্লি। পাইতু খাও অচৌবা অমস্ মরেংবান্দা য়াল্লি। হরাগাড়ী মুংশিৎ হান্নবা পম্প পীক্তক্‌পা অমা মমুংদা য়াওরি। হেণ্ডলগা, মভোলগী শরুক থরগা খাউদগী লিংথোরকপস্ উরি। অরুম্বা পোৎশক অমস্ মমুংদা য়াও-রি। ফার্মাসী মমাং চৎনীংদবদগী, মনীংলোমদা কোইনা নাথৈরগা চৎলি। নাকল্লোমদা লাক্লি, ফার্মাসীগী মীওইকা থোরকপ্রা, কোই-রুপ-কোইরুপ য়েংলি।

'কনাই' গাড়ীনো ইবুংঙো'—ভুংলোমদগী ওই ওইননা হায়র-কই। গম্ভীর খঙপ্রেক্ খঙই, হন্না য়েংথোরকই। ওজা দাস ওইরম্মী।

মমায় ভাংশনখি। কৈ কিন্থনা চেল্লকপনি, শওম্ অমুক্ ওক্লরে। হরা-নবস্থ ফাখ্রে। গন্থি লৈত্রন্থনা—

'প্রতিভাগীনি, ওজানা পীরকপনি হায়জরুগে। অমুক্না য়াবীয়ু, ওজা।'

খুম্মক্কে ওজা মোমোন্ নোক্লি। গম্ভীরনা মখা তারকই—'হরা-গাড়ীগী পম্পনি, ইংলিশ মেক্লি ওজা কোন্নায় অমগা?

'মানা হান্বা ভমগত্রনে?'

'ওল্লি। সাইকলগী মচাত্থদি ভলব-টুাব তংকল্লি সিনা কৈ ওজা।'

'পরিক্ষা পাস ভৌখোনে, পোজিসন্ য়াংনা নখোই'নীমক্! মন্থ-নি মরুদি। ফরে, ফরে থিল্লুরো।'

'থংহাও হরাওই। নোম্বরগা—ওজাবু হেক খুরুম্মি।

ওজাস্থ ওক্লগা—'য়োরুরো য়োরুরো।'

গম্ভীর, ইকাইবোই হরাওবোই তোংখৎলগা অঙ্কুম্ থোরগা চৎত্রে।

ওজা মোমোন্ নোক্ই, মিৎলুদা পিরাংস্থ ঈহৌরকই। গম্ভীরবু য়েংত্থনা লৈরি। অমুক্ উথিদ্রে। মপুরুংদা থল্লি—'সুংথিল মৈরা পায়রবকো।'

ভসি অয়ুক ভম্তা হৌগৎলগা মরুপ অঙ্কুম চংমিন্নত্থনা থল্লুবা গাড়ীনি, মপোৎ-মচৈনি। লাইব্রিক্ চপ্পুনা পুনবা কেরিয়ৰ অমস্থ হাপ্পি। ভুমিদাংল্লাইরম ওইরকপা য়ানা ভাইরগা লাক্পনি। মমলস্থ রেলহীদগী থরা হেল্লি।

থরা লৈরগা অহান্বা চহীগী পরিক্ষা লোইরত্থনা প্রতিভা অনী-শুবা চহী কারে। গম্ভীরনা অহোইবা চহী কারে। লাক্লিবা চহীগী পরিক্ষাদি অরুবনি। প্রতিভা অমদি গম্ভীর চাবা মচেৎ তুন্দা-মচেৎ

মমিং-মমাই পাংদবামখৈ, পল্লিকাগীদমক হোৎনরি। অদুবু পঞ্জীরদি প্রতিভাবু নোংমত্তা উহৌদবদা মপূক্লিংদা মুংনাংজরি।

থামুক হৌখে। ওসিদি অথাক-অরাউ য়াওনা নোংনা ফুদিং-ফুনা চুরি। মুমিদাং ওইরক্লে, প্রতিভা মতোত্তা মখোয়গী য়ুম শঙ্-লি।

মচেনা মচামুপী অতোপ্পী পুরহুনা পিনত্তুগা লোঙ্গননা মনেখোয়দা চেখাও শাবা চংখিবদগী হল্লক্লি। প্রকৃতিনা অকিবা শক্তম্ পুথোক্তু-না মপান্দা ফনা লাউখোংজে। মহু প্রতিভা নাচুংবীদে, ফি অরুম্বা অমা ইন্‌শিল্লগা মোজা লোল্লি, রাখল অমগী ঈপাক্তা ভাউহুনা লৈরি। ওহাক লৈরগদি অতোপ্পা রাখল অমা অমুক্ ফেঙ্গিল্লকই, লুপা লি-শিং মঙাগা সনা তোলা তরাপা পীদবগীদমক্, লুপা ময়ুম্না তাঙ্খোর-ক্তুনা, প্রতিভাগী মচে ময়ুমদা হল্লক্তুনা লৈরি। মচা লুপা অরুম্বা, লুপা ময়ুম্না কোলাংহৌরি। মচাহুতগী খনবদা মচেনা মমিত্তা মপি তা-হুনা মতম্ লেল্লি।

নোংমাইজিং ওইহুনমু, প্রতিভাবু পোকপা অহল বেঙ্গল ফার্মা-সিদা হিসাব শুবা চংখি। এলঃ পিঃ স্কুল অমগী ওজা ওইরম্বনি। হৌজিক্তি পেন্সিওন্ থাদা লুপা অনীগা শিকি অহুম্ ফংলি। মহুগী মথক্তা, হেড ক্লার্ক ওইবগী লুপা তরামঙা, হিসাব শুবগী লুপা তরাগা ফংলি। খরচনা য়ুমগী ভারা লুপা ১৫্ নি। মমা লৈখিদ্রে। অঙাং-শিং তং চরা হেলহলন্দনবা বাবা দাস, কন্না নোম্লি কন্না শেল তাল্লি।

অথাক্ অরাও য়াওনা তারিবা নোংগী থোঞ্জেল মরক্তা শেং-ফাত্তনা দ্রোইং-রুমগী থোঙ্ খিন্‌খিবগী থোঞ্জেল অমা তাখি। ওহাক লৈরগা দ্রোইং রুম্নোম্দগী—

'প্রতিভা'—কৌরকই। প্রতিভা খঙপ্রক্

খংঙি।—মশক হেক্ উবদা প্রতিভানা—

'হো'—লাউরকই।

মক্কি মরোল ইচোৎ-চোৎনা পানি কোটনা য়োম্শিন্রা ময়োম অমা য়েপ্লগা চঙ্লকই, অদুগা—

'ঐবো'—ইঙক্ ওক্লা হায়রকই।

'কনানা খোঙ্ হাংদোকই?'

'নোম্বদা মতোন্তা হাংলকই।'

'বদনাম্ পীগে সিরা?'

'ঐবু কিরবা?'

'লৈশাবী মতোন্তা শঙ্বা ইমুংদা চঙ্বদি লাউবা তাবনি, ফাবা তাবনি, দণ্ডি পীবা তাবনি?'

'য়ারে, ঐ হল্লনি।'

'করি য়ারিবা?'

গম্ভীর খুমক্তে। মহাক্না পুরকপা অথাবা লাইরিক অহুমগা, শাংতক তৌবা, পোৎয়োম্ অমগা প্রতিভাগী মনাক্তা পুশিল্লকই। ফমুংদা মগাক্নী মনাক্তা থম্মী। ওই থংবা খুত্তু তিংথোক্ তিংশিন্ শান্নরি। য়েংকী মথুৎনা ওইগী পাম্বোম্ কিং-কিং নাম্লি। হায়রকই—

'শজিং হৌরে, চোক্থরে।'

'করিনা লাকই?'

'খোঙ্না।'

'অম্বুক্ লাপ্পা মাইল মরীসিবো, মোং মরক্তা। হয়েং হাংলগা পুরক্ য়াদ্রা?' লাইরিক তম্মীত্থু কৈদোনবনো।

'ওরাং ভনহোদ্রে, ভাসিন্থ উদ্রে' — ওহাক্ লকক্ তৌই মথা অমুক্ তারকই —

'ওয়ক্রুহনা হেক্তা লাক্লবা।'

প্রতিভা স্বর খজিক্ শাংনা হোন্দোকই। মহাক্কী তামোদা মুল্লা য়েংলি, অহুগা তপ্পা — 'ঈহৌরকপা গঙ্গাগী ঈচেলদা চোংথহুনা বীলমঙ্গলনা, পুম্নবা অশিবা মীগী তাউথরকপা মশা কোন্দূনা, কল্লবা ঈচেল লাল্লকপা লীলগী মমৈ পায়রগা, চেকপল লাল্লকপা, রামীগা উনরবা।'

'চুম্নবনি, নোংমগী উনহৌদ্রবদি হুভাইতে।'

'য়ুম্ পাল্লোইদৌবীনি ঐদি, তামোগী ব্রাখলদো থুনা চুমথোক পীহৌ। উনদ্রগনা করি?'

'থোয়জংদে, থবক অমত্তা পাণ্ডদে, লাইরিক পাবা য়াদে। হৌজিক্তি য়ারে, হল্লগে'

'করিগী হন্দৌরিবা। চা ফান্‌খিসি, ঈংলম্মনি।'

প্রতিভা ফমুংদগী কুমথরল্লগা ইমুংদা চংখে। কেটলী চাম্‌-থোক্‌পা, স্তোভ থাগৎপগী মখোল তাখি। ওহাক্ লৈরগা, খুদৈ অমগা ফৈজোম্ অমগা পুরগা থোরকই। মাগী তামোদা পীশিল্লগা 'তৈথোকপীয়ু, হোংদোকপীয়ু, তামো।'

প্রতিভা ইমুংদা অমুক্ চংখে। গম্ভীরনা মফি মরোল হোংদো-ক্লি, মশা তৈথোক্লি। অমুক্ মোরা অমা পুত্থনা থোরল্লগা প্রতিভা না —'ঐবু করিনি খন্দুনা অহুক্ উনীংলিবা?'— হায়রল্লগা মোরাহু থাব্রি।

'করিমত্তা খন্দে, উহৌদবা ওমদে'—মোরাহু চিংশিল্লগা ফম্লি।

'কান্নদবা ব্রাখলনি'—হায়রল্লগা প্রতিভা অমুক্ চংখ্রে।

চা শেম্বগী, চামসনা ওৎপগী, হৈথবগী মখোল তাখি। কুইদে,

চা গ্লাস অনীগী পুরক্লা থোরকই। প্রতিভানা থোরকপদা পম্ভৈরনা

'ঙসিগী অহিংসি, কাউবা ঙম্নরোই।'

'করিগী'—হায়রগা চা লান্‌শিল্লকই।

'মরম্ লৈতনা নঙনা ঐবু কিথি'—চা লৌরগা পায়রি।

প্রতিভা ফমুংদা অমুক্ কাখৎপ্রে, হান্নগুম্ অমুক্ ফম্‌থখে। ফি ইনুশিন্নুনা মশা পুম্বা ওম্‌শিল্লগা. চা-গ্লাস পায়খত্তুনা খজিক্ থক্লি। অতুগা তপ্পা—'সংসারসি মরুভূমিনি। মুম্বাল্লবা মুপা মুপীনা হিংনবা, শারবা লৈঙোই-থক্তা খাঙ্‌লি। ঐদি মহুদা খোঙ্ থাংজিন্নরোই, পাঙথোক্লীংলিবা থবক্‌শিং শিদমু অপন্‌বা পীনীংদ্রে।'

'অরায়বা নত্তে, মুঙাইবসু ওইরোই লম্বীদু। মুঙ্গায়, লৈতঙ্গায়, শায় তিংথংনা লাং থাক্লিবা লম্বীনি। নতোমতা চৎহন্নীংদে, ঐনা শেম্ননীংঙি, নতুং ইন্নীংঙি। মসিভদি য়াবীয়ু নঙনা।'

লুনা খম্ভবীরুমু তামো। অউন পোৎ পীনিঙাই লৈতবদগী লৈশাবী কয়া ময়ুম পান্দনা মপুন্সি লোমখি। বাল-বিধবা কয়াসুনি। মচা মরাগী, মনেম মকুগী, ইমুংগী কৈরোই লৈকাইগী করিমত্তা খন্নীংঙাই রানীংঙাই লৈতে। ইমুং মুংঙাইনা মপুন্সি লেনখি। ঐখোয় ইচেনা হৌজিক রারিসি য়েংবীমুদনা।

'মহু য়াদে। নঙবু মুংশিনা, লুমা তৌবীগদবা, সেবা তৌবীগদবা মী দরকারনি।'

'অমনা, তামো, অঙাংশিংসে সমস্যা অমমম্‌নি। ইচেপা ঐগা লৈরম্বদগী বাবানা কোক্ কম্না য়াম্না শারিবা।'

'হৌনবীনি, চৎনবীনি, নিয়ম্নি। মরীংনা শাবা শংবাই বাম্মা হাংবা হৌনদে। লাই ............... সোরী। প্রকৃতিনা মুপা মুপী নাম্মা তানা শেম্লোই।'

'মচুনি ঐনা শীংনদৌরিবা। পুন্সিগী মহাওসি করিনো অমুক্তা ছায়বীয়ু।'

'মোটোর ওর্নস অমদি ড্রাইভরশিং অসি পুন্না চান্নবা হিংমি-ন্নগে, মীযান্নবা চাউখংমিন্নগে হায়রবদি কোঃ ওপরেসন্তনা মতুংগী অম-ত্তা ওয়বা ইন্সট্রুমেন্টনি।'

'বেঙ্গল ট্রান্সপোর্ট সোসাইটিদা তোয়না চংশীরিদি অতুংগীরা?'

'উম্। অমনা, মৈতৈ পোক্‌পা পম্থোগা শক্-খঙ্‌নহৌদ্রবা মপারী মমোমশিংসি, শোয়দনা শক্‌খঙ্‌নরকখিনি। মতুংগীদমক্ ঐ হিংলি-খনি, নোম্লিবনি, লাইরিক তম্লিবনি।'

'থবক ওইনা উরকপা মতমদা মহাও লাক্তনি। করে, তামো, লনাই ওইবা য়া অমত্তা হায়জগে। তামোনা গোল্ড মেডল ফংলক্ল-বা, তামোগী মতেং শোয়দনা পাংজগনি। থার্ড ইয়ারদা মেডিসিন্দা ফংখিবা মার্কতু, ফেকল্টীগী অরোইবা পরিক্ষাদমু অমুক্তা ফংনবা হোৎ-নবীখো।'

'লাইরিক্লা নত্ত্ ওইরম্লবদি।

নোং-মুংশিং লেপখ্রে। ড্রোইং রুম্নোমদগী প্রতিভাগী মচেনা 'করীগীনো প্রতিভা, থোঙ্ হাংদোক্লিসে।'

'তামোনা লাইরিক থিল্লক্লিবা।

'থোঙ্‌লোঞ্জে চাক্‌শঙ্‌দা লৈবনে'—হায়বগা লোয়ননা মচেমু ফমুং কারোমদা চঙ্‌লকই। গম্ভীরবু উবদা

'তামো লেওলক্লি, চা ফাল্লব্রা?'

'উম্' গম্ভীরনা খুম্লকই।

'করিনো? তামো, ওসিগী নোংসিদি শুপলেপ-হেক্ক লেপ্লে। ব্রজমু ভাই।'

মচেগী শারি পিন্তুগী ক্রোক্ মখা থৎবা শরক মখৈ ইচোৎ চোৎলি। কুইদে অঙাং খুম্নগা মচে অমুক্ খোরকই —'শাওজবদি নচ্চদে, তামো, লৈকাইনা ঙাংনবীরবনি, বদনাম্ তৌবীরবনি।'

'ঙাংবজসনু, সমাজগী মীনোক্তুনি ঐনা শীংনদৌরিবা। তিন্ শিংচিন্দৌরিবা।'

'হেক য়াপোৎ নত্তে। নঙ্গী নথৌ নত্তেসে।'

'করি নত্তনি। ঐনা ঐনা চৎনীংবা লম্বীদা চৎচবনি। লৈকাই' করি মথৌ লৈ?'

'য়াদেয়ে, য়াদেয়ে' খুম্নগা মচে অমুক্ চঙ্খ্রে।

স্বর তপ্পা হোম্বরগা, গম্ভীর মরু লুক্থহনা রাখল থনখি।

থা অখায়মুক্ হোৎখ্রে। হুমিদাংনি। অপোকপা মপা হল্লক্ত্রি, মচেনা চাকশঙ্দা চাক্ থোংলি। প্রতিভানা ফমুংদা হীপ্পা-হীপ্পা মখোয়গী মেডিকেল স্কুলগী হন্দক্তা ফোংবা মেগাজীন অমা সুম্ পারি। "লায়-নাগী নিংথৌ মায়থিরে" ইংরেজীদা ইবা গম্ভীরগী আর্টিকলনি। চাউরাকপা মরোলদি—'মৈহৌরোলদগী লৈরক্লবা লায়না পুম্নমক্কী নিং-থৌ টিঃবীঃ মতম কুইনা মায়থিবা পীবা ঙমদহনা লৈরক্লবনি। অনাবা মীহু তোঙানবা কা অমদা থম্বা, মুংশিং মুংশা ফজনা চদুবা, ফংবা ঙম্বা মফমদা লৈহন্‌বা নীংথিনা পোথাবা, অফবা মচি ওইবা চিঞ্জাক পীজবা অসিতনা লায়েংবগী উপাই ওইরম্মী। শোক ১৯৪১ ইংদা পেরা-এসাইনো সেলি সাইলীক্ এসীড পুথোরকপনা অনাবা অসিগী লায়েংবদা খরা হেন্না ফবা উপাই ওইখি। হন্দক্ ষ্টেপ্টো মাইসীন পুথোরকপদগীদি ফহনবা ঙম্বা লায়েংবগী উপাই ওইরে। মতম কুইনা চহী অনী চঙনা মহাক্না থিজিল হুমজিল্লকপা, পাক্না চাউনা হায়রক-পদা থেংনরকপা ঈ-পাও পুম্নমক মরীক চম্না মহাকী আর্টিকল অসিদা নৈনরি।

অফাও-অফাওবা ডাক্তরশিংনা মথা থিজিন্ হুমজিনবগী অমদি হেন্না অফবা হীদাক্ পুথোরকপা য়াবগী থাজবসু উৎলি। .........

মহাক্না কুপ্না থিজিল হুম্জিন্নবা অমদি পাক্না চাউনা পান্নবা অতুগীদমক্ মহাক্কী ওজাশিংনা মহাকপু থাগৎনৈ। ওসিদি প্রতিভাসু ব্যবহার উত্তবা ওমত্রি।

নোংমা মহাক্না গম্ভীরগী মথাজাইদা খুবাক্না থাখিবদা মহাক্না—

'খঙহৌদনা হৌরকপা থম্মোইগী ইহৌদুদা পীগদবা মরাললি। নঙগী রাহৈ খুদিংমক্না ঐগী থম্মোই শুম্মৎখি। খঙহৌদনা অকন্-বা ঈহৌ অমা হৌরকখি।'— কাল পাত্র চানা খুন্নকখিবা পাউখুন্নি। মহু নীংশিংলুরগা প্রতিভা মতোমতা মোমোন্ মোমোন্ নোক্চন্নি।

মথংদা শৈরেংগী শরুক অমুক্ পান্নি। ছাত্র-ছাত্রীশিংনা মানা মানা ইনীংবা পংইতা ইনরগা ফোংবা শৈরেং ওাক্নি। মুংশি-মুঙোলগী মরীদা ইনবা ওাক্না ওইনা তৌই। গম্ভীরগী শৈরেং অমা থেংনৈ বাঙ্গালীদা ইবনি। মনিপুরী অনুবাদতি।

বীরবানী (থৌনা ফবী)

'নঙগী অশেংবা শক্তম্ খঙলকপদগী
থৌনাফবী, কিদবী রাঙাং কয়ানা, মতৌনা
পুন্ফা ফাজিন্ত্রে ঐগী থম্মোই
ওম্খিদ্রে নীংতম্বা খুদক্তুদগী।

বুদ্ধিমানী। (রাখল চাউবী।)

নঙনা শাৎখিবনা পামেল থক্তা রাংনা, তান্না
থোক্খিবনা অহাংবা অতিয়াদা থাপ্না
ফংঙন্নরোই থীক্লেম্বা কনানা নঙবু লাম্বা।

দ্রৌপদী।

দুঃশাসনগী ঈনা শম্নাং থোকখিবী

মঙ্দি ক্ষংথি অকন্বা ব্রতগী মহৈ

অতুব্ কায়থ্রে ঐগী ব্রতদি অহান্বা খুৎমাবমক্তদা।

কায়নবা !

ও! কায়নবা তারবা?

পুন্সিসিদা হন্দক্ মপোক্কী কায়নরদৌবা?

লৈঙমদে, খাঙ্ঙম্দে, পুঙম্ক্রে ঐগী থম্মোই

ইতোম্তা খাঙ্জবা তারবা কনা উবীন লৈতনা।

বিধি!

বিদ্ধাতা হে নোংদম্বা!

করিগী তম্বীরম্লিবা তৈননা ঐগী লাইবক্তা

হন্দকী মপোক্তা।

ও: ওর্ফিয়স!

ও: জুলিয়স! হে: শি থাদোই

থাদোই কোলোই শোন্বদা খৌগংলবী চেক্লাচা।

ঐঙোন্দসু তম্বীরম্মু মন্ত্রদো, কায়ন মৈচাক খাঙ্বগী

হে রাধে! হে কলঙ্কিনী!

করম্না খাঙ্লসিগেনে, পুঙম্দ্রেনে থম্মোই।

হায়নরুবা লৈতনা প্রতিভাগী মিংলু অনীদা পিরাং মথম্তা শিন্নরক্লি।

ইকাই ইকি কয়া তুংওইনা, হৌনবা হৌনদবগী চোই-চাং ওন্‌বা পুন্নমকন্থু থাদোক্লম্‌, তঙাইফদবনা হেঞ্জিল্লকপদগী ঐচঃ সিঃ দাস, গম্ভীরদগী শেল ময়েক ওইনা লিশিং অহুম পুরে। অরাৎপা খরনা মহাক্না মেনখৎচা, শান্তোসপু থবক্‌ তৌহনখ্রে। প্রতিভাগী মচেন্থু মুপা ময়ুমদা থিনখ্রে। মতম ফনা কুইরবগী মতুংদা (চহী অহুম্লোম) ঐচঃ সিঃ দাস হন্দক্তা স্বর খজিক হোন্দোক্‌চরি।

অয়ুক ঙন্তানি, গ্রাণ্ড হোটেলদনি। মঙ্গাক্‌ ইবুঙো, শেলুংবা হন্দক্তা কলিকতাদা গম্ভীরগী ফিবম য়েংবা লাক্লি। হোটেল অসিগী মহাকী কাদা কাংচুপ থক্তুনা লময়ায়দা ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎলি, ব্রাখল অমা খল্লি। জেলীমেন্‌গী ইয়োং শঙদা শাবা লশিংগী মহুপ্‌ কুপ্পা লশিং ফিনা তুবা নাইট-গাউন্‌ অমা ইচোন্‌ চোন্না লিংশিল্লি। মনা মচুগী ফ্রেম্‌গী আনোক্‌ অমা উপ্‌ য়ান্না লেম্মী চুং ফিরান্‌ চানা ব্রাংডি। মতমসিদা মুরজিংকা মনিবাবুগা লাকই। মুরজিংনা—

'নমস্তে পাবুং, অমুক্তা চঙজরকপা য়াগদ্রা' মখুং অনীত্থু লোন্নরগা থোঙ্‌জিন্‌ মপান্দা লেপ্পী।

'ইবুঙো অনীবু ঙাইরম্মীনি, চঙকউ'—মপাবুংনা য়েংথোরকপদা মনিবাবুস্থু মখুং হেক্‌ লোম্নৈ। নহা অনীনা চঙ্‌লকপদা, লৈরিবা সোফা অশাংবত্থুদা মপাবুংনা মখুংনা থিল্লি। মহুদা নহা অনীস্থু ফম্‌থৈ। মপাবুংনা কাংচুপ মচীঙ্গা চিংলগা, মৈথু কামথোরকপগা লোয়ননা—

"ইবুঙোখোয়গী মরুপকা প্রতিভাগগী মরীসিবু, কমদোবা?" হায়রম্লগা মী অমত্তা ফম্নবা থারিবা সোফা অহুদা ফমথৈ।

"অনীমক্ নোংমগী অমুক্ উনহৌদবা ওয়দবা অমা উজৈ, পাবুং' সুরজিৎনা খুম্লকই।

'তৌবস্ পাবুং, প্রতিভানা লায়কয়জরকপা ওইরমাল্লে' মনিবাবুস্ মচেং পায়শিল্লকই।

ওহাক্ খল্লগা মপাবুন্নো — 'ফরে, ভাব তারে। চা থকখি-ন্সিকো।'

সুরজিৎনা খুদাং ঘড়িদা, য়েংলগা — 'সুমিদাংরাইরম্ পাবুং। কলেজ কাজদৌনি।'

তাবোই, তাদবোই—'নখোয় মরুপকীসে, হয়েং মচা-মগু হাক্তক্লা, থাজা য়োঙ্গবদা শিংনি। ওহ্ণোরা জনজাল ওইনিসে'—ওহাক লকক্ কাংচুপকী মৈথু অমুক্ কাম্থোক্লগা —'ইবুঙো অনীমক্ শোয়দনদি লাক্খোকো। ডাক্তর মুখর্জি চাক্ কৌদৌ লৈ, ইবুঙোখোয়না শিন্দোবা সিদা সুম্। ইবুঙোখোয় মরুপকীদি ওজানিদনা। অত্থুগীনি।'

ফনি পাবুং, য়োংচাক ইরোম্বা মথেল অমগা হরাইচার চংগেম-গস্ পাবুং।

ফংগদ্রনে শিংদবে?

মনিপুর লোডজদগী পুজরকে পাবুং।

হোই-হোই ইবুঙোখোয়না অপাম্বদা তৌবীয়ু। থরদি ওনবা তাই, থাপ্না হন্দো য়াওনরি।

মথং সুমিংকী সুমিদাংরাইরম্মি। হোটেলসিমক্তদা মী ৮ চানবা জগা অমা শেম্মি। পাথং অত্থুম্না মনিপুর লোডজদা চৎশি।

ওজা দাসনা থ্বাইদগী ইহান হান্না থরা ওন্না লাকই। চৌকী অমমম্দা ফমিন্নরগা মন্ধাক ইবুঙোগা রারী শারি। ওজাদা শিন্নরম্বা শেনফমগী হিসাব মন্ধাক ইবুঙোদা পীশিল্লকই। মন্ধাক ইবুঙোনা —অত্থুম পায়শিনবীয়ু।

ঝেলোলসি অমুক্তা, তাইবুঙো—লানশিল্লকই।

হুম ! মাগী ঝেঙ্ক একাউণ্ট নৈরদি মতুংদা হাপচিনবীয়ু

পূমণশম শেঙ্গীবা হায়রন্থ থোক্লেলো তাইবুঙো। ঐনস্থ শেঙ্গীবা য়াবনি।

ইবুঙোগীদি ফেমিলি চাউমাল্লেনে ?

অহোই, খরা ঙ্গাই তাইবুঙো। ইচল অমী লুপ্পোংগ্রে।

মোটোর এসোসিয়েসনস্থ ইবুঙোগী লায়েংমবা লিশিং অহুম পাংলকপনি। কুইরে ঐনা পায়শিন্নুমা থম্লিবা। অনীমা গম্ভীরগী একাউণ্টতা হাপচিল্লমগে। অমনা ইবেম্মগী খুত্তা শিন্নরম্লি।

য়ারনি তাইবুঙো য়াম্মনগ্রে।

ইবুঙো গম্ভীরগী থরাই কনবি'গী মমলবু মপান নাইত্রনে। ইবেম্মগী লমন্দি য়াম্না তোনশিল্লবনি। কবিনা শিংদনো খল্লিনি।

খনবাকন্থ। তৌফম থোকপনি তাইবুঙো।

মতমসিদা ডাক্তর মুখর্জিনা—'অমুক্ত' চঙজবক্কে তাইবুঙো, নমস্কার'—মথুং লোন্নবগা হেক্ চংশিল্লকই। মতুংদা প্রতিভা অমদি ঐচঃ সিঃ দাস ইরকই। ঐচঃ সিঃ দাস উবদা মক্কাক্ ইবুঙোনা—

'নমস্কার দাদা'—খুং তেক্ লোন্নৈ।

'নমস্কার'—ঐচঃ সিঃ দাসনস্থ মথুং লোন্নবগা খুম্মি।

'উপায় নৈতে, ডাইনীং টেবললোমদা হেক্তা লেংশিল্লসি'—মক্কাক্ ইবুঙোনা হায়রকই। ময়ামস্থ ডাইনীং টেবলগী অকোয়বদা চৌকীদা ফম্থনৈ।

মক্কাক্ ইবুঙোগী য়েৎলোমদা প্রতিভা ফম্লি, হেক্ মথংদা ঐচঃ সিঃ দাস ফম্মি। ওইবোমদনা ডাঃ মুখর্জিগা ওজা দাসকা ফম্লি। পাখং অহুম্না মৈতৈ ইনশাং লোবা চংথ্রি। ঐচঃ সিঃ দাসনা—

'একাগাড়ীসিনা কন্নানা য়োল্লৌ ওইরবনো মন্নাক্ ইবুঙো।'

'মশেল হুপাবু য়োলহন্নগে দাদা, ইবুঙো গম্ভীরগী হুকান্দা। মমাম্নবা পুন্নমক লান্ পুয়োই লোইবা ফাওবা শেল তাম্রে, মাদি মরক্তা তোকথোকপ্রে, অতুগীনি।'

'লম্বী থোংবু কম্দোগে তাইবুঙো'—ডাক্তরনা হংলকই।

'ম্যেন রোড মথৈদি য়াম্না ফরে, কোয়লাস থারে।'

'সাইকল মশীংদি ?'

'লান্ মমাঙ্দা ৩২৫২ লৈরম্মী, চহী অহুমসিদা ১০,২৯৩ শুরে। ইম্ফালগী মীশিংসি ১,১০, ৯৪৭ নি, খুঙ্গগা পুল্লগা ৩,৩৭,৫৫৫ নি।'

'খাজনা হায়রা চহীদা লুপা অনী মখায়তনি, লিশিং কুন্ অমা কুম্হ্রা অমদি শিংকদবা মাল্লি, তাইবুঙো'—ওজা দাসনা পাংশিল্লকই।

'লৈবা ওস্নগী শক্তি য়াম্না হেঙ্গৎলবনি, ইম্ফালসু লন্নাইসু, নিফু-য়াখৈ পারি, ঐদি।'

'ইবুঙো গম্ভীরগী শেল য়াম্না চাইহৌরি হায়বনিমা, চিঠিহ্ ফং-বীরিনি, তাইবুঙো।'

ফংঙে। কুম্হ্রাগা নিফুগনা অচৌবনি। অতৈদি তারা, তারাগী মখা ডাক্তি। খরনা ঐনা লৌশিল্লে। হৌজিকসি ইবুঙো দাস অচা-বা শেল য়াম্না চা-চাহুনা লৈরে। শোয়ারু অচৌবহ্ ৩/৪ দং থুম্বা দরকাররনি।

'ঠিকাসু তৌবীরি, সীনেমাসু চলাইবীরি, সোয়ারু অচৌবা মক্তনি'—ওজা দাসনা নোক্মি-নোক্মি পাংশিল্লকই।

'ইবুঙো গম্ভীরগীবুনিদা, ইবুঙো দাস। অপোকপা অহলনা কার-বারগী চক্রী পায়রি মনিপুরগী।'

'গম্ভীরসি তাইবুঙো লান্ মমুংদা য়াম্না তালহৌমাল্লে'—ডাক্তর বাবুনা হংলকই।

'শেম্মাং অঙনবা তাবনি, মচং-মথে খুলহৌই। এশ্রে সিবু কয়াকা শীনরিগে, ডাক্তর বাবু?'

'ঐখোয়গী তরানিথোই তাবা অমা চেঙথি, তরামতাকা পীরদি য়াম্না ফরে, তাইবুঙো।'

ভৈরোবদান্ বাবুনা লুপা ৮৫০০ শীবা অমা কংশী য়াম্না কান্নখ্রে। কোম্নদে, ইবুঙো গম্ভীরগী অমা লৈজগে, এক্রেস লৌজখিগেকো।'

ঐনা কাউওমদবদি তাইবুঙো, লৈঙাং পাংকী চেং উই উই লাউনা মনম নুংশিবত্নগা, রাইথৌ শরেং থোংবগা নপ নপ লাউনা তোংলগা চাবদো, খুবী হেক্তা মচীক্লে — মোমোন নোক্লগা ঙক্তা দাসনা হায়রকই।

খরা খজিক হৌরপ নোক্লগা মক্সাক ইবুঙোনা— ইবুঙো দাসনা হায়রিবসে, চুম্নবনি ডাক্তর বাবু। রাইথৌ পাংকী ভাতোন খোয়থুম্নরিবনি, ঙক্সাইগা য়েল্লাংগা থোংবা লৈ চীক্লিবনি।

ঙা অতৈস্মু য়াম্না লৈরিমাল্লেদা?

লৈ-পেংবা, খাবক, ঙাতিন, ঙাহৌ, খরাক কয়ানি। মাগী মাগী মহাও অমমম্ লৈরিবনি।

মক্সাক ইবুঙোনা করি ঙানা হৈনবীরিবা?

ঙাক্রাগা, উকাবীগা দাদা। ডাক্তরনা খরা তোয়না চানবা হায়ধননি। ডাক্তর বাবু-ঙাক্রা থোংবদা, চিরাং আলুসে মতোমতা নীংথায়রী নীংথায়রী তৌনা মুল্লি। ইনশাং মহী নঙহল্লী, কবি খমচেৎ মানবী, মৈতৈ খামেন অশিনবা মচা অমুনবা, হৱাই খরাক মতু পোন পোন লাউবত্নগা, খোখরিবা চাক্তা মহী হৈরগা তোংলবা, খুৎসু চাকসু হাইফেৎ নাপু মচু মাল্লকপত্ন চাবসিনি। ঐনা হৈনজরিসি

মায়া। খরুংপোৎকী খুত্তুগমুক চাউবা ডাক্রা, খুবাকমুক পাকপা উকাবী থওইনা শীংবনি, য়োক্তুনা থম্মী।

লৈতাং পাৎকী চেংদা ইনশাং মশক খায়দে। মহৌশাগি শিকি শিকি অনাদা পীরম্মী হৌজিক্তি ঙাসি তাঙলমাল্লে তাইবুঙো—ওজা দাসনা হায়রকই।

হোংলক্লনি। ঙা ফাবদগী ঠিকাগী থবক শুরনা হেন্না কান্নখি অত্তুননি। ঠিকাদার বোরাজাওবা গম্ভীরগী লিশিং নিফু তোল্লিদো মহাক্কি হন্দক্তা মহাক্না পুমলেনপাক্ত্ লুপা ৩,০৫০ দা ওকহৌরে। লান মমাঙদা লুপা ৯০১ দাকা ওক্করম্মী। ঐগী দরকার লৈবা ঙা মখৈ মানা পীরক্লনি।

এম: ডি: ফাওবদংদি তমহনবীয়ুকো তাইবুঙো। অফবা ছাত্রনি লমখাঙদা ভোকহনবা পামুই—মুখর্জিনা হায়রকই।

তমহনীংঙি অত্তুবু লাইনা করি তম্মীদনো?

লাই—প্রতিভানা থংলকই।

তাইবুঙো—ডাক্তরস্তু মখা তারকই। মস্মাক ইবুঙোনা থুং ওই থাঙ্গৎলগা ডাক্তরবু খাল্লগা প্রতিভাদা ওনশিল্লহনা—

করিনিনা ইবেম্মা, হায়বীসি—মচাদা মচাদোনা মুংশিনা হায়রকই।

মরু লুকথরগা প্রতিভানা—য়ারে, পাবুং।

কলেজ লিংবীনি হায়ত্তুবু তাইবুঙো—ডাক্তরনা মখা লৌথরকই।

লিংজরে। ঐনা গোভর্নীং বোডীগী প্রসিডেন্টনি। সরকারদা লাম্ভোকচরি। ওজা থিবা ওইনস্তুনি, ঐনা লাকচরিসি।

ফৈনে তাইবুঙো পেন্সিনস্তু ফংনি।

ইবুঙো দাসনা ইংরেজি লৌবীবা তাবা। অহৌবা ওইনদি বী:এ: ওনর্স ফার্ষ্ট ক্লাস অমনা তস্বীহৌরি। হেক য়ারিখোই থুনা জোইন

তৌবীয়ুকো ইবুঙো।

ফনি তাইবুঙো।

দাদা দাসনা তৌবীদৌসি অশংবা একাগাড়ীনা নমনা থাবীরকউ। হুম্বর, রেলহী, অশংবা পাম্বগী অকনবা ঈহৌ অমা লৈহৌরি।

পতুগী কাংচেৎ মচুগী গলাবগুনি, মচু অতুমকী খোঙ্গ্রাওনি। মক্সাক ইবুঙোগী অঙৌবা কুচুহুদা য়াম্না জুং চানা পকচরি। পিশুম শোংতক তৌই। অরুবা, অশিংবা, য়াম্না উগদবা, মীগী পুক্লিং খঙগনবা মীওই মাল্লি। স্না মচুগী ফ্রেমগী আনোক অমা উপই। য়াম্না পকচৈ। মগুণ লৈবা, মমল য়াম্বা অচৌ অশাং মাল্লি। ফুরিৎখাও জেপ্তা পোকেট ৱাটচ অমা হাপ্লি, স্নাগী মরীনি, বোম্ তাদ্রিউ কৈশামপাগ্গা তোলা অনী চঙ্না শাহনবনি। চাউ শাংডি, য়েংবদা লেম্মী। কোন্নুংগা মরী থোক্লৈ হায়বা থাজে।

থা-অনীরোম্ হৌখ্রে, ডাঃ মুখর্জিগী ওফিসকী কানি। গম্ভীরগা ডাক্তরগা ৱারী শারি। ডাক্তরনা—'ইনাও নুপাদগী চিঠী অমা ফংডি, দার্জলিংগী চা-বাগান্দগীনি। বগান্ সাহেবতু কার য়োম্থোক্রমগদৌরি, চৎখ্রনি হায়রি।'

'করি কারনিনা, ওজা''

'বেড-ফোর্ডনি, চেন্নরিবনি, ফিবম্ করি হায়রকই। মমলনা লিশিং অহুম্লোম্ পায়বীরকউ হায়রি। ইবুঙো পাম্বা?'

'পাম্মী ওজা, মনিপুরদা য়াম্না পাম্নহৌই। মতুতা হায়নহৌই।'

'ওইজবা হায়বসিদি মী খুদিংমক্ পাম্বনিনে গম্ভীর। মনিপুরতদা নত্রেমে। ফরে। হয়েংসি থাংজনি, হাফ ছুটিনি। ছুটি হেক থাবগা চৎখ্রবা। নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা ছুটি লৌরম্মবা য়ুমশকৈশা নুমিংকী অয়ুক ওস্তা থুংলরবা, কাবা নংলেদনা।'

,'ফরে, ওজা, ঐ শীঙ্গরগে। খোঙ্বুদি ওজা?'

'দাসকা ঐগা। গম্ভীর, টাইগরস হীলসগী কজবা উত্রিবা মী-হুদি, হন্দকী মাগী মীওইপোক, অরেম্বনি। চৎলো, শেলনি মরুদি, খোরাং তোৌরুয়ো।'

খুম্ভিং অসিগী খুম্বিদাংরাইরম্মি। প্রেসকী প্রুভ শাফম্ কা মচা অমদা গম্ভীরগা, সুরজিংকা রারী শানরি। মতমসিদা মনি-বাবুসু কৎ চঞ্চলকই। থোঙজিন্ হেক্ কান্শিল্লকপদা ঈশৈ অমা মখুৎনা বাল খিঙবা শারহুনা হুকচাং খজিক্ পাকথরগা শোম্বাংননা শরু-কই। মতমসিদা প্রতিভাসু থুংলে, ইকাইখিনি খনবদগী থোংজিন্ময়াদা অহুম্ নপ্ শিল্লগা তাহুনা লৈরে। মনিনা শকথরকই—

সিনেমা শিরে,
তোকীজ তোক্রে,
কানীয়া কায়রে।

........................

........................

নোক্লীংলুরমাল্লে গম্ভীরনা মোমোন্ নোক্লগা—'কদাইদৈ ঈশৈনো, বাবু?'

মপান্দা প্রতিভা মোমোন্ মোমোন্ নোক্লি। মন্নুংদনা মনি বাবুনা খুম্মকই —'সুমাঙ্ লীলাগী ঈশৈনি। ইম্ফালদা সুমাঙ্ লীলা কন্না তৌনহৌরি।

'ঐসু অমত্তা'—হায়রগা সুরজিৎনা লীরকই—

'ঐখোয়' জাবৃবন্দসু খোংজোম্ পর্ব্ব কন্না শরুহৌরি, থাঙ্গগী ওজানি, মনিপুরদা মমিং কাওবনি হায়নৈ।'

'উম্, করি মতাংনিনা বাবু'—গম্ভীরনা হংলকই।

'মজা ইবেম্মা থোইবীনা অচানবী মনাই শেহুগা, মৌপা, খম্বগা

লোক্তাক্ ঈপাক্ মপান্দা ঈন্ চিংমিন্নবতৃগী মতাংনি।'

'খম্নৃগী মোপ্ৰানি, য়াই তকথবীয়্ ওজা'—মনিবাবুনা পাংশি-ল্লকই।

মীগী প্রেসনি সুরজিৎসু খোল নেম্নপনা—'ইপ্ৰাগী মোংবা য়ুমগা তম্নসে, কেগে মোইরাং লৈবাক্তা, খোয়দাবা নিঙোল লৈব্রা, ইচেম্ হায়রুগে, য়াব্রা শেংঙ্দো। ব্রাজরবী লাইরবী, ইতাগী মতেং পাংহ-নসি'—সিনি।

পাখং মানা ইঁপৌ পৌবা তুম্বক্ ওইবা ব্রাহৈনা 'লৈজৈ য়াহ-ন্বীবা ঙম্গদ্রা?'

'ইপন্না মোইরাং নিংথৌনি, পম্ভৌনা মোইরাং যুবরাজনি

ইপ্ৰাই নুপী হায়রু'দা, য়ারোইদৌ নুপা-নুপীদি,

কেগে মোইরাং লৈবাক্তুদি, তাংজা মরু হুন্দেনা।'

অঙাং নোংম্নাই শাজৌবা, মানা মথা তারকই—

য়াহন্বীনি হান্না, শরি পন্দোল লোম্বী-খোও।'

'শরিসো, চীংঙ্ থাংজিংনা পম্লেম্মবা ওইসন্নু—।'

থাদোই মানা খুমদোরক্লে। শরি মাবু শোন্থ্রে।

মীয়াম্ মমাঙ্দা হায়বা ইকাইজৈ, হায়দোরকপদগী, মজা ইবেম্ম-না, অচান্বী সেন্নুগী পুম্ন্ম্ তাবী পাম্বোম্দা খুচপ্পীনা কন্না চপ্পগা অমুক্তং লৈববু—নাই হায়বসু য়াদা শেন্নুনা শুগৎতুনা খাঙ্বদি। ওজানা অমুক্তং ময়ামদা ওন্শিল্লগা শুগৎলকপু 'ওক্সা নোক্পা মান্থ্রে, শেন্নুসু মাল্লম তাই' ব্রাতাহ্নদা মরুপ অনীসু থীক্-থীক্, থীক্, থীক্ নোক্লি।

মজা ইবেম্মদা পেহৌ-পেহৌ য়েংলগা মনাই শেন্নুনা

'ইতা খম্নৃগী ঙাকাবা পাংজরুগে'—হায়রম্নগা শেন্নু চৎথ্রে।

'মুঙাইরি ওজা য়ামৈ চাক্থবীরকউ'—মনিবাবুনা অমুকস্থু পাং-শিল্লকই।

ঈশিংদা মমি তারিবা, থম্বাল মান্বী মায়থোঙ্দা, পাখংনা খুংনা থিল্লগা —'অসিনি য়াহনবীদা য়াদেকো'—পাখংনা তুম্বক্ নম্লক্লে।

'হাইমা'—হায়রম্লগা থম্বাল মান্বী মায়থোঙ্গী শক্তি-মিত্তা ঙম-জবী মুংশিরবী মিৎচিনা, পাখং থম্মোই থুগায়রম্ ইকাইনা মরু লুক-থজখি।

খোঙ্হোক্ কয়া পুবা ভম্বা ওজানি, মমিৎ-ও মনা-ও মঙক্—ও, পাখং ফুরুপ ফম্লিবা অদোমদা মিৎচিগী তেন্ মথং-মথং কাপশিল্লি। ওজানা ধোলক্ য়ৈবা শংদ্রিডৈ পাখং অমনা চীনবুংগী ধোলক্ য়ৈশি-ল্লকপু।

'করম্ হায়না ওজা—'— মনিনা হংজিল্লকই।

'থাঙ্গৎলগা ধোং'—চীনবুংনি মরুপ অনীহু থীক্ থীক্ হেক্ নোকই।

খাঙ্বা ঙম্লক্রবোই থোঙ্জিন্দা নপ্লিবী নুরাদো, রুমালনা মচীন্ খুম্লগা মাইথোঙনদি লৈদা লুক্থা থীক্-থীক্, থীক্-থীক্ মখোল থোক্লা নোক্লক্লে।

তফিং তফিং চেঙ্হোরকপা মনিবাবুনা —

'এঃ লেংশিনবীরকও, সিস্তর।'

নুরানা নোক্লা নোক্লা চংলকপদা সুরজিৎনা - 'ইশঃ ইকাইজরেদা' মায় হেক্ লুকথনা লৈথোকখি।

'করিগী তামো, অহুক্ নুঙাইবো। নোংমা অমুক্তগা লিবীখো-ও।'

চৌকীদা ফম্লিবা গম্ভীর ইঙক্ ঙক্লি। বেঞ্চমচা অমদা ফম্লিবা সুরজিৎস্থু ফুক্ ফুক হৌগৎলগা—'সোমদা' হায়রগা বেঞ্চতা মখুৎ

অনীনা থিল্লি। মথা তারকই—'চে ঙাইনরে, মনি বাবু ঐখোয়'নী অমুক্তা লৈজরুখিগে, সিস্টর ফম্বীরমখোকো, চা-কা থকমিন্নখিসি।

'সুরজিৎ বাবু চা তরেৎতং দরকার লৈ। উপাই অমত্তা য়েং-বীরকউ।'

'চাঅমা ফাও ব্রানি সাহেব। উপাই লৈরোইদা'

'সেনু তান্‌বদৌনা তানবা নচ্চদেকে।'—প্রতিভানা নোক্‌মি-নোক্‌-মি হায়রকই।

ময়ামৃসু মোমোন্-মোমোন্ নোকৃই। মরুপ অনী চৎগ্রে, প্রতিভানা মথা তারকৃই 'করিগী চা তরেৎনো তামো। কাকা মুখর্জিনা টাইগর হীলসকী ফজবা উদ্রিবা মীতুদি হন্দক্কী মাগী মীওই পোক্কি অরেম্বনি হায়। ঐসু চৎকনি, অতুগী লাক্লিনি।'

'অতুদি নঙগী ওভরকোট অমগা, স্কার্ফ অনগা লৈহৌরুদবা য়াররোই নত্রগা তুহন্‌বা অমা, হয়েং নংনবা। ওজা অনীমক্ ঐগীদি গুরু ঙাক্লি, ঐনা সেবা তৌবা, খরচ তৌবনা চুম্বনিমা।'

'বেঙ্ক তগী লৌথোকহৌদ্রবা?'

'চনী য়াঙ্খৈ চেগী পীগ্রে, হৌজিক্তা। চহুম্‌তা ঙাইহৌরে। লিশিং মরীদি পুনীংবনিমা।'

'কাকা অনীদি চাম্-চাম্‌তা পুদৌরি। কাকা মুখর্জিনা চানা থরুবা ঙম্মরুনি।'

'স্লীপীং কোচতা সীট অহুম্ রিজর্ভ তৌরম্মে। মরী তৌবা তাবা।'

'মহুসু মরুনি। অতুদি কম্‌দৌবা তাবা?'

'চৎপা তারেদনা। মথোয় ঙাইবা ঙম্মরোই, হায়রম্লগা চৎলসি।'

'উম্। পাবুংনা পীরম্বা অমদো ঐঙোন্দা লৈরি। নিংথৌদসু মৈতালরাৎলকপনি, তামো। হয়েং পায়রক্লগে, তামোদা শিন্নরগে।'

'পুরক্নু, কার্মাসীদগী লৌরগে।'

'লৌরক্নু ইকাইদ্রা?'

'হোই হোই, অমুক শিংলক্লগে।'

'শিংঙক্ননু। তামোগী অনাবা সেবা তৌবগী, মমল লৌবা হৌনব্রা? অমনা থেংলবদি ঙসি থিন্বীবা তাবা।'

'হোই, য়াই—গম্ভীরস্থ খুম্মী।

মথংগী নুমিৎনি। কাঙবু অসি কলিকতাদগী ট্রেন তোংলকপনি, মথং নুমিৎকী অয়ুক ঙন্তা শিলিগুরীদা থুংলে। স্টেসনদা মায় মিৎ শেংদোক্লে। খোং-খুং হাম্দোক্লে। ওজা দাসকা গম্ভীরগনা খরা নহা ওইনা ব্রেক ফাস্টকী লঞ্চকী চানা থক্লবা লাংশিল্লি। থর্মো ফ্লাস্ক অচৌবা, টিফিন্ কেরিয়ার অচৌবদা হাপ্লি। চফু মচীন্ অখুবা অমদা ঈশিং পীকথন্না পুরি। কেগাম্ অমনা মথুম্ কুপশিল্লি।

লোকেল ট্রেন তোংদুনা কাঙবু অসি শিলিগুরীদগী দার্জিলিং তম্না লাক্লি। ডাক্তরগা গম্ভীরগা শত্রংশান্নরি, ওজা দাসনা সুম্ য়েংলি। মফম হেক্ খুদিং লেপ্পী। মী কুমথহৌই, অনৌবা কাখৎলকই। লমজেন্ চেন্বনা হেন্না থুবা ট্রেন্নি। গম্ভীরনা— 'ওজা, নিংথৌ অমুক্তা কন্বীয়ো। দৃষ্টী'—শেনাপতি হেক্ থাংজিল্লকই।

'য়াররোই। ফরে, নঙনা থোইরে। প্রতিভা কোফি অমমমৎং লান্শিল্লকউদনা'—গম্ভীরদা ওনশিল্লগা

'হরাট ইজ'-য়োর আইম্ ইন্ লাইফ।'

"মৈতৈ মচা পুম্নমক্কা ঈয়েক্ ঈপীগা শক্খঙ মায়খঙহন্নবা, হোৎনজগে ওজা মহুতা নত্তে, গাড়ী পীয়ু গাড়ী থোগে, গাড়ী তম্বীয়ু গাড়ী থোগে হায়বা নহারোন য়াম্না লৈহৌরি। মহু শীঙ্গবা।

সমাজ সেবা মখল অমনি। রাজনীতিকাদি য়াওক্নু নথোয় ঐখোয়গী লাইবক্তা তম্লক্তে।'

'করীগীনিনা ওজা ?'

'লৌ এক্কর ৫০০/৬০০ লৈগদবনি, লাক্পতি ওইগদবনি। কৈ-খাক্ হান্নগী ইনা ইপুনা থাবীরমগদবনি। ঐগীদি ইচা মুপী অনী অসি হেক্ থাজখিবগা, নন্দোনগা ঐগা ভিখুক ওইহোদৌরিনি।'

'মনিপুরদদি দাদা, অউন্ পোংকী সমস্যা অহুক্ কন্দে'—ওজা দাসনা হায়রকই।

'অহুম্না তাই। সাহেবশিংনা শেঙ্গা-থুমজা তম্বীরমতুনা হেন্না ৱানরিনি।'

'য়ু থকপসু তম্বীরম্মীনা দাদা। ক্লেরেট অথুম্বা (অঙাংবা য়ু) য়ুছু থক্লরম্মী।'

'লণ্ডন্দগী থারকপনি, লীক্লিদা লুপা ৩ নি। অঙৌবশিংসে লণ্ডন্দা শাবা পোং ভাক্তা শিজিন্নে। ভারত মচাবুসু শিজিন্নহল্লি মখোয়গী মতৌ তমহল্লি। মমিংদি পল্লরোই, ম্যাঠা লৈগ্রবা মকোক্ ফগ্রবা নহা অনীখক য়ু থকুমন্দুনা শিখি।'

'শেল হোংনা চাউনা শিজিন্নবননি দাদা।'

'কদাই হোংগদগেনে, ওঃ—শেঙ্গাবা অঙৌববুনিনে।'

'মেম্ য়াম্না, থওইনা ডারত্তা য়ুম্ পান্বা লাক্লখিবাল্লে।'

'জহাজদা লাকপদা মেম্ অমগী খরচ লুপা ৫,০০০ নি। সাহেবকী মশীংনা হেনমন্খিবনা কোম্নদতুনা, বাঙ্গালী মুপীশিংদা তাইমখি। হিস্তরীনি, প্রতিভা, নমিৎ—ননা উইশিল্লগা অহুম্ তাশিল্লু।'

'অঙৌবাশিংসি, থক্ষম লৈতবমথৈ শেলসি য়াম্না হেক্তা পায়নমাল্লে, দাদা।'

'লান্ চড়্দবদি য়াত্রবা, লান্ফমদসু পুবা য়াদবা চৈংমুংদা লৈমুংদা ফুম্ ফুমতুনা লোংলম্মী হায়নৈ মনিপুরদসু ওজা।'

'উম্, তৌরম্নি। মিজাফরবু নৱাব হাপ্পদা ক্লাইভনা পাউণ্ড

২১,৫০০, লৌখি। রাটনা ১,১৭,০০০, কীল পেট্রিকা ৬০,৭৫০, লৌখি। মচাঙ্গা মিক্কাশিম্ অমুক্ নবাব হাপতৈদা ক্লাইভনা পাউণ্ড ৫৮,৩৩৩, অহে খরনা লিশিং ২৫,/৩০, লৌনখি।'

'ইঙ্গেলোণ্ডা পুন্দা লম্বীদা চোক্ ভৌবদা, কামবন্নু য়াউমাল্লে।'

'উম্। বেগম্‌জান্, হীঙ্গাম্, নামীজাম্, নীকী অকাওবী জগোই শাবী ওাক্লি। মুমিদাং-মুমিদাং য়ু থকচিল্লগা অস্তৌবশিংগী শেল হুম্লোক্‌ফম্লি মখোয়শি।'

'রাজা রামমোহন রোইগী লৈকোলদা কনানো অমা জগোই শাহনখি মাল্লে।'

'উম্ নীকীনি। মশক মতৌ ফজে, খ্বাং চেংতক্, শঙ্গং-শাদাম্নু লম্‌য়োবীনি। প্রতিভাগী কুচুসিমক্লি, শামু মরাগী কুচুনি, মছুপ কুপ্পী। অহিং অমা মাঙ্‌খিবদগী অতুম্ খিক্রম্ থঙ্খিদয়ে।'

'করম্না ওজা'—ইথা থাজদনা গম্ভীরনা হংলকই।

'কদৌনদৌরিবা মতু হংলগা। ময়াম্না তাম্নবা পোত্তি মাঙ্‌বা তাবনি, অফংবা অমনা লোংথ্রবনিদনা।'

মখোলদি খোক্লদে, ময়ামতু মোমোন হেক্ মোক্লে।

কাঙবু অসি চা বগান্ য়োরক্লে। মী লাক্লগা হেক্-হেক থুংনবা শঙ্ ভাগ বাঙ্গলাগুম্বদুদা লৈহল্লি। ময়াম্না চাবগী থক্‌পগী, লৈফম্‌গী মরাং মরাং লাংনরিঙৈ ডাঃ মুখর্জিগী মনাও মুপা কাইল অমা কোল্ল-গা চঙ্‌লকই অহুগা—

'চাকসি কম্‌দোবা ঐগীদা পুল্লসিরা দাদা।'

'নখোয়দা য়েৎলোই,।

'প্রতিভা য়াওরি। কারতু কম্‌দৌরবা ?'

'অহুগীনি লাকচরিসি। মমলতু অমুক্কুং—।'

'হায়না য়েংখিনিনে, অহুগা' ভাংনদৌনি মমল, মহোশা কয়া কয়াদা য়োরৈ ?

'অহুমদা য়োল্লি। ভাঙ্নবদা লৈরে।'

'ফিবম্ কনা লৈরম্নবা লিশিং অনী খজিক হেন্নবদা লৈনি। কম্-দৌই, ইবুঙো গম্ভীর ?'

'হৈ ওজা ! অমুক্তদি য়েংখিসি।'

'য়েংবীয়ো ফরিখনে। ঈংবসিদা ইঞ্জিন্দু মৈফু য়াইরা য়াইরগা ষ্টার্ট তৌই। অচুক্ বাতনি।'

গাড়ী য়েংমরে। গম্ভীরগী মোত্তা ইঞ্জিম্ অমুক্তং হাংদোক্লুনা শেন্নীংলি।

মমল ভাঙনবদা বগান্ সাহেবমা লিশিং অহুম্ শোল্লি। ডাঃ মুখর্জিনা অনী হুল্লি। ইঞ্জিন্ শেম্জিন্গদবা লৈরম্বা অতুগী খুদোং চাবা লৌহুনা শিখাঙ্ খাঙ্না, ডাক্তরমা য়েংপদগী মমৈথংদা লিশিং অনীগা চনীদা য়াহুনা লৌনয়ে।

থাযুক্ হৌথে। নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিদাংবাইরম্নি। প্রতিভাবু কার থোবা তম্বীরুবদগী হল্লক্লগা ত্রোইংরুমদা গম্ভীরগা য়ারী শানম্নি। চা খজিক্ থক্লগা গম্ভীরনা—'স্বাই মীশিংসিগী মিৎয়েং লাকয়েংসি ইনুং নুঙাইতে। অতুবু খোল্লবা অমা লাকনি।'

'কার অমসিদা থন্নে, ইচেম্মু নুপা ময়ুমদা খিন্দোক্ন্নে, বাবাগী ফিবমস্মু ফগৎলক্নে, তামো' খোয়গীশু ভোয়না চৎমিন্নরে। লোইরে ভাঙনরিবা।'

'থাশিদা ওইবা য়াব্রনে, পূর্ণিমা ওইরকপা মশানা তাবনি। মী খুদিংমকী লায়নকসি লাইনা ওন্থোক্না য়ানা শিনপ্রপোৎনি।'

'লাই, লাই,—লাই। লাই লৈতে কয়ারক হায়খিনি তামো।'

কম্নি লৈতেনি। সৌর-জগৎ শেম্মী, পৃথিবীদা লৈন্নিবা লেংদি

পাল্লিবা পুন্নমকসি কনানা শেন্মী।

'মেডিকেল সাইন্সকী, বাইওলোজিগী, পোকপা শিবগী রা তামো- দা ঐনা তাকপা তারিব্রা? পোক্লবদি শিনি, বেচরদি সুম্ লৈহৌ- নিনে, তাম্মো। সাইন্স জৌরক্তবা মী কাও খঙবা রাক্নি সিদি'— খোল খরা কল্লপ অহুম থারি।

'অচৌবা অপীকপা ঈশিং-তুংক্তম্ পুন্নমক্তা হুমিংকী মঙাল চপ্ মান্ননা তাবগুব্বনি। মপু মাগী মঙাল চপ্ মান্ননা তাবগী জীব পুন্নমক্ লেংলি পাল্লি পুন্নমক্ হিংলিবনি, চাউখৎপা নাইরিবনি।'

'মমা মপানা পোকপা জীব পুন্নমক মখোম্ পীথকপগী, মচিঙ্গাক্ পীজবগী হিংবনি, চাউখৎপা নাইবনি। উ-রাশিং অসিনা লৈবাক্তগী, লুংশাদগী মচিঙ্গাক্ ফংবগী হিংবনি, চাউখৎপনি। অহুবু লাইনা তামো, তাম্মোগী কোক্তু লুংশিবী।'

'লাইনা শেন্মা থরাইসিদি শিবা নাইদে। হেক শিবগা মপু মঙোন্দা তিন্‌খি। লাঙোল অমদা অতোপ্পা জীব অমদা চঙ্খি।'

'তৌরেদো। শিরদি লোইরে, মৈ থাদোক্লনি নত্রগা ফুন্ননি। করম্না অমুক্ পোক্তৌরিবা? মুপী মৈ থাবা, অন্ধ-বিশ্বাস রোমদা চঙ শিন্নক্লবদি, মুপী থিবা ফংলরোই, তামো। ফরেনে, খরনা পংহুং- দা মুঙাইহল্লি, খরবুনা পংলাক্তা লাক্লে।' লায়রহল্লি।

'কর্ম্মগী ফল চাজবনি। অঙম্বা অমনা মীসিবু পংহাত্তা হাৎ- লোনে, লাইদা নত্তে, মীনা মীদা দণ্ডি পীরি।'

কোর্টনা ফাঁসিগী দণ্ডি পীগদবনি। নত্রদি পংহাত্তা হাৎহন্‌গ- দ্রাও?'

'এক্সপেরিমেন্ট তৌগবনি হায়বনি। শিদোরবা মী অমা লুং- শিং-লুংশা চঙ্‌বা ওমদবা গ্লাস চেম্বর অমনা উপ্‌শিন্দুনা থম্লবা। মহাক্না হেক্ শিবগা গ্লাসসি চ্যোকথায়রকই, থরাইসি মহুদা চৎপ্রগা মপুদা তিল্লুই।'

'অপংবা অমুক উৎলক্লেনে, ঐনা তশ্বীদা য়ারোইদৌরি। মমুংগা মপান্গা, ইয়ার প্রেসর খেন্নত্নুনা চেকখাইবনি। মুপানা অসুক্ পংনা পোক্লম্মী করিগীনো ?

মতমসিদা পিস্তনা হৈনৌ অখোক্পা প্লেট অনীথক্ পুথোরক্লগা পীরৈ। লৌখত্নুনা চানম্নি। প্রতিভানা—'গোল্ড মেডল ফংলক্লগা খোঙ্না থোংনা তামোগী খোঙ্গুল লীরক্কনি। নত্রদি .........।'

মখা তাখিত্রা উমশাইনখ্রে। ওহাক্ লৈরগা অমুক্—

'বাবাসে অহল ওইরক্লে ইচেগা, ঐগা, ইতৈগনা সেবা তৌদৌ-রিনি।'

'নখোয়' নতৈগীদা লৈবা তারবা।'

'অদু তাইদনা, নত্রদি কনানা থাকপীনি, কনানা সেবা তৌবীনি।'

'ডাক্তর পাস তৌরগবো ?'

'লেঙ্ভো তামো। গোল্ড মেডল ফংলক্তুবা ওসি উনম্নিসিনা অরোইবনি।' তামোবু কনানা য়াবীদৌরিনো ?

ইকাইমনথিবদগী গম্ভীর ফুক হৌগৎলকই। অমুক্ পম্থরমগ্রে, প্রতিভাদসু অমুক ফাও য়েংলমদ্রে। গম্ভীর মরু লুকথরগা পরপ্ পরপ্ অত্নম্ চংখ্রে। প্রতিভাসু পরপ্-পরপ্ থোরকই। কোম্থোঙ্দা লেপ্তনা মাগী তামোবু য়েংলি। মরু লুকথনা মোলি মোলি চংলিবা মাগী তামোবু য়েংলগা মিৎলুদা মথন্নতা পিরাং শীম্বরক্লি। মহাকী থম্মোইগী রাফম অমা মিৎনা মিৎকী পিরাংনা মরোমদোম ফোংলক্লি। মশেন মরাং উরক্লবদা শারিগী মচিনা পি তৈথোকচৈ। অমুক য়েংলক-পদদি শোরোক তাগ্রে নোংপোক্লোমদা হাইগৎখ্রে। অত্নুদগীদি অমুক উথিদরে।

"মুংশি লংলাসি তৎখিবা থোক্লবদি
কিশি নাইহৌবা শোয়দে পুন্সিসিগীদি।"



২৭

# টেলিগ্রাম্

শ্রীগম্ভীর,

ইচে য়ারোইদোরে সুরেসসু নাবা হেঞ্জিল্লক্নি ইচেনা উননীংঙি হায়রি থুনা থোরকউ

শ্রীশেলুংবা সিংহ।

টেলেগ্রাম্ অসি বাবা দাসনা সহি তৌরগা পিয়ন্দগী লৌহৌবনি। বাবানা পাবা হেক্ লোইবগা য়েৎকী খুদোম্বীনা চীন্‌বান্দা থম্লগা য়াখল ঙহাক্ খল্লি। ঙহাক লৈরগা থুকাপ্পী অমা কাপ্লগা ফুক্ হৌগৎলকই, অদুগা সুপরিন্টেণ্ডেন্ট কী কাদা চঙ্‌খি।

সুপরিন্টেণ্ডেন্টনা টেলেগ্রামদু পারগা — 'ফরে, থমম্মো, গম্ভীর তাক্লরসু। ঐ থম্জিল্লগে।'

'কদাই চুমদগে, দোষসু পুনি।

'জর্নীদা মুমিৎ ১০ রোম্ চঙ্‌লনি। হল্লকপগা পরিক্ষা থারদি য়াম্না চরক্ চহিংনরোইদ্রা? ময়াম্না আশা তৌবা ছাত্রনি।"

'ছুটি পীবা পীদবনা অমনি তাকপীবদি চুমগনি।'

'ফরে, গম্ভীর কৌহনবীরকউ।'

গম্ভীর অমদি প্রতিভাগী মরক্তা হন্দক্ মোত খেন্নবা অমা থোরক্লিবা অসি গম্ভীরনা থুপচাননা থমখ্রে। অদুবু অহিং কয়া অমদি তুমদনা কায়নবগী চৈথেং খাঙ্‌খি। কলিকতাদগী য়াম্না লাপ্না চৎখিদুনা, মীওই কনা খঙ্‌হন্দ্রা, লোত্তুনা লৈবা পাম্লি।

গম্ভীরনা সুপরিটেণ্ডেন্টকী কাদা হেক্ চঙলকপগা

'ওজা, ঐগী টেলেগ্রামছু লৌজবা য়াগদ্রা?'

'কনানা হায়রকই?'

'বাবা দাসনা, ওজা।'

ওহাক্ খরা শাউরপ য়া ঙাংদনা লৈ। মমৈদা তপ্পা — 'নঙ্ মরোল লোয়না খঙ্লৈনি। ঐনা হায়নীংবদি, নঙ্ ছুটি লৌরম্লু, পরিক্ষাতদি লোইথোকখো। অদুগা হেক্তা চৎপ্রো।'

'ছুটিসিতদি কৃপা তৌবীয়ু, ওজা। ঐবু ইমানা উননীংলমগনি! ঐনা কোক্হন্ লাইহন্নি, ওজা, ছুটিসিতদি পীনবীয়ু। ওজাদা হেক্ খুরুম্মী। মখা তারকই—

'ঐসু অমুক্তদি উজনীংহৌই।'

'টেলেগ্রামমুদি লৌখ্রে। ওসিসিতগা অমুক্তা খল্লুখো মরমদি ফেকল্টিগী অরোইবা চহিগী অরুবা পরিক্ষানি।'

গম্ভীর হরাউই। মপাল অছুম্ থোক্খে। ঈরুজনীংবগা থোঙ্গ্রা তেক্পগা মান্নরকপা মতৌ অদুদা লাইবু হেন্না চেৎনা থাগোম্নজরকই।

মথংগী হুমিংনি, ক্লাস হৌদ্রিঙৈ, ডাঃ মুখর্জিনা প্রতিভাগা, মাগী কাদা য়ারী শান্নে। ডাক্তরনা টেলেগ্রামমু, ছুটি নিবগী চেসু অনীমক প্রতিভাদা পাহল্লি। ওহাক্ লৈরগা ডাক্তরনা —'সিগী মরীদা দাদা দাসনা নঙোন্দা করি হায়'

'করিমত্তা হায়দে, ঐগা য়া ঙাংনদে, কাকা।'

'মসি নঙ্না ওরাং খঙ্লম্বা থোক্লুবা, নঙ্ করি তৌবা ওম্গনি?'

'খাম্বতংদি ওম্গনি। ঐনা হায়জবা তাবীগনি' প্রতিভাগী মমি-ত্তা পিরাং হৌরকই। খঙ্হৌদনা টেবল মথক্তা তোপ্ তোপ্ অনী খক্ তারকই। ডাক্তরগী মিৎয়েংদগী লোৎপা ওম্খিদে। য়াখল

ওহাক খল্লগা ডাক্তরনা—'ঐ ছুটিসি পীরনি। থুনা হল্লক্লগা পরিক্ষা য়াওরবা ফৈ। নত্রদি মরাচানি। মসি ফোর্মেলনি। চৎলো, ফি-ল্টরদা নমায় তাথোল্লুচো।'

মথং হুমিৎকী অয়ুক-ওস্তানি, প্রতিভা মনিবাবুগা উনরুই, মাগী কাদা হারী শারি। মনিবাবুনা—

'হন্দক মরক্ সাহেব, লাইব্রিক পাবা য়াদে, তুম্বসু য়াদে হায়-রম্মী। হক্ চাংসু থিনা শোকখ্রে।

'পরিক্ষা খজিক্তা ওাইশিল্লক্লে, তামোখোয়না খাম্বীহৌদ্রি করি-গীনো?'

পরিক্ষা থাররোই। মীনা খঙ্ নদবা মফম অমদা লোৎলুনি, চৎলনি হায়নরিঙৈ। টেলেগ্রামহু ফংবগী হুমিদাংদা অহুম্ ইম্ফাল থোক্খ্রে। সরকারগী থবক্ তৌরোই, তপা থানিসু হায়রম্মী।'

কায়নবা হুমিৎতা মাগী তামোনা মোলি-মোলি মরু লুক্থহুনা চৎখিবহু মমিত্তা উরকপগা হুংহীরকপোই হীক্-হীক্ কপ্লকই।

গম্ভীরনা চয়োলমুক্কী মমাঙ্দা চিঠি অমা ফংঙি মহুদা মপানা হায়রকপদি, মমা টাইফোইডনা নারে, সুরেসসু মশা ওমদে, ডাক্তর ঘোষনা য়েংলি। হৌজিক্কা মপাবুং শেলুংবনা য়াররোই হায়রক্লি। বেঙ্গল ফার্মাসিদগী, টাইফোড, সিফ্লিস, গোনোরিয়া, টিঃ বীঃ গী হী-দাক্ লুপা ২০০, রোমগীগা পুরকই।

ইম্ফালগী ধর্ম্মশালাদা, কুল্লানা মাগী জীপ পুরক্তুনা ওক্লম্মী। কোংবা বাজাররোম্দা চুমত্রিং য়ৌরক্লে। বাজারসিদা অনৌবা মৈতৈ-রোন্গী রেকোর্ড য়াম্না শক্লরম্মী।

মপুক্লিং হুঙাইতনা লাক্লগসু কলিকতাদা রেকোর্ডশিং অহু লৌ-মিন্নখিবা নিংশিংলুই। রেকোর্ড অমা খোংলকই—

ঠিকাদার মৈতৈ মচা অপুম্বসে,
ঠিকা তৌগন্নু য়াদবদগী
ইনকম্‌গী তেন্না পান্‌থ্রদুনা,
মমায়দা মায়হিং কাথে।
... .. ... ... ... ... ... ।

ঈশৈ শক্লিবা কলাকার অসি মী নোকহন্‌বা ঙম্বা মীওইনি। মহাক্কী শক্তমতু মাঙ্‌দা শং-শংনা উই। রেকোর্দতা শকপা মহাক্কী খোঞ্জেল তাবদা পুক্নি পায়দুনা থাংনরি। মহাক্না ইনোক্ নোক্তনা মমায় কোইতক' ময়া কাথোক্লুনা শক্‌পা শক্‌ফমতু হেক্তা উই। ঈশৈ ময়েক্লুদা নত্তে, লেংজুম্ অমা খজিক্ থাঙ্গৎলপ্, গোঙ্ অমদা হক-চাংগী অকুম্বা থল্লগা, ইথা থওইদনা লেপ্পা, ইথ থওইদনা ইনোক্ নোক্তনা শকপা অদুনি, ময়াম্না য়াম্না নোক্নিংলিবা অসি।

কোংবা বাজারদা মখোয়গী দুকান্ য়োরক্লে। জীপুগী কুমথদুনা ইমুংদা চঙ্‌খিবদা মাইবা অমনা ফম্ শেম্নরম্মী। ডাক্তর ঘোষসু লৈ-রম্মী। মমাদি ময়া ইকা কারদুনা নিংশা থবেৎ-থবেং হোন্দুনা লৈ-রম্মী। মমিত্ত্ উইশিল্লি। গোকুলনা মমাগী মনাক্তা, চঙ্‌শিল্লগা মনাকোং ময়াদা—

"তাবিব্রা, গম্ভীর লাকএ" হায়রুই। পাক্ তাদে, মনাকোং ময়াদা হন্না হন্না ঙাঙবদগী, মমিং খজিক্ পাংলকই।

মমিত্তগী ভারকপা মপি রুমালনা তৈথোক্লগা গম্ভীরসু মমাগী মনাক্তা চঙ্‌শিল্লকই। গম্ভীর উবদা মমানা চঙ্‌শিল্লরুবা খুদম্ পী-রমই। গম্ভীরসু মমাগী মনাক্তা চঙ্‌শিল্লকই। মমাগী য়েংকী মখুৎ থাঙ্গৎকে তৌই, ঙমদে। খুরুম্বগুম্ কুম্ছরিবা গম্ভীরদা মতেক্ মতেক্ ওইবা রাহৈনা য়াম্না রানা—নখুরাতোন্—লৈখিদবা—লাইরবা——। লঙ্গল — — ওই —।

মথা তাখিজ্রে, তুম্মিন্ ঙুহাকু লৈথ্রে। মাইবনা মখুংস্থু লৌথখিরে।
ঙুহাক্ লৈরগা মথা অমুক্ তারকই — ফজবী —— মৌ —— ? —
মকোক্ ফৈনা-ফৈনা হাইগে তৌই, ঙমদে। ঙুহাক লৈরগা অমুক্
—— সুমতী ——।

মপানা হায়রকই — নমানা হয়েরিসে, ফজবী মৌনি সুক্পু
পুশিল্লকপা য়ারোইসিনি —।

ইবুঙো, মপান্ লেঙ্থোক্পীরো। অনাবা ৱারে, মওং অমা
তৌরে।

মপাবুং শেলুংবনা কৌথোক্লগা মপান্দা তুকান্ মচীদা 'হোস্পি-
টালদা সুরেস লৈবনি ইবুঙো, অমুক্তা য়েংবীরম্মু। ময়াম্ কুইনা
লৈবা য়াদৌরি ?'

খঙদ্রে পাবুং, ঐ খনফম থোক্রে — হীক হীক কপ্পকই

কপকন্নু ইবুঙো ঐবু হৌনবীনি। অমুক পোকপা অমুক শিবা
অকোল অহালগী ৱাতনি।

তাবোই তাদবোই গম্ভীর, মখোল খজিক খজিক থোক্পা পং-
কপ্তা কুপ্লি লৈবাক্তা ফমথরগা রুমালনা মমিৎ তৈথোক্লি।

ঙুহাক তাঙ্গা য়েংলগা মন্নাক ইবুঙোনা হোস্পিটালদা সুরেস
লৈহৌবনি, ফনবা লায়েংলকউ। এসিস্টিন্ট জেলর ওই খল্লদৌনি য়া-
নরনি।

পাবুংগী কুপনি। নরজিংস্থু লোয়নজখিগে।

মেলনা থুবনি, ঐ শিনগ্রগে (মতমতু এসোসিয়েসন্না মেল পুবগ্নী
ঠিকা লৌরম্মী।'

'ফনি পাবুং, নুঙাইজরে। করিদৈ হেজিনখিবনো পাবুং ইমাগী
শিবো ?

'পালগা — থাংজিংগা ইরোম্বা, লোম্না চাক্লরে। ঙসি সন্ধ্যা

নত্রগা হুয়েং অহুকসি তম্লি। খঙ্ডে, লায়বক্কী রাকম্ তাখে।'

গম্ভীর মঙ্ গুমখে, কুল্লনা পুরক্কনা হোস্পিটালদা অমুক্ লাক্রে। সুরেস পেইং-রার্ত্ততা লৈরম্মী। জীনীনা খুয়ারোমদা মোরা অমদা ফম্লম্মী, সুমতীনা খুয়াদা ফমুং মথক্তা ফম্লম্মী। গম্ভীর হেকু চঙ্খিবদা মুপী অনীহু ফুক্ ফুক্ হৌগৎলি, মকোক্ খুমজিল্লগা খুয়ারোম্দা ফক্লাং ময়াদা লেপ্ মিন্নখি। গম্ভীরনা স্টেথোস্কোপ্ পুথোক্লগা তুমহুনা লৈরিবা সুরেসতু মুন্না সুম্ য়েংলি। মথংদা খুদাংগী মিহুল য়েংঙি, খুজিল য়েংখি, মিৎখা য়েংঙি। ওহাক্ লৈরগা তপ্না

'নারোন্দা লাইহৌ অমা য়াওব্রা? মশাপুম্বা হুমাংনা চোৎপ্রা?'

'য়াওই'—জীনীনা খুল্লকই।

'কয়াম্ কুইরে য়াওরিবা?''

'কুইদ্রি চয়োল মুক্তা ঙাইরি।'

'স্তোভ থাগৎলু সেরিঞ্জ ফুংসি। হীদাক্ অমা কাপ্কে। ডাক্তরদা হায়রুহু, ঐগা ঙাঙনগে।'

সুমতীনা থংনবা কা অমদা চঙ্খ্রগা স্তোভ থাগৎলি। কুল্লাদা সিরিঞ্জ পীরগা ফুৎহল্লি। মতমসিদা জীনীনা ফেন্সিবেগতগী চে অমা লৌথোরক্লগা মতৈবুঙোদা লান্শিল্লকই। গম্ভীরসু মহু মুন্না য়েংলগা

'লিশিং ৮২্ করিগী থিদ্রিবা?'

'লৈত্রে অহুননি।'

'পাবুংদি খঙ্লত্রা?'

'খঙ্দ্রি, তামোনা তাক্উহু হায়। ইতৈ'বুঙোদতা য়েংহল্লু হায়।'

'হোই, ইকাই, ইজ্জৎ মাঙ্ঙি। নঙোন্দদি কয়াম্ লৈরিবা।'

'কুন্ থক্ লৈ।'

'অহনদি কৈদৌনাদৌরিবা?'

'ছুকান্দগী লৌজরুখিগে।'

'ছম্ নঙ্গী ওইজরে। ইনকম্ টেক্সতা ৮২ তারবদি, মাগী শেন্ফমসি য়াম্না পায়কম্ থোকই। ন্যেসনেল সেভিংস সার্টিফিকেটতি লৈব্রা?'

"লৈদে। পাবুংনা লৈশিল্লু হায়বনি লৈখিদ্রে।"

অফবা পাউতাক কদাই লৌদগে

'ঐদা ফাওবা অনী লৈহৌই কুল্লদা ওনশিল্লগা কুল্লা বাবু, তামুনান্ লৈরম্গদ্রা?'

'লৈরম্বা য়াই সাহেব'—মন্নুংদগী খুল্লমই।

'হীদাক্ কাপ্লম্লগা অমুক্তা উনরুসি বাবু। ফিনা নচিন্ নয়া খুম্জিল্লগা চংঙ, স্বর লৌনদনবা নথোয় নী'।'

মহাকা হোস্পিটালদা লাকপদা কমপাউণ্ডর কোকঙাংগী তুকান্দা, য়েংশিল্লম্মী। কোকঙাং লৈহৌদে মচাম্নুপা অমনা ফার্মাসী কম্হৌই।

সিরিঞ্জ ফুংপা লোইরতুনা কুল্লানা পাত্রগা লোয়ননা ফিনা পায়রগা পুথোরকই। সুমতীনা মতুং ইল্লকই। সুমতী মুন্না য়েংলগা গম্ভীরনা—"সুমতীবু নাব্রা, মমায় অসি য়েংবা মুঙাইতে।'

"অহোই, তামোগী লাঙ্গনা শিনি'—জীনীনা খুম্মী।

"মথোয় 'নীমক ডাক্তর ঘোষনা য়েংলিবা?"

'অহোই' জীনীনা খুম্মকই।

'কয়াম্ কুইরে লৈরিবা।"

'চহী অমা হেল্লেনি।'—অমুকসু জীনীমা খুল্লকই। কোংবদা মমানা ঙাংখিবতু ময়েক্ শেংলক্লি।

ছীদাক্ কাপ্পা লোইরভুনা গম্ভীর কুল্লাগা লোয়ননা খম্মাম বা-জাররোম্দা লাক্লে। খম্মাম্-লৈরক্ অচৌবত্থ হাইজিল্লমদাইদা হৌরিবা খোংনাং পাম্বী অচৌবগী মখাদা ফম্লিবা ফার্মাসীতুদা কোকঙাং লৈরম্মীবা ফার্মাসী কম্বা মুপাত্থুনা শেল চবুল চবুল থিরম্মী। লৈরক্ মন্নুং খজিক্ চঙ্না জীপ খগ্লম্লগা গম্ভীর পরপ্-পরপ্ থোরকই। মখুড়াগী মনাক্তা চঙ্শিল্লক্লগা—

'ফরেদা খুড়া, খুড়া থিজরকইবনি।'

কোকঙাং ইওক্-ওক্ই, হাইরকই—"কৈদৌঙৈ থোরকই।"

'ঙসি মুংথিল'—হায়রগা ইন্কম টেক্স থিনবগী চেত্থ মখুড়াদা লান্শিল্লি। মখুড়াসু লৌরগা য়েংলি, মখা তারকই—'শেল তানমিন্নসি ক্লীনীক্ অমা লিংসি। কৈদৌসি হায়বা সিবে?'

'হংচিং থিগদৌরিবা, খুড়া,'—হায়রম্লগা মানা কংকম্ থোক্পা শেন্ফম্গী হিসাবসু লান্শিল্লকই। মখা তারকই—'টেন্-পার্সেন্ট পীবা য়ানখিবদাইদো খুড়া, লিশিং ২১্ থোক্লে'—হায়রম্লগা ইন্কম্ টেক্স থিবগী চেত্থ লৌশিল্লি, অত্থুগা ফুরিংখাওদা হাপচিনখ্রে।

খুড়াদি শেল কদাইদৈ, লৈদগে, ইবুঙো।'

'ইকাইদৌরি মফম্নি, তঙাইফদবনি, চেম্লবা তাবনি, খুড়া।'

'নচন্ অমা লুহোংখিবদা ঙাইরি, য়ুম্কৈগা শেমজিন্খিবনে, লৈতেনে ইবুঙো। ইবুঙোনবু শেল ম্বাংপ্রনে, হেক্ থিদোকখোদনা'- নোক্মী নোক্মী হায়রকই।

'ফাগী নত্রেনে, খুড়া, তঙাই ফদত্থুনা হায়রিনি। ঙসিমক খরা পীয়ো।'

'ইবুঙো, লৈতে, পাই অমা পায়দেমে খুড়াদি।'

মতমসিদা ফার্মাসী কম্বা মুপাত্থুনা শেল থিবা লোইরত্থুনা, কোক্ঙাংদা

লাঙ্খোরকই। কোকওাংনা ঙ্কনা য়াম্না ইঙ্গিং তৌবনি, গম্ভীরনা ফাবনা হানুখ্রে। গম্ভীরনা শেলহু লৌশিল্লগা—'কয়ামিনা তাদা।'

লিশিং অনীতনি হংচিংস্নু খরগা—সুপাহুনা খুল্লকই।

'খুড়া, রসীদ পীখো, ঐনা খুড়াদা পীজনি।'

নম্নতুনা কোকওাংগা চৎমিন্নরগা লিলোং, থৌবাল লমসাং, খুরাই-দগী খরগা খোম্মুই। ওসিতদা গম্ভীরনা কোকওাংবু মশক মুম্না খঙ্খি।

খয়াম্ বাজারদা অমুক্ হল্লক্রগা মখোয়গী জীপ্ মুনান্খোইদা থৌজিল্লকই। কোম্নোড়ুদা থম্নম্নগা চঙ্খ্রে। মুনানুগী য়ুম্ মাঙ্গোল ফাওবা খাজিল্লগা মী লৈনরম্মী।

মম্নাঙ্ শঙ্গোইগী মখারোসদা ড্রোইং রুমগুম্বা অমা খাজিল্লি, সোফা ইচম্ চম্বা খরগা মোরা ৪ গা লৈ। মুনান্ অতোপ্পা সুপী অমগা গ্রামাফোন্ তারম্মী। অনৌ-অনৌবা ঈশৈমক্তনি। গম্ভীর চঙ্-লকপা উবদা সুপীহু ফিরুপ খুমজিল্লগা ইমুংলোমদা চঙ্খি মুনাননা—

'নমস্তে সাহেব'—মখুৎ জুর হেক্ তৌই। মখা তারকই—

'কৈদৌঙৈ লেঙ্থোক্পীরক্কে?'

'ওসি। অহোংবা য়াম্না লৈরম্মে, সুমত্তিস্নু ইনাও সুপী ওই-রম্মেনে।'

'ফনা কুইরে, সাহেব।'

'হেক্তা কাখৎলে।'

'ফমনগ্নবনি সাহেব। সাহেবকী য়ুমগুম্বনি।

'সুরেসকী শেলসি কনা কনাদা লৈবা য়াওরম্নী, তাদা, ইন্কম টেক্স থিবা তারি। হংচিৎ অরোইবা তারিখনি।'

'ঠীকাদার মশেল চঙ্নবা ল্লারুবা লৈরম্বা য়াই, সাহেব। মশা-দা হংদ্রবদি খঙ্বা ঙম্নরোই। শেল য়াম্না চাইখায়গ্রে, হেক্ য়াম্নদুনা

মাগিনি। লাখমুক্ থিনি হায়গুম্ তৌই।'

'ঙম্'—নোম্বরগা মনাকোং ময়াদা—'হৌজিক্কী সুপ্নীত্থ্ কনানো, য়াম্না মানবা অমা উপ্রে।'

'কন্নিনোনে সাহেব, ফজবীনিনে, সুমত্তীগী মচে।'

'অঙাং কয়া শুরে? অনী কাওবদি তাদনা চিঠিদা হায়বীরক-খ্রে।'

'লাল্লম্মে সাহেব। খাসি নিঙোল ওইরম্মে। শ্যামকুমারদি শি-লোংদা গাড়ী থৌরি।'

'ফজবীবু লুহোংব্রিবা?

'হোংব্রি, ইবুঙো নৈশারি। ত্মুবী হায়বী অখৎপীত্থদস্থ্ মচা সুপী অমা লৈরম্মে। খাসি নিঙোলথস্থ্ মচা অনী পুরগা লাক্লে। অমুক্ থিলহন্‌খিবদগী হল্লক্ত্রি।'

কুল্লগা চংখিন্নরকপা মনেনা চা গ্লাস অম্‌মম্ লাল্লি। গম্ভীরস্থ্ অমা লৌই অত্থগা—

'অমুক্তা উনবা য়াগদ্রা, ইনে?'

'হংজরক্কখিগে ইবুঙো'—হায়রম্লগা ইমুংদ, চংখি--'সুপীমচা নঙ্‌বু নবুংনা উনগে হায়রিনে।'

'উননিংদে'—মহুংদা ফজবীনা থুমখিবা মপান্দা ইরাও লাওনা তারি।'

'ফরে ইনে, য়ারনি,'—গম্ভীরস্থ্ থুম্মী।

গম্ভীরগী কোই কোকপীদবগী চোম্বত্থ্ উবদা মুনাম্না—'সাহেব, কোই ফান্নবা য়েজর পুথোকচরক্কে।'

'য়ারে তাদা পরীক্ষা নক্লক্কে অত্থননি।'

'শেলনা মরুনিদকো, ইবুঙো'—মনেনা অমুকস্থ্ পাংশিল্লকই।

'ফার্মাসী ফম্লি, ক্লীনীক্ অমসু হাংনি, ইনে। কম্না তাঙ্গনি।'

'কৈ, কৈ'—হায়রম্লগা থোকখ্রে। মখা তারকই—'এথোয়দি হোটেল ফম্লি, ইবুঙো। ঙাই-শেল ওইরেদনা।'

'অহোই ইনে'—মনে চংখ্রে। গম্ভীরনা মুনান্দা ওন্‌শিল্লগা মখা তারকই—

'সুপী য়াম্না কোয় হায়রকই। সুমতীদমক মরৈবা।'

'অতৈদি পাবুংনা চঙ্‌হন্দে, সুমতীদমক চঙ্‌হল্লি।'

'শেলনা করম্না চাইথোক্লিবা ?'

'স্না, লুপা থোল্লি, য়ুম্ কৈ শাবী, লৌ ফাওবা লৈবী সাহেব।'

'মাগীসু লৈরম্মনি। সুমতীগীদি।'

'ফিরোল, স্নাগী লৈতেং। অমনা উরিপোক্কী ইংখোল শেম্‌জিল্লি, য়ুম-কৈ শেম্মি'—হায়রম্লগা গম্ভীরগী মনাকোংদা থুবাক্ অনীনা উমশিল্লগা রাকম খরা লোম্না ঙাংখি।

'অওইত্রানে' — লৈথোক্লগা খংয়েং য়েংলকই। মুনান থুম্লক্তে, মকোক্তমক নোম্লকই। গম্ভীরসু মথুবাক্ অনীনা চুবা অনী পায়শিল্লগা মরু লক্লা রাখল থনখি। মখা তারকই — করম্নো তাদা ? অমুকসু মুনাননা তুমিন্না হায়খি। ওহাক তুমিন খল্লুরগা গম্ভীরনা—কায়দে। চৌসন্থ।

ফজবী কোক্‌হন্ লাইহল্লি। ড্রাইভর অমদা থাজখিবগা মপান থোক্‌হন্‌খিদে। তোনাল্লি। ইম্ফালদা লৈরিঙৈ অঙাং ওইরিঙৈ নত্তনা টোটি ঈশিং শোকপা ফাওবা থোক্‌হন্‌খিদে। মমল অয়াম্বা সনাগী লৈতেং, ফিনা মরোল-মরোল য়োম্লগা থম্বগুম্ অপোকপা অহল-লমন্ অনীনা চেকশিল্লা লুনা থম্মী। থবক কম্না নোমহন্‌বা সুমতী, মশা তীক্-তীক্ লাউই, কৈ।

বোরাজাও ঠিকাদার ওরাং অহিং থেংনা পুম্নেন পাংকী শোয়দগী

হল্লকখি। একাদশী মুম্নিংনি, মুম্নিদাংগী চাক চাবা হেক্ তোকপগা অহুম্ ফমুং চঙ্হনা তুমগ্রে। মুপী অহল্লা ইমুংদা ফিরোল লোইশিল্লি, থুপচিল্লি। য়ায়মানা, তুলসিবোংগা মাঙ্গোলগা মাই তৈন্নি। অতোম্বী-না মপান্দা কোললীক্ পুম্নমক পুথোক্তুনা ফেংলি। তাল্লকসিদা মুপী য়ায়মনা ইমুং চঙ্লক্লগা, লংগা য়েত্তমগা পুশিল্লক্লুনা, ঠিকাদারগী নামৈদা শেঙ্গাও শরিক অমা য়ানশিল্লম্মী। মুপী অহনসু খঙখি, মখোয় অনী তাম্নবনি। ওহাক্ লৈরগা মুপী অহল ফমেলগী হীদা-ন্দা কাখত্তুনা তুমগ্রে।

কুইদে, অতোম্বীসু কোললীক্ ফেংবা লোইবগা ঈশিং অশাবনা মখোং-মখুংশেংনা হামদোক্, গ্লীসেরীন্ তৈশিল্লগা, মনীংগী কাদা মাগী ফমুংদা চঙ্হনা তুমগ্রে। মাঙ্গোলগা তুলসীবোংগা মাই তৈরুবা, লোইরবী মুপী য়ায়মসু, বোরাজাওগী ফমাঙ্দগী মনীং কাদা অতোম্বী-গী ফমাঙ্ ফাওবা মাই তৈরম্লগা ঈশিং অশাবনা মখোং মখুং শেংনা হাম্দোক্লুনা, মহাকসু গ্লীসেরীন্ তৈশিল্লে। তুম্মমদাইদা তেকনা মচা অনীগা তেক্ মচা অমগা পরেং শানা, মনীংকাগা ফমেল কাগা তাইনবদা উপ্লগা থম্লম্মী। ফুঙ্গা মাইরুদা থাল্লিবা পোন্দোন্দু মুখৎ-লম্নগা নিঙোল কাদা মাগী ফমুংদা কাখৎলগা তুমগ্রে।

মথং মুম্নিংকী মুংথিলনি। বোরাজাওবা ঠীকাদার লৌরুংশঙ্দা চৎলুই। মতুদগী হল্লকপগা মাঙ্গোলদা ফমেলদ মফি মরোল হোং-দোক্লগা পোখাম্নি। অতোম্বীনা হীদাক্ হাল্লকই, মতুংদা ঠিকাদারনা শেৎচাক্লবা ফিরোল থুপচিল্লি। ওসিদি অতোম্বী য়াম্না-কেরি। মশম্ মনা নীংথিনা হাত্তোকই। কেতুকী মনম্না মা-মা চুরবা ফনেক্ শেৎলি, ফিমতেক ইল্লি। ময়ানগুনা ফুৎলবা চেংহী শম্বাল লাংখিবগী শম্বৈ মনম্না হায়বা শম্লাংগী মনম্ নীংথিনা শউম্ ফংলি।—ওৌরবী মায়থোঙদা চন্দন্ চান্না নীংথিনা থিল্লি।

ঙুপী অহন্না শঙ্গোইদা খ্বাংগী ইয়োংদা ফি শারি, য়ায়মনা ঙুমাওব্দা ফৌরিবা মোরোক্তু মমুন্ ফাদবমখৈ খন্দোক্লি, শাইরুক অমদা হাপ্লি। মোরোক খন্দোক্ খন্দোক্লা ঙুপী য়ায়মনা —

'মিং-নারেদা য়েংবদা' – হায়রকই।

'করিনো নঙ্না ঙাংঙিদো, ফুরক্কনিকো মখা তাম্নু।—'

'একাদশীদা, নামৈ শরিক থাংবা ও।'

শাউনা খুমগে খল্লম্বা বোরাজাওবা ঙরাং ঙুংদাংগী মতৌদা খজিক্ নোক্নীংগুম্ তৌবদগী, ফক্লাংলোমদা ওনশিল্লগা মচীন্ খুমহুনা খাঙ্লি। অতোপ্পীগা হাইফেং নুংশি লোপ্পানজরি।

'তেক্কনা কাউথুবা ও! — । হংলগা তুমিন্না লৈখিবদো, খঙ্দ-বোই নীংব্রাও—' ঙুপী য়ায়মানা মখা তারকই।

'নিয়ম্ ঙাক্তুবদি, খোল অরাওবা তাগদবনি।'—শঙ্গোইদা ফি শারিবী ঙুপী অহন্নসু মতেং পাংশিল্লকই।

'করিনো নখোয় 'নীনা ঙাঙঙিদো। নচীল অম্মম্ পাল্লি সিন্না? নিয়মনে, নিয়মনে ঐনা চৎলিসে।'

'নিয়মনে, নিয়মনে। খোঙ্গ্ল ভারমদেনে ফমাঙ্দা ঙুপীয়ায়-মানা শাউরপ মখা তারকই। মতমসিদা অতোপ্পী ইমুংদা ফিথম্-জিন্বা চঙ্খি।

'ঙুপাননে, ঙুপানা। ফি শেত্তবা ব্রাঙাঙসে ইমুঙ্সিদা ঙাঙহ-ন্নীংখিদ্রবা —' — ঙুপী অহন্না অমুকসু শাউরপ্ মতেং পাংশিল্লকই।

'ঙাঙঙিসি ঐরা, নখোয় অনীরাও? হাঃ হায়য়োবা হাঃ—'

'খরা খরা নিং-নিং পান্থৎলক্লিসে, লক্ষ্মী ইমানা হেক্ মায়োন, খিবদা লোইরে। ঙুপানা নিয়ম্ ঙাক্লদি সি ঙাঙনগদ্রাও, সি খোক্ক-দ্রাও অহন্না খুম্মকই।

'নখোয় অনীতনা ইমুং ইরাঙ্ হৌহন্‌বনি। নখোয়নীনা ঋা ছেক্ ঙাংদবদা ঊন্ ঋাইমুক্ চীক্ননি।

'লাম্লেদি হায়ত্রদনা, খুমস্থ খুম্বা শারিনে' য়ায়মস্থ শাওজিল্ল-বোই।

মতম্ অসিদা গাড়ী অমা থৌজিল্লকপগী মখোল তাখি। মুপী অহন্না—

'কাম্লদে নিয়ম্ ঙাক্‌উ। ঙমত্রদি লোম্ল্। কুইদে গম্ভীর অহুম পরগ্-পরপ্ চঙ্‌শিল্লকই। মহু ঊবদা —'য়ায়মা'—হায়বগা অহন্না ইঙ্গিং তৌরকই।

গম্ভীরগা বোরাজাওবগা, অরাংলোমদা তপথরিবা, ত্রোইং-কমণ্ডুদা চঙ্‌মিন্নখ্রে। অতোম্বীনা লোল্লক্লুনা চা-গ্লাস অম্‌মম্‌গস্থ থক্‌মিন্নখি। শেল নৈতেনদগী মথং মুমিংকী বেঙ্ক হাংদোক্‌পা মতমদা লিশিং তরা পীজরগে হায়বদা গম্ভীরস্থ য়ারে। অরাংপনা মন্ধাক্ ইবুঙোদা পী-শিন্‌বস্থ য়ানখি।

গম্ভীরনা কোংবদা হল্লকপদা মমা নৈরমত্রে। মুনাল ফাওবা লাক্লনগা সংস্কার য়াওরম্মী।

মুমিদাং অতুমক্তদা গম্ভীর, মুনালগা লোয়ননা ফজবীগী কাদা লাকই। ফমাঙ্দা মোরা মচা অমদা ফম্থৈ, মিহুল য়েংনবা মথুং তিংথোরকউ হায়বা য়ারক্তে, মমায় ফক্লাংলোমদা ওন্শিল্লগা ইথৌ থৌশাদা হীপ্তুনা লৈ। ডাক্তরনা—

'করিগীনো ঐগা উননীংত্রিদি ?'

'মীচেন্বু কৈদৌনদৌরিবা? রীনাদি অঙাং কয়া শুরে?'

'রারেমগী মতম নত্তে।'

'রারেম্, সিবু রারেম্। লান্ মনুংদা লমসাংদা, তাকুল্লখোয়গী হোটেলদা, চা থকমিন্নখি জীনীস্থ য়াওরকই।'

'নঙ্ করম্না খঙ্লিবা ?'

'মিৎ সিমক্লা উরিবা। ঐনা শাওহুনা ভাঙ্খিবতনি, করিগী অওইবা ওইনা লৌরি ?'

'ইনাক্খুন্বা ইমুংদা লুঙাইনা লৈহন্নীংডি, অহুনা ফত্রা ?'

'লাইরৈ হায়রহুনা মীডোন্দা পীথোক্পা ভম্বা তুকচৈ নশক্ত য়েংনীংদে।'

'নখোয় পাজিগা, ঐখোয় পাজিগস্থ থংনখি।'

'তিংথং কিরদি করিগী থম্বাল হেক্কে নীংলি। তুকচৈ, তানীংদে। চহী অনী অহুম্ লোৎলুবগী মরম্?'

'রারেম কাম্নদে, নঙ্গী লায়েংনবা হোৎনসি।'

'সংসার অমা লৈ, মহুদা চারে চামিন্নৈ, হিংলে হিংমিন্নৈ।'

'হৌখিবা মখৈ হৌগ্রসন্নু। ওইবা য়াবদঙ তৌসি।'

'ওসি উনহুনা ব্বারী শানবা ফংলিসে, লায়বক্ ফবনি। ফংদনা চংগ্রগদ্রা ম্লুংশা থিরম্বনি।'

'মণ্ডগা পাজিগগী অনাবা ফনবা য়েংথোক্পা পাম্মী।' ওসি মণ্ডগী লাইওং অমুক্তা খণ্ডদোক্কে, হীদাক থাবা হৌগে।

'ঐবু ফনবা য়েংবীরো। হান্নগী কুচু কুমেন্ হৃঙ্জিল্লদি মানা হন্নাওনি, তায়াইবুস্ত থাগৎকনি।'

'হোই, হোই য়েংগে।'—গম্ভীরনা খুম্মী। অতুগা মখুদাং পায়-তুনা য়েংবীরি। মথংদা খুজিলগী ঈ অমদি মমিং পান্নরগা মিংখাগী ঈ য়েংলি।

'মাবু লাক্লদি মতুং ইমগ্রনি। ওসি উনরিসিনা অরোইবনি। উনরোইদ্রা ব্বারম্বনি।'

শোং-শোং লাওবগী মখোল অমদি তাথি অত্থবু নাচুংলুদে। চিংনবা মওংদা লৈরম্বত্থদা ইখণ্ড্-খণ্ড্ হৌদনা — 'বদমাস' — হায়রল্লগা দামুনা উতুপ অমনা গম্ভীরগী মকোক্তা থারকই। গম্ভীর লৈথোক্লগা ফুক হৌগংখি।

'ইউ উশিত্রদমা। অওপা শারুনু, চণ্ড্লুনু, য়েংলুনু হায়রমক্তদা'— হায়রল্লগা অমুক্স্ত থাজিল্লকই। ফুক হৌগংলকপা ফজবীনা মপাবু ইনখি। ফকলাংগা পান্ননা তুশিন্খি। কৈজুপ অমুক্ চেংমা খুম-জিল্লগা—

করিগী মীগী মচা ফুরি, ব্বা শেংদোক্লদা য়াত্রা?'

ফৈরেন্দা মকোক্লা কন্না থেংগ্রবোই, মউ শোক্লবা দামু স্বর থবেং-থবেং হোন্দুনা লৈরি, ময়া ইকা কারি। মশা শোল্লবী ফজবীস্ত হৌগংলকপা ওমদ্রি। খুংলৈ থুনা চেন্শিল্লকপা মুনালহু — 'করিনো পাজি, ঐগী য়ুমদা ইমাওমক্তদা। সাহেবসিনা কন্‌বীরকপগী, শেম্বী-রকপগী ঐ মী ওইরিনি।'

করিগী উশিত্রি, চঙ্‌ঙুম্ন হায়রমক্তদা। মাংবৈ চক্নু কাও পুহ্‌ন্নিংদবা, পেরুক্কা চাউম্বা, মায়জাম্বা।

মজা ইবেম্মশিং, দরবার মেম্বর মচা মগুশিং থাজদৌ তান্নরিবা সাহেবনি। পাজিগী করি লৈজরদনা?

করিনো. তাদ।—গম্ভীরনা হায়রকই।

রা শেংদোক্করে লোইরে, অমুক্ হন্‌বীরক্লম্নুকো, সাহেব। রাকম অসি হায়রগা মুনান্‌না খংনবহু তেশিন্নহন্‌খি। গম্ভীরগী থম্মোইদদি শাউনীংবা পোকখিদে। ভাব তাদবদগী থোক্‌খিবনি খন্‌খি।

মুমিৎ অসিগী মুমিদাংনি, কোংবদা মখোয়গী চুকান্দা গম্ভীরগা মপাগা রারী শানৈ।

গম্ভীরনা—হয়েংসি, ইন্কম্ টেক্স থিদবা য়ারোইদৌরি, অরোইব তারিখনি। পাজিদনা কয়াম্ লৈবা, কয়াম্ হাপ্পিগদবা।

শেল্ লৈতে, নঙ্ থিদোক্‌খো।

কলিকতাদা ওইরদি থিবা ঙম্মি, সিদদি খরা। পাজিনা খজিত্তং পাংবীদ্রবদি। পুথোক্‌পীরকউ, পাজি।

থিবা ঙমদ্রগা নঙস্মু হেক্ তোকউ, মরাইনা জেলদা লৈজখিনি। মা পোক্‌পদগী ঐ অমুক্ রারিনি, মীরা তারিনি।

'অঙাং ওইরিদৈদা মা-য়ু থকপ্রা লম্ হেনব্রা, রারকপা রাংপদগী থক্‌হল্লি নত্রা? কোইহল্লি, নত্রা? জুরার শান্নহল্লি নত্রা, শেল মাঙ্‌হল্লি নত্রা?'

'ঐনা য়ু থক্‌উ, মুগী কোইয়ু জুরার শান্নৌ, শেল লোইনা মাঙহল্লু ইন্‌শিন্‌ব্রা?'

'রারকপা রাংপদগী শেল মাঙ্‌হল্লি, ইন্কম টেক্স থিবা ঙমহল্লি, করিগী ঐগী ইনাক্তা, থারক্কে, চিঠি অতুক য়াম্না ইখিবদাই?'

'নঙ্ খোয়রক্লগা লৌশিল্লা য়াত্রা, নঙ্ করিগী খোক্লক্ত্রি ?'

'মপা মচাগা অস্মুন্না ঙাংনদৌ নত্তে, চিন্দা পাউদানদৌ নত্তে। মপা অমা ওইবগী ন্না তান্নবা, সুকয়াও য়াওত্রে। মুপাগী অরুবদি পাজি অরেপ্পা রা ঙাঙবা, ঙাঙ্খিবা ন্নানা অরেপ্পা ওইবা।'

'নঙ্নস্মু ঐঙোন্দা তস্থিরিবা, এঃ পণ্ডিৎ।'

'নত্তেনে পাজি, জীনী লৌউদা পাবুংদা সুরেসসি বীঃ এঃ ফাও তম্হন্নি হায়রম্মী। পাজিদি মপা অমনি, মুপা অমনি, করিগী ঙাক্ত্রিনো ?'

'নঙ্দি ঙাক্লেদা, নঙ্গী য়েংবা নঙ্বু মীরাও ?

'খোঙ্ তেক্তুনা লায়েংবা চৎপনি্ অমনা মতম খরা মনিপুর-দা মায় ওল্লরোই রাশকখি, চিঠী ফংবীত্রা ? রাশক থুগায়ববু মুপাগী মথৌরা ? সুরেসপুস্মু লাইরিক্ তম্হনসি থাজিল্লকউ হায়জখি, ঐতগী য়েংলিবা হায়বত্তুরা ?'

'করিগীনো নঙ্না দামুখোয়দা চৎলুরিবা, ফজবীগী অনাবা য়েং-লীবা ? লাইজাও খোক্তুনা মমায়স্মু চান্নবা, মীগী হুন্দোকখাক্তু, নঙ্না খুন্দোরিবা। হেক পুশিল্লকউ, নঙ্গা ঐগা শিমিন্নদৌনি। হে সত্য, ঐনা তৌবা য়েংঙ্।'

'করিনো পাজিগী পুকচেন্দো ? অহল অমা ওইবগী পুকচেল্লা ? মীওইবা জীববু, মুংশিবা, তুংওইনরগা ধর্ম্ম য়েংদনা পাপ লংশিঞ্জরিবা করিগীনো ?''

'এঃ ধর্ম্ম লৈরেদা, ধর্ম্মরাজ ওইরবোইনা। নমাবুস্মু ফুবা ঙম্বা, ঐগস্মু খৎনম্রবা, লাইরবনা পৎ-তৎলবা অত্তুগা ঙাইশেল ওইবা, ধর্ম্ম খঙত্রেদা।—'

'ঐনা হীদাক্ থারক্ থারক্তুনা, খুড়া কোকঙাংবু য়োলহন্বা করিগীনো পাজি ? অনাবা অচৌবদৈ জীবা খরদং অঙম্বা কনহৌনবা

মত্রা? ঐরু কাওবসু ফুখিবনি।'

'নখৌ নত্তনা থৌ থিরি করিগীনোবা?'

'হৌজিক্তি পাজি দামু রাবনা লোইরে, মথা তানিংঙাই লৈত্র-বনি। মখোয় জীব ঙাক্লি, জীবশিংসি কল্লরোইদৌবা।'

'মপাপকীনি শিসন্থু মোংফনদা খোঙ্না চবেৎ চাবেৎ নেত্তৌরিনি।'

'ইশঃ, হাই হাই—খুড়া কোকঙাংনা লিশিং ২১ হাৎলে, পাজিস্থু স্থুরেসকী শেল খজিক কাওবা তেংবাংনীংদে। শেল হাৎপনা ধর্ম্ম ওইরদি, মথা রা ঙাংনরন্থুসি। ইমাগী শ্রাদ্ধগী ঐগী শরুক্ চনী থমজরম্মগে'—পীশিনখি।

ইনকম টেক্স থিবগী রসীদ জীনীদা শিন্নরম্লে। গম্ভীরনা হায়-বদগী নরজিংস্থু ক্লাস ঐট পাস তৌবগী সার্টিফিকেটকা, কেরেক্টর সার্টিফিকেটকা পুরগা কলিকতা পাংমিন্নখে। নরজিংতি কলিকতাদা কম্পাউণ্ডর তমগদৌরি।

থামুক হৌগ্রে। কলিকতাদনি। মহাবীর জৈন ওজা দাসকা লোয়ননা রীক্সা অমদা তোংমিন্নরতুনা মিসন্ হোস্পিটাল তম্লকই। লম্বীদা লাক্লা-লাক্লা ব্লারী শানরি। ওজা দাসনা—

ছন্দক তাইবুঙোনা গম্ভীরবু কৌথোরক্লিসি ওস্থোক্লা লানখে মুঙাইখিদ্রে।'

'ইতৈমহুনা আশির্ব্বাদ পীনীংবা, অমনা মৌ ওইরবা ফজবীহু লৌরুহু, খল্লহুসি ওইরমাল্লে?

'মহুবু অরুবা ব্লা ওইনা লৌহুনা কৌথোরক্লিবা তাইবুঙোগী ব্লা খলদা ওস্থোক্লা পেন্‌খিদ্রে।'

সুরেসকী ইন্‌কম্‌টেক্স লিশিং ৮২ সু. ইবুঙো গম্ভীরবু থিহন্‌মাল্লে। মপাবুংদা শেংনদি হায়দ্রগা জীনীনা মতৈবুঙো কৌথোরুবা পংতক্লা হেক্লা তরুবা' ওইরমাল্লে।

'হেরা, লাল্লিদা দাদা' মকোক হেক্ লৈথোক্লগা পেন্‌দবা ফোং-দোকুনা হায়রকই। মখা অমুক্ তারকই—'মমা লৈতবা, ওস্থোক্লা থম্মোইশোকপা ব্লাক্মনি। লিশিং ২৮ অচৌবা শেন্‌ক্মনি।

মহুনা কোক্ অমুক্সু শাহন্‌বা। মমাল্লবনা মমিং মমায় হাই-গত্তথৈ পাল্লরা মতমদা মুমিং ১০ নি হেল্লা মাঙহনবা, মাঠা শাহনবা অহুবু হৌনব্লাও?' পরিক্ষাময়া হায়সিদি, থা অমগী পারা নোংমদা পানল্লিবনি।

'ভৌল্লিসে সিনি ওজা। মথুরাতোম্মা শিখিবা লাইরমন্‌বদগী, নীংথিনা লায়েংবা ওমদবদগীনি। লাইরবা ইমুংশিংগী, অনাবশিংগী মরীদা, ব্লা খরা হায়নীংঙম্ তৌমাল্লে।'

অহুবু অরুবা ৱাকয়নে দাদা, মমানা হায়রবহ্ন ইরেন্ মত্তোন্দা হায়বীরগা লোইরে।'

বাবা মহাবীর, ৱা মথা খুল্লক্তরে। ওজা দাসম্ন তুমিন্ লৈ-থোকপ্রে। ওহাক লৈরগা বাবা মহাবীরনা—ওজাখোয়গী নিঙোল-শিংগী মরক্তা প্রতিভানা ইতোপ তোঙ্গী, শাহৌস্ন।

পাজি গনকশিংনা নুখাক পীজন্নু, মঙ্গি নেৎপীন্নু, খোঙনা শোক-পীন্নু, ফিমন থোনবীন্নু হায়।

অসুম্না য়েৎন য়েৎনহুনা লাকপনা মিসন্ হোস্পিটালদা য়ৌরক্নে। ভেরেণ্ডা মশাংদা লাকপদা সুরেসকী কাদগী থোরকপা নর্স অমগা হেক্ থেংনৈ। ওহাক খান্নগা ওজা দাসনা—

'সিস্তর, তার রোগের অবস্থা কেমন?'

'ভয়-নাই, ভালো হয়েগেছে। কিন্তু গুপ্ত-শরীর ভাগতো কেটে গেছে।'

'তার জীবনে, কোনো মুকসান্ হবেনা তো?

না না কিছু হবেনা ভয় নাই' হায়রম্লগা নর্সহু অহুম্ চৎপ্রে।

মহাবীর জৈন্না—'করি হায়রিবা ওজা?'

'হকচাং মতোন্‌গী থম্বালদি কেন্‌খ্রে। অহুবু পুন্সিদা থোইনা অকায়বদি পীরোই, হায়রি দাদা।'

গম্ভীরগী আইরন চেস্টভগী শোক্লীংদবা শেন্‌ফম্ অচৌবা অমা লৌথোক্নুনা ইম্‌কম্ টেক্স খিনখি। মনেনা ময়ুম পাম্প্রি ক্লায়রকপী 'ফজবী' মতোং য়াওরমগ্রে, হামচংনরম্মে। মাগী পাজি দামুম্নু মরীং-জেল অমদি শাউগনবতা মঙাইয়গ্রে, মপাক্কলদি য়াওরমগ্রে। হেক্ মম্পোম্নচাবু লৌবা কোকওাংনা' অচৌবা শেন্‌ফম অমা হাংখ্রে। মসি পুম্নমক্কী মথক্তা নুংশিজরবী মমাগা কায়নরি।

উটিন নাটিন মেকনটিগী অরোইবা চহীগী পরিক্ষা লোইখ্রে। ওসি মেডিসীনগী প্রেক্তিকেল পরিক্ষা থোকই। মসি লোইরগদি গম্ভীরগী পরিক্ষা পুম্নোই লোইরে। মসিতবু য়ানা ওাইরক্লিবনি।

গম্ভীরগী রোল নম্বর অহুম্নি। পরিক্ষা হৌখিবগা পাংকুপ্ত কুই-দগুম নীংঙি, গম্ভীরবু কৌশিল্লকই। মথুত্তনা নাম্বা মশম অহু ইকা কানা উই, মকোই ময়াং চোম্মী, চান্নবা মমায় অহুসু হাওরেক কানা উরি। হন্দক মরক মশাসু কংথবগুম উই। এক্সটর্নেল এক্সামিনা-রনা কম্মু হায়বদগী চৌকিদা ফমথে। ওজা মুখর্জি, মঙোন্দা কুইনা য়েংবা ওমদে। প্রতিভাবুসু নীংশিংলকুনা মথুং ওইনা মমায় পায়-শিল্লগা তুমিন ফল্লি। এক্সটর্নেল এক্সামিনরনা ইহান্ হান্না ট্যিবর কিউলিস টেষ্ট তৌবগী মতাং হংলকই। গম্ভীরনা এক্সামিনরগী অয়া-বা লৌরগা চহী অমদগী হেল্লবা অওাংদা বীঃ সিঃ জিঃ টিকা থাবা তারবদি ট্যিবর কিউনলীন্ টেস্ত হান্ননা তৌগদবনি থুম্নগা বীঃ সিঃ জিঃ টিকা থাবগী মরীদা হেন্না শাংথনা নৈনরকই। নোর্মেল সেলাইন করিনো হংলকপদা মহুগী পাউথুম্ পীবগা লোয়ননা ফ্রি ড্রাইড ভেক্সী-ন্গা য়াম্নরগা থম্বগী মথম্ ফাওবা খুমজিল্লকই। য়াম্নরগা ওইবা চাং ফাওবা পীশিল্লকই। হেন্না খুমজিন্বগী অয়াবা এক্সামিন্নরদগী হেক্ হেক্ লৌই এসেলেরেটেড রিএক্সন্ হংলকপদা মহুগী পাউথুম্ পী-রম্নগা সেল মেডিয়েটেড ইম্যুনিটিগী মতাং পন্শিল্লম্নগা হেক্ পোক্লকপদা ওাইরিবা অওাংদা বীঃ সিঃ জীঃ টিকা থাহৌরবদি অহল ওইরবা ফাও-বদা টিঃ বীঃ না নাগদবদগী কন্বা ওম্বগী য়াফম্ ফাওবা হায়রকই।

মী ওইবদা অমদি শা, শন্দা নাবা, হকচাংগী কয়াং অতৈদা নাবগী মতাং হংলকপদা মহুগী পাউথুম্ পীরম্বগা লোয়ননা অয়াবা লৌরগা মীওইবগী থবোম্বীদা হেন্না শোকচিন্ হন্বগী মরম্ পীশিল্ল-কই। মথংদা লায়েংবা অমদি হীদাক্ থাবগী মতাং নৈনরকপদা ওইবা য়াবা রিএক্সন্ কয়া অমা এক্সটর্নেল এক্সামিনরনা হায়জিল্লকুনা

গম্ভীরবু শেরায়না লমজিংলকই। গম্ভীরনা করুথৎ করুথত্তুনা মহাক্না অচুম্বনি থন্‌বা মায়গেরোমদা স্থুম্ স্থুম্ পুশিল্লতুনা, কম্না য়েংনখি নৈনখি। এক্সটর্নেল এক্সামিনরগা নৈনবতদা পুখায়মুক্ চঙথোকখ্রে। ইন্টর্নেল এক্সামিনরশিংগী মতম ফংহৌদ্রে। অতৈ কেন্দিডেটশিংদি মিনিট ৫ দগী ৮ ফাওবা য়াম্লবদা চঙ্ঙি।

প্রেক্তিকেল মথৈ মুঙাইখি। ঙসিগীসু মুঙাই খঞ্জরি। পরীক্ষা লোইত্তুনা থোরকপদা হায়নখিবা মতুংইন্না, মরুপ অনী ঙাইরম্মী। মখোয় অহুম্মক্ হোস্তেলদা গম্ভীরগী কাদা চৎমিন্নখ্রে। মরুপ অনী খনম্নগা, গম্ভীর হেক থোকখিবগা এক্সটর্নেল এক্সামিনরনা হী সীমস টু বী এবনোরমেল। রেসেন্টলী হীজ মাডর ডাইড ওজা মুখর্জিনা ওক্ল-কই। ওঃ হোঃ সোরী। বেঙ্কী মতম চপ্ চাবস্বদগী গম্ভীর বেঙ্ক-তা শেল লৌথোকপা চৎখি। টেবল মথক্তা লৈরম্বা হীদাক থারক-পগী ফার্মসীদগী লৌরকপা বাগস অমদা গম্ভীরগী লাইরিক্ পুম্নমক্ রীডর ডাইজেস্ত অমদি মেদিকেল জর্নেল ফাওবা য়াওনা লোইনা হাপচিল্লি। ময়োম মচা অনীথকসু হাপচিন্‌খি। লোইবগা মথুম্ কুপশিল্লগা য়োৎপী অমুক থাজিন্‌খ্রে। ফিরোল মথৈনা তোঙান্না অমা য়োম্লি। গম্ভীর হেক্ লাকপগা বাগসতু প্রতিভানা স্কুলদা লৈ-রিঙৈ মখোয়দা টেক্সী অমদা পুরগা থিল্লুগদৌরিবনি।

হুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অমা তাখ্রে। ওজা দাসকী বেঙ্কী কানটিন্দা চা থক্লি। মপুক্লিংদা রাখল অমা স্থুম মওল মওল থল্লি। গম্ভীরসু বেঙ্কলোমদগী থোরকই। কানটিন মপা হেক য়ৌরকপদা, ওজা দাসনা—

'ইবুঙো গম্ভীর, লাকখো, লাকখো, চা-থকমিন্নখিসি উনবা ফরেদা'

গম্ভীর খাই লাউই। য়াদত্তুনা ওজাগী মনাক্তা চঙ্শিল্লকই। কমিন্নরগা গম্ভীরগী চা-অমুক কৌত্তুনা থক্কমিননরি। ওজানা—

'পরিক্ষা কম্‌দৌখি ?'

'য়াখি ওজা, ঠিওরীতগা করম্নদি মুঙাইদৌনি।'

'দশানদি, চহী মওাদি খরা খাঙ্খি তারে। কদোমদগীনো হৌ-জিক্ থোরক্লিসিনা ?'

'মেয়নেজরনা চা-থক্নিসি হায়তুনা ওজা।'

'উম্। প্রতিভাগী লুপা ১২্ দং লৌথোকপা লাকপনি। য়েং-লক্নুনা মন্নুং চঙ্লগা থিগংনৈ। য়ারে। ইবুঙোনা ডিপোজিৎ খরা তৌবীরম্মাল্লে ?'

'অহোই ওজা'—মরু হেক্ লুকথখি।

'মাগী লৌথোকপসি থাদা ১৫্ অমুক্তা য়োদে। লুপা চামরী রোম্ বেলেন্স লৈরদি চহী অনীসিগী ওক্লনি। চাতরেংনি হায়গী বেলেন্সসি। ইবুঙোনা অমুক্তা হাপচিন্‌বীরম্মে।'

'বেলেন্স খঙ্ব্রা ওজা, মাবো ?'

'তাক্তে, খঙ্দে। খঙ্হনবগী অক্রবস্থু লৈ ফত্তবস্থু লৈ, মতম চানা খঙ্হন্নি। ঐনা অওম্ অওম্বা খরা খরা তুংশীনবীবনি সিনি মানা থাজরিসি।'

'খঙ্দে ওজা, মাগী আশাসিদং থুংজরদি মুঙাইনি।'

'অহুগীনি ঐনা শীন্নিসি। ইবুঙোগী ডিপোজিটসি য়াম্মল্লনে ?'

মথুবাক ওইনা মমায় পায়শিল্লগা থংলুক্ লুকথখি অহুগা তপা—

'শেল য়াংপনা মরম্ ওইহুনা থম্মোই থংপীক্ পীক্‌শিল্লক্লদি পুক্লিং হঙ্গানরক্লদি, মহাক্কী আশা ময়োল থদংপীবা থোকনি। মহুগী দমক্কনি ওজা।

'মত্তেগা য়াগা চঙ্হুনা অপোকপা মপা থাকনি, হায়খিবহুগা ওজাগী য়াত্তাসিগা চানরকপদগী মমায় হাইগংলক্লগা—'অতৈ করি-

মস্তগী নচেদে ওজা'— গম্ভীরনা মথা তাম্লকই।

'করে, ইবুঙো। কদৌঙৈ ইম্ফাল থোক্লদোবা ?'

'নবদ্বিপ চৎচক্লখিগে ওজা ঙসিমক্।'

অহলছ উনবনিনে, য়াৎরোই হায়দা।'

'মানি ওজা। পুয়াগী রাফমছুক্তং শেংদোক্লজহোগে, হল্লকপগা মুক্লেলকা থোকমিন্নরনি।'

'করে, করে, মঙ্গল ওইয়ু।'

পূম্নমক অসি মঙনি ওজা, মঙদা থোকখিবগুম তৌই। ঐ হৌজিক মঙ কাওনদ্রি।'

গম্ভীরগী মচৌ অহুদা ওজা দাস পূক্লিংথুক লাউখি, পিনৌদবা ঙমখিদে।



হোষ্টেলদা গম্ভীরগী কাহ্ন হন্দক মরক থোঙ লোন্দুনভা লৈবা উই। মহু উবদা প্রতিভাগী পুক্নিং অমদি কাথল তয়াং ভশোইরি। ফেকলটিগী অরোইবা চহীগী পরিক্ষা হোৌখ্রে। মসিনা অমুক প্রতিভাগী মুংলাংবা হেন্সংহল্লি। ইকাই ইকি হুন্দোক্লুনা মথুরাদা হংজরে। মথুরানা —

"গম্ভীর ওরাং অহিং থেংনা কলিকতাদা থুংলে। ওসি অয়ুক পরিক্ষা য়াওরি।" মহু তাবদা প্রতিভাগী পুক্নিং নেতাজরি। অহ্নবু কদাইদা তুমিন্না লৈহনা করয়া পরিক্ষা থারিবনো হায়বা অহুদি প্রতিভা খঙবা ঙমখিদরে।

অনীশুবা চহীগী ফেকলটিগী পরিক্ষা থাবা হেক লোইবগা, প্রতিভা গম্ভীরগী খোঙ্গুল লীরকই। অহানবমক্তদা মনিবাবুগা উনবা লাকই। মনিবাবুনা—"সাহেবতি নবদ্বিপ্তা চংখ্রি। কৈদৌঙৈ অমদি করম্বা মতমদা লাকদগে করিমত্তা হায়রমদে। য়াম্না মুণ্ডাইভবদি অপুনবা অমনা পুবশুম্বা ইভাউ তাউনা লৈবাশুম্বা অমা উই। নীং-থিনা কাজিন্নগা লায়েংহৌবনা ফগত্রা খল্লি, সিস্তর,

মনিবাবুনা য়াহৈ খরসিতা হায়রকপদা, প্রতিভা হীক হীক, হীক কপ্লকই।

মুমিদাংনি। হকচাং মুণ্ডাইতে হায়শিন্নহনা ফমুংদা গুস্তা চঙ্গ্রবী প্রভিভা মপুক্নিংদা মওল-মওল খল্লকই। মাগী তামোনা মাবু উন-রোইদবগী নাথৈহনা লোংনা লোংনা চংলিবহুগীম্নু খল্লুবদা মুণ্ডাই-রক্লি। মখোয় অনী কায়নবা, মুমিত্তা মাগী তামোনা মরু লুক্থা, মোল্লি মোল্লি, থরাই মুণ্ডাইভনা চংখিবহু নীংশিলকই। মপি

নৌরকই, হেন্না হেন্না মুংহীঙ্করকই। ব্রাহৈগী থাংহাই খজিক্ হেজিন্-খিদুনা হেন্না মাগী খম্মোইদা চৈনাখোল পীরক্লি।

মাগী তামোগী কোটোয়ুমদি মতম পুম্বদা চৈংনা থাগোঞ্জরি।

চেপ্পা হীপ্পম্বদগী অমুক্ লোংনা হীপ্পক্লে। সীলীংদা মুন্না য়েং-লগা মাগী হৌখিবা পুন্সিগী ইতিহাসকী লমায় কাক্তোক্লকই। অহান্-বদা উরকই—'চহী ১২ রোম্‌গী মমাংদা থোক্‌খিবা থৌদোক্লি। বাবানা কলিকতা সহরদগী মাইল ১৪ লাপ্পা লৈবা খুঙ্গং অমদা এলঃ পিঃ স্কুল অমগী হেড-পণ্ডিত ওইরম্মী। ঐনা চহী ৬ লোম্ শুরক্‌পা মতম্ অহুম্বাইদা খুদ্ অহুদা লৈবা য়াদবগী থৌদোক্ অমা থোক্ল-কখি। বাবানা ঐবু লোন্না পুরক্লুনা সহরদা কাকাদসতা শিন্নখি। পংকুইকুইদে, কাকা দাসম্ বেঙ্গলী স্কুলদা ওজা ওইনা খনবদগী ওর্ডর অমা ফংদুনা কাকা ঐখোয় অনী ইম্ফালদা লাক্লে। কুইদ্রে ঐসু লাইরিক্ তম্বা অহুম্ হৌরে।

ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুঙাইবা মতম্ অসি ইম্ফালদা চহী ১০ লৈবা অসিনি। পুক্লিং য়াম্না ঈংনা শান্তিদা লৈ। লাইরিক্ থরাই য়াওনা পুক্লিং চঙনা পাবা ঙম্মী। কাকানা তাক্‌পী তম্বীদুনা অনৌ-অনৌবা জ্ঞান্ তান্‌শিন্‌বা ঙম্‌খি। ইংরেজি, অঙ্ক অমদি সাইন্সতা হৈনবী ওইখি। কলিকতা ইউনিভার্সিটিগী মেত্রীক্ পরিক্ষাদা মনি-পুরগী ওইনা ৪ শুবা পোজিসন্ লেপ্‌খি। ঐগী পুন্সিগী আশাদি, ডাক্তর তম্বনি, মহু কাকানসু য়াবীখি।

অনীশুবা লাঙ্গাংও মনুংদা ইম্ফালদগী কলিকতাদা লাকপদদি কদাইদা তাই? লাদা তাই হায়গুম্লদুনা সহরদগী মাইল মরী লাপ্পা লৈবা তারাগী য়ুম অমদা বাবাখোয়গা লৈমিন্নখি।

ইচেম্ অউনপোৎ শুনা পীদবগী তাম্থোয়দুনা ঐখোয়গা লৈমি-ন্নখি। পীদৌরিবা অউন্ পোৎনা শেল ময়েক্ ওইন্না লুপা জিলিং

মঙা, শ্না ওইনা য়োহন্ন তন্না অমিনি। ঐখোয় পূন্নমক চান্না নাম্মা নান্নত্তা পীজন্নগা, বাবানা পৈশা তুংখৎপা ত্রৌখি। মসিনা ঐগী থম্মোইমুংদা চাক্লিবা মৈন্নীদা নৌনা ঘী হৈজিন্নকখি। ঐখোয় পূন্নমক য়াং কংশিল্লকপা, ত্তাইফেৎ তাইশিল্লকপা, শোম্বন্নকপা মতৌমু উবদা নোংমা কাকা ঐখোয়দা লাক্কুনা ন্নাফম্ অসি নৈনখি। চহী অনীন্নোম্‌সিদা বাবানা লুপা ৯৬্ লোমদং তুংশিল্লমী। মহু উবদা কাকানা — ‘শ্নুম্ তৌবীরো দাদা, শেল তুংশিনবিরুরন্থ, মচে য়ুম্ পাল্লসন্থ।’

‘ইকাইন্ননে অহুবো?’

‘মন্দোমচা অনী লুহোংদ্রি, হৌজিক্‌মক্ নৈশাবী শরী ওইহুনা নৈ। চেখাউ শাহল্লু, শেল্ কন্না তালহল্লু। চেং ন্নানবদমু কান্ননি।

‘প্রতিভানা কম্‌দৌবা, কেরানিন্না, করিনো অমত্তং তৌহল্লদি কদৌবা।

‘মাগী আশাদি অতিয়া তন্নি, ন্নাতোন নত্তে, দাদা য়ারোই। মাগী খন্‌বীরুন্থ ঐনা শিন্‌বা য়ারন্ননি। মা ঐগীদা থম্মনি, টিউসন্ তম্‌হল্লি। ঐগা চামিন্নরনি মাগী চেং দরকার নৈত্রেদনা?

মতমসিদা তামো কলিকতাদা শেল থম্‌জিনবা, পোৎচৈ লৈবা লাক্‌খি। অমুক্ থবক্ অমা চৎখিবা কাকানা অমুক্ তন্‌হন্ হল্লক্কুনা ‘তামোগী শেল মশীং থিবা মতেং পাংবিয়্ হায়রৈ। তামোগা উনগনি খনবদা ঐ খঙ্‌হা হন্নাওখি। আশাগী মঙাল অমা উরকখি। নীংশিংলকই — অচৌবা অহোংবা অমা খংপু পুরক্ত্রি মখৈ, মী উনখিরোই, ন্নাঙাংনখিরোই। মহুদা ঐনা হায়খি তামো, লক্ষ্মী ইমা ইবেম্মনা চেৎনা চান্না থাগোনবীরা ওইসন্থ।

‘পুন্সিদা অমুক্ হন্না উনরেরোইদ্রা খল্লুবা তামোনা মফম্ ইথঙ খঙ্‌ দনা লাক্‌পা অত্থদা ঐখোয় অনীমক্ মুঙাই, হন্নাওই।’

তামোনা মতম থরদং কলিকতাদা লৈরম্বা মতম অসি, ঐগী পুন্সিদা মুঙাইবা তাঙ্কক্ অমনি। মতম থরা অহু ঐ মঙ্দা লৈবগুম্ তৌখি। ঐগীনি হায়না লৈবীবা পোৎ পূম্নমক্ পুরকই। থর লৈ-রগা কাকা দাস সীটি কলেজদা ওজা ওইরে; ঐসু অঙাংশিং টিউ-সন্ তম্বীরি। ঐগী আশাগী মঙাল অসি থরা ময়েক্ লাইকপগুম্ তৌই।

'থামুক্ ফাণ্ড্রে। পংকুই কুইদনা তামো অমুক্ কলিকতাদা খোঙ্ তেকপা লায়েংবা লাকখি। অশিবা মী অমগী মতৌগুম ভাব-মেন্ তাদবা পদ্রাক্ তাবা ফিবম্ অহুদা ঐ মুঙাইখিদে, পংকপ্না কপখি। অহান্বা মুমিং ১০ নিমুক্তি, কাকাগা ঐগা মিসন্ হোস্পিটালদা লেকুনা, সেবা তৌখি, লায়কন্নখি। তামোদা হংলগা মানা চানীংবা ইনশাংতা খোংহুনা চাহুনা ঐখোয় অহুম্নক্ হোস্পিটাল অসিদা লৈখি। কাকানা খরচ পূম্নমক্ তৌখি। মুমিং ১০ নিমুক্ শুরদগীনি ঐখোয় য়ুম্দা হল্লে। ঐবুসু কাকানা বাবাখোয়গা লৈমিন্নহল্লে। মুমিং খুদিংগী তামোনা চানীংবা ইনশাং-নাপী, ব্রেক্ ফাস্টকী মচল লিস্ট অমা ইরগা, ঐঙোন্দা শেনগা পী। ঐনা মহু অমুক্ ইচেদা শিন্নে। ইচেনা লৈরক্পা পূম্নমক্ ঐনা অমুক্ হোস্পিটালদা পুরকই। হো-স্পিটালদা লৈরিঙৈ তামোসু ঐসু ডাক্তর তম্নবা মিং চন্থি। মহুনা খ্বাইদগী মুঙাইবা পুন্সিগী তাঙ্করি।

ইতিহাসকী লমায় খুমুজিনখ্রে। মমিং তরু তরু পাংলহুনা সী-লীংদা য়েংহুনা লৈরি। মখোয় অনীনা কায়নখিবা মুমিংকী দৃশ্য অহু খঙউ উরকই। উরকপগা মপি নৌরকই। নুংহীরুবা সুম্ সুম্ হেঙিল্লকই। পিহু মথন্নতা জোরো জোরো শীম্বরি। হায়রকই—'ঐনা লান্থ্রে, ঐবু ঙাক্পীয়ু। অহুবু ঐগী পুক্নিংনা চাওথোকচবা অমদি লৈরি। ঐনা ঙাংখিবা পূম্নমক অহু করিগীদমক্তুনো, খজিক্ খম্বী-রবদি লায়না ভাব তাবীবা ঙমগনি। অহুবু তামো মপোকসিগী

ঙাক্পীফম থোক্লবা দোষ অমদি তামোগী মফমদা লঙ্‌শিল্লখরে। য়াহৈগী থাং-হাই খজিক্ হেল্লিনখিবদো, তামো ঐগী মায় য়েংহন্‌নু, ঙাকপীররোইব্রা ?— হীক্ হীক্,-হীক্ হীক্ কপখরক্লি।

ওহাক নৈরগা কপ্পা তোক্‌থোক্লগা মথংগী মীকুপ্তা, মমিং লাও না পাংথোক্লকই হায়রকই —

'তামো, ঐবু ঙাক্পীদবা য়াদে, ঙাক্পীয়ুকো তামো। নুংশি মৈচাক্কা, সমাজ থক্-খা-ওন্‌বগা কনানা কনবগে হায়বগী চাংহ্নদি য়েং-বীরম্নু। চহী অনী হৌরে, চহী অনীতা মঙাইরক্লে। মিৎ-না চেজ্জেং উইশিন্দুনা লোইশিল্লখিগে তামো।

'লান্ চংবা, ঐ শোয়দনা, লান্ চংগনি। অহবু খুৎলায় য়াওদ্রবদি মায়পাক্‌পা, মঙ্গল ওইবা ওইথোক্কে। ঐ ডাক্তর অমা ওইগনি, লেভ্রদবা ভলব ফংলবা কান্দাদা লান্ চংগনি। তামোনা ঐগী মতেং পাংবীয়ু। নহাক্তি নুপানি, নুপা থোকপা নুপানি মায় পাক্লবা আশির্ব্বাদ পীনবীয়ুকো, তামো।

---

ইম্ফাললোমদদনি, লাল লোইরে। ইম্ফালদগী অরাম্বা খুঙ্গংদা লাল চেল্লবা মীওইশিংস্থু ময়ুমলোমদা হঙ্জিল্লক্লে। ইম্ফালগী নিঙোল কয়া খুঙ্গংদা ওংহৌই, খুঙ্গংগী নিঙোল কয়াস্থু ইম্ফালদা ওংলকই। মরল মথুম্ তাক্লবা, মাঙ্নবনা অয়াম্বনি। লাঞ্জেনবদা চেন্‌মিন্নখিবা ইমুং অমগী মীগী মশিং শুনা হঙ্জিনমিন্নরকপদি, খুৎ থেক্তুনা মশিং পাবা য়ারি। খন্না খরাদি মশীং ইরাৎ মরাৎনৈ। ইমুং মুৎনা শিহৌবা পূমুং মুৎনবস্থু য়াওদবা নত্তে।

মী ৬ নৈরম্বা দামুগী ইমুংনি। অহুম অমা লৈখিদ্রে। মহাক্কা মচানুপী অনীগত্তা হল্লক্লি। কন্না কন্না নাক্লবগী ওন্না মশা ইশোন্ শোন্নরি। অমাংবা অকংবা, শন্থি শন্‌য়ুংনা পুমচাই চাইরন্নবা দামুগী য়ুম্নি। নোংমদা হাজিরা অমদা শিকিমঙা পীতুনা শেংথোকহল্লি। মমাঙ্‌থোঙ্গু মনীংথোঙ্, মিহু:থোঙ্ অনৌবা হাপচিল্লে। খরচ পূন্নমক স্থরেসনা পুরি।

হুমিদাংনি। দামুগা মচানুপী অনীগা মনীংদা রাপল মখোঙ্গুদা থবক্ শুরি। শম্থোঙ্‌দা হৌরম্বা হৈনৌ পাম্বী চাকশঙ্ ময়াদা হৌ-রম্বা চোরকোন্ পাম্বী ওন্না য়াম্থোক্লম্লে। রা ফাওবা ওন্না য়াম্থোক্লম্লে। শম্থোঙ্‌গী য়াম্থোকপ্রবা হৈনৌ পাম্বী মখোঙ্‌দগী স্থমতীবু থোঙ্‌কাপ্ তরেৎ অরাংলোমদা চৎহল্লি। তরেৎ হেক শুবা মফমত্তুদা চৈ অমা স্থংশিল্লে। মহুগী মপামক্তদা নোংচুপ্তা রাপল্ মখোঙ্‌দা স্থমতীগা মচেগা চঙ্‌হুনা লৈবাক্ তৌহল্লি। দামুনা ফন্না-ফন্না মখুৎ ওইনা লৈবাকশিংহু হুন্দোক্লি। রাপল মখোঙ্‌লোম[illegible] গন্নস্তিনা অমুক্ তৌ-হল্লি পুং অনীরোম্ তৌরক্লে, করিশুম্বা অমত্তা খোংনদ্রে। দামু মথন্নাই

হায়রকই। মচামুগা পাথংদু লৈরম্লবদি, খুংলম চাগদবনিকো খল্লুবদা, মমিত্তা মপি তারক্লি। অরাংলোমদা থগায়মুক্ রাপল মখোঙ লোমদা হক্লিন্না সুমতীবু থাংজোনা অমুক্ ভৌহল্লি। নায়বসু মহাক্না থরা মকল্লি। দামুনা অমুক লৈবাক অছু হুন্দোক্লি। হুন্দোকপা হেক্ লোইবগা সুমতীনা থাংজোনা ফৈনা তৌশিল্লি "কাক্" হায়বা মখোল্ অমা মখোয় অহুম্মক্ তাখি। দামুগী থম্মোইদসু কাক্ লাউই। নুঙাইবনা মশা পুম্ব। পুমশাং শাংলি। সুমতীনা খোক্তোক্পোই লাক্-পোই সুম্ তৌশিল্লি, দামুসু সুম্ লৈবাক হুন্দোক্লি। দামুনা চঙ—শিল্লগা সুম্ সুম্ লৈবাক্ খোক্তোকপদদি কন্-কন্ লাউনা কোর্ফু থেংনরে। হায়রকই—'ইপা ইচাগী নুঙাইজরো হায়বা মতম্ শুর-বোইদো'—মোমোন্ হেক্ নোকুই।

মহাক্না থীরিবা মরাইবক অসিগী খল্লুবদা লৈরম্লরোই চপ্ চানা খল্লুরবনি। লান্ মমাঙদা মহাক্না মহাকী নুপীগনা অহিং অথেংবদা ফুম্লম্বনি। কোর্ফু অমগা কোর্ফান অমগনি। চাঁদিগী লুপা ঙাক্তা হাপ্পনি, মমায় কোঙোনা খুল্লগা রাং শৌশিনবনি। দামুগা মাগী নুপীগনা শেম্খিবা খুংফম্ কায়দনা লৈরম্মী। মতুতা নীংশিংলুবদা অমুকসু মপি তারক্লি।

থা অমরোম্ হৌখ্রে। ক্ষতিপুরোন্গী দরখাস্ত থাখিবগী ইন্-কারী লাক্লে। দামুগী য়ুম্ অহুম্ য়াওরি। অহুম্মক্ তুম্মৌ নাকুপ্পীনা থানা, ফজনা কুপ্পা ঙাক্লি। সুরেসকীসু ৭ য়াওরি সেমী পাকা ঙাক্লি। য়ুম্ফম্ অমদি ফক্লাংগী ফুট ২½ চেক্না শাবা ঙাক্লি জীঙঘনা লৌশিল্লগা তুকান্দা থম্লি। পুম্নমক্তু উংখি। কুল্লাখোয়গী য়ুম্ অহুম্লি পুম্নমক্ সেমী পাকা ঙাক্লি। য়ুমজাওদি হাম্লগী মফমদা হাম্লগুম্ নৌনা অমুক্ শাগংপনি থুমখি। য়ুমকম্সু ফক্লাংগী ভ্রকটি রাল ফাওবসু চেক্ ঙাক্লি। মিংশেল মথুমগী য়ুমশানি। শাবা লোইখ্রি। শঙ্গাখ্রি।

অয়ুক্কী পুং ৯ লোম্ তারক্লে। অরাংতুকান্দা তুকান্ ফম্লিবী

কুল্লাগী মমাগী তুকান্দা দামু লাকই। কুল্লনা জীপ্ অমদা পুরক্পনি। থনল্লগা অমুক্ সীনেমা হোল্লোম্‌দা চৎখ্রে। দামু উবদা কুল্লা মমানা—'তাদা, চা কান্‌খিসি লেঙ্‌খৎলকও।'

'হৌজিক্‌পো কোংবা কৈথেলদগী লাক্‌পনি। গম্ভীরগী লৌশু য়েংনুরে। কবো নৈকাইদা—'থাবা মেমোরিয়েল ক্লীনীক্' য়েংলকই, গম্ভীরগীনি হায়য়ে।'

মোরা অনীথক্ কুল্লমমানা পুথোরকই অমম্ম্ থারি অদুগা—'মোরাদা লেঙ্‌শিনবীয়ো, তাদা।'

মাগী লো অসিদি মতা ফনা তাখ্রেদা নৈপল্ তাখৎলিবনি ফৈ।'

'তা-গোকুলগদি করি-করি ৱারী শারকই?'

'ফৌ হেক্ লোক্‌পগা হঙ্গাম্ থাবা, মরু মন্ ২০০/৩০০ য়োম্ লোক্লি, শেলগী শেল মরুনি হৈ, কুল্লামমা।'

মনাকোং ময়াদা চঙ্‌শিল্লগা—'করি ৱারী শারকে, তাগোকুলগা?

'চাওনা লল্লোল্লি, চুপ্নি পায়বা হায়দো মাল্লি। নঙ্‌গীসি লিশিং তরারোম্‌গী মাল্লা?'

'মঙ্গুংদসু নৈ, কুন্ হেল্লে।'

'এঃ নঙ্‌মরুসু? ক্ষেটিপূরন কয়া কংহৌই?'

'লিশিং মঙা। সুরেসকী ১০, ডাক্তরগীসু ১০, গুনসিংগীনা মঙা।'

'য়ারোই, য়ারোই, ঐ দরখাস্ত থানি। ঐ, মঙাদা পীবা য়াব্রাও?'

'থাউ, থাউ অঙাওবনি, মরাইনা লংনজনি। ললোন্‌বনে, ললোনবা। ইম্ফালগী ইরাংদি খঙ্‌ব্রে। লম্বান্ খুন্দোন্দা চহী ৪ লোৎলুরগা।'

'নওংনা ফম্লি ছুকাম্‌সি কনানা লৌখ্রে, রমেশ বাবুগীসে?'

'ইবুঙো সুরেসনা. মথংগী একাগাড়ী য়োল্লিসে ডাক্তরগীনি। ডাক্তরগী কারবারনি।

'তাস্লেদা, শেল পায়রগে সিনিনে। ঠীকাসু ভৌহৌই, হায়দাই-নে, মাবো,? গোকুলনা কারবার চুক্লি পায়বা, গম্ভীর মচীন্‌ মনাউ-না, ছুকান্‌ অম্‌মন্‌ লৈবা, নঙমক্লসু তরা-কুন্‌গী কারবার তৌবা মঙনি। কুল্লা মমা মঙ্‌নি হৈ।'

মতম্‌সিদা মচামুপীনা চা গ্লাস অনীথক্‌ পুরক্লগা পীরে। কুল্লা মমানা—'রাভাসিদে, চা-কা হেক্‌ পীথক্লীংদেদা।'

দামু তাদে. চা পায়থৎলগা থক্লি—'হাউথ্রেদা,—খৌরাংনা লৈর-মগ।'— চা হেক্‌ য়োংশিন্‌খিবগা মখা তারকই — 'তাও, কুল্ল-মমা। মৈতৈ মচাই মনুংদা, চাউনা ছুকান্‌ ফল্লম্বা দামুনি। লিশিং থরতনা ওল্লম্বনিদো সিঃ সিং সিঃ সিঃ—থক্‌ খা ওল্লরে, থক্‌ খা ওল্লরে'—য়া-নীংদবা উত্তুনা মঙক্‌ ফৈনা ফৈনা হাইরি।

মতম্‌ অসিদা মীয়াম-চল্লবা মী অমা একাগাড়ী অহন্‌বা অমা ভোংলগা লাকই। স্টেপ্টা লেপ্‌হল্লম্লগা ছুকান্দা হেক কাখৎলকপদা 'ইভাও, দামু নত্ৰনে? মুন্না হেক্‌ য়েংঙি। মখা তারকই—'মানিনে।'

'না-থর তাথিরে,'—নাকোং ময়াদা কুল্ল-মমানা হায়রকই।

'শিবু শিত্রদি উনরকইকো, ইতাও'—মনাকোং ময়াদা চঙশিল্লগা হায়রকই।—মখা অমুক তারকই—'য়াংগ্রে, য়ামগ্রে খঙ্‌না চাম্নবা মরুপ মপাং লৈখিদব, লাঞ্জেল্লবদা।'

ইতাওগীদি কম্‌দৌই, মশীং শুত্রা হঞ্জিল্লকপদা?'

'গোবিন্দগী কৃপাদগী ইতাও, শুই। চেন্‌বা ঙাক্লসু চেনদবা ঙাক্লসু, শিবা নত্তে, ইতাও। সাইরেন্‌ হেক্‌ খোংবগা কোম্‌দা লোং-পা, খোংলক্লিঙৈ শুনবা নোম্নবা ঙাক্লি ইতাও।'

কুল্লা মমানা মোরা অমা বান্শিল্লকই। মুপাহুনা—

'কুইরোই, ইবেম্মা, 'পাসীংসো' দো উপু অমা, মৈথেং উপু অমগুগা পীয়ু।'—লুপা মঙা চংপী নোট অমা পীখি। দামুনা অমুক্ ওবশিল্লগা—'অঙাংশিং শেন্ তান্বা য়াওদ্রনে ইতাও'—মাস্থু নারুর-ম্মাল্লে, শকক্ম খিনা হোংলে।

'য়াওদে। চহী ৪ লম্বাল খুন্দোম্দা লোংলুরগা হন্দক্লা হো-জংলকপনি।'

'ঐগীদি অঙাং মুবী মখৈ থৈদোকৃই, মুপা মখৈ চেন্দে। তা-ম্থোকই, অহুম্ থৈনহুনা লৈ।'

'চেং-চাক্ তাংবা মতমদো কম্দৌখি, মন্দা ৫০ য়োখিবদো, হাই—হাই লুপা অমত্তা পীরম্বনিদো।'

'ক্ষেতিপুরনদি কয়া ফংঙি?'

'লিশিং তরা। শেলনা শেল তান্বনি, ইতাও।'

'অহুনা গাড়ী অহন্বা তোংলিবা, কুল্লগীম্থু অমা লৈরে-তু—মঙক্লা হেক্ খিল্লিবহুদা তাকৃই।

কুল্ল-মমানা 'পাসীংসো' উপু অমগা মৈথেং উপু অচোইবগা পীশিল্লকপদগী মুপাহুনা মচৈ অমা শত্তুনা লাল্লগা অমমম্ থক্মিন্নরি—'রুড-বাইও'দো থক্লম্মিদো ইতাও, ঐদি।'

গোকুল বাবুনা অমা লাল্লম্মী, অশিবা হংবা লাকপদা, মহাওই ময়াই।'

ইতাও ঐখোয়সি ব্বারকইদা, শনগাড়ীদা ভিমাপুর চংমিন্নরক-পনিদো। বানা তাল্লকইদা পৈশা।

ঐখোয় মঙা অমা তরা অমা চংমিন্নবগী ফবনি শামু থেংনবদো কিগ্রেদা। জঙ্গলদো মৈ হেক থারকপদা শমুগু কায়হুনা হেক চেন-খিদা, কৈনা থেংনরিবা লৌত্রাওবীনা থেংনব্বিবা।

ফুক হেক হৌগৎলক্লগা—ইতাও ঐদি নচানুপী অহন্দা অঙাং উনদৌরি খৱা হাথু হাথুরে। অমুক উনখিসিকো?

মুপাহ্ন চৎখ্রে দামু মভোমদা চুরুপ থকনা থকনা রাখল খল্লি। কুল্লা মমাহ্ন মচানুপাদা দুকান শিন্নরম্লগা মান্না পুরকপা মোৱা থার-গা দামুগী মনাক্তা ক্ষমথে। হায়রকই—কদাই কদাইদনো তাদা লৌ-ত্রাঙবী থেংনৱিবো।

মরাম লাইরৌদগী হৌরে, ইনকহেক নকপদা। খৱা লাম্নদনা পিপিম্না, ঘাসপানি 'হোইস; হোইস; খোংলকপসি ওইরে খোম্নদৌ ফুক্লিসি।

কিবগীরা তাদা?

কিসু কি, য়েংসু পংয়েংদা য়েংনীংঙি, পাখংনিদনা। লাম্না খোং-খিবোই নিংই, ইনক নকনা হেক্তা লৈরম্বা, খংপ্রেক খংপ্রেক খংঙি-নিদো। খোঙহাম থুৎহাম্বা মত্তোমতগা থোকখিবা ফাম্রিনি।

কৌদোনবা তাদা?

মুপা ওইনবনিনে। মোংশোং মরক্তা, উথক্তা থম্বীরিনি। থুয়াশি পাত্থুৎ পামা লেকথোকইনি, চৎপা ঙমদনবা চেনখিদনবা।

করি করি পীজে অহুদি তাদা?

মখোয়না ফাবা মথে। কংশি শিবনা অয়াম্বনিনহে ভাব তারি-কো—চপশিল্লবা চাইরুংহৃদা মোমোন্ নোক্লকই, ময়া হিগৎলক্লগা—য়ুম্বাঙ্মোম্নি কুল্লা মমা খরাহ্ন মনোকসি।

মোমোন হেক নোক্লগা কুল্লা মমাহ্ন—উম, তাদা খুম্লকই।

উপথুননা ভুখিবদা হৌগৎপা পাক ঙমপোৎ নত্রে।

খুদিং খুমাঙ ওন্না পাম্লি হায়নৈ।

রাংই, চাওই, মখুৎ শাংঙি, রাউথাংনদা ভাংলৈদৈ। চুরুপসিবু

লোইশ্রে কয়দোবা ?

কুল্লা মচেনা অকবর উপু অমগা মৈথেংকা লান্নশিল্লগা—

'অকবর লৈরে, পাজি।'

'কয়া কয়া পীরি হা ?'

'লুপা অনী-মখায় লালটেল্লা অমা মখায়।'

'ইশঃ ইমা-ইমা-ইমা। পৈশা অমা মতেক্ অনী কাদা পীর-হনি।' অমা লৌথোক্লগা থক্লি, রাখল অমা সুম্ থল্লি, অদুগা, শোন্‌খোই লাকপোই,—'মতেক্তা পীরম্বা চা গ্লাস পৈশা মরি।'

গাড়ী ফোৎপস্‌ পৈশা মরী। শংবাইদা, শিকিদা পীরম্বা, লুপা-গীনা শংবাই-মগা ভৌরম্বা ফৌনা, শংবাইদা ২৫্। পৈশাতা পীরম্বা কা মত্তপস্‌ পৈশা মরী। শিকিদা পীরম্বা থুম্না, সেরদা লুপা ৩্ (অহুম্)। পৈশা মরীতা পীরম্বা, কেরোসীন্না পরাদা লুপা, অচা-থাউনা লুপা ৬্।

মনাকোং ময়াদা চংশিল্লগা কুল্লা মমানা—

'করিনো মুরুম্ মুরুম্ শোল্লিবো, তাদা'

'শিকিদা পীরম্বা ডাক্তিন্না লুপা ২৫্। লুখ্রেদা, হক্‌চাংনগা শো-জিনলক্‌পানে, নচা মুপী অনী তাসে করম্না হিংহৌনি ভৌরিসিদি ?'

সুমতীগীবুদি ঐ লৈরি, ফজবীদো থুনা থাজথোকখ্রো।

ড্রাইভর লৈত্রেনে থাজনবা।

ডাক্তরখোয়গী ড্রাইভর ৭ লৈ, অহুম অমা মঘুম পাল্লি। ফজবীনহুম হল্লম্বি। অনৌবা ড্রাইভরদি য়াম্না লৈরবনি। তলব ৬০্ থাদা।

থাইনগী ড্রাইভরহুবুনিমে। তলবতি য়াম্নীহে। অদুক য়াম্বা গাড়ীদি মখোয়দি কদাইদৈ ?

মিলিটরীগী। এসোসন হায়রা মহুদা ৫, পোংচৈ হোন্নবা অনী অমগা।

চীংমৈরোংদা রাংনা পৈরিন্থদগীরা?

হোই হোই, অফবমক্তা থলহৌই হায়নৈ।

হৌজিকসে, মথক মথা থোক ওনখ্রে হৈ কুল্লা মমা।

নিঙোল থাজবগীরা তাদা? ঐখোয় পাজিখোয় হাকতক্তা ইশৈ নোংমাই তৌবদা থাজনরম্মী, অহুদগী ড্রাইভরদা, হৌজিক্তা ঠীকাদারদা। দরবার মেম্বর, সেক্রেটারী, লাকপাশিংনা বীঃ এঃ থিনরি। নিঙোল থাজদোগী।

নত্তেদা। ঙারোইগী মহুত্তা ঙাশাংনা শিল্লে, ফাবৌ ঙা, ঙাপেম্মা, ঙা শমজেৎ, উকাবী, মরাং মরাংবা ঙামক্তা থোকপা উরেনহৈ। ঙাতোন, ঙমু লোংথ্রে।

রা অমত্তা হংজগে তাদা মাইবৈ মচা চাওয়ায়মনা অতুক তোয়না লাকইদি করিগীনো তাদখোয়দা — মনাকোং ময়াদা চঙশিল্লগা হায়ররুই।

ফখ্রেনা মাদি ফখে্র, ফখে্র। লৌ পরী ৭ নিদনা মরী য়োনখে্র, ৩ চারি হৌজিক। অনী অমা মানা শীনবী অমনা লৌফাৎ তৌবী। ফৌ তাইবতনা হিংঙিনিনে ঐখোয়সে।

তোয়মল্লে, তোয়মল্লে মানা লাকইদো।

ইংখোলদা থাবা অনৌ অপেল পুরকই, ঙা ফাও পুরকই ঐনা চানবা।

ফজবীবু লুনা তৌমনখে্র।

চুম্মী মচম্মা মচম্দোনা। তুরা তুনা নাখিবনিদো, ঐখোয় ইমুংসি, লাম্লেনবদা। মানদা লায়েংবীরকইনি। ঐসে রারবনিনহৈ ফজবীগী থনবদা।

তুকা থিরকনো, ড্রাইভর অমদা হেক্তা থাজথোকখ্রে।

কলিকতারোমদনা, মণিপুর লোডজগী প্রোপ্রাইটর অহনাহ্ অনা-বা হেক্তিল্লকপদগী নবক্লিপ্তা চৎল্লে। অহল অহু গম্ভীরবু ঙাইবা ওইনা লৈরম্মী। মচা মপা অহলবু কৌশিল্লগা গম্ভীরদা তাবুগা কোম্লনা পুয়া পুম্বা শিন্নখিনবা হায়খি। হরাওবদগী গম্ভীরস্থ খুদক্তা লুপা ৩০০, থক অহলহুগী মখুত্তা শিন্নখী। অহলনা অমুক মচা মপা অহন্দা শিন্নখি। কর্ম্ম লোইরগা পুন্না থোকমিন্নরকপদা মতৈমনা — অহলনা লুনা পুজা তৌজরম্বা পুয়া ঙাক্লি, পীথোকপা মুঙাইত্রে, ঐ অমুক তৌজখিগে।

ইপুনা অহুক মুন্না শিন্নরম্মবহুবো ইতৈমা।

উম। ঐনা অমুক পূজা তৌজখিনি। ইবুঙোগী লুপা ৩০০ হল্লরোই, কর্ম্মদা লোইনা চঙখে। লাইগুরুগী সেবা তৌবদা চঙখি-বনি, ইবুঙোগী অফবা ওইসম্থ—

গম্ভীর, মাগী দাদা ফল্লপ য়েংভি। মমিং তুকথখি করিমত্তা খুম্লক্তে।

কলিকতাদা হেক থুংলবদা গম্ভীর, ছুটিগী থোকলৌরিবা মনি-বাবুদা সুরেসপু শিন্নখে। মহাক্না মুমিত্তুমক্তদা দার্জ্জিলীং পাংলক্লে। দার্জ্জিলীংগী টিংবীঃ সেনিটোরিয়ম পুরিবা ডাক্তরহু ওজা মুখর্জিগী ছাত্রনি। অহুনৈ দার্জ্জিলীং কোয়রকপদা গম্ভীরগা শকখঙনহনখি। ডাক্তর অহনা হরাউ হরাউ মহাক্কী মতেং পাংহনখি। গম্ভীরস্থ অহিং মুংখিল থায়দনা মতেং পাংখি।

গম্ভীরনা দার্জ্জিলীংদা লৈরকপা থা অনীরোম থজিক হেল্লকপদা মেকেলটিগী অরোইবা চহীগী পরিক্ষা হান্নদোরক্লে। পাস তৌরক্লে অহুবু মেডিসীন্দা গোল্ড মেডলদি ফংলক্লে। প্রতিভাগী মমদা অহিং অহুম শুক্রুম তুমদনা লেনখি। নীংশিংলকই — "লেঙেঙা তামো।

গোন্ড মেজর ফংলক্কবা ওসি উনরিসিনা অরোইবনি। আমোয়্ কনানা য়াবীদৌরিনো ?"

উপাই লৈত্রবা গম্ভীর মণিপুর লোড়জগী অহলগী য়াহৈ য়া মহীরেল মাবু লুনা তৌজরবা, থক্তা কানা থম্বা ভম্ববা তম্বা, মহাক অহুগী, মতীক মঙালদি, মালেম্ শীন্না শন্দোক্পি, মতীক ময়ায় কন্গনি।'—মসিতনা মপূকচেল ফাজিঞ্জরি। সাধনা চাং নাইনা তৌজরি।

ডাঃ গম্ভীর লায়েংবদা হেন্না পুরিং থিংজিনখ্রে। মহুগা লোয়ননা ডাক্তরগী লাইরিক্ হেন্না-হেন্না পাশিন্দুনা থিজিন্-হুম্জিনবগী লমদা হেন্না চঙ্শিন্খ্রে।

চহী অমদি ফাবাত্তে দার্জিলিংগী হোস্পিটালদা থবক্ তৌরম্লবা মতুংদা ডাঃ গম্ভীর ইম্ফাল থোরক্লে। মহাক্না থোরকপদা, মেডিকেলগী অথা-অথাবা লাইরিক্ কয়া খুৎশু খুংলায় কয়া লৈরকখি।

ওসি—"থাবা মেমোরিয়েল ক্লীনীক" শঙ্গাবা হুমিংনি। সরকারগী থবক তৌবা মীওই, ঠীকাদারশিং মোটোর এসোসিয়েসন্গী মীওইশিং খ্বাইরম্বন্দ বাজারগী দুকান্দারশিং য়াওখি। থৌরম অসিগী য়া ভাংবদা মন্ধাক্ ইবুঙোনা, "মতম চামা মাগী শিংজমৈগী মুমদা চাক্লেন অমম্ শীঙ্খিনি" হায়খি। ভোট-মথাদা ভোটর ওইগদবা মখৈ বার্ত্তন তৌগে খন্বননি।

অতৈ মীওইশিং হুন্নখ্রে। মন্ধাক্ ইবুঙোগা, বীহারী বাবুগা, ঠিকাদার বোরাজাওবগা য়ারী শানদুনা লৈহৌরি। বীহারী বাবুনা—

'প্রজানা খঙবা মীহুৎনা, লৈবাক্কী সাসন্ তৌহন্বসি ভারত্তা মনিপুরনা ইহান্ হান্দোরি।'

'রেসপোন্সীভ টু হিজ হাইনেসনি, তাইবুঙো।'

'লেপ্পীয়ু, তাইবুঙো ঐথোয় ময়াম্ নোম্জগে' — বোরাজাওবনা পাংশিল্লকই।

'লেম্নদি কাদবা য়াদবনি, নম্রদি কান্নদে ইবুঙো'—বীহারীবাবুনা ওক্লকই। 'সীট মশীংনা কয়া-কয়া ওইরবনো?'

'কৌনস্তিটুয়েন্সি তমদা ৩৫, চীংদা ১৫, মহারাজগী নোমিনী অনী অমগা তাইবুঙো।'

'ইছুকেসন্ মিনিস্তরগা, কর্ম্মস মিনিস্তরগদি তোপ্কনি, হায়না তাজে।'

'চুম্মী তাইবুঙো, মেত্রিক পাস তৌবদগী এমঃ এঃ ফাওবনা, ভোট থাদগনি ইছুকেসন্ মিনিস্তরগীনা, কর্ম্মস এণ্ড ইন্দস্ত্রিজ মিনিস্তরনা লম্লোন্ ইতিক্ তৌবা কাংবুগা, খুংগা হৈবগী থবক তৌবা কাংবুগনা।'

'অহুনর্দি ইবুঙো বোরাজাও, প্রজাগী সেবা তৌহন্বীগে, তৌহন্বীরোই, ময়ামদা লৈরেদো'—বীহারী বাবুনা হায়রকই।

মীনা ওইখিদৌ শরুক হান্নমু খওনজবা তাইবুঙোনা ওইবনা পামজৈ। থরাই খুবাক্তা হাপ্পুনা নোমজদৌরিনি।

সুম তৌসি ইবুঙো বোরাজাও—অহল লমনগীনা 'মহাভারত,' 'রমায়ন' ফিল্ম চেম্নি। নহারোলশিংগীনা হৌজিক কালগী। অনাবা ভোটর মথৈনা লেম্না লায়েংহন্নি। মহুন্দি ইবুঙোগা ঐগতনা শীন্দৌনি। ভোটরশিং ভাব তাহনবীয়ু—বীহারীনা পাংশিল্লকই।

লান লোইরবা মতুংদা বৃটিশ পর্লিয়ামেন্টকী মীখলদা লেবর পার্টিনা মায়পাক্লে। সাসন পায়রে। প্রাইম মিনিস্তর এটলীনা ভারত স্বরাজ ফংহল্লে। কাংগ্রেসনা ভারতকী সাসন চলাইরে।

সাসন্দা খুদোং চানবা ষ্টেট মচা মচাশিং পুনশিন্নবা প্রস্তাপ তৌরকই। মণিপুরবু পুর্ব্বাচল শেম্বদা য়াওনবা খওহল্লকই। নিখিল মণিপুরী মহাসভা অমদি মণিপুর প্রজা মণ্ডলনা য়ানীংখিদে। মনীংতম্বা ষ্টেট অমা ওইনা লৈহন্নীংখি। রাফম অসি ভারতকী গভর্নর জেনেরেলদা খওহনখি।

মরকসিদা মণিপুরদা কংগ্রেস পার্টি লৈতে। নিখিল মণিপুরী মহা-সভা, মণিপুর প্রজা মণ্ডল অমদি কৃষক সভানা শেম্বা মিটিং তৌখি।

কৃষক সভাগী লুচিংবনা মরক্তা মিটিং থাদোক্লগা চৎখিবদা, মতুংইনবা কয়াস্মু য়াওখি। লৈহৌরিবা দল অনীতনা কংগ্রেস দল শেমখি।

কংগ্রেসকী ঈহৌদি প্রজানা প্রজাগী সাসন তৌজবা। প্রজানা খনবা মীওইনা সাসনগী চুক্রী পায়বা অসিনি। ডিক্টেটরগী শক্তম লৌরিবা নিংথৌশিংগী গাডী মুৎথৎপনি।

মরকসিদা মণিপুরেশ্বর মহারাজনা কনস্টিটিউসন মেকীং বোডী অমা শেম্নগা মখোয়না শেম্নকপা মণিপুর কনস্টিটিউসন এক্টকী মতুং ইন্না মীখল অমা পাংথোকখি। মন্ত্রি মণ্ডল অমসু শেমখি। মন্ত্রি মণ্ডল অসি রেসপোনসিভ টু হিজ হাইনেস ওফ মণিপুরনি। ভারতকী মনুংদা মসিনা খ্বাইগী হানবা মীখলনি।

মীখলদা মায় পাক্লা কারক্লবা মক্ষাক ইবুঙো শেলুংবসু মন্ত্রি অমা ওইরি।

———

## ৩৪

কালেম্বানি। স্কুল, কলেজ কালেন্ ছুটি থানরি। লম্বী চৎপগ শাই, কা মমুংদা লৈবস্থ শাই। জেলগী কম্পাউণ্ড মমুংনি। এসি সটেণ্ট জেলর স্থরেসকী কাটব শুমাঙ্। মতোন্দনি। মহুদা হৌরিব মনা পুংলবা ভোমাল পাম্বীগী মখোঙ্দা স্থরেস অমদি মুনান্ চৌবি অমমম্দা ফমহুনা ব্বারী শারি। হন্দক মবক্তি স্থরেস মহৌশাগুম মমিৎ মনা চোইখিদ্রে। আশ্রম্দা চঙ্হুনা লাই নীংগ্রবা মী অমগুম ঈপোম্ হৌদবা পুন্সি অমা লেনবগুম্ তৌরি।

তোমাল পাম্বীগী মকম অহু খবা ঈংই,। মুংশিৎনা অমুক্ অমুক্ শিৎলকপদা ব্বাখলস্থ ঈংলি। ব্বার্ডর অমা থোরক্লগা মখোয় অনীগী মরক্তা লৈরিবা সাইড টেবল মচা অহুগী মথক্তা চা গ্লাস অমমম্ থম্লম্মী। স্থরেস ব্বা-লান্ অমত্তা ঙ.ওদে। ব্বাখল অমদা শুম্ মুম্নুনা লৈবগুম্ তৌই। মহু উবদা মুনাম্না—

'করি ব্বাখলনিনা সাহেব্। খন্বীরিবো'— হায়রগা মাগী চা গ্লাস তু পায়খৎলি। স্থরেসস্থ পায়খৎলগা খজিক থকথ্রে।' — খুম্মকই—

'হৌজিক পুন্সিসি মঙনি। উবম্বা পুম্নমক মাঙখি, মিকপ. থোরকপদা। মীগী মমলতং লেঙদনা'-লৈহৌই ম্মাম্না তপ্পা তপ্পা মচা খায়না-খায়না হায়রকই।

'ঐদি করিমত্তা ভাব তাজদ্রে, অর্থ লুখে।'

'ঐগী পুন্সিদা, তামোগী মমল লেঙদনা লৈ। লৈখিনি। জীনী-স্থনি, অহুই ব্বানি।'-চগুম্ হৈদোক্পদা ম্মাওখ্রবা চামশ, খুঙ্গৎহুনা খম্বীরম্মী।

'মচীন্ মনাও মুংশিনবদি, হৌনবনি, সাহেব।'

'ইশাগী মীয়েম্মি, পুম্মি অসিন্থ কান্নব্রবা পুম্মিনি।'

'সরকারগী থবক্ তৌরি, অচৌবা বাবু ওইরিসিদি, সাহেব।'

থওইনা ভারুদে, সুরেসনা মথা তারকই—

'সুপীসিনি, ঐনা কন্না ওক্লিসি। করিনো, কৈদৌনবা শাব্রক্লিনো মখোয়সি?'

'সুম লিংবা ওন্নবনি, সাহেব।'

'ইরল ইথুমদা নত্তে, হৃকচাং ফাওবা মাভুঙ্গল্লমী, তাদা।'

'মতৌ থজিক্ লৈবা, য়েংবা থজিক য়াবা লৈমা লিশিং তারা মরক্তা, কুক্ষ কন্না শাবীখি। অদুবু শেল থুম্ চেন্নখিদবন্থু, কনা য়াম্না য়াওখি, ঐসক্তা খঙজহৌবদা।'

'ঐগী হায়রম্বা থরদুস্থ মানা মানা চংনীংবা লম্বীদা ওন্না চংনখে। মখোয়সি করিনো? করিনো মখোয়গী মমল?'

'পারী পুরী খিনরিসি অদুগীনি, সাহেব। য়া অমত্তা সাহেব পাজি দামুনা সুমতীদংতদি ... ... ... ... .. ।'

য়ানীংদবগী মওক কৈনা কৈনা হাইরগা—মঙ লোইখে তাদা, মিকপ খোরকপদা পুমহাং হাংলয়ে।

দোষ পুরোইত্রনে সাহেব?

ইরল ইথুম পুমতুম তুমখিসিদি। অদুদগী হোন্দোকখিদুনা পুম্সিক্কাও পুম্মাও মাঙলে। হিংবৈ করি কান্নরিগে ঐবো।

মৌবুদি কায়দে, লৈশাবী কয়ামস্থ অদুগা কনানা করিনোস্থ য়েংবীখিব্রে।

অম্মানিনে তাদা শিলচর, কলিকতা গলীগী ময়ামদুগী কমানা করি দোষ—ওহাক লকক তৌরগা—লেওদবা মকপ্তি—তামো, জীনী। লেমহৌম্নিবা পুম্সিদা নীংগদবদি তামোতনি।

পাবুংনা হৌজিক ফাওবা শেল তাববা লেপত্রি, ডাক্তর সাহেবনা ক্লীদা লায়েংহুনা শেল হুম্বোক্লি।

হিংবগী কান্নবনি অদু খুদোম্বী রাংলগ থাক্সলগা হায়রকই। খুত্রুম তাশিন্দুনা থংথা থাদররুগা—ঐ কন্নি কান্নরিগে হায়বা।

ইবুঙো সাহেবকা ডাক্তর সাহেবকা খেন্নখি। ডাক্তরনা কনামত্তা মিংচীনা য়েংখিদে, শেলতবু ... ... ...।

ঐ কপ্তুনা লেপ্লিবনিনে তাদা।

মথং মুমিংকী অমুক ওন্তানি মক্কাক ইবুঙো মন্ত্রি মতোমতা কোংবদা লাকই। মন্ত্রিগী কারহু তোংলকই গোকুলগা উনরে, হারী শানম্লি। গোকুলনা—কৌবীররুগা লোইরেদা, কন্নিনো মক্কাক ইবুঙোনা লেওবীরক্লিসিবো।

হেক্তা শমজিঞ্জরগে ইবাই। ক্লীনীকীসি এঙ্গে অমা থুংলরনি, ঐনা চেনখিথনি, থুংশু থুংলায় কয়ামম্মু নৈদো নৈ।

মাগীম্মু নৈরমগত্রা খঙে অহুবু তাকপীসি।

মাগী শেলফম খরসিদি শুকশোক শোকহনীংদে, সুম তৌবনি। ডাক্তরগী মতাইবস্তিগী লোসে, কুল্লাগা মুনানগবু শীলহল্লি। ফৌ তাইথোক্লগা শেনফম অমা শাগৎচবনিমা, ইবাইগী কয়া তমজরকউগে সিনি।

ঐগীম্মু খরা নৈশিঞ্জরুরে। থম্ফম শেমজহৌদহনা হেক হেক তাইথোকচৈ।

য়াম্না ফরে ইবাই। অনাবা খরা ক্লীনীক্তা থম্লি, লেম্না লায়েংলি পীজল্লি, পীথল্লি। মসিদগী শীঞ্জবনিমা। ইবুঙোম্মু খওঙি। শীনবীবা অমদি ইচঙদা চঙবনিমা।

মথুরাতোনম্মু, মজা ইবেম্মমু নৈখিদবহুদা নীঙমদবনি।

মনীং খরা তৌজরসনু মজ্জাক ইবুঙো

অহুগীনি ঐনা লাকচরিসি। অমমা ডাক্তরগা, সুরেসককীদি খনবীরুরমু। ঐগীদি লৈঙাং পাৎকী কৌনি, মহাওহু মখোয় নীমু হৈনাথে, হৈনজরসমু। শরুক তমগদকসু লৈ।

মজ্জাক ইবুঙোনা ফনি হায়বহুদা।

ঙা য়োক্লিবা, ইংখোল কোইরিবা শঙম অনীহুমু' গোকুল খঙতি অহুবু পল্লখিদ্রে। গোকুলনা পল্দ্রিসু অমাবশিংগী পীজা পীথকসু মহু-দগী তৌরমগনি সিনি।

অমনা ইবাই বড়সাহেবকী মনীং মশাং, কাখুলোংগী পুথ্রিদগী কৈশামপাৎ থোংফাওবা লম্মাংশিংসে ছুকান প্লোট পীথোক্লনি। অহুগা মেজর খুলগী মমাঙগী লম্মাং, নাগাতুম্বেনগী মপানগী লম্মাং খুয়া-থোংফাওবসু ছুকান প্লোট ওম্থোক্লবা য়ারি।

অহুদি অমতং শীনবীরকপা ... ...।

মহুসু তান লুখীয়ু ইবাই। দরাখাস্ত অমত্তং থাজিনবীয়ু য়াম্মবনি পৈরিবা।

ফনি মজ্জাক ইবুঙো।

ছান্না লৈরিসি গ্রোসরী ছুকান খরা, খেঙ্গপ য়োনবা ছুকান অমা, চে-লাইরিক য়োনবা ছুকান অমা, কোনয়োনবা ছুকান অমা, ফিরোল য়োনবা ছুকান খরা পীক্লম্মী হায়জরিবা। ডিমাপুর লম্বী ফরবনিনা ... ...।

চুম্মী মজ্জাক ইবুঙো। পোৎচৈ-লৈবা লাক্লরি ময়ামসি কুম্ভ্রা অমা নিফু অমা পায়নরকপা ওক্লি। লান মমাঙদনা অনা অমা শিকি অমা পুরগা কানরবনি।

খেল্লিসি অহুনি ইবাই। পুম্নমকসি মজাইবুঙো ঐখোয়গী চীক

মিনিস্টরগী প্লান মতুনি। ইমা ইবেমশিংগীসু য়ান্না খনবী। তারোই ফমগীসিদা ইমা ইবেমশিংসি ঙারী নম্বদোনা নমশিন্নবীরি।

মতুংগীনা করি কমদৌবা মফাক ইবুঙো ?

জোনস্টোন স্কুলসি টেজরীগী অরাংগী লম্ফাংসিদা হোংদোক্লনি। ঠাকুরবারীগী মমাঙগী লম্ফাং অসিদগা ইমা ইবেমশিংগী কিয়োন-ফম শারনি। মফী ময়ানা ফুকাম প্লোট পীনি।

অতৌনা করি করি তাকপীশি মফাক ইবুঙো।

লান্দা থুগায়রম্নবমতুনিদো। শেমগৎ শাগৎলকপসিদা খ্বাইরম্বদ বাজার ফজহনসি, সহর ফজহনসি সিনি। মফীগী করুফমশিংসিদা মফম চানা চানা মুর্ত্তি থরম্নু থিন্দোরি।

জেলিমেনগী অরাংগী লম্ফাংসিমু লৈরিদো মফাক ইবুঙো।

শোরেবি ময়া মথৈ ফুকান প্লোট ওন্থোক্লবা য়াই অতুগা অমুং-লোমদনা সরকারগী ওইবা শঙ থরা শারবসু য়াই। ঐখোয় মন্ত্রি মণ্ডলসিনা চহী ২০/৩০ দংবু সাসন পায়জরদি মনিপুর মশক থোক ঙনগনি। প্রজাসু মুঙাইনি।

মতুং গোবিন্দনা কৃপা তৌবীবা ওইরসনু।

ইবুঙো ডাক্তরগীসে প্রজাগী শেবানি, তৌরসনু। ঐ শীগ্রক্র-গেকো।

মুমিং অসিগী মুমিদাংনি। মুনানগা কুম্নগনা মুনানগীদা ফজবী লৈরি হায়রুবদগী, ডাক্তরগা মখোয় অতুম্মক ফজবী উনবা চৎক-দোরি। ফজবীগী অনাবা ফবব। য়েংগ্রবদি শানা তম্নৃরিবা মহৈগী আর্থ লৈরোইদোমরি ডাক্তরনা খঙি। মতুংগী মথক্তা ফজবীগী মকু-ফুংদা ফুমহনা রাফম থরা থম্নিবহুসু শেংদোক্লবা ঊৈ খজি।

মুমিদাং লাস্ট সোগী মীওই পুম্নমক থাজিদম্লনা ডাক্তরগী জীওা

মখোয় অহুম্মক তোংদুনা লাকই। মনেগা স্নমতীগনা তুকান্দা লৈখি। অংলোকপা দাম্বুলা ময়ুম শেমজিনবগী উরিংলোক্তা লৈখি। কুম্নগা হেক হেক য়ুম শভ্রম্নরি। খম্নাম্ লৈরক্ য়ৌরকপগা জীপু কোংঘোং মমুংদা থৌজিল্লকুনা মমায় ওম্নগা কোংঘোং ময়াদা অহুম্ খম্মি। কুম্নাগা মুলামগা য়ুমজাওরোমদা চংখ্রে। ডাক্তর গম্ভীর মমাঙ্ খংগোই-দা পরপ্-পরপ্ চঙ্লকই। মহৌশাদগী অহোংবা খরা উই। পো-দোন্ থান্‌বগী মহুক্তা লেন্টরন্ অহনবা অমা মৈরি থয়া লৈথরপ্ থাম্নম্মী। ফমুং মনাক্তা সাইড টেবল মচা অমা থিল্লি, মহুক্দা হী-দাক্ লীক্লি অমা লৈবা উই। ডাক্তরনা—

‘ফজবী, নঙ্ লৈরম্লিবোরে ?’

‘করিগীনো, অথেংবাসিদা, কৈদৌউঙে লাকই, তয়ায়’ হায়রম্নগা, মখুংনা পায়রম্বা লীক্লিমচা অমা মোন্ মখাদা ইন্‌শিন্‌খি।

‘চয়োলমুক্ ক্যারে’—ফম্-ফম্ অমা কোইয়েং য়েংঙি, লৈতে। মথা তায়রকই—‘মোম্না লৈতে, নঙ্গী ফমুং মচীদা ফম্‌গে।’

‘য়াদে। মপান্দা লৈয়মথনি। মা লাকপদ্দা থেনরবদি ফজরোই।’

মপাল থোক্লগা অমা লৌশিল্লগা ফমাঙ্দা ফম্লি, হায়রকই—‘কিরি কিরি হায়নিংবা লৈরি অহুগী লাকপনি। অনাবা ফনবা য়েংগে য়াম্রিবা করিগীনো নহান্‌মুক্ ?’

‘নত্তোমতা হংজো।’

‘নখোয় তাদগা ইত্তাও শান্নরম্মী। মরুপনি।’

ফজবীগী মমিক্তা ঈরা হৌরকই। মহু উবদা ডাক্তরনা রুমালনা তৈথোকপীগে তৌই। ফজবীনা মখুং অনীনা কন্না ইম্মোরকই। তোক্‌থোক্লগা লেন্টরন উান্না লৈথংলি।

‘করিগী লৈথংলিনো ?’

'নঙ্গী অনাবা য়েংগে। ৱাফে ঙাংসু, লৈক্কে চৎকসু।'

'লৈক্কে নত্তে, অচুম্বা লম্বীনি, ঐনা চত্তোরিসি। য়াম্না ফবা লম্বীনি। ইস্কালগী মী অমত্তগা, তায়ায়গসু অমুক্তা উনরয়োইদোৱা মফমনি'—শীম্বরকপা মপি ভৈথোক্লি।

'করক্কী য়া কৌই মহু। ফুম্বংনবা পুম্বা শেংদোরকউ, ঐসু শেংদোকে, অমনা নঙ্গী নশাশি কহনগে। নত্রবদি, ঐনা ডাক্তর তম্ন্বগী কান্নদে।'

'য়ারে তায়ায় লেঙ্বীরো। ঐগী করি হায়নীংঙাই লৈজদে। লায়েংবীবসু পামজদে। ঙসি ঐ চৎলনি, বিদাই লৌজরে, য়ারে'—মখোঙ্ শোক্লগা মরায়বক কৎলি।

'করিনো, নঙনা ?' ঙাঙলিদো ?

'করি নপ্রে লেঙঙো। মুপী মনাক্তা ফম্বা হৈনরদি ইকাইবা নংনি। লেঙ্ঙো য়ারে, লেঙ্ঙো। মীদো হেক লাক্লদি পুকচোপ্চোপ্পনি।'

'নঙ্গী কুচু মুকশুক্ মুরে, নশা কংসে। নমায়গা নমিংকা অমুক্তা য়েংগে। মৈঙাব্সিদা চাঙরাকপা অমা থঙ্নি।'

'লেঙ্ঙো, হায়রিসিনি, তায়ায় চৎলো। ইকায়বা থঙ্ঙো, বিদাই লৌরে লোইরে।'

ডাক্তরসু শাউনীংবোই-লাক্পোই হৌগৎলগা থোরক্লে। য়ুম্জাঙরোমদা চঙ্লকই। ঙাইহুনা লৈরম্বা মুনান্দা—

'তা মুনান্ ইনে অমুক্তা উনবা পাম্মী।'

'কনি, সাহেব।'

'লীক্লী শাংতক্ তৌবা অমা পায়রম্মী।'

'মুনান্ ভাদি তাখি, অহুবু চেম্না চেম্না চৎপ্রে।' মুনানগা মরেগা

লাক্পদা ডাক্তরস্থ কোম্বোঙ্ ময়াদা কুল্লাগা ভাইরম্মী।

'ইনে, ফজবীনা তেজাপ লৈবীয়ু হায়হুনা লুপা অহুম্গী ঐনা লৈখি। লীক্ শেংনবনি হায়'—মুনাম্না হংলকই?

'কদাইদগী লীক্লোনে অমত্তস্থ লৈত্রবদা'—মনেনা খুম্মী।

'কুল্লাবাবু জীপ্ ষ্টার্ট তৌবীরম্মু'—হায়রম্নগা ডাক্তর খোঙ্প খোঙ্দোম্না লৈবাক্তা য়াংনা য়াংনা নেৎলগা চাউগান চাউগান্ কান্দূনা চেন্থ্রে। মী চঙ্লকপগী নাশোন্ তাবদা ফজবী খঙপ্রেক খঙখি—

'করিগীনো তায়ায়'—হেক্ য়েংথোরকই।

'নঙবু অমুক্তগা য়েংখিগে চঙ্লক্লিনি'—

মমিক্তা পিরাং শিস্থরিবহু ডাক্তর মুন্না য়েংলি। চোঙ্গাং মথুম্ অতৎপা অমা ফিজুপ মথক্তা তারি, য়েংশিন্নরুদে। ফৈবাক্ মখাদা লোৎলিবা মথুৎ য়েক্তস্থ য়েংশিন্নরুদে। মমায়তদা মুন্না য়েংলি। হায়রকই—

'করিনো ফজবী, নঙ্না তৌরম্মিশিদি।'—লাই থোক্খিবদগী অচাম্বা মমায় মুশুক্ মুশুক্ মুরিবহু য়েংলি। য়েংনা-য়েংনা খুরাইনা হীদান্-মপান্ হেক্ শোকপগা খংলুক্ লুক্থৈ। য়েৎকী মথুৎ তাপ কারগা লীক্লী মুল্লি। মনাক্তা লৈরম্বা মনেদা—

'শে ইনে, পাজিদা পীয়ু, মা শিগে তৌরম্মীনি।'

'বিষ্ণু-বিষ্ণু'—মনেস্থ মচীন্দা শোন্খি।

মতম্ মাঙ্হন্দে, ডাক্তরনা ফজবীবু ফৈবম্নগা পম্নগা থাঙ্গৎলি, অহুগা পুন্থনা অহুম্ থোরক্লে। ফজবীনা—

'করিগীনো থাদোকউ'—হায়রগা মথুৎ অনীনা কন্না ইম্মোকপা লাক্লরি। হেন্না চেংনা ডাক্তরস্থ কোন্শিল্লি। ফজবীনা—

'মপু পাল্লবনি, করিগী হকচাং শোক্লি, থাদোকউ।'

'নবুংনি।'

'থাদোকউনহে গুণ্ডা, হিংচাবা।'—কল্পা মথোং কাওই, চোংভি।

'মফম্, মতম্নি।'

জীপ্ স্টার্ট তৌখিবগী মখোল্ তাখি। ফজবীনা মখা তারকই—'থাদোক্উ, খোঙ্না চৎকে।'

য়াদে।

ঐ অঙাং নত্তে।

খঙ্ডি।

হাংদোক্নুনা থম্লম্বা জীপ্কী মনীংদা কাখৎলগা ফজবীবু চেৎনা কোনশিন্দুনা ফম্থল্রে। ডাক্তরনা—

ইনেরা, সুমতীরা অমা য়াওবীয়ু। পাজিস্নু, ফজবীস্নু লায়েংনি। ভাব ফত্তবা খন্বীস্নু ইনে, ইচল্লি।—স্বর হোন্দবমখৈ থুনা হায়রকই।

সুমতী পুবীখো, ইবুঙো, ময়ামসি ঐ লোইশিন্হোগে।

ইন্নাং-লাংবতু য়েংবা থোরকপা সুমতীতু, মনেনা গাড়ী মথক্তা ইন্খৎল্রে। সুমতীনা হেক্ ফম্থবগা ডাক্তরনা—কুল্লা বাবু খৌবীরো।

কুল্লাস্নু থুনা অতম্ থৌদোরক্লে। লম্জাও তারম্দাইদগী ফজবীগী মচান্ রুমাল্লা মেল্লি। লম্জাও হেক্ তাবগা জীপ্তু মমাংলোম্দা থোঁগৎল্রে। স্বর কু-কু কাম্থোরকপতু নম্থিরি। অতুবু উপাই লৈতে খাঙ্লি। জীপ্কী মনীংগী অঙাংবা থাউমৈ, য়েংনা য়েংনা লৈহৌবী মনে, মিৎলুদগী পিনা মশেন্-মরাং উরিবা ফাওবা চপ্ লেপ্তুনা য়েংলি।

ঙরাং অহিং দামু য়ুম্দা লৈতে। অয়ুক ঙন্তা, মচন্ ইবেতোম্বা উরিপোক্তা য়ুম্ শেম্জিন্বগী লৈরিবা মবুংগা উনবা লাকই। ঙরাং অহিংগী থৌদোক্ পুম্বা মবুংদা তল্লী। মৈ হৌনা শাওরকল্রা খন্বা

মবুংহু, শাউরক্কে। মথুবাক্ অনীনা মকোক্ পায়শিল্লগা তুমিন্ মরু লুক্থহ্না লৈখি। রাগী মচেৎ অমত্তা ভাংলক্কে। ইকাই মুংশি য়ান্নখিবগুম্বা, য়াখল থোক্তবা, চমম্নখিবগুম্বা অমা তৌবগুম তৌরি। ওহাক লৈরগা য়াম্না তপ্পা শোন্বোই লাক্পোই—কৈদৌরুরনি।

তুমিন্ অমুক্ লৈথোক্খ্রে। কুইদে মতেক্-মতেক্ ওইবা য়াহৈনা, মকোক্ হোংল হোৎলহ্না—লুহোংবা তারবা, মফমদি, অউন্ পোৎনা কম্দৌবা—হায়রম্লগা মচন্দা খংয়েং য়েংলকই অতুগা—ইবেতোন্ সুম্ তৌরসি। হায়দোক্পা লাক্খিনিদনা, ঐ ইতাও গোকুলদা হেক্তা ভাংনরগে। সিদি পম্বা শুক্চুম্ চুমদে, থাবান্ অফবতং য়েংলুরো। সুমতী য়াওখিদো ধর্ম্মগী মথক্তনি চুম্মী।

হোংলোইয়ে। তাদস্সু, নচমস্সু লায়েংনি হায়রম্মে— মনাকোং ময়াদা চঙ্শিল্লগা মচন্না লাউরকই।

ফাহ্না পুখিবনি হায়বদাইনে, অহুবু চেন্বা নত্রাও?

তেজাপ্ থকে তৌরম্মে, নচাম্নুপীনা—হায়রগা তেজাপ্ হাপ্পা লীক্লীহু পীশিল্লকই। মথা অমুক্ তারকই—শিদনবা ফারগা পুখ্রিবা —দামু মুম্না তাহৌদে।

পম্মগা থাংখিবনি হায়দায়নে? করিনো লীক্লিসিনা?

তেজাপ্ থকে তৌরম্বা। থম্মমদি শিরনি হায়হ্না পুখ্রিবা—মনা-কোং ময়াদা নক্না চঙ্শিল্লগা লাউরকই।

বিষ্ণু, বিষ্ণু, বিষ্ণু। মনীং থুংখিদরেনে—হায়রম্লগা তুমিন্ লৈখ্রে। য়াখল অমা সুম্ থল্লি। নুংহীরুবনা হেল্লকপোই, হীক হীক কপ্লকই।

পাজিস্সু, ইচনস্সু ফনবা, য়েংনি হায়রম্মে—মচন্ নুপীনা অমুকস্সু হায়রকই।

নুংহীক নুংহীরুনা দামুনা—

মমার চান্নতনি, গম্ভীর থর্ম্মদি কায়দে।

মী' মচা থিনা ঙাংনো, ফজবীদিনা ?

উম্। মাগী থম্মোইহৌবুনিমা।

কোংবদনি। অপোকপা অহন্না কৌরকপদগী গম্ভীর, কুন্নগা লোয়ননা জীপ্ তোংহুনা, অহনগা উনবা লাকৃই। কুন্ননা জীপ্তা কম্‌হৌরি। গম্ভীর চঙ্‌লকপা উবদা, হুকান্ কম্বা য়াওন্নিবা অঙাংহুদা শিন্নরন্নগা, গোকুল মচা হুপাগা লোয়ননা ইমুংদা চঙ্‌মিন্নরকই। মথংগী কাদা চাখুম্নদা, মমৌ হুপী অতোপ্পীনা ( গুনসিংগী হুপী ) চাক্ থোংলি।

গোকুলনা ফুঙ্গা মনাক্তা মাগী চাকচা ফালদা ফম্লি। য়োংশবী মথক্তা চকু অমম্ভু লৈ। গম্ভীরনা থোং মপাদা মোন্না অমদা ফম্‌থৈ।

অপোক্‌পা অহলনা — য়ায়মা, নঙ্ লাইরিকম্ভু হৈরবনি, জ্ঞানম্ভু লৈরবনি। ঐ পংঙাংম্ভু ঙাংনীংদে। ওইগদবতা ইরেন্ ইরেন্ ঙাংনশিকো।

গম্ভীব তিঙ্‌ক্ য়েংহুনা সুম্ তারি। অপোক্‌পা অহন্না মথা থংলৌ লৌথরকই —

নমা লৈত্রেসিরা, নঙ্‌না তৌরিসে। ফজবী সুক্‌লৌ লৌ য়াদে। ঙল্লিঙৈ থিন্দোক্ল্। নমান্নবা থরা হৌনৌ, হৌজিক্‌মক্ থিন্দোক্ল্‌চো।

চেল্লক্‌পা নক্কে পাজি, লায়েংনবা পুক্ষরক্‌পনি।

গম্ভীরনা ঙাংখিবা মনাদা হাপ্তে—মহাক্ মৌনি, মৌ লৌবা হৌনদে। সুবেসনা সুমতী পুশিল্লকপদা নমা, ফং-ফং চোংহুনা থাঙ্‌খিবনি।

থঙ্‌জৈ পাজি, মহাক্ ইচম্নি। ফনকা লায়েংজগে; পান্নিদামুম্ভ য়েংজগে।

করি য়েক্ববয়ো — শাইনা হায়রকই। মখা তারকই — সুকয়া য়ারোই। নঙ্ গুম্না অপংবা কাদোগী তাল্লুম্নিনি।

তেজাপ থকুনা শিগে তৌরয়ে। পুরকত্রবদি শোয়রনা শিন্নদ্রোবা। অক্নুনি সুমতী য়াওরক্লিসি, পাজি।

শিজসমু। থৌ লৈতনা, থৌ থিক্কম্ভিবা কম্বিগীনো?

থেংনরগা ইচলবু, করয়া কল্লোইদগে, লায়েংলোইবগেনে, পাজি।

ইচল! মহাক হাক্কক্তা নত্রা অহুক্ বাথোক্ চাউথিন্না, নঙ্বু কলিকতাদা থাখিবদো। লৈতুনা থাবোই নীংত্রাও?

ফজবী হাক্কক্তা ঐ ডাক্তর তম্লূরে, পাস তৌরে। য়াম্না ফরে, কৈদৌরগে পাজি।

দামু মপা মচা, নমাগী থম্মোইদা য়েকপ্পবনি খঙ্লত্রা? লানৃথম্দনা লানৃপ্পবনি। অতুমক্তদা কন্নি, লায়েংনি কাস্থ হায়বা শান্নি। য়োং শকতা থিসিদি।

মখোয়সু জীবনি। মিং থুমনৃত্রে, খরসু লাওনা য়েংবীয়ুবা, পাজি।

করি বদমাস! হায়রম্লগা য়োংশবী মথক্কী চক্ষুদু পায়থংলগা, গম্ভীরগী মমায়দা থাজিল্লকই। গম্ভীরগী মকোক্তা পানৃত্রে। শজোম্ অফম্নমক্তা, মশা পূম্নমক ইতৈ তৈরি। গোকুলনা মখা তারকই — করেম-করেম্নমা ঐমক্কী চীপ্পক্তা, চংলু। ঙসিদগী নঙ্ ঐগী ইচা নত্রবনি।

গম্ভীর, ইরেন্ হৌগংপ্রে অদুগা মপান্ থোক্খে। থোক্লা থোক্লা "করি অহলনো, ভাব শুক্তা তাদবসিবো।"

ইন্না! অমুকসু — হায়রম্লগা য়োংশবী লংলকই। গম্ভীরগী মকলাপ্তা পানখি। গোকুলনা মখা তারকই —

অহল অমনা হায়রদ্দি, কোক্ হেক্ তোকউদনা। য়োং বদমাস। ননম্চৈ অমুক্তা চারক্তবগী কয়া থওই-উশিত্রিবা, আক্-পাক্ নাইত্রিবা, ব্যবহার লৈত্রিবা।

মপান থোরক্পদা, ফুকান্ মমাঙ্দা মীনা ইওম্ ওম্শিল্লমী। মাঙ্দা লেপ্লবা ফুজনা ডাক্তরবু কোন্দুনা পুথে। জীপ্তা ফমুহন্বগা ফুজনা অহুম্ থোথে।

দামু মপা—মচা, গোকুলগীদি অশাউবীনি।



মমা ইবেম্মনা ন্নায়খিবা ডাক্তরগী জীপ, মুনান্ অমদি কুম্লনা থিল্লক্লি। সীনেমা হোল্লোমদগী কবো লৈকাইগী ক্লীনীক্ তম্লক্লি। কুম্লনা জীপ্ থোনা থোনা—ফজবীনা সাহেব্পু মুংশিবদি 'ট্রু লভনি' ঐ খঙ্তি।

কৈদৌনক্লরনি, কোইজোম্বা ওক্লরে, হমুবদা ন্নাইথুংলে। অদুবু ইনেগী মতৌসিদা, চাওয়ায়মসে, য়াম্না মুংশা থিজরবনি।

মাইবৈ মচাসি চাওয়ায়মা কৌবোরে। করিনিনা মনা হায়-রিবো-তাদা ?

ন্নারী ন্নাখোঙ শিং–শিংনা লীরম্লে। ডাক্তর সাহেবতম্মু অমুক্তা তম্বীয়ুসিনি।

করম্না চাওয়ায়মদা য়াথ্রিনো, মাবু মুংশিথ্রিনো সিনি ঙকৃইসি ঐনা!

মশানা লাইথোক্লুনা কম্না-নারকপা, পাঞ্জি দামুম্মু, টাইফোই-ডনা কম্না নারকপা, সুমতীনা মশা লুম্থরকপা। চাওয়ায়মনতা ফন-বা য়েংজবা, থোং থাক্লুনা পীজবা, মফি মরোল শুবীবা, থাংদোক্ থাংজিন্ তৌবীবা।

মতমচুদা ইনেনা কৈদৌরিবা ?

কাইনথংদা, ফরকান্দা লৌরুবনিদা।

ওঃ, অদুদা লোম্দিম্নখিবা, সাহেবনদি কম্রি হায়রিবা ?

মা চাওয়ায়মদা লৈগদবনি, নত্রদি শোয়দনা দোষ পুনি সিনি। সাহেবতি সমাজ সংস্কারদা পুক্নি কথোকৃম্রে, মুপী থিররোই হায়রি।

শ্রীনীক্ য়েরক্লে, ডাক্তরমসু মপান্দা তাইহুনা লৈরম্মী। মূনান্ মনুংদা তোংগ্রে, অহুগা শগোলকন্দা গ্রামা হোল অমদা লাক্মিরে। মূনান্ অমদি কুল্লা ডাক্তরদা জীপ্ শিন্নরম্মগা, সীনেমা হোল পাং-লক্লে।

গ্রামা হোলসিমক্তদা মপান্ অমদি মনুংদা তম্বা ছাত্র ছাত্রী-শিংনা শান্দুনা কবি সম্মেলন্ অমা পাংথোক্কদৌরি। ডাক্তরমসু ময়াম্না হায়রবদগী য়াওগদৌরি। মশামক্তা ইবা শৈরেং অমা পাগনি।

গ্রামা হোলগী মাঙ্গোলদা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা ঈয়েক্ ঈপীগী মপী লাইরিক্ য়োল্লি। টেবল অমদা থম্বনি, ময়াম্ পংলৈদা লৈনরি।

ঈয়েক্ ঈপী লাইরিক্তা ডাক্তরনা শাংলবা রাহৌদোক অমা পীরি। পন্‌বা য়াবা খরদং মখাদা পীজরি—

মৈতৈ ঈয়েক্-ঈপীগী শক্তম্, মীওইবনা সভ্যতাগী মতাল্ ফংলক্-পদগী লৈরক্লবনি। চহী কুমজা মালিয়া-পালচা ৩০০০ গী মমাঙ্দগী লৈরক্লবনি। খৃস্টাব্দ ১৭৩২ গী মেরাগী ১৭ নি পান্‌বা, নোংমাইজিং নুমিত্তাদা পাম্হৈবা মহারাজগী সনা হাক্তক্তা, ঈয়েক্-ঈপী অসিনা ইরম্বা পূয়া, শান্তিদাস গোসাইগা মান্নহুনা মৈ থাখি। মহুদগী হৌরহুনা, ঈয়েক্ ঈপী অসি নম্থখি। বাঙ্গালী ঈয়েক-ঈপীনা মহুৎ শিন্‌খি, নমহুনা তম্হনখি। ঈয়েক্তা ইপানি, লোন্না ইমানি। মতম্ কুইনা পলেম্ পম্মৌ অনী চংনা নাওকোন্‌বীরক্রবা মৈতৈনি। পম্মৌ-পলেম্ অনী চংনা নাওকোন্‌বীবা মতম্ ওইরক্লে, খঙ্গহুনা লাইরিক্ অনী অসি পুথোকচবনি।

অনীশুবা লাইরিক্তা, রাকোক্লোন্ হৈলেল-থিলেল্-অমাইলোন্ পুকোক্-পুয়াগী অখন্নবা লমায় খরগী ফোটো নম্থোক্লগা, য়োক্ শাহুনা নম্নবা হাপচরি। অনীশুবা লাইরিক্ তম্বা লোইবগা, পুয়া পাবা, তম্বা তম্দবা চাংয়েংনবগী হাপ্চবনি। হায়রিবা পুয়াসি

খৃষ্টাব্দ ১৫৯৭ তা মায়চৌ অস্বস্থ অপোইনানাগী হাক্তক্তা, মায়চৌ চহ্নাম্ থেঙ্লানা হান্নগী পুয়াদগী খুখাঙ্ শিন্দোক্‌খিবা পুয়া লাতম্নি। চহী ৩৪৯ শুরবা খুৎইনি ... ... ... ... ... ... ।

কবি সম্মেলন চথম্রে।

ডাক্তর গম্ভীরগী পালি লাক্‌পদা মহাক্কী শৈরেং পাথোক্‌খি। ডাক্তরগী শৈরেং খরা শাংভি লমায় মরীরোম্‌গীনি মিংনা— "মৈতৈ পোক্‌পা পম্বৌ" কৌই।

খরদং পল্লবদা—

ঈয়েক-ঈপীনা পম্বৌনি

ঙাংনরি' লোলনা পলেম্‌নি।

মীয়ান্‌গী পম্বৌনা পম্বৌশা

লমদম্‌সিগী মপারী মযোম্‌শা

পলেম্‌তা মদোম্ নাউকোল্লক্‌পশা

পেন্ত্রবোইদো পলেমনা

খোয়শাউখ্রবোইদো পম্বৌনা।

শেগায়রা মল্লা ফিজোন্

হকচাং থুংফাত্তনা থোন্

নুংগী ফালদা কম্‌হনা

চুবা মোনথাংনহনা

মুংশুক্ মুংজানরিদো

পম্বৌমাদি লৈরিদো।

মথং-মথং

ডাক্তরনা পাবা হেক্ লোইবগা হোলগী মনুং অমদি মপান্দা ফম্লিবা ঈয়েক্ ঈপীবু মুংশিবগী ঈহৌ অমা থম্মোই থুম্না হৌরক্লবা ছাত্রা-ছাত্রীশিংনা খুবাক্ প্রোক্ প্রোক্ খুনরকই। হোল অহু পোক্-খায়গদৌই।

পুল্লা কবি ১১ না শৈরেং ১১ থক্ পাখোক্লাখ। অহান্বা মনানা লুপা ২৫, অনীশুবনা লুপা ২০, অহুমশুবনা লুপা ১৫, পীখি। কোলোলেসন্ প্রাইজনা লুপা ৫, নি, ডাক্তরদা লুপা ৫, পীখি। ডাক্তরদা অহান্বা মনা পীদবগী মপান্দা তম্বা ছাত্রশিংনা পুল্লা ঈহৌ-রক্পদা, ডাক্তরনা মহাক্কী শৈরেং লৌথোক্খি।

মকম্ মরাং খঙ্হৌদনা হৌরকপা নোংলৈ-মুংশিং অসিস্থু নেম্থখি।

দার্জীলীংগী টিঃ বিঃ সেনিটোরিয়ম্দা থবক্ তৌরিবা ডাক্তর অহু ডাঃ মুখর্জীগী ছাত্রনি। অহুঙৈ দার্জীলীংদা চৎপা মতমদা, নোং-মা চাক্কৌরকুনা ময়াম্ পুম্না চৎমিন্নরুই। মহুগা গম্ভীরগা খঙ্নখি। টিঃ বিঃ না নাবা মীওই কয়া অমা লায়েংলকৃখি। ইম্ফালদা লাক্ল-গনা লায়না লাইওং চয়েৎনবা, হক্চীম্না নারবা মীওই ওাক্তা থেংনরি। টিঃ বীঃ তশেংনা নারবা মীওই কয়া অমদি লায়েংবদা, হীদাক্কী মতেং-নরা হেক্হেক্ ফবক্রি। মহু উবদা ডাক্তরস্থু তশেংনা মুংওাইবা ফাওজরি। চয়েৎনবা লায়না কয়ানা নারবা মীওইশিংদি, হীদাক্ পাক্ থাবা ওমদ্রি। কুপ্পা ডাইগ্লোস তৌরি, মরী লৈনবা লাইরিক কয়া অমস্থু, পারি। অনাবশিংগী হক্কী ঈশিং অমদি অমাংবা সিভিল হোস্পীটালদা য়েংহল্লি।

কুপ্পা ডাইগ্লোস তৌরবা মতুংদদা হীদাক্ মথং-মথং থাবা হৌরি। চানরবোই, অনাবশিংহু নোংমা-নোংমগী ফগৎলকপা উরি। থম্মোইদা হৱাওজরবা ডাক্তর, অথা অথাবা লাইরিক্ কয়া পারি। থা তরুক্লো-ম্গী মতুংদগীদি অফবা ডাক্তর অমা ওইরক্লে।

'অফবা মপূক্চেল শেংবা ডাক্তরনি, মহাক্তবু শোক্শ্রবদি, অনাবা হেক্তা ফবে'—মীয়াম্না ওাংনরক্লে, ইম্ফাল সহরদা শন্দোরক্লে। জ্ঞান্ লৈরবা লাইরিক্ লাইশু হৈরবা মীওইশিংনা "স্পর্শ-মণিনি",—

"টক্সটোন্‌নি, লাইব্রিক্‌ ফনা হৌখিবা ছাত্রনি, অহুননি ঙাংনৈ। থাঙ্গৈশেংবদি।

ডাঃ গম্ভীর কেকশটিগী অরোইবা চহীগী পরিক্ষাদা মেডীসীন্দা গোল্ড মেডল ফংখিদ্রবস্থ, ডিস্টিংসন্‌ ফংখি। বিষয় পুম্নমক চাং মাল্ল-না ফবা ছাত্রনি।

মক্কাক্‌ ইবুঙো মন্ত্রি অমদি মমাইবেম্মগী মনাকোং য়ৌরকই। হরাওজে। "থাবাতং হিংলম্মদি"—মমাইবেম্মনা শোল্লি। মবুক্লিংদা জীনিবু থীনা-থীনা চৈরি।

নোংমা নুংথিল অমা পুং ৩ লোম্‌ তাবা মতমদা মপান্দা লাই-রিক তম্লকপী ছাত্রী অহুমথক্‌ একাগাড়ী অমমম্‌ তোংলহুনা ক্লীনীক্‌ তম্না লাকই। গেরেজদা বহাহুরনা জীপ্‌ অমদি, মোটোর সাইকল শেংদোক্লিবহু য়েংলম্বা ক্লীনীক্‌সিগী কম্পাউণ্ডরদা মাঙ্‌ থারকপী ছাত্রী-হুনা—

খুরা, তামোগা অমুক্তা উনজবা য়াগদরা?

ব্লড এক্সামিন্‌ তৌহৌরি হংজরক্কে। চঙ্‌সি মহুংদা ফম্বা য়ানি।

গাড়ী ভাশিল্লম্লগা ছাত্রী অহুমহু কম্পাউণ্ডরগী মতুং ইল্লকই। মাঙ্গোল কাখৎলকপদা, মায়োক্লবা ফক্লাংদা মিংশেল চন্‌বা ওইল পেন্টিংগী অচৌবা মুপীগী ফোটো অমা থেৎলিবহু থেংনৈ। থাবাগী ফোটোনি। অঙৌবা লংগী লৈপরেং অমা জুম্‌ জুম্‌ য়াম্বরি। মথংদা ডাক্তরগীনি হায়না থম্লিবা কাহুদা চঙ্‌লকই। ডাক্তরগী চৌকিগী মতুংগী ফক্লাংদা অঙাং ওইরিবা মুপা মচা অমগী চুম্নগী খরা চাউবা ফোটো অমা মিংশেল চল্লগা থেৎলি। ডাক্তরগী মচানুপানি, নোং-ত্রেন্‌খোম্বগী ফোটোনি। ক্লীনীক্‌সিগীনা মপুনি, মাগী মমিংদা লৈ।

ডাক্তরগী টেবল মমাঙ্‌দা থারিবা চৌকী অহুমহুদা ছাত্রী অহুমহু মথং-মথং ফমথে! মতমসিদা ডাক্তর চঙ্‌লকই। মখা থংবদা ফম্বীহুনা

হান্নবা খঙ্নৈ। মথা থংনা ফম্বীহূনা—

ঐখোয়না লাক্চরিসে তামো, মুপীতগী ওইবা, থাগী চেক্ফোং অমা পুথোক্চগদৌরি। তামোম্ পাবুং মন্ত্রীদোনা ডোনেসন্ য়াম্খে হাপ্লীয়ু, সবস্ক্রাইবরস্ ওইবীয়ু, হায়জগে লাক্পনি।

য়াঙ্জে, ডোনেসন্দি নিক্ফু হাপ্চগে। অহনগা মান্নবদি ব্যবহার কায়বা তাগনি।

মোটোর এসোসিয়েসন্, এগ্রেরিয়ান্ সোসাইটি, মৈতৈ-ঈয়েক্ ঈপী শন্দোক্পগী লম্দা তামোগী কনট্রিবিউসন্ য়াম্না চাওই ভাব তাঙ্জে। মনিপুরদা বাঙ্গালি ময়েক্ শন্দোক্পদা, শ্লেট, কাংগ্রু লেম্না য়েল্লগা, তমহন্খিবগুম্, তামোগী ঈয়েক্- ঈপীগী লাইরিক্ অনীম্ লেম্না য়েন্বীরি, বোহি পেন্সিল ফাওবা, য়েন্বীরি ... ... ... ...।

অরাং ফম্বীহূনা ঙাংবা লোইদ্রিঙৈ, ময়ায় ফম্বীহূনা—

তামোখোয়গী ঈয়েক্-ঈপী তম্হন্বগী সেন্টরশিংদা মুপীমচাশিং য়াওবা থেংনবীব্রা?

য়াওদে অমত্তা থেংনজদে—ডাক্তরনা খুম্মী।

তামোগী পেট্রিওটীক্-এক্টীভিটিজশিংসিবু ব্যবহার তৌজে। মৈতৈ ঈমুং খুদিংমক্তনি তামো য়েংবীয়ু মুপীমচাশিংবু, মমা—মপা ওইব-শিংনা ফিশা-লোন্শা তম্বী, চাথুম্দা নম্শিন্দুনা থম্বী, পীবাশিংগী সেবা তৌহল্লি। পিবাতবু লাইরিক মতমহল্লি, পিবাতবু শেম্মী—পেন্দবা থম্মোইগী নুঙাইতবা অমগা লোয়ননা ময়ায় ফম্বীহূনা খোল খরা য়াংলপ হায়রকই।

ডাক্তরনা ময়ায় ফম্বীহূবু য়াম্না ব্যবহার তৌনা য়েংলি। মচন্ মুপী তোম্বীবু নীংশিংলকই। ময়ায় ফম্বীহূম্ ডাক্তরবু ব্যবহার তৌনা য়েংলগা মথা তারকই—

মচাদা মীচং মীখায় নাইফম্ থোক্প্রনে, তামো? নিঙোলস্থু পিবাস্থু মীমক্তনি। চাখুম্দগী চিংথোক্তুনা লাইরিক্ তম্হন্‌ফম্ থোক্ই। পিবাগা নিঙোলগা থাক্ অমত্তদা শেম্বীফম্ থোক্ই, মিংয়েং অমত্তনা য়েংবীফম্ থোক্ই ... ... ... ... ... ..।

মতমগী হুংশিৎনি, কন্না শিংহনবীবা চুম্মী সিস্তর। পাংজো হায়বা মতেং পুন্নমক্ পাংজগে। অতুগীদমক্ সরকারগী থবক্ তৌজদবনি—ডাক্তরনা খুম্মী।

ময়ায় ফম্বীতুনা মখা তারকই — পিবাদা পীরিবা অধিকার পুন্নমক্, নিঙোলদস্থু পীগদবনি। নুপা-নুপী চপ্-মান্নবা চাউখৎলবতদা লৈবাক্কী, সমাজগী কান্নবা নত্রা? মমা মপাগী মপান, লৌইংখোল চপ মান্ননা থুংফম থোক্ত্রা, তামো?

লাইরিক-লাইশু হৈবা সরকারগী থবক্তা ফম্ চাউনা পায়বা ইমুং খরতগী নিঙোলনি, লাইরিক আ-কাও তম্হল্লিসি। ইমুং খর অমদি, ময়েক্ হেক্ চৎপগা, ক্লাস থ্রি, ফোরদা তোকহল্লি — অরাং থংবীতুনা পাংশিল্লকই।

তামোগী ক্লীনীক্কী মরিদা পাউ খরদং খঙ্জনীংতুনা লাকচবনি। রাহং ওইনা হেক্তা হংজরগে রারৌবীনুকো তামো। অয়ুক্ খুদিং ক্লীনীক্সি মী য়াম্না ওম্শিন্বা থেংনজে। করি-করি অনাবা ওইরবনো?—মখা ফম্বীতুনা হংলকই।

টিঃ বীঃ গা ভীঃ ডীঃ গনি। ভীঃ ডীঃ না হেল্লি য়াম্বা। লোক্ চুম্না থুংবগুম্বা,, টোন্সীল চাওবগুম্বা, অরায়বা লায়নাদি সরকারগী ডাক্তর খানাদা, হেক্-হেক্ থাদোক্চখি।

কয়াম্ কুইনা ওমশিন্নি খন্বীবগে—অরাংথংবীতুনা পাংশিল্লকই।

অনাবা য়াম্না লৈরম্ব্রে, কুইখিনি। রারনা (লাম্না) শোক্লম্লবা লৈবাক্কী হৌনবীনি। অনাবশিংসিস্থু য়াম্না কম্প্লিকেটেড ওইব্রে।

হায়বদি তামো ?

কোলেরা, স্মোল্ পোক্স, টাইফোইড, ডাইসেন্ট্রি, মেলেরিয়া, এপীডেমিক্সি, লান্ মন্নুংদা ময়াম্না মায়োক্নখিসি। লায়না অনী নত্রগা অহুম্না হক্চীন্না নারবা মীওই ওাক্সি য়েংলরিসি।

অনাবশিংনা পেঞ্জবদগী লুপা অনী, অহুম্ নত্রগা মঙা থাবা খুদিং অমত্তুং লৌবীরগা অহেনবা হন্দোক্পীখি। অমনা খোংক্রুম্, মাইরেন্, কোবী, শঙ্গোম, চুহীনচিংবা থারগস্মু লায়েংবী মরম খঙ্জবা য়াগদ্রা—অরাং থংবীতুনা হংলকই।

অরুবা অনাবা ওইরদি শেল থাদ্রস্মু, পোৎ পীদ্রস্মু য়েংজে। মরমদি থানীংঙাই লৈতবননি লৌজে।

মরী মস্তা বাড়ী সমস্কি লায়েংবগুম্বনি, হীদাক্না মরনাই লৈজ-বা—অরাং থংবীতুনা অহুম্ পাংশিল্লকই।

তুরেল মপান্গী অনাশঙ্দা টিঃ বীঃ না নাবা মীওই অহুম্-অহুম্, হেক্-হেক্ লেম্না ফ্রীদা লায়েংবীরি—ময়ায় ফম্বীতুনা ঙাংবা লোইফাত্রিঙৈদা মখা ফম্বীতুনা—

চাবা, থক্পা, হীদাক্ ফ্রী, বেলেন্সড ডাইট পীজে, উহৈ রাহৈ পীজে। মবুক্সিং থৌগৎপী। মখোয়না হায়বদগী গ্রামো ফোন্ ফাওবা লৈতুনা থস্লি, ঈশৈ তাহল্লি—পাংশিল্লকই।

মীওই কয়ানো য়েংবীগদবা, কয়া থীনা নারবা জাৎনো, খঙ্জবা য়াগদ্রা তামো। ফ্রীদা লায়েংবীবগী মরম্বুদি খঙ্জরে।

হৌজিক্মক্কীদি তরাগাথোইতনি।

হেল্লকথিবা য়ারি। মখা তাক্পীসি তামো।

লায়নাস্মু কম্প্লিকেটেড ওইরবা, লাইথৈনা মখোঙ্ মখুৎ চিং-শিল্লবা, হৌজিক্না টিঃ বীঃ না নারবা, হন্না য়েংবদা মাগীনি হায়বা কনা লৈজদ্রবা মীওই ওাক্সি। জীবনি, থুনা ফনীংবা মক্তনি।

ফরকখিনিকো তামো ?

ফহন্‌বা ঙম্‌খিনি। লায়খৈসিদি খরা ন্নারনি।

ক্রোনীক্‌ ওইরবা য়াউদবনরা ?

তরামাথোইসিদি ক্রোনীক্‌ ওইদ্রি। ওইরবা তরুকখক্‌ মন্নুম্‌ মন্নুম্‌ চত্তুনা য়েংজরি। ইনাক্‌ খুন্‌বা শেল পায়বা কয়াস্থু য়াওই।

মতম খরা শাংনা হিংহন্নবা হীদাক্‌ কাপ্পীবা ওইবা তারে। য়ান্না নুভাইজরে তামো। পাবুং মন্ত্রিনদি তামোবু মখা তম্‌থহন্নীংলি। তম্‌বীররোইদ্রা তামো—ময়ায় ফম্বীহুনা হংঙি ?

অনাবাশিংসি হুদোক্তুনা চৎপা ঙম্‌দ্রে, তমথজখিনি। অহুবু হংচিৎসি, মাদ্রাজ চৎচরনি, টিঃ বীঃ গী কন্‌ফরেন্স অমা য়াওবা। ওল ইন্দিয়া টিঃ বীঃ এসোসিয়েসন্‌গী মেম্বর অমনি ঐ।

ক্লীনীক্‌সিদা থম্‌হুনা ফজবীবু লায়েংলকপা থা অমা হেল্লক্লে। মাগী অনাবা ফরে। তুরেন্‌ মপান্‌গী শঙ্গা লায়েংলি। টিঃ বীঃনা নাবা অহুম্‌হুগা, অনাবা মরী ক্লীনীক্‌সিদা থমহুনা, লায়েংলি।

নুংথিল তান্নক্লি, গম্ভীর মহাক্কী ড্রোইংরুমদা সোফাদা ফম্লগা, ঙরাংদা থুংলবা, মেডিকেল জর্নেল অমা পারি। হয়েংদি মহাক্‌ মাদ্রাজ চৎগ্রনি। মতমসিদা ফজবী প্লেট অমদা অরাথবী অথোক্‌পা মশুং মরীখক্‌ হাপ্লগা পুশিল্লকই অহুগা, শাইড টেবল মচা অমগী মথক্তা থম্মী। থব্রাই লুপশিন্না পাবনরা, গম্ভীর য়েংথোরক্তে ফজবী-না চঙ্গলকপা ফাওবা উখিদে।

ফজবীনা তপ্পা —

তায়ায়, অরাথবী।

হেক্‌ য়েংথোরক্লগা — ঙসিদি অরাথবী, ফৈ-ফৈ ঈ থুনা ওন্‌ব-নি। ময়ামগী'দি ?

বহাত্থরদা পীহুনখ্রে, কয়াম কইনা পীজদোরিনো ?

করিগীনো, মী তরুক্তনি বহাদুরগা থারগা, ইমুংসিগী মী।

চাক্ সিদা চাত্রিনা করিগী?

পাবুংখোয়দি, লৈঙাং পাংবী চেংনি অহাওবা। মত্থু হৈনখ্রে।

বহাদুরদা শো শিন্নবিসিনা করিগী?

পাবুংনা কুল্লা বাবুদা হায়খ্রে, মহাক্ ঙসিদগী লাক্লনি। ঙহাক্ লকক্ ভৌরগা, 'অফাও-অফাওবা ডাক্তর কয়ানা হীদাক্ কয়া-কয়া পুথোক্লবা হোৎনরি, ঐসু মত্থুদা তাউরি। পাবুং খঙ্গ্রে! ঐসু মখা তম্থখিনি।'—অৱাথবী মশুং অমা লৌখৎলগা চারি। মখা অমুক্ তারকই—করি করি পেন্দবা লৈ নশাগী হায়য়ু, তাসি।

· কৈদৌনদৌরিবা, মত্থু তারগা?

পূর্কনিংনে, রাখলনে, হকচাংনে য়াম্না মরী লৈনবনি। হৌজিক্-পুদি নঙনা হায়খিবা পুম্নমক্ থুংলে। নশাসু থুনা হঙ্গৎলি, য়াম্না ফগ্রে।

ঐনা করি হায়খ্রিবা?

তামুনান্‌খোয়দা লৈরিঙৈ ৱানি, নখোয়না।

তেজাপ্ মুল্লি করিগীনো, ফারগা পুরকইনা করিগীনো?

নত্রদি, ঙসি ৱারী শানখিব্রা?

অঙ্ক কৈ হায়দাই, ফজ তাবা ঙমদ্রা?

গম্ভীর থুম্নক্তে অৱাথবী চারি। ফজবীনা মখা তারকই—

খোঙ্গুল লৌরক্তবনা অয়াম্বনি, খম্বন্ চাউবনা থম্মোই পীকপনি।

মতম অসিদা লম্বাল মাইবগী মচা মুপাহু শোরোক্ লোম্‌দগী একাগাড়ী থৌজিল্লকপা উখি। হাম্নবা চা থক্‌লম্বগী গ্লাসকা প্লেটকা পুরগা ফজবী থোরকই। হায়রম্মী—শিজরম্বনা ফবনি।

করিগী ? নঙ্ চাওয়ায়মবু হল্লাল্লবা, মঙোন্দা লৈত্রবা দোষ শোয়-দনা পুগনি। অমনা মবাই অমদা ভৌফম্ থোক্পা ব্যবহার তৌইল্লু।

কুইদে জীপ্ অমস্থু ক্লীনীক্তা থৌজিল্লকই। জীপ্তগী কুল্লাবাবু কুমথরকই অদুগা চৌকিদারগী য়ুম্লোম্দা চঙ্খি। গম্ভীর সুন্দ্রংদা মুম্ য়েংহনা রাখল অমা খন্বগুম্ তৌরি। চৌকিদারগা, কুল্লাবাবুগা চঙ্লক্ই। কুল্লবাবুনা—

অমুক্তা চঙ্জরকে, সাহেব।

লেঙ্শিন্বীরকউ, পাবুংনা করি—করি হায়রকে ?

বহাতুরদগী শো লৌশিঞ্জরে। পুজারীদা ওসিগী চেং চাক্ পীজ-রম্লে। হয়েংদি শমজি খায়নবা থোক্লনি, ওসি ফজবী চৎহনখ্রে। হায়-রকই।

মতুনা ফৈ। চৌকিদারগা অমুক্তা শীন্নবীরম্লো।

বহাতুর অমদি কুল্লবাবু থোকখ্রে। গম্ভীরসু জর্নেল অমুক পারি। কুইদে ফজবীনা মাঙ্ থারগা মাইবগী মচা নুপাগা চঙ্মিন্ন-রকই। ফজবীনা ডাক্তরদা খুরুম্মী, গুং গুং কপ্পী। পায়রক্লিবা রুমালনা মপি তৈথোক্লি। মকোক্ নান্বীরগা ডাক্তরনা—

নাখোয়না নুঙাইনা পান্বদো ঐ উনীংঙি। মাদ্রাজদগী হল্লক-পগা অউন্ পোৎ তন্নি। মাগী লৈতেংদা অপাম্বা অমা হায়রকউ।

মারে তায়ায়, করি মত্তা পাম্জদে।



সান্তোস রেলরেগী কেরানী ওইগ্রে। প্রতিভাগী মচেস্থ মুপা ময়ুমদা থিন্গ্রে। মুপা ময়ুমদা লৈরকপা চহী অমা খরা হেল্লকপদা নোংমা চাক্শঙ্দা চাক্ থোংলিঙে, মখিদা মৈনা ল্লায়খি। মহুদা মশা পুম্বা মৈনা চাক্খি। হোস্পিটালদা পুখত্না লায়কয়বনি, অহুবু কন্বা ঙমখিদ্রে।

মচেগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইবা অমদি প্রতিভাগী পরিক্ষা লোইবা ভাইরম্বা ওজা দাস ইস্কুলদা চংগ্রে। কলেজগী ওজা ওইখে। চংলমদাইদা ওজা দাসনা প্রতিভাদা মাগী বেঙ্কগী একাউন্ট অমদি পাস-বুক্ শীন্নরম্মী। ময়াম্বা দাস ফাওবা খঙ্হন্দবা একাউন্টনি। মতম কুইনা থুপচাননা থম্লম্বা ল্লাক্ম অমম্থ ফোংদোক্লম্মী। প্রতিভা-না খল্লম্বা ল্লাখলগা ওন্না-ভৈনখি। মপাবুং শেলুংবনা থম্লম্বা শেন্ফমদগী হাংদোকপা একাউন্ট ওইরম্লে। শেন্ফম্ খংচাও চাউখৎলম্বনা গম্ভীরনা শীল্লম্বা ওইরম্লে। মহুগী মথক্তা সনা খাঙেল খরস্থ পীরম্মী। ক্যারস্থ শিন্নরম্মী।

মুংবংনখ্রবী প্রতিভা মুমিৎ হুম্নি চুপ্পা চাবা, থক্পা, তুম্বা, তুং ওইনখি। ইমুংদগী মুকহেন্ হেন্দোক্খিদে। ফমুংতদা মতম লেপ্তখি। তত্তনা শীম্থখিবা পিরাংনা মিৎফম্ ফাওবা কুৎশিল্লম্মী। মাগী তামোগী ফোটোদা পুক্নীং চঙনা য়েংলগা, মপি জোরো জোরো তানা কপ্পা অপোকপা অহল ঐচঃ সিঃ দাসনা উখিবা মশীং ক্ষনা য়াম্লে।

গোল্ড মেডল ফংহন্নীংবদগী প্রতিভানা মাগী তামোদা থিনা ভাংখি। চীনবান্দতগী থোরকপা ল্লাহৈশিংনি, থম্মোইদগীদি নৎখিদে।

খরা লৈরগদি মপূক্চেল ফাজিল্লবী প্রতিভা, মপান্ থোক্তুনা মুপীতগী ওইবা মহিলা সন্ধ অমা লিংখৎপদা ল্লাওখ্রে। মরু ওইবা

থৌদাং লৌতুনা সেক্রেটরীগী থবক পুখি। সঙ্ঘ অসিদা বাল্য-বিধবা, চহী লৈশিল্লরবী মমুম্ পাল্লবী লৈশাবীশিং, অউনপোৎ শুদবগী মনেম্ মকুনা তাম্মোকপীরকলবীশিং, কেরোসীন্ হৈজিন্দুনা মৈ থাবদা চেং লৈবদগী হিংহৌরবশিং লোইনা মেম্বর ওইরি। সাধারন্ সভাগী মী-ফম্ অমদা লেপখিবা মতুংইন্না মুমথোঙ্ খুদিং, তুকান্ খুদিং, বাবু ভায়া খুদিং চত্তুনা শেল খায়খি। মুম্ অমা রায়তুনা "চিল্‌ড্রেন-হোম্" অমদি "উইমেন্-হোম্" লিংখৎখি মুম্ অসিমক্তদা সঙ্ঘ অসিগী ওফি-সস্থু চলাইরি। মমৈথংদা কংগ্রেস কর্ম্মীশিংনা মতেং পাংশিন্বীরক্লুনা ফণ্ড মতীক চানা খায়গৎখি, উদেশ্য পূম্নমকস্থু পাংথোক্পা ঙম্নবা মতেং পাংবীখি অমদি পাউতাক্ কয়া পীবীখি।

কুইদ্রে চৈরক্ অসিদা, ফেকলটিগ: এল: এম: এফ: কী পরিক্ষা ছায়দোরক্লে। প্রতিভা য়াম্না নীংথিনা, পোজিসন্ রাংনা পাস তৌ-রকই। অতুমক্রা ওক্সা দাসনা শিন্নরম্বতুগা মপা চাননা-মিসন্ হোস্পি-টালদা থবক তৌহন্খি।

সঙ্ঘ অসিগী মেম্বরশিং লৈকাই খুদিংগী খুঙ্গং খুদিংগী অমা নত্রগা অনীদি মরেরে। সাধারন সভা অমদা তাম্নখিবা রারেপ্ মতুংইন্না, অঙাং লুহোংবা, সতী মৈ থাবা মনেম্-মকুনা ওৎপীবা মমৌ কেরোসীন্ হৈজিন্দুনা মৈ থাবনচিংবা, লৈকাইশিংদা খুঙ্গংশিংদা থোক্ল-বদি মিৎ-নাশিংনা লৈনবা অমদি, পাউ অতু হেড ওফিস্তা থুনা য়োইহল্লরুবা শীন্নখি। কংগ্রেস কর্ম্মিশিংনা মতুদা মতেং পাংবীরি। পার্টি অসিবু সমর্থন্ তৌবীবা পুলিস ওফিসারশিংনস্থু, ওথরিটীনা শিন্ন-রকপদগী মতেং মীংথিনা পাংবীরি।

থৌদোক্শিং অসি থোক্তবা নত্তে। পাউ হেক্ ফংবগা সেক্রেট-রীনা মাগী কার শিজিন্নতুনা, থুনা-থুনা থবক্ লৌথৎলি। মরাল লৈবা মীবু থুদক্তা দণ্ড পীরি।

অসি পূম্নমকী মথক্তা সঙ্ঘ অসিনা চয়োলগী ওইবা চেফোং অমস্থু

রাং নাইনা ফোংলি। নৌনা শেমগংলকপা সংস্থান ওইবগা বাবু-জায়াশিংনা নীংখিনা মতেং পাংবীরি। মেম্বরশিংস্থু থরাই মিংখিনা য়াওনরি।

নোংমা মহাবীর জৈন্না মাগী য়ুম্‌গী ভারা থৌবা লাকুই। দাদা দাসনা মহাবীরবু উবদা মাগী মযুমদা কৌশিল্লগা চা-থক্‌মিন্নরি, রারী শানরি। দাদা দাসনা—

প্রতিভাসি, থাজখ্রগে ইবুঙো মহাবীর—চা খজিক্ চিংখৎলগা ঐচঃ সিঃ দাসনা হায়রকই। মহাবীর জৈন্ ইঙক্ ঙক্লি, চা খজিক্ থক্লগা মখা তারকপা ঙাইরি। মখা তারকই—তরেংকী অতোন্‌বীগা ওইরে, ওম্বোক্লা রাথোক্ চাউথে—ওহাক্ লকক্ তৌরগা — রায়দা, নিঙোল পোক্পসি ইবুঙো। থরগা লমকেৎ লমহাইরে।

থক্লুরবা চা হেক্ য়োংশিন্‌বগা—ভাব তাজরে। দাদাগী ইশেল-গদি করি হায়নবীরক্লবা? মানবু য়ারব্রা?

তাবোই তাদবোই বাবানা—মিংনা উবা লাইসি মমা মপাদনি বেদ শাস্ত্রনা য়ারবা রাকম্নি। গম্ভীরগী ফোটোবু লাইদৌনা লাংপা লমগী শা নত্রাও। ফৈ মচেনা থনস্থা ইশু অনী কোলহন্নি। অতৈনা কোন্দৌ শরুক্ মানা কোনজবা ফত্ত্রাউ মচেগী মচানি।

দাদাগী মোত্তনা করি; তাক্পিসি। অহিং অমা মহাকসি মাগী মুপাগী পোংলোইবদা য়াংবা তারম্লবনি ঐনা থৈদোক্লুনা কনবিবগী হিংজবনি।

য়াথোক্লম্নে। অতোপ্পা মুপী অমনা কোন্‌খিবদা, ইশু অনী অসে লৈফম্‌ চাফম্‌ খঙ্‌খ্রোই। মন্দোম্‌চানা কোঞ্জবনা ফৈ।

ফৈ, জাংস্থু তিন্নবা অহুনা ফৈ।

গম্ভীরগী শেল খরা চঙ্‌লি।

মহুৎদি শিংদোক্পীহৌ দাদা, থবক্সি থোক্লিঙে।

ঐঙোন্দা লিশিং অমা কল্লপ্ লৈ, নচাহুপীবুম্ব এডভান্স থল্লা লৌহন্‌গে, অল্লাৎপনা নবীন্‌চন্দ্রবু হাপ্‌হন্‌গে। য়ানি, অহুমতনি।

য়াম্না ফখে দাদা, মহুতা শোয়হন্‌বীম্ব। ইকাইবগী রানিকো। লুহোংগদবদি নত্রে থিল্লুরগা অহুম্।

উম্, থিল্ল্‌রগা অহুম্। অমুক্ কন্যাদান্ পীবা হৌনত্রে, পীম্ব পীরোই ঐদি। গম্ভীরদা চিঠি অমা ইজপ্রবনি, ইবুঙোম্ব অমত্তা।

ফনি দাদা। রাহৈহুবু ........প্রতিভা মতৈ সন্তোসতা থাজখে। ইবুঙোগী শেলস্থ থুনা শিংলক্লনি .... .. সি ঙাইনা দাদা।

সুপা মমুমদা থিনখে, হায়বীখো। ইশুসুপা অহন্দো মশা য়াম্না ঙম্‌হৌদে, কোলহন্দবা য়াদবনি।

লায়মল্লনে দাদা, সুপা মমুম্না উশিংলরোই। সান্তোসনা লোরার ডিভিজন্ ক্লার্কনি, ইবেম্মনা ডাক্তরনি, চাউবা হেল্লি।

ইশু কল্লা নাহৌরি। —রারী শাবা লোইরহুনা মহাবীর একা-গাড়ী ইম্বোক্তুনা থোরক্লে, কোম্বোঙ্মক্তদা ভদ্রলোক অহুম্ থেংনৈ। মাঙ্ থংলকপহুনা—নমস্কার দাদা, দাদা অহনবু লৈহৌত্রা —মোমোন্ নোক্লই, মথুং লোন্নৈ, অতুগা হংলকই।

করিগীনিনা, লৈহৌই।

অতোম্না সুপা অমনা—প্রতিভাগী মরীদা, লৈকাইনা থল্লরি। মিটিং তৌহৌরি। মহুৎ শিন্দুনা ঐখোয় অহুম্ থারকপনি, দাদা অহনগা লৈখায় অমা ত্তানদবা য়াত্রি দাদা।

ডাক্তর গুইয়ে, কার অমা তোংলে অতুগা ময়ামসি উশিত্রে। ঐখোয়গী নাং, চংনবী, রুহী লোইনা থুগায়রে। লৈকাই লিংত্রেত্রা ছায়বা, সমাজ লৈত্রবা হায়বা। সিনি ময়াম্না শাউনরিসি —ভদ্রলোক্ অমনা পাংশিল্লকই।

লুপ্লাবী মানা সনাগী লীক্ কোল শিজিল্লে, মচু মারাঙ্গী

ফিরোল শেৎচিন্ চাশিল্লে। তৌনীংবদা তৌনা লৈশাবী শাহুনা চৎলি। লৈকাই, সমাজ শীংননি হায়রি। মাবু মপুরোইবা শিগ্রবী বাল্য বিধবা নত্রাও? ভদ্রলোক্লুনা ঙাংবা লোইদ্রিঙৈ—হোই, হৌজিকী নহারোলনিদনা—মহাবীরনা খুম্মকই।

ফাগী নত্তেনে দাদা। মীতোপ্ অমদা অমুক্ ময়ুম পান্থ্রবা, অতোপ্পা ধর্ম্ম ওন্থ্রবা নত্রগা দাদা অহম্না মহাক্পু ইম্থোক্লবা, তাম্থো-ক্লবা মহুমা য়াই—নত্রদি মপা মচামক্ লৈকাইসিদৈ তাম্থোক্লি, সমাজনা ইম্থোক্লি—অহানবগী ভদ্রলোক্লুনা হায়রকই।

দার্জিলীং চৎলুবদগী করিনো অমা ইতৌ তৌগ্রবনি অমনসু ওক্লকই।

তৌকম্ থড়্রবা মহাবীরনা — ফনি। লেঙ্‌শিন্‌বীয়ু, দাদা অহন্ লৈহৌবনি।

মথং নুমিৎকী অথেংবা অহিংনি। বাবা দাস সহয়রদগী য়াম্না শাউনা হল্লকই। ড্রোইং-রুম্গী থোঙ্নগা থোঙ্লোঞ্জেনা ঙাক্লগদা থম্বনে, একাগাড়ীনা য়াম্না শাউনা নম্থায়রকই। ফমুংদা হীপ্লিবী প্রতিভা ইওক্তকই। গাড়ী ঙাশিল্লম্নগা থুনা প্রতিভাগীনি হায়না হন্দক্তা লৈবা আলমিরাদগী, মফি মরোল, মচু-মমেন্ ময়াম্গীহু চিং-থোকয়কই—বদমাস ঐদি ইখলবু খল্লুদে শাউনা হায়রম্নগা লম্য়ায়দৈ ফিতু কেরোসীন্ হৈজিল্লগা মৈ থারি। হায়রকই —

নঙ্ লুখ্রাবীনা মচু-মনেন্ ফি শেৎপা য়াত্রা? কনানা ইন্‌শিল্লি। ব্রহ্ম সভাই ময়াম্ লাক্লুনা কয়া খোঙ্গোইনরম্মে, কয়া থীনা ঙাংলম্মে। ফার্মাসীদা ময়াম্ মমাঙ্দা।

বাবা, অতুনি ঐনা শীংনরিসি অহুনা শেৎলিনি।

চীম্বক্তবু খুম্মিনহে, চীম্বিবী—পরপ্-পরপ্ চঙ্শিল্লগা, প্রতিভাগী মখজাইদা খুবাক্লা থাজিল্লি।

মৈনা ঙরং-ঙরং চাক্‌খৎলক্‌পদুদা — চৎপ্রগা—

নঙ্‌ ঙসিদৈ চৎস্ত্রো চৎলু। — থোঙ্‌লোঞ্জেনা মৈহু নম্‌থবা লাক্লরি।

ভাব-মেন্‌ তাদবা মুশি-মুশিবা সান্তোসকী পুন্সিদা ঐবু লংশি-ন্নিসু শীল্লি। কোয়োসীন্‌ হৈজিল্লগা ইচে হাৎপসু মৈনা ব্বায়'নি হায়-জিল্লগা থাজরি। বাবাই থৌশীল অমত্তা ইল্লোই। বাবা লৈরুচো।

চিঙ্খিবী। ইশু অনীসি কনানা কোন্দৌরি। ঙাইখো লুখ্‌রাবী নঙ্‌না লৈশাবী' অধিকার ভান্‌বা য়াত্রা, হায়বা। গুরুজন্‌ হাক্তকী রুচী থুগায়বা ঙমত্রা হায়বা?

থুগায়দৌরিনি, মথক্‌ মখা ওন্দৌরিনি।

করি চীঙ্খিবী—অমুক্‌সু হোৎচিল্লরুগা ফুরি। মখা তারকই — গম্ভীরদা লৈজরু চৎলু—মশাগল, লাকুনা চিংখৎলগা ইন্‌খি।

ফিশিংহু থোঙ্‌লোঞ্জেনা মখাদা থিংজিল্লগা ওম্বোক্লগা থারি। প্রতিভানা — ইচেগা ঐগা ব্বাহন্‌বা, লাকুবা বাবাননি। করিগী লুহোংবীরম্লি?

চুক্‌ শাবু ফত্রাও, ইজৎ মাঙ্‌দ্রাও!

করি ফত্তনি ঐগা লৈমিন্নজনি—হায়রম্লগা ইচম্‌ চম্বা ফি অমা শেৎলম্বী প্রতিভা মপান থোকখে।

মপান্দা মুপা অমনা—তৌঙম্বী ইবেম্মা, ডাক্তর হরিদাসতা লুখ্‌রাবী অমা পীশিল্লি করিগীনো! চাউনা হোংদৌরিবা, চাউনা উল্লকদবা পুম্নমক্‌ সর্ব্বনাস।

প্রতিভা থুমমদে। মুপা ঙাক্তা মরি মরি য়াম্না লাক্লি। ইমুংদা মরি-মরি চঙ্‌খি। মুপা অমনা — চন্দ্রকান্তগী মচান্নুপী লুহোংবা, মানা পুলিস পুরক্লগা ফাখ্রে। থাদোক্লি।

হৱিদাস মমা-মপানা কয়া শাউগ্রে—অভোঙ্গা অমনস্থু পাংশি-ল্লকই।

দাদা, লৈকাইসে মৈ হৌনা শাউনৱবনি। ওসি অতাবী অমা তৌগে লাকৃইনি। প্রতিভা ইম্বোকেৱা ইম্বোক্রোইৱা। ওসিমক্ আম্বোকৃতৌৱিনি, লৈকাইসিদৈ—গুণ্ডা অমনা হায়ৱকই।

মপালদা কাৱ খোদোকৃখিবগী মখোল তাখি।

গুণ্ডাহুনা মখা তাৱকই দাদাগী ওক্শম্ লাক্তুনা ইন্দৌৱিনি।

কৱি—হায়ৱগা বাবাদাস মুপাহু তম্মা চেন্শিল্লকই।

ময়াম্মা খাম্মী। মুপা অমনা—তপ্থখো হৱীস—

প্রতিভা চংখ্রে। হয়েং ফাও য়েংখিসি।

হোই, হয়েংফাও য়েংবা চুম্মী—অহল্ য়াম্মা ওইৱবা অমনা ইতপ্ তপ্পা হায়ৱকই। মখা তাৱকই—

থোকও থোকও—হায়ৱগা ময়ামহু ইন্দুনা পুথোকখ্রে।

মিসন্ হোস্পিটালদা লৈৱবী, প্রতিভা অফবা ডাক্তৱ অমা ওইনবস্থু, মায়পূননা হোৎনজৱি। মুমিৎ হুম্মিৱোম্ হৌগ্রে। মুংথিল পুং মৱিৱোম্ তাৱবা মতমনি। মনিবাবু অমদি স্থুৱজিৎ মহাবীৱ জৈন্না কৌহুনা, মাগী হুকান্দা, কা মচা অমদা কম্মিন্নৱগা ৱাৱী শাৱি। মহাবীৱ জৈন্না—বাল্য—বিধাবানি মহাকৃসি, অহুবু য়াম্মা শেংলিবী লৈশাবীনি। অহুদা ইশেল মুপানা শিত্র মৱী পীৱি—জাৎ তিন্নদে, লুখ্রাবীনি ভাইশেল ওইবা লেমদে, মপোক্ মৱি কল্লি, মুপা খাড়বা ওম্লোই। লৌজিল্লা লৈকাইনা মপা-মচামক্ তাম্বোকদৌৱি।

অহল-লমনগ্রী ৱাদি নত্ত্রে। অনৌবা য়াওল অমা পুৱক্লবনি বাবা—স্থুৱজিৎনা থুম্লকই।

অতৈহু লাইৱি। থুগায়হৌৱসিকো ইবুঙোখোয় তান্ য়াম্মা চাখ্রে।

জাৎস্থ তিন্নদে, মৈতৈ মুপী লৌবনা ফৈদ।।

প্রতিভাখোয়গী বাবাস্থ চিঠি অমা ইখে, ঐখোয়বুস্থ সাহেবতা অমা ইবীখো হায়রম্মী—মনিবাবুনা খুম্মকই।

লৈকাইনা তাম্ভোক্লিস্থ তৌহৌরি। ফরে, মগুম্মুপা অহন্দু তাই-ফোইডনা, নাবনি, য়ারোইদৌরি। য়ারেক্তুনা, লায়কমহল্লি, ত্তায়-তাব্রিকো?

তাজরি বাবা—স্থরজিংনা খুম্মকই। মখা তারকই — পাবুংদি, হয়াওজনি। চারোন গুরোন্দা থাজা য়োঞ্জবদা, শিংকনি, জন-জাল ওইনি হায়রম্মী।

মপাবুংদা অমা মঙোন্দা অমা চিঠি অম্মম্ থাখিসি। মপাবুং-না গোকুল বাবুস্থ মরাইনা তান্নজরনি। হয়েংসি ইরকও ঐ মহি তৌগে ইবুঙোখোয়।

প্রতিভা অমুক্তদি উনজনিংলি বাবা-মনিনা হায়রকই।

য়ারেকহন্দুনা অনাবা লায়কমহল্লে। মসিতা থোক্লবনি অহল-লমন্না শীল্লিস্থ, পাম্লিস্থ। লোইরে, ময়ুম পাল্লবনি তুমন্ ওইরবা। তান্নরুনু।

মুপা ময়ুম্না অউন্‌পোৎ তাল্লক্লরোইস্থ হায়রম্মীতুদি, মনিবাবু—স্থরজিংনা মনি বাবুদা হায়রকই।

কারসিনা করম্না লৌশিন্‌বা, অমনা হীদাকসি চাদা অনী হাপ্ল-গা নরজিত্তা থাবনি। মতুস্থ মাগীনি মহাবীরনা হায়রকই।

অতুননি বাবা, অমুক্তংদি উনজগে-মনিবাবুনা হায়রকই।

অংাং ওইরিঙৈগী প্রতিভাগী মপি চহুম্ চহুম্ তানা কপ্পা ফোটো অমা সাহেবতা লৈ। মীমুংশিতুগীনি কার পীখোক্লম্মিসি—স্থরজিৎনা পাংশিল্লকই।

করিনোদা, ভাব তানদ্রে। হন্নেংসে চিঠী অইবা পুবীরকও অতুগা উনবীরু। পাউদদি অমুক্তুং ... ... ...।

ফনি বাবা—মনিনা খুম্মকই।

চয়োলমুক্ হৌখ্রে। ডাঃ প্রতিভাবু অপোক্পা মপানা ইম্থোক্-পগী মরম্ খবর কাগজদা ফোঙ্লক্লে। লৈকাইগী অপুন্বা মিটিং অমদা তানখিবা ৱারেপ্কা লোয়ননা ফোংলক্পনি। ফোঙ্লিবা পাউ অতু অসুম্না লোইশল্লকই।

"কনা কনাগুম্বী লুখ্রাবী অমনা সমাজগী চৎনবী, নাৎ রুহীগী ৱাংমদা ফিজেং লৈতেংদা অমদি লমচৎ শাজতা মনীং মথা তম্লক্লবা অকায়বা কয়া তৌরক্লবদি ইমুং অতু লৈকাইনা ইম্থোক্লনি, অতুগা মীওই অতুনা লৈকাইদগী তাম্থোক্লনি। মীওই অতু ইমুং অতুনা ইম্থোক্লবদি, ইমুং অতুবুদি লৈকাইনা লৌশিন্গনি। ৱাফম্ অসি অতৈ লুখ্রাবীশিংদা মমিং মনা শিংনবা খবরগী থোঙ্দা ফোংদোক্লি।"

অপোক্পা মপানা তাম্থোরক্লবী প্রতিভা নর্স অমগা লোয়ননা মিসন হোস্পিটালগী কা অমদা লৈমিন্নখ্রে। অনৌবা পুন্সি অমা হৌখ্রে। ডাক্তরগী ৱাখল, মথৌনা মরীংজেলবু হোস্পিটাল অসিগী মীওইশিংনা ব্যবহার তৌখি। অনৌবা য়াওল অমা পুরকপা ঙম্নবসু আশির্ব্বাদ পীবীখি।

মেডিকেল স্কুলগী হেড ক্লার্ককী কাদনি। মহাবীর জৈন্ ওফিস মতমদা হেড ক্লার্কা উনবা লাকই। টেবলগী ৱাংম-ৱাংমদা মায়োক্লনা চৌকী অমমম্ থারগা ফমতুনা ৱারী শানরি। ঐচঃ সিঃ দাসনা 'খঙ্দে ইবুঙো, নুপাগা মান্ননি হায়য়ে। ময়ুম্ পাল্লগা মাগী নুপাগা ফুনগে সিন্না, করিনো ?'

শাওনীংবগা লোয়ননা হায়গে হায়না হায়রকপা ৱাফম্নি। মকা লাম্না নোক্থোক্পসু ঙম্দ্রে, মোমোন্ খজিক্ নোক্লগা মহাবীর

জৈম্না—মুপাগী অথিকার পুন্নমক্ মুপীস্ন ফংগদবনি হায়বা ওইরমগনি দাদা।

থা মরিতা ভাইরি মানা থবক্ তৌরিবা। পাই অমা কায়-থোক্লবদা, চহুম্ কুন্থনি মাগী তলব। থরচত্তি স্নাগী লৈতেংদা, লিশিং অমা হেল্লম্নি, ফিরোলতদা লিশিং অমা রোম্‌গা।

থরা শেং চাদ্রস্নু য়াদেদো, মীরক্ তিল্লিনিনা। থবরদা ইস্পোক্লে হায়রকইসিনা, সন্তোসকীদা লৈত্রব্রনে দাদা?

হায়না ভান্নবব্ য়ারদি করিগী ইস্পোক্ল্‌দগে? নত্তে, ঐখোয়না শীল্লিসি মখোয়গী ফনবতনি, নত্রনে?

মানি-মানি, মখোয়গী ওনি চুম্মী, দাদা।

নোংমা-নোংমগী হকচাং ফগৎলক্কদবা, চাওখৎলকদবা নত্রে ঐখোয়দি শোঞ্জিল্লকপদনি।

চুম্মী, দাদা মখোয়না মতেঙ্ পাংবীদৌনি, য়েংশিন্‌বীদৌনি। খোঙ্না খুংনা লাম্বা ফংবা সান্তোসকীদা ইশু অর্নাসি কোন্‌বীয়ু, শেম্বীয়ু, সিনি অহুগব্ ইসঃ কয়া থিনা খুম্‌খ্রে।

গম্ভীরদা অমা মপাবুং শেলুংবদা অমা চিঠি থাখ্রে, দাদানা ভাকৃপীবা মতুং ইন্না।

খঙ্গদে-খঙ্গদে ইবুঙো! মাগী কাকানা শেম্বীবনি চুম্মী, অহুবু ইনফম থোকই। অমনা মাই কাকানা অস্নুক্ য়াম্বা শেল পীরমদ্রনে?

মতমসিদা সুপারিন্‌টেণ্ডেন্ট চেঙলক্লুনা হেড ক্লার্ক কৌরগা চংমিন্নখ্রে।

চয়োলমুক্ হোৌখ্রে। অয়ুকী পুং ৫ রোম্ ভারক্লে। মনিবাবু অমদি সুরজিৎ, মিসন্ হোস্পিটালদা লাকই। ডাক্তর প্রতিভা নাইট ডিউটি ভাই হায়তুনা, ঈশিং অশাবনা ঈরুজরগা পোথাগদবগী ফমুংদা লৈরম্মী। সুরজিৎনা টিফিন কেরিয়র অমা পায়রকই, মণিবাবুনা অচৌবা থর্মো ফ্লাস্ক অমা মরেংবান্দা য়াল্লগা পুরকই। মণিবাবুনা

থমৈ। ক্লাস্কতু টেবল মথক্তা হেক্ থম্লগা—

সিস্তরগী খনাউসি ঈশিং থকৃপা উই হায়নৈ। অহুগী কোফি পুজরক্লিনি, য়েংনবা।

নোক্মি-নোক্মি হৌগত্তুনা ফমুংদা ফম্লগা—তামো খোয়গী খনাউ-শু য়েংজবা তারেদনা—ডাক্তরনা খুম্মকই।

মখোয় অহুম্মক্ মোমোন্ নোক্মিম্লে—পারঠাগা শাকনি, গ্রাণ্ড হোটেলদগী হায়রগা সুরজিৎসু টিফিন্ কেরিয়ারহু টেবলদা থম্মী।

টুল অমগা চৌকী অমগা লৈ মহুদা মরুপ অনীহু অম্মন্ ফমগ্রে।

মপান্দগী চঙ্লকপা নর্স অহুদা পোৎচৈহু পুশিন্খিনবা ঈঙ্গিৎ তৌই অহুগা ডাক্তরনা প্লেট অম্মম্গা কপ্ অমম্ম্গতা শীল্লকউ, নীংথিনা, দিদি।

পাউ লোইনা তাজরে—হায়রল্লগা মনিবাবুনা মমাঙলোম্দা মখুৎ অনী তিংথোক্লকই অহুগা—ঐগী পাম্বোম্ অনী, সুরজিৎবাবুগী পাম্বোম্ অনী পাম্বোম্ মরীসি সিস্তরদা কখোকৃচরবনি, পাঙ্গলগী মতেঙ্ পাং-নবা। শেল্গী মতেঙ্না কয়া হায়বীয়ো সিস্তর।

য়েংবীয়ু সিস্তর — হায়রগা সুরজিৎনা ফুরিংখাও জেপ্তগী চিঠি য়াওবা চিঠিখাউ অনী পুথোরক্লগা ডাক্তরদা লান্শিল্লি। মখা তারক-ই—সিস্তরগী মরীদা খবরদা ফোঙ্লকৃপনে, চিঠীগা ফংজবনে, ঐখোই হেক্তা চেঞ্জরল্লবনি।

শত্রং হৈবা তামোনি তুংগী পোরম্ মভা তরুক উনা শীন্বী-রল্লে। গৎ লৈনা মহিলা সঙ্ঘ য়াওজল্লিবা, মা কয়া অমা মকা-লাম্না ভাংথোকচরিসে, অহুননি—চিঠি পানা-পানা ডাক্তরনা খুম্মকই।

মা লুপাগী লৈতেং খরা, মচু মরাঙ্গী শেৎলি-চারিবা ফিজোল খর অসিগীরা, সিস্তরবু ইম্বোক্লিসে লৈকাইনা—মনিবাবুনা হায়রকই।

মাণি, সিদগী হৈন্‌বস্মু ঐগী নিতি নত্তে। বাল্য-বিধবাশিংসি শেৎনিংবদা শেৎ, চানীংবদা চাহন্‌ থম্মীগদবনি, নহা ওইরিবী লুপ্রা-বীশিংস্মু। মুম্বাম্নিংহুনা মুম্বাম্লুবা নত্তে, অহল-লমন্না নম্‌হুনা থাজ-বীবনি। মরায়বক্‌ থিরে, সমাজনা অমুকস্মু হেন্না থিহন্‌বীরে। পুন্সিগী মহাও, আশাগী ময়োল লোইনা থদৎপীরে। থুনা হুম্মুহল্লে, হাণ্ডোকপীরে। অহুবু হৌনব্রাও? সভ্যতাগী মঙালনিস্মু হায়জরি।

মতমসিদা নর্স অহুনা পরাঠা, শাক্‌, কোফি প্লেট্রা, কপ্পা হাপ্লগা পুথোরকই অহুগা অম্‌মম্‌ পীরম্মী। ডাক্তরনা—হাবীরো তামো—হায়রম্লগা, খজিক্‌ চারি, অহুগা চিঠি মখা পাথরি।

সঙঘগী করি ওইবীরিগে, সিস্তর—সুরজিৎনা হংলকই।

সেক্রেটরী ওইজরম্মী, হৌশিক্লা, ট্রেজরব ওইজরে। হংচিং থাগী চেফোং পুথোকচনি, ঐগী আর্টিকল য়াওরী, তামোশিংগী কোপী ওমজরক্কনি।

সব্‌স ক্রাইভর ওইজগে, অহুম্‌পীবীয়ু - সুরজিৎনা—মখা তার-কই।

চেফোং অমুক্তা রীম্‌ অনী-অনী চৎত্তি চে। ঐখোয় ১৫ না পুথোক্করি, থাগী পালি নাইনা। অহুগীস্মু বাবানা মশাওই।

করিস্মু রানীংঙাই লৈত্রেনে অহুদি।

পাক্‌ খুম্মক্তে তুমিন ঙহাক্‌ লৈ। থরাই য়াওনা চিঠি পারি। ঙহাক্‌ লৈরগা—চহী অনীতং মথৎদগীদি সঙঘনা—হায়রম্লগা চিঠি অমা থুপ্‌চিন্নগা হাপচিল্লে। অমা অমুক্‌ ফাক্তোক্লি অহুগা—তামোনা ক্লীনিক্‌ পুরিঙৈ থাগী ২০০্‌/৩০০্‌ তং মতুংশিল্লম্মী, হৌজিক্লা ৭০০্‌/৮০০্‌ হেন্না শোম্বাংননা শোল্লম্লগা তুমিন্‌ লৈখি।

পাবুংগী মোত্তা নহা ওইরিঙৈ শেল কন্না তান্‌গদবনি, অহল ওইরগা, ফমহুনা চাগদবনি। মস্নি নিয়ম্নি, সাহেবতা ইবীখো সিনি—মণিনা পাংশিল্লকই।

ঐখোয়না হায়রু শাবদি পেনা খোং' তানি, শামুগী মতুংদা। সিস্তরগী করি মোত লৈবীগে—সুরজিৎনা পাংশিল্লকই।

থুম্লক্লে। মিৎলুদা ঈরা হৌরকই। খুবাক্কা মায় তৈথোকপা শানা পিরাং লোৎচরি। ওহাক্ লুক্থহুনা লৈরগা—

মীওইপোক্কী শিঙ্গা মশক্ খঙলবা তামোনি' মথৌ পাংথোক্পা হৌরবা—হায়রম্লগা তুমিন্ অমুক্ লৈগ্রে। শুং-শুং কপ্পগুনম্নু তৌই।

সিস্তর কোফি ঈংগ্রে—মণিবাবুনা হায়রকই।

থুম্লক্লে অতোপ্পা চিঠিহুমা পারি। ওহাক্ লৈরগা তপ্পা—মেডল, ফংদসনু। ডিষ্টীঙ্কসন্‌সিনা হেন্না ফৈ—অমুক্ তুমিন্ পাথরি।

তাক্কক্ অহু মণিবাবু ভাব তাই। ডাক্তরনা অমুক্—মিৎ মায় পাংত্রবা পরীক্ষা ময়াদা, চিরবা মতম কয়া অমা মাঙ্হনখি আর্থ য়াওদনা ... ... ... ব্রাহৈ কারল।

তাক্কক্ খঙবা মণিবাবু, ডাক্তরনা হায়থরক্লিবা খুদিংমক্ ভাব্ তানা ভারি। চিঠিগা লোয়ননা ওইগী খুবাক্কা মমায় চেজেৎ পায়শিল্লগা লুক্থহুনা লৈখি। ওহাক্ লৈরগা মমায় তপ্পা থাঙ্গৎলকই। ঈরা হৌরবা মিস্না অনিনা হাইফেৎ য়েংলম্লগা—

দরকার লাক্পদা তামো অনীগী মতেং নিজরক্কে। হায়রম্লগা অমুক্ লুক্থহুনা লৈথোকখে। অহুগা—

পাউখুম্ অমত্তা ফংজদ্রি। ওসিমক্ অহুমগুবা চিঠি থাদজনি।

থম্মোই হেন্না মুংহীক্লরকপোই, মমায় হেন্না চেজেৎনা পায়শিঞ্জরি। হেন্না-হেন্না লুক্থনা খাঙ্জরি। মমিত্তা উরকই বেঙ্কক পাস-বুক্, মাগী কাকানা ইম্ফাল চৎলমদাই মতোন্দা শিন্নরম্বা। ম্নাগী 'বার,' লাইব্রিক্ হাপ্পা বাগস মমুংদা য়াওরম্বা।

ওজা দাস ইম্ফালদা লৈরগে। কলেজগী ওজা ওইবা থা ৬ লোম ফারক্লে। কলেজ অসিগী শঙ অমদি ওজাশিংগী কার্টরস শাবা লোইদবদগী ওজা দাস কবো লৈকাইদা ক্লীনীক্তা লৈরি। চহী তরুক্কী মতুংদা অমুক্তা ইম্ফালদা লাকপা অসিদা অহোংবা কয়া অমা লৈরম্লে। ডিমাপুর লম্বীদা লাকপদগী হৌনা অতুম ওকপা হৌ-খ্রে। থ্রি টন্নরগী সীট চনবা বস ভোংলক্লে। মহৌশা দের-টনগী গাড়ী মচা মরী মঙাক্তা তরক তরক চেল্লম্বা হৌজিক ২০। ৩০ চেল্লম্লে। লম্বীস্থ গাড়ী অনী থৈনবা চন্না পাক্না কোয়লাস থারম্লে। চীংখোঙদগী চীংখাঙ ফাওবা উ ইকোক কোক্না চীংশাং পূম্নমক য়াম্থং-লম্লে। ওজানা হংবদা ফমিন্নরিবা নুপাচুনা জাপানগী লাম্মীনা চীংথ-ক্কগী নোংমৈ কাপ্পকপা উনবনি খুন্মী। নুপাচুনা মখা তানা হায়বনা খাকিগী ইউনিফোর্ম শেৎপা বৃটিশ লাম্মী, জাপান্না তকশিল্লকপদা খাঙবা ওমদহুনা চেন্নথ্রবা, পাইনথ্রবা মতুংদা আমেরিকাগী উনা মচু অরাংবগী ইউনিফোর্ম শেৎপা লাম্মীনা জপান লাম্মী অমুক তকথোক-খিবনি খুন্মী।

ইম্ফালদনা মহাবীর জৈনগী দুকান্দা নরজিৎনা ফার্মাসী ফম্লম্মী ডাক্তর গম্ভীরগী মশেল মুপানা রমেসকী দুকান্দা (হৌজিক্না সুরেসকী) একাগাড়ী য়োল্লি। চহী তরুক্কী মমাঙদা মারবারী অমদি বেঙ্গোলী ভদ্রলোগ কয়ানা ফম্লম্বা দুকানশিং, মৈতৈ ঠীকাদার কয়া অমগী ওই-রম্লে। লাল মমাঙগী মপুশিংগী মমিং ককথংলগা নৌনা সরকারনা পানখৎপনি হায়।

বীঃ এনঃ গুপ্ত বাবু পোলিটিকেল এজেন্টকী হান্নগী পেস্কারগী মিংদা পাল্লম্বা কবো লৈকাইগী বিল্ডীংগা কোম্নমা লমপুম্বদা ডাঃ

গম্ভীরগী ক্লীনীক ওইরম্লে। নৌনা কা কয়া অমা তপথোক্লম্মী। মুম কয়া অমস্থ শাজিল্লম্মী।

মন্ধাক ইবুঙোমক থংনবা প্লেট অমগা লৌশিন্দুনা হুকান মফম অনী অহুদা সীনেম্মা চলাইরি। মন্ধাক ইবুঙো মন্ত্রিনা থুম্লিবা শোরাক্ল ময়াম্মক ফনা নীংথিনা শেল চঙবা উরি। মতমগী মুংশিং অমদি তুংগী পোরম নীংথিনা উবা ঙম্বা মুপানি হায়না ওজা দাসনা থাজখি।

অতোপ্পা অহোংবা শক্তম অমনা মহৌশা মমিং তারমদবা, মশক খঙলমদবা, উরমদবা মৈতৈ ঈয়েক ঈপী, কেন্দ্র থরদা নীংথিনা চাং নাইনা ঙম্বা হৌগৎনরম্লে। কেন্দ্রশিং অহুদি নম্বোল, মালোম, কোংবা, খুরাই, থাংমৈবন্দ, নাওরেমথোং, ভেরা কৈথেল অসিনি। লাইব্রিক, বোহি, পেন্সিল লেম্মা য়েল্লগা ঙম্বা হৌবনি, তম্মী। মীওই থরদি ঈয়েক ঈপী অসিগী শক্তম অহানবা উবদা মমিঙগী মপি তানখি হায়নস্থ তম্মী। মন্ধাক ইবুঙো মন্ত্রিগী মিংয়েং মখাদা নহারোনগী সংস্থান অমনা নীংথিনা থরাই য়াওনা চলাইরি।

নোংমাইজিংনি অয়ুক্কী পুং মাপল তাদ্রি, নিপাল্দি হেল্লে, মন্ধাক ইবুঙো মন্ত্রি ক্লীনীক য়েংবা লাকই। ক্লীনীকী মাঙ্গোলদা অনাবা থরা ওমশিন্দুনা লৈ। হীদাক কাপ্পা লাকপনি। নর্শ অমগা কম্পাউণ্ডর অমগনা কাপ্লি। মন্ধাক ইবুঙোগা রার্ক মিনিস্তরগনা লৈকোলদা চৌকী অমমমদা ফম্লগা রারী শারি। অতোপ্পা চৌকী অনী অমগস্থ হাংনা লৈ। ডাক্তরনা হেক্-হেক পোথারম্বা মফমনি। রার্ক মিনিস্তরগী লনাইগী জীপ অহু ড্রাইভরনা থাউ হাপ্পা চৎখ্রি।

শোরোক্লোমদগী একাগাড়ী অমা তোংহুনা চঙলকপা ওজা দাসস্থ কৌশিন্দুনা রারী শামিন্নরি। রার্ক মিনিস্তরনা হায়রকই— সিনিমা ওজা, ঈশিং থাজনাশি চহীদা য়ুমকোক্তা লুপা অমা মখায় লৌরি। হেন্না কাহন্নবা স্কীম অমত্তা পাম্বনিমা।

রাটর পোইন্টতগী গজ ৪৪০ গী রাংমদা লৈবা য়ুম মখৈদি খাজনা কোকই—মঙ্মাক ইবুঙোনা পাংশিল্লকই।

প্রজাশিংনা শেল পীবা ঙম্বগী শক্তিসি, লান মতুংদগী হেঙ্গৎনা উই। রাটর পোইন্টতগী লৌবীরবা, শোরোক্তগী গজ ৪৪০ গী রাংমদা লৈবা য়ুম মখৈ কোকপসিবু কমদৌনো।

য়াই। ব্রাহ্মনশিংনদি মাংঙি হায়রি, শিজিন্নরি। ঈশিং য়ুদনবা শউনগী রাসর অমা থারি। মতুগী রানি—মঙ্মাক ইবুঙোনা হায়রকই।

ঈশিং খাজনা তোনবা মী অমনা মাগী ইংখোল য়োনবা মতমদা, লৈরিবা মী অতুদগী অতোনবা খাজনা মখৈ লৌগদবনিসু হায়রি—রাক´ মিনিস্তরনা মখা হায়রকই।

মতমসিদা রার্ক মিনিস্তরগী জীপ পুরক্লতুনা অমুক উনখিসি হায়রম্লগা চৎখ্রে। ওজা দাসনা চৌকী খজিক থাংজিল্লরুগা—প্রতিভাগীসি তাইবুঙো মওং অমা চারোইদৌরে। বাবুপারাদগীনি ঐনা লাকচরিসি। ট্রেজরী ওফিসরগী মনাওহুপা ঙরাং থোরকই।

করি পাউ লৈগেনে ইবুঙো, খবরদা ইনখিহ্নু নত্তবা?

কার মিংশেল থুগায়বীরে নহারোন খরনা, নুংনা থাহ্নুনা। লাইফ এটেম্পনি।

অতুদি হয়েংমক লেঙবীরো ইবুঙো। ক্লীনীক পুহল্লসি, সিদা থবকসু তৌহল্লসি। মেডিকেল মিনিস্তরগা ঙাংনরগে, ঐ।

তাইবুঙোগী কৃপানি। অরুবা মতাংদা রা তান্নবা কনাসু লৈতে মাগী, ঐ নত্তনা। ঐবু পাম্লম্মি।

মেলনা খরা থুনি ঐ শীনগে, চৎনবসু শীনগে। ইবুঙোনা তাকপীবা অমঃ আরঃ সিঃ পীঃ হায়দো গম্ভীরসি তমহল্লীংঙি।

মখাদংপু তমথহনবীরদি অফবা ছাত্রনি, চহী পম্রোই তাইবুঙো। তম্মনবহুতং, পরিক্ষা থাহনবহুতংনি পাম্লিসি।

অহুগীনে, প্রতিভাবু থুনা পাম্লিসে। মানা হন্দক থোরকপসিদা মথৌ পাংথোক্লবা, থুনা অমুক তনথা থাখিবা মখা তমথনবা। চিঠিশু ইথ্রবনি।

থুম্রক্তে ভূমিগী স্থম তাশিল্লি। মন্ত্রিনা মখা তারকই—স্কুল কৎপা য়াই, পুখ্রি তৌবা য়াই, দান্নি। ঐসু কৎসিরা খল্লি বাবাগী মিংদা। মহু ওম্নবা শেল তান্দৌনি। ক্রীদা লায়েংবা, ক্রীদা হীদাক লাংথক পীথোকপা সিবু হেনমল্লনে?

ওজা থুম্লিংগুমদি তৌই অহুবু থুমদ্রে। মন্ত্রিনা মখা অমুক তারকই—হেন্না খঙনীংবা থিজিন হুমজিন্নীংবগী ভাবতি মঙোন্দা লৈথ্রবনি। ব্রীনীকসিনা থাবা ওম্নি, কন্না তালহল্লগা।

লমজিংবীনবা তাইবুঙো লৈরিসি ওস্থোক্লা লায়বক ফথ্রবনি।

মহাবলিদা ধর্মশালা অমা শাবা য়াই, কৎপা য়াই। ভক্ত কয়া মপান্দগী দর্শন তৌবা লাকই। মীনা অহুম শক্লা শোল্লনি।

মতমসিদা ছাত্রী অহুমখক একাগাড়ী অমমম ইল্লগা শোবোক্তগী চঙলকই। খরা লাপ্লপ গাড়ীশিং অহু ঙাশিল্লম্লগা মন্ত্রিনা লৈবা জগাহুদা চংশিল্লকই। মমাঙ ইথং থংলকপী ছাত্রীহুগী শেগাদা মেগজীন খরা য়েপ্লি। মেগাজীন অমা মন্ত্রিদা লানশিল্লগা—

পাবুং লাইফ মেম্বর ওইবীয়ু মুপীতপী ওইবা জর্নেলনি।

থাগী ওইবা চেফোংনি পাবুং। মন্ত্রি পুম্নমক লাইফ মেম্বর ওইবীনবা পাবুং।

য়াইনে য়াইনে। কয়ানিনা মেম্বরসীপ ফী।

লুপা য়াখ্রেতনি পাবুং। তামো ডাক্তরগী পাটথুম খরা ফোংজরি—ছাত্রী অমনা থুম্লকই।

ইরগা হংজখিবা রাহংনি, ইরগা খুম্বীরকই পাবুং—ছাত্রী অমনা পাংশিল্লকই।

পারগবুদি খঙনি। করি মতাংদনিনা, চাউরাক অমুক্তা ইবেম্মা ?

লাইরবা টিঃ বীনা নাবমথৈ ত্রীদা লায়েংনি, ত্রীদা হীদাক লাংথক পীনি খুম্বীরমই মসিগী মতাংদা হংজবদা পাবুং।

ক্রাইটেরিয়া খরবুদি তাকপীরকই। কেমিলিত্থুগী থাগী ইনকম লুপা কুনগী মথা ওইরবা, অনাবত্থুগীদমক হন্না য়েংবদা কনা লৈজ-ত্রবা—ছাত্রী অমনা পাংশিল্লকই।

ইমুংগী ফিবমদি তামোনা লেঙঙগা য়েংদৌরিমাল্লে পাবুং। লা-য়েংফম্না অনাবগী ময়ুম ময়ুমদা।

ইম্ফাল এরিয়াভগী রাফম ওইরম্বা য়াই তাইবুঙো—ঙজা দাসনা হায়রকই।

অরাপ্পদগীসু তারদি লাকপা য়ারিবা। সিদা থমগে হায়্যররনি। থোক্লবা অমা লাক্লনি। ইবেম্মখোয়বু ঙহাক লেঙশিনখিদ্রা ?

চৎচরনি পাবুং। হোলদা অমুক্তগা লাকচগে 'চেরীটি শো' অমত্তা লৌজিনবা।

ফনি ফনি। মেম্বরসীপ ফীসু মত্থুদা পীরগেকো।

য়াই পাবুং—হায়ররগা ছাত্রী অহুমত্থু চৎখ্রে।

মাদ্রাজরোমদনা, কনফরেন্স হেক্ লোইবগা ডাক্তর গম্ভীর, ডি-প্লোমা কোর্স অমা তমথাখ্রে। মত্থুগী খুদোংচাবা লৌহুনা, মাদ্রাজ মেডিকেল কলেজগী লাইব্রেরীদা চঙহুনা মেডিসীন্‌গী মরীদা হেন্না থিজিল হুমজিল্লি, অথাবা লাইরিক্ কয়া পারি, ওজাশিংগসু তান্নরি।

মনিপুরদা লৈরিঙৈদগী হৌনা, মমিং খরা-খরা শোক্লবা গম্ভীর হৌজিক আনোক্ হাপ্‌খ্রে। ইম্ফালদা লান্ মল্লুংদা অঙৌবগতা তিন্নরকপা

গম্ভীরনি। হৌজিকস্থ মিসন্ হোস্পিটালদা চত্থনা অঙৌবা ডাক্তর-শিংগা তিন্নরি। মিসন্ হোস্পিটাল অসিগী অঙৌবা ডাক্তর অহু কলিকতাদা লৈরম্বনি। ডাক্তর গম্ভীরগী মখোঙ্ য়েংখিবা অহুনি। হেক্ শংলকপগা হোস্পিটাল অসিদা তোয়না চত্থনা মতেং পাংলি।

নোংমা টিফিন্ চামিননরিউৈ সার্জন অসিনা গম্ভীরদা মুন্না য়েংলগা, মহাক্না গম্ভীরগী শম্ শাংনা খাক্লবা, আনোক্কী ক্রেম্ অমুবা অচৌবা ওন্নবা হায়খি। রাফম্ অসি গম্ভীরস্থ য়াখি। সার্জনগা লোয়ননা চত্থনা অনৌবা আনোক্ লৈখি, শম্ খাকখি। মাদ্রাজদা থা ৮ লোম্ লৈরকপা অসিদা ডাক্তর গম্ভীরগী শক্ফম্ অনৌবা অমা ওন্খি, ঙৌবস্থ খরা হেনগৎখি।

ডিপ্লোমা কোর্সতা ডাক্তর ৩৭ পরিক্ষা পীমিন্নবনি। মহুগী মনুংদা ডাক্তর গম্ভীরনা মকোক ওইরক্লে। মেত্রিক্তা ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখিবা মতোমতনি। ময়ুমদা অমদি কলিকতাগী মরূপ অনীদা টেলিগ্রাম থাখি। কনফরেন্সংমক য়াওবা লাকপা গম্ভীরনি, থা ৮ গী ওইবা অথননবা ডিপ্লোমা কোর্স অমা শীল্লহহুদা য়াওখিবনি।

মুশুক মুনা ফরবা জোম জোম খাক্লিবা শম্না ডাঃ গম্ভীরগী না ফাওবা থুম্লি। খাক্লিবা শম অসিমক্না লেংবান শোক্লীং শোক্মাঙ জোম জোম লাউনা তারি। অমুবা থারুম্নবা আনোক্কী ক্রেম্নি মমল অয়াম্বা পেবলগী ম্লাসনি। গম্ভীরগী মায়থোঙ মুননা য়েংলবা মতুংদা সার্জন অহুনা খনবা ক্রেম্নি, গ্লাসনি। ডাক্তরগী মায়থোঙদা মুননা য়েংলগা সার্জন অহুনা হায়খি—"মিস্তর সিং, হৌজিক্তি নহুগী পার্শো-নেলিটি য়াম্না হেনগংলে, "ডাক্তরস্থ হরাওই মরমদি ইন্দক মরক চিঠি য়াম্না মনম মনম কংঙি।

থা অমা খরা হেনথ্রে, মহুগী মমাঙদা ডাক্তর প্রতিভাবু অপোকপা মপানা ঈস্থোকপা, তাম্থোকপগী মরীদা ইবা বাঙ্গালিদা

ফোংবা হুংতি চেফোংগী কোপী অমগা মনিমাবু অমদি সুরজিত্তগী চিঠিগা ফংখি। শেল লৈতবনা মরম ওইদুনা ফংবা য়াবা অরাবদি মায়োক্নরম্লোই থল্লুবদা মপূক্লিং লুমজখি। বেঙ্ক বেলেন্সকী য়াফমত্তা নত্তনা, হীদাক হাপ্লকপা উপাকী বাগসকী মন্নুংদা মাগী লাইরিক্কা লোয়নননা সনা খাওেন অচৌবা অনীসু পীখি। বাবা মহাবীরদগী ফংবা চিঠীগী মরোল তাবদা থম্মোই তয়াং তশোইক্লরবা গম্ভীর, মহীলা সঙঘগী চয়োলগী চেফোং কোপী অমা ফংবা অমদি ডাঃ প্রতিভাগী অর্টিকল পাক্লবদা খরা ফখি। কলিকতাগী মরূপ অনী অমদি ডাঃ প্রতিভা মশামক্তগী মনম মনম চিঠি অহুম ফংবদগীদি ডাক্তরগী থম্মোই অমদি পূক্লিং নীংথিনা লৈতাখি।

তাং ৩ গী নিংথৌকাবগী চেফোংদা "সমাজনা লুখ্রাবীবু হাংপা" হায়বা ডাঃ প্রতিভাগী আর্টিকলদা লুখ্রাবীশিংবু সমাজনা আশাগী ময়োল থদংপী, ইন্দ্রি ময়োল কংহল্লি, থুনা হন্নুহল্লি, মন্নুং মতম চাদংনা হাত্তোকপী হায়না অসিদা কুপ্না নৈনবনি। বাল-বিধবা অমদি নহা ওইনা লুখ্রাবী ওইহৌরিবীশিংবু মমান্নবী নুপী-মচা লৈশাবী অমদি, মপুরোইবা লৈরিবী নহা ওইরিবী নুপীশিংনা সমাজদা ফংলিবা অধিকার পূন্নমক ফংহনগদবনি হায়না লোইশিল্লি। তাং ১০গী নিংথৌকাবগী চেফোংনা "নুপীসি মখোঙ অনী পানবা জীবনি" ফোংলকই। মসিদনা ডাঃ প্রতিভানা নুপীবু খোঙ্গোইনবীবা, নমথবীবা, চাকশঙদা পঁদা মরুমদা নমশিনবীবা গুহা মন্নুংদা থম্বীবা মখোঙ অনী পানবা জীবনি হায়না লৈনৈ। ধর্ম্ম পূন্নমকপু মরু ওইনা বেদবু হুল্লি। হৌজিকী নহারোলশিংদা মরু ওইনা হোৌগংলক্লিবা নুপী মচাশিংদা ঈহৌ পীবা ওম্বা আর্টিকলনি।

তাং ১৩ অমদি তাং ১৫ গী বাঙ্গালিগী সুংতিগী চেফোং কোপী অমমমসু পুন্না নোংমতদা ফংখি। তাং ১৩ গী চেফোংদনা ব্রহ্মন

সমাজনা ডাঃ প্রতিভাবু ময়তাম্নি, নাত্তিরি উনবদা অমঙ্গলগী মশক্কি হায়না ময়াল শিবীরি। তাং ১৫ গী চেফোংদনা ডাঃ প্রতিভাবু ধর্ম্ম মশক খণ্ডবী, বৈষ্ণব সম্প্রদায়বু শীংনবী, চংনবী, হৌনবী, নাৎ, রুহীশিংবুসু শীংনবী, সমাজবু উশিন্তবী মুপীনি হায়না ময়াল শিবী-রি। সমাজগী য়েরুবনি ফাজিল্লগা কৈশুমশণ্ডদা থমগদবনি হায়না অকনবা মোত পীরি।

তাং ২৪ গী নিংথৌকাবগী চেফোং কোপী অমসু ফংখি। মহুদা কলেজগী প্রোফেসর ওজা মুপী অমনা ডাঃ প্রতিভাগী রাখল পরিংবু শৌগৎলহুনা আটিকল অমা ফোংলকই। অপাম পামদা, অফা-ফত্তা, চোইচাং ওনবা অমদি খনবা ভমজ্রিবী, বুদ্ধি লৌশিং মপুং ফাদ্রিবী চহী অমা অনীগী মমুংদা লৈরিবী মুপী মচাশিংবু অহল লমনশিংনা নমহুনা লুহোংথোকপীবশিংবু নিন্দা তৌবা ডাক্তরগী রাখল পরিংবু রাংনা থাঙ্গৎলকই। অথিংবা আইন লৈনা লৈন, লোল্লা লোল্লা ওসি ফাওবা চখনরি। অহল-লমনশিং অহু খুদক্তা ফারগা দন্দি পীনবা ওজা অসিনা অকনবা মোত পীরকই।

বাল বিধবাশিংবু অহল লমল্লা অমদি সমাজনা অখন্নবা মিংয়েং য়েংবীগদবনি, মহৈ মশিং নীংথিন। তমহন্দুনা অফবা মুপা অমদা থাজ-নবা শীনবীগদবনি, শেংপা চাবদা, লমচৎ শাজত্তা, মমান্নবী লৈশাবী মচাশিংগী মতৌগুম মনীং তমহনগদবনি হায়বা ডাক্তরগী মোত অসিবু য়াবগা লোয়ননা ঈশ্বরচন্দ্র অমদি রাজারামোহন রোইগী রাখল পরিং অমদি মসিগা মরী লৈননা শেমখিবা আইনশিংবু পল্লহুনা নহা ওই-রিবী চুম্নগী লুখ্রবীশিংবুসু মপুরোইবা লৈরিবী মৌনহাশিংগুম মনীং তম্না শেং চাহনগদবনি পুন্সিপী মহাও খণ্ডহনগদবনি, নৌনা মুম পালহনগদবনি হায়বা ডাক্তরগী মোত অহুবু অকনবা মাগী ওইবা মোত অমগা লোয়ননা শৌগৎলি।

মুপানা মুপী লোনবা মতুদা, মুপী অহম্না মুংনাংনবা, মুত্তাইতবা উৎপদা ফুবীবা, নমথবীবা। মুপীবু থম্মোই পান্দবী মথোক্ত অনী পানবা জীবগুম লৌবীববু ডাক্তরনা কম্না নিন্দা তৌই। সমাজদা মুপা মুপী থাক মান্নবা থোং মান্নবা, মুপানা ফংলিবা অধিকার পুম্ন-মক মুপীবুসু ফংহনগদবনি হায়বা ডাক্তরগী মোতপু শৌগংলদুনা ওজা অসিনা মাগী মোত ওইনা মুপীনা মুপা মশীং খরা য়াম্না মুম পান-ববুদি সমাজনা তুক্কচবা মিংয়েংনা য়েংবী, লৈখা তানা খনবী। মুপানা মুপী লোনবসু অকনবা আইন শেমদুনা থিংগদবনি হায়না ওজা অসিনা অকনবা মোত পীরি।

খরা লৈরগা সার্জন অদু বোম্বেদা চৎখ্রে। গম্ভীরসু কলিকতা প্যাংলক্লে। কলিকতাদা মরুপ অনীগা লোয়ননা পোথামিন্নখি।

এমঃ কোমঃ পাস তৌরবা সুরজিৎ মনিপুর লোড়জদা লৈরম্মী। মী অনীগী কানি। মাগী মুপী লৈরিঙৈ, মেনেজর অসিনা লৈরম্বা কানি। কাসিদা ডাক্তর সাহেবকা লোয়ননা লৈমিন্নরি। সুরজিৎ, শিলচর কলেজদা লেক্চরর ওইনা খল্লে। মহাক্কী লুহোংবগী তারিকসু লেপখ্রে মতুগী বার্ত্তন নম্বা লোইরে হায়দুনা লৈরম্মী। মণিবাবুমক্ পোপাং ওইনা, কমেজ ফুরিং অমা পীরম্মী।

মরুপ অহুম্মক্ সুরজিৎকী কাদা ফমুংদা ফমিন্নরি। কন্যাগী ফোটোদু মুন্না য়েংলগা মোং হাদনা ডাক্তরনা—ইঃ হায়বদি থোক্কে, অদুবু কায়দে ময়ায়। বাবুগা হান্নবা মুংশিনরম্বদো, অদুদি কমদৌখ্রে। ফজেনে মতুদি।

সমুর ওইদৌরিসে অচৌবা দুকান্দার অমনি। লৌ ইংখোল সম্পতি চাউনা লৈ। মুপীসিতনি মচাসু, মাগী লোইনা তারবা। ম্না তোলা নিফুমু উলক্কদৌরি। সাহেব, শকুনা চাবা য়াবা নত্তে।—মণিবাবুনা ওক্লকই।

য়াইদা-য়াইদা। কদাই ফাওবা তম্নবা লাইরিক্না ?

ক্লাস ফোরদা তোক্ত্রে। হৌজিক্লা ফিরোল শারি। — সুরজিৎ-না খুম্নকই।

বাবুগী থবকসিস্থু সম্বুর ওইদৌরিসিনা শীনবীরকপনি। মরী-মতা লিংভি, কলেজসিদা ওজা ওইবা, এসঃ ডিঃ সিঃ ওইবা য়াওরি। — মণিবাবুনা মথা শম্থরকই।

লৈখিদ্রগস্থু থাবাগী মঙাল য়াওরিবনি, সাহেবতা। হৌজিক্পুদি কৈদৌনি প্রতিভা, য়ান্না ফরবনি সাহেব — সুরজিৎনা পাংশিল্লকই। মথা খংতা তারকই — বার্ত্তন কচ্চরিদো বাবুনীগা লোয়ননা লেংবী-রক্লবনিকো।

এঃ হেক্তা শমজিনবীরবা?

থা মথায় অমা ৱাংলি, সাহেবনা হাল্লদৌবা শোয়দ্রবা। ঐদি জোইন হান্না তৌজরুখিনি।

শোয়দ্রবনি সাহেবকীসিদি — মণিবাবুস্থু পাংশিল্লকই।

থঙদ্রেদা, বাবু অনীনা ফক্লাং মরীসিগী মমুংদা হেক্তা লোইশিন-বীবসিদা—মরূপ অহুম্মক নোকমিল্লে। ডাক্তরনা মথা তারকই — মণি-বাবুনা হায়বীগদ্রা, মপুনা হায়বীগদ্রা, ঐ করি পাংজৌ হায়বগে? কন্যাগী ওইনা পাংজবা য়ারোইদ্রা?

সাহেবনা অপাম্বা—মণিবাবুনা খুম্নকই।

ডাক্তর গম্ভীর সুরজিৎকা লোয়ননা মশেম থোক্লগনি। মরূপ অহুম্মক হুকান্দা পোং চৈ লৈমিল্লকই। ফার্মাসীদস্থু চঙলকই। লৈ-রম্বা চিঠি মখৈ পুরকই। মরূপ অহুম্মা হল্লকপা ওাইরম্বা মণিপুর লোডজগী প্রোপ্রাইটরনা খুদক্তা তাবুগা লোয়ননা পুয়া পুম্বা পুরক্ল-না ডাক্তরদা শিন্নরে। হায়রকই—নতৈমদ্রু লৈখিদ্রে। ডাক্তরনা হায়, হার্ট ফেল ওইবনি। মাইবনা হায় লাইনা নমথুনা হাৎপনি। পুয়াগী ঈরাং থৌনি লুই, মুপীনা শমশা, শমশা তৌবা য়াদে।

কয়াগা হাপচখিদগে ভাদা ?

য়ারে ইবুঙো, পুদা পুগীদ্রো—য়াম্না কিবগী মওংদা হায়রকই।

ডাক্তর গম্ভীর মপূক্লিং লুমজে। মুঙাইবা অমদি হরাওবগী ওমথৈ লৈখিদে। ইম্ফালদা মহাক্কী দুকানগী মথক্ থংবা মথোন্দা আইরন্ চেস্ততা চেকশিন্না থম্লম্বা লক্ষ্মী নরান্ নীংশিংলকই। অনীমক্ প্রতিভাগা লোয়ননা ঈরাং থৌনিরূরগনি খল্লি। থম্মোইস্থু লুম্বু-লুম্বু শারকই।

পুয়া য়াওরিবা অহুবু শোগা লোয়ননা ডাক্তর সাহেবতা শিন্নরম্লে, অহুগা মেনেজরহু থোক্খ্রে। ওহাক্ লৈরগা হোটেল বোই অমনা টেলিফোন্ পুশিল্লকই। টেলিফোন্গী রায়ার অহু লৈমায়দা শোরো-শোরো চিংলকই। থোঙ হেক্ কান্শিন্বগা—ডাক্তর সাহেবকী ট্রঙ্ক্ কোল, ইম্ফালদগী—হায়রম্লগা হোটেল বোইহুনা টেলিফোন্ রিসিভর-হুনা ডাক্তর সাহেবতা লান্শিল্লম্মী। শোরো-শোরো চিংলক্লিবা রায়ারগী প্লগহুনা ফক্লাংদা থম্লিবা টেলেফোনগী প্লগতা নম্শিল্লম্লগা হোটেল বোইহু থোকখে। ডাক্তরনা পায়খৎলুবদা — মানি পাবুং, করি তাক্পীগদবা, তাক্পিসি।

ইবুঙোখোয়গী লুহোংবহু লাক্লিবা পঞ্চমি নুমিৎসিদা লেপ্লে। য়ুমশকৈশা নুমিৎনি। মতমনা নুংথিল পুং অমা মথায়, কংগ্রেস ভবন্দা। বার্ত্তন লিশিং অনী নম্মকউ। বিনীতগণনা ইবুঙোগা প্রতিভাগনা ওইম্বু। কংগ্রেসকী ঐক্ষ্যাশিং ঐগী কাদা হৌজিক্ রারী শানরি। ইবুঙোগী অকুপ্পা মরোল কুল্লগা শাউ।

ডাক্তর সাহেবনা—কুল্লা বাবু, পাজিনা করি হায়রিবা ?

শাউই। য়াওরোইদৌরি। কংগ্রেস ভবনগী অহাংবা জগা পুম্নমক্ মাওব থল্লনি। কংগ্রেসকী কর্ম্মী পুম্নমক অনকপস্থু অরাপ্পস্থু, লোয়না বার্ত্তন তৌদৌরি।

বার্ত্তন লিশিং ২ থরবু হেল্লা নল্লকে। কন্যাদান্ কনানা পীদৌরি ?

ঐজ্ঞা অমনা। অতোপ্পা ঐজ্ঞা অমনা শোন্‌গনি, অমনা ম্নাওব মপু ওইগনি, অমনা বরগী মপা শাগনি মরীনি।

কনানা কুজপোৎ য়ানি?

ইমা ইবেম্মনা। পাবুংনা অওং অউন তম্লি, কাবোক্‌ দোনা লিশিং মরীসু লাংশিন্‌দোরি।

হুয়েং থোরকসিন্না তৌরম্বনি, মশেম্‌ থোরক্লনি তান চান্নরে। পালাদি?

কংগ্রেস কর্ম্মীশিংনা। মেম্‌ সাহেবতি ক্লীনীক্তা, ঠিকাদার অমদি ঠিকাদারশিংগী মুপী, মচানুপীশিংনা, তম্নকপা পোপাং লৌশিন্‌বদা থবক্‌ অমা ওইরি। তামুনাম্না মিংগা লৈফমগা ইশিন্‌হৌবদা মতেং পাংলি।

তরক-তরক্না মরুপ অহুমতবু ঙাইরবদি, মণিবাবুসি থাশি থানৌগী অমুক অমুক্‌ করিনো অমা ইতৌতৌই। খ্বাং তেক্লপ্‌, নোল্লপ তৌরগা—তপ্না-তপ্না খোঙ্‌ থাংলহনা য়াম্না অনেম্বা স্নুরদা—

থম্বাল অপোম্বী, থম্বাল অপোম্বী

পোম্লিভৈদা পুম পুম লাউবী

মখুৎ অনীগী খুৎচাশিংহ্নু পুম্বুম উমশিল্লগা মিৎচিনা মহুদা য়েংলা য়েংলহনা খুজেং চাউথেক লৈরগা জাগোই শারি। মখা তারকই—

শাৎল কান্দা ইফন ফনবী

মতাং অসিদনা খুবাং অনীগী খুৎচা ময়ামহু ইফন ফন্দোক্না জগোই শারি। মণিবাবুদি শুকনোক নোক্কে, স্নুরজিত্তি থীক থীক, থীক থীক নোক্লি। মণিবাবুনা মখা তারকই—

থম্বাল অপোম্বী, থম্বাল অপোম্বী

নোক্না নোক্না স্নুরজিৎনা—কদাইদগী ঈশৈনো মণিবাবুগীসিবো।

লৈবাক্ অমগী বর-মন্ত্রিনা অহিং অথেংবদা মুপী কোয়বা লাক্‌পদা শক্‌পা ইশৈনি বাবু। খম্বগা মবাইবুঙোগা অতুঙৈ তুমুদা লৈকাই কোয়বা চৎপস্মু অথেংবা অহিংদা তৌদ্রি খোংভিদনু খম্বনা। ডাক্তর সাহেবনা ইম্ফাল হেক্ য়োবগা লীলাসি ঙাক্তা য়েংলুরমদৌনি।

ডাক্তর সাহেবতি, টেলিফোন্ হেক্ থম্‌খিরগা মমিং গুদ্রংদা য়েংলগা ঙহাক্ মোমোন্ নোক্‌পগুম্ তৌরম্মী। মথংগী মিকুপ্তনা মিংলু অনীদগী পিরাং চেন্থরকই। আনোক্ লৌথোক্লগা, রুমালনা মমায় মমিং তৈথোকই।

চঙক্লরবা মনিনা ডাক্তরগী মনাক্তা ফমথরগা — কৈদৌরবগে, সাহেব ?

সুরজিৎনা লেংজুম্ পায়না খাম্লগা—সিনি মনিবাবু, সাহেবকী পুন্সিগী অচৌবা থবক অমা পাংথোক্‌কদৌরে, অতুগী থম্মোইনা হরাওরম্বনি। মরুপ্ মগাংশিংনা মুংশিনা হোৎনবিবদগীনি পাংথোক্ল-দৌরিবসি, অতুগী মুংহীক্লরক্‌পনি।

ডাক্তর খুম্লক্লে, ঙহাক লু-লুক্‌থরি। অমবু ওইরবস্মু, অমবু ওই-রবস্মু, গম্ভীরগী পুন্সিগী পাখোং অমা ঙসি মিৎনা মিৎলুগী পিরাং-তনা ফোংদোক্লি।

ঐগী বার্ত্তনসি ৮০০ নি, সাহেবকী লিশিং অনীসিদি য়ামখ্রেদা, চাউদৌরি।

মসিনা চুম্মী বাবু নত্রদি অর্থ য়াওদে—ডাক্তর সাহেবনা খুম্লকই।

লুহোংনবগীদমক্ শেম্‌শাবা অমদি পোৎচৈ লৈবা লোইরবা ডাক্তর সাহেবসুরজিৎকা লোয়নননা মুমিদাং রাইরম্‌দা, ট্রেন্দা ইম্ফাল পাংলক্লে। থিন্দোরকপা মনিবাবু লৈহৌরে। ফার্ষ্ট ক্লাস কম্পার্ট-মেন্টতা মিলিটরী ওফিসার অমগা তোংমিম্লরকই।

মুমিং ময়ুম্ চঙ্লে, মন্নে। মিলিটরী ওফিসার অহুদা জেম্স বোণ্ডগী, পেরিস্নিসনগী নোবেল খরা য়াওরম্মী। সুরজিৎনা অমা রাইরগা পারি, মিলিটরী ওফিসার অহুম্ অমা পারি। মথক্ থংবা বর্ঠ্তা ডাঃ গম্ভীরলোংনা হীপ্লি অহুগা মঙোন্দা থারকপা বাঙ্গালীদা কোংবা, নোংমগী অমদি চয়োলগী চেফোংশিংহু নৌনা অমুক্ পারি।

ডাঃ প্রতিভাগী মতৌবু মহাক্না থাঙ্গৎলি। প্রতিভাগী পুন্সিগী পান্দম্ পাংথোক্পা হৌরকপা, মহাক্কী মথৌনা, ইচঙ্ থৌবা, গৎ-লৈনা থৌরম পরেং অমা মথং-মথং পাংথোরকপা অহুবু ব্যবহার তৌরি। মথংদা মহাক্কী ইম্ফালগী ক্লীনীক্ নীংশিংলকই। টিঃ বীঃনা নাবা কয়া অমা মহাক্কী ক্লীনীক্তা অমদি খরগীনা ময়ুম - ময়ুমদা চত্তুনা লায়েংলি। মতমতা ডাইবা ক্রোনীক ওইশিন্থ্রবা খরবুদি য়াও-রি। অহুবু কন্বা ডমখিদৌবশিং অহুগীদি মায়পুননা ফনবা য়েংখিনি খল্লি।

মহাক্কী ক্লীনীক্তা অনাবা অসুক্ য়াম্না কুক-কুক্ ইন্নবা ওন্নরি-বগী মরমদি মহাক্ খল্লুদে।

থা মথায়মুক্কী মমাঙদা মহাক্কী ক্লীনীক্কী কম্পাউণ্ডরদগী চিঠি অমা ফংখি। সাহেবনা লায়েংবীরম্বা অনাবা ২৭ অহুগী মনুংদা ৫ অমদি লৈখিদ্রে, ক্লীনীক্তা লায়েংলম্বা অহুমহু ফরহুনা ময়ুমদা হল-হনশ্রে। অহুম অমা অমুক ক্লীনীক্তা থমহুনা লায়েংলি। মহুগী মনুং-দা সুমতীনা মপাবুং মন্ত্রিগা ঙাংনরকুনা অপোকপা অহল দামুসু য়াওরি হায়রকই। টিঃ বীঃ না নারবা দামুনা ডাক্তর গম্ভীরবু য়াম্না উননীংবগী, মুমিৎ খুদিংগী শোনবা অমদি মনাক্তা চঙলুবা খুদিং হংলকপহুবুসু পল্লকই।

হাইফেংনা মচীন্না সুম হিসাব অমা পারগা কনবা য়াখিগদবা অনাবা দামুগা থানা ৯ খক্তু লায়েংবা, ফহনবনা মহাক্কী অহানবা মথৌ ওইগনি লেপখি।

মথংদা মাগী বেডিংগী মোন মখাদা নীংথিনা য়োমহ্নুা থম্লিবা চিঠি মপুন্দু মখুৎনা লামশিল্লগা লৌথোরকই। অহানবদা অপোকপা মপানা পীরকপা চিঠি থেংনৈ, মথংদা মহাবীর জৈন্না পীরকপা চিঠি থেংনৈ। ফাত্তুনদি পারুদে অত্থবু হাইফেৎ অত্থম মমান্নবা ভাক্লি। জাংস্থু তিন্নবা মৈতৈ মুপী থিনি সিতনি। মহাক্কী বাবা জৈন্নদি মখা তমথখিনবা কন্না তকশিল্লকই। শেলগী মতেংস্থু পাংনি পল্লক-পনি। করিনা লমন শিংদগে হাইফেৎ খনখি। মপাবুং শেলুংবনা পীরকপা চিঠীহুদি ফাত্তুনা পারি। চৎলমদাই মুমিৎ হুম্নিগী মমাঙদা ফংখিবা চিঠীনি। পনবা য়াবদি ডাঃ প্রতিভা ইম্ফালদা সরকারগী হোস্পিটালদা থবক তৌহল্লে। মহাক্কী কাকা অমদি ফেমিলিশিংস্থু লোয়নমক ক্লীনীক্তা থম্লি। প্রতিভানা ক্লীনীক অমদি ফার্মাসী অনী-মকপুস্থু য়েংশিল্লি। মখা তমথনবা শীল্লম্নগা থুনা অমুক্তা থোরকখো সিতনি।

মথংদা মনিবাবুনা পীরকপা চিঠি পারি। ঙরাং অহিংতা মরুপ অহুম্মক য়ারেকমিন্নহ্নুা খন্নথ্রবা ব্রাকম ভাক্লি। অত্থবু পানীংলি। ফাত্তুনা পারি।

প্রতিভাগী মচেগী মচানুপা অহন্ টাইফোইডনা নাবনি। হৌজিক্তি শিথ্রে। নোংমা প্রতিভাস্থু য়ারেত্তুনা লায়কন্নবা য়াওরুই। মহুগী খুদোংচাবা লৌহ্নুা অনাবগী ফমাংদা পোত্থারিঙৈ অহিং অথেংবদা য়ু থকৃচিল্লগা মতৈনা প্রতিভাদা শাজৎ কায়রকখি। অনাবা অঙাংগী কাংখদা লৈরম্বা থাং অমা থেংনহ্নুা মহ্নুা য়ান্‌বদা মতৈগী মরেংজুম্ শোকখি। ঈ থোকখি। লোংনা-ইনখিবদা কাংথোন্দা মকোক্ য়ৈ-শিন্দুনা থিনস্থু শোকখি। ঙহাক্ খৎন-লাওনরবা মত্তুংদা,লৈকাইনা থাম্নবদগী খুদক্তা প্রতিভা মিসন্ হোস্পিটালদা কার তোংহ্নুা লাকখি। নাইট ডিউটি তারম্বা ডাক্তরহ্নুা পুলিস্তা ফোন্ তৌহ্নুা মতৈহুগা, প্রতিভাদা ফুরম্বা মকুবোক্ অমদি মনেম্বোক্ অনীমক্ চৈগা কোম্লনা

ফায়রুগা পুলিস কষ্টদিদা থমখি। প্রতিভাগী লায়রক মচিদা ঈ থোকখি। পুলিসতা গীবা সুরজিৎবাবুগা ঐগগী জবান্দা প্রতিভা লুহোংলবী, হুপা লৈরবী হুপীনি। নোংশাগী থয়াত্তা হুঙ্খিরবী শক্তি অমোমনা মশাগী ইজ্জৎ কন্ননবা হোৎনজবদা শোকচখিবনি। লুহোংলবীনি হায়বগী প্রমান্দা সুরজিংবাবুগী লুনা তিন্নজবা মরুপ অমগী লুহোংবদা লৈ হুক্কুনা ফমিন্নরগা নম্বা ফোটোদা, সাহেবকা প্রতিভাগগী মায় মখৈ নপ শিন্দুনা সুরজিংবাবুগী কেমেরানা লোন্না নম্থোক্কবা ফোটোগী কোপী উৎচখি। চুম্মী, লুহোংলবনি হায়না প্রতিভাসু য়াখি। ভাবানী মন্দিরগী ঠাকুরনসু লৈ হুক্কখি, গন্ধর্ব্ববিবাহ তৌখি থুমখি। বারা জৈন্না, প্রতিভা লুথ্রাবীনি হন্না লুহোংবা কন্যাদান তৌবা য়াদ্রবীনি থুমখি। রাকম অসি প্রতিভাখোয়গী বারাসু য়াখি। ডাঃ প্রতিভানা সাহেবকী মিংদা পানবা কার শিজিন্নবহনসু শাক্তি ওইখি।

মতৈগা য়ুম্লোন্ননা লৈবী প্রতিভাগী মমান্নবীগী জবান্দা—"কার অমসু শিনরম্লিবা নবুঙো অমা ইচাউ-চাউনা লৈরি হায়বা খঙনা-খঙনা মীনাই নংনা নপুকচেল পীকপা শারি। নংগুম্বদি ঐখোয়গী মীনাই ফাওবা ওইহন্নীংদে"—হায়না লাউরকপা তারকপা অমদি প্রতিভানা "মী হাংলে, মী হাংলে"—লাউরকপা তাবদগী মমান্নবীহগী মবুংগা লৈকাই ময়ামগা চংলক্নুনা মনেম মকুনা চৈনা ফুবীরম্লবী প্রতিভাবু কনবনি থুম্মি। কেস অসিদা সুরজিৎবাবুগা ঐখোয়'নীগী লুপা ১০০ রোম চঙখ্রে।

হৌজিক্তি অহল লমন মশেন য়ানরক্নুনা কম্প্রোমাইজ তৌনরে। কেসসু ব্রিড্রো তৌরে।

থরা লৈরগা নোংমা মুমিদাং অমা ডাঃ প্রতিভানা কামাসীদগী হল্লকপদা নহারোল থরনা কারগী মিংশেল নুংনা থাহনা থুগায়খি।

ময়ায়বক কবা অমনা শ্পীড কয়া থৌরকপা ট্রক অমা লাকপদা নহারোলশিংহু হন্দোকখি হায় অদুগা ডাক্তরগী কারনা ট্রক্কী মরুম থুগ্না থৌরকখি তম্মী। অহন খরনা ইনশিনবদগী সাস্তোস চেন্নখি। পুলিসনা কাহুনা কস্তডিদা থম্লকপা, থবক্তগী পোথাহল্লকপা মতমদদি মাবু কনানস্থ কনখিদ্রে।

মথংদা প্রতিভানা পীরকপা চিঠি অহু তপ্পা হাংদোক্লগা প্যারি—পাউথুম পীবীরক্লোই হায়বা খঙজে অহুবু হন্না হন্না য়েংচখিগনি।

খোঙকম চুন্না হৌখিবদা পোলোইদস্থ অহুম চুন্নগদবা তামোদদি অরুবস্থ নত্তবা, পুন্সিদা অচৌবা মঙাল পীবীগদবা পোংশক অমবু তামোনা নাথৈনবীখি। চিন্নবা মতম কয়া তুংওইনা থম্বীরম মঙলান্দা খোঙ থাংজিনবীরকখি। মহুদা তাইবং মঙ কাওননবা ৱাহৈ কারল কয়া চঙখি ঐনা। করিগী চনখিবনো খঙবীরম্লগনি।

তুংদা লেপ্পীরিবা তামোগী ঈথিন্দুনা ইচং থৌনা চঙশিল্লুই পুন্সিগী থৌদাংদা। থৌদাং কয়া পাংথোকপা হৌরুই। অনানবা লম্বী নং-লমদ্রে, খুদি থিকম্মক্তা লোং লোতুনা লৈরম্লে। খোঙদাফম না-ম্বোক্তুনা তৌফম খঙদা লৈরিঙৈ কাকানা ঐবু লৌবা লাকখি। ঙাং-ফম খুম্ফম খঙত্রিঙৈ ইন্দোমচা অমদি অঙাংশিংগা লোয়ননা কাকাগী তুং অহুম ইঙ্গরে। ইম্ফালদা লৈরে। ঐখোয় পুন্নমক ক্লীনীক্তা লৈজরি।

তামো লাকপা ঙাইজনীংবনি অহুবু পাবুনা তকমনবদগী ঐ হৌজিক সিভিল হোস্পিটালদা জোইন তৌজরে। ক্লীনীকস্থ ঐনা য়েংশিঙ্গরি। ঐদি রাজনিতি দল অমা য়াওজখিনিকো তামো।

হুমিদ্বাং ৱাইরম খুদিং ফার্মাসী য়েংশিঙ্গে চেক তৌজে। ৱাং-লম্বা হীদাক খুদক খুদক্তা চেঙ্গে।

তামোগ্গী কান্নি হায়হুনা হুকানগী মথক থংবা মথোন্দা পাবুনা

শেমজিনখ্রে। আইবন চেট্ট অচৌবা অমীছু অরাং খংবা কক্লাংদা তশ নপনা খস্থ্রাংননা খমজিনখ্রে। ক্লীনৌকী তামোগী কানি ছায়না লৈরম্বা অছুমা ঐনা নীংথিনা শেমজিল্লরে।

টেলেগ্রাম ফংবদা মুংঙাইজে। অঙকপদি নত্তে, অছুবু স্বর্গ খুংনা লাম্বা ফংবমুক্তি ঐঙোন্দা মুঙাইবা পীবী। ঐগী রা ডাকশী-বশীদমক হন্দক নপোক্কী শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন অমা তামোগী মফমদা তোঙ্গরবনি। ইতি

উনজনীংঙুনা খৌরাংনা ঙাইজরিবী
প্রতিভা।

পাবা লোইরছুনা চিঠিছু তপ্পা থুপচিল্লগা খমজিনখ্রে। সীলীংদা য়েংনা য়েংনা ব্রাখলগী ঈপাক্তা তাউরকই। মমিত্তা দার্জীলীংগী চীং লৈপাক উরকই। মমাঙমক্তদা প্রতিভা চপ লেপ্লরি অছুগা—তামো, কাকা মুখর্জীনা—টাইগর হীলসকী ফজবা উত্রিবা মীছুদি, হন্দকী মাগী মীওইপোক্ অরেম্বনি হায়, ঐস্থু চৎকনি।—ঐ খঙ্লুং মুঙাইখি, মাবু মুন্না য়েংঙি। মাবু উরদি য়েংছুনত্তা লৈনীংঙি। তরাঙনরবী মাগী মমিৎ তুথখি।

অহল অনীদি (ওজা অনী) নোংঙানবগা লক্ষ্মী-নারান্, শিব-লিঙ্গ মণি, এক্-মুখিগী শুক্রিক্ থিবা হেক্তা চৎখি। অমুক্ ঙন্তা মম্লি মম্লিরি, চীংদোং মচা অমদা লেপ মিন্নরগা, ঐখোয় অনী টাইগর হীলস য়েংমিন্নরি। ভারতকী শেঙ্গাও পায়বা লাল্লোনবা অচৌবা কম্লাই-ভুনাইবা, ভারত ব্রাংমগী মীওই অঙৌবশিং জুরা-জুরা, কনাগুম্বনা মচা-মশুগা লোয়ননা কনাগুম্বনা অহল-লমন্ পুরকপম্ব য়াওই। কারদা লাকবনা অয়াম্বনি, অছুবু কনাগুম্বনা জীপ্তা লাকবম্ব য়াওই। মফম অম্বু মীনা কক্-কক্ ইয়ে। নিংথম্গী অরুম্বা কিজোল্ শেৎ-চাদে, মকোক্তা তুপী উপ্নে। তুপী-নহাশিংনা কিজোৎ লৈজেং তাই।

ভাংগৈনরবা মাগুগী অতিয়াদা, ইথং খঙ্গহৌদনা মুম্মিংকী মঙাল-না, চুমজ্রিং চুমজ্রিং, শাংনা শাংনা, কাপ্‌খোক্লকপগুম্ ভাল্লকই। লুপাগী চীংদোল উরকই। অপাবা হীগোক্ মচুগী চীংদোন খরস্থ ময়াওর্রি। কুইদে মঙাল মপুং কারকই। মিংশেন্দা মৈবা মুম্মিংকী মঙালনা, থক্তোরকপগুম্, মচু অরেংমক্ থক্তোরকই। য়েংবদা মিংথম হোংনীংদবা দৃশ্যনি। মঙালনা মপুং কারক্লবদা, নাক্তা লেপ্লিবী প্রতিভা-দা য়েংভি। পেক্রুক্ মচুগী শামতুগী ওভর্কোট অমা লিংলি। মচু অহুমকী শারি অমা শেংলি, মচু অহুমকী খুৎ মোজা উপ্‌ই, ভাং-লৈনবা স্কাফ অমনা ভকশমদা চাউয়েং য়েংলি। হীগোক্ মচুগী পন্থগী ট্রাঙ্গুলার মঙংগী স্কাফ অমনা মকোক্ খুন্নগা থদাংদা পুল্লি। পেক্রুক্ মচুগী পট্টুগী মোজানি, শউনগী উম্‌শিন্‌বা অমুবা খোঙ্‌প উপই। শাম্‌ ময়াগুম্ ভৌরবা মায়থোঙ্‌দা ভাংলৈনবা আনোক্লা থৌ-গৎলবা মায়থোঙস্থ উরুই। ঐঙোন্দা লৈশিক্লরুগা — ফজত্রা তামো, পুক্লিংসি মুঙাই।

মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা তপ্পা — মহারানীনি,—হায়রগা স্বর অমা শাংতক্ হোন্দোকই। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্লগা হেক্ লুকৃথখি। ঐনা অমুক্ তপ্পা মখা ত্তাই — চীংদোন্ পুন্নমকী মবেম্মনি। — অমুকস্থ ঐঙোন্দা মুন্না য়েংঙকখি।

হোটেলদনি। কা মচাদা জুরা-জুরা ব্রেক-ফাষ্ট পংচাদা চানৈ। ঐখোয়্'নীস্থ চারি, মানা — ঐখোয় খোংচৎসি, মুঙাইত্রা তামো।

উম্, মপুং কানা মুঙ্গাই। থম্মোইগু লুম্মী।

পুক্লিংমে মুঙাইবা জাৎনি।

ঐ মোক্কী কেপ্ অমা উপই। গোগলস অমস্থ উম্মী। অত্তে য়েংবা লাক্লিবা মীওইশিংগুম্, মহৈ মহৈ কার থৌনম্বা চৎমিন্নখিব-গুম্ ঐখোয়্নীস্থ মমাঙ থংবা মীত্রা ভোরমিন্নরবা মাওগী কারুগী মতুং ইন্নকমিন্নৈ।

ফুন্নিং অসিমক্তী ফুন্নিদাংবাইরম্মি। হেপ্পী-ভেল্লী, টি ইস্টেট য়েং-ন্নিরে। চীংঙ্গায়ত্থদা চীং-ফুরা ময়ান্না, নম্‌দা শম্‌ অম্‌মম্‌ পোশিন্‌, চা-মনা অনী-অনী মন্নোলগা থানা অহুম্‌ মথুংনা থংলা থংলগা শম্‌দা হ্যাপ্‌চিল্লি। মখল মথেল কয়াগী ফিরোল শেং চারি। চাং মান্নানা কল্লবা চা পাম্বীগী মরক্‌ মরক্তা চীং-ফুরাশিংনা লোয়দি য়েংবদা লৈচন্‌ চানা জুং-চানা শেম্লবা নাচোম্‌গুম্মি। চীংদোন্‌ ময়ামক্তদা ট্রেন্‌ লম্বী শোম্বগী অথম্‌ অমা লৈ, মতুংগী হেক্‌ মথক্তা চীংদোন্‌বাইদা অচৌবা উ-পাম্বী অমা নাইতোম্‌ হৌরি। তরক-তরকই। মাড়ুদা লেপ্‌লৈ তঙীং-তঙীং, তরুম্‌-তরুম্‌, কোয়রপ্‌ লেমজা মায়থোঙ্‌, ঈ থানো ঙৌরবী, পিগুম্‌ ফজবী, মিত্তা মুংশিবী নিঙোলনা। শংবাম্নবী ফনেক্‌ অমা-মচু অত্তুমক্তী কি মুতেক্‌ অমা ইন্‌............।

বা অমা ঙাংখিবা তাখি। মুন্না তাহৌগ্রহনা — করিবো—লৈশি-ন্দুনা য়েংলুই। তঙীং-তঙীং, তরুম্‌-তরুম্‌ কোইরপ্‌ লেমজা মায়থোঙ, শামু ময়া কুচুনি, তরাঙনবী মিস্না অনীনা মুন্না য়েংলগা—করি থন্‌-বীরুরগে?

মী অনীতগী ওইবা মালেমদা লৈমিন্নরুরে।

মোমোন্‌ মোল্লকই, য়াতোন্‌-উঙম্‌দে। তপ্না হায়রকই — ইনৌ-নৌই মুঙাই।

রাখলগী ঈপাক্তা তাউরুবনি। কৌজেংগুম অমদা অমুক্‌ চোং-লকই। ডাক্তরনা লুহোংফান্দা ফম্মি। প্রতিভানা কোয়রি। অমুক অমুক্‌ কোয়বা খুদিং, চেক্‌শিন্না লৈ খুজাক্‌ অম্‌মম্‌ কোক্‌থক্তা চাই-থরি। হেক্‌ চাইথবগা মথুং লোন্নহনা, থরায় য়াঙনা, মকোক্‌ হাই-ক্লেং মোন্না থুরম্মী। কোয়বা লোইরবদা ফান্দা ফমিন্নৈ। মোং-হাজবী প্রতিভানা, তপ্না শোয়দনবা লৈ হুল্লকই। ময়াম্‌ খুবাক্‌ প্রোক্‌-প্রোক্‌ থুনরকই। ডাক্তরশু শোম্নদনবা মান্না চেক্‌শিন্না তপ্না

লৈ পয়েংহ্নু, প্রতিভাগী ওকৃশমদা হুকৃপী। ময়ামস্নু খুব্যাক্ প্রোক্-প্রোক্ খুনরকই।—কংগ্রেস ভবনগী অকোয়বা লম্যাং অগদি লমজাও ফাওবা মীনা কুক কুক ইন্নদা য়েংলি।

ট্রেন্না অতংপা লৈতনা ঝক্-ঝক্, ঝক্-ঝক চংখি লাউনা খোংনা, চীক্লবা লম্যাংদা চেল্লি। অহিং থেংজিল্লক্লে। সুরজিৎনা ঘড়ী য়েং-লুবদা পুং তরামাথোই মখাই তারয়ে। মিলিটরী ওফিসারহুদি হাম্নদা তুম্নয়ে। হৌগৎলক্লগা য়েংবদা ডাঃ গম্ভীরদি মমিৎ তক্ল-তক্ল পাং-লহনা লোংনা হীগুনা লৈরম্মী। ডাক্তরনা খল্লমগদবা রাখলহু ভাব তাই, অহুমক্পূ—সাহেব, মাগী রাখল ওইবিরব্রা?

ডাক্তর খুম্লক্লে। সুরজিৎনা অমুক্তা মোমোন্ নোক্লহনা ডাক্তরগী মনাকোং ময়াদা চংশিল্লগা তপ্পা—চুহী চফু কায়নিকো, সাহেব।

মতম্‌সিদা ডাক্তর থংয়েং য়েংথোরকই। সুরজিৎস্নু অমুক্তা হন্না রাহৈশিং অহুমক্ হায়রি। মিৎ পাংনা-পাংনা মণ্ডবা লম্বোইবগী মণ্ডলানগী রানি। অণ্ডাং কপ্ হন্‌বগীদমক্, মাগী মণ্ডলান্‌গী সুপীদা ফুনবা ফুক হাগৎলকই। খুয়াদা, শগাইদা য়াল্লিবা চুহী চফুদা কাউ-রুই, লৈবাক্তা তাহনা কায়খি।

মণ্ড ফাওনরবা ডাক্তর, অওইবা রানা ফাগী তৌরকপহুদা ইকাই-খুম, লাক্লুম্ মোমোন্ নোক্লকই।

সুরজিৎনা মখা তারকই—ঐ শোয়দনা লাক্চনি, ওস্থোক্লা চাউনা হোংদৌরেদা।

চাউসস্নু, সমাজ সংস্কারগী অর্থহনি, মরুদি বাবু।

পাবুংগুপ্পা ভুংগী পোরম্ শাংনা উবা ওম্বা অহল লমন্‌শিংদি য়ানি। মঙ্গল ওইবা ওইসস্নু, সাহেব।

ডাক্তরস্নু মোমোন নোক্লকই।

ভারতনা অমদি পৃথিবীনা শক্-খণ্ডলবা, মমিং লৈরবা অচৌবা মীওই কয়ানা বাল বিধবা লুহোংহন্না সমাজ সংস্কারদা অচৌবা মতেং পীনরি।

( লোইরবা )

---




